# কুন্তী

## (লারোন তরেৎকী লীলা)

মনাওবী এম এম



সেউটি পব্লিকেসন্স
উরিপোক, ইম্ফাল

**Kunti**, a Manipuri Heptalogy play (Laron Taretki Lila) written by Manaobi M M , Produced by Kumari Moirangthem Dhanista Devi & Moirangthem Loyumba, Uripok, Imphal, September 2010






হক : অইবা মশামক

নম্বা : অহানবা খুৎনম

ফোঙবা চহী : সেপ্তেম্বর, ২০১০

মখুম ডিজাইন : হৈগ্রুজম নেকীশ্বরী দেবী

মমল : লুপা ৫০০/-
লুপা ৬০০/- (মখুম অথাবা)

ফোঙবা : কুমারী মোইরাংথেম ধনিষ্টা দেবী অমসুং মোইরাংথেম লোইয়ুম্বনা সেউটি পব্লিকেসন্স, উরিপোক বাচস্পতি লৈকাই, ইম্ফালগীদমক ফোঙবা

নম্বা : বীর কম্প্যুটর প্রিন্টিং ৱার্ক্স, লম্ফেলপাৎ, ইম্ফাল।



ঐগী ইনিংবগী ইনখৎলকপা মতমদা
লীলা সাহিত্য তাকপীরম্বা
অমদি তাইবং গুরুবু মশক তাকপীরম্বা
নুংশিজরবা ঐগী গুরু
অরিবম ঁকৃষ্ণমোহোন শর্ম্মা, নিষ্ণাতকী
কাউঙমদ্রবা খুয়া থম্বালদা
কুন্তী লারোন তরেৎকী লীলা কৎচরি ।।

– মনাওবী এম এম

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

**কুন্তী** লারোন তরেৎকী লীলা ওইখিবসি ঐগী পুন্সিগী কাউণ্ডমদবা শরুক অমনি। লীলা পরিং অসি ইংশোক ২০০২গী জুন থাদা শুমাঙ লীলাগী সংস্থান পিছ্ মেকর আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী আর্টিষ্টশিংনা লীলা ইবীয়ু লাকপদগী ইবা হৌখিবনি। অহানবা **২১শুবা শতাব্দীগী কুন্তী** পূথোরকপদা মণিপুরী শুমাঙ লীলা ভাবকশিংদা অকনবা ঈহৌ অমা লাকখি। লীলাসিনা মণিপুরী ভাবকশিংদা অকনবা শাফু অমা পীখি। লীলাগী অরোইবদা ঐহাক্না ৱাখল খন্ননবা থম্লুবা ইন্দিং অদুনা ভাবকশিংবু য়াম্না খোইরাংহনখি। ভাবকশিংদগী লীলা শান্নরিবা কাংবুদা লীলা মখা পীয়ু হায়দুনা ৱাকৎনরকখি। লীলা শান্নরিবা কাংবুনা মখা অনীশুবা ইবীয়ু কন্না হায়জবকপদগী লীলা অসিগী মখাতাবা ৱারী শেম্বা হৌখি। যামদ্রবদা ত্রিলোজি ফাওবা থম্ননবা ৱাবী শেমখি। অদুবু, ৱাবী পরিং অসিনা মায পাক্না মীয়াম্না পাম্নবক্লবদি মৈতৈগী মহৌশাদগী চৎনবক্লবা খোংফম তরেত্তা হেপ্তালোজি ওইনা লীলা তরেৎ পূথোক্লবা ৱারী পরিং অমদি থৌদোকশিং শেমদুনা থমখি। মায়পাক্না ইংশোক ২০০৩গী নবেম্বরগী তাং ২৬ তা **কুন্তী ত্রিলোজি** মীয়ামদা উৎখি। বোত্তা নোংমদা ভাবক লীশিং কয়ানা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা চিক্লা চায়না ঙমদনা লীলা য়েংনখি। ইংশোক ২০০৪গী জুন থাদগী লীলা শান্নরিবা লীলা কাংবুসু মচোই-মচোই তানা কায়নরে। অদুবু, লীলা কাংবু অদুগী লেমহৌবিবা আর্টিষ্টশিংনা অনৌবা আর্টিষ্টশিং খোমজিন্দুনা কুন্তী লীলা পরিং মখা শান্নজখিগে লাকখি। লীলা মখা ইথবা হৌদুনা তরুকশুবা **মীহাৎপুঙ** ফাওবা শান্নরবা মতুংদা অবোইবা শরুক **ৱারোইশিন** ইবা লোইরকপদা লীলা কাংবুদু অমুক কাইনখি। লীলা পরিং অসিদা মরুওইবা শক্তম লাংলম্বশিংনা মশিং হেন্না য়াওবা তোমথিংস আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনদা ফিভমনা লীলাগী অরোইবা শরুক

পীদুনা ইংশোক ২০১০গী সেপ্তেম্বরগী তাং ২৬তগী মীয়ামদা লীলা পরিংসিগী অরোইবা উৎপা হৌখি।

লীলা পরিং তরেৎ অসি ইবা লোইরবদা লাইরিক ওইনা পৃথোক্লগে হায়দুনা শেম শাবা হৌবকপদা লীলা তরেৎ অসিগী অপূনবা মমিং করি থোনসিগে হায়বসিগী ৱাহং লাকই। লীলা পরিং অসি লমদমসিগী মীয়াম্নদি কুন্তী লীলা হায়দুনা মমিং চৎখ্রে। কুন্তীগা শকপানরিবী রাজলক্ষ্মীনা মায়পুননা য়াওরিবদি অহুমশুবা পবিং ত্রিলোজি ফাওবদনি। মতাংসিদা প্রোফেসার এলাংবম দিনমনীনা মখা তারকপা পরিংদসু নোংশাবগী অমসুং শ্যামসুন্দরগী মমা ইবেম্মা রাজলক্ষ্মীগী ৱারী অমদি মহাক্কী খুদম লীলাগী অবোইবা পরিং ফাওবদা যাওবনা কুন্তী হায়না মীযাম্না খণ্ডনখ্রবসি থোনবদা হেন্না মরিক চুম্মী হায়দুনা জুলিযস সিজরবু প্রমান ওইনা মোৎ পীবে। লীলা পরিং অসিগী অপূনববু কুন্তী হাযনা কৌবা হায়বসিদা ইকাযখুম্নজরবা ওঝাগী মোৎসি লৌজরে। কুন্তী হেপ্তালোজি অসি ৱাবী পরিং অমদা মৈতৈশিংনা চৎনবকপা তবেৎকী খোঙফমদা তরেৎ থোক্লা পৃথোকপা লীলা খুৎই মখলনি। অসিবু তুংকোইনা মণিপুরী লীলা সাহিত্যদা চৎনবা মিংথোন অমা ওইনা লৈহৌননবা চানবা মমিং অমা মৈতৈলোন্দসু থোনসি হায়দুনা প্রোফেসার নোংমাইথেম তোম্বী, বি এস রাজকুমার অমসুং ডা: লমাবম গোজেন্দ্র অহুমদা হৌদোকচৈ। মরুপ বি এস রাজকুমাব অমসুং ডা: লমাবম গোজেন্দ্রনা **লারোন তরেৎকী লীলা** হায়বসি চপ মাননা পৃথোকপীরকই। ওঝা তোম্বীনসু চানবা ৱাহৈ ওইবে তাকপীবদগী কুন্তী লারোন তরেৎকী লীলা হায়দুনা লাইরিকসিগী মমিং মপুংফানা থোনবদা লেপ্লে। কনাগুম্বা মরুপ-মপাং খরনা "শুমাঙ" হায়বা ৱাহৈসি হাপহন্নিংবগী ৱাফম ফোঙদোক্লরকই। অদুবু, শুমাঙ লীলা, ফম্পাক লীলা, রেডিও লীলা অমসুং ফিল্ম লীলা অসিদি খেন্নবা মপৃথোক অমদি মউত্তা লৈবনিনা লীলা সাহিত্যগীদমক শীজিন্নবদা অতৈ ৱাহৈ হাপত্রবসু য়ারে লেপ্পরে। অমরোমদসু ফিল্ম কম্পেনী অমনসু কুন্তী লারোন তবেৎপু ফিল্ম লীলা ওইনা পৃথোক্লবা চংশিল্লক্লি, পৃথোকপসু হৌখ্রে।

চহী মাপল চঙনা শেমখিবা কুন্তী লারোন তরেৎকী লীলা অসিবু মপুং ফাহনখিবদা মশিং য়াম্লবা মণিপুরগী শুমাঙ লীলা ভাবক লীশিং কয়াগী

নুংশিবা, থাজবা অমদি পুক্লিং থৌগৎপীখিবা পুন্সিনা হিংলিমখৈ কাউবা ঙমজরোই। মীয়াম্না লীলা পরিং অসিবু নুংশিবীবা পাম্বীবদগী কুন্তী লারোন তরেৎকী লীলা লমদমসিদা অহানবা সমাজিক সমস্যাদা য়ূম্ফম ওইবা ৱারী পরিংদা শেম্বা লীলা ওইবা ঙমখিবনি। লারোন তরেৎ অসি শেন্নকপদা তানা-নৈনখিবা মরুওইবা মীওই খরগী মিং পনজরবদা প্রোফেসার এলাংবম দিনমনী, প্রোফেসার আই এস কাংজম, প্রোফেসাব নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, ওঝা অবিবম কুমাব শর্ম্ম, ডা: খুন্দোংবম গোকুলচন্দ্র, বি এস রাজকুমার, ডা: লমাবম গোজেন্দ্র, ইবোসনা য়ান্থেম, য়ুম্নাম রাজেন, শ্রী কোনসম কুলধজ সিংহ, অমসুং লৈখিদ্রবা মরুপ অনী নিংথৌখোংজম রাধাকান্ত সিংহ অমসুং এলাংবম কান্ত সিংহ পূম্নমকপু নীংশিংদবা ঙমদে। অসিদা নত্তনা কুন্তী লাবোন তবেৎকী লীলাদা মোৎ পীবিদুনা ঐবু পুক্লিং থৌগৎপীবা লুনা তিন্নখিবা মরুপ মপাংশিং কুন্তীগী মবমদা খবরগী অমদি চেফোঙশিংদা কুন্তী লীলা পবিংবু নৈনদুনা থাগৎপীদুনা কলম ইবীখিবা কলমনিষ্ট কযা, মীয়াম পূম্নমকপুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। মীযাম্না পুক্লিং থৌগৎপীবদগী লীলা তবেৎমক ঐহাক্না থৌনা ফনা ইবা ঙমজখিবনি।

অমরোমদা কুন্তী লাবোন তবেৎকী লীলা অসিবূ শাম্নবীখিবা নুংশিববা আটিষ্টশিং, লীলা সংস্থানশিংগী থৌপুবশিং অমদি লীলাগী ডাইবেক্টর ওইখিবা ওঝা বীবজিৎ ঙাঙোম্বা পূম্নমক্না ঐহাক্না ৱাবী পবিং অসিদা করম্বা সমস্যাদা, করম্বা থৌদোক্তা, কবম্বা অনৌবা কেবেক্টরশিং হাপ্তুনা ৱাবী পরিং অসি চত্থবক্কনি লাংতক্লজখিবা অমদি মায়পাকনা মীযাম্না খ্বাইদগী পাম্নবা লীলা অদুমক ওইননবা হোৎনখিবা পূম্নমক কাউবা যাবোইদবা নীংশিংবা থৌদোকশিংনি। অমুকসু, কচাইদগী ইচল খনোৎলা, ঐগী নুংশিজববা অফিসকী ষ্টাফশিং অমসুং ইথকথোংবা অফিসাবশিং অমদি কুন্তী লীলাগীদমক ৱাবীখিবা কৈরোই-লৈকাইগী ইচল ইচেশিং পূম্নমকপু নীংশিংজবি।

কুন্তী লাবোন তবেৎকী লীলা অসি ভাবনা শাবা কনাগুম্বা পুন্সি থৌদোক অমত্তগা মবী লৈনদবা, জাতি কাংলুপ অমত্তবু হুলান্দবা, সবকাব অমসুং সংস্থান অমত্তগী মায়োক্তসু হুলান্দুনা চঙশিন্দবা, ৱাবী অমসুং করেক্টরশিংগা মবী লৈনবা হীরমদা অচুম্বা, ফজবা, নুংশিবা, ফোঙদোক্তুনা লমদম অসিগী সমাজিক সমস্যা

কয়া ৱারী লীশাং অমগী মনুংদা উহন্নবা লীলা ওইনা শেমজবনি। লীলা অসিগী লাবোন অম-মমদা তোঙান-তোঙানবা সমস্যা অমমমনা পরিং ৱারী অসিগী মনুংদা থমদুনা রস অমসুং কনফ্লিগ মফম চানা চানা হাপ্তুনা থম্লনবা হোৎনজখি। অমুকসু লীলা পরিং অসি ইরগে লেপখিবা নুমিত্তগী ঐগী গুরু শ্রী অরিবম কৃষ্ণমোহন শর্ম্মবু মিৎ উইশিন্দুনা আত্মানা লৈখিদ্রবা গুরুগী খুয়া থম্বাল শোকচরুই।

লাইবিক ওইনা পূথোক্লনবা হোৎনবদা সেউটি পব্লিকেসনদা মতেং পীবীরকপশিং অমসুং বীর কম্প্যুটব প্রিন্টিং ৱার্ক্সকী প্রোপাইটর ঐগী ইয়াম্বা তোম্বা লাইশ্রমবু থাগৎচরি। মণিপুরী লীলা সাহিত্যদা থম্মোয় শেঙনা কুন্তী লারোন তবেৎকী লীলা হাপচবি।

সেপ্তেম্বব ২৭,২০১০ ইং মনাওবী এম এম

# লীলাদা চঙবা মী

নুপা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | সনাজাওবা | - | রাজলক্ষ্মীগী নুপা |
| ২। | অর্জ্জুন সিংহ সহেগল | - | অমৃটসরদগী লাকপা পঞ্জাবী |
| ৩। | চীংথঙখোম্বা | - | সনাজাওবগী মপা |
| ৪। | মঙ্গি | - | সনাজাওবগা তিন্নবা পাখং |
| ৫। | লৈশেম্বা | - | রাজলক্ষ্মীগী অফিসকী পিওন |

নুপী

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | বাজলক্ষ্মী | - | সনাজাওবগী নুপী, অফিসার |
| ২। | যান্ধবী | - | রাজলক্ষ্মীগী মমা |
| ৩। | মৃনালিনী | - | রাজলক্ষ্মীগী অফিসকী ষ্টেনো |

# ২১ শুবা শতাব্দীগী কুন্তী

লীলা অসিবু শুমাঙ লীলা ওইনা ২০০২ দা শান্নবদা শক্তম লাংখিবা পিছ মেকব আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী কলাকারশিং অমসুং মখোয়গী শক্তমশিং :-

**নুপা**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | সনাজাওবা | - | ইবোয়াইমা খুমন |
| ২। | অর্জ্জুন সিংহ সহেগল | - | দেনী লিকমাবম |
| ৩। | চীংথঙখোম্বা | - | চীংলেন থিযাম |
| ৪। | মঙ্গি | - | তোইজম হেমলেট |
| ৫। | লৈশেম্বা | - | খেকমন দেবান |

**নুপী**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | বাজলক্ষ্মী | - | ওইনাম অকন |
| ২। | যান্ধবী | - | বোবীন্দ্র লঙথবাল |
| ৩। | মৃনালিনী | - | শঙ্কব নাওবেম |

**ঈশৈ নোংমাইদাঃ**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | তবলা | - | ইন্দ্রমনি |
| ২। | ওর্গান | - | বোবী |
| ৩। | গীটব | - | বোর্বট |
| ৪। | পেডড্রম | - | তম্ফাসনা |
| ৫। | বাঁসি | - | টিকেন্দ্রা |
| ৬। | নুপা খোঞ্জেল | - | জিতেনকুমাব নাওবেম |
| ৭। | নুপী খোঞ্জেল | - | কান্তা লৈশাংথেম |

*লীলা পুখোকপা ঃ মৈস্ত্রাও নবকুমার*

*লীলা তম্বীবা ঃ বীরজিৎ ঙাঙোম্বা*

# অহানবা উৎপা

(চীংথঙখোম্বগী য়ূম, নুমিদাংবাই, চীংথঙখোম্বা হবাওনা মচানুপাগী লুহোংবা লোইরগা য়ূমদা হল্লকই)

চীংথঙখোম্বা - (ইবাং-লাংনা) হায় হায় অঙাংশা নোই থৌরাং লোইশিল্লুহে। ময়াম থোমজিন্নবকঅনি। কৈন্যা যৌরকঅনি। ব্রাবনবু শিবেহে (মচানুপাগী কাদা চঙই) কবিনো ইচল যান্ধবীসিদি ওন্থোক্রা যাম্লসু উল্লকএদা। ইচানুপাগী কাসিদি পূল্লঙবু লঙলেদনা।

অহল অমা - (মপান্দগী) বব মপাদুবু কদাইদা লৈগে।

চীংথঙখোম্বা - হো ঐ সিদা লৈয়ে। (লাপ্না বেন মখোল তায)

নুপা অমা - অনৌবীগী কাদুদা মপা নঙনা কৈদৌবিবনোনেহে। কৈন্যা লাক্লেনে নকশিল্লক্লেনে।

চীংথঙখোম্বা - (হবাওনা) থোবক্লে থোরক্লে ঙাইহাক্তা পোত্থাবকা শঙবা জাৎ নত্তে।

অহল অমা - চীংথঙখোম্বা। থোবকওনে নঙবো।

চীংথঙখোম্বা - ব্রাখলকাসি বুদ্ধি তাফম খঙবজাৎ নত্তেহে। ইচানুপাগী লুহোংবসিদি মপা ঐবুদুম ইঙাও ঙাওইদা (চঙখি, সনাজাওবা লুহোংবগী কোয়েৎ, কুন্দো পরেং শীদুনা থোরকই)

সনাজাওবা - কৈন্যাসিসু অমুক য়ৌশিল্লকএনে তৌবিসে। ফি হোংবা নংদ্রিঙৈদা চঙলক্তনা ব্রা থোক্লরবনি। (কোযেৎ লৌথোকই) মসিনমুক কদায় থল্লমদোইনো ঐবো। ফমুং মথক্তদি থম্মু হায়- কনাই ফমুংদনো থমদৌরিসিবো। মাই ফমুং মথকসিদা থমজিল্লম্মসিবা। (কুন্দো পবেংগা কোযেৎকা থল্লগা) সিমসু মাই মোন ময়াসিদা, (চপ লেপ্পী) ফম্মুংসিনা ঐগীনা কবম্বনো

মাগীনা করম্বনো? (নক্লা বেন্দ খোঙবা, ডিউটি ওকপগী ঢোল থিনবা মখোল তায়) হায়স। কৈন্যাসিসু কোম্ব্লোং য়ৌরক্লমানে। (মঙ্গি ফৈজোম শেৎলি পূময়াৎ লিৎলি চেনশিল্লকই)

মঙ্গি - (পাখৎনা) কৈন্যা য়ৌশিল্লকএনে তামো।

সনাজাওবা - লুহোংবা হেক লোইবগা ঐখোয়না হান্না চৎখ্রসি মহায়-বর কৈন্যা অনী তুং-মাং গাড়ী অমমমদা চৎমিন্নগদবনি হায়দনা নোইনা শীনবদু ফরেদনসে। ঙাইহাক্তা চঙলকখিনু হায়য়ু ঐ ফি অমুক্তা হোংখিগে।

মঙ্গি - মদু য়ারোইনে তামো। অসোম কাদা হোংসি ঐ তামোগী ফি পূজরক্লগে।

সনাজাওবা - নতৈমদুবু মশকপু ফজবরনে মঙ্গি?

মঙ্গি - তামো ফজৈবো। মমৌ নুপীগী মশক্তু উবদা ঐখোয পাবুংখোয়দি কৈন্যা থোরকপদা চাম্মা চৎপী থাগৎলকইবনিদা। অদু লৈ হুকপবু ওম্মোক্লা হৈখ্রেনে কদাইদৈবু তম্লুবনো?

সনাজাওবা - মীগী লুহোংবা খবা চৎলুনহে, পাখং লীশিল্লক্লবা হায়বসিদি লুহোংবদা লৈ হুকপা ফজবনিনে। (বেন্দ মখোল নকশিল্লকই)

মঙ্গি - (পাখৎনা) লাকওনহে অদুদি অসোম কাদা। (চীংথঙখোম্বা ফিংনা চঙলকই)

চীংথঙখোম্বা - (ইরাং-লাংনা) কৈন্যা য়ৌশিল্লক্লেনে। চৎলু অশোমকাদা নফি হোংলগা ইপাগী কারোমদা থোকখ্রো। (ইবাং লাঙনা মচানুপাবু তানশিনখি)

মঙ্গি - (নোক্লগা) ঙসাইগী ঐখোয় ববাগী শেল খুৎথাদু ফাওবদি শেৎলিহে।

চীংথঙখোম্বা - (নোক্লগা) নঙসু উহৌবরা?

মঙ্গি - হুইশেল খোঙলকইদু ঐনিনে ববা।

চীংথঙখোম্বা - ডুহার মমায় পাকপীদুনা মমিত্তু ঐঙোন্দা ফলপ-ফলপ

য়েংলগা (নোক্লগা) মিৎচি-ও করিও তৌশিল্লকপদুদি ইমৌনগা ঐনা থব্রাইনা তাজবা ফগুলে পেনমনখিদুনা থারগেদো হায়দুনা শৎ-শৎ হেক্তা থাদোকপনিদা।

মঙ্গি - (নোক্লগা) চাম্ম-চৎপী ঙাক্তা শৎ-শত্তুনা ববানা থাবদুদদি ববাগী তুং-ইনবা ঙম্লখিদ্রেদনা।

চীংথঙখোম্বা - মীনদি হেনবা য়াবজাৎ নত্তে ইপাদি মঙ্গি। মখোয়গী মখুরা অহনদুগী কলেজাদু ইপানা শেম্বা অমুক্তা থদৎলেদনা।

মঙ্গি - ইতৈমা লাক্লবনিনা নুংঙাইরেনে ববা।

চীংথঙখোম্বা - নুংঙাইবগা অব্রাবগা খুৎশম্নবা হৌনবনি মঙ্গি। (পূক্লিং নুংশিনা) ইচাগী ইমৌসিবু কোন্দুনা ইমূংদা পুশিনগদবদু লৈকাইগী মী নেক্লিবসিনি। মসিনি ইপাগী থম্মোয় পুবা য়াদ্রিবা, সনাজাওবগী মমাদু লৈজরম্লবদি কয়াদা হরাওজরমগদবা। (চীংথঙখোম্বা ফৈজোম কুঞ্জা মতোন্না মপী তৈথোকই, তাঞ্জাসিদা ডিউতি ওকপগী ঢল মখোল তায়)

মঙ্গি - (ইফিং-ফিংনা) ডিউতি ওকপ্রে ববা।

চীংথঙখোম্বা - (ইপা-পাখৎনা) শোমদা শোমদা শোমদা। শোমদা লাকওনে (চেনখি)।

মঙ্গি - ইহে। পাখং অরিবগী লুহোংবসিদি। (চেনখি, নুপী থিনবা লোইখিবগী বেন মখোল তায়, ইচিক চিকই, ব্রাখল ইরাং লাংনা উই, মৌ অনৌবীগী ফিজোলদা মকোক খুমদুনা রাজলক্ষ্মী থোবকই, মপান্দা সনাজাওবগী মমান্নবশিংনা নোকপা তায়, বাজলক্ষ্মী তিঙক্লা য়েংই, মায়থোঙদা নুংঙাইতবা, তৌফম খঙদবা লাংতক্লবা ইয়ান য়ান্নে তুমিন চঙশিন্দুনা থাবল্লিবা ইমূংগী ফম্মুং শেম্মী, সনাজাওবা চঙলকপদা পুক্লিং ইরাং-লাংই, ইকাই, সনাজাওবনা ইমূংগী থোং থিংজিল্লি, রাজলক্ষ্মীদা ফল্লপ য়েংই, থোং অমুক হাংদোকই, ফুবিৎখাওদগী চুরুপ উপু লৌথোকই, মচৈ অমা লৌথোক্লুনা মচিন্না চুপ্পী, রাজলক্ষ্মীদা

লৌথোকই, মচে অমা লৌথোক্তুনা মচিন্না চুপ্পী, রাজলক্ষ্মীদা হাইফেৎ য়েংই)

বাজলক্ষ্মী - (মৈখেৎ খেৎকে তৌরকপদা) প্লিজ।

সনাজাওবা - (চপ লেপ্পী, রাজলক্ষ্মীদা য়েংলকই, অনী য়েংনৈ, বাজলক্ষ্মী লূকথখি, নোকমিনা) করি?

রাজলক্ষ্মী - (লুকথবগা) ঐদি চুকট থকপা পামজদে।

সনাজাওবা - (মচিন্না চুপ্পুবা চুকট মখুৎ যেৎনা, ওইনা লৌথোক্লগা খেৎকে তৌরম্বা মৈখেত্তুদা চুরুট মতোন্না তক তক তপ্না শুবগা) অদুবু, ঐদি চেন স্মোকবনি। নোংমদা ঐনা থকপা চুকটসি মশিং খঙবা নত্তে। (নোকমিনা বাজলক্ষ্মীদা অমুক্তং য়েংলগা) ওকে। (মখুৎনা পায়বিবা চুকত্তু উপুদা হাপচিল্লগা মৈখেত্তুগা পুল্লপ ফুবিৎখাওদা হাপচিনখি) নুপীনা হাযবা ইন্দ্রবা নুপাদু নুংঙাইবা ঙমদে হায়নৈ। (নোকমি) থক্তা তাবেদনা। যাবব্রা?

রাজলক্ষ্মী - (ঈংনা য়েংলগা) থেঙ্ক য়ু। (নোকমি তপ্না হৌগৎলগা মমায লৈথোকখি, তুমিন লৈখি)

সনাজাওবা - (নুংশিনা) লক্ষ্মী।

বাজলক্ষ্মী - (মমায় লৈশিল্লক্তুনা) তাকপীয়ু।

সনাজাওবা - (হাইফেৎ য়েংলগা) উমঃ (হায়দোকপা খঙম ঙমদে) উমঃ করি হায়দৌনো খঙদে, সুমাই তৌবনি। আ কবিগীনো নমায় লৈথোক্লিবদি?

বাজলক্ষ্মী - হুম। (মপি শীষ্ণে, তৈথোকই লোন্না)

সনাজাওবা - কপ্লিববা?

বাজলক্ষ্মী - (মঙক হাইবগা তবংদা নোক্লগা)কপতেদা।

সনাজাওবা - লুহোংবা নুমিৎসি কৈন্যাশিংসি য়াম কপই হায়নৈ। ঐদি অদুগী কপ্লিবোই খল্লুরে। এনিবে, ঙসিসে ঐগীদি য়াম্না নুংঙাইবা নুমিৎনি। (বাজলক্ষ্মী তুমিন লৈ) কবিগীনো মবম হংলক্লিবদি?

বাজলক্ষ্মী - (ইঙক-ঙক্লা) মবম?

সনাজাওবা - মবম অনী শুই। অহানবা মরমনা ঐখোয় ববাগা ঐগদা লৈবা য়ূমসিদা নুপী অমা দরকাব লৈবা ইমুংসিগী য়ূম্বান পুক্সিদা অহোবা অমগীদমক ঐখোয় ববানা মৌ অমগীদমক ব্রাজবদু ঙসিদি মপুং মরৈ ফাববী নহাক লাক্লে। অমনা ঐগীনি। (বাজলক্ষ্মী তরংদা লৈ) খঙদেদা, নঙনা লাকপসে ঐদি য়াম নুংঙাই।

বাজলক্ষ্মী - (তপ্না) ও!

সনাজাওবা - কৈনো ও হায়দি?

বাজলক্ষ্মী - (ইপা পাখংলি) ঐ ঐ শোইখ্রববা?

সনাজাওবা - শোইদেদা। অপটবওল, ঙসিদগী নহাক ঐখোয়গী চংনবী অমদি ধর্ম্মনা শক তাক্লবা ঐগী নুপী হায়বদু ওইবরে। ব্রাফম অমনা

বাজলক্ষ্মী - তাকপীয়ু।

সনাজাওবা - ব্যবহাব য়াম্না তৌক্লনুদা। য়াম্না লাপ্লবকা মাপ্লি, কোইদনা হেক্তা হায়য়ু কৈদৌবগে?

বাজলক্ষ্মী - (নোকমি) অদুদি কমাই হায়দোইবা?

সনাজাওবা - ই: অদুসু ঐনা তাকখিদ্রা তৌবিসিবো? সুমাই তৌই, ঐখোয় মখা থঙবসিদা ইতৈমা থাদোই হায়দনা অমা লৈ, মাগী নুপাদো কেশো কৌই। ইতৈমা থাদোইগা তা কেশোগনা ব্রাবী শাবদা শুমাইনকা তৌই (মতৌ তমদুনা) কৈনোমি? অদুবু কৈ হায়নোবা? কাযনা তৌই? (নোক্তুনা) অদুদা তা কেশোনা সে-সে অদু শিবী -শিবী কাইনা শুক-শবা-শুক, হা-হা-কাসু থব্রায তানা নোকমিন্নে। য়েংবদা মোই মতৈ মনাওদু কয়াদা নুংশিনবা মানখ্রে।

বাজলক্ষ্মী (নোক্তুনা) খঙদেদা! ঐদি য়াম হৈতে।

সনাজাওবা - ঐসু হৈতেদা। (নোক্কুনা) অদু, মোই-মতে মনাওনা নুংশিনবা মতৌদু উবদা ঐনা খনখি, রান ডে, ঐগীসু ঐগী পুন্সিবু অনৌবা মহাও শীরগদবী অমা নোংমদি শোইদনা লাক্কনি। অদুবু ঙসিদি, মেচ্যুর ওইরবী নহাক লাক্লে। ঐখোয়গী ধর্ম্মনা হায়-নুপী ওইবী নখোয়সে নুপাগী হকচাং তঙ্খায়নি। ডেট মিনস- নুপা নুপী অনীগী পুন্সি হায়বসে অমগা অমগা সেয়্যার লৌনবনি। অনিংবা অপাম্বা রাখল পুকচেল অমত্তনি।

বাজলক্ষ্মী - চুম্মী।

সনাজাওবা - (নুংশিনা চঙশিল্লক্কুনা) ঐগী অমদি নহাক্কী তুংদা ওইরক্কদবা পুন্সিগীদমক, অফবা আইদিয়েল ওইবা পুন্সিগীদমক ঐখোয় অনীমক অমগা অমগা অন্দরষ্টেন্দিং অমদি কনফিডেন্স লৈনবা মতম চুল্লগী ওইনা ঐনা পাম্মী। (রাজলক্ষ্মী মরু লূকথদুনা হিক-হিক কপ্লকই) কবিগীনো কপ্লিবদি? (নুংশিনা মশা পায়দুনা) নঙগী মওংসিনা ঐগী অঙাং ওইবিঙৈবু নীংশিংহল্লি। য়েংউ, ঐনা অঙাং ওইনা বামকৃষ্ণ মিষনদা অহানবা চঙবা চহিদুদা ঐনা হেক কপ্পসিদি। ইমাসু নীংশিংই, ববাসু নীংশিংই, বোবোকসু নীংশিংই বুলু হাযবা ঐগী হুইনাওদুসু নীংশিংই। নীংশিংলগা পেন্নবা কপ্পতদা ঐগী পোত্থাজবা হায়বদু ওই। লক্ষ্মী। নঙদি মেচ্যুব ওইববীনি। ক্বালিফাইতসু ওইরবীনি। নঙনা কপ্পদি নহাক্কী সেকেন্দ থোত অমনা কন্ট্রোল তৌফম থোকপ্রা খল্লি।

বাজলক্ষ্মী - (মপি তৈথোক-তৈথোক্লা) অদুবু, ঐদি ঙমদে। হৌখিববু নহাক্লা করম্না লৌবগে?

সনাজাওবা - (নোক্লগা) হৌখিবা! পাস! পাস ইজ নথিং! পাস ইজ পাস! হৌখিবদি হৌখিবনি, মীপুম খুদিংগী পাস লৈ, মায়োক্লবিবদি হৌজিক্লি।

বাজলক্ষ্মী - পুন্সিদি হৌখিবা য়াওদনা হৌজিক্কী মতমতনা ওইবা য়াদে।

হৌখিবা অমদি হৌজিক্তা লাক্কদবা পুল্গী ফাউন্দেসন ওইগদবনি।

সনাজাওবা - (নোক্লুনা) এক্সিলেন্ট ! অদুবু, হৌখিবা নহাক্কী পাসকী দোষ থিদুনা নহাকপু ঐগী পুন্সিদগী খক তোখায়হল্লোই।

রাজলক্ষ্মী - (কপনোক নোক্লুনা) অচুম্বনিকো। (হরাওজে)

সনাজাওবা - (নুংশিনা) লক্ষ্মী। ঙসিদগী নঙদি, ঐগী হৃকচাং তঙ্খায় ওইববনি। নঙোন্দা করিগী ঐনা মীনম্বা ঙাঙগদৌরিবনো?

রাজলক্ষ্মী - (কপ্লা) ঐ-ঐ ঙমনি। (হবাওই) য়ু আর জেনিঅস। অদুতনা নহাক্কা অচৌবা মী ওইরম্বনি। (হরাওনা) ঐ-ঐ হায়ফম খঙদনা নুংঙাইরে। (অমনা অমবু য়েংনৈ, তপ্লা-তপ্লা চঙশিন্নৈ, তাঞ্জাসিদা মঙ্গি চেনশিল্লকই)

মঙ্গি - (ইফিং ফিংনা চঙলক্লগা) তামো !

সনাজাওবা - (অনীমক হনদোক্লে) মঙ্গি !

মঙ্গি - তামো জ্ঞ্যানেশ্বব, তামো মোতিলানখোয় লাকইয়ে তামো।

সনাজাওবা - ঐ থোবক্তে ফমহল্লম্মু।

মঙ্গি - মোইগীসিবু কবি শেমগদগে তামো।

সনাজাওবা - (ঘড়ী য়েংলগা) থেঙনা লাকপা মোইবু করি পীজ-পীথক্লুনি হাযগে। উন্নরগা থাদোকখ্রলোইবে।

মঙ্গি - (রাজলক্ষ্মীদা) ইতৈমা ঐগী মিং মঙ্গি কৌজে।

রাজলক্ষ্মী - ও !

মঙ্গি - ঐখোয় তামো সনাজাওবগী জুনিয়রনি। তামোনা দিল্লিদা লৈবিঙৈদা ঐসু তামোগী সেম য়ুনিভবসিটিদা তামোগী জুনিয়ব ওইনা তমজরকপনি স্কুলদসু তামোগী তুংইঞ্জবকপনি।

সনাজাওবা - যাবে কৈদৌরগে মঙ্গি !

মঙ্গি - তামোনসু ইন্ট্রডিউজ তৌবীদ্রে। অদুদদি ঐ ইশানা তৌজবনি।

সনাজাওবা - যাইদা-যাইদা ! (লক্ষ্মীদা) ঐগী নুংশিখ্রবা ইনাওনি।

মঙ্গি - অনৌবা-অনৌবীগী কা হায়বসি মী চঙহন্নিংবজাৎ নত্তেনে। (নোকশিন্দুনা শুগৎলল্লগা চৎখি)

রাজলক্ষ্মী - (মঙ্গিনা চৎখিবা য়েংহৌরগা) ৱারৌথ্রমাল্লে।

সনাজাওবা - কবিসু খল্লম্লোইদা। য়াম চম্বা ইনাওনি। অদুদি ঐ অমুক্তা থোক্লুখিগে।

রাজলক্ষ্মী - উম। (তিঙক-তিঙক্লা য়েংজে)

সনাজাওবা - মশক ফজবী নুপীনা ঐগী ওইবকাইসি পৃক্লিংসি খঙলুম লুম্মীকো। (চৎকে তৌই)

বাজলক্ষ্মী - (ইকাইরপ্লা) অসিবু ৱানি হায়দনা।

সনাজাওবা - (নৈশিল্লক্লগা) কাসিদগী চৎপু চৎনিংলক্লেদা। (নোক্লা নোক্লা চৎখি, রাজলক্ষ্মীনা তিঙক য়েংহৌই)

রাজলক্ষ্মী - ঙসি ঐনা তৌরিবসিবু কবিনো? (মতোমতা) ঐ ইশাগী মরমদা ইতোমত্তা ঐ হায়ফম খঙলক্তরে। (কপথোবকই) ঐ খঙদ্রে। ঐ খঙদ্রে। ইমানা ইফমদা থমলিবা মচা ওইবগী কনফিডেন্স মাঙদননবা হোৎনবদা ইশাদি মৈগী কোমদা চোঙশিল্লে। হৌজিক্লা অমুক অনৌবা মহাক লুহোংবগী অহানবা অহিংসিদনা করিগীনো ঐবু অসুক য়াম্লা লাংতক্ল হল্লিবা, লৈতাফম খঙহন্দ্রিবসিবো। (চীংথঙখোম্বা থোরকই)

চীংথঙখোম্বা - (মনুংদগী) ইবেম্মা নুপীমচা।

রাজলক্ষ্মী - (মকোক খুম্মী, মপী তৈথোকই) অ: ঐ-সিদা লৈজবে। (খঙখুম খুমদোকপা ঙমদে)

চীংথঙখোম্বা - (চঙলকই, মমৌদগী লাপতক লৈ) ইবেম্মা। (নুংশিনা) ইমূং অসিদদি ঐনা নঙগী ননেম-নকু হাযবদু শুপ্লা লৈগদৌবনিনা ইপা ইচাদা ৱা অমত্তংদি হাযহৌগে। ইচানুপানা কৌবগুম নঙসু ঐবু ববা কৌকো।

বাজলক্ষ্মী - ববা।

চীংথঙখোম্বা - (নোক্কুনা) অদুনিদনা ইচাসিদি। নঙসু অঙাং পীশক ওইরিঙৈদগী মপাল লমদা লাইরিক তম্নকপীনি। ইচানুপাসু অঙাং পীশক ওইরিঙৈদগী মপাল লমদা লাইরিক তম্নকপনি। নখোয় অনীমক নহে-নশিং তম্বা লোইরবা মতিক চারবা ঙাক্তনি। ইচানুপানা সরকারগী থবক হান্নবা ফঙলে, অদুগা ইমৌসু পরিক্ষাদি লোইখ্রগা রিজল ঙাইরি হায়বা ইচল যাঙ্কবীনা হায়দুনা ইপা তারে।

বাজলক্ষ্মী - ববা।

চীংথঙখোম্বা - ইমৌসু লাইবক ফবকসনু, মঙ্গল ওইরকসনু। নহেগা চানবা শীনফম পায়দুনা অচৌবা অফিসার ওইসনু। ইকুনা মঙ্গল পীবি। অমবোমদা নঙসু ইচানি, নঙ পাবুংদু ঐগী নহা ওইরিঙৈগী মরুপনি। অদুতনা ঐনা ইচাবু ইমৌ ওইননবা হায়নবদা নমা ইবেম্মনা ইচাবু ইমৌ ওইননবা ইখুত্তা শীন্নরক্লিবনি।

রাজলক্ষ্মী - (নোল্লুক্লা) ববা !

চীংথঙখোম্বা - ইপানা হায়নিংবদি নঙগী নপুরোইবনি হায়দুনা তৌরিবা ইচানুপা সনাজাওবসে মাদি য়াম্না চমজবনি। সিনসিঅর ওইবনি। মথৌদা পূক্লিং চঙবনি অঙাংগী রাখলদতা লৈবনি। রামকৃষ্ণ মিষনদগী চাউখিবা অঙাং ওইদুনা মাদি মীনম্বা ওইদবদি য়াদবনি ঙাঙনি ঙাঙলোই খঙদবনি। মাগী রাঙাঙ নাতৈ চাদবদা ইচা করিসু নত্তবদা রারৌবা য়াদেকো ইবেম্মা।

বাজলক্ষ্মী - (নোল্লুক্লা) ববা !

চীংথঙখোম্বা - মৌ অনৌবীনি হায়দুনা ইমুং-মনুংগী থবক কা হেন্না শু-নোম্নু ইচাসিদি, নমা ইবেম্মনা তমদুনা ইপা খঙই ইচাসু নিঙোল নতোমতা হৌবীনি ঐগীসু মতোমতনি। ইপাসু থবক শুননবা মী অমা থীরিবনি।

বাজলক্ষ্মী - (নোল্লুক্লা) য়ানিদা ববা।

চীংথঙখোম্বা - ফরে-ফরে অদুদি ফিভমগী মতুং ইন্না শীনবা হায়বদুনি। পোথাজরো - পোথাজরো। হৌজিকপু লাক্লিবা মমান্নবশিংসিনা করম্বজাংনো ইপাসু মোই মনাক্তা অমুক্তা চঙশিল্লুখিগে খরা থুনা চংখিননবা। (হাইফেৎ য়েংলগা) নোয়দি কোয়েংকা লৈপরেংগসিদি সে-সে কোয়েংসিনা নঙগী আলমারিদুদা হাপচিল্লু, লৈ পরেংকাদুসু মফম চানা থমজিল্লু। ইপানা য়ারগা লোইরে তৌহৈবা তৌহৈদবা। (ঙাঙনা ঙাঙনা চঙখি) চংলু-চংলু (বাজলক্ষ্মী কোয়েং লৈপরেং পুদুনা চঙখি)

অহানবা উংপা লোইবা

# অনীশুবা উৎপা

(রাজলক্ষ্মী অফিস, অয়ুক অফিস কানরকপা মতম, পিওন লৈশেম্বা অফিস কারকই মতোমতা মুরুম-মুরুম শোল্লি)

লৈশেম্বা - (ঘড়ী য়েংলগা মতোমতা) পুং ১০ দা অফিস কারকপা হৌনদে সবকারগী লোয়শঙনা। ১১ কা তাবক্লবদি খবা-খবা য়ৌনরকপসু ময়াই। অদুবু মচানিনা ঐখোয়দি ঙন্দবা য়াদদুনা ঙল্লকইদোসে। পাখংনা পিওন ওইবসিদি ওইদি ওইহৈদবজাৎনিদকো। অঙাং ওইরিঙৈ লাইবিক তল্লিঙৈদদি ঐখোয় পাজিনা লাইবিক তম্মু-তম্মু হায়রিঙৈদদি মার্বল তমলিঙৈ, কেরোনদা খুৎ চুম্বা তমলিঙৈদা লাইরিক্তিং তমহৌদ্রেদো, ফুল কাউ-কাউ হায়দুনা থারগা হৈনৌ কারিঙৈ খোংনাং কারিঙৈদা জ্ঞ্যান তারকপদদি ঐগুম্বনা ফঙবা থবকসিদি পিওনদা মতাইনে। নুপী থিরগে থবক তৌরবনিনা তলব চাববনিনা হায়ববসু ঐখোয় অফিসকী ষ্টাবকী ফজবী কেবা হৈবী ময়ামসি উরুরবনিনা পঙচোপ চোল্লা নুপীসু লৌনিংদ্রেদো। ওফিসনি হায়দুনা তৌবিবসিনা নুপী ঙাক্তা, অফিসারসু নুপী, ষ্টেনোসু নুপী, কেরানিসু নুপী, হেড ক্লার্কসু নুপী, কেসিয়ারসিগা চৌকিদারসিমক্তগসু নুপী ওইরম্মদি ফদৌবনি। খঙদে, লৈবাকসি লাইরিক হৈবসি নুপীনা মশিং হেল্লমাল্লে। (গাড়ি মখোল অমা তায়) হায়স কনানোমা লাকখ্রে, মৃনালিনী ওইরমাল্লে, ঙসিদি মী অমফাও লাক্লিঙৈসিদা তাঙ্গাসি মাঙহনহৌররোইসিরা কবিনো? হেরা, লৈশাবীদা পাখংনা কোইগে পাম্মী হায়বু থানানা ফাদৌসু নত্তবা। লৈশেম্বগী লাইবক শেমহৌরগে। (মৃনালিনী কেনা বেক অমা য়াল্লদুনা চঙলকই)

মৃনালিনী - (বেক্তু টেবলদা লওশিল্লগা ফম্মী) তা লৈশেম্বা কনা-কনা লাক্লরে ?

লৈশেম্বা - কনামত্তা লাক্লিবো।

মৃনালিনী - ঈশিং গ্লাস অমত্তা পূরকউ।

লৈশেম্বা - চাক চাবীরক্লবরো হায়বীরিসিবো?

মৃনালিনী - (থওইদনা) চাক চাদনবু অফিস কারক্কদ্রা নঙনা ঙাঙলিবদুবো?

লৈশেম্বা - করিগীনো ফরক্তা ঈশিং কৌবীরিবদুবো। ঈশিং হায়বসিদি নোংমদা মতম চানা অনীবক অয়ুক্কী অমুক, নুমিদাংগী অমুক, চাক চাবদা হকচাংগী চাংদা পেন্নবা থকপীগদবনি।

মৃনালিনী - তানিংদে তা-লৈশেম্বা। ঈশিং থকপগী মতম থম্বা হৌনদে উটসু নত্তনা।

লৈশেম্বা - ঐখোয়গী মৈতৈ ব্রাহৈদা চাক-ঈশিং হায়নবিবনি। ইবেম্মখোয়দি লাইরিক্তি ফনসু মহৈ হায়ববু থকপা চাবা চং নাইদে, হকচাং ফবোইবো। ঐখোয়দি সত্য ! শেঙখ্রবা জাৎনিকো ঐখোয় হকচাংসে। হৌজিক্কী মতমদা নুপা অক্বা হায়সি অতৈ ওইরমদ্রেনে ইবেম্মা হকচাং শেঙবা লাইনা তিন্না চঙবা ঙমদবসি ওইবম্মেনে।

মৃনালিনী - (শোম্থাংননা) করিনোনে মসিনা ঙাঙলিবসিবো।

লৈশেম্বা - অওইবনি ইবেম্মা। থবক অচৌবা তৌবনি শেল শায়বনি হায়দুনা মমৈ থেক্তুনা চৎনখ্রগা নুপাদু মশা লাইনা তিন্না চঙবা ওইরমদুনা লুখ্রা য়াম্না ওইনবেকো ঐখোয লৈবাকসে।

মৃনালিনী - তা-লৈশেম্বা নঙগী ব্রাদু তানিংদে, ঈশিং পূবকউ হায়বদু 'দুম পূবকউ।

লৈশেম্বা - খঙনরুবা তিন্নরুবা কৌবনিনা ফহন্নিংদনা হায়জবরিকো। ফনি লৌজরুগে। (চঙখি)

মৃনালিনী - শোনো ওইনা হেক তৌরদনা মসি মীশিনা।

(বেক লৌখৎলি, মিংশেল মচা পূথোকই, য়েংই) ঐসি থিদি থিদবজাৎনিকো। অদুবু, হৌজিকালগী অফিসার পাখংশিং, ডাক্তর ইঞ্জিনিয়ারশিংসিনা অমত্তনা ঐবু কোইগে হায়দ্রিবসিনা করিগীনো? (লিপষ্টিক লৌথোকই, থক-থক তৈশিল্লি, গাড়ি মচা অমা লাকপা তায়) কনানো লাক্লিবসিনা। ইবেচানিনহে। (কৌদুনা) ইবেচা। নঙ সোমদা অমুক্তা লাকখোনে।

মনুংদগী - ঙাইহাক লৈরগা লাক্কে। এটেনদেন্স সোই অমুক্তা তৌশিল্লুখিগে।

মৃনালিনী - পাউ নুংঙাইবা অমা লৈ তম্বীগেনে। (লৈশেম্বা ঈশিং গ্লাস অমা পুদুনা চঙলকই)

লৈশেম্বা - কবি পাউ নুংঙাইবনো ঐখোয়সু তানিংইদা ! (ঈশিং টেবলদা থম্মী)

মৃনালিনী - (ঈশিং ওইথংবা খুৎনা লৌবগা) নোই পাখং অবিবনা তাবা হৈবা পাউ নত্তে। ঐখোয় নহাগীনি। (থকই টেবলদা অমুক থম্মী)।

লৈশেম্বা - তৌনুদা ইবেম্মা ঐনা অফিসতা লাকপসিদদি কেবরোই হায়দুনা কেদবদগী অহল মাঞ্জবগী বানী, নহাল নোংমা ঙসিদি মতৌরগে হায়দনা কেথদুনা বজাব থোকউবু ফিল্ম যাওবীয়ু, এলবম কুম্বীয়ু হায়দুনা প্রদুসরনি হায়দুনা মোই তরামুকপু লাকইনে। ঐখোয় অফিসসিদা থবক মচা তৌরুবসিদা মীনা উশিৎপীদবৈ বানি। সিদৈবু থোকশ্রবদি নবুংসু অরাইবা মী নত্তেদা কেথবী।

মৃনালিনী - (খঙপ্রেক খঙই) ঐগী মিং কেথবী কৌই নঙোন্দা কনানা হায় তা-লৈশেম্বা?

লৈশেম্বা - ই: থিগৎলিবনি কৈনো ঐখোয়সু।

মৃনালিনী - ই: নঙনদি কবিগী ঐবু থিরিবা ! (শাউবকই)

লৈশেম্বা - থিগত্তদি কৈনো? তম্বা ঙস্নো লাইবক্কী ৱাবু।

মৃনালিনী - কৈনো তা-লৈশেম্বা নঙনা হাযদো? (হৈনদনা য়েংই)

লৈশেম্বা - হেরা কেথবী ঐ নঙবু কোইগে হায়দেদা, নমিৎ ননাকা লঙথোক্তনা তৌশিল্লকনুদা। ফনা চাউবা ওইরবসু অফিস অমত্তদা থবক তৌমিন্নবা নুপী লৌবীগদবা লৈশেম্বদি নত্তেদা।

মৃনালিনী - শিআ ! মসি নুপাসি ঙমদ্রা। ঐবু লৌবা কাইনা। শক্তাসিগা অঙাও-অফৈ মানবা নঙোন্দবু সিনেমা কুম্মু হায়রকইকাসু হাযজবা শাবিযে।

লৈশেম্বা - তৌনুদা কেথবী। নঙবু পামজবা ঐখোয় লৈকাইদগী ইমান্নবা ডাক্তব অমনা অমুক্তা চৎমিন্নরুসি ভাইগীদি ষ্টাবনি হায়দুনা নোই লৈকাইদা লাকপীবৈ ৱানি। য়াম চাউথোক্লগদি চাঙ্গ মাংজবেদনা।

মৃনালিনী - (খঙনিংনা) তা-লৈশেম্বখোয লৈকাইদগী ডাক্তব পাখং কনানোনে?

লৈশেম্বা - (নোকমি) হায়বোই। হৌজিক্তি হায়দোকখ্রনি। মচিন যাম্না কনবা জ্ঞ্যান য়াউদবী নুপীনি যেংউবনু ভাই হায়দোকখ্রনি। ঐনা পামদবা নুপী মকপ-মপাং কোইহনবা হৌনদে।

মৃনালিনী - (ওইনা) নচল-নচা ওইবা হাযবসিদি শেম্বীগদবনি কৈনো তা-লৈশেম্বা। নপুক ফত্ত তৌনু। মী অফবা ওইববদি ঐ ইশাগা খঙনহল্লু কৈদৌগে। খঙনগেনে ঐগা।

লৈশেম্বা - নঙবুদি ঐখোয ভাইদুনা য়াম মুন্না খঙইদা। মোই ইমাদুনা লৈশেম্বা নঙবু মৌ অফবা অমত্তদি যেংলকউ ইমৌ ওইগে হায়বা, অদা ঐনা মশকসু ফজবী, ইংসু তপ্পী, মগুনসু লৈবী, হেক য়েংবদসু নুংশিবা ঐখোয অফিসতা ষ্টৈনো লৈশাবী অমা লৈ অসিনিদনা।

মৃনালিনী - (থাজদুনা) আ: আ:

লৈশেম্বা - অদৈদি মমাদুনসু, মচাদুনসু নঙবুতা হঙবদা লোইরবা ঐনসু নঙবুতা থাগত্তুনা ঙাঙবা অদৈদি ঐখোয় ভাইদু নঙসি মশক শুকউ উদনা মথম্মোয়দা মুর্ত্তি অমা ওইনা শাগৎখ্রেনে।

মৃনালিনী - খঙইনে ঐ, তৌরিনেনে নঙসে।

লৈশেম্বা - অদৈ, অমুক্তা খঙনগে হায়মন্দুনা খাঙবা ঙমদদুনা নোই নযূমদা হেক্তা পুশিল্লগেনা মাই মারুটি কাবদু সৎ নোই লৈকাইদা থৌজিল্লকপনিদনা (নোক্লগা) হ: হ: হ: নোই মখা থংবগী পান ডুকান্দুদা ঐনা মৃনালিনীখোয় ময়ূমসিবু হায়না হঙলুবু মৃনালিনী কৌবী লৈতেনে অদৈ ঐনা নঙগী নওং-নতৌ, গাড়ি খুৎথৌ-লাকথৌ, চিম্বালদা নোংমা-নোংমগী শঙলকপা মচু, মীনোক, মীৎপান, লাইযেকপা অমনা য়েকপগুম হেক্তা জব-জব হায়থবনি। অদা নঙদি মৃনালিনী হায়রদি কনাম খঙনদ্রে, নমিং কেথবী কৌইএ। নত্তে নঙনা থবক চঙখলকপা সার্টিফিকেত্তুবু অশাবরা- অশেংবরা?

মৃনালিনী - কাবন-ঙাঙদৌ শরুক পাউদু তম্লকউ। মৃনালিনী হাযদি ঐখোয পুপুনা থোনবীবা, কেথবী হায়দুনা ঐখোয় মমানা থোনবীবা।

লৈশেম্বা - ও: অনী থোকপৈ ব্রানিনে। মদৈ নঙদি অ: কদাযদনো অমা চৎখ্রেযে, ঙবাংসু লাকই, থেঙনবীপোত্তে।

মৃনালিনী - ঐদি খঙসু খঙদনা ! তা-লৈশেম্বনা পাউদি হাযদি হায়দনা।

লৈশেম্বা - ইবেম্মদি য়ুমদদি লৈদি লৈতনা।

মৃনালিনী - অদুবু সুমাই-সুমাই তৌবে হায়দু হান্নদা ঐঙোন্দা হান্না পাউ পীবা য়াদ্রা হাযবা।

লৈশেম্বা - ঙসিসু অফিসকী গেট মমাং ব্রাইদা ফনা কুইববনি। অমুক্তং য়েংজবগা হল্লগে হায়দনা ঙাইজবল্লিবা।

মৃনালিনী - মশম খর খর খোইবদুরা !

লৈশেম্বা - (নোকশিন্দুনা) নঙোন্দবু করি হায়রক্কে।

মৃনালিনী - করিসু হায়রক্কে।

লৈশেম্বা - ঐ ৱা তাদ্রদি মাদি কদাইদৈ ৱা হায়বা ঙম্লনি। মরোল-মরি মেন-মান অমা ইতা তানদদুনা মী য়াম ৱানরবনিকো।

মৃনালিনী - ই: তাদদি নহালমখৈদি হায়সু হায়দনা।

লৈশেম্বা - ইবেম্মদি মী য়াম খল্লে,ঐখোয় ভাইদুদি মশক থিয়ে। মীসু খনবা হৈতেয়ে।

মৃনালিনী - মশক ফজবা নুপা নত্তে ঐনা পামজবদি মগুণ লৈবনে।

লৈশেম্বা - সবেস- অদু হায়রদি নরোলদু চুমলেদনা। কান্নদে ৱা লোইথোকনৌ গভর্নব মনিংগী বেষ্টুরেন্টদবা, লম্ফেলগী রেষ্টুরেন্ট অমদরা শক খঙনৌ, ৱা লোইথোকনৌ অচাপোৎ অহাওবা অমমম চামিন্নবগা, কুইনা লৈশানিংগনু মতম ফত্তে।

মৃনালিনী - ঙাইখো তা-লৈশেম্বা কনানো মা লাকম্রে (কৌদুনা) য়ানি লেঙশিনবীরকউ। (যান্ধবী চঙলকই, মশা নাল্লি, চীং লেম্মী, ফিজোল নাল্লি, বেক অমা য়াল্লি) ইমাইবেম্মা ! কদোমদগীনো? (ইপা পাখৎলি)

যান্ধবী - ঐ নখোয় মেডামবু অমুক্তা উন্নগে লাকপনি।

মৃনালিনী - কবি লৈগে ইমাইবেম্মা?

যান্ধবী - ৱারী অকবা অমখক লৈ।

মৃনালিনী - তা-লৈশেম্বা ইমাইবেম্মগী চা পূরকউ। খবা চেকশিন্না শেমহল্লকউ। ঐখোয় মেডাম বাজলক্ষ্মীগী ইমাইবেম্মনি।

লৈশেম্বা - (নোল্লুক্না) ফনি, ঐ লৌজরুগে ইমাইবেম্মা। (চৎখি)

যান্ধবী - য়াবেদা ইবেম্মা। উম ! নোই অফিসসিদি য়াম্না নুংঙাইবা জাৎনিদনা। (ফমথৈ)

মৃনালিনী - খঙদেদা ইমাইবেম্মা ! (লৈশেম্বনা মাং থাদুনা রাজলক্ষ্মী চঙলকই, চীং লেম্মী, অবেম্বা ফিজোল শেৎলি, লৈশেম্বনা বাজলক্ষ্মীগী বেক, ফাইল অমদি ঈশিং মিনরেল ৱাটর বোটল অমা পায়রকই, মৃনালিনী হৌগৎলি)

রাজলক্ষ্মী - (চীংলেম্না) করি লৈরগে ইমা?

যান্ধবী - ব্রা অমা নঙগা ঙাঙনগে লাকপনি।

রাজলক্ষ্মী - লৈশেম্বা !

লৈশেম্বা - মেডাম !

রাজলক্ষ্মী - ঐগী কাদা মী অমত্তা চঙহল্লকনু। মৃনালিনী নঙসু মপান্দা লৈযু।

মৃনালিনী - য়েস মেডাম (থোকখি)

রাজলক্ষ্মী - কফি অনী শেমহল্লকউ। ঐখোয়মাদি কফি পাম্বনি, লৈশেম্বা।

লৈশেম্বা - ফনি মেডাম। (টেবলদা কাবোমদা চঙবগী মওংদা চৎলগা বাজলক্ষ্মীগী মাং থায়, বাজলক্ষ্মী ফমথৈ) থম্বীযু ইমা। কবি লৈরগে।

যান্দবী - (বেক্তগী চিঠি অহুম পুথোরকই) অর্জ্জুনসিং হাযসি কনানো? (মচাদা চিঠি পী)

বাজলক্ষ্মী - (চিঠিশিংদু হায়ফেৎ যেংলগা) ঐগী মকুপনি অমৃটসবদগীনি।

যান্ধবী - নপুবোইবা লৈববী নচা অনী লৈববী নঙগী নফমদা মহাক্না হঞ্জিল-হঞ্জিল চিঠি ইবক্লিবসিগী মবম কবিনো?

বাজলক্ষ্মী - (ফমথবম্বদগী হৌগৎলি, ঈশিং বটল পাইখৎলি মখুম হাংই) অতোপ্পা ব্রারী অমা শাসি ইমা।

যান্ধবী - ইমা মফমসিদা ব্রাফম অসিমত্তদি মখঙলগে লাকপনি। ইমানা অকুপ্পা ইংরাজিগী অশাংবা ব্রাহৈগী অর্থ লোয়নমক খঙদ্রবসু "লভ" হাযবা ব্রাহৈগা "সন" হায়বা ব্রাহৈগা অনীসিগী অর্থদি খঙই।

রাজলক্ষ্মী - কবিগীদমক ইমানা মীনা থারকপা চিঠি হাংদোক্তুনা পাকবিবনো? (খোইবাংই)

যান্ধবী - নঙ ইচানি। নঙ পাবুংনা থম্লম্বদা নিঙোল নতোমতনি। ইমা লাংতক্লে। তুম্ফম খঙদে, চাফম খঙদে, নঙগী নওং অসি করিনো ইমা হায়ফম খঙদে, নহাক ইজ্জৎ লৈনা লমদমসিদা

মীয়াম্না ইকায়খুম্নরম্বা নপাবুংগী মিংদা অমুবা কালি তৌশিনবা য়াবা খোঙফম অমদা লেপ্পুরব্রা ইমানা চিঙনদবা ঙমদে। ব্রাফমসি নতোমতগী নত্তনা নবুং-নৌপ্পাশিং অমদি ইমুংগী ইজ্জৎকী ব্রাফমনি। নাকল অমদা নহাক্কী নপুরোইবা অমদি নকু ইবুংঙো অমদি মীব্রা ঙাঙনবা পান্নবা লমদমসিগী মীওইনা খঙনরক্লগা করিনো মদুদা ওইগদবসে। ইমাদদি ইজ্জৎ মাংবদগীদি শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফে।

রাজলক্ষ্মী - ইমা। ইমানা অদুক য়াম্না হেঞ্জিন্না খঞ্জিনবীবিবা কবিগীনো? ঐ অর্জ্জুনদা চিঠি ইগে।

যান্ধবী - (টেলিগ্রাম অমা বেক্তগী শাউনা পূথোবকই মচাদা পী) চিঠি ইগেকাসু হাযবা শাবিয়ে, মহাক অমসুং মচানুপা অমৃটসবদগী ইম্ফাল থোকখ্রে। (বাজলক্ষ্মী ঈশিং থক্তনা থম্মী)

বাজলক্ষ্মী - (টেলিগ্রাফতু লৌদুনা য়েংলগা) ও: মাইগোড! ইমানা ঐঙোন্দা মাংজৌননা পাউসি পীদবগী মরম কবিগীনো? (শাউনিংনা) মচা অমা ওইনা ঙসি ফাউবদা ঐ ইমাগী ইজ্জৎ মাংননবা থবক তৌখিদবনি। ঐনা লুহোংবসু ইমানা, তামোনা, ননাওনা ইফমদা থম্লিবা কনফিডেন্স অদু মাঙদননবা লুহোংবনি। ঐগী পাবসনেল লাইফতা ব্রাফম অমা লাক্লে হাযববদি কবিগী মাংজৌননা পাউ পীদবগে। পীদবগী পীদবা অদুম পীবনু মদুগা হৌজিক্লা কবিগী পীববি?

যান্ধবী - নঙনা ওনখত্তুনা ঐঙোন্দা শাউগদবা নত্তেনে। নঙনা ব্রাহে অমত্তা হাযদ্রবসু ব্রাফমসি লাকপদা নঙগী মাযথোঙদা তাবিবা লাংতক্লবা তৌফম খঙদবদুনা ইমা পূম্নমক খঙই। নহাক, ইমাদা, নবুং-নৌপ্পাশিংদা নপুবোইবা অমদি লমদমসিগী চৎনবীদা মীনম্বা ওইদবা অমা তৌখ্রে। ঙসি ইমানা নঙগী নফমদা থম্লক্লিবা চিংনবসে ঐনা নহাক্কী নফমদা থম্লম্বা আশা, থাজবা অমদি নাপলগী ব্রাংমদনি। কোইনা ঙাঙলুদুনা কান্নদে, ঐনা চিংনরিবসিগী অচুম্বদো ইমাদা খঙহল্লু।

রাজলক্ষ্মী - রাফমসি ঐ ইমাগা শাঙথনা রারী শাবা পামদে। ঐ ইশাগী মতম মতমগী রাফমশিংদা ঐহাক্না কৈদৌগদগে হাযবদু ঐহাক্না লেপকনি। ঐ মীওইবনি। ঐগীসু প্রাইবেট লাইফ অমা লৈবা য়াবোই হায়বদি ঐ য়াবা ঙম্লোই। ঐনা ইমাগী ইজ্জৎ পাবুংগী ইজ্জৎ হৌজিক ফাওবদি মাংহন্দ্রিদনা।

যান্ধবী - নঙনা নুপা ওইবল্লবদি ফৈনহে নঙদি নিঙোলনি। নিঙোল হায়বসিদি মমা-মপা ওইবশিংগী শিদ্রিবা ফাউবগী রাখল লৈতাদফম্নি। মসি লমদমসিগী চৎনবীনি। নহাক চৎনবীদা মীনমগে খনগনু।

বাজলক্ষ্মী - তোক্লসি ইমা তোক্লসি।

যান্ধবী - করিগী তোক্কনি। মমা ওইবী ঐনা মবম ওকপীনি, হাযবা ইনবীনি, লমচৎ ফজবীনি, লাইরিক হৈবীনি, (কপনিংই) মমা-মপা, মবুং-মৌপ্বাগী ইজ্জৎ ঙাক্লা লৈবীনি হাযদুনা নাপল তৌজদুনা মতিক চাবা ইমান-ইমান্নবগী মচাদা থাজদুনা নচা অনী লৈববা মতমসিদা শকখঙদবা নুপা অমনা নঙমক্লা পোক্লম্বা নচানুপাগা লোইননা ইম্ফালদা থোবক্কনি এরোড্রোমদা ওক্লম্মু হায়দুনা টেলিগ্রাম তৌবক্লগা মমা ওইবী কনানা ইংথনা লৈথোকপা ঙমগদৌরিবনো?

বাজলক্ষ্মী - (হুমাং কাংই, কমাল লৌথোক্লুনা তৈথোকই) প্লিজ ইমা। মসি ঐগী অফিসনি। রারীসি মফম অমদা চৎলগা ইংনা শাকসি। পুন্সি হাযবসে কবিগুম্বদা মফম মতমগী মতুং ইন্না অবোনবা থমদবসু যাদে।

যান্ধবী - (শাউনিংনা) ঐনা নঙবু পীশক পীক্লিহৈঙদগী শেল চঙনা নমান্নবদগী মীকোক থোংবা ঙম্লনবা হাযদুনা ভাবতকী মনুংদা লৈবা অফ-অফবা মহৈ তম্ফমশঙদা নহৈ তম্লুনবা জ্ঞান তাল্লুনবা থাববু অরোনবা থম্লুনবা নচা পোক্লুনবা থাব্রনহে। ঐবু খাঙবা ঙমদ্রেনে।

বাজলক্ষ্মী - (ৱারৌরকই) নখোয়গী নফমদদি ঐ হায়বা ইন্দবী ওইখিদে, ফার্ষ্ট ক্লাস ফংই, গোল্ড মেডল ফংই, লমদমসিগী খবরশিংদা নখোয়গী নমিংগা কোন্ননা ঐগী ফোটো হাপহল্লি। লমদমসিগী অৱাংবা এম. পি. এস. সি. না লৌবা পরিক্ষাদা টোপর ওই। নখোয়না নুপাসিদা লৈয়ু লূহোংউ হায়বদা লূহোংই, মমা-মপাগী আশাগী ৱাংমদদি ঐ চত্তেদনা। (কপনিংই) অদুবু ঐসু মীওইবনি লূ-তোংনা শাবা হকচাংনি, ঐগী প্রাইবেত লাইফ অমা লৈবসিবু য়াদববা? মসি ঐনা সোলভ তৌগনি। কনাবুসু ৱাহল্লোই।

যান্ধবী - মদুবু যানববদি ঐনা নঙগীদমক কবিগী ৱাগদৌবিবনো? নঙ ইচানি। ফনা নহৈ হৈদুনসু ফনা শীংদুনসু ফনা চাউবা মী ওইদুনসু ৱাফমসিবু তবাইনা লোইশিনবা ঙমগনি হায়বদি ইমানা থাজবা ঙমদে। ৱাফমসি মী শিনবক্কনি। ইমা খাঙবা ঙমদে। খাঙবা ঙমদদুনা লাকপনি।

বাজলক্ষ্মী - চৎসি ইমা ! মফমসিদা ৱাবী লেপসি। (মঙ্গি চঙলকই)

মঙ্গি - (ইফিং ফিংনা) ইতৈমা। ইতৈমা। নোই পিওনসিনা ঐবু চঙবা যাবোইযে। ঐনা ইতৈমগী মনাও নুপানি ইতৈমনা কৌবনি হায়দুনা নমদুনা চঙলকপনি। ঙাওবেহে ঐ পুবা ঙাওবে ইতৈমা। ইতৈমগী ষ্টেনোসে। অস ৱা । মসি ঐগী ওইজবগে। ঐনা পামজবা নুপী হায়দু অসিনি। ইতৈমনা শীনবীদবা য়াদ্রে। মাবু উকবদা পূমঙাও ঙাওখ্রে।

বাজলক্ষ্মী - (শাউনিং) ষ্টুপিট ! (কন্না লাউই, মাগী শাউনিংবদু মঙ্গিদা ওনশিন্দুনা তায়নবকই) নঙনা ঙাঙলিবদু কবিনো। মফম মতম খঙদবা লৱাই মচাগী শাজত্তু য়াবা মীবা ঐ। (যান্ধবী ইপা পাখৎলি)

মঙ্গি - (ঙক্লা ইকাইনা) ইতৈমা।

বাজলক্ষ্মী - মসি ঐগী অফিসনি। ঐনা চঙবা য়াদে হায়ববদি চঙলক্লবোইদবনি।

মঙ্গি - ও: য়াম চাউবগী ঝানিনে, মীকাসি শক খঙনদবগী ঝানিনে।

রাজলক্ষ্মী - ঐহাক চাউখত্তবা জাৎ নাইদবা ঝাঙাং শঙাং য়াবা মী নত্তে। (ফাইল, বেক, ঈশিং পায়খৎলি মঙ্গি ইঙক ঙকই)

যাহ্নবী - ইবুংঙো ! ঐ নতৈমগী মমানি। নতৈমগা অরুবা ঝারী অমা শারি। ডিষ্টর্ব তৌনু। (মখুৎনা তাম্বোকই, মঙ্গি ইঙক ঙক্লা থোকখি যাহ্নবী ঝারৌনা চৎকে তৌই)

রাজলক্ষ্মী - ঐ ইমাবু থিনগে।

যাহ্নবী - নঙবু থিনবীয়ু হায়দে (শাউনা চৎখি)

রাজলক্ষ্মী - ইমা ! ইমা ! (তান্নখি)

**অনীশুবা ঙংপা লোইবা**

# অহুমশুবা উৎপা

(চীংথঙখোম্বগী য়ুম, অয়ুক, চিংথঙখোম্বা শাউরি-শাউরি ইমূংদগী থোরকই)

চীংথঙখোম্বা - লৈবাক্লদি ইচাসু ইমৌসু অচৌবা থবক তৌই ফৈ, জ্ঞ্যান লৈ, অচৌবা মী ওইবদা মতিক চাই হায়নবিবা। মপা ঐবুদি উকাই তকএ ইশু অনী অসিনা ইতম্বাক্তা ময়ূংবু হাঞ্জিনবনে মথিবু চিংশিনবনে- লোইরেনে ঐবো। মসিদা থোক্তনবা ইমূংসিগী অকুপ-অতাশিংসি য়েঙশিন্নবা নুপী অমত্তদি থবক ইনথাং শুননবা থমসি হায়ববু মমা অতোম্বী থিবীয়ু হায়বদু মঙাইনে। মৌনহা থমগে হায়বসু নত্তে, লৈশাবী থমগে হায়বসু নত্তে। ঙসি ঐনা শাউরক্তনা লান তৌনিসে। মঙ্গি হায়বা অঙাংদুনা মওংনা মালহল্লিবা চৎলুরগদি মঙক ফাউবা চুম্না পুবা ঙমদ্রবী হনুবী ওইরম্মে। দাইকা লোযনা হনখ্রেমি। ইচাগা ইমৌগনা য়ূমদা লৈতবা মতমদা হনুবীদুগদি কবি ব্বারীদা মতম লেনগদগেদো। (তাঞ্জাসিদা লৈশেম্বা চঙলকই)

লৈশেম্বা - নচা অমুক য়ৌজরকএ পাবুং।

চীংথঙখোম্বা - (হাইফেৎ য়েংলগা) করিনো ইবুংঙো নঙনা ঐঙোন্দা পাবুং হায়দি নোই নমাদু ঐনা লৌবল্লা?

লৈশেম্বা - (নোক্তুনা) ঐ লাঞ্জরে তামো। ঐ লাঞ্জরে।

চীংথঙখোম্বা - ঐবু কয়াম অহল ওইরদনা হৌজিকাল নহারোলশিংসিনা পাবুংবু হায়বনে, অহলবু হায়বনে, নোংমা শাউরকপা নুমিত্তা নাখাং কাইনি হায়দি খঙদ্রিয়ে।

লৈশেম্বা - য়াম্না নহা ওইরিদা তামোনবু হঙ্গোয়বিদ্রবদি হন্দক্কী লাক্লিবা য়াওশঙসিদা থাবল মকোক চিংবা য়াখিনি।

চীংথঙখোম্বা - নঙ পে-পাদু তানিংদে, কমদৌরে?

লৈশেম্বা - ঐখোয় মথা থঙবদুদা অমবুদি লৈরে তামো।

চীংথঙখোম্বা - মচা য়াউব্রা?

লৈশেম্বা - য়াউদে তামো।

চীংথঙখোম্বা - খায়নরকপীরা লুখ্রাবীরা?

লৈশেম্বা - খায়নরকপীনি তামো।

চীংথঙখোম্বা - মাই নুপাদু হিংলিব্রা শিখ্রবরা?

লৈশেম্বা - শিদে নুপী অনী লৈ।

চীংথঙখোম্বা - (থব্রায় য়াওনা) মানা কয়া শুবা ওইনা লৈবম্বনো?

লৈশেম্বা - মরকনি তামো।

চীংথঙখোম্বা - মবক-মরক (শোল্লি)। মাগদি উনরব্রা নঙবো?

লৈশেম্বা - অদুদা, শেল খিত্তং চঙগদবা লৈয়ে, মশাবুদি ননাওনা উন্নজদুনা য়ান্নরবা।

চীংথঙখোম্বা - মচা-মব্রা লৈতবা মাগীবু করিগী শেলনো কনাদা পীননবনো?

লৈশেম্বা - মাগী য়ামাঙগী য়াদু অমত্তা য়াউদ্রবা অনৌবা অমত্তং হাপত্রবদি।

চীংথঙখোম্বা - (হৈনদনা) শক নঙনা থিবকপা মী ফবা হৌনদে।

লৈশেম্বা - কুচু-কুমেন, চুং-ফিরাল, শকওং-শদা ইমুংসিগী মী ওইবদা চোপলোইদবী নুপীনি মশাসু নহানি তামো।

চীংথঙখোম্বা - মশক ফনা ফজদুনসু যামাং য়াউদবীদুনা শ্বব মনম নুংশিবম্বা হৌনদে (লাউদুনা) শক অসিনা ঙাঙবদি।

লৈশেম্বা - দেন্টেল সর্জ্জন হৈব-হৈরবা অসুক য়াম্না লৈরবদবু। ৱাবীরুরনু তামো।

চীংথঙখোম্বা - অদুবু- হুম।(মঙক হাইদুনা শুগৎলগা) ঙসি চাক চাবা য়াদদনা তোক্লরনি। হন্দোকউনে ! শক্তাসিদি !

| | | |
|---|---|---|
| লৈশেম্বা | - | ননাও লৈশেম্বনা শেম্বা নুপী শোইবা হৌনদে তামো। |
| চীংথঙখোম্বা | - | হায় মীগীদা শেমদুনা লৈগনু। নশাগীসু শেম্নবা হোৎনৌ। মতম চারিঙৈদা নুপী থিননবা হোৎনৌ। নুপী থিবা খঙদবা পাখং অরিবনা শীল্লকপা নুপী ফরম্লোই হায়বসি ঐ নহান্না খঙই। ফরে মৈতে লৈবাক চাউই, ইশাগী থবক্তি ইশানা শীঞ্জবনা মফরে। ঐ থিজরগে। |
| লৈশেম্বা | - | কান চাদনা চেঙ্গুম শৌবসি শাজে চানবনিকো তামো। |
| চীংথঙখোম্বা | - | ঐগুম্বনা তৌবা থবক মীনা খঙবা হৌনদে। নঙ মেডামগা নঙ সাহেবকনা অফিস চৎথ্রিঙৈদা ঙসিদি নঙনা যূম শঙহৌবা তারে - বোড়ি য়োনবী থাগোই লৈমদু ব্রা লোইনরুগে। (সনাজাওবা থোবকই, চীংথঙখোম্বনা চঙখিবদা মচানুপাদা থেংজিল্লি ইপা পাখংলি মানা ঙাঙবদু তারম্লগদ্রা চিংনৈ) |
| সনাজাওবা | - | করি ব্রানো ববা ? |
| চীংথঙখোম্বা | - | হ: ইপা বোড়িগা থাংজিংগা মরোইগা মোরোক অতেকপগা নপ-নপ লাউনা থোংবদু করি নুমিৎনো খঙদে ঙসিদি হেক চানিংলুরেনহে। (তৌফম খঙদে) |
| সনাজাওবা | - | ঙসিগীদি নমৌ নুপীনা চাক লোইহৌরে। ঐ হোরেল অফিস হল্লকপদা লৈরক্লগে ববা। হৌরেল নুমিদাং হেক চাবা হায়বদুনি (লৈশেম্বদা) নঙ ইমুংদা চঙউ। নোই মেডামনা শোলহৌবনি। |
| লৈশেম্বা | - | ফনি সার। (চৎখি) |
| সনাজাওবা | - | মাসু অরুবা থবক অমা লৈমাল্লে ববা ঙসিদি অফিস ঙননিংই হায়হৌই। |
| চীংথঙখোম্বা | - | ইশু অনীসি ঐঙোন্দা থল্লমগে শেন্নহৌরো 'সিনিনে। |
| সনাজাওবা | - | (নোকমি) ঙসি নীনি হুমনি লৈরবদি ঐগী ষ্টাফ অমনা শীন্দুনা কালাপহারদগী নেপালী পাখংমচা অমদি লাক্লনি ববা। |

চীংথঙখোম্বা - পাখংমচানা অঙাং শেন্নবা মাত্রা? তৌনু তৌনু লাইরিক হৈরে অচৌবা ওইরে হায়রগা জ্ঞান য়াউদবা তৌগনু।

সনাজাওবা - নমৌ নুপীনা মী ফনা থমদুনসু মানা থোং-থাকপা নত্রবদি ববাগা ঐগবু অতোপ্পা অমনা থোং-থাকপা পীজগদৌ লৈতে, মানা শুবা ফি নত্তনা অতোপ্পনা শুবা ফি ববাগা ঐগবু শেংহন্দৌ লৈতে।

চীংথঙখোম্বা - ইমৌগী বা পল্লকনু। মাগুম্বা ইমৌবু লমদমসিগী করম্বা মফমদা লৈদৌরিগে সনাদা মণি তোপ্পা হায়বদু ঐ.ইমৌসিনিনে, মা মশাগী মথৌসু কায়দনবা চৎলি ইমুংগী থবকসু সং সং মরোইশিল্লি। মশা মউনা নাল্লিবা, তৌথোরকপনা মচু তারিবা, থোং থাকপনা ঙানম থুমনল্লিবা, মমিংদা লক্ষ্মী নত্তে মশাসু লক্ষ্মীনিনে।

সনাজাওবা - (নোকমি) অদু, মী অমা থল্লবসু পাউখোল ইখোল খরগী, থবক মচা-মশু খরগী ওইনি। ইমুংগী মতেং পাঙননবা মী থম্বসে নুপামচানা ফৈ ববা।

চীংথঙখোম্বা - ইশু মচা অনী অসিফাওবা শেন্নবা ঙমদ্রিঙৈসিদা মী মচা পাখংকা অমুক শেন্নবা ঙমজরোই।

সনাজাওবা - নুপামচাদুদি থবক শুবা ওইনা লৈগদৌরিবনি, ববানা মাবু শেন্নগদবা নত্তে।

চীংথঙখোম্বা - নঙ থিনু। নঙনা থিবা মী ঐগী খুৎ চারোই। নঙনা থিবা ওইরল্লবদি অসুক ফবী ঐ ইমৌ 'সিগুম্বা নুপী ফঙলমগদ্রা? মশকসু ফজবা, মহৈসু হৈবা, অচৌবসু ওইবা, থবকসু ফবা মকুবোকপু-মপুরোইববু, মচাবু চেকশিন্না চঙখোন্নসু সেবা হৈবা। ঐনা থিনি। নেপালী মচাদু হায়দোকখো।

সনাজাওবা - (নোক্তুনা) হোয়-হোয়। ববানা চোপ্পরক্লোইদবা শীনা ফৈ হায়বদু হেক থিবীরো?

চীংথঙখোম্বা - (শাউরপ মচানুপাদা মুন্না য়েংলগা) করিনো নঙনা চোপ্পবা

হায়দি? হা। করিনো নওনা চোপ্লবা হায়দি নমা লৈখিদবা চহী কুন হেল্লক্লবনি। ইমৌ ফওলবনি, ইশু ফওলবনি। তৌনুহে সনাজাওবা।

সনাজাওবা - নত্তে, করিগীনো ববানা অদুক য়াম্না শাউবীরিবদুবো? (নোকমি) ঐবু করি অশোয়বা বা ঙাঙম্নবগে?

চীংথঙখোম্বা - নমা অনৌবা থীগে হায়বা নত্তেনহে, ইমৌগী মতেং পাঙবা য়াবা, তুংকোইনা ইশুশিং চাউদ্রিবা ফাউবগী ইমুংগী কুপনোমদা মতেং পাঙবা য়াবা থিবিঙৈদা নাখৈশেংহৌসি হায়বনিনহে বাবু।

সনাজাওবা - (খঙপ্রেক খঙই) ই: (মতোমতা) অহল ওইশিল্লক্লবদি বাখল অমা তৌই হায়বসিদি চুমজাৎনিদনা।

চীংথঙখোম্বা - (হায়ফেৎ তাহৌদুনা) কবি হায়বা নুপামচা।

সনাজাওবা - ঐ করিসু হাযজদে ববা।

চিংথঙখোম্বা - তৌনু তৌনু। ইপা ইনা শীংবনিকো। (বাজলক্ষ্মী থোরকই, মখুত্তা চা গ্লাস অমা পায়রকই, অনীমক তুমিন-তুমিন লৈনৈ)

বাজলক্ষ্মী - ববা। ঙসিদি ঐ অথুবা থবক খবা লৈজদুনা চাক খবা ঙন্না লোইশিঞ্জরে।

সনাজাওবা - (রাজলক্ষ্মীদগী চা লৌই) পুল্লপ চাথোকঅদবনি। শাবিঙৈদা চাহৌবা হাযবসিনা মফরবনি।

চীংথঙখোম্বা - (ঈংথনা) উম অদুগা নঙদি চাকচামাঙদা কবিগী চা থক্লি? (লক্ষ্মীদা) ফরে-ফবে ইমৌসিদি, ইপাসু ইরু-মাইথজক্লবগে। ঙন্না হেক চাথোক্লগা লোইবেদনা। ইপাগীদি কবিসু হায়দে নখোয়গী নথৌদুতা কায়জদ্রগা লোইরে ইমৌসিদি (চঙখি)

সনাজাওবা - (মপানা চৎখিবদু নোকমি যেংজবগা চা চিংই হায়, বাজলক্ষ্মীনা চঙশিল্লকই) কৈসু তৌদেদা। কৈসু তৌদে। ববাগী মওংদুদা নোক্লিংলুবে।

রাজলক্ষ্মী - চা থকলিঙেদা নোক্কুরবুদি হাদদি। (ইনফিনা সনাজাওবগী ময়ায়দা নুংশিনা নানথোকপী, ঙকশম ময়াদা তৈথোকপী)

সনাজাওবা - ঐখোয় ববাগী মওংদুদা নোক্লিংলুরবা।

রাজলক্ষ্মী - অদো ঐদি চাক্তি লোইরে, নঙনা চা থকখিনি হায়বদুদা হাথু হাথু শেন্নকপনি।

সনাজাওবা - অয়ুক্তা নঙনা লোনবা চাসি থকহৌদ্রবদি ইশাসে ইশোনতা শোনবোই খল্লি।

রাজলক্ষ্মী - (নুংশিনা নোক্লগা) অসিবু বানে হায়দনা।

সনাজাওবা - খঙদে নঙগী নখুৎসি করি যাদু য়াওবনো নঙনা শেন্না নঙনা থোঙবসে ইহাওতা হাওই। (সনাজাওবা চা চিংই)

রাজলক্ষ্মী - ঐবু থাজবীবা অমদি নুংশিবীবদুননি ঐগী লাইবক ফবনি।

সনাজাওবা - লৈবাকসিদা মৌ অফবা তান্নবগী রিবার্ড পীনিকা হায়রবদি নঙগী নুপা ওইনা নঙগী বাইও দতা ঐনা ইনি। অদুগা অরোইবদা ইনি আইডিয়েল রাইফ ওইবতা নত্তে ঐগী সুইট হার্টসুনি।

বাজলক্ষ্মী - (নোকমি) অদু ওইরবদি পোইন্টদি জিরো ফঙলনি।

সনাজাওবা - করিগী?

রাজলক্ষ্মী - হিন্দু ফিলোজোফিগী মতুং ইন্না, ঐ অসে নহাক্কী নশানি। হাল্ফ ওফ য়োব বোডিনি। ঐগী মরমদা তামোনা ঙাঙবা হায়বসে ইশাগী মরমদা ইশানা ফৈ হায়জবনি। অদুনা জর্জশিংনা পোইন্ট জিরো পীরকপা তাবনি।

সনাজাওবা - অদুবু ঐগী সুইট হার্ট হায়বা রাহৈদুমদি ফুল মার্ক ফঙলোইদরো।

বাজলক্ষ্মী - (নোকমি, নুংশিনা) চাদুদুম থকতোকও। ববাদি লোইশিনবা য়াম থুবনি ঙসিদি ঐগী পিওন অমসু থবক অমা থাগে কৌরিবনি।

সনাজাওবা - য়ারে য়ারে নঙ চঙলম্মো।

রাজলক্ষ্মী - বার্ড রুমদা ববাগীসু তামোগীসু ঈশিং অশাবা থল্লল্লবনি।

সনাজাওবা - ও-কে, ঙসিদি ঐসু অফিস খরা ওন্না চৎনিংই।

রাজলক্ষ্মী - অদুদি খরা থুনা লোইশিনবীরক্লো।

সনাজাওবা - চাসিমত্তদি থকখিগে কৈদৌবগে।

চীংথঙখোম্বা - (মনুংদগী) ইবেম্মা।

রাজলক্ষ্মী - লাকচরে ববা। (চেনশিনখি, সনাজাওবনা নুংশিনা য়েংহৌই, চা অমুক্তং চিংই তাঙ্গাসিদা অর্জ্জুনসিং চঙলকই) কনা-কনা উন্নবীগদবা ওইরবনো?

অর্জ্জুন - ঐ আমৃটসরদগীনি, রাজলক্ষ্মীবু উন্নবা লাকচবনি।

সনাজাওবা - ও: গুড মোরনিং!

অর্জ্জুন - ঐ অর্জ্জুন সিংহ সহেগল।

সনাজাওবা - ঐনা সনাজাওবা। করি থবক তৌবীরিবা?

অর্জ্জুন - মাষ্টর লোইরবা মতুংদা ইংলেণ্ডদা চহি মঙা বিছার্স তৌজরুরে। (ফম্মী) হৌজিকমক্কীদি করিসু তৌজদ্রি।

সনাজাওবা - (কৌদুনা) লক্ষ্মী। নঙ উন্নবা মী লাকই।

অর্জ্জুন - অদোমদি করি তৌবীরি?

সনাজাওবা - ঐ মণিপুর সবকারগী ডিপার্টমেন্ট অমগী ডিপুটি ডাইরেক্তব ওইজরি। (রাজলক্ষ্মী হাথু-হাথু থোরকই, অর্জ্জুনসিং উবদা খ্বাই লাউই, চপ লেপ্পী) মহাকসি আমৃটসরদগীনি হায়। নঙবু উন্নবা লাক্লিবনি হায়।

রাজলক্ষ্মী - (শকফম থুনা ওন্দুনা) ও: গুড মোরনিং অর্জ্জুনসিং (মখুৎ লোম্না) মা (সনাজাওবদা) ঐগী হজবেন্দনি, ঐ লুহোংলে, ইচা অনী লৈরে, হৌজিক্তি থবকসু তৌবে অদোম নুংঙাইবীরিকো।

অৰ্জ্জুন - (ৱা ঙাঙথোকফম খঙদে)

ৰাজলক্ষ্মী - (সনাজাওবদা) অৰ্জ্জুনসিং ঐগী ক্লাস মেটনি তামো। মা ইংলেণ্ডদা রিছার্স তৌরুবনি।

সনাজাওবা - আই নো !

ৰাজলক্ষ্মী - অদুবু, ঙসিদি ঐ য়াম্না বিউজি ওইরে। ঐগী অফিসতা ওইনা লাকপীরো, অদোমগী কম্পনিগী সপ্লাইগী ৱাফমদু অফিসতা ওইনা ঙাঙনরসি। প্লিজ ডোন্ট মাইন।

অৰ্জ্জুন - (ইঙক ঙক্না তরংদা) থেঙ্ক য়ু।

ৰাজলক্ষ্মী - (সনাজাওবদা) ঐনা হায়দ্রা ঐখোয় ববাদি লোইশিনবা য়াম্না থুবনি হায়দনা ইরুজবা লোইদুনা চঙহৌরে। (অৰ্জ্জুনদা) লেটস মিট এট ইভনিং এট মাই অফিস।

অৰ্জ্জুন - (তৌফম খঙদা) থেঙ্ক য়ু।

সনাজাওবা - ও: কে অৰ্জ্জুনসিং লেটস মিট অলটরনেট ডে। (থওইদনা চঙখি)

অৰ্জ্জুন - (তরংদা) থেঙ্ক য়ু। (ৰাজলক্ষ্মীনা মপুবোইবনা থক্লম্বা গ্লাস লৌশিল্লগা)

ৰাজলক্ষ্মী - প্লিজ ডোন্ট মাইন্ড অৰ্জ্জুন ! প্লিজ কম এট মাই ওফিস এট টু পি এম। (তৌফম খাঙফম খঙদনা চঙখি)

অৰ্জ্জুন - (ৰাজলক্ষ্মীনা চঙখিবা ঙক্না য়েংই আনোক লৌথোকই, মপি তৈথোকই, খয়াৎ চিকই) রাজ। নহাক্না তৌরম্লিবসি করিনো? নঙনা ঐবু নুংশি হায়বদু অসিগুম্বা উহৈদবা থৌদোকসি ইমিৎসিনা উননবরা? (ৰাজলক্ষ্মীনা হায়রম্বা ৱাহৈশিং ফ্লাসবেক ওইনা তায়, তৌফম খঙদনা অঙাওবগুম তরংদা চৎখি)।

**অহুমশুবা উৎপা লোইবা**

# মরিশুবা উৎপা

(মৃনালিনী কেনা থোরকই, লম্বীনি, নুংথিল তালকনি, মৃনালিনী অনৌবা মতমগী ফিজোল শেৎলি, বেক য়াল্লি, লাক্কদবা মী অমা ঙাই, লাংতক্লে ঘড়ী য়েংই)

মৃনালিনী - করি নুপানো হৌজিকফাওবা লাক্লিসিবো কয়া কুইরগেবা ঐনা খাদা অমুক চৎ ৱাংদা অমুক চৎ, ডুকান্দ মচি অমদা অমুক লেপ, পান-ডুকান্দ অমদা অমুক চঙ লৈরক্লিবসে। তা-লৈশেম্বনা ঙাঙবা ৱা থাজরুব্রা হায়বু ঐবু চোপকদৌরিজাৎলা? ফরে, অরোইবা ওইনা মিনিট মঙাদংগা ঙায়খিগে মসি ফাউবদা মবাক্তবদি হয়েংদি লৈশেম্বদু মশম হেক্তা ফোইদৎলগা লোইবে। (শাউনিং হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি) অউবা অমনা ঐবু কবিনি হাযনবমদোইনোবা। ডাক্তবনি হাযবদুদা ষণ ডাক্তর ওইরমদননে, অদু ওইবসু যাইদা। ঐবু ৱাখল য়াউদবদৌনা মানা তৌরিসি। ঐ য়াম শাউনিংইদা। (মঙ্গি চঙলকই, মৃনালিনীবু উবদা হরাওই)

মঙ্গি - হেলো মৃনালিনী।

মৃনালিনী - কনানো অসিনা অমুক।

মঙ্গি - ঐ অদোম্বুদি য়াম্না মুন্না খঙজে।

মৃনালিনী - ও: ঐনা খঙদবা মীনসু ঐবু খঙবোইরে।

মঙ্গি - য়াম থুনা কাউবীদা নহাল নোংমা অদোমগী অফিসকী গেত মনাক্তা ঐগা গাড়ি থেঙগাইনগে তৌবদো।

মৃনালিনী - হিন্দী ফিল্ম তৌবা য়াদ্রবসিদা ডুলকা ফুলগী রাজেন্দ্রকুমার শাবীবিবোইবে।

মঙ্গি - (নোকমি) ঐ মঙ্গি কৌজে। অদোমগী কন্ট্রোলিং অফিসার রাজলক্ষ্মীগী হজবেন্দ তামো সনাজাওবগী জুনিয়ার ওইনা ঐসু

রামকৃষ্ণ মিষন অমদি দিল্লি য়ুনিভর্সিটিদা তমজরকপনি। ঐ অদোমগা তিন্নজনিংই।

মৃনালিনী - পিকলিঙৈদগী মপান্দা লৈরকপদুননিদনা সোনো অমা ইরে লৈ হায়দি?

মঙ্গি - য়েংবদা অদুক য়াম্না স্মার্ট ওইবী শকহেনবী মৃনালিনীবু নুংশিজরুবা পামজরুবদগী ঐদি ফ্রেন্ডশিপ তিন্ননিংই হায়জবনি বারৌবীনু। ঐ সরকারগী থবক তৌজদ্রবসু ঠিকাদার অচৌগী অচানুপানি।

মৃনালিনী - মমাংঙৈগী ঠিকাদার হৌজিক্তি সরকারগী শেল লৈতদুনা ফন্দ থাদোরক্তবগীদি ধমকাদার ওল্লবনি, ইমুংগী নুপী অঙাং অমত্তা মবিক মকোল শীনদ্রবনি। অদোমবু খঙজিঞ্জবে।

মঙ্গি - (নোক্তুনা) অহলশিংনা কুবেরগী মরল হায়বদুগা ঐখোয় পাবুংগী মরলগদি অমত্তুনি। বিল/চ্যেক কাইবা য়াদ্রগা ৱাবীগদবদুদি ঐখোয়দি ওইদ্রে। তাঞ্জা পীবিববদি মাংদা লৈরিবা রেষ্টুরেন্টসিদা কফি অমমমতা থকমিন্নরুসি অহানবা শকখঙনবা ওইনা।

মৃনালিনী - খোইমু পাইরকপা ঙাইবদা কুরাক পাইরকই হায়বদু হেক থোকইহে সত্য।

মঙ্গি - ঐবু লান্না খনগনু। ইশম শম্না কবি হায়নি অদোমবু কোযনবগা নুংশিনরবা মতুংদা লূহোংদুনা লৈমিন্নসি হায়বনিদা।

মৃনালিনী - ৱাতা ফাওবদি শেৎলিহে। হৌজিকমকপু পরপ-পরপ নতুং ইন্দুনা চেন্নিংঙেনে। (কবেম্নে) পুরোনে হৌজিকমক।

মঙ্গি - অদু ওইরবসু য়াইনে। গাড়ি য়াওরি চৎসিনে।

মৃনালিনী - হে মিষ্টর। হিংবা হায়বসে লাইরিক তম্বতনা য়াদবনি, নপা নমাগী মরলতনসু য়াদবনি নুপীদু থিনিংলবদি নশাগী শেম্ফোক লম্বী হান্না থিখো ঐ নত্রবসু ঐঙোন্দগী হেনবী লৈশাবী শকহেনবী কয়ানা লৈগে হায়রক্কনি। হৌজিক্তি ঐখোয

লমদমসিগী লৈশাবী য়াম্না শীংনরবনি। লেঙঙো মীনা উরগা চান্ন মাংই ফরবসু ফত্রবসু ঐ লৈশাবীনি।

মঙ্গি - তৌনুদা নঙগী থা অমগী তলবতুদি ঐগী নুমিৎ হুমনিগী খরছ কোম্নবীবা জাৎ নত্তেহে। পঙলাইসু লাইনা খনগনু।

মৃনালিনী - খরছপু অদুক চাউরবদি নুপী থিরগা নুপী-অঙাং করম্না থাক্কদৌরি? করম্না য়ুম পান্দৌরি? য়ুম পানবা ঙমলোইদবা নুপাদা লৈগদবসি হৌজিক মতমদদি অঙাওবী মঙায়রে।

মঙ্গি - (শাউনিং) অদুবু ঐনা পামগ্রবা নুপীদুদি ঐগী ওইগদবনি।

মৃনালিনী - নুপীসু কোংফু হৈবনিকো। বক-বক তৌশিল্লকন্না (মঙ্গি মত্তুং হল্লি)

মঙ্গি - য়াম ফৈনে অদুসু, ময়াং সিফাইনা হেঞ্জিনবা য়াদনবা। ঐগী লাইবক ফবগী ব্রানি। ওকে: অমুক তাঞ্জা চাবদা উন্নসি। নঙগা ব্রা খরা ঙাঙনরুবসিদগী সুম-সুম নুংশিবকএদা। নঙ ঐনা লৌদবা য়াদ্রেবো মৃনালিনী।

মৃনালিনী - (কল্লব) মশাগী শেম্বোক লৈতবা নুপাদি ঐদি মিৎচিনফাওবা য়েংদে। লেঙঙো-লেঙঙো।

মঙ্গি - অদু অদু ওইরগা, নঙগীদমক ঐ হোৎনরুগে অদুগা করিগুম্বা (শীংনদুনা) নুপা অমদা লূহোংনবকা নঙনা হোৎনবক্লবা লূহোংফমদা বম লংশিনগনি। গুড বাই।

মৃনালিনী - মশকমক্লা বিলাইটি ওক অঙৌবা হেক মাল্লদনা। (ঘড়ী য়েংলগা) ঘড়ীনি হায়দনা তৌরিসিনা মতমসি ওম্বোক্লা থুনা চৎখ্রে। মদুই মীদু ঙাইবা হৌনদ্রে। (চৎকে তৌবদা লৈশেম্বা চেনশিল্লকই)

লৈশেম্বা - (ইপা পাখৎশিন্না) লোইরে ইবেম্মা। ঐ নঙনা শাউরল্লনি হায়দুনা চেল্লকপদা। (শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লি) এসিয়ান গেমসকী মরাথোন চেনবদুনফাও ঐগী খুৎচেনসি য়ৌরম্মোই। শাউ য়াদেকো। অস। (থবাক পায়রগা) ঐ অমুক্তা ফমথখিগে।

অয়ো-য়ো। নহাক থক্তা থবাক্কা কায়ব্রা খঙদ্রে। (ফমথৈ)

মৃনালিনী - ইখৎ-খৎচিন্নরগা কৈকান্দগে তা-লৈশেম্বা। নঙগী ডাক্তর হায়দুবু কদায়নো?

লৈশেম্বা - য়ৌরক্লনি কেথবী। মা লাক্লনি। অস। মাগা নঙগগী হাক্তকসিদা কোয়েৎ য়েৎতৌরিব্রা লৈনুং চঙদৌরিব্রা কবিনো জ্যান মেন তাদ্রে। (মকোক পায়দুনা হৌগৎলকই)

মৃনালিনী - কৈনো নঙ হায়দুবো, কয়াম কুইরে ঐনা ঙাইবিবসে, অফিসতগীদি থবক লৈ হায়দুনা হাপ কেজ্যুল লিভ লৌথোক্লগা থোরকপদুনা হৌজিক পুং কয়া তারগে য়েংউ ঐবু নঙনা তৌরিবসি কবিনো?

লৈশেম্বা - (ইতপ তপথনা) য়াদা তৌরিবনিনে ইবেম্মা। নঙোন্দবু ঐনা ওইদবা ঙাঙগদ্রা? ঐখোয় অনী চৎলসি হায়দুনা মোই ময়ূমদৈ হেক থোরকপদুদা ইনে তোম্বীনৌনা মাই মমৌ নুপীদু অঙাং উন্নদৌবে, অমুক্তা পোকপীরম্মু হায়দুনা তাপ হেক্তা ফাই।

মৃনালিনী - (ঙক্লা) কৈনোনে হায়বিসিবো !

লৈশেম্বা - ঐখোয় ভায়দু মবুক ফৈয়ে য়াম ইং তপ্লে। ঐখোয়দুব্রাইদদি অফবা ডাক্তরনে। ঐখোয়দুব্রাইদুদি লব্রাইনিনা ইবেম্মা নোই শ্বাইদৌনা ডাক্তব য়াম লৈজদেয়ে।

মৃনালিনী - ঐখোয় উননি হায়বসিদি অনাবা অমা ফঙলে হায়দনা মাদি কাউথোক্লবনিনে।

লৈশেম্বা - কাউবীবা কাইয়ে ইবেম্মা। ময়ূমদা ঐগা চঙমীন্নবে মাগী খুৎশু-খুৎলাই ময়ামদু পুথোকএ চিঠি অমা শৎ ই।

মৃনালিনী - চিঠিদি কদাই? (চঙশিল্লকই)

লৈশেম্বা - ঙাইঙমখিদ্রেদকো কেথবী। অমদুনা তপচবগা নঙনা ফিঙবগা। য়াউরিনে, মাগী ফোটোসু।´লাই হায়বসিনা ওহ্মোক্লা চানখিদ্রবা ঙাক্তা চান্নবা থুংনহন্দৌবিদা।

মৃনালিনী - নঙ ৱারীদু তানিংদে তা-লৈশেম্বা। চিঠিদু য়েংগে।

লৈশেম্বা - শাউখিনুনে। মাসু অঙাংদুদা খরা থুনা পোকথোক্লবদি হায়দুনা ফনা কন্না মহোৎনজবনি ইনে তোম্বীনৌগী মমৌ নুপীদুনা লাউরিবদি অমুক্তোইবা, শঙইবদি অমুক্তোইবা অঙাংদি শুকপোক হেক পোক্তে। (মৃনালিনী ৱারীদু হৈনদে লৈশেম্বনা ফুরিৎখাওদগী ফোটোগা চিঠিগা পুথোক্লুনা পী) সে-সে (মৃনালিনী লৌই, ফোটোদু য়েংলগা)

মৃনালিনী - (হরাওনা) হায়মা। সিদি মশক য়াম ফজেনা।

লৈশেম্বা - (শোন্থাংনা)ফজবনি।

মৃনালিনী - (লৈশেম্বগী ৱাদু তাদে, হবাওনা) অদু নঙগা তিন্নৈ হায়বৈ মতিক নঙসু হাইফেৎ মাল্লিকো তা-লৈশেম্বা।

লৈশেম্বা - লৈশেম্বনা শেল্লকপা মীবু শোইগদ্রা? (মৃনালিনী চিঠি হাংদোক্লুনা পায়, হরাওই)

মৃনালিনী - (হরাওনা) ইস। ই। ঙসিদি খঙনবা তারেদনা। (লৈশেম্বদা) তা-লৈশেম্বা। অসিগী মাংদা লৈরিবা দাইমন্দ কেপ হায়বা বেষ্টুবেন্টসিদা চঙলুসি লাউ।

লৈশেম্বা - হুম! ঐ ঙম্লোই। লৈশাবীগা রেষ্টুরেন্টতা চঙবা ইকায়জে। মীনা উরগা ঐখোয় অনী কোইনববোই খল্লি।

মৃনালিনী - তানিংদে বুদু। মী উদবা কেবিনদা ফমগদবনি। নোই ভাইদু লাক্লগা নঙ সৎ থোকখো। মা লাক্লনি।

লৈশেম্বা - মপান্দা সুম ঙাইসি। ঐ হৈনদে।

মৃনালিনী - পঙনু তা লৈশেম্বা। ঐনা নঙগী নফি অহনবা থোনবীনি।

লৈশেম্বা - অদুবুদি থোনবীদৌ কুইদ্রপোৎনিদা।

মৃনালিনী - (করিসু খন্দনা থৱায় য়াওনা) মিনিট ২০ গী মনুংদা অঙাংদু পোক্লনিয়ে। নঙগা কেবিন নম্বর ৫ দা লৈরম্মুয়ে বুদু। চঙউসি লাউ নঙ চানিংবা অমসু পীজগে।

লৈশেম্বা - অউবা অমনা উরগা ইকায়জেবা। মোই রেষ্টুরেন্ট হায়বসি ইমানা পোকঙৈদেসু চঙজদ্রি।

মৃনালিনী - ব্রারেম ঙাঙনু ইতুং ইল্লকউ। (মাং থাদুনা চৎখি লৈশেম্বা নোকফেৎ তৌনা কেথবীনা চৎখিবা য়েংই)

লৈশেম্বা - লাইনিংথৌ ইবুংঙো। ননাই লৈশেম্বনা শেমজরিবা লম্বীসি কেথবীনা ঐখোয় য়ৌদ্রি ফাউবতংদি খঙহনবীগনুকো। (নোকফেৎ তৌবগা চঙখি)

## মরিশুবা উৎপা লোইবা

# মঙাশুবা উৎপা

(রাজলক্ষ্মীগী অফিসকী কা, নুংথিল, বাজলক্ষ্মী খোয়রাংননা থোরকই, অমুক ফমথৈ, অমুক হৌগৎলি, তৌফম খঙদে, বারেপ অমা মশা মতোমতন লেপ্লবা হোৎনৈ, তাঞ্জসিদা অর্জ্জুনসিং চঙলকই)

বালজক্ষ্মী - (অর্জ্জুনসিংদা খঙয়েং য়েংই, বা ঙাঙদে, অনীমক য়েংনৈ, তপ্লা তপ্লা চঙশিন্নে) অর্জ্জুন।

অর্জ্জুন - (মমিত্তা ইরা চেন্ন ঘড়ীদা য়েংলগা) জস টু পি এম !

বাজলক্ষ্মী - (খোঙফম অনী অহুম খাঙফম খঙদনা চঙশিল্লগা চপ লেপ্পী) নো। নো। (কপথোরকই) ঐ ইচা অনী অমদি ইপুবোইব লৈববীনি। (তুং হল্লি)

অর্জ্জুন - (ঙক্লা) বাজ!

বাজলক্ষ্মী - (কপনিংবা খাঙনা লৈথোক্লা) করিগীনো নঙনা ঐগী খোঙ্গুল লীরক্লিবা?

অর্জ্জুন - (ঙক্লা) নহাক ঐগী নুপীনি। ইচানুপা বোহিতকী মমানি। ঐদি ঐগী ইচাগী মমা লৌবা লাকপনি নঙগী অফিসকী সপ্লাইরদি নত্তে।

বাজলক্ষ্মী - (মশাবু কাউথোকই) বোহিত। মহাক কদায়দা লৈহৌই? বোহিত কদাযদা লৈহৌই? (খঙহঙ হঙদোক্লবগা চপ লেপ্পী) ও: রোহিত। আই এম ছোরি অর্জ্জুন।

অর্জ্জুন - (মমায় লৈথোকই) ঐগী ইফমদা নঙ অসি অঙকপনি। ঐদি অঙাং ওইরিঙৈদগী লমদম অসিদা চাউরকপনি নঙনা

খঙলিবদুনি, থাঙ্গাল বজারদা মতম অমা ঐগী ইপাসু ডুকান্দ ফল্লম্মী। লমদম অসিগী নহারোলশিংগী শেলগী দিমান্দ অমদি রেনশমদা পপাগী মনাও অমবুসু হাৎলকপদগী ঐখোয়গী ইমূং মফম অসি থাদোক্লল্লগা অমৃটসবদা হোংবনি। সো, ঐনা লমদমসিগী চৎনবী খঙই, লোন খঙই, ব্যবহার খঙই, মফম অসিতগী নত্তনা ভারতকী খঙই, য়ুরোপতা চহী মঙা রিছার্স তৌরুবনা নোংচুপলোমগী চৎনবীসু খঙই, অদুবু, নপুরোইবা লৈরবী, নচানুপা লৈরবী নহাক্লা ননিং তম্লা লুহোংলমলিবা চৎনবী অসিদি ঐহাক করিনো খঙদে। নহাক্লা অসুম্লা তৌরমগনি হায়বসে মঙদা ফাউবা থোক্কনি থাজদবা থৌওংনি।

রাজলক্ষ্মী - (ৱানা) প্লিজ। প্লিজ অর্জ্জুন। নহাক মফমসিদা ঙাঙগনু।

অর্জ্জুন - ঐ-ঐ খাঙবা ঙমদে। নখোয়গী য়ূমদা নহাকপু হঙবা চঙলুবদা নখোয়গী ইমানা নঙবু শিপ্রে হায়দুনা ঐঙোন্দা চিট তৌই। পুম্নমকসিদা ঐবু লালহন্নবা হোৎনবিবসি করিনো? (খাঙফম খঙদে) ঐ-ঐ পেন্দে। ঐদি য়ূমদা হনখিবদা মীহাৎপা ওইনা হল্লগসু পেনগনি।

বাজলক্ষ্মী - (খাঙবা ঙমদে) অর্জ্জুন।

অর্জ্জুন - (পেন্দনা) কৌগনু। নঙ ঐগী ইমিং কৌগনু।

বাজলক্ষ্মী - আই নো। প্লিজ। লেট অজ ষ্টোপ হিয়ার।

অর্জ্জুন - করিগী লেপকনি, ঐনা নহাক অমসুং মিষ্টব সনাজাওবগী মথক্তা কেস অমা ফাইল তৌবসু ঙমগনি। ঐগী রিছার্স ৱার্ক হেক লোইবগা নচানুপা বোহিতকা ঐখোয় অহুম পুন্না লৈমিন্নসি হায়নখিবা ৱাফম অদুবু মীওইবা নত্তবা কবম্বা জিবা অমগা ঐগা ঙাঙনখিবনো ঐহাক জ্ঞ্যান তাবক্রে।

রাজলক্ষ্মী - নহাক্কী পেন্দবা নুংঙাইতবা ঙাঙনিংবা ময়াম লৈবগুম ঐগীসু থম্মোয়নুংদা ৱাহৈ কয়া লৈ। অদুবু, মফমসি ঐগী অফিসনি

ঐহাক অফিস অসিগী কন্ট্রোলিং অফিসারনি।

অর্জ্জুন  অদুগা (শাউই) করিগীদমক নঙনা ঐবু মফমসিদা কৌরি? (মঙ্গি চঙলকই ইফিং ফিংনা, রাজলক্ষ্মীগী কাগী থোং নোক তৌগে তৌই) বাজ। মঙ্গি চপ লেপ্পী কনানো অমা লৈরে খন্দুনা ঙাওনরিবদু তায়) ঐ নহাকপু নুংশি। নচানুপা রোহিতপু নুংশি নহাক অমদি ইচানুপা রোহিত য়াওদনা ঐনা লেমহৌরিবা পুন্সিসি করম্না হিংবা ঙমগনি? (মঙ্গি ঙকই, খ্বাই লাউই)

বাজলক্ষ্মী - প্লিজ অর্জ্জুন। নহাক মখা তারগনু। মসি ঐগী অফিসনি। কনাগুম্বনা তাখ্রবদি ঐবু লান্না লৌখিগনি।

অর্জ্জুন - ৱাফমসিদা অরানবা করিনো? নঙদি ঐগী নুপীনি। ঐগী নুংশিবগীদমক ইচাসু লৈরবনি। (রাজলক্ষ্মীনা অর্জ্জুনদা ৱা ঙাঙদনবা ইঙ্গিৎ পী)

বাজলক্ষ্মী - (ৱানা) করিগীনো নহাক্না অসুক য়াম্না ঙাওনিংলিবসিবো? হায়যু হৌজিক নহাক কদায়দা লৈ? রোহিত কদায়দা লৈ? (মঙ্গি ইঙক ঙকই)

অর্জ্জুন - ঐ হোটেলদা লৈ। থাঙ্গাল বজাবদা অঙ্কলগীদা লৈতে।

বাজলক্ষ্মী - চৎসি অদুদি মফমদুদা ঙাওনবাসি।

অর্জ্জুন - নহাক্না অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংলমদুনা, অতোপ্পা লম্নানবা মচাশিংগী মমা ওইখ্রে তাবদা নৌরিবা ঐগী ইচা রোহিতনা কবি ওইগনি।

রাজলক্ষ্মী - প্লিজ অর্জ্জুন। মখা তাবীরগনু। (মঙ্গি ইপা পাখৎনা থোকখি) চৎসি নহাক করিদা লাকই?

অর্জ্জুন - টেক্সি য়াওরি।

বাজলক্ষ্মী - অদুদি, নঙগী গাড়িনা মাঙ থারো। ঐহাক নতুং ইল্লক্কে ঐগী গাড়িদা। চৎলসি, নহাক্না ঙাওনিংবা পূম্বা মফমসিদা ঙাওগনু।

অর্জ্জুন - ফৈ। ঐ নঙগা ৱা চপ চানা ঙাওনগনি। (চৎখি)

রাজলক্ষ্মী - (অর্জ্জুন থোকখিবা উরগা) হৌজিক ঐনা তৌগদবসি করিনো? (তৌফম খঙদনা চৎখি)

**মঙাশুবা উৎপা লোইবা**

# তরুকশুবা উংপা

(চীংথঙখোম্বগী য়ূম, চীংথঙখোম্বা অমদি সনাজাওবা থোবকই, নুমিদাংব ইরম ওইশিল্লক্লে, মপা মচা ৱাবী শাবি)

| | | |
|---|---|---|
| চীংথঙখোম্বা | - | নঙসু নোংমা ফাদোকসু চাক ঈশিংদু মথোঙউ। নঙসু থবক তৌরিবনি তলব চারিবনি ইমৌসু থবক তৌবিবনি তলব চারিবনি। তলব চাবা নুপী লৌরুববদি চাক থোঙবা তনবা হৌনদে। চাখুম চঙনবা তৌসিদা সনাজাওবা। |
| সনাজাওবা | - | মাসু য়ৌবক্লনিদা বাবা। |
| চীংথঙখোম্বা | - | ইপাসু অফিসকী থবক তৌবক্লিবনি। মহাক্তি কন্ট্রোলিং অফিসাবনি। চিল্লিবা থবকশিংদু মাগী ষ্টাবশিংদুদা শীন্নবল্লগা লাকপা মযাই য়ূমদা পুবকপসু মযায। থবক হৈত্রবদি থবক চিনবনিনে। অদুবু ঐ ইমৌদুদি শীন্দোক-শীঞ্জিন হৈবনিদা। |
| সনাজাওবা | - | মবাইনা লাকচনিদা ববা। |
| চীংথঙখোম্বা | - | টেলিফোন্দুদসু মতৌদনা নঙবো। |
| সনাজাওবা | - | ঐ টেলিফোন তৌবে ববা। মহাক মীটিং অমা চৎখি হায়। মবাইনা লাকচবনিদা। |
| চীংথঙখোম্বা | - | ইশু অনীদুসু ঐনা শুমদুনা তুমহনখ্রবনি। কান্নদে নুপামচা চাক থোংদোক্লুবো নুপী থবক তৌবী লৌবগা চাক থোংবা তনবা হৌনদে। |
| সনাজাওবা | - | অদুবু ঙাইহাক্তদি ঙাইখিসি কৈদৌগে ববা। মতমসি য়াম্না থেঙবসু নৎত্রি। |

চীংথঙখোম্বা - ইমৌদুনা ব্রারেমখৈ হল্লক্লগা জগৎ পুম্নমক ঙম্নবা হোৎনরবদু ইপাদি মী কৌবনিনা য়েংবা নংঙাইতেদো চঙউ চঙউ করি চাবা য়াবা, করি থোংবা য়াবা চাকশঙলোমদা চঙউ।

সনাজাওবা - য়ানি ববা ঐ তৌজবগে য়ানি।

চীংথঙখোম্বা - মসি থোক্লক্কনি হায়বসে ইপাদি নহান্না উরবনি।

সনাজাওবা - ঐনা নেপালী পাখংমচা অমা থমগে হায়বসু ববানা য়াদেদো।

চীংথঙখোম্বা - ইমুংগী হীরম খুদিংমক্তা কান্নগদবা, ইমুংগী থবক্তা হোবোইদৌবা থমসি হায়বসিদা নঙনদি জ্ঞ্যান তাবা কৌবা লৈতেদো।

সনাজাওবা - (তৌফম খঙদা) ববানা পামলিবা মীওইদুদি ঐখোযনা থীবদা হেক্তা ফঙগদবা নত্তে।

চীংথঙখোম্বা - মৈতৈ লৈবাক চাউইনহে। নখোয়না ইপাদা খল্লিবা ব্রাখলদুনা মী মচাদু ইমুংসিদা পুশিনবা ঙমদ্রেনে ঐবো ইশু ফঙলবসিদা।

সনাজাওবা - (নোকফেৎ তৌরগা) ফরেদা ববা পুশিনবিবকওদা। ইমুংদসু কান্নবা, ইমাতোম্বী ওইরবসু য়াবা। (চৎকে তৌই)

চীংথঙখোম্বা ঙাইখো ঙাইখো। ইচাগী মমৈগী কোচিদু ইপা অমুক্তা হন্দোকখিগে।

সনাজাওবা - ঐখোয় ববা হায়সে অসিগীবু। (নোকচৈ)

চীংথঙখোম্বা - নমানা নঙবু হুঞ্জেক্লমবসি চহি ২০ হেল্লক্লবনি অসুক শাংবা মতমসিদা ইপাগী ফত্তবা মিংচৎ কবি লৈ? নঙগী ননানা কবি তায়?

সনাজাওবা - য়ারেবা ববা, ঐনা চুম্না ফাগী তৌবনি।

চীংথঙখোম্বা - ইচাসিমত্তদি মমানা পামজবম্বদু ঙম্নবা হোৎনগে হাযদনা খাঙলকপনি।

সনাজাওবা - অদুক অখাং কনবা ববানা হৌজিক্লা নমৌ লাক্লগা নশু

ফঙলবসিদা করিগীনো অমুক ইরাং হৌরক্লিবসিবো?

চীংথঙখোম্বা - হৌজিক্তি ইথৌ লোইরেনহে। নমানা পামজরম্বা মনিং থুংলেনে। শান্তি ফঙননবা মচাক থিনিংলেনে, ইশু লৌবনদি শান্তি ফঙবা ঙম্লরোইনে। (যান্ধবী লাকই, লুহোংবগী চৎলুবগী ফিজোলদা)

যান্ধবী - (কৌরকই) তাইবুংঙো। কবি ব্রারীনো শান্নবীরম্লিবসিবো?

চীংথঙখোম্বা - ই: ইবেম্মা যান্ধবী কদোমদগীনো তৌরক্লিবসিবো? লেঙশিল্লকউ লেঙশিল্লকউ। পঙাঙ ঙাঙনবম্বনি নচানুপাগা।

সনাজাওবা - লেঙশিনবীবকউ ইমা। কদাই চৎপীকবনো?

যান্ধবী - ঙম্লিঙৈদা চঙগে খনবনি। থেঙদোকগ্রে। ইমা লুহোংবা অমা চৎলুবনি।

চীংথঙখোম্বা - কৈদৌই হায়গেনহে। অসিসু নয়ূমনি। নুপামচা চঙউ নমাগী চা শেল্লকউ।

যান্ধবী - (ঙক্লা) লক্ষ্মীবু লৈতববা তাদা।

চীংথঙখোম্বা - মীটিং অমা লৈ হায়ব্রা করিনো। খরা থেংলক্কনি।

যান্ধবী - ও: (তৌফম অমা ইখং খঙদে)

সনাজাওবা - ঐ ইমাবু য়ুম ফাওবা থিনজগে মাসু হল্লক্কনি, ঐ ইমাগী চা শেমজকগে।

যান্ধবী - যাবে য়াবে। ইমাদি চাসু থোইদোক্লা থক্তে। (ইমুংদগী অঙাং কপ্পা তাবকই)

চীংথঙখোম্বা - ইহৈ- অঙাং মচাসি অমুক হৌরমাল্লে। ইবেম্মা নচানুপাগা ব্রাবী শারম্মু। (ইপা পাখৎনা চেনশিনখি)

যান্ধবী - নুংঙাইতেদকো তৌরিবসে।

সনাজাওবা - মী য়ামদবা ইমুং হায়বসিদি অসি ঙাক্তনি ইমা। মান-মানা ঙম্নবা হোৎনবা হায়বদুনি।

যান্ধবী - তাইবুংঙোসি ব্রাবনবু লোইরনিনে-অহলগা ওইশিল্লকপসিদা।

| | |
|---|---|
| সনাজাওবা | - ঐখোয় ববাদা অহল ওইরেকা হায়রুরবদি শাউরক্কদৌরিবনি। মাগী ব্রাখলদি ইনখৎলকপা পাখংমচানি খঞ্জরিবজাৎনি। (নোকই) |
| যান্ধবী | - থবক-ইনখাং ইমুংগী মতেং পাংননবা মী অমা থমদ্রবদি কমদৌনি অসিদি তাইবুংঙোসি য়াম্না ব্রারনি। |
| সনাজাওবা | - হৌজিক্তসু মদুই ব্রাফম খন্নজরম্বনি ইমা। ঐখোয়নদি নুপীমচা লৈশাবীমচা নত্রগা নেপালিগুম্বা পাখঙমচা পাম্মী ববানদি পাখং লৈশাবী শেন্নবা ঙম্লোই হায়দুনা যানিংদে। |
| যান্ধবী | - মদুসু চুমলিবনিনে। অদুবু, তাইবুংঙোনদি করি কবম্বা পামলিবা? |
| সনাজাওবা | - ববানদি চহি ৫০ মুক্কী লুখ্রাবীগুম্বী মচা মশুনা য়েৎলরোইদবী পাম্মী অদুদা ঐখোযগা লৈমিন্নববনিনা থবক অমা হাযবদা মানা অহল ওইববনিনা ইনুং নুংঙাইবোইদবা অমা লৈত্রদো ইমা? |
| যান্ধবী | - চুম্মীনে ইচাশিংনা হাযবসু। অদুবু তাইবুংঙোনা অহলনি, ইমূংদদি অহলনা হায়বা ব্রা চৎকদবনি। নখোযনা অফিসতা কবিদা চাউজববসু ইমূংদদি তাইবুংঙোগী মাযযোক্তা নখোযনা লৈবদি ইমাদি পামদে। |
| সনাজাওবা | - ঐখোযনা খঞ্জবিবসু অদুনি। |
| যান্ধবী | - নুপামচা, ঙসি ইমানা নঙগীদা লাকপদি ইচাদা ব্রা অমত্তদি হায়গে লাকপনি। |
| সনাজাওবা | - (ঙক্লা) তাকপীযু ইমা। |
| যান্ধবী | - নুপামচা নঙবুসু ইমানদি ঐনা পোকচবা ইচামক্লি খল্লি। |
| সনাজাওবা | - হাযবীযু ইমা। |
| যান্ধবী | - ইমাগী ইফমদদি নহাক্কা ইচানুপী বাজলক্ষ্মীগা অনী অসে অমত্তনি। |
| সনাজাওবা | - (নুংশিনা) ইমা। |

যান্ধবী - সনাজাওবা ! নখোয়দি নহা ঙাক্তনিদো, অদুগীসু মথক্তা সরকারগী থবক তৌনবা মশেলনিনা অয়ুক্তা নুমিদাংগা নত্তনা য়ুমগী মখাদসু লৈনবা নত্তেদো।

সনাজাওবা - ইমানা অদুক কোইনা তাকপীনিংলিবা ৱাফমদু করিনো?

যান্ধবী - ইমানা হায়রমগদবা হায়ববু মীনা ঙাঙবা মীৱা খক লৌগনু নখোয় অনী অমগী অশোইবা অরানবা অমনা অমবু ঙাকনৌ। তাইবংপানবা মীওইবা ওইনা হিংবা হায়বসিদি লান্দবা ঙম্বা নত্তেকো।

সনাজাওবা - (নোকমি) ঐগা মহাক্তা অন্দরষ্টেন্দিং অমসুং কনফিডেন্স, হায়দি থাজনৈ ইমা।

যান্ধবী - য়ুম্বানবগী নুপা-নুপী লৈমিন্নবা হায়বসিদি অমগী অশোইবা অবানবা মকা ফোংদনা ঙাক্লবতনা খৎন চৈনবা য়ুম কাইবা থোক্তবনি। ইমাগীদি ইচা নিঙোল রাজলক্ষ্মী মতোমতনিনা ইমাদি য়াম্না ৱাই, নুপামচা।

সনাজাওবা - মহাক য়াম্না শীংবী অমসুং এডজসমেন্ট হৈবা নুপীনি ইমা। কৈদৌঙৈদসু ঐখোয় অনী জ্যান য়াউদবা মরৈসু তৌনদে।

যান্ধবী - খঙদে নুপামচা, ইমাগীদি ইচা নিঙোল মতোমতনিনা ইমাদি ইপাদা পাখৎলি। (চীংথঙখোম্বা থোরকই)

চীংথঙখোম্বা - নশুনুপা অহলদুনা মখোংদুনা ননশিনবীরিবনি ঐ চঙলমদ্রবদি শিবু শিরমনি। য়াহিপ থিগ্রে। মপানা অঙাং ওইরিঙৈগা চপ মান্নে। হায়-হায় নমাগী চা হায়রগা লেপ্তুনা লৈথোক্লমাল্লেনে।

যান্ধবী - য়াজরে তাইবুংঙো।

চীংথঙখোম্বা - য়াদে-য়াদে ঐদি চা লোল্লম্লগদ্রা হায়রগা।

সনাজাওবা - (নোকফেৎনা) ঙাইহাক্তা লেঙশিনবীরম্মু ইমা। (চৎখি)

চীংথঙখোম্বা - যান্ধবী। নঙ নচানুপী ঐ ইমৌসিদি ফগ্রেদকো সত্য। ওই য়েৎনা খঙলিবা, মবম্না ওক্লিবা লৈকাইসিদা ঐ ইমৌসিগুম্বদি অতাংবনি। থোং থাকপসিনা হৈগ্রিবা। ইমানা পোকঙৈগী চাদবা মথোংকাসি ইমৌ লাকপদগী চারেনে। (নোকমি তৌই) ঐবো।

যান্ধবী - (নোকমী) তাইবুংঙোনা তাকপীরিসিবু।

চীংথঙখোম্বা - হে ঐখোয় শ্মাইদদিং চান্নপোত্তে মনিলনা থোঙবনি ঙা চমফুৎনি, মপালমগী খুৎথোঙনি হায়দুনা চাইদো, মতা অমা ওইনবু হাওইনে।

যান্ধবী - ওম্থোকপা অঙাংনিদা।

চীংথঙখোম্বা - করিনো ইবেম্মা, ইমৌনি হায়দুনা থাগৎপা নত্তেকো য়েন থোঙবকাসিনা হৈখ্রিবা। মানা শেম্বা য়েন অফুৎপা মহি 'শুপ' হায়দু হেক হেক থকপদগী ইশাকাসি পাখংদৌনবু তৌরক্লেনহে যান্ধবী। (যান্ধবী নোকচৈ)

যান্ধবী - নমৌ অঙাওবীদুগী মতৌনে ঐখোয় তাইবুংঙোমক্কী মতৌনে ওম্থোকপনিদকো।

চীংথঙখোম্বা - মপান্দা চাউরকপা অঙাং মশেলনিনা ইচাগা ইমৌগসু মৎ মান্নজৈ- ৰাঙাঙ শাজৎ মান্নজৈ, লাইনা পীবা যুবা হায়বদুনিনে ইবেম্মা। ঐদি নহা মরম অহল মরকনিনা মোই অনীগী মবক্তা ইশু অনীসিগা নুংঙাইবে, নুংঙাইবা হাযববু অসি নত্রনহে ইবেম্মা। (গাড়ি মখোল তায়) লাকএ- লাকএ নচানুপী য়ৌরক্লে। হরে কৃষ্ণ।

যান্ধবী - তাইবুংঙোনা শোল্লিবা নাম মশোন্দুগা চাবিবা চিঞ্জাক মতাদুগা খঙদ্রে তাইবুংঙো। ঐ ইচানুপীবু ঙাঙজরমগে।

চীংথঙখোম্বা - য়াদে-য়াদে। হৌজিক্তি ঐগী ইমৌ ওইজববনিনা। ঐনা ঙাঙনি। ঐনা চৈনি, গর্ভদা অৱাবা পীবগা নাম শোনবা মুক্তি ফঙদবনি ইবেম্মা। লাই নিংবা হায়বদুদি অচুম্বা চৎপনি অবানবা তৌদবনি। ঐগীদি ইচা, ইমৌ, ইশু অমত্তনা অবানবা তৌবদি যাদে, মীনম্বা চৎপসু য়াদে, নিশা চাবসু য়াদে, ময়াই কাবা শীজিন্নবসু য়াদে, চিঞ্জাক্তি চানিংবা মচি ওইগদবা অহাও-অহাওবা চাগদবনি। মসি ঐগী ধর্ম্মনি। য়ুমগী অহল ওইরিবা ঐগী ধর্ম্ম ঐগী ইচা-ইমৌ ইশুনা ইনগদবনি।

যান্ধবী - অদুগীবুদি চুম্মী তাইবুংঙো। (বাজলক্ষ্মী চঙলকই, মমায় মমিৎ

ইচোক চোকথে)

রাজলক্ষ্মী - ঐখোয় ইমা লাকঅস্মীনা।

চীংথঙখোম্বা - (রাজলক্ষ্মীদা হাইফেৎ য়েংলগা নুংশিনা) হায় ! ঐ ইমৌ বামাল্লেনা করিগীদনো ইচোক চোকথনা উইনা। (মচা উরগা যান্ধবী কপনিংই)

রাজলক্ষ্মী - ঐ ব্রাদে ববা।

চীংথঙখোম্বা - হাইট। ওইদবা ঙাঙগনু। ইপা খঙই। উম। ইচাশা নোইসি লাইরিক লাইশুদি ফনা মতমলে অচৌবসু ওইবে তলবসু ফনা মচাওরে হায়ববু জ্ঞ্যানসি কদায়দনো অমা ইনান নানথোকইদকো। পীকলিঙৈদগী নখোয়না তম্লকপা লাইবিকশিংদা পুন্সিগী কাঙলোন লোইনমক যাওবনিনে। পুন্সি হায়বসি অঙ্কনিনে।

রাজলক্ষ্মী - (ঈংনা) ববা।

চীংথঙখোম্বা - সিমপ্লিফাই, লাইথোকহল্লু হায়বদু নখোয়না ক্লাস ফাইভতগীরা সিক্সতগীরা তম্বা হৌবকইনি। পুন্সিগী তাঙ্কক-তাঙ্কক্তো লাকপা প্রোব্লেমশিংদি শৎ-শৎ তিনশিনবা খায়দোকপা পুরিবা য়েন্নবদা ইব্রা ব্রাদনা ফল তান্নবা হোৎনগদবনি। থবক শীনবা হৈয়ুনে অঙ্ক হৈয়ুনে, ফল তাথোক্লগা ব্রাদবনি হিংবা নুংঙাইবনি। পুন্সি হায়বসিসু অঙ্কনিনে।

রাজলক্ষ্মী - ঐ কাউজবরোই ববা।

চীংথঙখোম্বা - নমাইবেম্মগা ব্রারী শাবম্মু ইশু অনীসু তুমগ্রবনি সে নমাইবেম্মসি মীগী লূহোংবা অমা চৎলুবদগী চঙলকপনি হায়য়ে নঙবু উন্ননিংদুনা ইপা ফি হোংলুখিগে নমাইবেম্মসি ইপা থীনবীরগে। (নোকমিনা) অদু নমাইবেম্মা থিল্লু হল্লকপদা ইপা নোই অশেম্বা হায়দু কিলো অমত্তং লৈরক্কেনে।

এঙ্গাং হাওনা চাসিদো ইপাই ইবেম্মা। (ইমুংদা ঙাঙ-ঙাঙদুনা চঙখি, রাজলক্ষ্মী চঙশিল্লক্কুনা চৌক্রিদা তপ্পা ফমথে যান্ধবী পুম্নমক্কু উবদা কপনিংই)

যান্ধবী - (মচাবু চিংনা য়েংলগা) লক্ষ্মী। (কপনিংই) চমত্রবা ইমুংসিগী মীওইশিং অসিদা নঙনা চৎলিবা শাজৎ অসে ইমা খাঙবা ঙমদে, খাঙবা ঙমদদুনা লাকপনি।

রাজলক্ষ্মী - ঐ করিসু তৌদে ইমা।

যান্ধবী - নহাক্কী মীটিং অদো করম্বা মীটিংনো ইমা খঙই। লুহোংবা অমত্তা চৎকে হায়দনা ঙসাই নুংথিলদগী রিক্সো তোংদুনা লাকপদা ঐখোয়গী য়ুমদা নঙবু হঙবা লাক্লম্বদুনা মাংদা কার অমদা অদুগা গাড়ি অদুগী মতুংদনা নতোমতনা ড্রাইভর য়াওদনা নঙগী গাড়ি থৌদুনা টিদিম বোডতা হাইথখিবদু ইমা উই। রিক্সো খাম্লগা ঐনা নঙবু হল্লকপা উব্রা হায়দুনা কৈশামপাৎ থোংখোঙদা ঙাইবসি পুং অহুমনি। (কপথোরকই) ইমা খাঙবা ঙমদদুনা য়ুম অসিদা লাকপনি। ঐনা নঙবু শিখ্রে হায়ববমক্তদা মহাক্লা নঙগী খোঙ্গুল করম লীরবিবনো?

রাজলক্ষ্মী - (ৱানা) ইমা। (লেপখৎলকই)

যান্ধবী - নঙগী মিংচৎ থিবা পাউ অমত্তং ইমাগী ইফমদা অমুক হন্না তাহল্লক্লবদি ইমাদি হিংদ্রে খঙউ।

রাজলক্ষ্মী - ইমা। ঐ পুম্নমক খঙই। ঐনা পুম্নমক ফনবা শীনগনি। ঐ ঙাওদে ইমা। মচা নিঙোলগীদমক্তা ৱাজবনা নথৌ ওইরবী ইমাবু ঐনা অসুক্কী মতিক নুংশি, ইপুবোইববু ঐনা নুংশি, ইচা অনীবুসু ঐনা নুংশি, ইপাগুম্লবা ইকুবোকপু ঐনা ইকায়খুম্মে। ঐনা কনাগীসু ইজ্জৎ শোক্কদবা থবক অমত্তা তৌদে ইমা।

যান্ধবী - অদুগা নঙনা করিগীনো মফম অমদা মাগা উন্নকরিবা মৃনালিনী

(শোম্বাংননা মী তাখিনি মতাগুম চৈহৎলি) ঐবু জ্ঞ্যান তাদ্রেনে। নঙগী হাক্তক্তা ঐ হিংলোইদৌরিনে। ঐবু খাঙবা গুমদ্রেনে।

রাজলক্ষ্মী - ঐনা করি হায়রগা ইমানা ঐবু থাজগদগে ঐসু খঙলক্রে ইমা।

যান্ধবী - নমা ঐগীফাওবা পেন্নবা পাউখুম খুম্বা হৈত্রিবা নঙনা নহাকপু লান্না লৌনরকপা মতমদা মী অতৈদদি করি ব্রাহৈনা অরানবসি কুপকদৌরি? নপুবোইবনা নকুবোক্লা মীয়াম সমাজনা নঙবু চিংনরকপদদি করি খুমগদৌবি?

- ঐ লান্দে ইমা। চৎনবীদা, ধর্ম্মদা মীওইবগী মবিদা ঐ লান্দে। মদুনা ঐ ইচা পোক্তুনা অনৌবা পুন্সি অসিদা ইনীংতম্না ঐহাক হিংবা ঙম্বনি। ইমানা ব্রাফমসি য়াম্না নাখৈ শেঙনিংলবদি হয়েংমক অফিস অব্রাবদা ঐ যূমদা লাক্কে। (সনাজাওবা চা পুদুনা থোরকই)

যান্ধবী - (লাপ্না সনাজাওবা চঙলকপা উবদা) হৈ তুমিন লৈযু। (সনাজাওববু কৌদুনা) ইবুংঙো। ইচানা ব্রানা হোৎনকবেদো।

সনাজাওবা - ব্রাদেদা ইমা। (চা বাজলক্ষ্মীদা পুন্নপ শিন্নৈ, বাজনা মমাদা পী, যান্ধবীনা লৌই লক্ষ্মীদা) ঐ নঙ লাকপগী মখোল তাবদুদা নঙগীসু যাউবকঅবনি। (যান্ধবী চা চিংই)

- য়াম্নবু হৈবিনে ইচাদি, ওম্বোক্লা হাওখ্রে।

সনাজাওবা - মানা লোনবা মওংদু সুম তম্বনিদা। (চীংথঙখোম্বা থোরকই, জিন খোঙগ্রাও শেৎলি, ফুবিৎ অব্রাংবী লীৎলি, টুপী অফনবা অমা উপ্পী)

চীংথঙখোম্বা - চাকা থক্লব্রা ইবেম্মা।

যান্ধবী - তাইবুংঙোদি পাখঙ মচাবু মাল্লেনে। মায়োক ব্রাবু শান্নবীববা কবিনো?

চীংথঙখোম্বা - মাযগা কোকসিগতা মঙাইবে নৌ হাযবা য়াদ্রিবা, ব্রাখলদি

| | | |
|---|---|---|
| | | পাখগুনি ইবেম্মা। ঐনা টুপীকা উপশিল্লিবসে হোরেল মোয় অশেম্বা হায়বদু লৈবদা অউবনা ভাব অমদা পুখিদনবনি। ইবেম্মা ইপাদা লুপা ২০০ দা পীয়ুদনা নঙ গাড়ি শোদুগা ইপা নমা থিল্লুগে। |
| সনাজাওবা | - | ঐঙোন্দগী লৌগ্রো ববা। |
| চীংথঙখোম্বা | - | ইমৌ নুপীগী বেক্তা য়াউবা পেডেক-পেডেক লাউবসি ওইনা লৌজগে। (লক্ষ্মীনা শেলগা শোগা পী, লৌরগা) অদুদি ইবেম্মা নঙসু থোরক্লো ঐ গাড়ি মমায় লৈথোক্লমগে। (থোকখি, পূম্নমক্লা যেংনরগা নোকমি নোকমি তৌনহৌই) |
| যান্ধবী | - | অদুদি ইচাশা ইমা য়ৌবগে। ইমাগী ব্রা হাযবদু মতম অসিদদি নখোয়গী পুন্সি মহিংসে মীনা কল্লক্লবা মতমনি। নুংশিননা সেগা-মাইগা তানদুনা লৈমিন্নৌকো। |
| সনাজাওবা | - | অহোই ইমা। |
| । | - | ঐ থিনদোক্কে ইমা। |
| | - | যারে যাবে তাদগা গাড়িগা চৎখ্রগে। (তপ্পা ইংনা চৎখি) |
| সনাজাওবা | - | (লক্ষ্মীদা) নঙ ব্রাবন্ননি। নফিকা হোংদোক্লুবো। |
| । | - | ব্রাদেদা। (মপুবোইববু নুংশিনা যেংজৈ) |
| সনাজাওবা | - | অফিসসি নঙনা হান্না হল্লক্লম্মুনে ঐনা হল্লকপদা নঙ লৈরমদবসে লৈফম খঙদেনে। |
| । | - | কবিগীনো অদুদি? |
| সনাজাওবা | - | অদুবু খঙবা ঙম্লবদি ঐদি লাই ওইবেদনা। (বাজলক্ষ্মীনা সনাজাওবগী ব্রাদু তানা-তানা লৈথোক্লগা চা গিলাস মমানা থক্লম্বদু লৌশিল্লি, লৌশিন-লৌশিন্না ঈশৈ মতেক অমা হুম-হুমদা ঙঙই, সনাজাওবনা নোকমিনা) ঈশৈকা হৈবজাৎনিদনা। |
| বাজলক্ষ্মী | - | ঐ ঈশৈ হৈতেকো। |

| | | |
|---|---|---|
| সনাজাওবা | - | (রাজলক্ষ্মীনা পায়রিবা চা কাপতু লৌরগা টেবলদা থম্লগা নুংশিনা) শক্লকউ। কনামসু লৈতে, ঐখোয় অনীতা ঙায়রে। |
| রাজলক্ষ্মী | - | ঐ হৈতে অশেংবনি। |
| সনাজাওবা | - | ঐসু য়াওবক্কে শক্লকউ। (ওইনৈ) |
| বাজলক্ষ্মী | - | অস নঙসিমা। (হায়বগা ঈশৈ শক্লকই, সনাজাওবসু ঈশৈ শকপা য়াওবকই) |
| রাজলক্ষ্মী | - | নঙগী নুংশি ব্রাখলদা<br>অহিং নুংথিল অনীদা<br>হিংজরিবী ঐহাক্তি নঙগীদমক্তা |
| সনাজাওবা | - | নঙগী নুংশি ব্রাখলদা<br>অহিং নুংথিল অনীদা<br>ঙাওজবম্বা খোইমুনি ঈখৌ লাংজবা |
| বাজলক্ষ্মী | - | ঙসি অহিং লৈকোলসে<br>বসন্তগী অয়ূক ওইসনু |
| সনাজাওবা | - | নিংথীরবী নঙগী লৈবাং লৈনাদা<br>ওইজগে খোইমু খোইমু লমহেনবা |
| রাজলক্ষ্মী | - | হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোকশিং<br>নোংমদি শোয়দনা লাকখিনি |
| সনাজাওবা | - | চিংনদে অব্রাবা ঐদি নঙগীদমক<br>কিকদে নোংলৈসু নঙগী নুংশিবদা |
| রাচলক্ষ্মী | - | লেপ্পীযু নঙতনা পুন্সিগী ওইনা |
| সনাজাওবা | - | ওইজগে নঙসে নুংশি লাইরেম্বী। |

(ঈশৈ শকপা লোইবকপদা বাজলক্ষ্মী অমদি সনাজাওবা ইমূংগী পোৎ-চৈ পুশিন্দুনা চঙমিন্নখি)

## তরুকশুবা উৎপা লোইবা

# তরেৎশুবা উৎপা

(লৈশেম্বগী য়ুম, নুমিদাং, মৃনালিনী ফি মতেক ইল্লি, ফনেক শেৎলি, ফি-ফি কামনা শাউই, হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি, মখুৎনা চিঠি অমসু পায়, চিঠিদু মখুৎনা শুক-রু নৈহৎলগা মখোঙনা নেৎশিল্লি)

মৃনালিনী - উশিৎ থওইদবা মানা চিঠি হঞ্জিল-হঞ্জিল ইবকপদগী লাকপীবনি। তা-লৈশেম্বা হায়বদুনা মরোল অমা মমান্নবা ডাক্তরদু থিবা চৎখিবদুনা নুমিৎ তাববসিফাও হল্লক্তে। ঙল্লিঙৈদা ইতোমতা হঞ্জখিদৌসু ঐ গাডিদুসু মানা পুথোকপীখ্রে। মোই ইমুংনি হায়দুনা তৌবিবসিনা ফি হোংদোকউ হায়দুনা নুপী অমখক চঙলক্লম্বদুদগী কনাম চঙলকখিদ্রে। কবিনো ঙসি তৌবিবা মতৌসিবো (গাডি লাকপগী মখোল তায়) লাক্তি লাক্লমাল্লে। (মমায মমিৎ নানথোকই) অমদুবু য়াউবক্লমগদ্রা? (হবাওই) কপশিন্নদুনা লৈসিরা ঐবো। অদু মশানা যাদবা নুপীনি হাযদুনা অমুক চেনখ্রদি। অস: খঙদ্রেদা ঐ। (মকোক খুমই, মায নোন্থদুনা লৈ মমায় লুকথৈ, চৌক্রিদা ফমথৈ, লৈশেম্বা চঙলকই, মৃনালিনীবু উবদা হবাওই)

লৈশেম্বা - (নোকমি) মৌ অনৌবী মান্দ-মাল্লিকো।

মৃনালিনী - (ডাক্তবদুনি খন্দুনা) নুংশিদে অমত্তা, কযা কুইবে ঙাইবিবা।

লৈশেম্বা - (হবাওনা) অওইববো।

মৃনালিনী - (অমদুগী ভাবতা) নত্তদি (য়েংখৎলক্তে) অসুক থেঙলবু য়ুমদা কমাই হন্নি?

লৈশেম্বা - (হবাওনা উক-রু লৈ) লাইনিংথৌ ইবুংঙো লৈশেম্বগী থৌবাং মহে যাল্লেদনা।

মৃনালিনী - (মমায় হাইগৎলকই, লৈশেম্বা মতোমতা উবদা মকোক্তা খুম্বা ফি লঙথোকই) কৈকান ঙাওশিন্নরিনো তা-লৈশেম্বা? অমদুদি কদায়?

লৈশেম্বা - (মতোমতা) হাই-হাই হন্দ্রিনা অসিদি।

মৃনালিনী - করিনো নঙনা মুরুম-মুরুম শোল্লিদুবো।

লৈশেম্বা - ডাক্তরগী জাৎসি শঙ্গ য়াদ্রেহে কেথবী। মোয়দি অনাবদগী লৌননবা হোৎনবদা অচেৎপা ব্রা অমত্তা ঙাওনবা যাবমদ্রে। ইকায়বনা শিরেহে ইবেম্মা। নঙনদি ডাক্তর-ইঞ্জিনিয়াব অমদি অফিসার নত্রবদি লুহোংলবোই, নয়ূম পাল্লবোই হায়দুনা লেল্লকই মতমসি কুইরক্লেদো নখুৎ-নমায় শিংলি অচৌ অচৌবা থোক্লকএদো।

মৃনালিনী - তানিংদে তা-লৈশেম্বা।

লৈশেম্বা - কৈদৌগেসিবো কাসিদা লৈরিবসি ঐখোয় অনীতনি, নঙগীদমক হোৎনবদা ঐসু কোযেৎ য়েৎতৌবিববা লৈনুং চঙদৌবিববা জ্ঞ্যান তাদ্রে।

মৃনালিনী - ব্রাবেম ঙাঙনু তানিংদে। কবি হায়রিনো মদুই নুপাদুবো। কল্ল-কল্লবা নুংশি ব্রাহৈনা থম্মোয নৌহন্দুনা মফমসিদা ঐবু কৌবীবগা চিঠি ইবা হৈব্রা হায়বু মানেকো ঐ যাম হাযনিংদে ঐসু মী য়াম লৈবজাৎনি।

লৈশেম্বা - তোকঅসিসে মসি ব্রাসে কেথবী।

মৃনালিনী - কবিনো তোকপা হায়দি। ঐ তোকপা যাবোই। ঐবু মোয যূমদা হৌজিকমক থিল্লু। ঐ লেম্না তোকলোই।

লৈশেম্বা - ফিঙ্গৎখিনুনে কেথবী নঙবো। নুপা মশা য়াউদনা নঙ মী ময়ূমদা কমাই লৈরুদগে? ডাক্তব মশাদি ক্লিনিক্তা মীগী মপুক লেনখায়বা চৎখ্রে। মায় ব্রাবীসি তোক্লসিদা কেথবী।

মৃনালিনী - ঐদি তোক্লোই। হৌজিক নুমিৎ তারবসিদবু ঐবু কবম্না য়ূমদা হঞ্জিল্লুগদৌবিবনো? ময়ূমদা চঙদ্রবসু মোয় কোম্থোংদা মা হল্লকপা ঙাইকসি।

লৈশেম্বা - মৈরা পাইবী থেঙনরবদি কৈন্যা কৎকে হায়রক্নি।

মৃনালিনী - ৱারেম ঙাওনু তা-লৈশেম্বা (শাউনা) ঐবু হৌজিকমক য়ূমদা থিল্লু অদুদি।

লৈশেম্বা - নোংই অদুৱাইদদি নও চেনখ্রে হায়দুনা ৱা-ৱা লাউনহৌরে। ঐদি নওবু থিনবা ঙম্লোই চৎখিগে হায়রগা নতোমতা চৎখো।

মৃনালিনী - (শাউনা) চৎখিনি। য়ূমদা ঐনা থোকপা খুম্লুনি।

লৈশেম্বা - ঐখোয় লমজিনসিদা সি আব পি কেম্প অমা লৈবনি। নথৌনা ফরগা চৎলু নুমিৎ হেক তাখিবগা লম্বীদা নুপী অঙাং অমত্তা চৎনদবনি।

মৃনালিনী - (শাউনা) চৎকনি। ঐঙোন্দবু কনানা কৈদৌনি।

লৈশেম্বা - চৎলু-চৎলু মোই কেপ্তেন্দসু পাখংনি হায়বনি।

মৃনালিনী - (শাউনা) নয়া হিগৎকনু। নুংশিদে নও।

লৈশেম্বা - ঐ হিংলিঙৈদা নওগী নতু নাম্মা শোকপা য়াবোইনেহে কেথবী। ঐখোয় য়ূমসিদা অসুম লৈয়ু হয়েং নোঙাল্লগা অহলশিংনা পাউ হায়দোকপা মরাইনা চৎচনি।

মৃনালিনী - নওনা ঙাওলিবদু করিনো তা-লৈশেম্বা।

লৈশেম্বা - গধাবু অপওবনি খনগনু কেথবী। গধা পাখং অমনা লমহুই লৈশাবী অমা চেনবগী ফুঙ্গা ৱারী অমা লৈ। ঐখোয় অনীগী পূন্সিসু থৌদোক্কুগা অমহানি।

মৃনালিনী - নওনা ঙাওলিবদু করিনো তা-লৈশেম্বা নথৱায়দু মাওগে হায়দুনা হৌরিব্রা?

লৈশেম্বা - ফুগে হায়রসু ফুজৌও, হাৎকে হায়রবসু হাৎচৌ ননিংনি। ঐখোয় খুনগী মী পূম্নমক্না লৈশেম্বদু মোয় থবক তৌমিন্নবা ইম্ফালগী মশক ফজখ্রবী অমা চেল্লকএ হায়দুনা য়া-য়া লাউনখ্রবসিদা ঐবু চোপ্পনবা অমুক শীল্লনু। কান্নররোই কেথবী নবাইবক ইরাইবক্নি।

- (চপ লেপ্লগা) নঙনা তৌরিবসি করিনো?

লৈশেম্বা - ঐনা পামজবা নুপী মীগী ওইহনখিদবা হায়দুনি।

মৃনালিনী - পুম্নমকসি নঙগী চলাক? (পুমঙক ঙকই, শঙত্রিক য়েংই)

লৈশেম্বা - ঐনা ঙাঙবা থাজরিবী নহাক্না ঐবু নুংশি হায়বসি ঐহাক খঙই কেথবী। কৈকান্দগে ঝা য়াম্না ঙাঙনদনা।

মৃনালিনী - (ঙক্না) কৈনো হায়রিবসিবো। ফোটোগা চিঠিগদু অশেংবা নত্রবা ঝারীদুসু।

লৈশেম্বা - ফোটোদু ঐনি, মুন্না য়েংঙউ কম্প্যুটরনা শক ফজহনবনি, চিঠিদুনা কবি লুঝাংথৌনা ইবনি। লৌশিংনা শাবু ফাবনি কেথবী। নুংশিজবী নুপী লৌবদি চঙনা শ্বর্গ কাবনি।

মৃনালিনী - (শাউই) নঙগুম্বা করিসু লৈতবা ফোর গ্রেড পিওন অমনা ঐবু নমথাক তৌদুনা নঙগী ওইননবা হোৎনরন্নবা। ঐ নঙবু লেম্না তোক্লোই। (শাউবনা ফৃ-ফৃ কাম্মী)

লৈশেম্বা - লেম্না তোকলোইসি চাউনা লূহোংসি।

মৃনালিনী - (কপথোবকই) তা-লৈশেম্বা !

লৈশেম্বা - লূহোংলনি হায়দুদা খংনুং নুংশিবকপ্রা?

মৃনালিনী - নোই পুম্রি লৈব্রা?

লৈশেম্বা - নুমিদাংসিদা পুম্রি কৈদৌগেগে।

মৃনালিনী - (কপনিং) কয়াম লুই?

লৈশেম্বা - মীগী লেপকা ফঙপোত্তে। লুখ্রবজাৎনি। ঈশিং ঝাবীবা মফম নত্তে। নোই অদুঝাইদৌনা টৌটি কোজিন্দা ক্যু লেপ্লবদু নত্তে ঐখোয় শ্বাইদি।

মৃনালিনী - ঐতা মদুদা চোংথদুনা শিজরুগে। (শাউনা গম-গম চৎখি)

লৈশেম্বা - (পাখৎনা) হায় কেথবী। কেথবী। (তান্নখি)

**ভরেংগুবা ঊৎপা লোইবা**

# নীপালশুবা উৎপা

(হোটেল, নুংথিল, অর্জুন ইম্ফাল থাদোক্লদবগী লোইশিল্লদুনা থোরকই, তাই পুল্লি, সুট শেৎলি, মপূক্লিং ইরাং লাংই তাঞ্জাসিদা রাজলক্ষ্মী অমদি মচানুপা রোহিত মনুংগী কাদা বারী শাবা তায়, অর্জুন হেন্না লাওতক্লে)

বোহিত - (মনুংদা কপ্পুনা) মমিজি য়াউদ্রদি ঐদি যুমদা হল্লোই। করিগীনো ঐখোয়গী যুম লৈনা লৈনা মমিজিনা অসিদা লৈথোক্লিবা? যুমদা চৎসি মমিজি।

রাজলক্ষ্মী - (কপ্পা খাওনা মচাবু থেমদুনা নুংশিনা) বোহিত। মাই সন। কপকনু। মমি শোয়দনা লাক্কনি। ওসিদি পপাজিগা চৎলম্মো। মমি শোয়দনা ইচাগী নাক্তা লাক্কনি।

রোহিত - লাকওই করিসু। (কপ্পুনা) ঐদি মমিজি য়াউদ্রবদি যুমদা শুকহন হল্লোই।

রাজলক্ষ্মী - ঐ শোয়দনা লাক্কনি। মমিজি শোয়দনা লাক্কনি কপকনুসে নহাক্তি থৌনা ফবা নুপামচানি। নুপামচানবু কপ্পা হৌনব্রা? সিয়োর। মমি শোয়দনা লাক্কে। কপকনুসে।

রোহিত - প্রোমিস।

রাজলক্ষ্মী - (কপ্পা খাওনা) প্রোমিস।

রোহিত - (কপ্পুনা) মমিজি লাক্লদি - ঐদি গুহাদা চোঙথদুনা শিনি।

রাজলক্ষ্মী - (কপ্পুনা, লাউদুনা) রোহিত। মাই সন। অদুগুম্না ব্রাবু হায়বা হৌনবরা নঙ পীক্লিবা অঙাংনা, ইমাবু করি ওইয়ু হায়ররিবনো?

রোহিত - মমিজি!

রাজলক্ষ্মী - (কপ্পুনা) ইমাগী রোহিত। মমি শোয়দনা লাক্কনি। (খোঞ্জেলশিংদু তাবদা অর্জুন তৌফম খওদে, মপি লৈরবী

তৈথোকই, হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি তাঞ্জাসিদা রাজলক্ষ্মী কপ্লা-কপ্লা চেষ্থোরকই, অর্জ্জুন্না চেষ্থোবকপদু য়েংই, রাজলক্ষ্মীসু চপ লেপ্পী)

অর্জ্জুন - মাঙজৌননা, ঐনা মফমসিদা লাকপনা নঙগী অব্রাবা ওইগনি খঙলম্লবদি কৈদৌঙৈদসু ঐ লাক্লম্লোই।

বাজলক্ষ্মী - (মপি তৈথোক তৈথোক্লা) বোহিতপু কপহন্দনা পুবীযু। নৌরিবা মহাকপু মপৃক্লিং নৌহনবীগনু।

অর্জ্জুন - ঐগী ইচানুপাগী চ্যেকশিনবা-চ্যেকশিন্দবা ঐগী ইথৌনি। হৌজিক্তি, ঐনা তৌগদবা ইথৌগী মবমদা নঙোন্দগী ব্রাহে অমত্তসু পামদ্রে। ইভন, হৌজিকমকসু, ঐ নঙোন্দা কবি ব্রা হায়গদগে ঐ খঙদে। (মপি ইবা চেল্লি)

বাজলক্ষ্মী - (তৌফম খঙদা) অর্জ্জুন। (ঘড়ী য়েংলগা) রিপোর্টিং তাইম য়ৌবক্লে।

অর্জ্জুন - ঐনা মফমসিদা লৈবসিদা নঙগী অব্রাবা ওইবব্রা বাজ? আই নো, ঐনা লাকপসি নঙগী অব্রাবনি অমদি লাঙতক্লবনি। অদুবু, ঐগী অব্রাবদি নঙনা কবি ওইনা খনবগে" ঐ ঙসি চৎলনি, ঐনা চৎখিবসিনা নঙগীদি শান্তি ওইহৌবগনি। অদুবু, ঐনা বোহিতকা লৈমিন্নগদবসিদি ঙসিতা নত্তে। ঐখোযগী পপাজি অমদি মমাজিনা নঙ য়াউবক্লগনি হাযদুনা, মমৌ অমদি মশুবু ওক্লনবা ইমূং পৃম্নমক লৈতেংলমগনি। ঙসিসু মকুপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈ পৃম্নমকপু লনস শীল্লমগনি। নঙ যাউদনা ঐ কবম হন্নি ? করমননো ঐনা ইমাযসি ঐগী ইমূংদা উৎলুগদৌবিবা।

বাজলক্ষ্মী - (কপনিংনা) প্লিজ অর্জ্জুন। নহাক মখা তাবীবগনু। মসি ঐখোয়গী ইবাইবক্লি। মখা তানা ঐবু ব্রাহনবীরগনু।

অর্জ্জুন - ইবাইবক্তা ঐ কৈদৌঙৈদসু তাইননিংদে। নুংশিববু ইবাইবক্তা তাইনবা ঐনা পামদে। মবাল লৈত্রিবা বোহিতনা মাবু পোকপী রাজলক্ষ্মীদি মহাক্কী ইমূংগী মমা মপা অমদি চৎনবীগী মচা

ইজ্জৎকীদমক লল্লানবা অমগী ওইগ্রে, অতোপ্পা মচাশিংগী মমা ওইগ্রে, তারক্লবদা করি ওইগনি খল্লুবদা ঐ খাঙবা ঙমদে।

রাজলক্ষ্মী - মতম চানা ঐনা ইচানুপা রোহিতপু উন্নরগনি।

অর্জ্জুন - (শাউরকই) মতমদুদা ঐনা অয়াবা পীগনি খনবরা? মফমসিদা হেক লাকপা নুমিত্তগী ঐগী থম্মোয়দা নোংমা-নোংমগী ওমখৎলকপা মৈগী চীং অসে নোংমদি পোখায়রক্লোই খল্লুগনু। নঙনা মতম অমদা ঐগী ইচানুপা রোহিত পোক্কুনা ঐগী নুংশিববু আশা অমদা থল্লম্মী। ফিভম্মা নঙনা নয়ূমদা চৎখি, ঐনা য়ুরোপ্তা রিছার্স তৌরুই।

রাজলক্ষ্মী - পূল্লমক অমুক হৌদোক্লরবোইসি অর্জ্জুন। নহাক ঐঙোন্দা মাইন্দ তৌগনু। কুন্তীনা কর্ণবু মতম চুপ্পগী মমা ওইবীগী থম্মোয়না নুংশিজবগী ৱারী নহাক খঙলিবা নত্রা?

অর্জ্জুন - (লাউরকই) ঐগী ইচাবু কর্ণগা প্রমান তৌগনু। ঐবুসু মৈবুল ওইবা নুমিৎকা প্রমান তৌগনু। ঐগী ইচাবু ঐনা লমজা শরা ওইনা লঙথোক্তে। নঙনতা মমা ওইবীগী নুংশিবদগী লাপথোকখিবনি।

রাজলক্ষ্মী - ঐবুতবু নহাক্লা লান্না উবা ৱাখলদু থাদোকউ অর্জ্জুন। মীওইবগী পুক্সিদা হিংবা হায়বসে ইরাই লাইদবনি। ঐনা ঐনতা ওইহননিংবদু পুক্সিদদি য়াদবনি।

অর্জ্জুন - ও: ঐবু নখোয়গী জাতি নত্তে, নখোয়গী পেরেন্টসনা ঐবু য়ারোই, নখোয়গী সোসাইটিনা নঙগী ফেমিলিবু অমদি নহাকপু ঙাঙনগনি অমদি মিংচৎ থিনা শোন্নগনি হায়বগীদমক নঙনা ঐবু অমদি রোহিতপু থাদোক্কুনা লৈশাবী শাদুনা লুহোংবা ঙমখিবা নত্রদো।

রাজলক্ষ্মী - অর্জ্জুন। লেট অজ ষ্টোপ হিয়ার।

অর্জ্জুন - করিগী তোক্কনি। অৱাবসি ঐ খাঙবা ঙমদে, ইকায়বসি ঐ খাঙবা ঙমদে, নঙগী সোসাইটি অমদি অহল-লমন্না

জাং-বিজাং অমদি ধর্ম্মগী পল্লোলদা ঐবু হেক উবদা ব্বারৌখিদনবা ঐনা কোই ককথংলুই, শম ককথংলুই, ইপা ইপুগী চংনবী ফাউবা থাদোক্লুই। নুংশিবগীদমক, নওগীদমক, ইচাগীদমক। (খাওবা ওমদনা ব্বাই)

রাজলক্ষ্মী - আই নো ইব্রিথিং অর্জ্জুন। (মঙ্গি চওলকই লোম্না অনীনা ওাওনরিবদু তারম্লগা থোকখি)

অর্জ্জুন - হৌজিক মতম লৈশিল্লক্রে ঐ মসিমতংদি নঙোন্দগী খওগে নও রোহিতপু নুংশিবা নত্রা?

রাজলক্ষ্মী - করিনো নওনা হায়রিবদুবো? (কপথোরকই)

অর্জ্জুন - অতৈ ব্বা অমত্তসু পামদে ঐ। ঐগী ব্বাহংতগী পাউখুম পীয়ু। হায়য়ু নহাক রোহিতপু নুংশিবরা?

রাজলক্ষ্মী - রোহিত! করিগীদমক ঐনা ঐগী ইচাবু নুংশিরোইদৌরিবনো মচা নুংশিদবী মমাবু পৃথিবীগী করম্বা মফমদা লৈরমগদগে?

অর্জ্জুন - অদুদি হায়য়ু - রোহিতকী মপাবুদি নওনা হৌজিকসু নুংশিবা ওমদ্রিবা করিগীনো (রাজলক্ষ্মী কপথোরকই) ওনন্সি, ঐ ব্বাহংসিগী পাউখুম নঙোন্দগী পাম্মী। ঐবু লাওতক্লহনগনু রাজ অশেংবা পাউখুম পীয়ু। (চেনশিন্দুনা রাজলক্ষ্মীগী মখৌরি মেৎলি, তাঞ্জাসিদা যাহ্নবী চেনশিল্লকই উবদা মচাগীদমক লাউরকই, মচাগী মৈনা অর্জ্জুনসিংদা খুপাক্লা থাদুনা ফুই, লক্ষ্মীবুসু ইম্বোকখি, ইবাং লাংই)

যাহ্নবী - লক্ষ্মী। নওনা ফনা শীওদুনসু, লাইরিক ফনা ফদুনসু, সবকারগী থবক ফনা চাউবা তৌদুনসু, পূক্লিং ফাবা ফনা ওমদুনসু, নুংশিববু মায়থিবা পীবদি ওল্লোই হায়বা ইমা খওই।

রাজলক্ষ্মী - (কপথোরকই) ইমা।

যাহ্নবী - ইবুংঙো নুপামচা নহাক ইমাবু ব্বাবৌগনু। রাজলক্ষ্মী মপুরোইব্বা অমদি মচা লৈরবীনি। শাগে অমগী মৌ ওইনা ইমুং অমবু মকোক্তা থোঙ্গত্তুনা পুরিবীনি। মপুরোইবা অমদি

য়ুমগী মৌনা য়ুম থাদোক্তুনা অতোপ্পা নুপা অমদা চৎখিবা হায়বসে ঐখোয়গী চৎনবীদদি অমঙ্গলনি।

অর্জ্জুন - (লৈথোক্লগা) মচা নিঙোল ওইবীবু ফ্রিদম ওইহনবীদবদগী মনীংতম্না মপূক্লিংগী ব্রা হায়দোকপা ঙমজখিদ্রবী রাজবু ঐনা ব্রারৌদে ইমা। চয়েৎনবা কন্ট্রোর্ভসি অসিবু ঐ সোলভ তৌবা পাম্মী। বাজলক্ষ্মীবু পুদুনা ঐবু চৎহনবীয়ু। মসি ঐগী বিক্যসনি। মহাক ঐগী নুপীনি, মচা লৈরবীনি। বাজ, ঐ নঙবু ব্রাবৌদে।

যান্ধবী - নখোয় অনীগী মবিদি অবোনবনি। অদুতনা, চৎনবীগী মখাদা ঐগী ইচানুপীবু লৈশাবী ওইনা লুহোংখিবনি। মচা হাযবসে মমা-মপা ওইবশিংগী লননি। মদুতনা, নখোযবু মী ওইননবা লমদমসিগী মীয়াম মমাংদা ইজ্জৎ মাংদনা অচৌবা মী ওইননবা শেল চঙনা মপান লৈবাক্তা লাইবিক তম্বা থাবনি। নখোয় অনীগী নফমদা থোকখিবা থৌদোকশিংদুদি এক্সিডেন্টনি।

অর্জ্জুন - (ঙক্লা) নো মমি। ব্রি লভ ইছ অডবস। লভ ইজ নোট এন এক্সিডেন্ট।

যান্ধবী - নুংশিবা ঙাক্তনসু পুন্সি ওইবা যাদে পুন্সি হাযবসিদি তোপ তোপ্পনি, চৎনবী, ধর্ম্ম, ফিদম হিংবগী মহৌশা পূম্নমক্লা পুন্সিবু লৈতেংগদবনি কন্ট্রোল ঙমদবা পূক্লিং ইহুলখক্লা জয় তৌহনবদু নত্তে। অশোযবা অমা লৈখ্রে, ঐ খঙই, অবানবা অমা লৈখ্রে হাযবা ঐ খঙই, ঐখোয়না ইচাতবু ফহন্নিংবদগী মিৎনা উবা ঙমদবা খুদক্তা খোঙনা - খুৎনা চৎপা ঙমদবা মফমশিংদা ইচাবু মহৈ তম্বগী মিংদা থাদোকই, মখোয়না কৈদৌরি করম্বা ব্রাখল পুকচেল শাজৎ হোংলক্কি হাযবদি যেংশিনবা ঙমদে। (কল্লব) ঐগী ইচানুপী বাজলক্ষ্মীনা ওইরম্লিবা পুন্সি অসিবু লৈবাকসিগী মীওই কনানা থাজগদৌরিবনো?

বাজলক্ষ্মী - তোক্লসিবা ইমা। (অর্জ্জুন তৌফম খঙদে)

যান্ধবী - কবিগী তোক্কনি। খঙলবনি-হৈরবনি জ্ঞান লৌশিং লৈববনি হায়দুনা নঙনা পূম্নমক শীনগে হায়বদায। হৌজিক্লা কবিগী

ওমদে। ইমিংনা খোঙনা উবা মফমদা ওইবনিনা কোইথি-থিদুনা মমা অমা ওইনা ঐনা ওসি নঙ নশাগী ইজ্জৎ, মচা নিঙোল পোকপী মমা অমগী ইজ্জৎ কনজবা ওন্নি। চৎলু মাং থাউ। কুন্তীগা সুর্য্যদেব নুমিংকা লৈমিন্নবা ফঙখিদবনি। (মচানুপীবু ইন্নি)

অর্জ্জুন - প্লিজ মমি। (বা অমা হায়গে তৌই)

যাহ্নবী - (নমহত্তুনা) মখা তাগনু। চৎনবী ওাক্লা ঐগী ইচানা মযুম পানগ্রে হায়রবদি নঙসু নুপামচা ওইনা লেম্না হনখিগদবনি। মখা তারক্কনু মদু নঙগী অফবা ওইববোই। (মচাবু ইন্দুনা পুখিনবা হোৎনৈ)

অর্জ্জুন - (তৌফম খঙদনা) অসিদা অসুম লোইবা তারব্রা রাজ? (বাজলক্ষ্মী পাউখুম অমত্তসু পীদে, শিঙ্গুরন্বা পীনা চোৎলবা মায়থোঙখক অর্জ্জুনদা উৎলক্ষ্মী, যাহ্নবী মচাবু ইন্দুনা পুখি অর্জ্জুন য়েংনা য়েংনা তৌফম খঙদনা লেপ্তুনা লৈ। রাখল খল্লগা চঙখি)

**নীপালশুবা উৎপা লোইবা**

# মাপলশুবা উৎপা

(চীংথঙখোম্বগী য়ুম, নুমিদাংবাই, সনাজাওবা হল্লকপগী গাড়ি মখোল তায় চীংথঙখোম্বা থোরকই)

চীংথঙখোম্বা - কনানো হল্লকখ্রিবসিনা নুপারা-নুপীরা? (য়েংই) নুপানিদনা অসিদি উম, মোইনা ঐবু লাক্লবসি ফনা ফজনা লাক্লেনে। ঐ ইশুশিংসিবু মমা-মপা অনীমক হল্লক্কদৌরে হায়দুনা চপ্পু মান্ননা তুমখিনে নুমিদাংবাইরমসিদা। লাকখিসনু ঙসিদি, মখোয় অনী হেক শুবগা অন্দলোন মখল অমা চৎথগে ঐসু। গাড়ি থৌদোক্লগা হেক্তা চৎখ্রগা লোয়রে। (খল্লি) ঐবু কদায় চৎসিগে ? থায়নগী সেনিমা লাষ্ট-সো হায়বদো নুংঙাইবনিদা। নুমিদাং পুং মাপলদা সেনিমা হৌরগা তরামাথোইদা লোইবদো। ইমুংদা মোই মমাগা ঐগা শাউনরগা য়ুমদা হনজিল্লক্লবোই থোকলক্লগা লাষ্ট সো য়েংদুনা লৈথোকপদো নুংশিদা, ওম্থোক-ওম্থোকপা বাবু ইতোমতা নীংশিংইদা। (সনাজাওবা বেক অমা পায়দুনা চঙলকই) নুপামচা নঙ হল্লক্লব্রা?

সনাজাওবা - অহোই ববা, অদু মাবু?

চীংথঙখোম্বা - হল্লক্লিনে, হন্দক মরক অসিবু নখোয় অনীনা ওফিস থেঙনা হল্লকপা তান্নরিবসিবু কবিগীনোনে নুপামচা?

সনাজাওবা - থবক খরা চিন্দুনা তৌনবিবনি। মাসু য়ৌরক্লনি ববা। অদু অঙাং অনীদি ?

চীংথঙখোম্বা - নোয় হল্লক্লনি হায়বসি খঙব্রা কবিনো তুমগ্রে।

সনাজাওবা - (ঘড়ী য়েংলগা) ই, মতম কায়দা, মচাদুবুদি তুমজরবসু কাইদে।

চীংথঙখোম্বা - তুমপ্রে, মোই তুমখিবনা ইপাদা খরা কোন্মি। (মঙ্গি চঙলকই)

মঙ্গি চঙলকউ। চঙলকউ। নোই নতৈমদুসু হল্লক্ত্রি। নঙ তামোদি হল্লকপতা মঙাইরি। নচিন ননাও বারী শাউ। (চৎখি)

সনাজাওবা - মঙ্গি ফমসি লাউ। কুইরেহে ইচিল ইনাও উন্নখিদবা। কৈনো নঙনা নহাল নোয় ইতৈমখোয়গী ওফিসতগী নুপী অমা হায়দুবো।

মঙ্গি - চেনপ্রেদা তামো।

সনাজাওবা - (ঙক্লা) কৈনোনে নঙ হায়রিসিবো।

মঙ্গি - মোয় ষ্টাফকী পিওন অমনা মমান্নবা ডাক্তর অমনা কোইহন্নি হায়রগা ময়ূমদা পুরগা মানা ওইনা চেল্লিয়ে।

সনাজাওবা - (নোক্লগা) করিনোনে নঙ বারীসিবো।

মঙ্গি - মসি বাসি তোক্লসি তামো, ঐ তামোদা পাউ অমত্তা তমজগে লাকপনি।

সনাজাওবা - (থওইদনা) পাউদু ঙাইখোনে, নঙ হৌজিক্কী বারীদু ফনা নুংঙাইরিনে ঐদি, নুপাদুবু ফনা হৈরিনে।

মঙ্গি - (হৈনিংদনা) মদু তোক্লসি তামো। ঐ মুন্না খঞ্জরগা পাউসি তামোদা তম্বনা অচুম্বা ওইনি হায়দুনা তমজগদৌরিবনি।

সনাজাওবা - হাযয়ুনে, হায়য়ুনে, নতৈমসু হল্লক্লনি।

মঙ্গি - খঙদে তামো, তামোবু ঐদি ইয়াম্বমক্লমনা নুংশিজবনি, ঐ যাম্না বাই তামো।

সনাজাওবা - কৈদৌবগে নঙনা হায়রিসিবো।

মঙ্গি - বাফমসি ঐখোয় ইতৈমগী বাফমনি।

সনাজাওবা - নোই নতৈমদু থবক খর চীনমাল্লে হন্দক মরকসে। য়ৌবক্লনি পুন্না বারী শাসি। ইনাওগী নুংঙাইরোইদবা, পুক্লিং নুংশিগদবা মানা তৌবা য়াবরা ঐ লৈরিবসিদি, ইয়াম্বা লৈরিবসিদি মঙ্গি।

| | | |
|---|---|---|
| মঙ্গি | - | ঐনা তমজগদৌরিবা পাউ অসিদি পুম্নমক অদু অমত্তা নত্তে। ইচম চমজবা তামোদা ইতৈমনা তৌরিবা মওংসি ঐ য়ানিংদে। |
| সনাজাওবা | - | (ঙক্লা) করিনো নঙনা হায়রিবদো? |
| মঙ্গি | - | তামো, ঐখোয় ইতৈমসি - (হায়দোকপা ঙমদে) |
| সনাজাওবা | - | (লাংতক্লনা) নোই ইতৈমা করি তৌবে হায়রিবনো? |
| মঙ্গি | - | নুপা অমগা, অরোম্বা মরি। |
| সনাজাওবা | - | (শাউনা লাউদুনা) নঙনা ঙাঙলিবদো করিনো? |
| মঙ্গি | - | অচুম্বনি তামো। |
| সনাজাওবা | - | (শাউনা) অচুম্বনিসু অমুক্কা হায়রিনে, (মশা নিকনা) মঙ্গি অমুক্তি হায়খ্রে অনীরক শুনা ৱাফমদু পল্লক্লবদি ঐবু ফত্তে হায়গনু। ঐগী নুপী রাজলক্ষ্মী মপুরোইবা অমদি মচাশিংবু নুংশিজবী নুপীনি। ইমুংগী অহল ওইরিবা ববাবু ব্যাবহার লৈনা সেবা তৌজবীনি। আইডিয়েল ওইবা ইমুংগী য়ুম্মুবেম্বীবু নহাক্লা বদনাম তৌবা হায়বসে, ঐবু শীংনবনি। |
| মঙ্গি | - | ইতৈমবু ঐনা বদনাম তৌবা নংচদে। নুপাদু নন মনিপুরীনি, ইতৈমগী মচানুপা অমসু লৈরে। |
| সনাজাওবা | - | (শাউনা মমায়দা খুপাক্লা থায়) কবি! অদুক চাউবা মীনম্বা। চৎখ্রো চৎলু মসি ঐগী ইয়ুম্নি। নঙ য়ুমদা লাকপা মীনি। (লাউদুনা তাল্লি) |
| মঙ্গি | - | তামো, তামোনা ইতৈমগী মফমদা থম্বীরিবা কনফিডেন্স, অদুমক্লা তামোনা ইতৈমবু মশক খঙবা ঙম্লবোই। ঙসিসু, ঙরাংসু, নহানসু নুপাদুগা ইতৈমগা মখোয় অনীগী মচানুপাগা হোটেল অমদা। |
| সনাজাওবা | - | (লাউদুনা) মখা তাগনু। |
| মঙ্গি | - | ঐবু তামোনা অসুক য়াম্না লান্না খনবীরমগনি হায়বদি থাজরুদে। |

| | | |
|---|---|---|
| সনাজাওবা | - | (লাউদুনা) মখা তাগনু। (অমুক্কা ফুগে তৌবদা চীংথঙখোম্বা চেম্থোরকই, অনীগী ফিভমদুদা ইপা পাখংলি, খাম্মী) |
| চীংথঙখোম্বা | - | কৈদৌনববগেনহে, (ইপা পাখংনা) নুপামচা কবিনো নঙগী মওংসিবো। |
| মঙ্গি | - | ঙসি ঐনা হায়জখ্রিবা ৱাফম পুম্নমক, তামোগী পুক্লিং লৌশিং ওইননবনি তামো। |
| চীংথঙখোম্বা | - | করি ৱানো মঙ্গি- হায়য়ুনে কবি ৱানো ইপাদা হায়য়ু। নখোয় অনীনা ঙসি তৌরম্লিবা মওংসিবু করিনো? |
| মঙ্গি | - | তামোনা ঐবু য়েক্রুবগুম্না খনখিবদুদি ঐদি য়াজনিংদে তামো। |
| সনাজাওবা | - | (শাউনা ঙঙদুনা) মঙ্গি। |
| চীংথঙখোম্বা | - | (পাখংনা) করিনো হায়বনি ঙসি নখোয় অনীনা তৌনবিবা মওংসিবো নুপামচা। |
| মঙ্গি | - | ঙসিমক নত্রবসু অচুম্বা খঙবগী নুমিৎ লাকখিনি। ঐ চৎচবগে তামো। (চৎখি) |
| চীংথঙখোম্বা | - | ঙাইখো মঙ্গি, ইপা থিনদোক্কে, নয়াম্বগা শাউনবা হৌনব্রা? (ঙাঙনা-ঙাঙনা মঙ্গিদু তান্নখি) |
| সনাজাওবা | - | (শাউনা মতোমতা কোইনা চৎলি) কবি? রাজলক্ষ্মীবু ! শকখঙদবা নন মণিপুরী অমগা অদুসু হোটেল অমদা। ইমপোসিবল, ওইথোক্তবা ৱানি। অদুবু মঙ্গিদি ঐগী ইফমদা ওইদবা মীনম্বা অমুক্তদি ঙাঙখিদ্রি। (খল্লি) অচুম্বদু ঐ চপচানা খঙলুখিগনি। (চৎখি) |

## মাপলশুবা উংপা লোইবা

## তরাশুবা উৎপা

(চীংথঙখোম্বগী য়ুম, মমশি মমলিবা সন্ধ্যাগী মতম, গাড়ি থৌরকপা খামখিবা তায়, যাঙ্গবীনা মাঙ থাদুনা রাজলক্ষ্মী থোরকই)

রাজলক্ষ্মী - ইমা থেঙখ্রগনি। য়ারে ইমা, ইমা য়ৌবীরো ঐ চঙজখ্রগে।

যাঙ্গবী - ইমানা লাক্লিবসে নঙবু থীনবা লাক্লিবনি মতম অসে থেঙলবনি। ব্রা ঙাঙগনু। মীনা নঙবু কৈদৌনুংদসু লান্না খলহল্লোইদবনি নুপী ওইবী হায়বসে ঐখোয়গী লমদমসিদদি য়াম্না লুবনি। ফনা য়াম্না চাউখৎপা জ্ঞান তাবা লৈদুনসু চৎনবী ওইখ্রবা লোনচৎপু হেক্তমক হোংদোকপা য়াদবনি। ইমাগী মাঙ থারো লাউ। মতম পুম্নমক্তা নপুক্লিংগী ব্রাফম মচা মচা ফাবা ঙম্নবতদা মায় পাকপা ঙম্বনি পুক্নিদদি। হিংবা হায়বসি যাম্না লুবনি। (চীংথঙখোম্বা থোরকই) তাইবুংঙো!

চীংথঙখোম্বা - (শাউরংননা) ইবেম্মা। যাঙ্গবী। ইমৌগী অফিসকী থবকসিবু মমা-ইবেম্মসু য়াউরবরা করিনো?

যাঙ্গবী - ব্রারৌবীবা য়াদ্রে তাইবুংঙো ঙসিদি ইচানুপীসে ঐগা থবক অমা চৎমিন্নজরুরে অদুনা নচম্না থীঙ্গবক্লিবনি।

চীংথঙখোম্বা - (থওইদনা নোক্লগা) হ: হ: হ: মচা নিঙোলগী লমচৎ, মচা নিঙোলনা তৌবা থবক মমা ওইবীনা খঙদবা হৌনদে। অদুবু ইবেম্মা মশুক ফবা মীবু অপঙবনি খনবদি পাপ পুবনিকো। (যাঙ্গবী ঙকই)

যাঙ্গবী - তাদা।

রাজলক্ষ্মী - (তৌফম খঙদনা) অদুদি ঐ চা শেমজরুখিগে ইমা। (চৎখি)

চীংথঙখোম্বা - চাদু ঐগীদি য়াউরক্লগনু। ঙসিদগী ঐ চাসু থকখ্ররোই।

যাঙ্গবী - কবিনো তাইবুংঙো ঙসিসিবু য়াম্না ব্রারৌনা পুক্লিং নুংশিনা লৈবীরম্মীদা।

| | | |
|---|---|---|
| চীংথঙখোম্বা | - | (শাউনিং) ইবেম্মা যাম্ববী, ঐনা খঙবদা ঐগী মরুপ্তু মপূকচেল শেঙবা, লমচৎ ফজবা নুপানি, নহাকসু মরুপ্তুগী য়েংদুনা ইচলমক্লি খনবনি। অদুবু, ঙসিদি ইবুং পুক্লিং য়াম্না নুংশি। |
| যাম্ববী | - | তাইবুংঙোনা তাকপীরিবসিবু? ঐবু (মখা তাদে) |
| চীংতঙখোম্বা | - | ইবুংদি য়াম্না চম্না মীনি, ইচানুপাসু ঐনা পোকপনি হায়বদা চপ চাবা মীনি। ঐখোয়গী চৎনবীদা য়ূম্বানবগী লূহোংবা হায়বসি - হায়না শীংনরগা লূহোংবা, চেনবা-চোংবদগী লূহোংবা, মৌ লৌবা, লূখ্রা-তুমন লৌবদি কন্যা কৎনৈদো, হন্দক্কী ঐগী ইচানুপাগী লূহোংবসি কন্যা কৎকদৌবা ওইরমাল্লেনে ইবেম্মা। |
| যাম্ববী | - | তাইবুংঙোনা তাকপীরিবসিবু করিনো? |
| চীংথঙখোম্বা | - | কৈদৌনগদগে কোয়না ঙাঙনকদনা ইবেম্মা। লমদমসিদা ইপা ইপু হাক্তক্তগী চৎনবী লোনচৎ লৈবা ইমূংদদি ওক্তবী লমচৎ নাইদবীশিংবু ইমূংগী লৈতেং ওইদুনা খক থম্লদে। ইঙা-ইঙেনগী মতমদা অতিয়াদা থোক্লিবা খোঙজোমনুবী থর নমিচাকশিংসিবু কনানা ওনখিবনোনে ইবেম্মা? |
| যাম্ববী | - | (তৌফম খঙদে) তাইবুংঙো। |
| চীংথঙখোম্বা | - | লৈশা-লৈশানা য়ূম্বানবগী লীচৎ চৎলুবা লূরাং চনু তকক্তুবু মমা-মপা, মবুং-মৌপ্পাশিংনা ঙাকপীখিব্রা? খোঙজোমনুবী হায়বদি ওক্তবী হায়বনি। খোঙজোমনুবীনা সতি শাদুনা ইমূংগী লৈতেং ওইবদি ইবুং খাঙবা ঙমদে। |
| যাম্ববী | - | (তৌফম খঙদা) তাইবুংঙো। |
| চীংথঙখোম্বা | - | লাই ওইবী পান্থোইবী ফাউবা খাবা শলাইনা য়ূমগী মৌ ওইনা থম্বা ঙমখিদবগী মবম কবিনো? |
| যাম্ববী | - | তাইবুংঙোনা তাকপীরিবসি ঐগী ইচানুপী রাজলক্ষ্মীবু ওক্তবী লমচৎ নাইদবীনি হায়বীরিব্রা? |

চিংথঙখোম্বা - ইচাবু-ইমৌবু ওক্তবীনি লমচৎ নাইদবীনি হায়দুনা ফোঙদোকপা হায়দোকপা ইকায়বদগী উনা-উনা খঙনা-খঙনা অরাবসে খাঙদুনা শিবা ঙাইগদরা নত্রগা মখোয়গা লৈমিন্নদনা ঐ তোঙান হিংগদরা? ঙসি নঙ লাকপা য়াম্না ফৈ। তাঞ্জা য়াম্না চায়। নচানুপীসি ঐগা লৈমিন্নবা নুংঙাইররোই।

যান্ধবী - (রানা) ঐ মমানি। রাজলক্ষ্মী ঐগী ইচানি। ইচাবুদি ঐনা হিংলিঙৈ মতমদা মফম অমত্তদসু মফম খঙদনদি থল্লোই। ইমুং অসিদা ঐগী ইচানুপীনা থৌগল্লোন ব্যবহার কায়বল্লবা নচল হিংজরি তাইবুংঙো।

চীংথঙখোম্বা - ইমুং অসিতদা লমচৎ ফজবগা ইমুং অসিদগী হেক থোকখিবগা শাজৎ অমা ওইদুনা - চিরোন নমথাক্কী পুন্সি অমা ওইবক্লগদি ঐখোয়না করম্না খাঙদুনা লৈবা ঙমগনি। মহাক্না ইমুংসিদা লৈবিবখৈদি ইমায়সি থাঙ্গত্তুনা ঐখোয় হিংবা ঙম্নরোইদৌবি। ঙসি ইবেম্মনা লাক্লিঙৈসিদা নচানুপী পুখিবনা পূম্নমক্কী শান্তি ওইগনি।

যান্ধবী - (ঙক্না) তাইবুংঙো!

চীংথঙখোম্বা - যান্ধবী। নঙ ইবুংবু রারৌগনু। মনা-মনিন নাইদনা নচানুপীবু ঙসিমক পুখিবতনা পূম্নমক্কী শান্তি ওইগনি।

যান্ধবী - তাইবুংঙোনা ঙসি তাকপীবিবা রাফমসিবু তাইবুংঙো ইতোমত্তগী ওইবা রাবা নত্রগা ইবুংঙোগী অনিংবা অপাম্বসু যাউরবরা?

চীংথঙখোম্বা - (শাউনা) মদু নহাক্না হঙবগী দরকার লৈতে। ঐ মপানি।

যান্ধবী - মরাল লৈতবা ঐগী ইচা কনানসু মরাল পীবদি মমা ঐনা য়ারোই। ঐনা তাইবুংঙোগী নফমদা ইচাবু শক্না ঐগী ইচাবু য়েংশিনবীয়ু শীন্নখিবনি। ইচাবু চৎলো-লৈরনু হেক্তমক হায়বা ঙম্মীবিবা তাইবুংঙোগী থম্মোয়সি অঙকপনি।

চীংথঙখোম্বা - নচানুপীনা ময়াং অমগা হোটেল অমদা লৈরম্বদু মমা ইবেম্মসু খঙবা নত্রা?

যান্ধবী - খঙন-চান্নবগী ইচানা মী অমগা চা-অমা থকমিন্নরম্বা য়ারী অমা শারম্বদি য়াই। ঐগী ইচাবু হম্বা থাক্তা লৈবা মীগুম্না ঙাঙবদি তৌবীগনু তাইবুংঙো।

চীংথঙখোম্বা - (শাউনা) লমচৎ নাইদবীবুদি ইচানি ইমৌনি হায়দুনা কনানা লৈমিন্নগদৌরিবনো?

যান্ধবী - তাইবুংঙো ঐনা পোকচবী ইচানুপীদি লমচৎ নাইদবীদি নত্তে। হম্বা থাক্তা লৈবা মীওইনা ঙাঙগদবা লোন মমা ঐ অমা ইচাও চাওনা লৈরিঙৈদা তাইবুংঙোনা হন্না-হন্না ঙাঙবীরিবদুমক্তি য়াজনিংদে। অদুগীসু মথক্তা ইচানুপীগা লৈমিন্নরিবসি তাইবুংঙোগা নত্তে তাইবুংঙোগী ইচানুপাদুগনি - রাজলক্ষ্মীবু য়ূম অসিদা লৈবা লৈতবা হায়বসিদি মখোয় অনীগী য়ারেপ্পুনা অবেপ্পা ওইগদবনি। তাইবুংঙোগী ইচানুপাদু কৌথোকপীরকউ।

চীংথঙখোম্বা - ঐগী ইচানুপাদু শাউবদগী য়ূম থাদোক্লুনা চৎখ্রে। ফত্ত-নুংদ অমত্তং থোকলকপদা নমা-নচাগী দাইত্য ওইগদবনি।

যান্ধবী - নুপীনি হায়দুনা অদুম্নসু তাকপীগনু তাইবুংঙো। হয়েং অয়ুক অঙম্বদা ঐ লাকচগে, তাইবুংঙোগী ইচানুপাদু থম্বীবম্মু, অরোইবা অমা ঙাঙনজগে। মবকসিদা ইচানুপীগী মতু নাম্মতং শোক্লম্লবদি মদুদা নচম্না তৌবা ঙম্বসু য়েংবীয়ু। (ফেৎ হাইদোক্লুনা চৎখি)

চীংথঙখোম্বা - (শাউনা) ফৈ-ফৈ য়েনবা তারেদনা ২১ শুবা শতাব্দীগী কুন্তী শাবীনা য়ূম অসিদা ঐগী ইমৌ লইবদি কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্লোই। (শাউনা চঙখি)

**তরাশুবা উৎপা লোইবা**

# অরোইবা উৎপা

(চীংথঙখোম্বগী য়ূম, নুমিদাং, মৃনালিনী ফাইল অমা কোন্দুনা চঙলকই, কোয়না য়েংই)

মৃনালিনী - (মতোমতা) গাড়িদি লৈবা উইসে। হন্দি হন্নকপ্নমাল্লে। (য়েংই) মীবু অমত্তা উদে, অসিননিনে ঐনা অফিসারগী ময়ূমদা চৎপা শুকহৈ হৈনদ্রিবসে। (তাঞ্জাসিদা সনাজাওবা ৱাখল নুংঙাইতনা চঙলকই, মৃনালিনীবু উবদা চপ লেপ্পী)

সনাজাওবা - কনানো?

মৃনালিনী - (ইপা পাখৎচৈ) ঐনি সার। ঐখোয় মেডামবু উন্নবা লাকচবনি।

সনাজাওবা - (শাউনিং) করিগীনো নুমিদাংসিদা?

মৃনালিনী - মেডাম্না অথুবা দ্রাফ অমা লোইবকউ তাকপীরম্বা।

সনাজাওবা - অফিসকী থবক্তি অফিসতা শুদদনা য়ূমদদি করিগীনো?

মৃনালিনী - অরুবা-অথুবনি তাকপীরম্বদুদা হয়েং অয়ূক অঙম্বদা থাদোকননবা লাকচবনি সাব।

সনাজাওবা - (কল্লপ) মপান্দা লৈরিবসি কনানো?

মৃনালিনী - ইপ্পানি সার।

সনাজাওবা - নৌপ্পা ওইরগা করিগী চঙহল্লক্রিবা?

মৃনালিনী - (নুংঙাইতনা) ইপ্পানি সার। ঐ কৌশিঞ্জরুগে। (চৎকে তৌই)

সনাজাওবা - য়ারে। নোই নুপী হায়বা জাৎসিদি মফম মরাং খঙবা জাৎ নত্তে। (মৃনালিনী ইকায় তৌফম খঙদে) ঐ ৱা অমা হঙগে।

মৃনালিনী - তাকপীয়ু সার।

সনাজাওবা - অর্জ্জুন সিংহ সহেগল হায়বদু নখোয়গী অফিসকী সপ্লাইয়রবা নত্রগা কনানো?

মৃনালিনী - ঐ খঙজদে সার।

সনাজাওবা - (লাউদুনা) নঙনা খঙদবা য়াব্রা? ময়াং মচাদু নোয় মেডামগা করি মরী লৈনৈ?

মৃনালিনী - (কপনিংলকই) তশেংনমক ঐহাক খঙজদে সার।

সনাজাওবা - অদুদি হায়য়ু ঙবাং নখোয় মেডামগা মাগা কদায়দা উন্নৈ।

মৃনালিনী - ঙরাংদি ঐ অফিস চৎচদে সাব।

সনাজাওবা - ঐ নঙগী এটেনডেন্স বেজিষ্টাব য়েংলগা লাকলিবনি নঙ ঙবাং অফিস কায। হায়য়ু নখোয় মেডাম ঙসি পুং কযাদা অফিস থাদোকখি ?

মৃনালিনী - (লৎ-লৎনা) ঐ-চপ চাবদি খঙজহৌদ্রে। অদু, পুং অনীগী মতুং ওইবন্বা য়াই।

সনাজাওবা - (শাউনা লাউদুনা) ষ্টুপিড! হন্না-হন্না নঙনা ঐগী ইফমদা ওইদবা ঙাঙলিবসি নঙসু নুপীনি হাযদুনা নুপী ওইবী নখোযগী অমোৎপা অমগা অমগা কন৲ৎনবিবা হাযবদুবা? ঐগী ইফমদা ওইদবা ঙাঙলবদি নঙগী অফবা ওইবোই।

মৃনালিনী - (কপথোবক্তুনা) ঐ কিদে সাব। সাবনা ঐখোয়গী মেডামদা য়েংবীরিবা মীৎয়েং অদুদি ঐহাক য়াজনিংদে। ঐ মেডামগী অনিংবা অপান্বা অমদি সিনসবিটি খঙই, মহাক্কুন্বী থম্মোয শেঙজবী অচুম্বা পান্বীদি লমদম অসিদা অতাঙবনি।

সনাজাওবা (লাউদুনা) নঙগী ওইদবা চিবোলদু ঐনা তাগনি খনব্রা? ঐ খঙই নঙসু মহাক্কী অমোৎপা তুক্কচববা লমচত্তুদা য়াওবা নুপীনি। লমচৎ নাইদবীশিংগা নক্লা লোযনবা মীনা কৈদৌঙৈদসু অফবা ওইবদি ওইথোক্লোই। চৎলো। চৎখ্রো চৎলো। (লাউই, মৃনালিনী মরু লুকথদুনা চৎননবা মমায লৈথোবকই, তাঞ্জাসিদা বাজলক্ষ্মী চেম্থোবকই, মৃনালিনীনা 'মেডাম' হায়দুনা বাজলক্ষ্মীদা কোল্লি, বাজলক্ষ্মীনা মৃনালিনীবু নুংশিনা থেম্মী)

বাজলক্ষ্মী - মৃনালি ! নঙ ব্রাবৌরনু ! কদায ! (মৃনালিনীদগী ফাইল লৌই,

সনাজাওবা চুরুট লৌতোক্লুনা থকই, রাজলক্ষ্মীনা ফল্লপ য়েংই, ফাইলদগী ড্রাফ অদু সহী তৌই) ফরে নঙ য়ৌরো।

মৃনালিনী - মেডাম! হয়েংদগীদি ঐগী ছুটি।

রাজলক্ষ্মী - ঐ খঙলে। নঙগী নৃহোংবগী ৱাফমদুগী ওইরিনি, ঐ গ্রান্ট তৌবীরগে অদুবু হয়েং অঙম্বদা চে অসিমত্তংদি থাদোকলম্মু।

মৃনালিনী - ফনি মেডাম।

রাজলক্ষ্মী - য়ৌরো-য়ৌবো! (মৃনালিনী নোল্লুক্লা থোকখি, মৃনালিনীনা চৎখিবা য়েংলগা সনাজাওবদা ওনশিল্লক্লগা) চুরুট থকপা অমুক হৌদৌরব্রা?

সনাজাওবা - নাইতোম হিংবা পুন্সিদা ঐবু মতেং পাঙননবনি। অসিদগী হেনবা য়ুসু থক্লকপা য়াই। য়ুদগী হেনবা ময়াই কাবা নিশা কয়াগা মরুপ ওইরকপসু য়াই। পুন্সিনা লৈখা তারকপা হায়বদু অসিনি। (শাউনিংনা চুরুট মুথৎলি)

রাজলক্ষ্মী - ঐ হিংলিঙৈদদি নঙবু কৈদৌঙৈদসু নাইতোম তাহল্লোই। ঐ হিংলিঙৈদা নঙনা করম্না লৈখা তাগদৌরিবনো?

সনাজাওবা - ওইদবা হায়বসি ঐগী য়েক্লবনি। ঐহাক তাৎ অমদি মীনম্বা হৈতবা মীনি। ঐঙোন্দা ওইদবা ঙাঙলগা নহাক্লা ফঙলিবা নুংঙাইবসি কবিনো? নঙবু হৌজিক্তি ঐনা থাজবা লৈত্রে।

রাজলক্ষ্মী - (ঙক্লা) ঐবু থাজদ্রে হায়বা!

সনাজাওবা - নশাগী নরালদি নশানা খঙজফম থোকই।

রাজলক্ষ্মী - ইরাল? ঐগী কবি ইরাল?

সনাজাওবা - করি মরমদগী ঐনা ৱারেপ অসি লেপ্পক্লিবনো হায়বা নহাক্লা তশেংনা খঙদবমক্লা নত্রগা খঙশিন্নদবরা? ঐ নহাকপু ডাইভোর্স তৌরগে খায়নবগে লেপ্লে। লৌনম চিরোল তৌবা লোঙ্গা-লোনথুপ্নবশিংগা কৈদৌঙৈদসু ঐগা লৈমিন্নবা ঙম্লোই।

রাজলক্ষ্মী - ঐখোয় অনীবু - ডাইভোর্স! মবমদি ?

সনাজাওবা - ব্রাহং অদু নহাক্না ঐঙোন্দা অমুক হৣঙবগী কান্নবা কবিনো?

রাজলক্ষ্মী - ঐ লানখিদে ঐ তামোদা কবিসু লানখিদে, মীনম্বা ওইদবসু চৎখিদে, কনানা করি ওইদবা চিবোল তৌরমদুনা ঐবু অদুক লান্না উবীবিবনো? নতোমত্তনা অচুম্বদা য়ূম্ফম য়াওদবা ব্রাবেপ অসি করম্না লেপ্পীরম্লিবনো?

সনাজাওবা - (লাউদুনা) নঙনা হায়বিবমখৈতা ঐনা থাজগনি খনববা? নঙনা মীবান মচা অর্জ্জুনগা মপুরোইবা লৈ-নচা লৈ, চৎনবী অমদি অহল লমন লৈ হায়বগী ব্রাখল কাউথোক্তুনা চৎলিবা শাজৎ-লিচৎ মদুবু, ঐবু মিং তাংববা? ঐ না পঙববা যেংউ য়েংউ (লাউদুনা চঙশিল্লি) আই হেট যু।

বাজলক্ষ্মী - ও। মরম অদুগীদমক। ঐ লোৎলোই। নঙদি ঐগী ঈশ্বরনি হায়দুনা চৎনবীগী লীপুনগা লোযননা ঐনা ইবাৎচবিবনি।

সনাজাওবা - (লাউদুনা) মখা তাগনু। ঐনা নঙগী চিবোল তাগদবদি নত্তে।

বাজলক্ষ্মী - অদুবু, অচুম্বসিমদি কবিনো খঙবা ফৈ।

সনাজাওবা - নঙগী শেম শাবা ব্রাবীদু ঐ তারোই। ঐ পূম্নমক খঙলে।

বাজলক্ষ্মী - খঙবীরিবদুবু কবিনো?

সনাজাওবা - নহাক লমচৎ নাইদবীনি। মদুসু লৈশাবিঙৈদগী হৈনবক্লবা নহাক্কী লীচৎনি।

বাজলক্ষ্মী - ঐবু অদুম্না হায়গনু, ঐহাক লমচৎ নাইদবীদি নত্তে। অর্জ্জুনসিং ঐগা অহানবা শকখঙনখিবা নুপানি। ইচা নুপা অমসু ঐখোয অনী খঙনকুবদগী লৈববনি।

সনাজাওবা - (শাউনা) অদুগা কবিগী ঐগা লূহোংলি? শেঙলবা ঐগী পুক্নিদা নমথাক্কী মাযখুম উপ্তুনা নহাক্না কবিগী লাক্লি?

রাজলক্ষ্মী - ঐ নমথাক তৌখিদে কৈদৌঙৈদসু ঐ নমথাক তৌখিদে।

সনাজাওবা - খুমগনু। নখোয়গুম্বী নুপী ওইবীশিংনা মপাল্লমদা লাইবিক

লাইশু তম্বা চৎপগী মিংদা ইবাং তৌদুনা চৎলিবা শাজৎ ঐনা খঙলোইদৌবগুম খনবরা? করিগীনো নচা লৈরবী নুপা অমগা লৈমিন্নরুববী নহাক্না সতি শাদুনা অবোনবা মায়খুম উপ্তুনা চমজরবা ঐগী ইফমদা অসুক চাউবা মীনমলিবা। ঐ নঙবু এক্সকুাজ তৌরোই।

বাজলক্ষ্মী - লৃহোংদ্রিঙৈদা ব্রাফমসি ঐনা নঙোন্দা খঙহন্ননবা হোৎনখি। নহাকপু অমুত্তং উন্ননবা হায়জবদা নহাক্না ইনগেজ মেরিযেজনি উন্নবগী কান্নদে হায়দুনা যাবীখিদে।

সনাজাওবা - ব্রাফমদুগা নঙগী নমথাক্কা মবি লৈনদে। ঐ খাঙবা ঙমদে। নঙনা মহাভারতকী কুন্তী শাদুনা, সতি শাদুনসু ঐনা কৈদৌঙৈদসু নঙবু ঙাকপীরোই। (শাউনা) তাউ। ওক্তবগী হৈনবী লমচৎ হায়বসি হেক্তমক হোংদোকপা ঙমদবনি। নুমিৎ কৌবা লাইদগী মচানুপা কর্ণ ফঙলবা মতুংদা কুন্তীনা থাদগীসু অমুক মচা ফঙখিবনি। অচৌবা ব্রারী অমদা থোকপা থৌদোক হায়বসি পুন্সি অমদসু ওইবকপনি।

রাজলক্ষ্মী - নঙগুম্বা ব্রাখল লৈবা জ্ঞ্যান লৈবা মতিক চাববা মীওই অমনা হন্থবা থাক্তা কুন্তীবু লান্না ইন্টবপ্রিযেট তৌবা ঐগী পুন্সিবুসু লান্না বদনাম তৌবদি ঐহাক য়ানিংদে।

সনাজাওবা - নপুরোইবা অমদি নচা লৈরবী নহাক্না লম্লানবা অমগা উন্নবম্বা ঙম্বসি নহাক্কী কবি আশানো? নঙগী কবি অপাম্বনো? ঐনা নঙ ব্রা ঙাঙগনু হায়রিবসিনি। য়ুম অসি থাদোক্তনা চৎখ্রো, ইমাংদা নঙনা লেপ্তুনা লৈবা অসি ফাওবা ঐ তুক্কচৈ।

রাজলক্ষ্মী - ঐ লান্দে। ঐগী করিগুম্বা ইরাল অমত্তসু ইশাদা লৈতে হাযনা ঐনা লেপলি।

সনাজাওবা - নঙনা চৎলোই হায়রগদি ঐনা চৎখিগনি। ঐ লৈবোই। (চৎখিগে তৌই, লক্ষ্মীনা খাম্মী, সনাজাওবনা রাজলক্ষ্মীবু শাউনা ইম্থোকই)

রাজলক্ষ্মী - (কপনিং) ঐগী ইচা অনীবুদি ঐনা হিংলিঙৈদা মমা-মপা অনীমক্তগী খক তোখায়হল্লোই। ঐবু নুপীনি হায়দুনসু তাবদা তু চুংলবা ৱাহৈ কযানা হন্না-হন্না অৱাবা পীবীগনু।

সনাজাওবা - পুন্সি অসিদা ঐনা নুপা অমা ওইনা শাগৎচবম্বা আশা পুম্নমক নহাক্না থুগায়রে। ঐ হিংবা ফাওবা হিংনিংলক্লে। নহাকপু ফিদম্নফম ওইবী য়ুমগী মৌ হায়বীদুবা নত্রগা লমচৎ নাইদবী ওক্তবী হায়বদুরা। (খাঙবা ঙমদনা কপই)

রাজলক্ষ্মী - নহাক্না অদু য়ৌনা ঐঙোন্দা হায়বা ঙমলিবদুদি ঐগীদি খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরমগনি খনত্রা? ঐখোয় অনীগী অনৌবা পুন্সি অমা হৌদ্রিঙৈদা অশেংবসি ঐনা নঙোন্দা লোত্তনবা হায়জনবা হোৎনখি ঐগী পুন্সিগী চেকশিহৌদবদগী ঐ অঙাং অমগী মমা ওইববীনি অসিমক্তংদি ঐ নঙোন্দা হায়জনিংখি। অদুবু, নহাক্তি পাসপু হৌখিববু নেগলেক্ট তৌই, থওইদে, অদুদসু নত্তনা ঐগী হৌখিবা পুন্সিগী দোষ থিদুনা ঐগী পুন্সিবু নঙগী পুন্সিদগী তোখায়হল্লোই হায়না ঐঙোন্দা ৱাশকপীখিবা নত্রা? (কপথোরকই) থম্মোয় শেঙনা হায়বীখিবা নত্রা? নুমিৎ অদুদগী (মপী তৈথোক্লগা) চৎনবীগী নিয়ম ঙাক্না ইপুবোইবগী নুংশিবগী লিচিং মখাদা ঐনা নঙবু সেৱা তৌজবকপনি। ঈশ্বরমক্লি খঞ্জরকপনি। (কপই)

সনাজাওবা - অদুদি কবিগীদমক নৌহৌননা নহাক্না নহাক্কী পাসপু উন্নকবনো? মদুনা নহাক ঐগী ইফমদা অমদি ইমূং অসিদা নবাল লৈবীনি হায়বসিগী খোঙফম অমা থৈবা য়ারোই।

বাজলক্ষ্মী - ঐ মীনি, তাইবং মীনি (কপ্তুনা) ঐ মমানি পুন্সিদা অহানবা ফঙজখিবা ইচাদুনা মমা ঐবু উন্নবা লাক্লগা ঐনা করম্না হিংচাবীগুম্না উন্নদনা লৈবা ঙমগদৌবিবনো? ইচাগীদমক ঐ চৎপনি। ইচাবু উন্নকবনি। অর্জ্জুনদি পুন্সিদগী মবি শম্নখিদ্রবনি। ঐবু মীওইবগী থম্মোয পাল্লনু হায়বিব্রা। (কপথোরকই)

সনাজাওবা - (তৌফম খঙদে) লক্ষ্মী।

বাজলক্ষ্মী - লৃ-তোঙনা শাবা মীওইবগী হকচাং পোলাং পুদুনা ঐদি অর্জ্জুনবু উন্নবা চৎলুবা নত্তে। (লাউদুনা) মান্নি। ইচানুপা রোহিতপু উন্নরম্বনি। মদুসু নহাক্কী মিংচৎ থিরক্কদববু কন্নবনি মখোয় অনীবু পুক্সিদগী মরি থদৎলুবনি। নুংশিপ্পবা, ইচাদুবুসু পুক্সিগী ওইনা হন্দকী মপোক্কী ওইনা মবি থদৎলুবনি।

সনাজাওবা - (ঙক্লা) লক্ষ্মী

রাজলক্ষ্মী - নহাক্লা ঐগী তাইবংপানবনি। চৎনবীগী মতুংইন্না নহাকপু ঈশ্বরনি খন্না হিংজবিবা ঐবু ঐগী হৌখিবা খোঙফম অমগী অশোয়বগীদমক নহাক্লা পুক্সি চুপ্পগী ইম্থোকনি হায়বসিদি নহাক্কী নফমদা থল্লিবা ঐগী ধর্ম্মগী মাযোক্তনি। ফরে, ঐ চৎখিগে। ঐ নঙনা হাযবদি ইনখিগে। অদুবু ঐনা চৎখিবা তাববদি তাইবংপানবগী মফম অমত্তদদি নত্তে। (চৎকদবগী মমায় লৈথোকখি মখোং থাঙদুনা চৎপা হৌই সনাজাওবনা বাজলক্ষ্মীদা তবংদা য়েংলগা কৌবকই)

সনাজাওবা - লক্ষ্মী। (বাজলক্ষ্মী চপ লেপ্পী)

## লোইরবা

# কুন্তীগী মচাশিং

## নুপা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অর্জ্জুনসিং সহ্‌গল | - | রাজলক্ষ্মীগা নুংশিনবম্বা পঞ্জাবী অহল |
| ২। | রোহিতসিং সহ্‌গল | - | রাজলক্ষ্মীগী লৈশারিবগী মচানুপা পাখণ্ড |
| ৩। | নোংশাবা | - | বাজলক্ষ্মীগী মচানুপা পাখণ্ড |
| ৪। | শ্যামসুন্দব | - | বাজলক্ষ্মীগী মচানুপা অতোম্বা |
| ৫। | নন্দকুমাব | - | আই এ এস, অঞ্জলীগী মপাবুং |
| ৬। | মৈবাবা | - | দিল্লীদা লাইবিক তম্বা ছাত্র পাখণ্ড |

## নুপী

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রাজলক্ষ্মী | - | আই এ এস, নোংশাবা অমসুং শ্যামসুন্দরগী মমা, মমিং লৈবী লমদমসিগী নুপী |
| ২। | অঞ্জলী | - | নন্দকুমারগী মচানুপী, দিল্লীদা লাইবিক তম্বী |
| ৩। | সুনন্দা | - | অঞ্জলীগী মমান্নবী দিল্লীদা লাইবিক তম্বী |

# কুন্তীগী মচাশিং

## লীলা অসিবু শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নখিবা অমদি শক্তম লাওখিবা

## পিছ মেকর আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী আর্টিষ্টশিং (২০০২-২০০৩)

| | নুপা - | | শক্তম লাওখিবা |
|---|---|---|---|
| ১। | অর্জ্জুনসিং সহেগল | - | দেনী লিকমাবম |
| ২। | বোহিতসিং সহেগল | - | ইবোযাইমা খুমন |
| ৩। | নোংশাবা | - | তোঞ্জম হেমলেট |
| ৪। | শ্যামসুন্দর | - | দেনী লিকমাবম |
| ৫। | নন্দকুমাব | - | চীংলেন থিযাম |
| ৬। | মৈবাবা | - | খেকমন দেবান |

**নুপী -**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রাজলক্ষ্মী | - | বোবীন্দ্র লঙথবাল |
| ২। | অঞ্জলী | - | ওইনাম অরুন |
| ৩। | সুনন্দা | - | শঙ্কব নাওবেম |

**ঈশৈ নোংমাইদাঃ**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | তবলা | - | ইন্দ্রমনি |
| ২। | ওর্গান | - | বোবী |
| ৩। | গীটব | - | বোর্বট |
| ৪। | পেডড্রম | - | তম্ফাসনা |
| ৫। | বাঁসি | - | টিকেন্দ্রা |
| ৬। | নুপা খোঞ্জেল | - | জিতেনকুমাব নাওবেম |
| ৭। | নুপী খোঞ্জেল | - | কান্তা লৈশাংথেম |

***লীলা পুখোকপা : মৈস্নাও নবকুমার***

***লীলা তম্বীবা : বীরজিৎ ঙাঙোম্বা***

# অহানবা উৎপা

(অমৃটসবদা লৈবা অর্জ্জুনসিংগী য়ুম, অয়ুক, মপা অর্জ্জুনসিংগা ৱারী - ৱাতাই শাকবদগী রোহিত মথৱায় নুংঙাইতনা শাউনীংনা থোরকই , অর্জ্জুনসিংনা মচানুপা রোহিতপু "রোহিত রোহিত" কৌদুনা তান্নবকই)

অর্জ্জুন - বোহিত ! ক্যা বাত হৈ, পাপাকী বাত না সুনে কঁু জা বহে হো? মেরী ছুটি কী অবধি খতম হোনে জা বহী হৈ। অব হমেঁ ইংলেণ্ড ৱাপস জানা হৈ। টিকতকা ইন্টজাম হো গয়া হৈ। অব ইংলেণ্ড ৱালে তুম্হাবে দোস্তোংকে লিয়ে ক্যা ক্যা সমান লেনা হৈ, সব তৈয়াব করলো।

বোহিত - মৈ নহী খবীদুংগা।

অর্জ্জুন - খরীদনা পবেগা, তুমহাবে দোস্ত মোনিকা, ধ্রমেন্দ্র, বাজেস, কৌশিক ইনকো তো পতা হৈ তুম ইন্দিযাসে ৱাপস আ বহেহো, ৱে সব তুম্হাবে পাস আযেংগে, কুছ তো লেনা হী পবেগা। এক লিষ্ট বনা লো। চলেং, লুধিয়ানা বাজাবী কবেং মেবে সাথ।

বোহিত - মৈঁ কিসীকা কুছ নহী লুঁগা। মৈ ফিব কভী নহী জাউংগা। ঐহাক ইংলেণ্ড অমুক হন্না চৎলবোই।

অর্জ্জুন - (ঙক্লা) বোহিত! নহাক্লা হায়বিবদু কবিনো? মৈতৈলোন ঙাঙগনু।

বোহিত - ঐ কবিগী মৈতৈলোন ঙাঙলোই। লোন অসি ঐবু পপাজিনা তম্বীবনি। লোন অসি ঐগী ইমাগী লোননি। ঐ ইন্দিযাদা লৈখিনি।

অর্জ্জুন - (তৌফম খঙদনা) নো! নহাক ইন্দিযাদা কৈদৌঙৈদসু লৈহৌবা যারোই। ঐখোয চহী ২০ হেন্না ইংলেণ্ডদা লৈবক্লবনি, ঐহাক্লা ইংলেণ্ডদা থবক তৌকবনা থবক্তগী পোত্থাদ্রিবা মতম অদু ফাউবা ইংলেণ্ডদা লৈখিগনি। ইন্দিয়াদা লৈবগী মঙ-মঙগনু। আর্টসকী ছাত্র ওইববদি মতমসিদদি পি আইচ ডি লোইবগী তঙাইফদবা ঐ

লৈববনি, মখা তমথগদবনি। কান্নদবা খনগনু। নহাক ঐগা লোয়ননা মার্কেটিং চৎননবা শেম শারুবো!

বোহিত - আই এম সোবী পপাজি। ঐহাক ইংলেণ্ডদা অমুক হন্না চত্তনবা ডিসিজন লৌরে!

অর্জ্জুন - নহাক পীশক পীকলিঁডেদগী ঐগা লোয়ননা ইংলেণ্ডদা লৈরক্লবনি। হায়যু নহাক্না ইংলেণ্ডদা চৎলোই হায়বগী মবম কবিনো?

বোহিত - ঐ মণিপুর চৎকনি, ইম্ফালদা চৎকনি, চহী কয়াদগী ঐনা মমিজিগীদমক তুংশিঞ্জবকপা খূদোল পোৎশিং পীকগনি।

অর্জ্জুন - (রোহিত্তা মূন্না য়েংই) মণিপুরগী মরমদা ৱা ঙাঙনবোইসি।

বোহিত - কবিগী ঙাঙলোইদৌবিবনো? ঐ মৈতৈ নুপীনা পোকপনি। মণিপুব ঐগী ইমাগী লৈবাকনি।

অর্জ্জুন - (কল্লপ্না) বোহিত!

রোহিত - (ৱানা) ঐ - ঐ অৱাবসি খাঙবা ঙমদে। ইংলেণ্ডদগী ঐখোয়না ইন্দিয়াদা লৈবক্লিবসি থা অনী শুবক্লে। ঐ ৱা অমত্তসু ঙাঙদনা পূম্নমকসিগী অর্থ কবিনো তুমিন্না যেংদুনা লৈবনি। মফম অসিগী মীকুপ খুদিংনা ঐবু পোত্থাফম খঙদবা ওইহল্লিবা কবিগীনো?

অর্জ্জুন - (ৱাবৌনা কল্লপ) মখা তাগনু।

বোহিত - পপাজি! (ঙক্লা মপানা লাউবকপদা) ঐ - ঐ কবিদা লানথ্রবগে? প্লিজ টেল মি! ঐগী ইরালবু কবিনো? কবিগীনো ইমূং অসিদা লৈবা অঙ্কলজি-অন্তিজি পূম্নমক্লা কনাসু ঐগী অৱাবা খঙবীদ্রিবা! ইভন, পপাজিমক্লসু ঐগী অৱাবসি কবিগী খঙশন্নবীদ্রিবনো? (লাউদুনা) কদায়নো য়ূম অসিদা লৈরমগনি হায়বা ঐগী ইমাদুবো! কবিগীনো ইমূং অসিদা মহাক্কী খুদম অমত্তা থম্বীদবসিবো?

অর্জ্জুন - নহাক অপিকপা অঙাং নৎত্রবনি। মমা হায়বসিদি অপিকপা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদত্তা দবকার লৈবনি।

রোহিত - নো, নো পপাজি! তাইবঙপানবদা ইমাগী শক্তম উবা ঙমদবা হায়বসিদি চৈনানী। খাঙমদবা অব্রাবনি। ঐনা মমিজিগী মফমদা ব্রাশকখি মহাক্না ইনাক্তা লাক্রুবদি ঐদি গুহ্‌দা চোংথদুনা শিগনি।

অৰ্জ্জুন - (তৌফম খঙদে) বোহিত।

বোহিত - পিক্লিবা ঐবু অমৃটসবদা উন্নবা লাক্কনি ব্রাশকহৌবী ঐগী মমিজিদু করিগীনো ঐবু হৌজিকফাওবা উন্নহনদ্রিবা ?

অৰ্জ্জুন - পপানা ইংলেণ্ডদা সার্ভিস তৌবা মবম্না নহাক ইংলেণ্ডদা ইপাগী নাক্তা লৈবনি। মসিবু ফিভম কনডিসন কৌই।

রোহিত - পপাজি! নহাক্না কবিগীদমক ঐগী ইফমদা ওইদবা ঙাঙবনো? অসুক শাঙবা মতমসি কবিগীদমক ঐবু মীনম্বনো? ঐখোযনা মফমসিদা লাকপদা- মমিজিনা ঐখোয়গা লৈমিন্ননবা ওক্লমগনি হায়বদায়। (লাউদুনা) কদায়নো? কদায়নো ঐগী ইমাদো! (কপনিং) থা অনীবোম ইমূং অসিগী মীওই অমত্তনা ঐগী মমিজিগী মমিং ফাওবা পন্নবীদ্রিবা কবিগীনো? করিগীনো ঐগী ইমাবু ঐগা উন্নহনদ্রিবা। মচাগী মফমদা মমাবু পিকপা চাউবা হায়না পপাজিনা খায়বিবা করিগীনো?

অৰ্জ্জুন - (খাঙফম খঙদে) বোহিত!

বোহিত - (কপ্পুনা) ঐগী মমিজিগা ঐগা উন্নহনবীযু পপাজি! অমত্তা পোকপা মচানুপাবু উন্ননিংবগী ইখৌ লাংবনা লাঙতক্লববী মমিজিগী মমাঙদা লেপ্পগা ইচিলসিনা হায়জগে নচানুপা বোহিত চাউবদুনা নহাকপু লৌবা লাক্লর্বনি।

অৰ্জ্জুন - (খাঙবা ঙমদনা) রোহিত! মাই সন ফোবগেট যুওব মাডব। শাঙলবা চহি কুনমঙা অসে নহাকপু নমা যাওদনা ঐনা নাউযোক্লকপনি।

রোহিত - ঐনা ঐগী ইমাবু করম্না কাউগনি। চহী ২৫ চূপ্না ইখৌ লাংলকপা ইমাগী মশক উবা ফঙদনা ঐহাক ইংলেন্দা অমুক হন্না চৎলোই।

সিখনি, অৰ্জুনসিং সহেংগলনা পোকপা রোহিতসিং সহেংগলনি। ঐবু পোকপী ইমা রাজলক্ষ্মীদি মৈতৈনুপীনি। ঐনা ৱাশকলিবসিনি।

অৰ্জুন - (লাউদুনা) হৱাট আর য়ু সেইং রোহিত?

বোহিত - (মপাগী মশা শোক্তুনা) ঐনা ৱাশকলিবসিনি। নহাক্কী নশা শোক্তুনা ঐনা ৱাশকলিবসিনি। ঐগী মমিজিবু উন্নদ্রিবা মখৈ ঐ ইংলেন্দা চৎলোই!

অৰ্জুন - (পাখৎনা) রোহিত! (অঙাওবগুম্মী) মাই সন!

বোহিত - চৎকনি। ঐ চৎকনি। ইম্ফালদা চৎকনি। মণিপুরদা চৎকনি। মচা ঐবু কুইনা উবা ফঙলক্তুবদা অঙাওবীগুম লৈবম্নগদবী ঐগী মমিজিবু ঐনা লৌরুগনি। (কপ্পুনা) মাবু ঐগী ইনাক্তা থমগনি। মহাক্কী মখুৎনা শেম্বা তন্দুবী চাকুগনি, পবোঠা চাকুগনি। ইখুৎ অসিনা চপাতি মচেৎ-মচেৎ শেত্তুনা ঐগী মমিজিগী মচিলদা ইনগনি। এড্রেস পীয়ু! ঐ চৎকে! ঐ ইম্ফালদা চৎকে! নখোয় কনানসু থওইবীদ্রবী ঐগী ইমাদু ঐ লৌরুগে।

অৰ্জুন - মখা তাবগনু! রোহিত!

বোহিত - অসুক শাঙবা মতম অসে নহাক্না হায়বতা ইন্দুনা লাকপনি। অদুবু, ঐগী মমিজিগী নুংশিবসে খাঙবদা ঐহাক ৱাবে পপাজি!

অৰ্জুন - (মশাবু কন্ট্রোল তৌবগা চ্যেকশিন্না) বোহিত। নহাক্কী মমিজিবু উননবগী আশা মখা তানা অমুক তৌরুবগনু।

রোহিত - ঐহাক্না প্রোমিজ তৌখ্রবা ৱাফম ঙাকপা ঙমদ্রবদি হিংলুবগী কবি কান্নগনি ?

অৰ্জুন - (থম্মোয শোক্লা) বোহিত!

বোহিত - ঐবু তাইবঙপানবসিদা হিংহন্নীংলবদি ঐগী মমিজিগী এড্রেস পীয়ু। ঐ ইম্ফালদা চৎকে। মরাইবক থিববী ঐগী মমিজিদু ঐহাক্না উন্নজরুগে।

অৰ্জুন - (কপনীংবা খাঙদুনা) রোহিত। পপাজিনা হন্দক্কী মপোক অসিদদি নহাকপু নীংবা থুঙহনবা ঙম্লবোই।

রোহিত - (ঙক্লা) পপাজি! নহাক্লা হায়রিবদুগী অর্থ কবিনো?

অর্জ্জুন - নহাকপু পোকপী রাজলক্ষ্মী .....(হায়দোকপা ঙমদে শ্বব ফুনগৎলকই)

বোহিত - (মপাগী মশা পায়দুনা নোম্লগা) হায়বীয়ু! হায়বীযু ! ঐগী মমিজিবু কৈদৌববগে ?

অর্জ্জুন - (ৱানা) তাইবঙপানবগী মফম অমত্তদসু উবা ফঙলবোই।

বোহিত - (অঙাওবগুস্মী) মদু ওইথোকপা য়ারোই ।

অর্জ্জুন - (চ্যেকশিননা) রোহিত ! য়ুওর মাডব ইজ নো মোব! উবা ফঙলবোই।

বোহিত - (কপ্পুনা) মদু ওইবা য়াবোই। ঐবু উনীংবনা; মতোমতা পোকচবা মচানুপা রোহিতকী মায়কৈ য়েংদুনা মমিজিনা ঐবু ঙাইহির ।

অর্জ্জুন - (মচাগী অতৌদা পাখৎলি) বোহিত!

বোহিত - (অঙাওবগুম) মতোমতা পোকচবা মচানুপা ঐবু অমুত্তং উবা ফঙজদ্রিবা মখৈদি মমিজিনা তাইবঙপানবা থাদোকপা কৈদৌঙৈদসু ঙম্লোই । ঐ চৎকনি মমিজিগী খোঙ্গুল লিরুগনি। ঐনা থাজৈ মমিজিগী শরু মচেৎ অমত্তা ওইববসু সংস্কাবগী মৈনা চাকথেকপা ঙমদনা ঐবু ঙাইবমগনি । মচানুপা বোহিতসিংবু ঙাইরমগনি ।

অর্জ্জুন - বোহিত! মসিবু তাইবঙপানবা কৌবনি। হেঞ্জিন্নসু খল্লুগনু। অনদব ৱে, মণিপুব যাম্না ফত্তবা লমনি । হৌজিক ইম্ফালগী লো এন্দ ওর্ডবসু য়াম্না ফত্তে মদুগীসু মথক্তা মৈতৈশিংদি যাম্না কম্যুনেল ওইবা মীহাৎ-মীপূন পাম্বা কাঙলুপনি। কৈদৌঙৈদসু নহাক্কী নমাগী লম নীংশিংলুগনু।

রোহিত - ঐগী ইশাদা মৈতৈগী ব্লড যাউরি । ঐগী ইমা মৈতৈ নুপীনি । মৈতৈ কম্যুনিটিদা ঐনা শক তাকউগনি ঐ মৈতৈ নুপীনা পোকপনি । ঐবু হন্না-হন্না লান্না লমজিংবীরগনু পপাজি!

অৰ্জ্জুন - ঐনা নঙবু লান্না লমজিংখিদে। নঙনা অপিকপা অঙাং ওইরিবঁদা শিগ্রবী নমাবু নহাক্কী আশা ময়ামদুগী মরক্তা করম্না মচা নুংশিবা মপা অমা ওইনা ঐনা কবম্না শিম্রে হায়বা ঙম্লুগনি।

বোহিত - (ব্রা ঙাঙবা ঙমদে) পপাজি! (কপই)

অৰ্জ্জুন - ঙসিসু, হৌজিকসু, ঐনা নঙবু পোকপী বাজলক্ষ্মীবু নুংশিবি অদুমক্তনা নহাক্কী অনৌবা মমিজি অমা ইপানা থিদবনি! নঙনা অঙাং ওইরিবঁদা নহাক্কী নমানা নশম খাক্কনু, নকোয় খাক্কনু হাযবম্মী হাযদুনা নহাক্কা নশম ককপদা নকোয় ককপদা ঐহাক্কা অথিংবা পীখিদবনি। হৌজিক নহাক অপিকপা অঙাং নৎত্রে। মচা হায়বসিগী চৎনবী অমদি ধৰ্ম্ম মপা ওইবশিংগী কম্যুনিটিদা তিনগদবনি। নহাক সিখনি নহাক মৈতৈ নত্তে। নহাক রোহিত সিং সহেগলনি। হৌজিক্তি নঙবু লূহোংননবগী ব্রাবেপ অমসু ঐ লেপ্লগে খল্লে।

বোহিত - (অৰ্জ্জুন্না ঙাঙলকপশিংদু চৈনা অমগুম খাঙলম্বদগী) ঐ লুহোংলোই। লৈখিদ্রবী ইমাগী মোংফমদা লৈ অমত্তা ওইববসু কৎলুখিগনি। মমিজিগী মোংফম তৌকখিগনি। ঐনা (কপ্তুনা) থাজবি ইমাগী শরু মচেৎ অমত্তনসু মচানুপা বোহিতপু ঙাইবমখিগনি। অনৌবা সংস্কাবগী মৈফম শেমদুনা মমিজিগী থৌরাং পূম্নমক পাঙথোক্লুখিগনি।

অৰ্জ্জুন - (কপ্তুনা) বোহিত মাই সন! কবিগীনো অদুক কনবা ব্রাবেপ্লু তাইবঙপানবগী চৎনবী য়ৌনা খঙদ্রিবা নহাক্লা লেপ্লীবা?

বোহিত - (কপ্তুনা)মতম কযাগী মমাঙদগী ঐনা খনখি, ঐগী মমিজিনা ঐবু হেক উবা মক্তদা ইংরাজিনা ব্রাবী শাবক্কনি। মতমদুদা ইমাগী নুংশিরবী মাযথোঙদু য়েংজরগা ঐনা খুমগে খনখি ইমা - নঙগী নচানুপা বোহিত্তি মৈতৈনুপীগী মচানুপানি ঐনা ইমাবু নুংশিজবনা ইমাগী লোনবু ঐগী ইবোল ওইজরি। ঐগী ব্রাহৈশিংদু তাবদা মমিজিনা কুইনা উকদ্রবা ঐবু চেৎনা কোনশিনবীগনি! (লাউদুনা) কদায়নো! কদায়দনো ঐগী নুমিৎ খুদিংগী মঙজবকপা মঙলান!

(অঙাওবগুম) মমিজি ! (কপ্পুনা) মমিজি! নঙনা ঐগী নাক্তা লাক্কনি হায়দুনা ব্রাশক্লগা ঐবু থাদোক্লুনা করিগী কদায়দা চৎপনো?

অর্জ্জুন - (খাঙবা ঙমদে) রোহিত! ঐ মায়থিবে! নঙগী পপাজি মায়থিবে। অদুবু, নঙদি ঐগী থব্রায়দগীসু হেন্না নুংশিজবা ইচানি । রাজলক্ষ্মীসু তাইবঙপানবদা লৈতরে । নহাক্লগা ঐগী পুন্সিদগী তোঙায়খ্রবদি ঐনা করম্না হিংবা ঙমগদৌরিবনো?

রোহিত - (মপাদা কোন্দুনা) পপাজি! (কপই)

অর্জ্জুন - মাই সন! ওকে ওকে! হুরাট ইভব যু লাইক, ঐ - ঐ অথিংবা পীবোই। অদুবু, নহাক্না ঐবু নুংশিববদি ব্রাফম অসিমদি নহাক ঙাকউ!

বোহিত - (ব্রানা) পপাজি!

অর্জ্জুন - পপাজিনা ইচাগী ব্রাশক শোযদনা ঙাকহনগনি । নহাক নমাগী মোংফম থিননবা ইম্ফালদা থাগনি । নত্তোমতসু থাবোই ঐগা চৎমিন্নগনি । অদুবু হৌজিকমক্তি নত্তে । ঐনা নঙগী মমিজিদা ব্রাশকখি নঙনা মপূং মবৈ ফাদুনা মহৈ মশিং তম্বা লোইববা মতমদা ঐনা মচানুপাবু মমাগী মখূত্তা শীন্নগনি । নহাক্কী পি আইচ ডি হেক ডিক্ল্যযাব তৌবগা ইপানা নঙবু ইম্ফালদা পুগনি । ব্রাফম অসিদা লোইবসি।

রোহিত - ইংলেণ্ডদদি ঐহাক চৎলবোই লেপখ্রে !

অর্জ্জুন - (খল্লগা) ও কে! ঐনা নঙবু দিল্লীগী জে এন য়ুনিভর্সিটিদা ঐগী মরূপ প্রোফেসাব সবত সিংহ মেগীগী মখাদা রির্ছাস ব্রাকি তৌহনগনি। হযেংমক নঙবু দিল্লীদা পুগনি । নঙগী রির্ছাস ব্রাকি হেক লোইবগা ঐ ইংলেণ্ডদগী থোবক্কনি । (নুংশিনা) চৎলু লোইশিঞ্জকবো । পপাজিগা দিল্লীগী ইযাব টিকেট কক্লুসি। (মচানুপাদা মখূৎনা পোপ-পোপ থাবগা) ইমূংদা চঙলকউ। (চৎখি) লাকও-লাকও ! (কৌবম্মী, তপ্না তপ্না চৎখি।)

রোহিত - (চঙখিবা মপাবু য়েংলগা) পপাজি! নহাক অসি অঙকপনি ! মচা

ওইবনা মমা ওইবীবু ইথৌ করিগীদমক লাংজবনো হায়বসি করিগীনো অসুক কুইবসি নহাক্কী থম্মোয়দা খঙনা-খঙনা নঙনা লোৎশিন্দুনা থন্নমলিবা! (মপী তৈথোকচরগা) ও. কে. ইন্দিয়াদা দিল্লীদা লৈরবদি ঐ মৈতৈশিংগা থেঙনবা ঙম্লগনি ! ফবে চহী অনীদি ঐ পপাজিগী রাশক ঙাক্লগে। (খল্লগা চৎখি)

অহানবা উৎপা লোইবা

# অনীশুবা উৎপা

(রাজলক্ষ্মীগী যূম, অয়ূক, হুইনা মী চিক্কদবগী মওংদা পাইশিন্দুনা খোঙবগী মখোল তায়, সুনন্দা হুইনা তান্নরকপদগী "হো ইমা শিরে হায়, হাযদুনা হুইদা লাউদুনা চেপ্পোরকই, রাজলক্ষ্মীনা হুই খামদুনা হুইদা লাউদুনা তান্নবকই)

সুনন্দা - (লাউদুনা) হো ইমা! হো ইমা!

বাজলক্ষ্মী - (হুইদা) ব্লেক্কী! ব্লেক্কী! ব্লেক্কী! (হুই খোঙবা তোকখি) পাখৎকনু পাখৎকনু!

সুনান্দা - হুইনি হাযদনা অসুক চাউবসিনা চিক্কমুবদি শিবোইদবা হাযবা ঐবো!

রাজ - (হুইনা ঙঙলকপদা) ব্লেক্কী চঙউ! নঙগী কুনফমদা কুল্লু ।

সুনন্দ - অসুক চাউবা হুইদি অমুক্তবু উজদ্রিনে ।

বাজ - (চীংলেম্না) অসিগুম্বা খুদোংথীবসি থোক্তননবা ঐদি যূমদা মী চঙহঞ্জদবনি । গেত্তসু হুইদগী চোকশিনবীননবা লনাই মীওইশিং উন্নদনবা ময়েক শেঙনা থাদুনা থমজবনি ।

সুনন্দা - অসুক চাউবা মী ওইবীবগা যূমদা মী উন্নবীবোয হায়বিবসিবু কবি ব্রানো?

বাজ - ঐবু উন্নবা লাকপশিংনা কবি ব্রাখলদা লাকপগে হায়বদু ঐ খঙই । মখোয়গী ব্রাখল মীৎযেংগা ঐহাক্কা চান্নদে । খঙন-চান্নবা মরূপ মপাং, মবীমতা ঐগীসিদা চঙলকপদা ঐহাক্কা ৰেলকম তৌই । ব্রাচৎ-ব্রানোম্বা ওইনা চঙলকপশিংবুদি ঐনা ঐগী থোঙজিন্দগী হলহনখিবা ঙাক্তনি ।

সুনন্দা - ব্রানোম্বা হায়বা ব্রাহেসিনা মহেল্লে ঐনা তাবদা হেক মবিং মবাংবসে, মসিদি মতেং পাঙনবনি । মতেং পাঙনবা হাযবসিদি পাপ নত্তে । মেডামদি ঐখোয নুপী ওইবীশিংগী লেমজনফমনি । লমদমসিগী ঐখোয নুপীশিংগী ইমায়সু ওইজবিবনি । মৈতৈ নুপীনা আই এ এস ওইদুনা কমিস্নাব ওইবা হায়বসে য়াম্না লিমিটেডনি ।

রাজ - (হৈনদনা) নঙগীসি ব্রা মখা য়াম্না শাঙথগদবা মাল্লি, নঙগী মিং?

সুনন্দা - ঙাঙবম সুনন্দা! বি এসি লোইজবে এম এসি তমজরি মেডাম! ঐ থাঙমৈবন্দা লৈজ্রবনি ।

রাজ - (চীং লেম্না) ওকে! মন্ত্রী অমনসু ঙরাং ফন্ত্রি অব্বারদা হায়রম্মী । ঐ নঙবু খঙলে । অদুবু, ঐদি নিয়ম চুমদবা থবক অমত্তসু তৌবা ঙমদে। ঐগী অফিসিয়েল ব্রার্তা ইশাগী তৌফম তোকপা ইথৌদা অচুম্বা নত্তনা ঐ কনাদসু মতেং পাঙদে ।

সুনন্দা - ঐগীসিমদি মতেং পাঙবীদবা শুকয়া য়ারোই। ঐগী থবকসে প্রসিডেন্ট কল মনুংদা এডভাইজবনা য়ারম্নবনি । পূমলোই লোইরবনি । মেডামনা ডেত বেক্তা এপ্রুবেলদঙ পীবীরগা লোইরে !

রাজ - ইবেম্মা ! নহাক ইচাগুম্বনি। ঐবু অকনবা ব্রানা মখা তাহনগনু । নঙগী থবক্তো মীনম্বনি। হৌজিক্তি থবক অনৌবসু কৌদ্রে । পি আর মনুংদসু কৌদে। করম্না নঙবু কবি বেসিসতা বিগুলব এপোইন্টমেন্ট পীগদৌরিবনো ?

সুনন্দা - এডভাইজর হায়বসিনা মেডামখোয়দগী হেন্না চাউরিবা নংত্রা ? ইথক থোঙবনা য়ারম্বা ব্রাফমবু মেডামনা য়াবোই হায়দুনা থীংবীরিবসিদি ঐখোয়দি য়াজনীংদে । ওর্ডর থোকপীদবা শুকযা য়ারোই হায়রিবসিনি। মেডামসু নুপীনি ।

রাজ - আই নো য়ুওর প্রোব্লেম! অদুবু ঐ অবানবদি তৌবোই । নহাক ব্রারৌগনুকো! য়ারে, য়ৌরো।

সুনন্দা - চংখিরোই ঐদি ! লাইখায় অমা তাদ্রিবা মখে শুকচং চংলোই । মেডামগীসু রেট কয়ানো লেপকদবা লেপ্পীয়ু ! খুদক্তা ঐ য়ৌহনজরক্কে মদু ঙমদবীদি নচ্চদে !

রাজ - য়াবে ইবেম্মা য়ৌরো!

সুনন্দা - মেডাম নুপীনি ! ঐসু নুপীনি । মেডামনা নুপী ওইরগা নুপীগী অব্বাবা খঙবীদবসিমদি ঐহাক য়াজনীংদে !

রাজ - (হৈনদনা) ঐগী ইফমদা মতম মাণ্ডহনবীগী ৱাসে খ্বাইদগী হৈনদবা অৱাবনি ।

সুনন্দা - ঐ মেডামদা মতম মাণ্ডহনগ্রদে । মেডামগা মৱী লৈনবা ৱাফমতমক ঐ ণ্ডাণ্ডজে ।

রাজ - য়ারে ইবেন্মা য়ৌরো!

সুনন্দা - (শাউনা) থবক্কী মরমদা ৱা ণ্ডাণ্ডননি লাক্লগা থবক্তি য়াদনা ঐ করমাই য়ূমদা হন্দৌরিবনো ?

রাজ - নহাক লাইরিক তম্মী হায়বদায়! চৎলু লাইরিক পাজরু।

সুনন্দা - হৌজিক মতমদবু লাইবিক য়াম তম্লুরগা করি কান্নদৌরিবনো ? সরকারগী থবক অমা ফণ্ডহৌরগা লোইরে।

রাজ - (চীং লেম্লা) ও: য়ারে - য়ারে নণ্ড য়ৌরো !

সুনন্দা - মেডামগী কয়া থিঞ্জরকউগে ঐগীদু থাদোকপীরো ঐ য়ৌজশ্ৰগে !

রাজ - ইচাগুম্বনি হায়দুনা ঐনা ণ্ডসাইদগী নহাক্লা ণ্ডাণ্ডলিবা মখৈ.তাবনি। ঐহাক ৱাচৎ-ৱানোম অরানবা য়াদবা মীনী!

সুনন্দা - য়াববা থবক্তু ওডর থোক্লনবা থাদোকপীরকউ! ঐ য়ৌগ্রগে ! শেল য়াম্না চণ্ডনা ফিভমসি য়ৌজরকইবনি।

বাজ - (শাউনা) ঐনা য়ৌরো হায়রিবসি কনাদনো? ঐবু মখা তাহনগনু। চৎস্রো চৎলো!

সুনন্দা - (শাউবকই) ও: য়াম্না শাথিবৈ ৱানিনে হায়বীরিসিনদি!

বাজ - শাথিবা শাথিদবগী ৱাফম নত্তে । ঐ অরানবা তৌদে । নণ্ডগী থবক্তু অরানবনি । অসিদা লোইসি ঐ মখা তরোই । (থণ্ডইদনা) ৱেক্কী! ৱেক্কী! (চৎখি)

সুনন্দা - ও! নিয়ম য়াম্না চুম্বগী ৱানিনে! ফৈ! য়াদ্রগা দিল্লীদা থোক চৎখ্রগা লোইরে। (থণ্ডইদনা চৎখি। গাড়ী থৌরকপা মখোল তায়, নন্দকুমার চণ্ডলকই)

নন্দকুমার - মোয় ইমুংসিবু মী অমত্তা লৈতবজাংলা ! (কোলিং বেল নম্মী, হন্দোকই, নোংশাবা থোবকই নন্দকুমার উবদা)

নোংশাবা - হেলো অঙ্কল ! গুড মোরনিং! কদোমদা চৎপীরুবা ওইরবনো ? লেঙশিনবীবকউ!

নন্দকুমার - ঙসিদি সন্দেসু ওইবসিদা নঙসু থোরকই তাবদুদা নঙবুসু অমুক্তা উন্নগে অদুগা নোয় নমাইবেম্মা মেডাম রাজলক্ষ্মীগসু ব্লারী অমুক্তা শাগে লাকপনি ।

নোংশাবা - ঐখোযমাদি মনুংদা চঙখি। ফমসি। মনুংদা চঙসি অঙ্কল।

নন্দকুমাব - (নোক্লগা) যাবেদা যাবেদা! মপান্দা সুম ব্লারী শাসি । ইচাগা উন্নবসি নুংঙাইবে ।

নোংশাবা - অদু করি থকসিগে অঙ্কল! এনি জুইস ?

নন্দকুমাব - (নোক্লগা) ওকে ওকে! অঙ্কল য়ারে । অদু নঙবু কৈদৌঙৈ দিল্লী চৎকে হায়বা?

নোংশাবা - নেক্স ব্রিক! ঐখোয মমানা টিকেট ককখ্রে ।

নন্দকুমাব - নঙগী পবীক্ষানা কমদৌবা!

নোংশাবা - আই এম বেডি! থোকখিবদা পবীক্ষানা ঙায় লৈবম্মদৌনি। অদু যাউশং থাবল অনী অহুমদা চোঙথরম্মগা চৎকে তৌবনি।

নন্দকুমাব - পবীক্ষা নকশিল্লক্লবদি হরাও-কুম্মে খবদি থাদোকপা ফৈ, ছুটি ওইবিঙৈদদি!

নোংশাবা - নো! পরীক্ষাদি ঐগী দেল্লীগী হোৎনজবিবা কটিন ব্রার্ক্তা য়াউজবনি। হঙনীংবা ব্রাহংশিং হঙজরকউ ইথরগে অসিনি ঐগীদি ।

নন্দকৃমাব - গুড বোই। অদুনি ছাত্রনা পবীক্ষা কিবা হৌনদে ।

নোংশাবা - পরীক্ষা কিবা হায়বসিদি মতম চাং নাইদবা লাইবিক তমলিঙৈদগী চাং নাইনা হোৎনরক্তবা ছাত্রশিংগী মফমদতা থোক্কদবনি ।

নন্দকৃমার - ঐখোয় লৈবাক্তদি মমা মপানা চাং নাইনা শেন্নদবা, ছাত্র মশানা চাং নাইনা কটিন ক্রেম তৌদুনা দেল্লীগী হোৎনদবা ছাত্রনা মশিং

হেল্লি, অদুনদি। অমুক্তোইবা লোইরেনে। এক্সামিনেসন ফিভরনা নারবা ছাত্র ছাত্রী ময়াম্মা পরীক্ষা য়ৈথোকপীয়ু নোট তৌহনবীয়ু হায়বগী ব্লাকৎ-কাণ্ডবু অমনা ক্বালিটি ইডুকেসন পুরক্লবগী ইহৌ, হোয়দা ইচাখোয়গুম্বা চাং নাইনা লাইরিক তম্বা হৌরকপদগী রুটিন ব্রার্ক অমগী মখাদা লাইরিক পারকপা ছাত্রদদি এক্সামিনিসন ইজ নথিং হায়দুনা কনাবু কিগদগেদো!

নোংশা - অদুবু অঙ্কল - ঐখোয় শ্যামসুন্দরগীনা ব্রাফম অমনি। মাগীদি চৎথোকচরোই হেক শগুলিবমখৈ লাইরিক পাজগে হায়বনিদো! মাদি বিড সিক্সটিন আউব এ দেদা পেন্দে, পৃং ১৮ লাইরিক পাবদসু পেন্দে, মসিনা কবমদৌজাৎনো ঐ জ্ঞান তাদে।

নন্দ - মদুতনবু মহাক্লা থারু-থাকবা পরীক্ষা খুদিংদা মহাক্তনা মকোক ওইরিবনি। আই প্রাউড ওফ হিম। মাগুম্বা অমত্তং ঐগীসু ইচানুপা লৈজরম্লবদি তক্লি শোল্লিবনি। নখোয়গী নমাইবেম্মা অমদি ঐনা আই এ এসনি কায়দনা কমিস্নারনি কায়দনা সরকারগী ডিপার্টমেন্ট খরকা পায়বিবসিদি প্রমোসন্দনিদো শ্যামসুন্দরদদি হয়েং ডাইরেক্ট পায়কদৌরিবনি। মানবু য়ু পি এস সিগী পরীক্ষা অমুক থাবদা আই এ এস হেক ফাউদ্রবা ইপা মিং হোংখ্রগে!

নোংশা - (নোক্লগা) ই: য়াম হায়না!

নন্দ - কনফিডেন্সতুনিনে! কনফিদেন্স অমা থম্বা গুম্বা হায়বসি অতাংবনি।

নোংশা - অদু অঙ্কল নচাবুসু কনফিডেন্সতু খবা মথম্বীয়ুদা। পোজিসনমক মরেপত্রবসু ফার্ষ্ট ডিবিজন অমদি ফার্ষ্ট ক্লাস গুক্তনিকো নচাই পুক্সিসু!

নন্দ - (নোক্লগা) হ: হ: ইচাবুসু ফত্তেদি ইপা হায়দে। শ্যামসুন্দরদগী নওনা হেনবসু লৈ। ইপা খণ্ডই।

নোংশা - হোয়নে নচাসু দিল্লীদদি গুন্দানি মী দদাগীরি ওইজবিবনি। (নোকমিন্নৈ) অদু অঙ্কল পাউ নুংঙাইবা অমগা তমজগে!

নন্দ - করি পাউনোনে?

নোংশা - পাউ নুংঙাইবসি ঐনা অঙ্কলদা তমজবদা অহানবা "গিফ" অমা পীদৌসি কনানো? (খল্লি)

নন্দ - (ঙক্লা) করি নুংঙাইবা পাউনোনে ?

নোংশা - অঙ্কলগী ইচানুপী অঞ্জলীদু -!

নন্দ - (খঙনীং) অঞ্জলী কৈদৌববা!

নোংশা - জ্ঞান তায় মপাগী পূক্লিং খঙই । ঐখোয় শ্যামসুন্দরবু ইচানুপা ওইহৌদে হায়দুনা নুংনাংবদু আ: তক্সি শোনবীবদো তোকপীরো! অঞ্জলীদু ঐগী ইনাওনুপী ওইদৌববনি ।

নন্দ - (ইপা পাখৎপা) হা: অদুবুদি নোয় পূন্নমক দিল্লীদা মফম অমত্তদা তম্মীন্নবা ছাত্র ঙাক্তনিদনা ।

নোংশা - (নোক্লগা) মপা মমাগী ব্রাখলসি হৌজিক্কী মচাশিংসি হেক্তা খঙবনিদা । ঐ কৈনোম শেম্মুখিগে নুপী ময়ুমগী মী লাকপনিনা । (চেনশিনখি)

নন্দ - (কৌদুনা) নোংশাবা ! নোংশাবা! মসি অঙাংসিদি মাগী মফমদা ঙাঙবা য়াবা ব্রা, ঙাঙবা য়াদবা ব্রাকা লৈবজাৎ নত্তে । (বাজলক্ষ্মী চঙলকই, নন্দকুমাব উবদা)

বাজলক্ষ্মী - গুড মোবনিং সাব।

নন্দকুমার - গুহ মোবনিং মেডাম । (মখূৎ তিংথোক্লদুনা শোক্লে )

বাজ - (মখূৎ লৌশিল্লগা) কয়াম কুইবীরবগে সাব?

নন্দকুমাব - ঐ ঙাইহাক ওইজবে মেডাম! ইবুংঙো নোংশাবগা ব্রারী শারম্বনি ।

বাজ - নেপালি অমা লৈবদুসু ছুটি লৌখ্রে । ইভন, চা ফাউবা থক্লন্নরোই । লেঙশিনবীয়ু ! চা থকখিসি।

নন্দ - ইবুংঙো নোংশাবদু কবিনো অমা শেম্লুনি চঙখি । ঐনা শেম্লুবনুকা য়াদে। পুল্লাংনি।

বাজ - (নোক্লগা) মাবু লাক্লবদি ঐ জ্ঞানকা মাংবজাৎনি । অদু সারনা লেঙবীরকপবু ?

নন্দ - ঐ চুম্নসুম ইবুংঙোসু অসিদা লৈ হায়বদুদা উন্ননীংবা, অদুগা মেডামদা ব্রাফম অমসু খন্নজগে লাকচবনি ।

রাজ - ব্রেলকম কমিস্নার, ঐগী য়ূমদা লাক্কুনা হৌদোকপীরক্কদবা ব্রাফম ব্রেলকম তৌজরি । (নোংশাবা লীক্লিগী গ্লাসতা ব্ব্রাস অনী পুদুনা থোক্লকই)

নোংশা - ব্ব্রাস প্লিজ অঙ্কল।

নন্দ - থেঙ্ক য়ু য়ঙমেন! (ব্ব্রাস লৌই)

নোংশা - ব্রান ফোর য়ু মমা!

রাজ - (লৌবগা) থেঙ্কয়ু মাই সন!

নোংশা - ডেন, বিব্রাড মমা! (মখূৎ তিংথোকই)

বাজ - (নোক্লগা) কদায় চৎকে হায়বনো ?

নোংশা - কোইবা !

বাজ - নো! নো মাই ডিয়াব! কোইবগী ব্রা মমাদা হায়নু।

নোংশা - (ওইনা) ওনলি ফোব টু অব্রার্স মমা!

বাজ - মদুদগী হেনবা য়াবোই।

নোংশা - (নোকফেৎনা) য়েস মমা!

নন্দ - (নোক্কুনা) উম ইচাসি ঙসিদি ঐগা হেক থেঙনবদগী নুংশিৎ অমা ইতৌ তৌই হায়দি ইচাই প্রোগ্রামসিননিদনা!

রাজ - (নোক্লা নোক্লা ছোগা শেলগা পীবগা) থেঙলকপদি য়াবোই হৌজিক থেঙনা মমনা পঙচৎ চখোকপা য়াবা মতম নত্তে ।

নোংশা - (শেল লৌবগা) ওকে মমা! বাই!

বাজ - (নোকচদুনা ) বাই!

নোংশা - বাই অঙ্কল!

নন্দ - বাই য়ঙ মেন! (নোংশাবা চৎখি)

বাজ - ঙাওখ্রবা অঙাংনি । ঐ জ্ঞান তাদে ! সিদা লৈরে কনাগা

কৈদৌনরক্কদগে ব্রায়, আদা চৎখ্রে করি থোকঅমগদগে ব্রায়! মনাওনুপাগীদমক্তদি মঙোন্দা ব্রাবিবসিগুমদি ব্রাদে ।

নন্দ - শ্যামদি ছুটিকা থোরক্তমাল্লেনে !

বাজ - থোরকউ য়াদ্রে । কেরেলা মচা অমনা ফোঁথ সেমিষ্টবদা মঁকি য়াম্না নক্লা তান্নরকই হায়দনা ছুটিকা থোবকউ য়াদে।

নন্দ - অফবা অঙাং হায়বদুনি ।

রাজ - (হরাওজনা) খঙদ্রে সাব, মচিল মনাও অনীখক লৈবসিদা ওম্ভোক্লা খেন্নখ্রে ।

নন্দ - অদুবু নোংশাবনা ঙন্বা থবকসু শ্যামসুন্দবনা খঙদবা হৈতবা অদুমক য়াউগনি । মীওইবদি মান্নৌ হেক্তা য়াদবনি।

বাজ - মনাও নুপাগীদি নোংমতসু ঐ নুংশা থীকদে ব্রাকদে । হৌজিক চৎখ্রিবসি কনাগা কৈদৌনবক্কদগে খনবদা ঐ পোত্থাফম খঙলোইদৌবিবনি । এনিরে, সাবনা পনবীখিবা ব্রাফমদু - ?

নন্দ - সুমদৌবনি মেডাম । ঐনা চিঠি অমখক ইজখিবদু -?

রাজ - (মঙক হাইবগা) মদু ঐ যাখিদ্রে মখাদা হুম্থ্রে ।

নন্দ - মিনিষ্টব অমগী রিকমেন্দসনসু যাওখিবনি ।

রাজ - উপাই লৈখিদ্রে । ব্রারৌবীবা য়াদ্রে ।

নন্দ - মেডাম ! য়ামদ্রবদা হীরমদুদি অযাবা ব্রাফমনি খল্লি ।

রাজ - আই এম সোবী সাব ! ঐ য়াম্না মূন্না খল্লবা মতুংদা ব্রাফমদু য়াহনগে লেপখিদ্রে ।

নন্দ - (ব্রাবৌনা) মেডাম লক্ষ্মী ! অদোমদা ব্রাফমদু মতেং পাঙলক্লবা হাযজখ্রিবদু নহাক্কী কলিগ আই এ এস অমননি, কমিস্নার অমননি ।

রাজ - ঐনা হায়জখ্রে । সাব নন্দকুমাবগী মতেং পাঙবা ঙমজহৌদবসি ঐগী লাইবক থিবনি । নিয়ম্না য়াদবা অচুম্বগী মায়োক্তা করিগুম্বা অমত্তসু পাঙথোকচবা ঐহাক ঙমজদে । চীফ মিনিষ্টরনা কৌদুনা চৎচকবসু অদুগীদমক্তনি । লৈবাকসিদা ঐনা পুজরিবা

ডিপার্টমেন্টশিংদা অচুম্বগী মায়োক্তা হীবম অমত্তদা ঐহাক খৃৎ থাবা ঙমজদে।

নন্দ - (ৱাবৌনা) ও: অচুম্বা য়াম্না পাম্বীবগী ৱানীনে ! অদুবু অদোমগী কলিগ আই এ এস অমনা মরম পীদুনা য়াগনি হায়বা উৎলবা ফাউবদা রেসপোন্স তৌবক্তবা হায়বসি লাইবক য়াম্না থীবনী ।

ৱাজ - করিগীনো অতম্নমনা সাব নন্দকুমাবনা হীবমসিদা অসুক য়াম্না ইন্টরেষ্ট লৌবীবিবা ?

নন্দা - মদু হঙবগী কান্নবা করিনো ? (শাউনা লাউখৎলুরগা হম্বুবক্লগা) সোবি !

ৱাজ - (চীংলেম্না) ঐগী হাসবেন্দু অচুম্বতবু ইখৌ লাংজবা মীওইনি । মহাক্না তাইবঙপানসিদা লৈখিদ্রবসু ঐগী পৃক্লিং অমদি থম্মোযদদি মহাক্না পামজবম্বনা হিংবগী ইপাঙ্গল ওইহৌবি । ঐ ইশানা কনসিয়েস মাইন্দা লৈবিবমখৈদি ঐ ওইদবা মীনম্বা অমত্তসু পাঙথোকপা ঙমজরোই । ৱাফমদুগী ওইববদি ক ন্নদবদা ৱাবী শাঙদোক্লগা ৱাখল ওন্না তৈনা খন্নবনি ।

নন্দ - ও: হাযবীবিবসিনদি ঐবু ইকায়বা পীবীবগী ৱাফমনিনে ?

ৱাজ - অদুম্নসু লান্না লৌবীগনু ।

নন্দ - মসিদি শীংনবনি । মুক্লবনি । সেক্রেটবীযেৎসিদা ঐখোয মৈতৈমচা ... আই এ এস অনী অহুমখক লৈবসিদা কৈদৌনিগদগে অমনা হায অমনা তাদা অমনা হায় অমনা তাদ তৌনবগা ওকে! মেডাম ৱাজলক্ষ্মীবু ঐ খঙজিঞ্জবে । য়ৌজবগে ! (ক্লাস টেবলদা থম্মী) থেঙ্ক য়ু!

ৱাজ - থেঙ্ক য়ু ! (নন্দকুমার শাউনা চৎখি) ঐ অসুম লৈজহৌবে সাব । অঙকপা লম হায়বদুনি । ৱানোম্বা হায়বসিদা অচৌবসু মচাসু চপ হেক মান্নে । (গ্লাস অনীমক পুশিল্লগা চৎখি)

**অনীশুবা উৎপা লোইবা**

# অহমশুবা উৎপা

(ইন্দিরাগন্ধী ইন্টরনেসনেল ইয়ারপোর্ট, নুমিদাংবাইরম, রোহিতসিং সহেগল থোরকই। এয়ারপোর্টকী লাগুবা তায়, এরোপ্লেন পাইরকপগী মী মখোল তায়।)

রোহিত - ইম্ফাল টু দিল্লী ফ্লাইট থুঙলরে। ইম্ফালগী পেসেঞ্জরশিংনা দিল্লীগী লৈমায়দা থুংলবগনি। ঐনা ইন্দিয়াদা, মফমসিদা দিল্লীদা লৈরিঙৈ মনুংসিদা-রেলবে ষ্টেসন্দা নোর্থ ইষ্টকী ট্রেনশিংনা থুঙলবা, গৌহাটিদগী কোলকতাদগী লাকপদা থুঙলবা ট্রেনগী, এরোপ্লেনগী, পেসেঞ্জবশিং, য়েংলগা ঐনা অসুক নুংঙাইরিবসিবু করিগীনো ঐ খঙদে। মীওইবা ঐখোয়না হিংবদা নুংঙাইবসিবু পৃক্নিংগী ইখৌ লাংবসি কোকপনা খক ওইবরা নৎত্রগা তুংদা ওইরক্কদবা পুন্সিগীতা খল্লগা হিংবসিনা চুন্না? (বাখল চপ লেপ্পী) ইস! (মী লাকপা য়েংই) মৈতৈ নুপী ওইবিদ্রা ? মৈতৈ নুপীসি আইডেন্টিফাই তৌবদা অসুক বাবিবসি করিগীনো? নেপালিসু মানবা, কোবিয়ানসু মানবা, টিবেতানসু মানবা! (অচৌবা বৃপ কেস অনী য়ান্দুনা অঞ্জলী চঙলকই বানা উই রোহিতনা চঙশিন্দুনা) এক্সকুজ মি! মে আই হেলপ য়ু!

অঞ্জলী - (হায়ফেৎ য়েংলগা) নো থেঙ্কস!

রোহিত - আব য়ু ফ্রোম মণিপুর!

অঞ্জলী - য়েস! আই এম ফ্রোম ইম্ফাল ! এণ্ড য়ু ?

রোহিত - (নোকমি) ঐদি অমৃটসরদগীনি !

অঞ্জলী - (ঙক্লা) য়ু স্পিক মণিপুবী । হাও ?

বোহিত - অঙাং ওইবিঙৈদগী হৈজবকপনি। ঐহাক বোহিতসিং সহেগলনি। অদোমগী মিং ?

অঞ্জলী - অঞ্জলী !

বোহিত - থাগৎচরি । বারৌবীগনু য়াম্না লূম্না উবে টেক্সি মনাক ফাউবদা মতেং পাঙজগে। (বৃপ কেস অমা পায়) ঐ য়াম্না নুংঙাইজরে। পুন্সিদা অহানবা ওইনা মৈতৈগা চৎমিন্নবা, মিং খঙনজবা ঙমজরে। অদোম দিল্লীদা করি তৌবীরি !

| | | |
|---|---|---|
| অঞ্জলী | - | ঐ জে এন য়ুদা এম এসসি তমজবনি । |
| রোহিত | - | (হরাওনা) জে এন য়ুদা ! ও! অদুদি ঐগা চৎমিন্নখিবসু য়ারে। ঐসু জে এন য়ুদা পি আইচ ডি তৌজবনি। |
| অঞ্জলী | - | (মরক থৎলগা) নো! থেঙ্কস! (মৈরাবা মখূৎ হাইগত্তুনা লাকই।) |
| মৈরাবা | - | হাই অঞ্জলী। |
| অঞ্জলী | - | হাই । |
| মৈরাবা | - | (চঙলক্লগা) কুইরে ঙাইবিবা! শ্যামসুন্দরসু য়াউরকই। |
| অঞ্জলী | - | কৈদৌবৈ পুবীরকইবনো ? |
| মৈরাবা | - | মদুনা চপ হেক চায়হে। (ঘরী য়েংলগা) কোলকতাদা কুইবকপনবা (এয়ার বেগ য়েংই) ? |
| অঞ্জলী | - | ইম্ফালদগী ডিপার্টচর থেঙবননি । |
| মৈরাবা | - | লোইবেহে অমদুদি অমুক্তোইবা ফি-ফি কামহৌরবনি । ব্রা ঙাঙনবা যাহৌদ্রবনি । |
| অঞ্জলী | - | কদায়দা লৈহৌই ? |
| মৈবাবা | - | তু আদা লাকইবসিনি । টেক্সি ফারম্মগা লাকই ওইবিনি । |
| অঞ্জলী | - | (বোহিত্তা) এক্সকিউজ মি । ঐগী মী লাক্লে । (বেগ লৌই) |
| মৈরাবা | - | আই ডোন্ট নো য়ু। |
| রোহিত | - | ঐদি অমৃটসবদগীনি হৌজিক-হৌজিক দিল্লীদা লৈজবনি। ঐ রোহিতসিং সহেগল (মখূৎ তিংথোরকই) |
| মৈরাবা | - | (নোকফেৎনা) ঐনা মৈবাবা লুব্রাংনি । (মখূৎ শোক্লে) |
| রোহিত | - | থোঙ্ক য়ু! (অঞ্জলীদা) এনিবে, ঐ হান্না চৎচরল্লে । বাই ইভবি বোডি! |
| অঞ্জলী | - | (নোকমি) বাই ! (বোহিত চৎখি) |
| মৈরাবা | - | বোডিগার্ডও কবিও দেবী লেঙলকপসিদি । লাঞ্জদবা তুমিন অঙাওবসি মথবাক হিগা য়ৈননিকো ! |
| অঞ্জলী | - | মৈরাবা হায়বসিনা হেক ঙাঙবদি । |

মৈরাবা - লান্দা লাল্লক্নু ইবেম্মা লান্দবা লৈশাবী হায়বসিদি মশক ফজবগী মথক্তা হেন্না ফজবনি। কদায় ঐ পায়বীগে ?

অঞ্জলী - (বৃপ কেস অমা পী) সি পুবো! অমসিদি ঐগী ফি-রোম্নি।

মৈবাবা - মনুংদা য়াউববু করিদৌই হায়গে। নুপীগী মফি মরোলসিদি লাই তিন চঙদে হায়নরিবনি। (অনীমক পায়)

অঞ্জলী - মসিনা হেক ঙাঙবদি (শ্যামসুন্দর থোরকই)

শ্যাম - এরোপ্লেন তাখিবসি ফনা মকুইবে করি তৌদুনা লৈবনো খঙদে। মতমগী মমল খঙদবসি ঐগী খ্বাইদগী শাউনীংবী হায়বদুনি।

অঞ্জলী - কৈদৌবৈ লাকপীরিনো ?

শ্যাম - চিঠি থারক্নুনা কৌবকপদুদা লাকপীবৈ ব্রানি।

অঞ্জলী - ঐবু ওকপীরম্মুদি হায়জখিদেকো। ঙসি লাক্কনি হায়বতনি।

মৈবাবা - নোই অনীগী মবৈগা কোচিগসিদি নুংঙাইখিদ্রে ঐদি! নুংশিনবিবনি হাযদুনা করি খুৎনুংশিনো খঙদে।

শ্যাম - মবৈগী ব্রা নত্তেনে ভাঙ্গৈ। য়েংউনে পেসেঞ্জব অয়াম্বা ইম্ফালদগী লাকপশিং লোয়না থোক্লবক্লে মানা কৈদৌ লৈবনো খঙদে। কয়া কুইবে ঐনা ঙাইবিবসে!

মৈরাবা - তোকওহে নঙসু! নুপী কোইবা হায়বসিদি মতম খবা মাংবা হৌনবনি। মতম মাংবা পাম্মুরবদি নুপী কোইক্নু!

শ্যাম - মসিদা মতম মাংবগী কান্নবা করিনো ভাঙ্গৈ! নুংশিবগী মবী হায়বসিদি অন্দবষ্টেন্দিংনি, কনফিডেন্সনি মতম মাংহনবগী কান্নবা কবিসু লৈতে!

মৈরাবা - হৌজিকাল লৈশাবীদবু কয়া লাইনা হাযখ্রবনো ?

অঞ্জলী - পুং কুনমবি নোংমগী মনুংদা লাইরিক পাবদা পেন্দদুনা নোংমসি পুং ৩০না শারবদি নুংঙাইনি খঞ্জবিবসিনবু ঐগী কবি ব্রাখল খন্দৌরিবনো?

মৈবাবা - অদুনা পবীক্ষা খুদিংদদি শ্যামসুন্দব হায়বা মিংদুগী লৈফমসে খ্বাইগী মকোক্তা নম্বর ব্রানদা। হৌজিক্তি -দিল্লীদসু নম্বর ব্রাননিনে। গোলড মেদালিষ্টনি।

অঞ্জলী - হায়ররোইয়ে-হায়ররোইয়ে অমুক হন্না উন্নসি হায়রোইয়ে! মী মচা অফবনি হায়বদু ঐখোয়না ব্রাখল থেনবনিনা হেক কাউথোকউবা।

শ্যাম - ব্রাবৌ পূকলৌনবগী ব্রাসি কৈদৌনগদগেদা ! হায়নীংবা ব্রাদু (মখনাউদা মখূৎনা থিল্লগা) সিদগী হায়গনু । (মবূক্তা খুদোম্বীনা থিন্দুনা) সি য়ৌনা খন্থরগা হায়য়ু ।

অঞ্জলী - পূক্লদি করি ব্রাখল খন্দোইবা ব্রাখলদি (মকোক্তা মখুৎ থল্লগা) সিনা-সিনা খনগদবা!

শ্যাম - ও মাই গোড ! ঐনা হায়বদি খন্থবগা ঙাঙউ হাযবনি !

মৈরাবা - তোকওবা! তোকও কৈদৌবগে ! মরৈদা হেক যেৎনদুনা লৈবদনা। হৌজিক্তগী ব্রাখল মান্নদ্রবদি কমদৌদৌরি ?

শ্যাম - ঐগা মাগা ব্রাখল মান্নদবা মোৎ মান্নদবা লৈতে । মহাক্তা ঐগী অনীংবা অপাম্বা পূম্নমক খঙলিবনি । ঐখোয় অনীদি পিশক পীকলিঙৈদগী স্কুলিংদগী মফমসিদা লৈমিন্নবক্লবনি ।

মৈরাবা - ও: কুইমল্লদনা রবব মরিল চৎপনিনে। খৎপু খৎনদ্রবদি নোই অনী মবৈ য়েৎনা য়েৎনা টেক্সিদা কাখৎমিন্নবক্লো। ঐ টেক্সিদ' পোৎশিংসি থাঙগৎপীবল্লগে। (বৃপ কেস অনীমক পাযখত্তুনা চৎখি)

শ্যাম - অঞ্জলী! নঙ ঐবু ব্রাবৌনু! তঙায়ফদবমক নৎত্রবদি ঐখোয অনীগী উন্নবগী প্রোগ্রাম মতুংদা অমুক শেল্লক্লনু। ঐনা হায়বিবসে ঐখোয অনীগী ফিউচবগীদমকনি ।

অঞ্জলী - য়াই কৈদৌগে। নঙগী লাইরিক পাবদা ঐ কৈসু যেৎচনীংদে !

শ্যাম - য়েৎপা যেত্তবা হায়দুনা ব্রা শাঙদোক্লবোইসি । কেবেলাগী প্রভাঙ্করনা মমাঙগী সেমিষ্টরদা ঐগী মার্ক্তগী নক্লা ফঙলকই। ঐ নুংঙাইতে। কনাগুম্বা অমত্তগা ঐগা মার্ক নক্লনা চৎমিন্নবোই । ঐনদা হেনগদবনি। ঐগী অনীংবসি চপ চানা ঙাকপা ঙম্নবা ঐ হোৎনগনি।

অঞ্জলী - গোড ব্লেস যু! চৎলসি লাকও! (চৎমিন্নখি)

**অহুমশুবা উৎপা লোইবা**

# মরিশুবা উৎপা

(জে এন য়ু মনাক্তা লৈবা ফ্লেট -অঞ্জলীগী কা, অঞ্জলী য়ুনির্ভসিতিগী ক্লাস য়াউবা নঙননবা, চৎননবা শেম শারি অয়ুক পুং ৯ মুক তাবা মতমনি, থোঙদা থিল্লকপা মখোল তায়, য়েংই, থোঙ হাংই সুনন্দা চঙলকই)

অঞ্জলী - (সুনন্দাবু উবদা) হিংচাবী নঙ ওইরে ! কৈদৌঙৈ লাকই ?

সুনন্দা - (ইতন তন্না) ঙবাং!

অঞ্জলী - নত্তে নঙবু লাইবিক্কা তমজবরোই থবক তৌবনি হাযদনা ফেঙ-ফেঙ য়াম চোঙলমদাইনে। অদুনা করমাই তৌরবা?

সুনন্দা - তোকএদা! আশাকা লোয়না কাযবেদা! লাক্ষতা মাঙলগা উপায় লৈতদনা দিল্লীদা অমুক লাক্লবনি ।

অঞ্জলী - মসিনা হেক ঙাঙবদি ! লোইবে য়াবে হায়বদায় নঙবো ?

সুনন্দা - হিংচাবী অমনা য়াদ্রবা!

অঞ্জলী - ই: য়াম শাউইনা! কনাননোনে যাদ্রিবো?

সুনন্দা - মমিংকা পন্নীংদে! হিংচাবীনি, হিংচাবী !

অঞ্জলী - অদুবু কনানো হায়বনি ?

সুনন্দা - নোই ননেম্বোক্তো ! ফবব্রা সি হায়বদি ? মবৃক্তু খুফত্তা অমনি। হৌজিক্তগী খুউ শেঞ্জৌ।

অঞ্জলী - চরহৈ! অসিবু ব্রানি হায়দনা। থবক্কীদমক্তবু নঙ অদুকয়াম ব্রাবিদুবো? মানা য়াদ্রবসু ঐখোয় পাবৃংদা হায়নবীগে । চহীসু ফাদ্রবসিদা এম. এসসি হেক লোইবগা থোকখিবদা নঙনা অপাম্বা থবক অমা হাপ্পীগে। ফার্ষ্ট পেবিএড ওঝা গুপ্তগী ক্লাসনি । থেঙখ্রনি চৎলসি ।

সুনন্দা - ঙসিদি ঐ ক্লাস চৎলবোই । ঐ মুড য়াম লৈতে । নঙগী কাসিদা ঐ লৈহৌগে । নঙ নতোম চৎখ্রো।

অঞ্জলী - ঐ কাদা লৈবীনু। নঙগী কাদা লৈজরু! মানা ঙম্মীবু ঙরাং লাক্লগা লাকইকা পাউসু পীরক্কেনে অখৎপীসে।

সুনন্দা - নোইদৌনা ঐখোয়দি এবোপ্লেন্দা লাক্কেয়ে - ত্রেন্দা ঙানম নল্লগা লাকএ! কোকসে ঙাওই ! নঙগী কাসিদা ঙাইহাক্তা তুমগে ঐগী কাদকা অমত্তা লৈনীংদে । হোষ্টেলদগীদি নঙগীসিনা নুংঙাই।

অঞ্জলী - ঙাওশিন্ননু ক্লাস য়াওরুসি।

সুনন্দা - য়াওরোই হায়বা! ঐ ক্লাসকা অমত্তা য়াওনীংদে। মী বিট তেকইঙেসিদা।

অঞ্জলী - (নোক্লগা) কৈদৌরগেবা ?

সুনন্দা - পাখং মশক ফজবা অমা থবক হেক ওর্ডর থোকপগা চেল্লসি ব্রা লোইনরুববা। অদুগা থবক্লা শোইববা ।

অঞ্জলী - শক অসিদি! চরহৈ!

সুনন্দা - যাম নুংশিবগী ব্রানি ঐনা ! (নুংঙাইতা) অদো মোই ইমূংদু খবা ব্রাবা! ঐনা থাকপীদ্রদি মাই মশক ফজবদু থিজিল্লক্কদবা!

অঞ্জলী - তানিংদেমী নঙবো।

সুনন্দা - খঙদেসে ঐদি মশক ফজবা নুপাসে হেক্তা নুংশি।

অঞ্জলী - কাবনসিদি তানিংদে হায়বগা।

সুনন্দা - নত্তে এম এসসি পাস তৌবগা ঐবু কৈদৌনগদগে? অমদুমদি ঐনা যূম য়ৌখিবদা অমা লৈবম্মনি । ঐবু অতোম্বী ওইবদা মতাবব্রা হায়বা?

অঞ্জলী - মসিনা ঙাঙলিসে যেংও। ঐবু মবেং-মরেং চৎলে হৈনদ্রেমি । মৈরাবা লৈরিসিদি নঙগী, 'সিদা।

সুনন্দা - দিল লেন্ননবা বোডি গার্ড ওইনা শুম থম্বনিদা মাদি ।

অঞ্জলী - মশকসিগা মানা ঙাঙলিবসে য়েংউ।

সুনন্দা - চৎলগেদু চৎলোবা! ঐ নঙগী এয়ার কনডিসনগী কাসিদা ঙাইহাক্তা ঈংখিগে।

অঞ্জলী - নঙ নতোমতা থল্লল্লগা ঐবু কমাই চত্তোইনো ?

সুনন্দা - নঙ নপোৎ অমত্তা শোকচরল্লোই ইবেম্মা নঙগী ফমুং অনানবসিদা ঙাইহাক্তা তুমগে! হকচাংসি অমুক্তা ইংথগে। দিল্লীগী অশাবা খাঙগে।

অঞ্জলী - ফরেনে অদুদি ! ঐসু ঙসিদি ক্লাস য়াউরবোই । থবক অমত্তা চৎলুসি!

সুনন্দা - কদায়দা?

অঞ্জলী - নেসনেল ম্যুজিমদা। ডোকুমেন্ট অমত্তা কলেক্সসন তৌরুসি।

সুনন্দা - ঐ কোক ঙাওরি ঙাইহাক লৈবগা চৎসি।

অঞ্জলী - ফরেনে, অদুদি নঙ ঙাইহাক লৈরম্মু। ঐ মখাদা কৈনোমতা লৈরুগে।

সুনন্দা - ওটোদা হায়রগা বেঙ্গোলী সুইট হাউসতগী কৈ-কৈনো খিত্তা লৈরকউ । শাউনীংমনখিদুনা ঐ চাক্কা অমত্তা চাদ্রে ।

অঞ্জলী - অথুম্বা পামন্দনা নঙকো নশাদু য়াবরোই ।

সুনন্দা - ঐঙোন্দা পৈশা য়াউরি । (বেগ ফাকই)

অঞ্জলী - নমথিবীসিদি! ঐ থুনা হল্লক্কে। থোঙ থিঙজিল্লম্ম ।

সুনন্দা - (নোকশিল্লগা) নঙ থিঙলম্মু । মপান্দা লোক পাল্লম্মু। (অঞ্জলী থোকখি, থোঙ থিঙজিল্লী মতোমতা) মী মচা নুংঙাইবকাসি নুংঙাইকো । হোষ্টেলদকা লৈবীপোৎ নত্তেনে। শাবসিদা এয়ার কনডিসনগী কাদকা লৈরদনা, ভাড়া য়াম্বা অফবা ফ্লেত্তকা লৈরদনা, মাই কাসিদা হেক ফমথবদগী দিল্লীগী ওমচাক্লবা অশাবদু পুম্মাং মাঙখ্রে। মাই কেসেটশিংসিবু করি কবি য়াউরিবা জাৎনো। ঈশৈ নুংশিবা তাগেনে। (কেসেট থল্লি) 'সিবু নুংঙাইগদ্রনে । মৈতৈলোনগী ঈশৈ মঙা তককপু লৈনৈ। কনানা শকপা থাসিগে। অ: অনৌবসিনা কনানো ই: কান্ত, জিটেন কনা কনানোসিনা! (টেপ থায় নুপী মখোল থোরকই ঈশৈ) ই ফনবু নুংঙাইনহে। নুপানা নুপী শারগা শকপা ওইরমাল্লে ! জাৎ জাৎনিকো! (ঈশৈদা পূক্লিং থিঙজিল্লকই, মাসু শকপা য়াওরকই জগোই শারকই,

তুম্মগা লৈথোকখি, নন্দকুমার লাকই, থোঙ হাংলম্বদুদা য়েংই, ইমুংদগী লোক খুরকপা তায়, থোঙ হাংদোক্লগা চঙলকই, নন্দকুমার মশা নান্না চঙলকই, লৈরম্লিবা সুনন্দাগী ফিভমদু উবদা ইঙক ঙকই, সুনন্দাসু নন্দকুমারবু উবদা ঙকই) কনানো?

নন্দকুমার - কনানো ইবেম্মা নঙদি?

সুনন্দা - নত্তে সোম কনানো? করি পাম্বনো?

নন্দ - ঐ অঞ্জলীগী পাবুংনি। (ৱাদু তাবদা সুনন্দা ইকায)

সুনন্দা - (পখৎনা) হায়মা! লেঙশিনবীরকউ! (নোকশিল্লি)

নন্দ - ইবেম্মা নঙগী ঈশৈদু অমুক্তা মুথৎলু ইপা বুদ্ধি অমা তৌরে।

সুনন্দ - (টেপ মুথৎলি, ঈশৈ লেপ্পী) লেঙশিনবীরকউ পাবুং! অঞ্জলীদু পোৎ অমা লৈরুনি চৎখি। নেসনেল ম্যাজিমদা চৎলুসি ক্লাস যাউববোইসি হায়নবা! (ইকাইনা) অস! পাবুংদি য়াম নহা ওইরিনা! ঐদি শ্বাইবু লাউরুবে।

নন্দ - অয়ুক্তা হাকথি য়াম খল্লি হায়দি ইবেম্মা নঙ থেঙনগদবসিননিদনা!

সুন্দ - ঐখোয় পাবুংসিদি জাৎ জাৎনিকো!

নন্দ - ইবেম্মগী মিংনা কবি কৌবা?

সুনন্দা - সুনন্দা! (নোকমি) থাংমৈবন্দগীনি তামো! সোরি পাবুং! (ময়ানা মবৈ চিকই, শুগৎশিল্লি)

নন্দ - য়াইদা য়াইদা ইচাসিদি পাবুংসু থোইনা অহল নত্তে ঙন্না নুপী থিমনখিদনা (নোকথোরক্লগা) ইচা লৈশাবী ফাদোকখিবগী ৱানি। ইমান্নবশিংদি ঙরাং নহানতা লুহোংনবা য়াওরিবনি।

সুনন্দ - (নোকমি) অদুবুদি য়েংবদসু অদুম খঙইদা। অদু পাবুং, ঐদি যাম লিরেদা! মেট্রিক্তসু অহুম্লক ফেল ওইথোক্লুববা!

নন্দ - ঐসু খল্লিনে, ইচাসি অঞ্জলী মমাদগী খজিক্তনি নহা ওইরিবা!

সুনন্দা - (নোক্লগা) ঐখোয় পাবুংসি ৱাতা য়াম নুংঙাইকো! অদো! পাবুংবু হৌজিক কদায়দা লৈবীরিগে?

নন্দ - মণিপুর ভবন্দা লৈ। কনফরেন্স অমগী লাকপনি। অঞ্জলী অমুক্তং উম্নরমগে চঙলকপনি।

সুনন্দা - ভবন করম্বদনো? সারদার পটেল মার্গ ঔর চনন্যক্যপুরি।

নন্দকুমার - অরিবা সাবদার পটেল মার্গতা লৈ।

সুনন্দা - অদুদি পাবুং লাকইঙেসিদা ঙসিসি দিল্লীসি কোইহৌরব্রা খঙদে।

নন্দ - (মমিৎ লাউথোকই) ইচাসি লৈশাবী লীশিল্লকপৈরা করিনো রাতাদি নুংঙাইনে।

সুনন্দা - অওইনি পাবুং দিল্লীদা অসুক কুইনা লৈবসে নোংমতা চখোকপা ঙমদবা! রাইদা লাইরিক তম্বসে।

নন্দ - এ: অদুদি ইপাগা কোইথোক্লরগা লোইবে। লালকিলা, কুটুপ মিনর, প্রকৃতি মৈডান, যন্টব-মন্টব, ইন্দিয়া গেটকা লোয়না হেক্তা কোয়থরুরগা লোইরে। অদুদা ইচানুপী য়াওরগা চৎকদবসি নুংদি নুংঙাইখিব্রেদা!

সুনন্দা - মাবুদি হেক থল্লম্লা লোইরেদা! (নোকশিল্লি)

নন্দ - (খঙগ্রেক খঙই) ই: ঐবু। (মনাতোন্না শ্বব কাম্মী নাম্মা-নাম্মা)

সুনন্দা - কৈদৌবীরগে পাবুং?

নন্দা - ঙসিগী শ্বরসিবু!

সুনন্দ - কৈদৌবীবগে?

নন্দ - শ্বব লৈতবা খোঙফমদগীকা যাত্রাকা তৌরুরবদি কোয়েৎ চাউনা য়েৎলু হায়নরিবা মতাংনিহে। ইচাগী মিনোক্তো!

সুনন্দা - ঐগা চৎমিন্নবৈদি করিসু পাখৎপীকনুদা! ঐখোযদি ফ্রীনি।

নন্দ - কোক্তা চক্র অনী লৈ হায়দুনা ঐখোয় নুপীনদি পান্মোমদা খ্বাংদা যন্ত্রকা ফনয়াম শীদুনা হোৎনজবনি হন্দক্কী মতাংসি য়ারোইদৌবিব্রা করিনো?

সুনন্দা - (নোকশিল্লগা) হায়মা! জাৎ-জাৎনিকো।

নন্দ - নত্তে ইবেম্মা! ঐদি মতা অমনি দোং-দোং হেক্তা হায়নসি ইবেম্মগীসি কবি রাখলনো ?

সুনন্দা - শেম্বু শেম্বীনি হায়ববদি ঐখোয়দি করিমতা হায়জদে । অতোম্বী ওইরসু য়াজে।

নন্দ - অস! ব্রাতাসিদি! ঐনা নুপামচা থোক্তবদা তারক্কদৌরিনা!

সুনন্দ - অদুদি তিন মূর্ত্তিগী রিং রোডকী উখা অমদা হেক্তা লেপ্লগা ঙাইরম্লগে। হল্লকপদা পালিকা বাজারদগী ঐগী সলবার অমত্তগা সাড়ী অমত্তগসু লৈরুসি!

নন্দ - নথম্মোয়বু শেঙলবদি সনাগী সাড়ী ওইরবসু লৈথগে হায়রিবনি।

সুনন্দ - (হরাওনা) ব্রাউ! (চোঙখৎলি) নুপা হায়বদুদি অদুনিদনা। ঐনা হেক পামজবা হায়বদু থোকই! (মমায়দা শেং থারগা) ঐ হাল্লম্মে! (চংখি)

নন্দ - (চংখিবদুদা মূন্না য়েংলগা) দিল্লীসিবু ভূত থোক্লবজাৎলনে ? অসুক কুইনা হঙ্গৎকা হন্দাগা কৈথেল কাবদৌনা দিল্লী চংলকপসিদা ঙসিসিবু করি নুমিৎ হায়বদুনো? মাইসিবু ঙাওশিন্নবিজাৎলা ? ইচানুপীগীসু মমান্নবনি হায় হয়েং চোপ্লদননে (তৌফম খঙদে ঈশৈ তেক লাউনা টেপ্ত্রা থাই অরিবা ঈশৈ অমা শক্লকই, উংই তাঞ্জাসিদা অঞ্জলী চঙলকই)

অঞ্জলী - কৈনো মসি নুপীসিনা থোঙকা ইহ্যং হাংদোক্লদনা তৌবিবসিনা (চঙশিল্লকপদা মপানা উংদুনা লৈরম্বা উবদা) হায়মা! ঐখোয় পাবুংনিনহে! পাবুং!

নন্দ - (খঙপ্রেক খঙই মচাদা মূন্না য়েংই) কদায় চংলুই?

অঞ্জলী - ঐ পোৎ অমা লৈকবনি । সুনন্দাদি?

নন্দ - লৈশাবী অবিবী অমা লৈরম্বদুরা ?

অঞ্জলী - ইমান্নবীনি।

নন্দ - ঐ লাকপদগী চেনখ্রে। লাইরিক তল্লিব্রা ইবাং তৌরিব্রা নঙনা তৌরিবসে?

অঞ্জলী - (ঙক্লা) পাবুং!

নন্দ - (শাউনা) ঐ নঙগী পাউ য়াম্না তায় । নঙবু ঙাঙগে লাকপনি।

অঞ্জলী - (ঙক্লা) পাবুং!

নন্দ - ঐনা হায়রিবসিনি । রাজলক্ষ্মীগী মচাশিংগা নঙগা অমুক হন্না লোয়নৈ চৎমিন্নে হায়বগী পাউ তারবা; ঐবু ফত্তে হায়গনু। দিল্লী হায়বসিদি ঐগী মী ঙাক্তনি।

অঞ্জলী - (ঙক্লা) পাবুং!

নন্দ - (লাউদুনা) রাজলক্ষ্মীগুম্বী হৌন খঙদবী, চৎনবী খঙদবীগী মচাশিংবু ইপানা পুক্নিংগী য়াররোইদবনি । নঙ ইচানি নঙনা ইপাগীদি কোকহন লাইহন্নি। মদুতনি নঙনা কাউরোইদবা! ননাওশিং নচলশিং নঙগী ফিদমগী তুংইনগদবনি।

অঞ্জলী - শ্যামসুন্দরদি য়াম্না ফবা মীনি পাবুং।

নন্দ - (লাউদুনা) খুমগনু! নঙ ঐগী ইচানি। ঐনা হাযবা ইনগদবনি! বাজলক্ষ্মীগী মচা অমত্তগা নঙগা কৌনা ঙাঙনবা য়ারোই । দিল্লীসিদি ঐগী মী ঙাক্তনি নহাকপু হোষ্টেলদা ফাউবা থমদনা ঐনা নঙবু ঐগী মরূপ অগরৱালগী ফ্লেট অসিদা থম্বনি! অগবৱালদসু হায়রমগনি।

অঞ্জলী - পাবুংনা খনবীরিবদুবু কবিনো ?

নন্দ - মপাগী অনীংবদি মচানা ঙাক্কদবনি । মদুবু মচা ওইবগী শাজৎ কৌবনি। অসিদা লোইসি! নঙ ঙসি ঐনা হল্লক্ত্রিবা মখৈ করিমত্তা চখোক্তনা কা অসিদা লৈরমগদবনি। ঙস্লোইদবা ওইবগা অতোপ্পা য়ুনিভর্সিটি অমদা নঙবু থমগনি । হৌজিক ঐ মণিপুর ভবন্দা লৈ । পূং মরি তাদ্রিবা ফাওবা নঙ কাসিদগী মপান থোকপা য়ারোই। (চৎখি)

অঞ্জলী - (মতোমতা ঙক্লা) ঙসিগী ঐখোয় পাবুংগী মওংসি কবিনো ? নোংমতসু উখিদ্রিবা মওংনি ! হৌজিক ঐ কৈদৌনি! (মঙক হাইরগা খল্লি) ইমাইবেম্মা বাজলক্ষ্মীগা শুকশোয় শোয়দনা কবিগুম্বা অমদি তৌনবল্লগনি । ৱাফমসি শ্যামনকা খঙখ্রবদি মহাক শোযদনা কবিনোমা তৌনি। অস ৱাগ্রেদা! (খন্না খন্না চৎখি)

**মরিশুবা উৎপা লোইবা**

# মঙাশুবা উৎপা

(দিল্লীগী লোডি গার্ডেন, নুংথিল, রোহিতসিং চঙলকই, মায়কৈ মরীমক য়েংলগা)

রোহিত - কয়াদা ফজত্রবা দিল্লীগী লোডি গার্ডেননো? লৈকোলগী ময়ায়দা লোডি সুলটানগী নীংশিং ফুরা, মনা পূংবা উপালশিংদা মখল কয়াগী উচেক-ৱায়াশিংনা তোংলিবা! অশংবা মোন-মোন লাউবা নাপী মথক্তা পাখঙ-লৈশাবী, অহল ওইববশিং, ইমূং মনুংগী অপূনবা মীওই কয়ানা পূল্লপ-পূল্লপ ফমলিবা! (নুংশিনা) অসিগুম্বা পুন্না ফম্মিন্নদুনা লৈরিবা ময়ামসিগী মরক্তা ঐনা লাওতক্লনা ঙাইরিবী মহাক অদু লাক্লুনা (কপনীংই) পূন্না ঐগী ফমিন্নবা ফঙলবদি কয়াদা নুংঙাইগনি। (লাউদুনা) নখোয় ময়ামগী মবক্তা ঐনা থিরিবা ঙাইরিবসিবু য়াওবরো? ঈশৈ ঙঙলই, মতোমতা লৈশিংগী মরক্তা, অনেম্বা উপাল মরক্তা। তাঞ্জাসিদা অঞ্জলী থোরকই) পুন্সিদবু হৈনবা থৌদোক ঙাক্তমক থেঙনবা য়াবরা ? করিগুম্বা অমত্তা লমজেল চেন্দুনা লৈবিবশিংসু য়েংউ। ঙসিগী ওইনদি অঙাংবা মচুনা য়োল্লবা অনেম্বা লৈ পাম্বীসিগী মখাদা মোন-মোন লাউবা নাপী মথক্তা ফম্লুসি।

অঞ্জলী - ঐ ফমনীংদে অউবা অমনা উম্ভগা ঐবু লান্না পাউথোকপীখিগনি। পাক্কী ওইথঙবা লম্বী অসিদা চৎসি।

বোহিত - (নুংশিনা নোক্লগা) কবিগীনো নহাক্লা বেট্রিকসন থম্বনা হৈনবী ওইরিবা? মৈতৈ নুপীশিংসি লোয়নমক নঙগুম্না রিজার্ভ ওইবরা?

অঞ্জলী - ঐনা মফম অসিদা লৈবিবসে য়ুমদা লৈহৌবা ইমূংগী মীওইশিংগী অমদি ঐগী পেবেন্টসকী আশা অমদি থাজবদনি। ঐগী পুন্সিদা ঐগী পেরেন্টশিংগী ইজ্জৎ শোক্কদবা থবক অমত্তসু তৌবা পামদে।

রোহিত - (নোক্লগা) দিল্লীদা লোডি গার্ডেনদা রোহিতসিং সহেগলগা ফম্মীন্নরম্মী হায়বসি নঙগী ইজ্জৎ শোকপা য়া ওইবরা ? ইম্ফালদা মণিপুরদা নুপা নুপী নহা ওইবশিংনা পার্ক্তা ফম্বা য়াদবরা ?

অঞ্জলী - ইম্ফালদা সিমিত্রি নত্তনা লৈশাবী পাখং ফমুবা পাক অমত্তা লৈতে!

বোহিত - (ঙক্লা) সিমিত্রি! মোংফম! লৈশাবী পাখঙনা করিগী মোংফমদা ফম্বা!

অঞ্জলী - (নোকমি) ৱাবী শারিবনি করিনো?

রোহিত - (নোক্লগা) মোংফমদা! অদুদি, মোংফমগী লৈপাক মনুংদা তুমলিবা অশিবদুনা (অশিবগী মতৌ তমদুনা হৌরপ) অঞ্জলী নহাক্লা রোহিতসিং সহেংগলগী থম্মোয় করিগী খঙবীদবা হায়রক্লবদি...।

অঞ্জলী - (নোক্লা নোক্লা) রোহিত!

বোহিত - (নোক্লা-নোক্লা) মদুবু নুংঙাইনি।

অঞ্জলী - (নোক্লা-নোক্লা) বোহিত! নঙ অসে অঙকপনি অদুননি, নঙগী হায়ফম খঙদবা নতৌসিনা ঐবু ননাক্তা চিংশিনলিবা।

রোহিত - ওকে, ঐ মণিপুরী ঈশৈ অমা শক্কে। (বোহিতনা ঈশৈ শক্লকই)

নঙগী নুংশি ৱাখলদা
অহীং নুংথিল অনীদা
ঙাওজবম্বা খোইমুনি ঈখৌ লাংজবা।।

ঙসি অহিং লৈকোলসে
বসন্তগী অয়ূক ওইসনু,
পোমশাৎনবী নঙগী লৈবাং লৈনাদা
ওইজগে খোইমু লমহেনবা ।।

বোহিত - (নোক্লগা) ডেন, আই ডোন্টনো মেনিংস ওফ "লমহেনবা খোইমু"

অঞ্জলী - মীগী অৱাবা খঙবীদবা মাগী পূক্লিংনা নুংঙাইরগতা লোইরে খনবা নঙগুম্বা নোথতি বোই ।

বোহিত - (নোক্লগা) নোতি বোই! (ঈশৈ মখা শকথরকই)

হৌখিবা পুন্সি থৌদোকশিং
নোংমদি শোয়দনা লাকখিনি,

নীংশিংবগী তোবর্বান্দা
উদুনতা লৈবী নহাকসে
ওইজগে ঐগী নুংশি লাইরেম্বী॥

(ঈশৈ লোইরকপদা অঞ্জলীনা নোক্লা নোক্লা খুবাক খুই)

অঞ্জলী - কনানা তম্বীবা ঈশৈনো ?

রোহিত - ঐগী পপাজিনা।

অঞ্জলী - (ঙক্লা) হৱাই ?

রোহিত - ঈশৈ অসিমখক ঐ শকপা হৈ । ঐনা অঙাং ওইবিঙৈদা ঐনা তুন্নমদাইদা নুমিৎ খুদিংগী পপাজিনা ঈশৈ অসি শক্কুনা ঐবু শুম্বী। করিগুম্বদনা পপাজিগী মায়থোংদো পিনসু পূমচোৎ চোৎলি । কবিগুম্বদনা ঐবু নুংশিনা য়েংজবগা মোমোনসু নোকই । (কপনীংঙকই)

অঞ্জলী - (ঙক্লা) রোহিত৷

রোহিত - (মপি তৈথোক্লগা) অঞ্জলী । ঐ ইম্ফালদা য়াম্না চৎনীংই, মৈতৈশিংগী মবক্তা লৈনীংই । থাবল চোঙবা য়াউনীংই, লিকোল শান্নফমদা ফমনীংই, লাই হৱাওবগী জগোই য়েংনীংই, জগোই বাস যেংনীংই, কাং শান্নবা য়াউনীংই, পোনি তোংলগা শগোল কাঙজৈ শান্ননিংই, লোক্তাক্তা হি তোংদুনা চৎনীংই, গোবিন্দজিগী টেম্পলদা হলঙ্কারগী হোলি ঈশৈ শকনীংই, খঙদে ঐ লৈতাফম খঙদে।

অঞ্জলী - মণিপুবগী মরমদা নহাক্লা অসুক য়াম্না খঙলুরিবসি কদায়দগীনো?

রোহিত - ইংলেণ্ডদা লৈবিঙৈদা ইন্টরনেত্তগী অমদি য়ুনির্ভসিটিগী লাইরিক্তগী খঙবনি। ওকে, ঐনা কান্নদবা ৱাবীদা নঙবু ৱাহল্লে। অসিদা তোক্লসি।

অঞ্জলী - ঐ নঙগী ৱাবীদা নুংঙাইবি। নহাক্লা হৌজিক ফাউবা মণিপুরদা অমুক্তা চৎত্রিবগী মরম করিগীনো?

| | | |
|---|---|---|
| রোহিত | - | অঙাং ওইরিবেঁদা অমুক্তং চৎখ্রে। (খঙলেপ লেপই) ওকে! লেট অজ ষ্টোপ হিয়ার! অতোপ্পা ৱারী শারসি। |
| অঞ্জলী | - | নো! ঐদি নঙগী ৱারী শাখিনি। |
| রোহিত | - | প্লিজ অঞ্জলী অতোপ্পা ৱারী শাসি। |
| অঞ্জলী | - | (রোহিতপু য়েংলগা) নহাক ঐবু নংশি হায়বা নৎত্রা? |
| রোহিত | - | (অঞ্জলীদা য়েংলগা কপ্লীংনা নোকথোরকই) হা: হা: হা: নুংশিবা! আই এম রোহিত সিং সেহগল, সন ওফ অর্জ্জুন সিংসহেগল ফ্রোম অমৃটসর। ঐদি সিখনি! পাঞ্জাবীনি। ডেন, নঙনা কনঞ্জরভেটিভ ওইববা ইম্ফালগী মৈতৈ লৈশাবীনি। ৱি আর ফ্রেন্দস! |
| অঞ্জলী | - | (ঙক্লা) রোহিত! |
| রোহিত | - | আই এম ছোবী অঞ্জলী! নঙ ঐবু ৱারৌগনু ! (ৱা থৈরগা) য়েংউ মাঙদা হৌরিরবা লৈ পাম্বী অসি ফজদ্রা? |
| অঞ্জলী | - | (ৱাবৌনা) ও! আই নো য়ু! ঐখোয় ইমানা হায়খিবা ৱাদু ঙসিদি অচুম্বা ওইনা থোক্করে। মবোল লোনবশিংবু কা হেন্না থাজবা থম্মনু হায়বদুগী অর্থ ঙসিদি ঐ খঙলে। ওকে লেটস গো! (চৎকে তৌই রোহিতনা অঞ্জলীগী মখূৎ পায়দুনা খাম্মী ) |
| রোহিত | - | (নুংঙাইতনা) অঞ্জলী! নহাক্না ঐবু লান্না লৌখিবদি ঐহাক খাঙবা ঙম্লোই। নহাক্তি ইমিৎ অসিনা হেক উকবদগী মীনম্বা অমত্তা য়াউদনা ঐনা থম্মোয় শেঙনা তিন্নজবনি। |
| অঞ্জলী | - | মী অমবু চপ চাবা মাগী শক্তম খঙবা হায়বসে মপানথোঙগী তাইবঙদতা নত্তে। মীৎয়েং অমদা ৱাহৈ অমদসু খঙবা ঙম্বনি। (মখূৎ কনথোক্কুনা) ঐহাক নহাক্না অমুক উন্নপ্রবোই লেপ্লে। |
| রোহিত | - | করিগীদমক অসুক থুনা ঐবু ৱারৌবনো? |
| অঞ্জলী | - | মপূকচেল লেপ্তুবা মীওইবগী শাজৎ য়াওদবশিংতনা নমথাক তৌবনি। |

রোহিত - (ৱানা) অঞ্জলী!ঐবু লান্না খনগনু। নহাক্না খঙনীংলিবা ৱাফমদু ঐহাক হায়দোকপা ঙমদ্রে। পপাজিনা ঐগী আইডেন্টিটিবু কনফিডেন্সেএন্স ওইননবা এডভাইস পীরল্লে।

অঞ্জলী - নহাক্কী অশেংবা শক্তম খঙদ্রবদি ঐখোয় অনী করম্না তিন্নগনি ?

রোহিত - অদুদি, নহাক প্রোমিজ তৌবা ঙমগদ্রা?

অঞ্জলী - (ঙক্লা) প্রোমিজ! করি মরমগী?

রোহিত - কনাদসু ঐগী আইডেন্টিটি হায়দোক্লোই হায়না!

অঞ্জলী - মদুগীবু কান্নবা কবিনো?

রোহিত - ৱান্স, ঐনা প্রোমিজ তৌত্রবদি ঐগী পুন্সি অসিগী লেঙদ্রবা অচেৎপা ওই। অদুত্না ঐহাক পপাজিগী মতুং ইন্দুনা ইংলেণ্ডদা চত্তবনি।

অঞ্জলী - ওকে, ঐ ৱাশকলে।

বোহিত - ঐহাক মৈতৈ নুপীনা পোকপনি। (অঞ্জলী খঙপ্রেক খঙই, কপ্লীংই)

অঞ্জলী - বোহিত!

রোহিত - অসিগী মখাদি হঙলক্লগনু। ওকে, য়ু মে গো! ঐবু অমুক উন্নদনবা নহাক হনখ্রো? (রোহিতসিং চৎকে তৌই , অঞ্জলীনা বোহিতশিংগী মখূৎ তাপ লাউনা ফায়)

অঞ্জলী - বোহিত। ঐ নঙবু চিংনদ্রে। লাকও! উখোঙ অসিগী মখাদা ফল্লুবসি! (রোহিতবু চিংদুনা পুখি, তাঞ্জসিদা সুনন্দা থোরকই অঞ্জলীনা রোহিতবু চিংদুনা পুখিবদু ঙক্লা য়েংলগা)

সুনন্দা - ঐখোয় অঞ্জলী নৎত্রনে! কনানো নুপা অসিনা! ই: মৈতৈলোন ঙাঙবা পঞ্জাবীদুনিনহে! ঐখোয় মযামগী মবক্তগী হেক হেক মাংই হায়দি মাদি মকম কোনবী শান্নরিবজাৎনিদনা। অঙকপনিকো মী হায়বা জাৎসে। ঐবুদি মানা খৎলিগা ইমিৎ য়াম্মীগা হায়নীং-হায়নীংবা ৱানা চৈখিবদু - ঙন্তানা চুরুংএনে। পঞ্জাবীসিগা মঙক্না নোম্থবদনা তৌরিসে - মোয়না শারমগদবা ৱারীদু ঐদি লোয়না খঙলপোৎনি। অদুবু, (খল্লগা) মাগীদি সেনিমাগী হিরো মানবা

শ্যামসুন্দরসু লৈবিবনি নত্তে মসি নুপীসিনা তৌরিবসিবু কমদৌরিব্বজাৎনো? (মৈরাবা প্রপ প্রপ চঙলকই)

মৈরাবা - ঐনা ওত্তো রিক্সো ভাডা পীরিঙৈদা নওনা চৎখ্রিবদু করিগীনো?

সুনন্দা - য়েংনীংদবা! মীৎ নাইয়ে! নোয় মৈতৈমচাগী হৌনবীদো হেক্তা তৌবকএ। মফমসি নোয় ইম্ফাল লৱাইদু নত্তে দিল্লীনি। মিটর পাল্লিবা ওত্তো রিক্সোদুদা নওনা ভাড়া হিসাবকা হোৎলদনা - হু: নশক্তু য়েংনীংদবা।

মৈরাবা - মীনা পীয়ু হায়রিমখে পীবা হৌনদে। ঐখোয়না লৈরিবসি ইয়ুম নত্তে। লৈবক্তুগা পূফম হংফম লৈতে।

সুনন্দা - ও: য়াম জ্ঞান তাবগী ৱানিনে? য়ূম পানবগী ট্রেনিং তৌরিবনিনে? য়াম লিকপগী ৱানিনে?

মৈরাবা - খরা লিকপা তমহৌবনা ফত্রো হয়েং নুংঙাইনবা ! য়ূম পানবা ওম্ববা।

সুনন্দা - অবিকপা নুপাদা লৈরগা চি থুংদুনা শিদৌশরুকপুদি য়ূম কৌবদা পাঞ্জখ্রয়োই।

মৈবাবা - ঐখোয়দি শেল পায়রগা লোইবে। শেল পায়বদা লৈনীংদবী লৈশাবীদুদি শোনো চুবরা, থাসি-থানৌ হৌববা অমদি ওইরম্মদ্রবা!

সুনন্দা - চৎমিন্নবদা বিট লৈতবা, লিক্লনবা হোৎনবদা সেকেন্দ হেন্দনা ফিরোন ওইবা নুপাদি ইতুং ফাউবা ইলহন্নীংদে - ইমিদা ফাওবা নেৎহন্নীংদে।

মৈরাবা - (চপ লেপ্লগা) সুনন্দা নওনা হায়রিদু ঐঙোন্দরা?

সুনন্দা - লিকইবনি হায়দুনা রিক্সো ড্রাইভবগুম্বা, ফদিগোম য়োনবী, য়োংচাক য়োনবীগুম্বদা মমল ঙাঙনবদা পূং চাতরেৎ চঙবা অচৌবা মমল অচৌবা দুকান্দগী পোৎ লৈবদনা লিশীং লিশীং শৎপদনা নাচুংদবা য়ূম্বান হৈবা মৈতৈমচাদা হায়বনিদা।

মৈরাবা - মৈতৈ - মৈতৈ হায়দু হায়নুনে। অতাবা অমনা কবিনি খল্লি? উরব্রা

হৌজিক্তা চৎখিবা হিন্দুষ্টানী পাখণ্ডদুনা নঙবু কোরিয়া লৈশাবীনি হায়দুনা শোল্লগা চৎখিবদো। করি নুপীনো খণ্ডদে, লৈশারিঙৈদগী ইশৌ অদুকয়াম লাংলবদি - ঐখোয়মাগী মওংদুগা নুংঙাইনি নঙ হয়েং।

সুনন্দা - নোয় নমানা ঐঙোন্দা কৈদৌদোযবা! ঐদি লুহোংবা হেক নোঙানবগা তোঙান চাসি যাদবা নুপাদদি লুহোংলোইনা।

মৈরাবা - (খণ্ডপ্রেক খণ্ডই) সুনন্দা নঙনা ঙাঙলিবসি অওইবগীবা?

সুনন্দা - মৈরাবা ভাঙ্গী নঙসি চৎখ্রোবা! ঐ ইতোমতা ঙাইহাক্তা চিক্লা ফমগে।

মৈবাবা - ওতো রিক্সো তোংদুনা লোডি গার্ডেন্দা ফম্মিন্নরুসি লাকমিন্নরগা নঙনা খল্লিবদু করিনো? ব্রাখল থেন্নুকো! মফমসি নরম নত্তেকো-মীরমনিকো!

সুনন্দা - মশা-নানবা কলেজা লৈবা অমগা অমুক চৎমিন্ননীংবগী ব্রানিদা!

মৈবাবা - হায়-হায়! মশা নানবা অমগা কায়না- নঙকো!

সুনন্দা - অওইনি নঙনা ঐ ইতুং হেক-হেক ইনবসি ইল্লকঅনুবা!

মৈরাবা - (শাউনা) করিগী?

সুনন্দা - মশক মতৌ ফজবা শেল পায়বা পাখণ্ড অমুক পাম্লকপা !

মৈবাবা - অওইবরা? নঙনা হায়রিবদু অওইবরা?

সুনন্দা - য়াম্না মৃন্না খল্লগা হায়বিবনি।

মৈবাবা - (ব্রাবৌনা) ঐ খল্লিনে ঐখোয় ইমানা হায়নে-মমিৎনা নোকপা নুপী য়েংলুনু মমিৎ য়াম্বনি হায়দনা (চৈদুনা) হায় মিৎনা লৈকাই কোইবী। নঙ-নঙ-নঙকো!

সুনন্দা - কৈনো - নঙ -নঙ হায়বিসিবো! (নোকমি)

মৈরাবা - য়েংক্লনু! নঙ নমিৎতুনা য়েংবীরকপদৈ নৎত্রা ঐনা নুংশি - নুংশি হায়রুবিবা ?

সুনন্দা - অদু ওইরগা ঐগী ইমিৎসি লৌবোদনা।

মৈরাবা - ঐবু হিংচাববা? নমিৎ অনীদু কোৎথোক্লগা ঙারৌ ওইবসু যাবা নত্তবদা।

সুনন্দা - (নোকম্নি) অসুমাইনা ফাগী ফাগীদগী ৱাসি লোইথোকনহৌদবদি - খগুনরুরবদি কায়নবা য়াম ৱাবনি। অদুনা হায়বনি।

মৈরাবা - নগুনা ঙাঙলিবা ৱাসি অশেংবগীবা সুনন্দা?

সুনন্দা - ওইদবা ৱা ঐনা করিগী ঙাঙলুগদৌরিবনো?

মৈরাবা - ঐ খল্লিনে, হন্দক মরকসি নুপীসি মওং অমদি ইতৌ তৌই হায়দনা! লৈশাবীনা ৱা ঙাঙবদা মরৈ হৌবকঅবা চেকশিলহৌদ্রবা নুপাদুদি শাবৈ হৌই হায়নরিবনি। ঐদি শারৈ হৌবীগদবা নুপাদি নত্তে ঐখোয় লৈকাইদা অমা লৈহৌরি। নগু কায়নবগী থম্মোয়দা লৈনা পোক্লকবসু মানা মরাইনা লায়েংজনি।

সুনন্দা - অদুবুদি, নগু নংত্রবসু ঐসু ইম্ফালদা অমা লৈহৌরি। মশক্কা ফজখ্রবা - লাইগী মচাগুম্বা।

মৈরাবা - সিদৈ নগুনা থোকখিবদা নহারোল য়াউখিবরা ফোরদা লম্বোইবম্বা অমা মবাইনা তৌজবমনি। ননীং থুংজৌকো ইবেম্মা! নুংঙাইয়ুকো! লুহোংখ্রবা মতুং চহী অমগী মতুংদা নগু নুপাগী ফোটোদু খববদা হাপ্লগা "শ্রীশ্রীগৌবচন্দ্রায নম:" হায়বগা মখাদা সেবা ফগুজবিবী য়েংখোম নিঙোল অনৌবম ওংবী সুনন্দা হায়দুনা হংপ্লকউকো! লুপা চাম্মদা ওইরবসু পোৎয়েং পীবা লাক্কেকো !

সুনন্দা - (ৱারৌনা) অদুমাইনকদি ঙাঙলক্কনু! মপাদু ডাক্তবনি।

মৈরাবা - অশেংবা ফারেদনা! নহানখৈ লৈতে হায়দায? ঐ ইতোমতনি হাযবদায? অশেঙবা অমত্তা লৈত্রে। নোয নমান্নবী ময়াম মরক্তা নিয়ম চুম্না হৌজিক ফাওবদা মাক লৈত্রিবসি ঐনা খগুবদা অঞ্জলী মঙায়রে।

সুনন্দা - তানিংদে - তানিংদে।

মৈরাবা - অফবা মীগী লমচৎ শাজৎতি-মতৌদু তমজৌনে। ঐখোয় মরূপ শ্যামসুন্দরনা লাইরিক্তা পাদুনা লৈথোকপা ঙমম্লিবসি নুপী ফবদুননি, নুপী ফরবদি নুপা ফবনিনে!

সুনন্দা - তানিংদে হায়রবদি কোক তোকউ। নোয় নুপানা ঐখোয় নুপীগী অরোনবা লোয়না খঙবা ঙম্পোত্তে।

মৈরাবা - অঞ্জলীদি নঙদৌনা তৌদেয়ে। অঞ্জলী ফবনিনা শ্যামসুন্দর ফরিবসিনি।

সুনন্দা - (নমহত্তুনা) সোনোনিনহে। তানিংদ্রে হায়রবদি ব্রাসি তোক্লদৌনি। ইরাইবক্লা লুহোংবকা থোক্লবদি নঙ চৈ য়াম চানিবো?

মৈরাবা - (খঙপ্রেক খঙই) ই:

সুনন্দা - তানিংদে হায়রবদি কোক তোকউ। মীগী ব্রা ঙাঙগনু-কো ঐ বি পি হাইগৎলকই।

মৈরাবা - ফৈ হায়ববু ফৈ হায়বনি। হায়বে ঐখোয়দি অঞ্জলীগুম্বী নুপীদি অতাংবনি।

সুনন্দা - অদু ঐনা তানিংদে হায়রেদনা।

মৈরাবা - তানিংদে হায়বদি ফত্তে হায়বা নৎত্রা প্রমাণ পুথোকউ অদুদি ?

সুনন্দা - প্রমান কায়না । প্রমান পুথোক্কে অদুদি নঙ লুপা লীশিং অনী পীগেরা?

মৈবাবা - লিশীং মঙাদুম পীগে! অদু নঙদি কবি থাদৌবি ?

সুনন্দা - নঙ নত্তনা পুক্সিদা অনীশুবা নুপা অমা য়েংলোই! ব্রাশক্তুনা হায়বীগে।

মৈবাবা - অদুদি প্রমাণ পুথোকউ। শেলদি লৈরে। পুথোবকই। (মৈবাবা তপ্লা শেল শৎলকই)

সুনন্দা - (শেলদু মখূৎনা তাপ লৌরগা মখুদোম্বী থিন্দুনা) টু আদগীসে।

মৈবাবা - আদগীসে! অঞ্জলীগা শ্যামসুন্দবগা (নোক্লা) মোই অনীসু অসুমাইনকা (চপ লেপ্পী ব্রা ঙাঙদে) অসিবু (মানা উংলিঙৈদুদা সুনন্দা চেনখি) নত্তেনে। শ্যাম নত্তেনে। (ঙক্লা) অঞ্জলীনবু! ই:পাম্ভোইবীগী মচা মশুশিংসিদি মীরমদা থাদোকপা য়াদ্রেদনা! (লৈথোরকপদা সুনন্দা উদবদা) হায় সুনন্দা। সুনন্দা! ঙাইখোনে! (তান্নখি)।

**মঙাশুবা উৎপা লোইবা**

# তরুকশুবা উৎপা

(শ্যামসুন্দরনা লৈবা হোষ্টেলগী কা, শ্যামসুন্দব মথব্রায় নুংঙাইতনা থোবকই, মখূত্তা লাইরিক অচৌবা অমা পায়, চৌক্রিদা ফম্মী লাইবিক পাননবা হোৎনৈ, পাবা য়াদে তৌফম খঙদে )

শ্যাম - অঞ্জলী! নঙমক্না নন মণিপুরী অমগা লোয়নববা! মদুসু মফম অসিদা! (শাউনীং পেন্দা) তৌফম খঙদবা খোয়বাং খোয়শাউনহনবা অসিবুরা নুংশিবা হায়দুনা জগৎনা ঙাঙনরিবসে! (থোঙ থিল্লকই, থোঙলোমদা য়েংলগা) কনানো?

মৈবাবা - (থোরক্লগা) ঐনি ভাই! মৈরাবনি!

শ্যাম - হয়েং ওইনা উনরসি ভাই।

মৈবাবা - নোই তামো লাকইনৈ। থোঙ অমুক্তা হাংউনে।

শ্যাম - (হৈনীংদনা) অস! হৌজিক নুমিদাং অসিদবু ! (থোঙ হাংই) তামোদি কদায?

মৈবাবা - ডরব্রান্দগী করিনোমা লৌহৌবি।

শ্যাম - কৈদৌ লাকইনি হাযগে মাবো?

মৈবাবা - তামো লাক্লে হায়বগা ইপা পাখৎলিদু করিগীনো ভাই? মহেন্দ্রনা নঙবু নশা নুংঙাইতববা কবিনোমা তৌই হাযবদগী পাখত্নুনা চেল্লকইবনি। ঐনবুদি তামো পাখত্তনবা নঙগী প্রোব্লেমদু খববদি লিথোকখ্রবনি।

শ্যাম - অস! নোইসিদি ভাই। করিগী হায়করিবনো?

মৈবাবা - (নোক্লগা) পাখৎলিসি য়েংউ! হায়দোকপিদবনিনে! (নোংশাবা চঙলকই য়ু লিক্লি অমা চেনা য়োমদুনা পাযরকই )

শ্যাম - তামো!

নোংশাবা - (মূন্না যেংলগা) শ্যাম!

শ্যাম - তামো!

নোংশাবা - (খিত্তং নোক্লগা) নঙবু নাব্রনে? (নোকথোকই) কবিগীনো নঙবু লাইরিক্কা ইপা পাদে ইব্রুংদা উংই হায়ববো?

শ্যাম - ঐ কৈশু তৌদে তামো!

নোংশা - চুম্ব্রনহে?

শ্যাম - অচুম্বনি তামো!

নোংশা - (কল্লব) শ্যাম!

শ্যাম - (পাখৎনা) তামো!

নোংশা - নমাঙদা লেপলিবা ঐসি নঙগী নযাম্বা নোংশাবনি। নয়াম্বদা ওইদবা ঙাঙবদি ব্যবহার কৌদে, মৈবাবা!

মৈবাবা - তমো!

নোংশা - নঙ যু থকপ্রা?

মৈবাবা - (পখৎলি) তামো ঐ!

নোংশা - গ্লাস অনী পুবকউ। ঈশিং বোটল অমত্তগা যাউরকউ!

মৈবা - ফনি তামো (চঙখি)।

শ্যাম - তামো! তামোনা তৌবীবিবসিবু কবিনো? (নোংশাবা থওইদনা ফমথৈ) ঐখোয লাইবিক তম্লিবা ছাত্রনি! ইমানা ঐখোযবু মফম অসিদা থমলিবসে ঐখোযগী শাজৎ- লমচৎ অমদি ইহৈ-ইশিংদা মীকোক থোঙবা ওইদুনা অফবা মী ওইননবগী আশাদনি। (নোংশাবা চেদু হুন্দোকই, মখুৎনা যু লিক্লী মনিংদা থাদুনা মখুম হাংই, টেবলদা থম্মী) ঐখোয় মফমসিদা ঙাওশিন্নবা গুন্দা ট্রেনিং লাকপা নত্তে তামো!

নোংশা - শ্যাম ঐগা নঙগা পুন্সি মবেল খেন্নে, হিংবগী মহাও খেন্নে! ঐদি পুপুনা নাউকোল্লকপনি। নঙবুনা ইমানা যোক্লকপনি। যুদা থক্লুনা লৈবা ববাদু (কপ্লীংলকই) নঙদি মাগী অব্রাবা উহৌদে, পুপুগী অব্রাবা উহৌদে।

শ্যাম - (তু চুংই) তামো !

নোংশা - ঐখোয় মমাগা ববাগা ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা তোখায়-তোখায় লৈবদা খ্বাইদগী চৈনা ওইবসে ঐনি। নঙদি পুম্নমক্তুগী অৱাবদু করিসু খঙলম্লোই, বোবোক্কী সেগাদা মামোশিংগী মতৌদা চাউরকপনিনা।

শ্যাম -, তামো!

নোংশা - ঐখোয় ববানা ফমুংদা য়াম্ফক তাদুনা মাইবা ডাক্তরনা খূৎ থারবা মতমদনি মমানা অমুক হন্না ঐখোয়গী য়ুমদা লাকখিবা।

শ্যাম - (কপ্লিংই) তামো ! করিগীনো ৱাফমদুবু তামোনা নৌহৌননা ঙসি হৌদোকপীরক্লিবা?

নোংশা - নহাক্কী ৱাহংগী পাউখুম পীরিবনি, ঐনা পুপুগা - নঙনা মমাগা! নঙবুনা মমানা স্কুলদা থিল্লি ঐবুনা পুপুনা! (কপ্লীংই) মমানা ঐখোয় অনীবু ডেবাডুনগী ডুন স্কুলদা হেক থাবদগী ঐবু উবা ফঙলক্তবদগী পুপুগী অবোইবা শ্বব হোনখি। (মপী তৈথোকই) মাগী নুংশিবদো ঐ ঙসিসু কাউদ্রি! ঐখোয় পুপুদু নুংশিদ্রা শ্যাম ?

শ্যাম - (কপ্লীংই) তামো!

নোংশা - পুপুনা লীবীবা ফুঙ্গা ৱারী, তত্তনা তাকপীবগ্না ৱাহৈশিং ঐগী নাকোংদা ঙসিসু ঙঙদুনা লৈবি। পুপুদি পূক্লিং ৱাখল অমদগী হেন্দবা ৱান সাইডেড ওইবা মীদি পামখিদে। মানা ববাগী লমচংপু য়াখিদে! (লাউদুনা) করিগীনো? করিগীনো নঙনা পুপুনা পামদবা লমচৎ চৎলকইবা ?

শ্যাম - (পাখৎনা) ঐ- ঐ করিসু তৌদে তামো'

নোংশা - পুং ২৪ লাইবিক পাবদা পেন্দবা, নোংমগী মতমবু পুং ২/৩ তদি হাপখৎপীরম্লবদি হায়দুনা ঈশ্বরদা নিন্দা তৌজবিবা নহাক্লা লাইবিক পাবা য়াদদুনা লাঙতক্লরিবা করিগীনো? (শ্যামসুন্দর খুন্না ঙমদে, উঙদুনা লৈ, নোংশাবনা নুংশিনা মনাওগী মখজাইদা খূপাক্লা পোপ থারগা) ঐগী ইনাওবু মফমসিগী মী অমত্তনা মতু

নাম্মা শোক্লম্বদা মথরায় লৌগদবদু ঐনি। কনানা নঙোন্দা কৈদৌই? (মৈরাবা চঙলকই, অনীগী ফিভমদুদা চঙবা ঙমদে) হায়য়ু নঙগী নুংঙাইতবা করিনো?

শ্যাম - (কপ্লিংই) ঐগী নুংঙাইতবা লৈতে তামো!

নোংশা - (লাউদুনা) শ্যাম! (মৈরাবা খঙই, তুং হন্দোকই, ঙঙদুনা) অমুরক্তা নত্তনা অনীবক শুনা ওইদবা ঙাঙলবা! ওইদবা ঙাঙবদি লৈখিদ্রবা পুপুনসু য়ারমদে, ইমানসু য়াদে - ঐনসু যাদে! কবিগীনো নঙনা নপূক্লিংদা ব্রা লোৎলিবা ? (কপ্লিংই) ঐসি - ঐসি নঙগী নুং পান অনী তুনা খঙবা ঙম্বা নযাম্বনিনৈ। মমাগা ববাগনা পোকপীবম্বদা ইচিল-ইনাও অনীতনিনে! নঙগী কনফিডেন্সিয়ল পূম্বা খঙবা য়াবা সংসাবসিদা মমাগা ঐগা নত্তনা নঙগী কনা লৈ ?

শ্যাম - (কপথোরকই) ঐ ঐ লাল্লে তামো। লোৎলবোই ! ঐ নঙোন্দা লোৎলরোই।

নোংশা - (নুংশিনা) হাযযু!

শ্যাম - অঞ্জলী!

নোংশা - অঞ্জলী কৈদৌববা?

শ্যাম - নন মণিপুবী অমগা মবী লৈনখ্রে!

নোংশা - (মূন্না শ্যামদা য়েংলগা) নন মণিপুবী! কনানো?

শ্যাম - অমৃটসবদগীনি হায! লোডি কোলোনীদা লৈ হায! প্রোফেসব সবত সিংহ মেগীগী মখাদা পি আইচ ডি তৌবনি। বোহিতসিং সহেগাল কৌই হায়।

নোংশা - বোহিতসিং সহেগাল!

শ্যাম - মহাক্কী অনীংবা থুঙজখ্রসনু তামো! ঐ যেৎলবোই! ঐ অঞ্জলীবু অমুক হন্না উন্নখ্ররোই!

নোংশা - মৈবাবা !

মৈবা - (খঙপ্রেক খঙনা) তামো!

নোংশা - সে-সি নঙ কাদা পুখ্রো! তামো নঙ কাদা চঙলক্কে।

মৈরা - ফনি তামো! (লিক্লী পুদুনা চঙখি)

নোংশা - উম! ঐগী ইনাওগী কনফিডেন্স অঞ্জলীনা মাঙহল্লবা! রিলেক্স! রিলেক্স! মাই বোই! (খল্লগা) উম! ঐখোয় পুপুনা হাযবন্বা পূম্নমক পুন্সিদা থোক্লববা। শ্যাম অঞ্জলীবু ঐ হয়েং অয়ুক থাবক্কে। মাদি শীংবনি। মোই পাবুংগসু ঐগা ব্রা লোইনখ্রবনি। মীনা ঙাঙবা থাজরুনু! রিলেক্স তৌ। নহাক্কী হার্ড রিডিংদা মহাক্কী শরুক য়াউই হাযবসে মহাক খঙলমগনি। অঞ্জলীবু ঐনা খঙই। মহাক অপঙবা নুপী নত্তে। তামো চৎলগে! বিলেক্স তৌ। অঞ্জলী ইনাওগী মতম পূম্নমক্তা ওইগনি! ঐ চৎলগে।

শ্যাম - তামো!

নোংশা - শ্যামসুন্দর হায়দুনা ড়ুন স্কুলদা, দিল্লীগী ষ্টেফেন কলেজদা, ইতিহাস ওইনা নমিং ইদুনা থেৎলিবা ঐগী ইনাও শ্যামসুন্দবনা জে এন য়ু গী মেরিৎ লিষ্টতসু নমিং থল্লম্বা ঙমদ্রবদি নহাক মমাগী মচা নত্তে, ঐগী ইনাও নত্তে! তামো চৎলগে নঙ পোত্থাবো।

শ্যাম - ফনি তামো!

নোংশা - ওকে গুড নাইট মাই বোই!

শ্যাম গুড নাইট তামো! (নোংশাবা চঙখি)

শ্যাম - অস! ঐখোয় তামোগী মতৌসিগা ব্রা থোক্লকরনি! (ইপা পাখৎনা চৎখি)

**তরুকশুবা উৎপা লোইবা**

# তরেৎশুবা উৎপা

(লোডি কোলোনীনা লৈবা রোহিতসিংগী ফ্লেটকী কা, নুংথিল তালকনি, বোহিতসিং লাইবিক অমা পায়দুনা থোরকই, ফমথৈ,লাইবিক হাংদোকপদা মপাগী চিঠি থেঙনৈ, চিঠিদু য়েংই, চিঠিগী মরোল পায)

অর্জ্জুন - (চিঠি ওইনা) রোহিত !

বোহিত - (শ্বাই লাউই) পপাজি!

অর্জ্জুন - (চিঠিগী ময়েক্তু মপাগী খোঞ্জেল ওইনা থোরকই) নঙগীদমক খনবনা ঐগীদি পুন্সিনি। নহাক উদনা নহাক য়াউদনা ঐনা মফমসিদা লৈবসে ঐগীসু পোথাফম খঙদবা অমনি। নহা ওইবিবা, পুন্সিগী পাঙথোক্কদবা ইথৌনা নমাঙদা ব্রাখলতদা লেপ্পিবা নহাক্তা শিখ্রবী নমাগী ব্রাখলতদা ফুম্বংনবদো ইপা খাঙবা ঙমদে। পপাজিনা নঙগী নাক্তা অমুক হল্লক্ত্রিবা মখৈগী নহাক ইম্ফালদা চৎননবগী ব্রাখল খনগনু। মফমদুদা দিল্লীদা লৈবা মৈতৈশিংগা তিন্নগনু। কনাদসু নঙগী নমাগী মমিং পন্দুনা নহাক্কী আইডেন্টিটি হায়দোক্কনু। পপাজিনা হায়বম্বা কাউগনু।

নহাক্কী পপাজি

অর্জ্জুনসিং সহেগল

রোহিত - (মপি শীষ্টে। তাঞ্জাসিদা মপালদগী কোলিং নোংশাবা চঙলকই, ঙক্লা) আপ কিসকো মিলনা চাহিয়ে?

নোংশা - আই ব্রান টু সি ব্রিট বোহিতসিং সহেগল।

রোহিত - হাঁ জী। বোলিয়ে, মৈ হুং বোহিতসিং সহেগল।

নোংশা - (থওইদনা) হব্রায় য়ু স্পিক হিন্দী'' ঐনা তাবদি মৈতৈলোন ঙাঙই তায়।

রোহিত - (নোক্লগা) অদুদি সোম মৈতে। লেঙশিনবিবকউ। করি হায়বীগদবা?

নোংশা - আই এম নোংশাবা। জে এন যুদা এম এ ফাইনেল তম্বনি।

বোহিত - থেঙ্ক য়ু! ঐ অদোমগী মিং তাজখ্রে।

নোংশা - মী ফুগল্লি হায়বদুসু তারব্রা?

বোহিত - (হায়ফেৎ য়েংলগা) হায়বীয়ু! কবি পাম্বীবনো?

নোংশা - ঐ নঙোন্দা ব্রার্নিং অমা তৌবা লাকপনি।

বোহিত - (ঙক্লা) কবি ব্রাফমগী ?

নোংশা - নহাক্লা নশম নকোই ককথৎলগা মৈতৈলোন খবা তেনব্রাগুম মোইনাগুম ঙাঙলগা ইচম চম্না মহৈ তমজবিবী ইবমদমগী মৈতৈ নুপীশিংদা মীকাহন্দুনা শান্নবিবা নঙগী গেম অদু ঙসিদগী, হৌজিক্তগী মখা অমুক চখরক্লবদি নঙ হিংবা নুংঙাইববোই।

বোহিত - (মঙক হাইরগা) ঐবু অদুম্না লান্না লৌখিবদি তশেংনমক ঐহাক নুংঙাইজদে।

নোংশা - (ঙঙদুনা কল্লপ) মখা তাগনু। ঐহাক ইমাগী যাথং পুদুনা মফমসিদা লাইবিক তম্বা লাকপনি নঙনা ঐবু মীহাৎপা ওইহনগনু। অমুক্কসু ঐনা ব্রর্নিং তৌবি - মৈতৈ নুপী অমত্তংগা নহাক্কা লোয়নরম্বদা নহাক নবম পঞ্জাব য়ৌবা ঙম্লোই।

বোহিত - মি: নোংশা!

নোংশা - (লাউদুনা) ষ্টুপিট! ঐ নোংশাবনি। ঐনা মখা তাদনবা হায়খ্রে।

বোহিত - এনিব্রে, যামদ্রবদা ঐনা খরমখৈদি নঙোন্দগী সেনিয়াব ওইগনি। ঐনা নহাকপু ইনাওগুম্না খল্লি। অচুম্বা করিনো খঙদনা মীবু হেক্তমক মবাল শীবদি পাপ পুগনি।

নোংশা - ঐহাক ওইদবা মীনম্বা য়াবা মী নত্তে। নখোয় সিখশিংনা মফম অসিদা মশিং হেল্লি হাযদুনসু মীপাইবীগদবা নত্তে। ব্রানস, ঐগী ব্রাগী মায়োক্তা য়েক্লবা ওইনা নহাক্লা লৈগে খল্লকপা মিকুপ্তুদা

চিঠি ইদুনা নঙবু পোৎলোইননবা নয়ুমগী নমা-নপাদু কৌবা য়ারে।

রোহিত - ব্বাফম অসি ঐহাক ময়েক শেঙনবা পাম্মী। ঐবু কনাগুম্বা অমত্তনা লান্না লৌখিবা ঐ পামদে।

নোংশা - (শাউনা) ঐহাক অনীরক হন্না নঙোন্দা ব্বা ঙাঙলরোই। লোড়ি কোলোনীদা লৈরিবা নঙগী ফ্লেট অসিমক্তদা কা অসিদা খল্লু - হিংখিসিরা নত্রগা শিরসিবা হায়দুনা ! ঐগা অমুক উন্নদনবদি হোৎনবনা নঙ শান্তী লৈনি। ঐ চৎলে। (চৎপা হৌই)

বোহিত - অমুক্তা ঙাইবীখো!

নোংশা - (উশিত্তনা) মৈতৈদি ইজ্জৎকীদমক্তা মী হাৎপসু ঙম্মী, শিবসু কিদে। ঐগী জাতিগী ইজ্জত্তা তেমশিংনরক্লিবা নহাক- ঐগীতা নত্তনা ঐগী জাতিগী য়েক্লবনি। (শাউনা চৎখি)

বোহিত - (মতোমতা চৎখিবদু য়েংলগা) পপাজি! মখোয়গুম্বসি থেঙনদনবরা নহাক্লা ঐবু ইম্ফালদা চৎতনবা মণিপুরদা চৎতনবা হায়রক্লিবা (খাঙফম খঙদে) ঐবু শীঙনবক্লবা! (শাউই) রোহিতসিং সহেগলনা পাংদবা অমগুম্মা তুমিন লেপ্পুনা লৈহৌরবা! (কপনীংই) ঐ-ঐ ইশাগী ঈদা য়াউই হায়বিবা মৈতৈগী ঈদুনা কদাযদা চৎখ্রবা! (নোংশাবাগী ব্বাহে নীংশিংলকই)

নোংশা - মৈতৈদি ইজ্জৎকীদমক্তা মী হাৎপসু ঙম্মী, শিবসু কিদে।

বোহিত - (মতোমতা) কবিগীনো? কবিগীনো? ঐসু মৈতৈ নুপীনা পোকপনি হাযদুনা থৌনা ফনা পাম্বোম তিংবা ঙমজদ্রিবা ? ইপানা শিখনি ইমানা মৈতৈনি থৌনা ফবশিংতগী ঈনা ঐগী ইশাসিবু শেমখিবা নত্তববা? ফৈ যেংনবা তারেদনা। মীনা কিহল্লগা নুংশিববু ঐনা থাদোক্তদরা? (খল্লগা চঙখি)

## তরেৎশুবা উৎপা লোইবা

# নীপালগুবা উৎপা

(জে এন য়ুগী কেমপস, নুংথিল, অঞ্জলী হল্লকই, রাখল নুংঙাইতে লৈতাফম খঙদনা চৎলি, রোহিত অঞ্জলীগী তুংদা লাকই।)

বোহিত - হেলো অঞ্জলী! ক্লাস লোইববা? ঙাইহাক কোইকখিসি।

অঞ্জলী - নহাক চৎখ্রো। ঐসু হল্লগে।

বোহিত - ঐখোয় ফমখিসি। রাবী শাখিসি য়ুনিভরসিটিগী কেমপস অসিদসু - ঐগা নঙগা উন্নবদা নহাক্না মীপাইবিবা কবিগীনো?

অঞ্জলী - মীওইবা ওইবগী অকিবদি নত্তবা, মফম খঙদবা লাঙতক্লবা অমনা ঐবু রাহল্লি।

বোহিত - মদু নশাগী নফমদা কনফিডেন্স লৈতবননি। অচুম্ববু ফুদোকপা ঙমদবননি।

অঞ্জলী - বোহিত! ঐ যাম্না রায!

বোহিত - ঐগা উন্নদ্রগদি নহাক্কী অরাবদু কোকদ্রা?

অঞ্জলী - রাফমদু তোক্লসি। নহাক্কী বির্ছাস রার্ক কদায় য়ৌববগে?

বোহিত - অনৌবা পূক্লিংগী চাংয়েং অমনা ঐগী রির্ছাস রার্ক ওইববে।

অঞ্জলী - করম্বা হীবমদনো?

বোহিত - নুংশিবা !

অঞ্জলী - ও! বোহিত! কান্নদবা রা ঙাঙবদা নহাক্না অসুক যাম্না ইন্টবেষ্ট লৌবিবা অসিবু কবিগীনো?

রোহিত - কনানসু তস্নীববা তৌদনা নঙবু মকুপ ওইনা নুংশিরুবসিনা ঐঙোন্দা তত্তনা হায়বি - ঐগী পুক্সিবু তাইবঙপান্দা শক উহল্লকখিবী মহাক অদো - নঙগুম্না লাংতক্লরমগনি মীপাইরমগনি।

অঞ্জলী - বোহিত! ঐবু মখা তানা হন্না-হন্না রাহনবীবগনু।

বোহিত - ঐহাক খঙলে, মণিপুবদগী লাকপী মৈতৈ নুপীশিং অয়াম্বা মণিপুরগী মপানগী ষ্টেটশিংদা লৈরিবা - অৱাবা, লাঙতক্লবা, মখোয়দগী মরোমদোমগী-সোসাইতিগী চৎনবীবু ইকাযখুম্নবা হোৎনবদা পূক্লিংগী অপাম্নবু থম্মোযগী নিয়মবু কাওথোক্লবা হোৎনবিবা করি মবমগীনো ঐহাক খঙলে।

অঞ্জলী - হৱাট য়ু সে রোহিত?

বোহিত - মীওইবসিবু কাঙলুপ অমত্তগী জাতি অমত্তগী ওইববা?

অঞ্জলী - নহাক্না ঐগী জাতিবু লান্না লৌবা তৌগনু। মৈতৈশিংদি থৌনা ফবতা নত্তনা কখোকপা অমসুং থাদোকপদসু ঙম্মী। য়ুনির্ভসিয়েলগী ক্বালিটি লৈবা মবম্না পীকশ্রবা লম মচা অদুগী মনুংদা জাতি কয়াগী মীওই লীশিং কযানা পুন্না হিংমিন্নদুনা লৈবা ঙম্বনি।

বোহিত - অদুদি নহাক্না ঐবু নুংশিবা মরুপনি হায়বা ঙমদ্রিবনা কবিগীনো?

অঞ্জলী - (ৱানা) রোহিত। নঙ ঐঙোন্দা মখা তানা হঙ্গনু।

বোহিত - কয়াম কুইনা নহাক্কী অবেপ্পা ৱাখল খঙদনা ঐনা নঙবু লোয়নগনি? (নোংশাবা চঙলকই অনীবু উবদা শাউই)

অঞ্জলী - বোহিত! লেট অজ ষ্টোপ হিযাব? তোক্লসি!

নোংশা - (ঙঙদুনা) অঞ্জলী!

অঞ্জলী - (খঙপ্রেক খঙই) তামো!

নোংশা - নঙদি ময়াং মচাসিগা কৈদৌবম্মীবা?

অঞ্জলী - (ইকাযনা) তামো - ঐ - সুম (খুম্বা ঙমদে)

নোংশা - (উশিত্তনা লাউদুনা) য়াবে! চৎলু! ঐনা নঙবু অফবী নুপীমচা অমা ওইনা লৌবম্বনি।

অঞ্জলী - ঐবু লান্না খনবীগনু তামো! (অঞ্জলীদা খূপাক্লা থায়)

নোংশা - (লাউদুনা) মখা তাগনু!

অঞ্জলী - তামো ! ঐ ইবাল লৈখিদে!

নোংশা - মখা তাগনু!

অঞ্জলী - (ৱানা) তামো! (মমায় লৈবগা চৎপা হৌই)

নোংশা - (বোহিতনা চৎকে তৌবদা) নঙ ঙাইখো! নঙগা ঙাঙনগদবা ৱা খরা লৈরি।

বোহিত - (চীং লেম্না) মরাল লৈজদবী নুপীমচা অমদা নহাক্না চৎলিবা শাজৎ অদুনা নঙ নশাগী চপ চাবা নশক তাক্লি।

নোংশা - ঐগী ৱাগী মায়োক্তা!

রোহিত - নোংশাবা! অচুম্বগীদমক ঐ শিবা কিদবা মীনি। ঐনা লেপখিবা ৱাবেপ্পু মীওইবগী শক্তি অমত্তনসু হোংহনবা ঙমগদবসু লৈতে।

নোংশা - ঐগী ৱাগী মায়োক্তা (খূৎলৈ থুনা মশাদগী থাং শত্তুনা বোহিত্তা থিনজিল্লি, বোহিতনা চৈনাখোল লাউই, লাপ্না কবি থোক্কদগে মীপাযদুনা মখোঙ কন্না থাংদ্রিবী অঞ্জলীনা লাউবকই)

অঞ্জলী - (পাখৎনা) বোহিত! বোহিত !

বোহিত - (ৱানা) পপাজি!

অঞ্জলী - বোহিত - বোহিত।

নোংশা - (খূৎলৈ থুনা ফিভম শেল্লগা চেনখি)

অঞ্জলী - (চেনশিল্লক্তুনা) বোহিত! (বোহিতপু উবদা অঙাওবীগুম্না) বোহিত! (চেনশিন্দুনা বোহিতপু কোল্লি) ঐবু কবি ওইবসিগে ?

বোহিত - (ৱানা) অঞ্জলী ! (ৱানা) মমাজি! (মপান্দা ছাত্রশিং লাঙনরকই, ছাত্রশিং চেনশিন্নবকই)

ছাত্র ১ - থাংনা থিল্লে! থাংনা থিল্লে!

ছাত্র - পুবো পুবো' (বোহিতপু কোনখৎলি) বোহিতপু থাঙদুনা পুখি অঞ্জলী অঙাওবীগুম লৈহৌই)

অঞ্জলী - (কপ্পুনা) বোহিত! বোহিত! (কপ্পুনা মতুংদা ইন্নখি)

**নীপালশুবা উৎপা লোইবা**

# মাপলশুবা উৎপা

(জে এন য়ু গী হোষ্টেল, নুংথিল, শ্যামসুন্দরগী কা নুংথিল রাজলক্ষ্মী ইপা-পাখৎনা চঙলকই)

রাজলক্ষ্মী - শ্যাম! শ্যাম! (থোঙ হাংই) শ্যাম! কদায় চৎখ্রবনো মদুই অঙাংদুনা? ঐবু! (কপ্লিংই) ঐবু লৈফম খঙদ্রেনে! হৌজিকপু ঐনা তৌগদবসিবু কবিনো? মীগী মরমসিদা ইচা নুপা পোকপগী নুংঙাইবা হায়বদুবু মসিবা? (শ্যামসুন্দব মৈবাবগা চঙলকই, শ্যাম মমাবু ঙবদা শ্বাই লাউই)

শ্যাম - মমা! (চঙশিন্দুনা মমাবু খুইবন্মী, কপই)

রাজ - (নুংশিনা) কবিগীনো! অঙাওবা! কবিগীনো নঙনা কপলিবদি!

শ্যাম - ঐ-ঐ যাম ৱাবে মমা! ঐখোয় তামোদো! (কপই) ঐখোয তামোদো দিল্লি পুলিসনা ফাখ্রে (কপই ৱা হায়দোকপা ঙমদে)

বাজ - ওকে! (মপিদি ইরা চেল্লগা মচাবু থেমজিল্লি) মমা-মমা পুম্নমক খঙলে। উম! থৌদোক অমা থোক্লবদি জ্ঞান মাংবা হৌনদে! মমা নঙ তামোবু জামিন্দা লৌথোক্কে! হৌজিক্তি মমা লাক্লেদনা নঙ করিগী ৱাবিবনো?

শ্যাম - জে এন য়ুগী ষ্টুডেন্ট কাউন্সিলসু ইবাং অমা তামোগী মিংদা শাগৎলকলি! মমা ঐখোয তামোসে দিল্লিদা থম্লবোইসি! ঐ যাম্না ৱাবে মমা!

বাজ - ওকে! মদুসু মতম মতমগী মত্তুং ইন্না তৌগনী! হেঞ্জিন্না খনগনু! (মৈবাবদা) ইবুংঙোসিনা?

মৈবাবা - ঐসু জে এন য়ুদা তমজবনি মমা! ঐ মৈর‍্যাবা কৌজৈ - ঐখোয শ্যামগা ক্লাস মেটনি। কম মেটসু ওইজবি।

রাজ - ও: শ্যামসুন্দরনা ৱাবদা নখোয়সু য়াওবেনেকো!

মৈবাবা - ব্রাদেদা ইমা ! অদু ঐখোয় তামোনগা মীনা উশিত্তবা য়াদবগা পঞ্জাবী মচাদুনগা মী উশিত্তবগা থোক্লখিবা থৌদোকনি।

বাজ - উম! মমা খঙলে ! নঙ তামো নোংশাবদি পীশক পীক্লিঙৈদগী হৌনা মাদি মীনা উশিত্তবা য়াদবনি। মাবু করি থোক্লমগদগে খনবদা ইমাগী অব্রাবা ওইবনি। অদু মানা থাংনা থিল্লুই হায়রিবা পঞ্জাবী মচাদুদি?

মৈবাবা - অমৃটসবদগীনি মমা!

বাজ - (লাঙতক্লে) অমৃটসবদগী!

মৈবা - রোহিতসিং সহেগল কৌই!

বাজ - (খঙপ্রেক খঙই) কবি কবি হাযবা! বোহিতসিং সহেগল! (লাঙতক্লনা) মাবু -মাবু পোকপদি?

মৈবা - লন্দন্দা লৈ হায মমা!

বাজ - লন্দন্দা! (মকোক ঙাওই) মমিং খঙব্রা ?

মৈবা - আর্জ্জুনসিং সহেগাল!

বাজ - (মকোক্তা ব্রজনা য়ৈবগী চৈনা ফাউই ব্রা ঙাঙদে)

শ্যাম - থাংনা শোকপদু ডাক্তবনদি খুদোংথিনিঙাই লৈবাই হায - হাযবনি!

বাজ - (খাঙবা ঙমদনা কপথোবকই) শ্যাম! ইমাগী শ্যাম! মমাগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইখ্রে! (মৈবাবা অমদি শ্যামসুন্দব ঙকই)

শ্যাম - মমা! ব্রাবীকবগনু মমা!

বাজ - (অঙাওবীগুম) রোহিত! বোহিত হৌজিক কদায়দা লৈ!

শ্যাম - সবদবজঙ্ক হোসপিতালদা মহাক লৈ।

বাজ - সবদবজঙ্ক হোসপিতাল (চৎকে তৌই) (মমাবু ফাই)

শ্যাম - কবিনো মমানা তৌবীবিবসিবু! জে এন যুগী ছাত্রশিংনা ময়াম চঙদুনা মহাকসু শেন্নরিবনি! নেগোসিয়েসনগী মতম নত্রি মমা!

বাজ - (মপী তৈথোক্লগা) শ্যাম! মমা ওইবীনা চৎপা লম্বীদা পৃথিবীগী

করম্বা শক্তিননো থিঙবা ঙমগদৌরিবা? ডোন্ট ৱারী মাই সন! নঙ চেকশিন্না লৈবম্মু! মমা! মমা পূম্ন মক ফননবা শীনগে! (ৱা ঙাঙবা ঙমদে)

শ্যাম - মমা !

বাজ - ও কে! চথোক্লমগনু। মমা হল্লকখিনি। (চৎখি)

মৈবা - ৱা থোক্লদননে ভাই! হৌজিক্তি ঐখোয়বোম মী উবা য়াবা মতম নত্রি। ৱা থোক্লদননে!

শ্যাম - ঐ খঙই! ঐখোয় থাপতক্লা মমাগী প্রোটেক্সন তৌসি! মমাগী মত্তুং ইন্নসি! জ্ঞান তাদ্রেদা ঐ। (অনীমক থোকখি)

**মাপলশুবা উৎপা লোইবা**

# তরাশুবা উৎপা

(সবদরজঙ্ক হোসপিতাল, নুংথিল, রোহিতসি সহেগল থোরকই, ব্রাখল নুংঙাইতে। মপা আর্জ্জুসিংনা হায়রম্বা ব্রা নীংশিংলকই)

অর্জ্জুনসিং - রোহিত! মৈতৈশিংদি য়াম্না কম্যুনেল ওইবা মীহাৎ-মীপূন পাম্বা কাঙলুপনি। কৈদৌঙৈদসু নহাক্কী নমাগী লম নীংশিংলুগনু।

রোহিত - (নুংঙাইতনা) পপাজি! (মঙক হাইদুনা) মিকুপ অমত্তসু ঐনা নঙবু কাউথোক্কে। (কপই, মতমসিদা রাজলক্ষ্মী চঙলকই কোলিং বেল খিংই) কোন? কোন হে জি?

রাজলক্ষ্মী - (তবংদা) মাঁ!

রোহিত - (ঙক্লা) মাঁ! কিসকী মাঁ?

রাজ - (নুংশিনা) নোংশাবকী মাঁ!

রোহিত - (শাউনা) অদুগা কবিগী ঐগী থোঙজিন্দা। লেপ্লবিবা? কম্যুনেল ওইবা মৈতৈশিংবু ঐনা লেম্না থাববোই! ঐনা নঙগী নচানুপা নোংশাববু কৈদৌঙৈদসু তাইবঙ পানবসিদা হিংনা থল্লোই। মসি ঐগী ব্রাশকনি

রাজ - (কপথোবকই) মদুবু কবম্না ওইথোক্কদৌরিবনো?

রোহিত - থৌনা ফবা পোকপী মৈতে নুপীনা ঐগী থোঙজিন্দা তেংথাববা ঐ পামদে! ঐ সিখনি! রোহিতসিং সহেগলনি। নঙগী নমাঙদা ঐনা ঙসি ব্রাশক্কুনা হায়রি - ঐনা ফঙখিবা চৈনা অদু নহাক্কী নচানুপা নোংশাববুসু ফঙহনগনি। নহাক্লা লোৎনীংবা মফমদা মীওইবগী শাজৎ যাওদবা নচানুপা অদুবু লোৎলবসু ঐগী ইখূত্তগী নানথোকপদি ওইথোক্তবনি।

রাজ - (কপ্পুনা) করিনো ঙসি ঐনা তাবিবা পূম্নমকসিবো?

রোহিত - ঐনা নেগোসিয়েসন কৈদৌঙৈদসু তৌবোই। ঐনা ব্রাশক্কুনা

লেপখিবা হায়বসিদি পুক্সিগীনি। কৈদৌঙৈদসু ঐহাক অনীরক হন্না ৱারেপ লৌদে! য়ারে! য়ৌবীখ্রো। (রাজলক্ষীদা য়েংদে)

রাজ - (কপ্লুনা) রোহিত ! ঐ খাঙবা ঙম্লক্লে! করম্না মমা ওইবীনা মচাশিংগী লানগী পাউ তারগা মালেম লৈমাইদা করম্না লেপ্পা ঙমগদৌরিবনো? শিখিবদা মত্তিক চারবীনি। রোহিত !

রোহিত - (তু চুংই মূম্না য়েংই) কনানো? নহাক কনানো? নঙগী নচীলদগী ঐবু "রোহিত" হায়বা ৱাহৈ তাবদা ঐগী খোঙদগীনা কোক ফাউবা তুজুংহল্লিবী হায়য়ু নহাক কনানো?

বাজ - ঐহাক মমানি। ইপূক্তা থা তরা নাউপুদুনা শকখঙনদবগী শেম শারম্লীবা কুরুক্ষেত্র অসিদা মায়কৈ লেপফম খঙদ্রবী ককঙাওনরবী মমাদুনি! ঐ মমানি।

রোহিত - ঐগী পূক্লিংদা হৌবক্লিবা খোয়বাংনবসি নহাক্কী নচিলদগী থোরকপা ৱাহৈ অমমমনা ঐবু লম্মুকনহনবীরগনু। ঐঙোন্দা পাউখোং চনবীগনু! হায়বীয়ু নহাক কনানো?

বাজ - উনা- উনা- ইখূত্তগী থাদোকখ্রবা ফঙমদ্রবা মণিবু ঐগীনি হাযদুনা পাম্বোম তিংবা ঙমজদ্রবী মমা অদো ঐহাক্কি।

রোহিত - ঐবু লাংতক্লহনবীবগনু ! হায়বীয়ু নহাক কনানো?

রাজ - ঐহাক বাজলক্ষ্মীনি।

রোহিত - (অঙাওবগুম) নহাকপু মোংফমদা মোংফমদা লৈবোল চনখ্রবী ঐগী - ঐগী... (ঙাঙথোকপা ঙমদে)

রাজ - (চঙশিল্লক্লুনা) বোহিত! নহাক ইমাবু মশক খঙদ্রববা?

রোহিত - (য়েংবা ঙমদনা লৈথোক্লগা) নঙনা ঐগী মমিজি ওইবা খক য়াবোই। ঐগী মমিজিদি তাইবঙপনবসিদা বোহিতসিং সহেগল মতোমত্তবু পোকপীনি! নহাক্তি নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দববু পোকপীনি। ঐগী মমিজিদি মচানুপা ঐবু উনীংবগী অৱাবা খাঙমদদুনা মোংফম লৈবোলনুংদা য়াতাখ্রবীনি।

বাজ - কনানা! নঙগী মামিবু শিখ্রে হাযবগে? নম্যাঙদা লেপ্লীবী ঐহাকসে

নহাকপু থাবুম তরা নাউবুদুনা পোকপী রাজলক্ষ্মীনি। রোহিতসিং সহেংগলবু পোকপীনি।

বোহিত - ঐগী ইফমদা হন্না-হন্না মীনশ্বীবসিবু তাইবঙপানবদা লৈবী মমা ওইবী কনাগী শাজৎনো? (কপ্পী)

রাজ - নহাক্না অদুম্না হায়রগা ইমাবু কবন্না খাঙঙুগে ইমাগী ইবুংঙো। নোংশাবা, শ্যামসুন্দর, নহাক্কী ইবেমখাক্না ইমানা পোকখিবা ননাওশিংনি। তাইবঙ পানবদা লূ তোংনা শাবা মীওইবগী হকচাং পোলাংনা নঙোন্দগী লাপথোক্না লৈথ্রবসু পূক্লিং থন্নায় অসিনদি ইথানুংদগী মিকুপ অমত্তা থাদোক্কুনা নাউকোঞ্জবিবী লাইবক থিববী ঐসে নহাকপু পোকপীনি।

বোহিত - (খাঙবা ঙমদে) চহী কুনমঙা হেনখ্রে। মমাবু উনীংবগী ইথৌ লাংবনা, লম্বীগী চিদাইদা, উখোংদা মমা ওইবীশিংনা মচাবু খূৎশম্মনা চৎপা উজরগা (- থম্মোয় কাইনা কপ্পকপা) ঐগী পপাজিনদি - ঐবু পোকপা মমাজি বাজলক্ষ্মীদি অমুক হন্না উবা ফঙলবোইদবা তাইবঙ পান অমগী ওইখ্রে হায়! (লাউদুনা) কবিগীনো? মমা -মপা অনীমক্না মচা ওইবদা চৎলিবা শাজৎ অসিবো ?

বাজ - (খাঙবা ঙমদে, মখা তাফম খঙদে শ্বব হন্দোক্লগা) ঐ অমৃটসবদা নঙবু উনবা লাকখি- পিক্লিবা নঙনা গুহাদা চোঙথদুনা শিগনি হায়বা ব্রাহৈদুগী চৈনাখোল পুদুনা মমা ওইবীগী ব্রাশক ঙাক্লনবা অদুবু, নঙদি নঙগী পপাজিনা ইংলেণ্ডদা পুখিবপ্লে।

বোহিত - ঐবু উন্নবা লাকখিবা - ?

রাজ - খোঙফম খুদিংগী বদনামতা ওইবা মীওইবগী থম্মোয়গী অচুম্ববু - চৎনবীনা নাথৈবীবা নুপী ওইবীগী লমচৎপু মমা ওইবীগী থম্মোয়বু মশক খঙবীদবা লমদম অমগী লৈহাওদা হিংলুবী ঐনি। মমাগী বোহিত, নহাকসে কবিগুম্বদনা ইনাত্তা ইথানুংদা তুমলিবোই খল্লি, কবিগুম্বদনা ইমাঙদা চেন-চোংদুনা শান্নবিবোই খল্লি, উজনীংবা নঙবুদি ইমিৎসিনদি উবা ফঙদে।

রোহিত - (কপ্পুনা) মমিজি! নঙসু নচা রোহিতকী অৱাবসিগুম থম্মোয়নুংদা অৱাবা পুরল্লী। (চেনশিন্দুনা মমাবু খুরম্মী, মমাগী খোঙয়া উফুল লৌই) মমিজি ঙসিদি ঐ লাইবক ফবা ওইজরে। পাপ চেল্লবা ঐগী ইকোকথক্তা মমিজিগী খোঙযা উফুল হাপচবা ঙম্লে।

বাজ - (কপ্পুনা) রোহিত! মাই সন! (মচাবু কোল্লী তাঞ্জাসিদা অঞ্জলী চঙলকই চপ লেপ্পী, ঙক্লা য়েংই)

বোহিত - কাইখিসনু ! পূন্সিদা অমুক্তসু হোংলক্তবা বোহিতকী ৱাশক কাইখিসনু! ঐ-ঐ- নুংঙাইরে। মমিজি ইশাদা লৈবম্বা চৈনাখোল পূন্নমক পূমকোক কোকখ্রে! ঐগী ইমা রাজলক্ষ্মীগী খোঙযা উফুল লৌবা ঙমজরে! ইমাগী খূৎশানা শোকপীবে।

বাজ - বোহিত ' ননাও অনীমকপু নঙগী নখূত্তা শীন্নগনি।

বোহিত - নো! নো মমিজি! তাইবং পানবসিদা মখোয় অনীতগী লন্নি খঞ্জবিবী ইমা নঙসে মখোয় অনীতগী ওইসনু! মমিজিনা নচাবু নুংশিবীববদি -বোহিতসিং সেহগলবু মখোয়গী মযাম্বনি হাযবসিবত্তদি হায়দোকপীগনু।

রাজ - বোহিত! ইমাবু কবন্না খাঙঙুগে? নুপা ওইনা পোকই হাযদুনা মমা ওইবীগী থম্মোয় মশক খঙদবা অৱাবা পীদুনা ইমাবু হন্না হন্না মৈগী কোমদা লঙথবগনু!

রোহিত - (মী লাকপগী শমিন অমা ফঙদুনা) প্লিজ মমি! কোন হে! (অঞ্জলীবু উবদা) হেলো অঞ্জলী! সি ইজ বাজলক্ষ্মী মাডব অফ নোংশাবা! ইমা অসিগা নেগোসিয়েসন তৌবে। প্লিজ কোল প্রিসিডেন্ট অফ ষ্টুডেন্ট কাউন্সিল। নোংশাবগা ঐগগী মবক্তা লৈনবম্বা কেশ পূন্নমক লৌথোক্লবা এবেঞ্জমেন্ট অমা ঐ পাম্মী! নহাক্লা পাউসি খবা যৌহনবীখো! (অঞ্জলী তৌফম খঙদনা চেনখি, কপ্পুনা) মমিজি! ঙসিদি ইমা নঙগী নতম্বাক্তি অপিকপা অঙাংগুম ঐহাক পোত্থাজগে। (বোহিতকা বাজক্ষ্মীগা চৎখি)

**তৱাশুবা উৎপা লোইবা**

# তরামাথোইশুবা উৎপা

(অঞ্জলীনা লৈবা ফ্লেট, নুংথিল নন্দকুমার মশা নান্না থোরক্কুনা ফম্মী)

নন্দকুমাব - নুশী হায়বা জাৎসিদি খারেহে সত্য! খারেহে! নুংঙাইফম খঙদে-জ্ঞান তাদে খোইদৌসি পঙশাউদা শাউনীংই। ইচানুপীনা দিল্লীদা ঙাইহাক লৈতনা লাকপগী মরম করিনো? হঙলকপদুদদি শ্বাইবু লাউইনে। (সুনন্দা চঙলকই)

সুনন্দা - ( নোকমি) করি ব্রাখলদনো শ্বাই লাউবীরিবদুবো?

নন্দকুমার - ঙসাইনা লাকপা কৈদৌই? নঙনা লাক্তবগী শাউনীংইবনে!

সুনন্দা - নপা নচাগী ব্রারীদো দিষ্টর্ভ তৌজনীংদবা!

নন্দ - খুন্বা হৈবরা হায়ববু নমায়দু কায়নি!

সুনন্দা - (নোকশিন্দুনা) য়াম কল্লিকো!

নন্দা - নয়াদু হিগৎকনু! তুম্বা চাবা য়াদদনা ঐনা মফমসি য়ৌরক্লিবসে ইচানুপীগীবা নঙগীরা হায়বদু নশানা জ্ঞান তাউ! নঙনা ঐবু নুংশি হায়বিবদু তাংলা?

সুনন্দা - লৈবাক্কী অসুক চাউবা অফিসাব অমবু কবিসু লৈতবী ঐগুম্বীনা মীনম্ববু ইতিকলা ঐখোয়দি হায়জখিবনা অবেপ্পনি।

নন্দা - (হরাওনা নোক্ল লগা) ব্রা! ব্রাতাদুদনীনে ঐনা নঙগীদমক লেপ্লীবসে! সে (ফুবিৎ খাউদগী ইনভেলব অমা লৌথোক্লগা পী) ওর্ডর থোকঅবনি।

সুনন্দা - (ওর্ডব চেদু লৌরগা হরাওনা) ও মাই গোড ! (চেদু হাংদোক্কুনা য়েংই) ঐ-ঐ থবক ফঙলবা (হরাওদুনা কোয়বৈ লৈ) ঐ - ঐ - থবক খনলে!

নন্দা - (মতৌদু যেংলগা) শক অসিদি ! চঙশিল্লকউসে চঙশিল্লকউ।

সুনন্দা - (চপ লেপ্লগা) য়াম নুংঙাইবৈ ব্রানিদা! (খিত্তং চঙশিল্লগা নোকমি) কৈনো?

নন্দা - (ফুরিংখাওদগী সনাগী খূদোপ লৌথোকই) উরব্রসে! নঙগীনিনে! (মৈরাবা চঙলকই অনীগী ফিভমদু য়েংই) শক অসিদি মিত্তাদি অঞ্জলী মমা হেক মাল্লদনা! (খূদোপ শীজিনবী) কনর্ফাম রিং হায়বদু অদুনি!

সুনন্দা - ঐনসু ঙমজবা মোই পাবূংগী অমদি শোয়দনা থোঞ্জগনি ।

নন্দ - (ব্রা থৎলগা) নমোন্দা শেংউনে সনাগী তাজমহল শাগেনে!

মৈরাবা - (খাঙবা ঙমদনা) রিহার্‌সেলসিবু করি লীলাগীনো? করি ফিল্মগী করি সিননো? (অনীমক খঙপ্রেক খঙই) সিন শেগাইববা ষ্টেজ থুগাইব্রা তৌদ্রবদি খাঙবা ঙমলোইদৌরি?

নন্দ - কনানো ইবুংঙো?

মৈরাবা - নযাম্বনি !

নন্দা - খোন্দা অসিদি !

মৈরাবা - নশাগী ফিভম য়েংদনা তিংলিবা পাম্বোমদু উশা থাবগুম থাদোকঅম্মুরো?

সুনন্দা - মৈরাবা নঙনা ঙাঙলিবদু কবিনো? পাবূং সি অচম্বা মী নত্তে। অঞ্জলীখোয়গী পাবূংনি। মণিপুবদা মমিং লৈরিববা মীনি। কমিস্নাবনি। ডিপার্টমেন্ট ৩/৪ মতোমনা পুবিবা মীশকনি। পাবুংগা ইচম চম্না ফাগী তৌনরম্বনি।

মৈবাবা - ঐসু মৈরাবনি । দিল্লী মণিপুবী ষ্টুডেন্স য়ুনিযনগী এক্সিক্যুটিভ মেম্ব বনি। ফাগী সুম তৌবগী ব্রানি নখোয়নীবু কন্যা কখোকপীগে হায়দনা!

সুনন্দা - কবিনোনে হাযবিরসিবো?

মৈরাবা - মফমসিদগী নখোয় অনী অমত্তা চেনবা য়ারোই ।

নন্দ - (ইপা -পাখৎনা) ইবুংঙো ইপা য়ুনিয়ন ফাইনান্স সেক্রেটবীগা

মীটিং অমা লৈহৌরি। মণিপুরগী অসোমদা তলব ঙাইনহৌরিবা ময়ামদুগী সেকেন্দ অমা মিনিট অমা শোইবা য়াদবা থবকনি ! (চৎকে তৌই)

মৈরা - চেনখিবা য়াবোই ! নখোয়গুম্বা অচৌবা অফিসার অমদি অতে ব্রাখল লেপ্তবা মন্ত্রী কয়ানা মফমসিদা দিল্লীদা লাক্লগা-লৈবাক্কী মিংদা ষ্টেটকী পোলিসীগী মিংদা অফবা শাদুনা লাক্লগা - মফমসিদা মহৈ - মশিং তমজরিবী নবমদমগী নচল - নচাশিংদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসুক কুইবসি ঐহাক খাঙদুনা লাকপনি। ঙসিদি ঐনা নঙবু থাবোই।

নন্দ - লাউনা খোঙনদুনা তৌনবগা কৈদৌনগদগে মৈতে মচা ঐখোয় ঙাক্তা!

মৈবা - মৈতে মচা ঐখোয় ঙাক্তা ওইবদুনা নঙোন্দগী হৌনা থবকসি পাঙথোক্কদৌরিবনি। হৌজিক মক য়ুনিভবসিটিগী ছাত্রি ময়াম কৌনি! ঐ লেম্না তোকলোই।

নন্দা - (মখুৎ লোন্নদুনা) হন্দক মতাংসিতদি ইপাগী ইজ্জৎ কল্লু! ইপা-ইপু নোরক তাগে ইপা মতুংদা মসিগুম্বা ব্রাখলসে অমুক হন্না খনগ্ররোই! ওম্মোক্লো ইকাইজখ্রে। (চৎকে তৌই)

সুনন্দা - অদুদি ঐদি তোক্লে পাবুং !

নন্দা - (কপনীং) ইবেম্মা! নঙগী থবক ইপানা হাপখি হায়বসিতদি কাউনবোইসি ইপা চৎলে! (কপনীং কপনীং চেনখি)

সুনন্দা - (তান্নদুনা) পাবুং ! পাবুং!

মৈবাবা - (সুনন্দাগী মখুৎ তাপ ফাবগা) যাবেহে নঙসু অদুদৈ পঙহেন হেঞ্জিল্লুবনু!

সুনন্দা - (মীৎচি খৎচিল্লগা) সিনি নুপী ঐখোযনা ঙম্বা! কমদৌই ? এপোইন্টমেন্ট ওর্ডবদি ফঙহৌবেদনা!

মৈরাবা - নঙ শেন্নবদা শ্বাই শ্বাইবু লাউই। মতুংদা মৈতে লৈশাবী থবক ফঙদ্রিবীশিংনা লমদম্নবকনি। মতৌ তম্বদা নোই মৈতে নুপীশিংসিদি

অঙকপনি। অনীরক হনবা য়াবা নত্তে । ঐসু নতুং ইন্দুনা য়ুম থোক্লনি । লুহোংলুবসি।

সুনন্দা - ঙম্মোয়! ঐ থবক জোইন্ট তৌরুখিনি। অফিস কাখিনি। লুহোংবদি তপ্না হোংদৌনি কৈনো (নোকশিল্লি)

মৈরাবা - অদুদি, ঐসু ইম্ফালদা চৎকনি। নতুং ইন্ননি।

সুনন্দা - থবক তৌবা থাফাউ ফাদ্রিঙৈনা ঐদি চেনবা ঙম্লোই।

মৈরাবা - অদুদি ঐসু খবরদা হাপ্পুনা ব্রাকৎকনি।

সুনন্দা - নবুক ফত্তবা তৌনু মৈরাবা ! ঐনা নুংশিজরিবসি নঙ নতোমতনি, অরিকপা!

মৈরাবা - কনানো শকহেনবা পাখঙ অমা লৈ হায়দুদি?

সুনন্দা - (মরক থত্তুনা) ঐবু নুপা অমফাওনা কোইবীদে হায়বদি ইমান্নবীশিংনা উশিৎখিদ্রা? কবিগীনো নুপা নঙনা অসুকয়াম পঙলিসে! ইবাং খঙদবা!

মৈবা - (নোক্তুনা) থবক্তু কাগে হায়রবসু লুহোংলগা কাউ। লাকও-ইম্ফালগী এরোপ্লেন টিকেট কক্লুবসি! (সুনন্দাগী মখূৎ তাপ পায়দুনা চিংদুনা পুখি)

**তরামাথোইশুবা উৎপা লোইবা**

# অরোইবা উৎপা

(ইন্দিরা গান্ধী ইন্টরনেসনেল ইয়রপোর্ট অয়ূক, রোহিতসিং বৃপকেস মচা অমা য়াম্দুনা থোরকই, ইয়রপোর্টকী মীনিল তায়, এনাউন্সরনা লাউরকপা মখোল তায়)

এনাউন্সব - ৱেলকম টু ইন্দিরা গান্ধী ইন্টরনেসনেল ইবপোর্ট নিউ দিল্লী। এটেন্সন প্লিজ! ওল ডি পেসেঞ্জরস ফ্লাই ফ্রোম দিল্লী টু বেঙ্গলোর ভাইয়া সিঙ্গাপুর বাই আইব ইন্দিয়া ফ্লাইত নঃ ৭৮৯ আব বিক্যুষ্টেড টু প্রোসিড টু গেড নঃ ফাইভ ফোর সেক্যুবিটি চোক! থেঙ্ক য়ু! (বোহিত ঘরীদা য়েংই লাংতক্রে)

এনাউন্সব - এটেন্সন প্লিজ! ওল ডি পেসেঞ্জবস ফ্লাই ফ্রোম দিল্লী টু ইংলেণ্ড ভাইয়া সিঙ্গাপুর বাই আইর ইন্দিয়া ফ্লাইট নঃ ৭৮৯ আর রিক্যুষ্টেড টু প্রোসিড টুৱার্ডস গেট নঃ ফাইভ ফোব সেক্যুবিটি চোক! থেঙ্ক য়ু! (রাজলক্ষ্মী থোরকই, মচানুপা বোহিতকী মশক উবদা মখোঙ থাঙবা ঙমদে, বোহিতনা মখোঙদা খুইবন্মী, মমাগী মখোঙগী খোঙয়া উফুল লৌদুনা মকোক্তা হাপ্পি, বাজলক্ষ্মীনা মচাবু কোনখৎপী কপ্পুনা)

বাজ - বোহিত! ইমাগী ইবুংঙো! ইনাক্তা থম্বসু ঙমদবা - নঙবু কাইনবগী অৱাবসি ইমাবু কবম্না খাঙউগে ?

বোহিত - চহী কুনমঙা চূপ্না নচানা ঙাইজবকপা ইমাগী খোঙয়াগী উফুল ঙসিদি নচাগী ইকোকথক্তা হাপ্না ফঙজবে। ঐ অসে কয়াদা লাইবক ফববা মচানো!

বাজ - (কপ্পুনা) মমাগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইখ্রে। তাইবঙপানবসিদা ইহান হানবা ওইনা ইতম্বাক্কী লৈতেং ওইজখিবা মমা ওইবীগী ফিজীগী মণি নহাকপু কয়ারক হন্ননো হন্না-হন্না মমা ওইবী ঐনা উবা ফঙলোইদবা মফমদুদা থাদোকপা ঙমগদবা! ইমিৎ অনীসে পাঙদুনা তাইবঙ-পানবসিদা হিংনীংলক্ত্রে।

রোহিত - (নুংশিনা) কপকনু! কপকনু (মমাগী মমিত্তগী মপী নুংশিনা তৈথোকপী) মমা ওইবীগী মিংকী পী উরগা খাঙবা ঙম্বা মচাসিবু তাইবঙপানবদা লৈরামগদ্রা মমিজি।

রাজ - রোহিত! ইমা হিংনিংদ্রে! তাইবঙপানবসিদা ইখোঙনা লেপ্পুনা লৈবা ঙমগনি থাজরক্রে।

রোহিত - নো! নো! মমি! ঐ হল্লকখিনি ! অমুক হন্না ইমাগী খোঙয়া উফুল লৌজরখিনি। ঐগী ইনাওশিং নোংশাবা-শ্যামসুন্দর ইপাম্বোম অনীনা কোল্লখিনি। ঐনা ব্রাশকচরি । মমিজিসু ব্রাশকপীয়ু। ঐনা ইনাও অনীগী মমাঙদা লেপ্পদ্রিবা মখৈ ঐবু মখোয়গী ময়াম্বনি হায়বীগনু।

বাজ - (খাঙবা ঙমদনা) নহাক ইমাবু থেমলিব্রা বোহিত' (নুংশিনা) মমিনা ব্রাশক্লবনি। নহাক লাক্তি লাকউকো !

বোহিত - আই প্রোমিজ মমিজি! ঐহাক শোয়দনা লাকখিগনি। নচা চৎচকখিগে! (খুরুম্মী)

বাজ - রোহিত! (কপ্পীংবা খাঙনা) চৎলো! নঙ চৎলো! পাউ থাবকউ হেক যৌবগা নহাক চিঠি ইবক্কনু। মমিজি ইবক্কে। মমানা কৌবক্লবদি নহাক খুদক্তা লাকউকো!

বোহিত - মমিজি! (মখূৎ হাই হাইদুনা চৎপা হৌবকপদা অঞ্জলীনা লাকপগা থেংনৈ, অনীমক য়েংনৈ, অঞ্জলীনা বাজলক্ষ্মী অমদি বোহিত অনীনা ঙাঙনবা ব্রাহে তাহৌবগুম তৌই, অঞ্জলীগী মমাঙদা লেপ্পুনা মখুত্তা পায়বা বৃপকেস থম্লগা অঞ্জলীবু নুংশিনা যেংলগা) অঞ্জলী! অবোনবা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ লোৎপা হাযবসে নুপী ওইবী নহাক্কী ধর্ম্মনি। ঐগী ইনাওশিংদা চানবীদুনা ঐগী অশেংবা আইদেন্টিতি হায়দোকপীগনু। মসি ঐগী রিক্যুস্টনি।

অঞ্জলী - (ব্রা ঙাঙথোকফম খঙদনা) মসিদা লোইবা তাবব্রা বোহিত ?

রোহিত - অমুক্তং উন্নখ্রবা মীওইবদি কাউবা ঙমনদবনি। থৌদোক অমনসু নীংশিংনবগী মবম করিগুম্বদা হেক্তা ওইর্বনি। ঐ চৎলুখিগে ।

ঐগী ইনাও শ্যামসুন্দরবু নুংশিনা তৌবীয়ু। (মখুৎ তিংথোরকই, অঞ্জলীগা খুৎ শোক্লে, বৃপকেস পায়খৎতুনা) বাই অঞ্জলী।
(হাযবম্লগা মায় লৈদুনা থুনমক চৎখি অঞ্জলী বাজলক্ষ্মীগী মনাক্তা চঙশিল্লি তৌফম খঙদনা রাজলক্ষ্মীদা কোন্দুনা কপ্পী, তাঞ্জাসিদা নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দর শাউনা চঙলকই)

নোংশাবা - মমা! করিগীনো নচা ঐগী য়েক্লববু মমানা অসুক থব্বায় য়াউনা খিনদোকপীবপ্লিবা?

শ্যাম - মমা! বোহিতসিং সহেগলসি কনানো?

নোংশাবা - হায়বীয়ু মমা! রোহিতসিং সহেগল কনানো? কবিগীনো ঐগী য়েক্লববু মমানা অসুক থব্বায় য়াউনা চোকশিন্না শেন্নবিবা? ঐনা মাবু থেঙনবা মফমদা মথব্বায় - (নোংশাবগী ব্বাহৈদুদা শাউনা রাজলক্ষ্মীনা খুপাক্লা থায়)

বাজ - ঐ মমানি। অসিদগী হেনবা ঐগী পাউখুম অমা লৈতে। (তাঞ্জাসিদা রোহিত সিং সহেগলনা তোংবা এবোপ্লেন পাইখিবগী মখোল তাই, পুম্নমক্লা পাইখিবা এরোপ্লেনদা তান্না-তান্না য়েংনৈ, বাজলক্ষ্মী মপী শিম্বুদুনা কনাবুসু য়েংদনা অতিয়াদা য়েংদুনা লৈ, মচাশিংনা মমাগী মতৌদা তিঙক মায়ঙকনৈ)

**লোইরবা**

# ফিজিগী মণি

## নুপা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রোহিত সিংহ্ সহেগাল | - | রাজলক্ষ্মীগী লৈশাবিঙৈগী মচানুপা, লন্দগুদা লৈবা |
| ২। | নোংশাবা | - | রাজলক্ষ্মীগী মচানুপা মীয়ামগী থবক্তা থব্রায় য়াওবা অমসুং লুচিংবা |
| ৩। | শ্যামসুন্দব | - | রাজলক্ষ্মীগী মচানুপা অতোপ্পা, আই পি এস,এস পি |
| ৪। | দেভিড তাংখুল | - | লালহৌবগী চীফ মার্সেল |
| ৫। | ইথেম মিয়া | - | লালহৌবা মুসলিম পাখণ্ড অমা |

## নুপী

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | বাজলক্ষ্মী | - | থবক্তগী পোথরবী আই এ এস, কমিস্নার |
| ২। | অঞ্জলী | - | শ্যামসুন্দবগী লোইনবী |
| ৩। | হেনপী কুকি | - | লালহৌবা য়াওবী কুকি লৈশাবী |
| ৩। | এলিছ মেড়ী | - | রোহিতকী লোইনবী ইংলেণ্ড নিঙোল |

# ফিজিগী মণি

শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নবদা শক্তম লাঙখিবা
পিছ মেকর আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী আর্টিষ্টশিং
(২০০৩-০৪)

| নুপা | | শক্তম লাঙখিবা |
|---|---|---|
| ১। রোহিত সিংহ সহেগাল | - | ইবোয়াইমা খুমন |
| ২। নোংশাবা | - | তোঞ্জম হেমলেত |
| ৩। শ্যামসুন্দর | - | দেনী লিকমাবম |
| ৪। দেবিড তাংখুল | - | চিংলেন থিয়াম |
| ৫। ইথেম মিযা | - | খেকমন দেবান |

| নুপী | | শক্তম লাঙখিবা |
|---|---|---|
| ১। রাজলক্ষ্মী | - | রোবীন্দ্র লঙথবাল |
| ২। অঞ্জলি | - | ওইনাম অরুণ |
| ৩। হেনপী কুকি | - | শঙ্কর নাওরেম |
| ৩। এলিছ মেড়ী | - | মোতি থোঙ্গ্রাম |

**ঈশৈ নোংমাইদাঃ**

| | | |
|---|---|---|
| ১। তবলা | - | কোইজম ইন্দ্রমনি |
| ২। ওর্গান | - | মাইবম রোবী |
| ৩। গীটর | - | মোইরাংথেম রোবর্ট |
| ৪। পেডড্রম | - | তম্ফাসনা |
| ৫। বাঁসি | - | টিকেন্দ্রা |
| ৬। নুপা খোঞ্জেল | - | জিতেনকুমার নাওরেম |
| ৭। নুপী খোঞ্জেল | - | কান্তা লৈশাংথেম |

*লীলা পুখোকপা : মৈস্নাও নবকুমার*
*লীলা তম্বীবা : বীরজিৎ ঙাঙোম্বা*

# অহানবা উৎপা

(রাজলক্ষ্মীগী য়ুম, অয়ুক, রাজলক্ষ্মী লাইখুরুম্বগী ফি অশেঙবা শেত্তুনা, চন্দন থীন্দুনা লৈগী য়েন্দায় ওইগী খৃৎনা পায়দুনা য়ুমগী মমাঙ থঙবদা লৈরিবা মন্দির তম্না চঙশিল্লকই, মন্দিরগী থোঙ মমাঙদা চপ লেপ্লী, য়ুমলোমদা মশা খজিক্তং পৈথোক্লগা মমৌনুপী অঞ্জলীবু কৌরকই)

রাজলক্ষ্মী - (কৌদুনা) ইবেম্মা! অঞ্জলী !

অঞ্জলি - (মনুংদগী) লাকচরে ইমা!

বাজলক্ষ্মী - থেঙখ্রনি লাকও-লাকও ইমা মন্দিরদা লৈবে। (মন্দিবগী সিডি কাখত্তুনা মন্দিরগী থোঙ হাংই মখূৎ ওইনা পায়বকপা লৈগী পোলাং মখূৎ য়েৎনা শীল্লগা থম্মী। খুরু-খুদক কুল্লগা মকোক নোন্দুনা খুরুম্মী, মখূৎ লোন্নদুনা লেপখৎলক্লগা মাঙদা সৈরিবা পূক্লিং হুরবা মন্দিরদা ঙানথোয়রিবা শ্রীমূর্ত্তিদা খুরুমজদুনা) তাইবঙপানবগী মপু ওইবীরিবা, তোল্লবী ননাইনা শ্রীচবন্দা খুবমজবি। নহাক্কী নফমদগী হৌখিবা তাইবঙ জীব পূম্নমক অসে অমুক হন্না নহাক্কী নশাদা তিনলগদবা তাইবঙ থব্রায়নি। নহাক্তি অসিনী হাযবা অবেপ্পা নশক নওং লৈতবা নিবাকাব ওইবনি। অচুম্বা হাযবদুসু নহাকনি, ফজবা হায়বদু নহাক্কি, নুংশিবসু নহাক্কি। নহাক্কী তাইবঙ মাযাদা যাওকববা থব্রায় হকচাংসে নখোঙ খৃয়া থম্বালদা চঙজবি। কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, মসর্য্য হায়দুনা লৈবিবা বিপু তরুক অসিবু খুদম চনবা ঙমজদুনা নহাক্কী নখোঙ থম্বাল য়ৌবা ঙমহনবীয়ু। (মখূৎ য়ুব তৌদুনা খূউ লৈবাক তাদুনা খুরুম্মী অঞ্জলী মতাংসিদা মৃগাগী ফনেক ফি অশেংবা শেত্তুনা, চন্দণ থিন্দুনা, ধূপ-থাউমৈ অমদি হৈ-বালভুগ পুদুনা চঙলকই, ধুপ থাউমৈ মৈখেৎ খেত্তুনা চুখৎলি, মফম চানা-চানা থম্মী, রাজলক্ষ্মীনা চিংলেম্মা মমৌগী মতৌ যেংই, অঞ্জলীনা মনেম্বোক্তা নুংশিনা য়েংজবগা)

অঞ্জলী - নচানুপাগী টেলিফোন লাকুনা পায়রুরে ইমা। ওপরেসন লোয়দুনা অফিস য়ৌরক্লে হায়।

রাজলক্ষ্মী - (হাদনা) ফরে-ফরে। খুদোংথিববু য়াওদ্রবদি। ইমাগা ভজন শকসি লাকও।

অঞ্জলী - (চঙশিল্লকুনা) ফনি ইমা!

(রাজলক্ষ্মীনা মখুৎ লোন্নদুনা মমিৎ উইশিন্দুনা ভজন শকপা হৌরকই, অঞ্জলীসু মনেমগী মতুং ইন্দুনা ঈশৈ খুন্নকই অমসুং শকই)

অচুম্ববু কনবীবা অরানবা মাঙহনবা,
তাইবঙ জীবগী অব্বাবা কোকপীবা,
মালেম নৈমগী অরুম্বা কোকপীবা,
চঙজরি নখূয়াদা হে নিরাকার।।

বেদ মরিগী মপু ওইরিবা,
লৌশিংগী সমুদ্র জ্ঞানগী পূক্তে-
নঙোম্দগী হৌবা তাইবঙ থব্বায়সে
তিঙ্গগে নঙগী হকচাং পোলাংদা
পুন্সিগী অরোইবা লাক্লবদা ।।

নহাক্কী মায়া তাইবঙ পুন্সিদা
অব্বাবা নুংঙাইবা অপাম্বা মীহৌবা
তাইবঙ লম্বীগী লোইনাইদ্র কুম্মৈনা
নঙগী চাংয়েংনি মায়কৈ লেপ্লবা,
নহাক্লা তাকপীবা তাইবঙ লোনচৎনা
অমম্বা অহীংগী থাউমৈ ওইদুনা
চিংশিনবীয়ু নহাক্কী নখূয়া থম্বালদা ।।

(ঈশৈগী অরোইবা অন্তরা হৌরমদাইদা শ্যামসুন্দর হল্লকপগী পুলিসকী গাড়ী ময়াম লাকপা মখোল তায়, শ্যামসুন্দর আই পি এস, এস পি

হল্লকই, পুলিসকী ফুল য়ুনিফোর্ম শেৎলি রাজলক্ষ্মী অমদি অঞ্জলীনা ভজন শক্লম্বা উবদা নুংশিনা চিং-লেম্মা মন্দিরদা লাইবক কত্তুনা খোঙুপ লৌথোক্লগা কাখৎলকই লাই খুয়রম্মী, রাজলক্ষ্মীবু খুয়রম্মী, অঞ্জলীনা নুংশিনা তুলশী মঞ্জুরী চাইথোকই শ্যামসুন্দর রাজলক্ষ্মী অমদি অঞ্জলীনা ভজন শকপদা য়াউই, ঈশৈ লোইরকপদা বাজলক্ষ্মীনা শ্যামসুন্দবদা ওনশিল্লকই)

রাজলক্ষ্মী - শ্যাম! নুংঙাইরে! ইচা তেক্ত-কায়দনা য়ৌরকপদা ইমা নুংঙাইবে ।

শ্যামসুন্দর- (নুংশিনা) মমা! ইমাগী থৌজাল ফঙদুনা চৎলিবা মচা ঐনা করম্বা মফমদা মায়থীগদৌরিবনো?

অঞ্জলী - অশোক-অপন অমত্তা য়াওরক্তববা?

শ্যাম - (নুংশিনা) নো! অসুক কন্না নহাক্কা মমাগনা লাই নীঙদুনা ঐবু অশোয়-অঙাম য়াউদনবা হোৎনবসিদবু ঈশ্বরনা চানবীদবা হৌনববা ?

অঞ্জলী - অদুবু, করম করমবু তৌরকপগে?

শ্যাম - নোংমৈ কাপনবনিদনা ? কম্বাইন্দ ফোসকা সরকাববু য়াদবা নীংতম্বা পান্বশিংদুগা ! অনী শিহৌরেদনা, অশোকপা অহূম অমা হিংনা ফারেদনা অতৈনা চীংলোমদা চেনখ্রেদনা । ঐখোয়গী জবান অনী শোকলেদনা পাউ হায়ববু অসি মঙাই ।

অঞ্জলী - (পাখৎচনা) ঐ লৈফম খঙদেদা! বাখলসে নে তানা পোত্থাবা শুকফঙ ফঙগদবা শুকমান মান্দে । ঐদি থায়নদগীসু হায়জবনি । আই পি এস থাবোইসি আই এ এস ওইনা থাসি হায়দনা !

শ্যাম - ঐখোয় তামোনা মতমদুদা য়াখিববা? মানা য়াদবা থবক তৌকববদি ঐবু হিংলমখিদ্রা? হৌজিকসু মানা হায়বা অমত্তং ইন্দবদা ঐ লৈফম খঙলোইদৌবিবনি । (অঞ্জলী ইতন তনথৈ)

বাজলক্ষ্মী - ইবেম্মা ! নির্মল অমদি প্রসাদী য়েল্লু । (অঞ্জলী ঈশ্বরদা কৎপা নির্মল অমদি প্রসাদী লৌদুনা রাজলক্ষ্মী অমদি শ্যামসুন্দবদা পী শ্যামসুন্দরনা শ্যামসুন্দরনা ঈরুজদ্রি হায়দুনা হন্দোকই, তাঞ্জাসিদা নোংশাবা থোরকই, সুট তাই শেৎলি, মন্দিরদা কাখৎলকই অঞ্জলী মকোক্তা ফি চিঙখত্তুনা ইকায় খুম্নে, নোংশাবনা লাই খুইরুম্মী)

অঞ্জলী - তামো! (প্রসাদী অমদি নির্মল মখূৎনা পায়খৎলগা পী)

নোংশাবা - (ছায়ফেৎ য়েংলগা) য়ারে! (অঞ্জলীদগী লৈখোক্লগা চৎলি) শ্যাম!

শ্যামসুন্দর - তামো!

নোংশাবা - নঙ হল্লকপা য়াম ফরে। ঐ গাড়ীদু য়াদ্রে। নঙগী গাড়ী অমগা লুপা লীশিং কুনদগা পীয়ু। তামোগী থবক অমা লৈবে। অদুগা ঐ গাড়ীদু নঙগী মী অমা থাবগা রার্ক্সাপতা চেক অমুক্তা তৌহল্লম্মু।

রাজলক্ষ্মী - নঙবু ঙরাংদসু মমাদগী লীশিং তরা লৌখিবদায়? শেলগী ভ্যেলু খঙদবসে মমাদি পামদে নোংশাবা! (অঞ্জলীগা শ্যামগা য়েংনৈ)

নোংশাবা - (কল্লপ) মমা! মমা সার্ভিসতগী রিটয়ার তৌরবনি। ইমূং অসিগী অহল হায়বদু ঐনি। অঙাংশিংদি ঐনা হায়বা ব্রা ইনগদবনি। ঐ নোংশাবনি, শ্যামসুন্দর আই পি এস, সুপরিন্টেনডেন্ট ওফ পুলিস ঐগী ইনাওনি, রিতয়ার আই এ এস কমিস্নার রাজলক্ষ্মী, মমাগী মচানুপা অহলনি এম এ, এল এলবি, ফার্স্ট ক্লাসনি। লৈবাকসিদা মমাগী অমদি ইনাওগী ইজ্জৎ শোকপা থবক ঐনা তৌরমগদ্রা নৎত্রগা করি অনৌবা থৌবাংনা- লৈখিদ্রবা পুপুগী বাবাগী নখোয় পূম্নমক্কী ইজ্জৎ পুরকপা য়াবা থবক তৌরমগদগেদি খন্দ্রদনা। ঐনা ব্রা ঙাঙবদা মমা য়েৎপীরক্কনু।

শ্যাম - (হৈনদনা) নঙোন্দা টুয়েন্টি থাউজন্দ কেস লৈহৌববা ? (অঞ্জলীদা)

অঞ্জলি - শুরমগদবা মান্দে।

শ্যাম - তামো চ্যেক ওইনা পায়বীব্রগা কায়বীকবা য়াগদ্রা ?

নোংশাবা - (থওইদনা) ঐ ঙাইহাক ঙায়গে নঙগী কন্সষ্টেবল অমা ঙাইহাক থারুদনা! নঙনা ইবা চ্যেক্কু ঐনা পায়দুনা বেঙ্কতা করমাই চৎলুদৌবি!

অঞ্জলী - (শ্যামদা) ইতৈ ইবুংঙোনবু বেঙ্কতা করম্না চৎকদগে?

শ্যাম - (হৈনদনা) ফনি তামো! ঐ শীঞ্জরগে। (চৎকে তৌই)

নোংশাবা - ঙাইখো। ঐনা ঙবাং থাদোকউ হায়বা মীদু নঙদি হৌজিকফাও থাদোক্ত্রি হায়যে। ইয়াম্নবু ইকাযহনগনু শ্যাম।

শ্যাম - তামো নুপামচাদু মখা তাবা ইন্ট্রোগেসন দরকার লৈরি।

নোংশাবা - ময়াম্নদু ঐগী মরূপনি। অঙাংদু ক্রেক চুবনি। অঙাওবদা কুইনা

ইন্ট্রোগেসন তৌবা হৌনদে। কাতু-কারন ঙাক্তা খুমদুনা লৈরগনি। মমৈদা নখোয়সু ঙাওরক্লনিনে।

শ্যাম - নুপামচাদু ঙাওদে তামো! মহাক্কী মচিন্দগী ঐনা থাজবদা লমদমসিদা য়াম্না থাজদবা ঈহৌ অমা লাক্কদৌরি।

নোংশাবা - ঐনা মশক খঙই অঙাওবনি থাদোকখ্রো হাযববদা নঙনা মখা অসুক যাম্না শাঙথবিবা কবিগীনো শ্যাম ?

অঞ্জলী - মীনসু ঙাওদে হায়নৈ।

নোংশাবা - (লাউদুনা) অঞ্জলী! নঙগুম্বীনা ঐনা ঙাঙবদা খুম্বা যাববা? (শ্যামসুন্দব খঙপ্রেক খঙই)

রাজলক্ষ্মী - (খামদুনা) নোংশাবা! নচিল ননাও ওইবগী মরীদা নত্তবা ননাউ নুপাগী সার্ভিসতা নহাক্লা খূৎ থিংজিনবদি মমা পামদে। নহাক্লা মথক থোঙবনি হায়দুনসু ননাওবু অবানবা থবক তৌবক্লবা হায়গনু।

নোংশাবা - মমা! মতম পূম্নমক্তা ঐহাক ডিসিপ্লিন পাম্মী। অঙাংশিংনা ঐঙোন্দা তামোখক কৌবগা ঐগী ব্রা ইন্দ্রবদি ডিসিপ্লিন কৌবা য়াবোই।“ডি র্চাজ ওফ লাইট বৃগেট” হায়বা শৈরেংদুবু নোযবু অমুক্তা পাবক্লিববা? শগোলতোংবা লান্মী সিক্স হন্দ্রেত্তুদা “র্চাজ ডি লাইট বৃগেট” হায়দুনা লাউবমলিবা কমান্দবদুগী য়াথঙদু অবানবনি হাযদুনসু লান্মী সিক্স হন্দ্রেত্তুগী অমত্তনসু ওর্ডবদু ঙাকখিদববা? তুম্নবা শিবিবদুনি। অদুবু মখোয়না উৎখিবা ডিসিপ্লিন্দুদি - থৌনাদুদি ঙসিগী মীবোন্দা লেসন ওইহৌবিবদুনি। নহাক চাউবা যাই পীকপা য়াই। নঙ ঐগী ইনাওনি ঐনা হাযবা ইনগদবনি।

শ্যাম - (তৌফম খঙদ) ও কে তামো! ঐ হৌরেল অথেঙবদা কেটিতা। থারক্লবা হোৎনজবগে জামিন লৌহৌনবা তামোগী মরূপ্তুদা পাউ তন্বীখ্রো!

নোংশাবা - যাবে- য়াবে। নঙ ঙরাং নুমিদাংসু নোংমৈ কাপনৈ হায়দুনা হঞ্জিল্লক্তে। ব্রারম্লনি পোত্থাজকরো! (শ্যামসুন্দর চৎখিগে তৌই )

রাজলক্ষ্মী - শ্যাম! (শ্যামসুন্দববু খাম্মী) মমাগী হৌখিবা সার্ভিস লাইফতা ইশানা খঙনা মমানা অরানবা অমত্তসু তৌখিদে। নহাক মমানা

পোকপনি । অরানবা মীনম্বা অমত্তা নশানা খণ্ডনা-খণ্ডনা তৌবা য়ারোই ।

নোংশাবা - (শাউবপ) ঐগী অনীংবা অপাম্বগী মযোক্তা মমানা হেক-হেক য়েত্তুনা অঙাংশিংনা ঐবু মীৎয়েং অমদা য়েঙলক্লবা শীল্লকপা থৌওংসিদি ঐহাক য়ানীংদে । ইমুং অসিদা মন্দিব শেমদুনা ভজণ শক্তুনা ঈশ্বরগী মায়কৈদা মমানা চৎপীবিবদুদগী ওন্নবদা ঐগী পামজবদা অপনবা অসুম চণ্ডশিনবীরক্লবদি মমাগী মন্দিরসি থুগাইগনি । লাইনি হায়দুনা তৌরিবশিংসিসু ঈশিংদা থাদগনি ।

বাজলক্ষ্মী - (লাউদুনা) নোংশাবা ! অরানবা তৌরুনবা ঐখোয়বু তাইবঙপানসিদা ঈশ্বরনা থারকপা নত্তে ।

নোংশাবা - ধৰ্ম্ম অমসুং লাই হায়বসে মীনা শেম্বনি । মমাঙৈগী অশিংবা লৌশিং লৈবা খরনা মীওইববু অচুম্বা লম্বীদা মখোয়গী অপাম্বদা পূরক্লবা ঈশ্বব হায়বা অমা লৈ হায়জিল্লম্ববু মমাগুম্বীনা থরায় য়াউশিল্লকপসিদি ঐদি মিৎ নাপ্রবজাৎনি। মমানা কান্নদবা থবক্তা পোত্থাফম থিকবসিনা কান্নদবা ব্রা ভাঙবা হৈরকইবনি । শ্যামসুন্দরসি ঐগী ইনাওনি । মনাও হাযবসিদি মথক থোঙবা ময়াম্বনা হায়বা ইনগদবনি ।

শ্যামসুন্দর- (ঙাঙনবা য়ারবোই খণ্ডদুনা) তামোসু মমাসু তোকপীবো। ঐ পুম্নমক ফননবা শীঞ্জবগে। অহীংগা তুমদবনিনা ঐ যাম চোকথবে, ঙাইহাক্তা পোত্থজকগে । (অঞ্জলীদা) নঙ অমুক্তা চঙলকউ।

অঞ্জলী - ফনি । (শ্যামসুন্দব চঙখি, অঞ্জলীনা মন্দিবদা চাইবিবশিংদু লোইশিল্লি) হৈ-লৈশিংসিসু পুশিঞ্জখ্রগে ইমা!

রাজলক্ষ্মী - যাবে-য়ারে পুশিনখ্রো । (অঞ্জলীনা হৈ-লৈ ধূপ থাউমৈ কৎপগী পোৎলমশিং পুশিন্দুনা যোং হাদনা চঙখি)

নোংশাবা - (চঙখিবদু হাইফেৎ য়েংলগা) মসিমা নোংমদি মমাযরা মমিৎলা অমাদ কাইবা শোয়দ্রবনি।

রাজলক্ষ্মী - কনাবুনোনে নঙনা হায়বিবদুবো ?

নোংশাবা - অঞ্জলী ! নমৌনুপী !

রাজলক্ষ্মী - (হৈনদা) নুংঙাইরোইদৌরিদকো ইমাগী নোংশাবা! অঞ্জলী

ননাওনুপীনি। চৎনবী ঙাক্লা নঙবু উবদা মকোক খুমদুনা ব্যবহাব তৌজরিবীনি। হায়হৈদেনে।

নোংশাবা - থম্মোয়দি মক্লগা মকোক খুমদুনা করি তৌনগদৌবিবনো ? মন্দিবদা চঙলগা ধর্ম্ম যাউদ্রবদি করি কান্নদৌরিবনো মমা!

রাজলক্ষ্মী - (মচাদা নুংশিনা যেংলগা) ঙাঙথোবকপদসু মীনা ঙমদবমখৈ মরীক চুম্মী। নহাক্কীদমক ব্রাবা ইমাগী অব্রাবসে করম্বা নুমিত্তা লোইগদগে খঙদে। অদুবু ননাওনুপা শ্যামসুন্দবসে লমদমসিদদি মীয়াম্না হৌজিক্কী মতমসিদা ইকায় খুম্নবিবনি। মযূমসু পাল্লবনি। অঙাং ওইবিবৈগী নহাক্লা ঙাইহাক লৈতনা লাউ খোঙবীবা ননাও অদুগুম্না খনলুরগনু। কবিসু নত্তবদা নচিল-ননাওগী মরক্তা যানদবা মুক্লবা অমা খঙহৌদনা থোবক্লবদি মমা খাঙফম খঙলোই।

নোংশাবা - কবিনোনে ঐখোয় মমানা হাযবিবসিবো। মাগী ফম চাউবা পীকপগী ব্রা ঐ খঙদে - মহাক ঐগী ইনাওনি। মনাও হাযবসিদি ময়াম্বনা হাযবা ইনগদবনি।

বাজলক্ষ্মী - (মচাবু নুংশিনা য়েংজবগা) মতম পূম্বদা নহাক্তি-মনাও হাযবসিদি মযাম্বনা হাযবা ব্রা ইনগদবনিতা মহায। ফবে, ঙসিদি মমা ব্রা হঙগে? খুম্মু, নহাক্কীসু নযাম্বা অমা লৈরম্লবদি নহাক নযাম্বনা হাযবা ব্রা পূম্নমক ইনগদবা মমাগী নোংশাবা ?

নোংশাবা - হন্দক্কী মপোক অসিদদি ওইদ্রেদনা।

বাজলক্ষ্মী - (ব্রাহৈদু তাবদা থুক লাউই) নোংশাবা! মমাদা (নুংশিনা) হায়যু - নঙসু নযাম্বনা হাযবা ইনগদ্রা?

নোংশাবা - ইনবা তাবনি। ডিসিপ্লন হাযবসিনি পুন্সিদা তঙাযফদ্রিবা! (ইংনা নোকথোকই) হ: হ; মমাগী মন্দিবগী লাইসি ঐগী ইযাম্বনি হাযগে হায়বিববা? হেঞ্জিন্না খঞ্জিনবীকনু মমা। (বাজলক্ষ্মী মপী শিন্থবকই) মমা! কবিগীনো (নুংশিনা, মমাগী মপী তৈথোকপীবগা) ঐনা মমাদা অঙাংশিংগী মমাঙদা ঙাঙবদু মমা য়াম নুংঙাইত্রববা? মমাদি পূম্নমকসিগী তায়নফমনি। মচা ওইজবা ঐখোয়গী কেজফমনি।

রাজলক্ষ্মী - (নুংশিনা) নহাক্তি মথোঙ য়াম্লা চাদে। কনাগা তিন্নরিবনো কনাগা লোয়নবিবনোসু খঙদে, সরকারগী থবক অমা য়েংসি হায়বসু য়াদে, নাখৈ শেঙনা হীরম অমদা শেন্দাল লম্বী ওইদুনা কারবারবু তৌই হায় করি করিদনো শীনফম মমা নাখৈ শেঙনা পায়বসু তৌদে। নয়ুম-নকৈ পান্দুনা নহাক্লা পামজবা লাইভ ষ্টাইল অদু ইমাবু উহল্লু হায়বসু ময়াদে।

নোংশাবা - (মমাদা কেজনা নুংশিনা) মমা! হৌজিক ঐহাক্লা পাঙথোক্কদবা থবক য়াম্লা লৈরি। লৈবাকসিতা নত্তে, হৌজিক্তি পৃথিবী পুম্নমক্কী মীশিংসে অফবা লৈরক্রবনি। মমাগুম্বা ঐখোয় শ্যামসুন্দরগুম্বগী সত্যমেব জয়তে অচুম্বনা জয় ওই হায়বদুগী মতম লোইরবনি। অফবা ফত্তবা পুম্নমকপু জয় তৌবা ঙমগদবসে হৌজিক্কী মতমদদি ঐখোয়গী লৈবাকসিদদি ওনলি- ঐনি। মমাগী শাইওন তরা হায়দুনা শকলিবা ঈশৈগী নেক্স ইনকারনেসনদু ঐনি। লৈবাক পুরগদবনি।

রাজলক্ষ্মী - (কপনীংই) পাপনা, ওইদবা মীনম্বনা, মীওইববু জয় তৌগনি হায়বা ব্রাখলদুবু কদায়দগী তম্লুবা জ্ঞাননো মমাগী নোংশাবা ?

নোংশাবা - (নোকমি) অচুম্বা হায়বদুসু ঐনি মমা! ঐবু লমদমসিগী মীযাম্লা য়াবিবসে ঐগী করিনো খঙদবা অবেপ্পা শকফম অমা উবা ফঙদবা নিবাকাব ওইবা গুণ অসিননি।

রাজলক্ষ্মী - (খাঙবা ঙমদনা) নোংশাবা! মমাবু করেম্নগনু তাইবঙ শেম্বা মপুবু কবেম্নগনু। ঐ নঙবু থা তরা নাউপুদুনা পোকপী নমানি। ঐগী ইচাগী লমচৎ মূন্না খঙবা মমানি। নহাক্লা খঙলিবদু পাপ কৌবনি।

নোংশাবা - মমা! পাপ অমসুং পুণ্য কবিনো অনীমক খঙবা নহাক্কী নচা নোংশাবনি। মমা কুইনা হিংবীখো। (ব্রাহৈ অমত্তা মখা তাবমদনা চৎখি)

রাজলক্ষ্মী - (মচানা চৎখিবা মূন্না য়েংলগা) ঐনা হিংলিঙৈদা - ঐগী ইচানা! রাজলক্ষ্মীগী মচানা অচুম্ববু খোঙ্গাওনদুনা তাইবঙপানবগী চৎনবীগী ব্রাংমদা ধর্ম্মগী মাঙনবা লম্বীদা হিংবদি ওইথোক্লোই। (মখূৎ লোন্নদুনা মন্দিরদা ওনশিল্লি) ভগবাণ! ননাই তোল্লবীবু তেংবাংবীয়ু! (খুইরুম্মী, হৌগৎলকপদা অঙাওবীগুম মচিন্দা শোল্লকই) রোহিত! ইমাগী রোহিত! নহাক লাক্লো ইমাগী অৱাবদা মতেঙ পঙলরো! নঙবু ঙসিদি

ইমানা কৌরগে । নহাকপু লোত্তুনা ইমানা থম্লরোই। পুন্সিগী অমম্বা য়ূখল পূম্নমক হায়দোক্লগে । কুইরে, ইচাগী মশক উবা ফঙলক্তবা । ননাওনুপা নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দর অনীবু নমাঙদা খম্ব্রাংননা লেপহল্লগা ইমানা থা তরা নাউপুদুনা পোকচবা ঐগী ইচানুপা কোকহন লাইহন্নি তাক্লগে । মনাওনুপা লমহেল্লবা নোংশাববু ইচা য়োহিত্তনা ব্বারকহনগে! (কপ্তুনা) ভগবাণ! ননাই তোল্লবীবু ইবুংঙো নহাক্লা ভেংবাঙবীয়ু। ইচাবু চিঠি থাদুনা ইংলেণ্ডগী ঐগী নাক্তা কৌরগে। ঐগী ইচা পূম্নমকপু ইবুংঙো নহাক্লা থৌজানবীয়ু। (খুইরুন্নগা মন্দিরগী থোঙ থিংজিল্লী অদুগা লৈতাফম খঙদনা চঙখি)

অহানবা উৎপা লোইবা

# অনীশুবা উৎপা

(লণ্ডন্দা লৈবা রোহিতসিং সহেংগলগী য়ুম, নুংথিল, বোহিতকী নুপী এলিছ মেড়ীনা বোহিতনা অফিস হল্লক্লগা সোপিং চৎমিন্ননবা ঙায়রি, রোহিত শুট-তাই পুন্দুনা অফিস হল্লকই কোলিং বেল খিঙলকই, এলিছ মেড়ীনা হবাওনা চেনথোকচদুনা থোঙ হাংই, রোহিত ওইরম্বদুদা অমুক্কা হেন্না হবাওজে)

এলিছ - (নোকচদুনা) My guess was right, Rohit darling I'd opened the door thinking it must be none but you

রোহিত - (নুংশিনা) So, you are ready to move out!

এলিছ - Oh yes I was hard put waiting for your return from the office I am prepared for quite a long time On our way back from shopping I would like to meet Linda also at her place

বোহিত - Let's start within half an hour

এলিছ - What shall we do during the half hour?

রোহিত - (নুংশিনা) My darling Alice Mary ! I will drink up the beauty of your face even though I know I'll never ever fill my thirst

এলিছ - O Rohit darling! I'm always yours, not only for a couple of moments, but for the whole of my remaining life Your Alice is not only your married wife but also a would be mother of your child

বোহিত - (নুংশিনা) Alice! My sweetest love! (চঙশিন্দুনা এলিছপু নুংশিনা কোল্লি) To remember you is my only rest and solace everywhere (এলিছনা নুংশিনা মপুরোইবগী মশাদা ঙাথজৈ) Another thing.

এলিছ - And what is that?

রোহিত - I'm leaving for Scotland next week. I thought of taking you. But, now I've changed my mind.

এলিছ - (বোহিতপু খজিক্তং ইঙ্খোক্লগা) But why?

রোহিত - You would be the mother of my child! I won't like you to undertake a long journey in this condition. You must wait for my return here in London.

এলিছ - My brother who lives in Kingston had invited us to visit him since so long.

বোহিত - I'm sorry, darling. But, it's final you shouldn't go. Let's invite them instead.

এলিছ - Nothing will happen to me, Rohit. I'd promised Andrew and I'd like to keep my word.

বোহিত - I can never repay his help for my whole life. I know it is due to his help that I'm now Manager of the British Finance Corporation. Still, I wouldn't like you to go on a long trip. Don't take me otherwise, please darling. By the way is there any letter for me from Edinburgh?

এলিছ - There is one from India.

বোহিত - (হবাওনা) From India! Where is it? (এলিছনা চিঠি পী, রোহিতনা হবাওনা চিঠি য়েংলগা লাউরকই)

মমিজী! ঐগী ইমা! রোহিতকী মমাগী চিঠি লাকলে। (অঙাওবগুম) এলিছ, মতম কুইরবগী তুংদা ঐগী ইমানা চিঠি থারকলে। (এলিছ পুমঙক ঙকই)

এলিছ - Your mother!

রোহিত - (হবাওনা চিঠি মনম উত্তুনা) Look! ঐগী ইমা রাজলক্ষ্মী ইম্ফাল, মণিপুব, ইন্দিয়া! এলিছ! (হরাওনা এলিছপু কোন্দুনা থাঙ্গৎলগা উরু-উরু লৈ, এলিছসু মপুবোইবগী মতৌদুদা হরাওবা নুংঙাইবা

ফোঙদোক্লুনা নোকচে, এলিছপু লৈমায়দা থম্লগা) ঐগী ইমাগী চিঠি লাকলে।

এলিছ - (চিঠিদু রোহিত্তগী তাপ পাযরগা) Speak in English Although I follow your Meiteilon a little bit, I am unhappy not to understand everything

রোহিত - This is my mother tongue Alice লোল অসি ঐগী ইমালোন্নি, এলিছ। অদুননি, নুমিৎ খুদিংগী ঐহাক্না লোন অসি নহাকসু ঙাঙথোকপদা অৱাবা ওইববসু খঙবা ঙমহল্লিবা ।

এলিছ - Right As much as you had tried to teach the language since the day we married, I still find it very difficult to speak in it, (চিঠি হাংই লৌথোকই) She had written in English (ফাকতোক্লুনা পাবকই), My son, Rohit, how are you ? (চিঠি পাবা লেপ্লগা) O Rohit (চিঠি পী রোহিত্না চিঠি পাবকই)

My Son Rohit,

How are you ? Have you forgotten your mother ? Why don't you keep your promise and come to see me? Are you angry with me? My sad days had come and passed one after another, but still I had not been able to see my son's dear face I had spent almost a life-time, without hearing from you

রোহিত - (চিঠিগী মরোলদা অঙাওবগুম্মী, মাযথোঙ পূম্বা পীবাংনা চোৎলি এলিছসু কপ্পী) মমিজী! ঐ ননাক্তা শোযদনা লাক্কনি। নঙগী নচা রোহিত লাক্কনি। রোহিতকী মমানা, নচা রোহিতপু উনীংলে হায়বা তাবগা করম্বা তাইবঙগী মফমদা ঐনা লৈবা ঙমগদৌবিবনো? (এলিছনা রোহিতকী মপী নুংশিনা তৈথোকপী, চিঠি মখা চত্থবকই) Your youngest brother Shyamsunder is now an IPS and has been appointed the Superintendent of Police of Imphal. Anjali is now Shyamsunder's wife and a member of our family I am also retired And your younger brother Nongshaba

রোহিত - (লাওতক্লনা) নোংশাবা! ঐগী ইনাও নোংশাবা কবি তৌববগে ? মথৌনা ফবা ঐগী ইনাওদু করি তৌরবগে ? (চিঠি মখা চৎথরকই)

Rohit! My worries are about him among the three of you. He does not care about Shyamsunder a bit You know Shyamsunder ? He believes in justice and in following the path of truth. But Nongshaba says he will obey his elder brother only Now he acts against my wish also My words have no effect on him He indulges in bad habits, associates with known rotten eggs of the time, does not return home for many days without giving us information of his whereabouts and works and above all, he has also started using intoxicants from time to time much against my will Whenever I try to correct his ways he answers like a Pandit He keeps on telling if he had an elder brother he would surely obey his commands So, I don't like to lose the chance Now I want to remove the dark curtain which I had kept unopend for such a long time hidden in my heart due to the promise you had compelled me to take

বোহিত - (রানা) ইমা! নঙগী নচা বোহিতনা লম হেল্লবা ঐগী ইনাও নোংশাববু ইমানা পামজবা পুন্সি অদুদা শোযদনা পুবক্কনি । নচা বোহিতকী খুৎশানা ইমাগী মাযথোঙদগী পিবাং তৈথোক্লগনি। (চিঠি মখা চথবকই)

Rohit, the promise I made to you I have kept still today I have not given your identity to your brothers I will only tell them that you are the eldest one I gave birth when you come and stand before them in this house I will declare the truth to the whole world I am so tired waiting for the day If you love your mother really, come soon and stand before your mother and your two younger brothers! Come and give solace to your old and weak mother You come soon My Child! Come to you mother!

Yours Mummyji
Rajlakshmi

বোহিত - (অঙাওবগুম লাউদুনা) ঐ লাক্কনি ইমা নঙগী নচা রোহিত শোয়দনা ইমাগী নাক্তা লাক্কনি। এলিছ! (অঙাওবগুম) ঐ ইম্ফালদা চৎকনি। ঐহাক ইমাগী নাক্তা চৎকনি।

এলিছ - (নুংশিনা) God show me your kindness. Rohit, I'll go to Imphal along with you I will go to see Rohit's mother, my mother-in-law and my brother-in-laws.

রোহিত - নত্তে। নঙবুদি ঐনা ইম্ফালদা পুবোই। I won't take you to Imphal ইম্ফালদগী ঐনা হল্লকপদা নহাক্কী ইনেমবোকপুসু লন্দগুদা পুরক্কনি।

এলিছ - "Enembok" - What does it mean?

বোহিত - Your mother-in-law. It means the mother of your Rohit

এলিছ - (হবাওই) O Enembok! My Enembok! But, Rohit, you had given no information regarding us due to the hurt you received I think you are wrong somewhere in this matter

বোহিত - When I arrived in England from India, I once thought of going back to see Mummiji, but I couldn't Because soon as I reached here, my papaji's condition worsened and he subsequently died On the other hand I found this appointment in the British Finance Coporation and it was followed by our marriage. Due to all these things, I had to keep on postponing the decision to visit Imphal

এলিছ - But I am quite happy today Rohit darling I once sang a song when I started going to school Today I'll sing the song for you
(নুংশিনা জগোয় শাদুনা ঈশৈ শক্ককই)
Your mother calls for you, go
You must now to serve
Your duty, you are called for

Tears running down
Tears running down
Mother's face, who's there
To wipe them away
None but us her children

Faithful children who know her heart
You'll get the path to Heaven
Every way you tread upon
Surely will turn into golden paths
Path of gold path of gold
But for you nature is

বোহিত - নহাক লৈবগী লৈবনি মহৌশা
নুংশিবগী তুংনফম স্বর্গদগী হেল্লবী,
হৌবকফম ওইবী নহাক্কী লমনবু
করম্মা শিংবা ঙমগনি
হন্দক্কী মপোক অসিদা।

(নুংশিনা ঈশৈ শকমিন্নদুনা অনীমক নুংশিনা মখুৎ পাযনদুনা ইমূংদা চংমিন্নখি)

অনীশুবা উৎপা লোইবা

# অষ্টমশুবা উৎপা

(চাংয়াদা লৈবা য়ুম অমা, নুংথিল, ইথেম মিয়া চঙলকই, মশা নাপ্পি, কে, ঘড়ী য়েংই, য়ুমলোমদা হাইফেৎ য়েংই)

ইথেম মিয়া - কনামতা লৈত্রবজাৎলা তৌরিসিবো। (কৌদুনা) য়ুম অসিবু মী লৈবরো?

হেনপী - (মনুংদগী) কনারা?

ইথেম - চুরাহ্থাবনে?

হেনপী - (মনুংদগী) অঙাংদি লৈতেয়ে।

ইথেম - (নোকমিনা) লৈশাবী মশক ফজবী লৈরবসু য়াজেয়ে।

হেনপী - পাখঙ মশক থিবদি ঐখোয়গী অসিদা চঙহন্দেযে।

ইথেম - শক্কীদি খঙদ্রে, মীনদি ফজৈ হায়নৈ । ফুবিৎখাউদা য়াউবিবসিসু চামঙা চৎপীগা লিশিং চৎপীগা ঙাক্তনে শেল পায়বা মীনে ।

হেনপী - জালি নোট পায়রগা শেল পায়বা শাবা পাখঙলো! কৈথেল ফম্বীনফাওবা লৌরোইদবা শেল পায়বা নুপাদি মশক য়েংনীংদেয়ে। ঐখোয়গী অসিদা চঙহনদেয়ে। (হেনপীনা ব্রা ঙাঙলকপদা লোন খোই )

ইথেম - নুংশিবোইদৌরিদা অল্লাহ। (লাউশিন্দুনা) খোঞ্জেল তাবদা তাম্মাগুম নুংশিবী নশক্রুদবু ফজরম্মবদি ইথেম মিয়াগী থম্মোযগী লৈলা ওইজগে। মন ককউরা, শন্দং কয়া শেম্মুগে, নামুংশা কযানা য়াগদগে লেঙথোবকউ শকচান্নসে। (হেনপী কুকি, কুকি নুপীগী ফিজোলদা কেনা মশা নান্না থোরকই; নোক্তুনা নুংশিনা) য়েংবগী পেনবা নাইদবী, নুংশিথোইববী হেনপী, ইথেম মিয়ানা সলাম তৌজরি।

হেনপী - (নোক্লগা) চুরাহ্থাবা হায়বদুদি ইথেম মিয়া ওইরে । করিগী থেঙনা লাকপরা?

ইথেম - লম্বীদা গাড়ী বেডা তৌবকপা ?

হেনপী - কনাদগী লাক্লকপা গাড়ীবা?

ইথেম - ক্ষেরগাউদগী ঐখোয় চচাগী ময়াম্বগী মচা নুপাদগী ব্রাইরকপনি।

হেনপী - খোঙ্গ্রাও ফুরিৎ অসিনা কনাদগী ব্রাইরকপরা?

ইথেম - ধোবীদগী কিন পোইন্টতা লৌরকপনি । ফজদ্রববো? ঐগী ওইরবনি কৈনো?

হেনপী - নঙদি সেকেন্দ হেন্দ লীৎপনা পকপনিদা!

ইথেম - মীনা হায়বদি হায়বনি। অদুমাইনা নঙমক্লা হেক মহায়বদুদি নুংঙাইতেহে দাবলিং।

হেনপী - অচুম্বা হায়ববু ক্রি তৌববা?

ইথেম - থজিন্দা দিং-দিং লাউবগী ব্রানিদা নুংশিবী! নুংশিবা মীনা থী- হায়বা, ফজদে হায়বসিদি থব্রায় চাকশ্রবজাৎনি।

হেনপী - কনা নুংশিববা ?

ইথেম - করি ব্রাহংনোনে ? পুন্সিদা বেগম ওইজগে খঙ্বী নহাক্লা কনা নুংশিবরা হাযবসিবু করি ব্রাহং কৌবগেনে মাই সুইট হর্টি? ঐখোয চচাদা ঐদি কুকি লৈশাবী অমা নিকাহ্ শোল্লনি হায়বিবসে মশিং খঙদ্রব্নি । পাঙল ওইবা তোকউ হায়ববসু তোকখ্রগে কসম! নঙনবু যারবদি বিক্লো থৌরবসু থৌবগে, অদুগা থাক্কে ।

হেনপী - ঐদি নঙবু পামদেনে ইথেম মিয়া ।

ইথেম - কনা পাম্মী ? (কল্লপ) হাযযু কনা পাম্মী?

হেনপী - নঙ ক্রি তৌগেরা?

ইথেম - ময়াদু নোংমৈ মক অমনা লৌথগেনে! অদু ঙমদ্রবা! ইথেম মিয়া খুদাগী নাক্তা অমুক হন্না চৎখিগে । ইতোমতা ফুমলেন থাঙ্গোলনা ইশাগী ইঙকসি মুল্লাহ তৌথোককে।

হেনপী - অশেঙবগীরা?

ইথেম - কসম! ফুন্দ্রেময়ুম ইথেম মিযানা কসম তৌবিবসিনি।

হেনপী - কসম! কসম হায়বদি ক্রিবা?

ইথেম - কসম হাযবদি প্রোমিজ! প্রোমিজ খঙদে।

হেনপী - ই: ঐবু নুংশিবা মীদা, মীগী ময়াদা নঙগী নোংমৈগী খুৎ চুমফম ওইগে হায়পদি হাৎকে হায়বনিনে।

ইথেম - (শাউনা) হাৎপদা নত্তে। মঙক অদুসু মুল্লাহ তৌথোক্লগা অল্লাহ অচৌবদা কৎলগা মচেৎ-মচেৎ শেত্তুনা চাগনি। ঐ ইথেম মিয়ানি।

হেনপী - নঙদি সাইকল হুরানবনি।

ইথেম - হেরা অদুমাইনকাদি তৌশিল্লকুনুদা। সাইকল হুবাল্লম্বদুদি নহা ওইরিঙৈগী ব্রানি। কুইবেহে মদুই থবক্তুদি তোকখিবা।

হেনপী - হৌজিক্লা ক্রি হুবানববা?

ইথেম - (শাউবকই) হেনপী। ঐবু কবেম্নগনু।

হেনপু - নখোয় হুবানবা ফত্তবা ময়ামগী মবক্তা লৈবসে ঐদি ব্রাবনে। শিজগে হাযবসু ঙমদবা।

ইথেম - কৈদৌবগী শিগদৌরিবনো অঙাওবী। শিদৌশকক ইথেম মিয়াগী বেগম ওইনা চানীংবদা চাদুনা নুংঙাইনা লৈথোক্লগা লোইবে। অল্লাগী খুনু জুবা, হমেঙ জুবা শেম্বদা ঐখোয় অনীসু অল্লাহনা শেম্বা জুবানি। ঐখোয় অনী নিকাহ শোল্লসি।

হেনপী - ইথেম নঙ ব্রা হেনগনু। ঐনা লোকখাদা ইম্বুবদি নঙ কৈনা চাগনি।

ইথেম - কৈদু মযাদা হেন্দ গ্রেনেড লঙশিল্লবদি মযাগা লোয়ননা মকোক মশা ফজনি। খুৎলাই যাউদনা ইথেম মিয়ানা লোকখাদা কুমথবীববনি!

হেনপী - (নোক্লগা) ঐবু যাম্না নুংশিববনে ''

ইথেম - করিনোনে নঙগী ব্রাহংদুবো! নুংশিবা হায়বু লৌবগে হায়বিবসিনি।

হেনপী - ঐদি নুপাগা লৈমিন্নরোই প্রোমিজ তৌখ্রে।

ইথেম - ঐদি নঙ লৌগনি কসম তৌখ্রে।

(অনীমক মূন্না য়েংনবগা নোকমিন্নে)

হেনপী - পাঙল মচাসি ব্রা নুংঙাইহে।

(তাঞ্জাসিদা দেবিড চঙলকই অনীমক্লা দেবিডপু উবদা চপ লেপ্পী, সেলুট তৌই, দেবিড কোম্বেৎ ড্রেস শেৎলি)

দেবিড - নখোয় সুররা?

হেনপী - য়েস সার! ঐগী মী পুম্নমক্তি মনুংদা লৈবে।

দেবিড - ইথেম মিয়া!

ইথেম - য়েস সার! ঐ হাজিব ওইজরক্লে।

দেবিড - জেমস লাক্তবা করিগীবা?

ইথেম - মহাক থেঙলক্লনি সাব ঐখোয় অনীনা পাঙথোক্কদবা থবক পুম্নমক শীন্নবীযু মী হাৎকদবরা, যুম মৈ থাকগদবরা, মাল কবম্বা পূরগা কদায়দা চৎকদবনো? কনাদা বোম লঙশিঞ্জোগে?

দেবিড - পুম্নমক অমত্তা নত্তে। হয়েং পুং অনীদা ইম্ফাল ইয়াবর্পোতা মী অমা ওক্লুগদবনি।

ইথেম - তাকপীযু সাব!

দেবিড - পেসেঞ্জরদু দিল্লীদগী ডাইবেক্ট পাইবক্কদবনি। বৃটিস ফাইনান্স কোবপোবেসন্সকী মেনেজবনি।

হেনপী - ইংলিসমেন!

দেবিড - হেনপী!

হেনপী - সাব!

দেবিড - ইথেম মিযাগা নহাক্কনা ৱেলকম টু বোহিতসিং সহেগল থাবা কার্ড পাযদুনা নখুত্তা লৈ পবেং পায়দুনা মাবু তবাম্না ওক্কদবনি।

হেনপী - ঐখোয়গী গেষ্ট ওইগদববা সাব ?

দেবিড - পক্কাগী গেষ্টনি। টেন ক্রোবগী শেনফম মাগী খোঙচৎ অসিদগী ঐখোয়না লৌহৌগদবনি।

হেনপী - টেন ক্রোব!

ইথেম - মোযদদি কৈসু লৈবা নত্তেদা।

দেবিড - (লাউদুনা) তাখো! নখোয়না মাবু ৱেলকম পীগদবদি ঐখোযগী ভেন য়ৌবকপা ফাউবদনি। ভেন মনুংদা ৱা অমত্তসু ঙাঙহন্দনা মফমসিদা গন পোইন্টতা পূবক্কদবনি।

হেনপী - অদুদি কিদনেপ!

দেবিড - ইহান হানবা নখোয়দা শীন্নবা খ্বাইদগী চাউবা মিসন অমনি।

ইথেম - থবক পূম্নমক পাঙথোকচগনি সার।

দেবিড - নখোয় পূম্নমক ইম্ফালগী অচৌবা হোটেল অমদগী খোঙশানগদবনি। হৌজিক ঙাইহাক্কী মনুংদা ঐনা ডিটেল ইনফোবমেসন পীগনি। গো ইনসাইট। (গাড়ী থৌরকপগী মখোল তায়)

অনীমক - য়েস সাব। (অনীমক চঙখি)

দেভিড - (হরাও) হেল্লো লাইওন' ৱেলকম! ৱেলকম! লেঙশিনসি! (নোংশাবা চঙলকই)

নোংশাবা - গুড ইভনিং চিফ মারসেল দেবিড!

দেবিড - গুড ইভনিং! কবি পাম্ববা'?

নোংশাবা - দেবিড! ঐঙোন্দা লুপা লাক্ষ তবামুক্কী দবকাব লৈ। ঐহাক্কী পায়খৎকদবা থবক খবা লৈ।

দেবিড - অফটব ফিপটিন ডেজ লৌবা যাগনি।

নোংশাবা - ঐহাক্লা হাপ্তা অমগী মনুংদা পাম্মী।

দেবিড - ঐ হৌজিক শেল পীখিবোই।

নোংশাবা - শাঙদোকপগী মবম'?

দেবিড - হয়েং নুংথিল ঐখোযগী মিসন অমা লৈ। মিসন অদু সক্সেস ওইবগা ঐখোয়গী শেল থাদগনি।

নোংশাবা - ঐহাক্লা করিগুম্বা পাউ অমত্তসু ফঙদে।

দেবিড - (লৈথোক্লগা) অদোমখোযনা ওডবগ্রাউন্দা মীযামগা লোযননা থবক তৌবনি। ঐখোয়না অন্দবগ্রাউন্দা লৈবনি। পাউ ফাউনবা য়াদবা থোঙথখিবা ব্রাফমসু লৈগনি। অচৌবা মিসন অমনি।

নোংশাবা - দেবিড! ঐখোয়না য়ানখিবা ব্রাফমগা মবী লৈননা- লমদমসিদা মীয়ামগী অওনবা অমা লাক্লনবা ঐখোয়না হৌজিক মপাঙ্গল কনবা পোলিটিকেল

পার্টি অমা শেম্লনবা শেম শাবা লোইরক্লে । ঐখোয়গী মপুং ওইবা ফাইনান্সর নহাক্কী অন্দরগ্রাউন্দা লৈরিবা ওর্গনাইজেসন্না ওইগদবনি।

দেবিড - ঐখোয়গী লমদমসিদা খুন্দারিবা জাতি খুদিংমক্না অপূনবা মান্নবা ৱাখলদা শেমখিবা ওর্গনাইজেসন অসিনা নেভর অশাংবা লান শেমলোই । ঐখোয় মতম কুইবা লানগী থৌরাং তৌরোই লমদমসিগী প্রজাশিং শাওনা ৱাহল্লোই । ঐখোয়না তানশিল্লিবা লনশিং মীয়ামগী অওনবা অপূনবা শক্তি অমদা শীজিন্নগনি ।

নোংশাবা - (নোক্লগা) মিষ্টর দেবিড! নহাক্না ৱাফমদু হঞ্জিন্না ঙাঙবগী কান্নবা কবিনো ?

দেবিড - ঐখোয়না হয়েং পাঙথোক্কদৌবিবা মিসন অসি নখোয ভলুন্টরী ওর্গনাইজেসনশিং অমদি নৌনা শেম্বা হৌরক্লিবা ঐখোয়গী পোলিটিকেল ওর্গনাইজেসন্নসু হায়লি কিয়াব লৌগদবনি । মনি ইজ পৱাব ! ঐখোয শেল লৈতবা য়াদে।

নোংশাবা - প্রাইওবিটি ইনফোরমেসন ডিটেল ওইনা ঐখোয়দা পীদবগী মবম কবিনো?

দেবিড - হযেং দিল্লিদগী ইম্ফালদা থুংলগদবা ফ্লাইতা বৃটিস ফাইনান্স কোরপেবেসনগী মেনেজব য়াওবক্কনি । টেন ক্রোবগীদমক ঐখোয়গী থৌনা ফরবা লাম্মীশিংনা মাবু কিডনেপ তৌগনি ।

নোংশাবা - (ঙক্লা) বেন্সম পাম্বগী ৱাফমলা !

দেবিড - থৌবাং পূন্নমক লোইবে । দিল্লীদগী ডা : বেনুনা মহাক্কী মবমদা ডিটেল ইনফোবমেসন পীবক্লে । জেনবেল কাউন্সিলনা কিডনেপকী ডিসিজন লাষ্ট নাইত্তা লৌবে । কনফিডিযেন্সিযেল অসি মিষ্টব লাইওন নঙোন্দসু খঙহন্ননবা ঐনা কৌবনি ।

নোংশাবা - থেঙ্ক যু দেবিড! অদুবু, মণিপুর সরকাবগী কবি থৌবাংগী মখাদা থুঙলগদবা ইংলিসমেননো হাযবদু খঙবা কান্নগনি।

দেবিড - সবকাবগী থৌবাং অমত্তা লৈতে । মবনাইগী ইম্ফাল ভিজিটনি। মহাক ইংলিসমেন নত্তে । ইন্দিযান্নি।

নোংশাবা - (ঙক্লা) ইন্দিয়ান!

দেবিড - য়েস ইন্দিয়াননি! মহাক মৈতৈলোনসু ফজনা ঙাঙই । মহাক্কী নুপীদু লন্দগুদা শেল য়াম্না পায়বা ইমূং অমগী নিঙোলনি।

নোংশাবা - (ঙক্লা) মৈতৈলোন ঙাঙবা! কনানোনে ?

দেবিড - রোহিত সিং সহেগল! ডিটেল মনুংদা ফাইলদা লৈবে । প্লিজ কম ইনসাইট ঐহাক অকুপ্পা পাউ পীজগে।

নোংশাবা - (তরংদা) রোহিত সিং সহেগল!

দেবিড - য়েস! বোহিত সিং সহেগল! প্লিজ সি ডিটেল লাইওন। মনুংদা লেঙশিনবীয়ু। (নোংশাববু পুশিন্নবা হোৎনৈ)

নোংশাবা - য়েস! লেট মি সি! (দেবিডকা চঙমিন্নখি)

## অহুমশুবা উৎপা লোইবা

# মরিশুবা উৎপা

(ইম্ফাল ইয়ার পোর্ট, ইথেম মিয়া মশা নান্না রেলকম টু রোহিত সিং সহেগল থাবা কার্ড পায়দুনা চঙলকই, সুট তায় পুল্লি, কোয়না য়েংই, করি-করিনো খবা ঙাঙই, হেনপীনা সাডী শেত্তুনা মখূত্তা লৈ পরেং পায়দুনা চঙলকই, বেক অমসু য়াল্লি)

ইথেম - মণিপুরসি এয়াব বসশিংসিনসু উশিত্তববা কবিনো অমা তৌবিযে।

হেনপী - করি অমুক তৌববা ইথেম ।

ইথেম - পুং অনীদা থুংলগনি হায়বা এবোপ্লেনসি হৌজিক পুং অহুম তাশিল্লক্লবা অসিফাউবা থুংলদ্রিবসিনি।

হেনপী - পেসেঞ্জরশিংগী রিলেটিভ ময়ামসু ঙাযরি। শোযদনা লাক্কনি । ডোন্ট ৱারি ইথেম।

ইথেম - ঙাইবগী থবকসি ৱাইনে হেনপী! ঐবু নঙনা নুংশি হাযবকপা ঙাইবসু অদুম ৱায!

হেনপী - কান চাদবা ৱা ঙাঙগনু ইবোই হুবানবা!

ইথেম - হুবানবা মচা পূম্নমক থাদোক্লগা ঐনা শিবা কিদনা হোৎনরিবসি কনাগীনো? মদুতা লৈলাগী কোক মচাদুদা অমুক্তং খন্থবীববদি ইথেমগী থম্মোয়সি মকা যৌবগা চপ মান্নবগদবনি ।

হেনপী - নঙ ৱা ঙাঙগনু। মীনা যেংলকই।

ইথেম - মীনা য়েঙনবকইসিদি নঙদি খঙলোই । মশক ফজবী লৈশাবীসিগা পাখঙসিগা অনীসি জুবা চাখ্রেদা । নৎত্রগা অনীসিবু লুহোংবা কুইদ্রিবা মতৈ-মনাও ওইবিদ্রা? খোদাসি থৌশিল হৈদা অসিনি।

হেনপী - খামেন যোনবীগী নুপা ওইগদবসিগা শক ফজবী লৈশাবীসিগা লেপমিন্নবিবসি লৈশাবীসি পাম্মুইদা হাযনবা ওইবমগনিদা।

ইথেম - বোম্বেদকা লৈজবম্লবদি ফিল্ম কুম্বদা ঙাইহাক্তা শঙলোই মরূপ খান্না ঐঙোন্দগী হেন্না মশক ফজববনহে?

হেনপী - খান হায়পদি কনারা ?

ইথেম - খান হায়বদি শরুফ খান!

হেনপী - (নোক্লগা) অদুদি মনাতোন তুম্বী হিন্দুষ্টানি ওইনা য়েংও। ঐখোয় মোঙ্গোলোইডতি নাতোন নম্বা মিৎ খুবা মায় কোয়রাওনবা কাওবুনে।

ইথেম - নও খন্দ্রিগৈদা মাধুরী ওইনা হান্না খঞ্জরম্বনি। মুম্বাই চৎপা ফওহৌদবদগী মযূম পানথোকখিবদগী নুরজহান মানবী নওসে লাষ্টতা সেলেক্সন তৌরিবনি।

হেনপী - ঐদি নুংতিগী ওক মতুম য়াউদ্রবদি চাক চাদবনিনে।

ইথেম - (হৈনদনা) হেরা নুপী। ইনাক্তবু লৈববদি নুংতিগী ষণশা অয়ায়বা পীজগে। নামুংশা চাবা হৌনদে নচিম্বাল তবাবীদু অহল ওইবগা থাগৎলক্লনি। (মখূৎ তমদুনা) নামুংশা চাবদগী মকোক্তা তিন হাইগৎনবা মচিম্বাল চাউথোকখিদনা লিপষ্টিক তৈবদা অকিবা পোকপা য়াম লৈনববনি। নাতৈ চাদবা! নমোনবু শেঙলবদি পাকিষ্টান চৎপদা পুগে। আফগানিষ্টানদা তালিবান ময়ামগা খওনহনগে চচা লাদেনগা হেন্দসেক তৌনহনগে।

হেনপী - মকোয় চোম্বশিংসে ঐদি যাম্না পামদপা!

ইথেম - অদুনবু ইথেম কোই যোক্তেদনা। (দিল্লীদগী ইম্ফালদা পাইবকপা এরোপ্লেন য়ৌরকপগী পাউ লাউথোবকই)

হেনপী - ব্রা ঙাঙগনু। প্লেন পাইবক্লে ! (এবোপ্লেন পাইবকই, অনীনা যেংই, প্লেন তাখিবদা মবুং- মৌপ্বা মচেম মপা-মতোনশিং যাউবক্লে লাঙনবা তায়)

ইথেম - হেনপী! ঐদি ইংবাজি ঙাঙবা হৈতেকো। লাক্লদৌবিবদু ইংলিসমেননিনা লন্দণ্ড মচানিনা বেঙ-বাঙ ঙাঙলকপদা - হোবেল ইথেম জ্ঞান মাঙনিকো।

হেনপী - তুমিন লৈয়ু। (বেক্তগী ফোটো লৌথোকই য়েংই) ইথেম নওগী কার্ত্তু ফজনা পায়য়ু। (বৃপ কেস অমা পায়দুনা রোহিত সিং থোরকই মাগী ব্রেল কম কার্ত্তু উবদা খবদং মখোয়দগী চৎখৎলগা)

রোহিতসিং- (ঙক্লা মতোমতা) মফমসিদা ঐবু ঙায়রল্লিবা, ৱেল কম তৌরল্লিবা। ঐদি মফমসিদা লাক্কনি হায়বদি কনাদসু হায়খিদে। (অনীনা মাবু খঙদে, অনীগী মনাক্তা চঙশিল্লগা) হেল্লো! আই এম রোহিত সিং সহেগল। (অনীমক্লা হরাওনা রোহিতপু য়েংই)

হেনপী - ৱেল কম টু ইম্ফাল মিষ্টর রোহিত সিং সহেগল।

রোহিত - থেঙ্ক য়ু। (হেনপীনা লৈ পরেং হুকই, হরাওনা) আই ডোন্ট ইনর্ফোম এনিবোডি। হু আর য়ু?

হেনপী - (নোক্লগা) ডা. রেনু ইনর্ফোম অজ। আই এম হেনপী। সার, ডা. রেনুস য়ঙ্গব সিষ্টর।

রোহিত - (নোক্লগা) ও: মাই গোড। সোম রেনুগী মনাও নুপী। (অনীমক্লা ঙক্লা য়েংনৈ) ডাঃ রেনু য়াম্না স্মার্ট ওইবী লেডীনি।

হেনপী - (ঙক্লা) য়ু স্পিক মণিপুরী?

রোহিত - আই নো ৱেল মণিপুরী ইজ মাই মাডর তঙ্ক!

হেনপী - হাউ?

রোহিত - মসিগী ব্ৰাবীসি যাম্না শাঙখ্রে।

ইথেম - ওকে সাব! ঐখোয়না অদোমগীদমক টেক্সি থৌরাং তৌদুনা লৈজবে অদোম্না লৈবদা নুংঙাইগদবা এয়াব কনডিসনগী হোটেল থৌরাং তৌদুনা থমজবে। টেক্সিদা লেঙখৎলসি।

হেনপী - মাঙদা লৈরিবা ভেন অসিদা কাখৎপীয়ু। ঐ বৃপ কেসতু পায়জগে।

রোহিত - (হবাওনা) থেঙ্ক য়ু। ঐনা ইম্ফালদা লাকচরিবসি ঙসিগী অসিনা অনীশুবনি অদুবু অহানবগী খোঙচৎ অদুদি অঙাং ওইরিঙৈদা পপাজিগা লাকপনিনা ঐ জ্ঞান তাদে।

ইথেম - ঐখোযনা পূম্নমক গাইড তৌজগনি। নুংশাথিবা পোকপীগনু।

রোহিত - ঐবু নখোয়না ইহান হানবদা থাবল চোঙবা য়েঙহনবীবা য়াগদ্রা? (অনীমক ঙকনৈ)

ইথেম - হৌজিক্তি থাবল চোংবা মতম নত্তে। থাবল চোংবদি য়াউশং মনুংদনি।

রোহিত - লিকোন শান্নবদি উবা ফঙগদরা?

ইথেম - কৃষ্ণ জর্ম্ম, থৌবানি জর্ম্ম, বামোন জর্ম্মদা শান্নগদবা লিকোননি হৌজিক্তি লিকোনসু অমত্তা শান্নদ্রে। (ইরাং লাওই, বোহিতপু ব্রা যাম্না ঙাঙহন্নীংদে)

বোহিত - (ঙক্লা) করিগীনো মণিপুরীশিংনা লিকোন শান্নদ্রিবদি ?

হেনপী - ঐখোয় সারগীদমক অখন্নবা কলচরেল প্রোগ্রাম অমা শীঞ্জগে।

বোহিত - লাই হবাওবা ঔর শগোল কাঙজৈ উবা ফঙগদ্রা ?

ইথেম - কবিনোনে তৌরিবসিবো! মৈতৈগী কলচবেল ফেষ্টিবেলশিংদি সিজনেল ওইবনি। য়েংনীংবা মতমদা হেক্তমক যেংবা ফঙদে।

বোহিত - হ্বাট অবাউট হিযাং ঔর কাং ?

ইথেম - এ কাংদি য়েংবা ফঙনি। হৌজিক্তি কাংনা ব্রায চাইরে। ঐখোয় মখা থঙবদুদা টোবনামেন্ট তৌবি । হিয়াংদি য়াববোই হৈক্রু হিদোংবা লোইখ্রে।

বোহিত - ওকে ! অদু পোনিদি ফঙগনি ?

ইথেম - (হেনপীদা) পোনি হাযবিসি করিনো ?

হেনপী - শগোলনি । ঐখোয়গী সগোল তাইপসি পোনি কৌই ।

ইথেম - এ অদুমা দমাদম লৈ । ঐগীসু কারুবী অমা লৈ । সিওব তোঙহনগে।

বোহিত - (হরাওনা) থেঙ্ক যু!

হেনপী - মাঙকী ভেনসিদা কাখৎপীয়ু। (বোহিত চৎখি, হেনপীনা মতুং ইন্নখি)

ইথেম - (মতোমতা) লন্দগুগী লাকপনি হাযবগা কবিনোনে তৌরিবসিবো। মী ওন্নবমদনা ব্রা থোক্লববনি। (চৎখি)

## মরিশুবা উৎপা লোইবা

# মণ্ডাশুবা উৎপা

(রাজলক্ষ্মীগী য়ুম, নুমিদাং, রাজলক্ষ্মী থোরকই, চাক চাবা তোকপগী মখুৎ হাপ্লগা, তাব্রেল অমনা মখুৎ-মশা তৈথোকই, মচিল নানথোকই)

রাজলক্ষ্মী - (মতোমতা) করিনো ঙসিগী নুমিৎসিবো! ঐগী ইশাসিবু ইতাও-তাওবা তৌফম খঙদবা, হাপোই হাপোইবগুমনা তৌরিবসিবো! পাম্বোম অসিনা মরোল অমা চোংলিবা। হে ভগবণ! করি মতৌ হায়বদুনো? ঐগী ইচা অনীদুসু অমত্তা য়ুমদা হঙ্গিল্লক্ত্রি। মখোয় কনাদসু অব্রাবা তাহনবীগনু, খুদোংথীবা থোকহনবীগনু। ইচাশিংদা পীগদবা দন্দি পূম্নমক পাপ চেল্লবী ঐগী ইফমদা ওইনা পীনবীয়ু। (মতোমতা মপূক্লিং ফাথজরগা) নুংঙাইখিদ্রেদা ঙসিসে। ইশাসি নিংকোক নিংকোক্তা তৌদুনা লৈদা। (অঞ্জলী প্লেট মথক্তা ঈশিং গ্লাস অমা হাপ্লগা পায়দুনা চঙলকই)

অঞ্জলী - ইমা! হিদাক চাবসি।

বাজলক্ষ্মী - (প্লেত্তুগী গুলী লৌদুনা ময়াদা হুকচিল্লি, ঈশিং থকই, গুলীগী চে প্লেত্তা থম্মী, ঈশিং থম্মী) য়ারে-য়াবে।

অঞ্জলী - হকচাং নুংঙাইবীদবরা ইমা?

বাজলক্ষ্মী - খঙদেনে ঐবো! ঙসিসি ইমাগী হকচাংসি করিনো অমা ইতৌ তৌই। পাম্বোম চোংই, মিৎ চোংই। অমুক্তা তৌদবা মতৌ অমা ইমাদা তৌই। শ্যামসুন্দবদুবু হৌজিক ফাউবা হল্লক্ত্রিবসিবু করি তৌনবা য়াউববজাৎনো ?

অঞ্জলী - ঙাইহাক্কী মমাঙদা টেলিফোন তৌবক্লম্মী। মহাক অরুবা কেস অমগী চৎকনি। থেঙলক্লগনি হায় ইমা।

বাজলক্ষ্মী - নোংমতা লূদবা নুমিৎ য়াউদেদকো। মাগী থববকসে অহীং-নুংথিল খায়দবসিদা ইমাদি নুংশা থিগ্রে।

অঞ্জলী - মতম অসিননি ইমা। লৈবাক অসিগী ফিভম অসিননি। ঐদি অরাপ্পা ঐখোয়গী লমসি নত্তবা শাস্তী লৈবা ষ্টেট অমদা চৎপনবু ফয়ে হায়জরবনি।

রাজলক্ষ্মী - পৃথিবী পুম্নমক্কী মফম অমত্তদা অইংবা শান্তী লৈবা হায়বদু হৌজিক্তি লৈরক্কবনি ঐখোয়গী লম অসিতদা নত্তে। ফত্তবনা মশিং হেনগৎলক্কুনা মালেম লৈমসি নোংমা নোংমগী অৱাবা হেনগৎলক্কবনি। অৱাবসে কোক্লনবা অচুম্বা-লান্দবতা তৌদুনা পূক্লিংগী শান্তী ফঙননবা ঈশ্বরবু কাউদবা শ্রীভগবাণবু মগুণ-শক শোনদুনা পূক্লিংদা ফঙবা শান্তীনা পূক্লিংগী চরাংনবসে কোকহনবা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈতবনি। (হন্থরগা) নতৈ ইবুংঙোদুনা কদায়দা চৎখ্রিবনো হৌজিক ফাউবা হল্লক্ত্রিবসিনা?

অঞ্জলী - তামোদি ঙসি নীনি-হুমনি হল্লক্লোই চীংদা অপূনবা শক্তম শাগৎননবা খুন-খুনদা চঙদুনা খুনগী লুচিংবশিংগা উন্নকগনি হায়রম্মী। ঐদি ইমাদা হায়রম্বরা হায়বু? (তিঙক্লা মনেমদা য়েংই)

রাজলক্ষ্মী - ঐনা ঙাঙলক্কনি, চৎপা থিঙলক্কনি হায়দুনা হায়রমদ্রিবনি। মথোঙ মৱম খঙদনা ইরাং হৌবদা থৱায় য়াউবা, অফবা, জ্ঞান তাবা, লৈবাক মচা তাবা অমত্তগসু লোযনদবা মা অমা হন্দা-হল্লকখিগনু। ঙাঙথোরকপদনা পন্দিত শারগা তৌথোবকপা থবক্লা লৈবাক কনগদৌরিব্রা লৈবাক মাঙহনগদৌবিববা, জ্ঞান তাবা শারগা জ্ঞান য়াওদবনি। গুন্দা ডাকু মানবা মফম মরাং খঙদবা খবা লৈবাক নীংবনি হায়দুনা মানা পুরক্লগা ইমানা য়াগদ্রা? নুপী থিউ হায়বসু য়াদে।

অঞ্জলী - তশেংবদি তামোগী থবকসে ঐখোয়গী নচানুপাগী শীনফম অসিগদি য়াম্লা কনত্রাডিক ওইরবনি ইমা।

বাজলক্ষ্মী - মমানা পামদবা মচাগী থবকপু করম্না অফবা ওইগদৌবিবনো? ঐনা মহাক্কী থবকসি য়ানীংদে, পামদে।

অঞ্জলী - তামোসি বাজনীতি দল অমা লীংখৎকদবা মাল্লি ইমা। ঙসাই ঐনা অযুক্তা বহাদুব থবক অমা থাখিবদগী তামোগী মমান্নবা লাকপদা চা পীরম্মী। মোই ৱাবীদুদগী তামোসে লাক্লিবা ইলেক্সনদগী ভোট লেপকদবা মাল্লি ইমা।

বাজলক্ষ্মী - মশাদা অচুম্বা য়াউদবা, ঈশ্বরগী ভক্তি লৈতবা, অৱানবা মীনম্বা ওইদবা ঙাঙবনা হেবিৎ ওইববা মানা করম্না লৈবাক্কী অচৌবা থৌদাং

পুগদৌরিবনো ? ইমানা পামদবা য়ানীংদবা মাগী শাজৎসি হোংদোকহনগনি। ইমানা থৌরাং পূন্নমক শীনবা লোইশ্লবনি। ময়াম্বা থোরক্লগনি। রোহিত লাক্লগনি।

অঞ্জলী - (রোহিত পল্লকপদা শ্বাই লাউই) রোহিত!

বাজলক্ষ্মী - লন্দগুগী ইমানা মাবু কৌখ্রে। মনাওনুপা অনীবু ইমাগী মাঙদা লেপহল্লগা ইমানা ময়াম্ববু মশক তাক্লগে লেপখ্রে।

অঞ্জলী - ইমা!

বাজলক্ষ্মী - অদুবু, ইমাবু মহাক্না ব্রাবৌবা লৈববা? ঐনা থাখিবা চিঠি অদু ফঙদ্রবরা? মব্রা পাউ অমত্তসু হল্লক্তে। (নুংঙাইতনা) খঙদ্রে ইমাগী ইবেম্মা। কবি ইপাপ হায়বদুনো? ইচা কোকহন লাইহন অদু ফাউবা তাইবঙসিদা ঐগী ইচানি হায়দুনা পম্বোম তিংবা ঙমজদে।

অঞ্জলী - ঐখোয়গী লমদমসিগী কনজবভেটিভ ওইবা চৎনবী অসিনা লমদমসিগী নুপী ওইবীশিংবু মনীং তম্বা ঙমহনদে। চৎনবী অমদি ইজ্জৎনা নুপী ওইবী ঐখোয়তদা অকনবা মীৎযেং থম্মী। পূন্নমক অসিননি ইমা!

বাজ - নুপী ওইবীশিংগীদি পুন্সিগী খোঙফম অমগী অশোয়বা লৈবা য়াবোই হায়বা ব্রাফমসে লানখ্রবী খোঙফম অমা শোযখ্রবী ঐনা অহল ওইরক্লবা মতমসিদা পাম্বোম তিংদুনা শীঙনগনি।

অঞ্জলী - নচানুপাদা ব্রাফমসি মাঙজৌননা খঙহনহৌবনা ফরক্কদবা তুংগী ব্রাসু য়াম্না লৈ ইমা !

বাজ - নো! ইমানা মদুম খক তৌবোই। ইচা বোহিতকী পামজবা ঙসিসু নুপী ওইকবী ইমা ইচানা কনাগী মফমদা হাযদোক তমথোক্তনা লৈবক্লি। ইচানা মনাওশিং শ্যামসুন্দব অমদি নোংশাবগী মমাঙদা লেপ্লদ্রিমখৈ ব্রাফমসি ইমানা কনাদসু হাযদোক্লোই। লৈবাং লৈনাদগী হেন্না থোৎলি হায়নবিবা থম্মোয়সে বজ্রদগীসু হেন্না কনগদবনি। মদুতদা পূন্নমক্কা ময়োক্লবা ঙমগদবনি। ইমাগী অয়াবা ফঙদ্রিবা মখৈ কনাগী মফমদসু হাযদোক্কনু।

অঞ্জলী - (কপনীং) ইমা! ঐগী পুন্সিদা ইমাসু অঙকপনি। রোহিতসু অঙকপনি।

পুন্সিসিদা নীংশিংলুবদা অঙকপা পোকপা ঐগী পুন্সিগী থৌদোক্তি ইমাগা রোহিতকনি । কাউবা ঙমজদবা পুন্সিগী থৌদোকনি।

বাজলক্ষ্মী - তোল্লসি ইবেম্মা । ইমা ইচানা মহাক্কী ব্বারী শাগদবগী তৌবসিননিদনা ঙরাংদি ইমাগী মঙদা ইচা বোহিতপু উরম্মী। ময়াদু ইহি হেক হিগৎলদনা ঐবু কোয়থাঙ থাঙদুনা পুবম্মী। (কপনীংলকই) ইচাগী নুংশিবা মায়থোঙ উবা ফঙজবগী নুংঙাইবদু মফম খঙদনা লোইখি; ইচা শ্যামসুন্দব হল্লকপগী গাড়ী মখোলনা মীৎকপ থোহনখি।

অঞ্জলী - ইমানা মহাকপু তত্তনা নীংশিংবদুননি।

রাজলক্ষ্মী - খঙদ্রে ইবেম্মা। ইমাগী অব্বাবসে শ্রীভগবানদা তায়নবা নত্তনা কনাদা তায়নকুগনি । ফবে, ইশু মচাদুদি তুমহৌববা?

অঞ্জলী - তুমহৌবে ইমা।

বাজলক্ষ্মী - ইমাসু শ্যামসুন্দব হেক হল্লক্তিবা মখৈগী তুম্বা যাগদবা লৈত্ত্রে। (ঘড়ী য়েঙলগা) ইহে হে। টেলিভিজনদু অমুক্তা থারকউ । ইমা পাউ তাগে । পাউ মতম চপ চাবে। (তপ্না ফমথৈ)

অঞ্জলী - ফনি ইমা। ঐ থাজবমগে। (টেলিভিজন থাগৎলকই পাউ লাকই)

পাউ - ডিষ্ট্রিক কেবল সেন্টব ইম্ফালনা পাউ পীজবি । অহানবদা মরু ওইবা পাউ পীজবি । মণিপুবগী অপুনবা অমত্তা ওইবা শক্তমগীদমক চীংগী খুলশিংদা মান্নবা লিংজেলগী প্রসিডেন্ট নোংশাবা মৈতৈনা লুচিংবা টিম অমা ইম্ফাল থাদোকখ্রে । লালহৌবা তবেৎ খূৎলাইগা কোন্ননা চঙজখ্রে। নুংশিনবনা শান্তি পুবকপা ঙমগনি হায়না ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টরনা চিকাগো মীফমদা হায়খ্রে। এস পি শ্যামসুন্দবনা লুচিংবা পুলিস তিম্না লালহৌবা কাঙবু অমগা খেবা চীংদা পুং অহুম নোংমৈ কাপ্লখ্রে। লালহৌবা অহুম খূৎলাইগা কোন্ননা ফাবে । বৃটিস ফাইনান্স কোবপরেসনগী মেনেজর রোহিত সিংহ সহেগল ঙসি নুংথিল ইম্ফাল ইয়ারপোর্ত্তা শকখঙদবা খূৎলাই পায়বশিংনা ফাখ্রে । অকুপ্পা পাউ পীজবী।

বাজলক্ষ্মী - (পাখৎনা) কবি হায়বা বোহিত সিং সহেগল ইম্ফাল ইয়ারপোর্ত্তগী ফাখ্রে হায়বা। (অঙাওবীগুম ফন্নম্বদগী হৌগৎলি)

অঞ্জলী - পাখৎপীখিনু ইমা। ঐ নচানুপাদগী পাউ লৌজগে।

বাজলক্ষ্মী - (ব্রাখল খল্লগা) থোরক্কনিসু হায়বগী পাউসু হায়রক্কবা! করিনো তৌগদবসিবো! (কপ্পুনা) রোহিত! ইমাগী রোহিত! নহাকপু ইমানা ইনাক্তা কৌরুবসিনা ইচাগী অব্রাবা নঙননবা হায়বদু ওইগদৌরিবা! (লাউদুনা) হে ভগবণ! পূন্নমকসিবু নহাক্কী করি লীলানো ? (কপ্লকই) মীওইবা ওইবগী অব্রাববু হন্না হন্না ইথক অসিদা তাহনবসিবু নহাক্কী কবি কুম্মেনো। (খাঙফম খঙদনা) রোহিত!

অঞ্জলী - (তৌফম খঙদনা) অমুক্তা ঈংথবীয়ু ইমা! ঐ পূন্নমক ফননবা শীঞ্জগে নচানুপাদো হৌজিকমক ঐহাক পাউ পীজগে। বোহিত খুদোংথিবা অমত্তা থোক্লোই । ইমা অমুক্তা ঈংথবীয়ু ! (চৎকে তৌই)

বাজলক্ষ্মী - (অঞ্জলীগী মখূৎ ফাবগা) রোহিতনা য়ূম অসিদা য়ৌবক্ত্রিবা মখৈ কনাগী মফমদসু ইচাগী অশেঙবা মশক তাকপা য়াবোই। (অঙাওবীগুম) মমা ওইবী ঐবু মখোয-মখোয়তগী মবলনি খঞ্জবা ঐগী ইচাশিংনা মিৎমাঙসিদা পূন্না লেপ্লদ্রিবা মখৈগী ঐনা মাবু মনাওশিংদা শক তাক্লোই । মমা ওইবী অমা ওইনা ইচাগী পামজবা ঙাকখিগনি।

অঞ্জলী - (ব্রানা তৌফম খঙদা) ঐ পূন্নমক খঙজবে ইমা। (টেলিভিজন মুথৎলি) লমদমসিগী লো এণ্ড ওর্ডবগী ফিভম ফত্তবসিদা লন্দঙুদগীদি লাযবদনা ইন্দিযা মনুংগী মী ফাউবনা চোকশিন্না কিনা লাক্লরিবা লমদমসিদা ...।

বাজলক্ষ্মী - (মবক থত্তুনা) মমাগী নাক্তা লাকচবা মচা ওইবগী মফমদা কবন্না অকিবা লৈগদৌবিবনো ? ঐহাক খঙই, ইচাদো মমা ঐগী য়াথঙ ঙাক্কে লাকপনি। হন্না-হন্না লাইবক থীবতা তাববা ঐগী ইচাদো মানা লৈবমগদবদুবু কদাযদনো (কপই) মমা ওইবী ঐহাক লৈনা-লৈনা তাইবঙপানবসিদা মমা লৈতবা মচাগুম নাউশোন্না হিংজবা, মমাগী য়াথঙ ঙাক্তুনা লাকচবিবা মহাক্লা মহাক থোবক্লে হায়বগী পাউ পীবসু ঙমজদবা। (খাঙবা ঙমদে) ইবেম্মা! অঞ্জলী! ইমা চৎলগে। (চৎকে তৌই)

অঞ্জলী - (খামদুনা) ইমা! পুক্সিগী শাঙলবা থৌদোক কয়াদা খাঙবা কনবী থৌনা ফবী ইমানা মিৎকুপ অসিদা পূন্নমক লোইরবগুম, তৌফম খঙদবা জ্ঞান যাউদবীগুম ওইরকপা মতৌদি নচা য়ানীংদে। বোহিত খুদোংথিবা অমত্তা থোক্লোই । লমদমসিগী খূৎলাই পায়বশিংনা মহাকপু ফাখিবা হায়বসে

শেলগী ডিমান্দ নত্তুনা অতৈ মবম অমগী ওইরোই।

বাজলক্ষ্মী - (অঙাওবীগুম) শেল কয়ানো:, পেশা কয়ানো? ইমানা পূম্নমক পূথোক্কনি। মচাগী অব্রাবা পাউ তারগা খাঙবা ঙমগদবীসিবু করম্বা মমা ওইবীনো?

অঞ্জলী - হৌজিকমক খঙদ্রবসু ঙাইহাক্কী মনুংদা অশেঙবা ব্রাবম পুম্নমক খঙলক্লগনি ইমা। নুংশা থীবা পৃক্লিং লাঙবা তৌবীগনু।

বাজলক্ষ্মী - ইচাবু হিংচাবশিংনা ফাখ্রগা তুমীন্না লৈথোকপা ঙমগদৌবিবসিবু কবম্বা মমা ওইবীনো ? লমদমসিগী মমা ওইবী পূম্নমক খোমদুনা ফত্তবশিংদুগী মখৃত্তগী ইচাবু কন্ননবা থৌবাং তৌগনি। ঐ-ঐ পম্বুববোই। (তাঞ্জাসিদা গাড়ী ময়াম থৌবকপগী খামখিবগী মখোল তায শ্যামসুন্দব যুনির্ফোম শেত্তুনা চঙলকই, মচাবু উবদা বাজলক্ষ্মী খাঙবা ঙমদে, মপী শীম্বুরকই, তৈথোকই)

শ্যামসুন্দব- (ঙকনা) কৈদৌবে ইমা! ঐখোয় তামোনা ইমাদা করি হাযবে ?

বাজলক্ষ্মী - শ্যাম! তাইবঙপানবসিদা মমা ওইবীগী মপোক হায়বসে মচাশিংগীদমক্তা ব্রাবা নত্তুনা অতৈ অব্রাবা লৈবমদ্রে।

শ্যাম - তামোগীদমক কা হেন্না ব্রাবীকুবগনু ইমা। মানা পামজবা পুন্সিগী চাংযেংসিদা অফ-ফত্ত মবাইবক য়েংজবসনু। এসপেক্টেসন হাযবসি লৈত্রবদি মীওইবনা কবম্না হিংনীংগদগে ? ঐগী ফ্রেন্দ সার্কলশিংনদি তামোসি নেক্স জেনবেল ইলেক্সনদা ভোট লেপক্কদবা মাল্লি হায়নবি। হেঞ্জিন্না খঞ্জিনবীরুনু ইমা।

অঞ্জলি - কদাযদনো কেস অমগী চৎকনি হাযবদুবু ?

শ্যাম - ঐ মদুগীদমক ইমাদগী অর্শিবাদ লৌবা লাকপনি। নঙোন্দসু পাউ খঙহনলমগে লাকপনি।

অঞ্জলী - করম্বা মফমদনো করম্বা কেসকীনো ?

শ্যাম - বৃটিস ফাইনান্স কোবপরেসনগী মেনেজব ঙসি ইম্ফাল ইযাব পোর্ত্তগী খূৎলাই পায়বশিংনা ফাখ্রে। ভারত সবকারনা বোহিত সিংবু মতু নাম্মা শোকহল্লক্তনবা ষ্টেট গোর্ভনমেন্টতা পাউতাক পীবক্লে। বৃটিস গোভর্নমেন্টদগীসু ইন্দিয়া গোর্ভনমেন্টতা রোহিতপু তেক্ত কাযদনা লন্দগু য়ৌহল্লক্লবা অকনবা ব্রাফম থল্লক্লে।

রাজলক্ষ্মী - (অঙাওবীগুম) রোহিত! (শোন্দোক্লুরগা চপ লেপ্পী)

শ্যাম - অহোই মমা। ঐখোয়না ছাত্র ওইরিঙৈদা থায়না দিল্লীদা ঐখোয় তামোনা থাগুনা থিনখিবা পঞ্জাবী মচাদুনি।

রাজলক্ষ্মী - (অৱাবা খাঙনা) ঐবু মচিলনা ইমা কৌথ্রবনি। ঐগী থম্মোয়দা ইচামকনি থনখ্রবনি। ইমাগী শ্যাম পোকমিন্নবা নয়াম্বমকপু ফত্তবশিংনা ফাখ্রবনি খন্দুনা বোহিতপু ফত্তবশিংগী মখূত্তগী কনগদবনি।

শ্যাম - রোহিতপু মখোযগী মখূত্তা লৈবে হায়দুনা হায়রকপা খূৎলাই পাযবা ওর্গনাইজেসন অমা লৈবে ইমা। বোহিতপু ফাবে হায়বসি মখোয়না খগুহল্লকপদগী খগুবনি। ডিষ্ট্রিক খুদিংমক্কী.এস পি পুন্নমক অমদি সেনিযব পুলিস অফিসাবশিংগী মীফম লোইবগা ইমাদগী আর্শিবাদ লৌবা লাকচবিবনি। বোহিতপু অঙম্বা থৌনা শীজিন্নদুনা বেসক্যু তৌবা ঙম্মনবা হোৎনজগনি।

বাজলক্ষ্মী - মমাদা অকুপ্পা পাউ তাহল্লু।

শ্যাম - অকুপ্পা পাউ হায়ববু বৃতিস ফাইনান্স কোবপবেসনগী ইনফোবমেসন মতুং ইন্না মহাক থা অনীগীদমক ইন্দিযাদা লৈবা মহাক্কী ফেমিলি উন্ননবা ইন্দিযাদা চৎখিবনি হায। ইস্ফালদসু মাগী ফেমিলি লৈ হায। অদুবু নচানা থাঙ্গাল বাজাবদা লৈবা মখোযগী ইমূংগা নক্কবশিংদা হগুলুবদদি মখোযগী ইমূংদি অমৃটসবদা হোঙখিবা কুইবে ইস্ফালদা মাগী মরী-মতা কনাসু লৈতে হায। মহাক্কা ইস্ফালদা লাক্লিবসি (অঞ্জলীদা ফল্লপ য়েংলগা, মমাদা) যাম্না কন্ট্রোভবসিয়েল ওইবা অমনি। এনিৱে মমা, ঙসি নুমিদাংদগী ঐখোযনা চিংনবা মফমশিংদা মহাকপু বেসক্যু তৌননবা অকনবা ওপবেসন চথবা হৌজবগনি।

বাজলক্ষ্মী - (অৱাবা পুন্নমক ফাজিনলগা) মহাকপু ফায হাযবিবা ওর্গনাইজেসন অদুনা কনানো মখোযনা করি হাযবিবা ?

শ্যাম - অপূনবা নীংতম লালহৌগী লাম্মী শীংলূপনি হাযবি। মখোয়না হায়রিবনা লুপা ক্রোব ১০ পীযু বোহিত সিংহবু থাদোবক্কে হাযবনি।

রাজ - লুপা ক্রোব তবা!

অঞ্জলী - (শাউনা) ক্রোর তরাদুনা মোইদি মপাদৌননি হায়ব্রা ? (শ্যামনা ফল্লপ য়েংলকপদা ব্রা ঙাঙবা চপ লেপ্পী)

রাজ - (ব্রানা) শেল পীদ্রবদি হাৎকনি হায়বিবরা ?

শ্যাম - করিসু ব্রাবীকৃগনু মমা! (মমাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা) ওপরেসন মায় পাকচরক্কে। খুদোংথিবা অমত্তা থোক্তুনা মমাগী নাক্তা লাকচগে। (মমাদা খুকম্মী)

রাজ - (মচাবু চিংখৎলগা) মমাগী শ্যাম । ইচানা মায় পাক্তুনা হল্লকউ । নঙগী মমাদা "মমা" হায়না কৌখ্রবা বোহিতপু রেসক্যু তৌদুনা ইমাগী নাক্তা পুবকউ। মঙ্গল ওইয়ু লান্দবা অচুম্বগী মনাক্তদি মতম পূম্বগী শ্রীভগবান্না লেঙদনা লৈবনি। ইচাগীদমক ইমানা মন্দিরগী থোঙ হাংলমগে! লাকও! মন্দিবদা শ্রীভগবাণবু খুকমলো লাও! (চেনশিনখি, শ্যামসুন্দব অঞ্জলীদা ফল্লপ যেংলগা)

শ্যাম - খূৎলাই পাযবশিংগী মখূত্তা ঐহাক শিখ্রবসু বোহিতসিংবুদি ঐনা যূম অসিদা শোযদনা পুরক্কনি। ঐনা অঙাং ওইবিবৈঙেদা ঐখোয পুপুনা ঐখোয তামোদা নুপীবু হক্লা থাজকনু হাযবদু ঐখোয মমাগী অশাউবী ব্রা ওইববসু ঐ ঙসিদি অর্থ খঙলে।

অঞ্জলী - নহাক্লা হাযবিবদু কবিনো শ্যাম ?

শ্যাম - (শাউরপ) তুমীন লৈয়ু! নখোয় নুপী হায়বসি অঙকপনি। ঐহাক্লা লাইবিক খজিক্তা কন্না হোৎনগে মতম খবতা উন্নবোযসি হাযবগী খুদোংচাবা লৌদুনা নহাক্লা নুংশিজনা পূক্লিং ব্রাখল অমত্তা ওইখিবা বোহিত-নহাকপু উন্ননবা লন্দগুদগী ইম্ফালদা লাকপদা নহাবোল লালহৌবশিংনা ফাখ্রেদনা।

অঞ্জলী - (কল্লপ) শ্যাম! নহাক্লা হায়বিবদু কবিনো ?

শ্যাম - কবিগীনো নহাক্লা (কবেম্লদুনা) শিববসু শিমিন্নসি হিংলবসু হিংমিন্নসি কাযদনা লোডি গার্ডেনদকা ব্রাশক্রদুনা-

অঞ্জলী - (খাঙবা ঙমদনা মবক থত্তুনা) শ্যাম! নহাক্লা অসুম্না হায়বক্কনি হাযবদি ঐদি মঙদসু খল্লুদে ।

শ্যাম - চিরোন তৌগনু । ঐহাক ওইদবা য়াবা শ্যামসুন্দর নত্তে । লন্দগুদা লৈবা রোহিতনা মহাক্কী মরী-মতা শাগে নাতে কনাসু লৈতবা ইম্ফালদা করিগী লাক্কদৌরিবনো ? (কন্না) নঙনা ঐবু চিরোন হন্না হন্না তৌরগা থাজদুনতা লৈগদবা শ্যামসুন্দব নত্তে । ইচম চমজবী মমাবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নদুনা নহাক্না বোহিতপু দিল্লিদগী ইংলেণ্ড চৎহনখিবা নত্রা ? নহাক্না হোবে-হোবে রোহিতপু ইন্দিবা গান্ধি ইন্টবনেসনেল ইযর পোর্ত্তো থীনদোক্লুনা চৎহনখিবদু ঐ কাউরম্ননি খনব্রা ? হৈ! ঐসি অচম্বা মীদি নত্তে নহে! (শাউনা লাউই)

অঞ্জলী - (কপথোবক্লুনা) নহাক আই পি এস নি । নখূৎত্তো আইন পাযদুনা মীফা-মীপুন তৌবিবা লমদম অসিগী অচৌবা মীনি অসিবা ?

শ্যাম - তুমিন লৈয়ু! নহাক্না কপশিন্নরগা থম্মোয় নৌথবীগদবা শ্যামসুন্দব নত্তে । ঐহাক মমাদগী অর্শিবাদ নীবা লাকপা নত্তে । নহাক্কী অবোনবা খঙগে লাকপনি। হায়যু! বোহিত ইম্ফালদা থোরক্কনি হাযবসি নহাক হান্ননা খঙই নত্রা ?

অঞ্জলী - (খুস্ফম খঙদা) শ্যাম! নহাক্না ঐবু অদু য়ৌনা চিংনবিবা কবিগীনো ?

শ্যাম - (লাউদুনা) ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম পীয়ু । বোহিতনা নহাক লৈশাদুনা লৈবি হায়না খল্লি, নহাক্লসু বোহিত্তো লুহোংদ্রি হায, নচা অনী লৈরবী নপুবোইবা লৈববী ফিদম্নফম ওইবী য়ূমগী মৌ অমা ওইনা লৈবিবী নহাক্না হৌজিক ফাওবা নহা ওইবিঙৈগী অপাম নুংশিবা থাদোকপা ঙমদদুনা লোইশিন্দবা মবী থল্লম্বদগী পৃথিবী পূম্নমক সেগাক কাইগদৌবি। বোহিতপু ইম্ফালদগী ফাখিবগী পাউনা বি বি সিগী হেডিং পাউ ওইখ্রে, নেসনেল নিউজ পূম্নমক্কী হেডিং পাউ ওইদুনা পৃথিবী পূম্বা হযেং নোংঙানবগা পুমচায চাযবনি। (শাউবা হেঞ্জিল্লক্লুনা নোংমৈ শৎলগা) নঙ-নঙ-নঙবু মচেৎ মচেৎ থোক্লা কাপখায়ববসু ঐ পেল্লোইদৌবি।

অঞ্জলী - (কপ্তুনা খাঙবা ঙমদনা) হাৎলো! হাৎলো! ঐবু হাৎলো! অদুগা নহাক পেলহৌরো। মপালথোঙদা উবা থৌদোক খুদিংবু অচুম্বনি হাযনা নহাক্লুম্বা লমদমসিদা মীযাম্না ইকায খুম্নরিবা মীশক অমনা লৌবদি ঐহাক য়ানীংদে। নুপী ওইবীগী পুন্সিগী থৌদোক খুদিংমকপু লান্নতা উবগী মাযোক্তা নখোয় নুপা ওইবগী লমচৎকী মাযোক্তা ঐহাক্লা লৈগনি।

শ্যামসুন্দর- (অঞ্জলীবু শাউনা ইল্লগা পিষ্টোল হাপচিল্লগা) মফম মবাং খঙদবী নহাকমক্তা ঐগী নুপী ওইরম্বসি ঐগী লাইবক থিবনি। নহাক্তা ঙাঙথোরক্লিবা ৱাহৈশিংদুনা ঐহাক চপ চানা খঙলে। রোহিতনা ইম্ফালদা লাক্লিবসে নহাক্কীদমক্তনি । (শাউনা) ফৈ! ঐ নঙবু ননিং থুংহনগে । ঐনা লালহৌবশিংগী নোংমৈ গুলিনা পান্দুনা শিথ্রবদি শিথ্রে । ঐনা শিদবা থোক্লবদি রোহিতপু মফম অসিদা পুরক্কনি । নহাকপু মখূত্তা শীন্নগনি।

অঞ্জলী - (শীঙনদুনা) ঐহাক লানখিদে । লান্দবনিনা পুক্সিদা ঐনা কনাগসু মায়োক্লবদা কিদে । নহাক্তা চংকদৌবিবসে লানফমনি লানফমদা চৎলমদাইদা যূমগী নুপীবু নহাক্তা অদুক লান্না খন্দুনা চৎখিবদি পামদে ।

শ্যাম - শিরগা ঐনা হল্লকপদুনা ননিং থুংগদবা নত্রা? নহারোল লালহৌবগী মখূত্তা শিরে হাযদুনা ঐনা হল্লক্লগা নঙগী নুংঙাইবা ওইগদবা নৎত্রা?

অঞ্জলী - (খাঙবা ঙমদনা) শ্যাম!

শ্যাম - (লাউদুনা) কৌগনু । ঐগী ইমিং পনগনু ! ঐহাক মাযথীবা তৌদনা অচুম্বা উৎননবা নহাক্কী অবোনবা যুখল পুম্বা হাইদোক্লনবা নমাঙদা লেপ্লখিনি। লান্দে হাযদুনা হাইগৎচবিবা নঙক অদু থদৎলগা লঙশেকপা ঙমদ্রবদি ঐহাক শ্যামসুন্দব নত্তে । মখা তানা নঙগা ৱা ঙাঙনববোই । নঙোন্দা হঙদনা ঐনা অচুম্বা থিগনি । (শাউনা চৎখি)

অঞ্জলী - (চঙক্লনা লেপ্তুনা মপী তরং-তরং শিন্থদুনা লৈহৌই) শ্যাম! নহাক্তা ঐবু অদু যৌনা লান্না খনথ্রবা! (খাঙফম খঙদা) হে ঈশ্বব! ঐনা লান্দবীমক্তা ওইরবদি ঐগী শ্যামবু খুদোং থীবা অমত্তা য়াউদনা যূম অসিদা হলহনবীবকউ! (গাডী থৌখিবা তায়) শ্যাম! (মপুবোইবগী চৎখিবা য়েংজননবা চেনথোকখি)

## মঙাশুবা উৎপা লোইবা

# তরুকশুবা উৎপা

(চীংদা লৈবা লালহৌবা কাণ্ডবুগী কেম্প, নুমিদাংরাই ইথেম মিয়ানা মমিৎ খুম্নবা মখূৎ তুংবুন্নরবা রোহিত সিং সহেগলবু পুদুনা লাকই)

ইথেম - মফমসি য়ৌববদি নহাক্কী রানিঙাই লৈতে ! য়েংউ কা অসিদা নুংঙাইনা পোখাদুনা লৈবো। নহাক্কী চানিংবা করিনো থকনিংবা করিনো অপাম্বা পূম্নমক ঐখোয়দা হায়বো! মফমসিদা পূম্নমক ফঙদবা লৈববোই । নুংঙাইনা লৈরো!

বোহিত - ঐবু নখোয়না মফমসিদা পুবকপগী মরম করিগীনো ?

ইথেম - চীং-মান খবা কোইয়ু হায়দুনা তৌবনি । মণিপুর হায়বসি চীংগী লমনি। মণিপুবগী তম্পাক্কী শরুক য়ামদে । মণিপুবদা নখোয় মীতোপ লাকপসে ইম্ফাল ময়োনখক য়েংলগা হেক্তা হনখি । চীংসু খবা য়েংউ হায়দুনা তৌবনিদা !

বোহিত - কবিগীনো নখোয়না ঐবু ইখূৎ পুল্লিবা, ইমিৎ পুল্লিবা ?

ইথেম - নোই মপানলম মচাশিংসি নখূৎ য়াম্না লেঙই হাযদুনা নখূৎ পুনবনি, নমিৎ য়াম্না শিংই হাযদুনা নমিৎ পুনবনি।

রোহিত - নখোযনা ঐঙোন্দগী পামলিবসি কবিনো ?

ইথেম - মতম খরা ঐখোয়গী ইবক্তা লৈদুনা খরা চামিন-থকমিন্নরগা নুংঙাইথোকসি হাযদুনা তৌবনিদা । শাউনু ভাঈ।

রোহিত - ঐবু পুল্লিবা থাদোকউ! ঐবু অৱাবা পীগনু।

ইথেম - মথক্কী হুকুম অমা লাকখিসনু । করি পুল্লুনি হায়গে । সিওব থাদোক্কনি ঐখোয়না নঙবু ননীং তমহনগনি। য়াম্না ইকাই খুম্না গ্যেষ্ট অমগী চপচাবা ইকায় খুম্নবা পীদুনা ঐখোয়না নহাকপু থমগনি।

রোহিত - নখোয়গী লিডরগা ঐগা উন্নবা পাম্মী।

ইথেম - উন্ননি। করি উনদনি! ঐখোয়গী চিফ মারসেলনা শোয়দনা নহাকপু

ইকায়খুম্নবা উৎপা লাক্কনি । নুংঙাইনা লৈসি কৈদৌবগে ভাঙ্গী। শাউনু শাউনু- মফমসিদা লৈরিবা ঐখোয় পুম্নমকসে ইখূত্তা মী ২০ অমা ৩০ অমা হাৎলবা ঙাক্কনি। ঐখোয়দি নুংশিবা মীসু হাৎলি নুংশিদবা মীসু হাৎলি।

রোহিত - বোহিত সিং সহেংগলগী মশাদা অকিবা হায়বদু লৈতে ।

ইথেম - হায়হৈদে ভাঙ্গী। কো হায়হৈদে। নঙগী মাঙদা লেপলিবা ইথেম মিয়া হায়বা ঐসে নোংমৈ শীজিন্নদ্রবসু ইখুৎনা তাপ্তা পায়বদা মীশিংসে শ্বব হেক্তা লেপখি। মীওইবনা শ্বব লেপখিবসিদি শিনে । শিবা হায়বসিদি অতৈ ওইরমদে শ্বর হোন্দবা ওইরম্মেনে।

বোহিত - হৌজিকমক নখোয়গী লিডর অদুবু ঐগা উন্নহল্লু ইথেম মিযা!

ইথেম - (নোক্লগা) হ: হ: হ: ইংলেণ্ডগী মীনা ইমিংকা কৌবীবসিদি প্রাইম মিনিষ্টরনা ইমিং কৌবীরকপদগী হেন্না নুংঙাইজে । (দেবিড শাউনা চঙলকই)

দেবিড - ইথেম মিযা!

ইথেম - (মখোঙ থীন্দুনা সেলুত পীরগা) য়েস সার।

দেবিড - নখোয় খুদিংমক চোকশিন্না লৈয়ু। মণিপুরদা হেক লৈরিবা সিফাই মখৈনা ঐখোয়গী মায়কৈ খণ্ডননবা হোৎনবি। তমেংলোংদা, ইম্ফালদা, চান্দেলদা, মোরেদা, কাঙপোকপীদা লৈরিবা ঐখোয়গী কেম্প পুম্নমক্তা লান্দারক্লে।

ইথেম - বন্দিসি মোই ময়াম চঙদুনা হাৎতোকপীবো বার্তন তৌবেদনা।

দেবিড - (মখূৎ খল্লগা) মখা তাগনু। কম্বাইন্দ ফোসকী লুচিংবদু অতৈ কনাসু নত্তে। আই পি এস শ্যামসুন্দরনি।

ইথেম - (ঙক্লা) শ্যামসুন্দর! (বোহিতনা শ্যামসুন্দরগী মমিং পল্লকপদা শ্বাই লাউই, মতোমতা শ্যামসুন্দবগী মমিং শোঞ্জে।)

দেবিড - ঐখোয়গী খোঙজঙগী মায়োক্তা লৈরকপা মীওই অমত্তবু ঐখোয়না লেম্না তোক্রোই । মপান্দা লৈয়ু। ঐখোয়গী গেষ্টকী পুল্লিবদু থাদোকউ। (ইথেমনা রোহিতকী পুল্লিবদু লৌথোকই) মিষ্টব রোহিত সিং ঐহাক

দেবিড তাঙ্খুলনি। অপূনবা নীং তম লালহৌগী জেনরেল সেক্রেটরী অমসুং চীফ মার্সেলনি। (ইথেম্না সেলুত তৌরগা থোকখি)

রোহিত - থেঙ্ক য়ু সার!

দেবিড - মতম খবদি ঐখোয়গী ইরক্তা নুংঙাইনা পোথাবীয়ু। কা অসিদা নুংঙাইনা পোথবীয়ু। চেনগে খল্লগদি নহাক হিংলোই । পাঙ তিংলগা নঙক কল্লগা হাৎকনি । ঐখোয়না নহাকপু বেসপেক অমদি ওনবগা লোয়ননা মফমসিদা থমগনি।

রোহিত - ঐবু নখোয়না কিডনেপ তৌবগী মবম কবিনো?

দেবিড - নহাক লন্দণ্ডদগী ইম্ফালদা কৈদৌবা লাকপনো ?

রোহিত - মফমসি ঐগী ইমা লৈবাক্কি। ইমা লৈবাক্তা লাকপা মীবু মরম হঙবগী অর্থ করিনো?

দেবিড - ঐখোয খঙই। ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা মপান লৈবাকশিংদগী অব্বাং নোংপোক্কী লালহৌবশিংবু নমথবদা মতেং ওইননবা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নরকপা মীশক অমনি নহাক। হাযয়ু নহাক্লা ইংলেণ্ডদগী ইম্ফালদা লাকপগী মবম কবিনো ?

বোহিত - বোহিত সিং সহেগলনা কনাগী মফমদসু অনীবক হন্না ব্রা ঙাঙদে।

দেবিড - (শাউনা) নয়াদু থাঙপাক্লা কবাক খল্লবদি অনীরক ঙাঙগদ্রা ? ব্রাহং হঙলিবা ঐসি দেবিড তাঙ্খুলনি।

রোহিত - মিষ্টর দেবিড! ঐহাক্কী খোঙচত্তা ইশাগী পুন্সিগা মরী লৈনবা নত্তনা কনাগসু মবী লৈনদে । ঐহাক কনাগীসু এজেন্ট নত্তে । ঐহাক বৃটিস গভর্নমেন্টগী মখাদা চলাইবা বৃটিশ ফাইনান্স কোরপবেসনগী মেনেজবনি । থা অনীদংগী ছুটি লৌজদুনা ইমা লৈবাক্তা লাকচবনি। প্লিজ ঐগী খোঙচৎ অসিদা ডিষ্টর্ভব তৌবীগনু নখোয়না ঐবু ইম্ফাল তান্না মফমসিদগী থীনবীয়ু।

দেবিড - ঐখোয়গী মিসন অসি কমপ্লিট ওইদুনা সকসেস ওইদ্রিবা ফাউবদি নহাকপু ঐখোয়না ঐখোয়গী ইনাক্তগী থাদোক্লোই।

রোহিত - ঐবু ফারগা নখোয়না পামলিবা নীংতম্বা হায়বদু ফগুগদৌরিব্রা ? ঐবু ফাবগী পান্দম করিনো ?

দেবিড - (থওইদনা) বাফমদু নহাক্লা খগুলুবগী অর্থ লৈতে বৃত্তিস সরকার অমদি ইন্দিয়া সরকার অনীনা লৌনজরক্কদবা ফিরেপনি। লুপা ক্রোর তরাদং লৌগে।

রোহিত - (ঙক্লা) রুপিস টেন ক্রোর ! অদুদি নখোয়গী থবক পুম্নমকসিদি টেরোরিষ্টকী থবকনি।

দেবিড - (লাউদুনা) লমদমসিবু মীনাই নাইথাং ওইহল্লম্বা লমদমসিবু মচেৎ থুগায়নবগী থৌরাং তৌরম্বা বৃতিশ গভর্নমেন্টনা মগুক নোম্ছুদ্রিবা মখৈগী ঐখোয়গী য়েক্লবনি। মীনাই ওইরুরবা ঐখোয়বু মীনাই ইন্দিয়ানা খুদুম চন্দুনা মীনাই নাইথাং ওইরিবা ঐখোয়গী ইফমদা নহাক য়েক্লবা অনীমক্কী মীনি। য়েক্লবা লাক্লবদি ফাবা তায়, ফাইল লৌরগা নঙবু থাদোকপা তায় (থওইদনা নোক্লগা) হ:হ: হ:

রোহিত - (শ্বর হোন্দোক্লগা) মিষ্টর দেবিড। লমদম অসি মনীংতম্বা লৈবাকনি। কনাগীসু মখাদা মীখা পোনবা ওইবা লম নত্তে। ইন্দিয়ানা মণিপুববু নমথদে। লোয়সু চন্দে। মীনাই ওইনসু থমদে। ঐহাক লমদমসিগী ইতিহাস য়াম্না মূন্না খঙবা মীশক অমনি। লমদমসিগী নীংতম্বগী মীংদা লালহৌরিবশিংনা ইন্দিয়াদা পুনবা পামদে হায়বদি য়ায়, নীংতম্বা ফগুদ্রবা লৈবাক অমনি হায়বদি য়ারোই। লমদম অসি নীংতম্বা লৈবাক অমগী মনুংদা লৈবা নীংতম্বা-মশাগী মীহুৎনা লৈবাক ঙাকচবা লম অমনি।

দেবিড - (লাউদুনা) য়ু বাষ্টর ! নহাক্লা ইন্দিয়াগী মীওৎ মীনৈ অমদি লমদমসিদা য়েংলিবা মীৎয়েংগী মরমদা করি খঙই ? লালহৌববু নমথননবা পুশিল্লক্লিবা অমুবা আইনশিংগী মরমদা করি খঙই ? ইন্দিয়ানা ঐখোয়দা য়েঙলিবা মীৎয়েংগী মরমদা করি খঙই ? অহৈ-অশিং শাগনু নচিন্দু ফোংচিন্দুনা থমগনি। নহাক ঐখোয়না ওর্নব ওইনা গেষ্ট অমা ওইনা থম্বা ওইরমদ্রবা দেবিড তাঙ্খুল কবম্বা মীনো হায়বদু ঙসাইনা থবক ওইনা উৎলম্নগনি।

রোহিত - মিষ্টর দেবিড! ঐহাক হিংবা অমসুং শিবা হায়বসিদা চিংনবা লৈতবা মীওইনি। লমদমসিদি ঐগী ইমা লৈবাকনি। নীংতম্বগী মিংদা ঐগী ইমা

লৈবাকপু নখোয়না টেরোরিষ্টকী ষ্টেট অমা ওন্থোক্লম্বসিদি ঐহাক্লা য়ানীংদে।

দেবিড - (মূন্না য়েংলগা) নঙ কনানো ?

রোহিত - ঐহাক রোহিত সিং সহেগলনি।

দেবিড - শিঞ্জে হায়রিবা নপা আর্জ্জুনসিং হায়বদু অমৃটসরদগী থাঙ্গাল বজারদা লৈরম্বা পঞ্জাবীনি, পঞ্জাবী মচা নহাক্লা নপা নমা লমদমসিদা লৈরম্মী হায়দুনা লমদমসিবু নমা লৈবাকনি হায়বা য়াব্রা? ঐগী ইমাবু নঙগী নমানি হায়বা য়াব্রা? নরৈদু লৈখোঙ থেঙনা ককথংলগা 'ইমা' হায়বা য়াহৈদু হায়বা থোকহনগনুরা? নন-সেন্স! (শাউনা)

বোহিত - (দেবিডতা মূন্না য়েংলগা মমিং ইরা চেন্না) মিষ্টর দেবিড! ঐহাক খঙলে, নহাক মীওইবগী মীনুংশি য়াউদবা অরানবা ব্রাখলতনা অচুম্বনি খনবা দেভিলগী ব্লডনা শেম্বা মীওইবনি।

দেবিড - (নোকশিল্লগা, উশিত্তনা) হ: হ: হ: দেবিডপু দেভিল হায়বা ওন্নবা! য়ু আব ডি ফার্ষ্ট পার্সন! ক্রোব তবানা ওাঙবা ব্রা ওইরমদ্রবদি (খয়াৎ চিক্লুনা) নঙ-নঙ-নঙ! (হেনপী চেনশিল্লকই)

হেনপী - সার! লাইওন! লাইওন লাক্লি।

দেবিড - চঙহল্লকউ! হায় বন্দিসি মমিং অমদি মখূৎ পুল্লু (হেনপীনা রোহিতপু মমিং পুল্লি অদুগা মখূৎসু) লাইওনবু চঙহল্লকউ।

হেনপী - য়েস সার! (চেনথোকখি)

দেবিড - (রোহিত্তা) জ্ঞান তানা ফম্মু! ফজনা ফম্মু! মী লাকই! (রোহিত ফম্মী) নহাক ব্রা অমত্তা ওাঙবা য়ারোই। (নোংশাবা মশা নান্না চঙলকই) গুড ইভনিং লাইওন!

নোংশাবা - গুড ইভনিং চিফ মার্সেল দেবিড! (রোহিত ফুক হৌগৎলি, নোংশাবগী খোঞ্জেল তাবা মায়কৈদা নুংশিনা য়েংই)

দেবিড - ঐহাক নহাকপু উন্নবা পাম্নম্বনি মিষ্টর লাইওন।

নোংশাবা - (নোক্লগা) নহাক্লা ঐবু উন্নবা পামলে খঙদুনা ঐহাক য়ৌরক্লবনি।

দেবিড - অদোমগী খোঙচৎ সকসেস ওইবগী পাউ পুম্নমক ঐখোয় ফঙলে। মিষ্টর লাইওন! অদোম লৈবাক অসিগী চীং অমদি তমগী মী পুম্নমক্কী মফমদা লাই ওইবে । নহাক লাকপদা মায়কৈ কয়াদা মীওই কয়ানা মখুত্তা লৈ পবেং পায়দুনা মখোয়গী লুচিংবা লাক্লে হায়দুনা নহাকপু তরাম্না ওক্লি।

নোংশাবা - (নোক্লগা) পুম্নমক অদু ঐখোয়গী খোঙজঙগী মায় পাকপনি।

দেবিড - (শউরপ) অদুবু, অদোমগী ইনাওনুপা শ্যামসুন্দরনা কম্বাইন্দ ফোর্সকী লুচিংবা ওইদুনা ঐখোয়গী লাম্মীশিংগী মথক্তা লান্দারক্লি। অদোমগী ইমা অমদি ননাওনুপা শ্যামসুন্দরগী নুপীনা লুচিংদুনা তম্পাক লমদা নুপী ময়াম ফমদুনা বোহিত থাদোবক্লনবা ধারনা তৌবি। (রোহিত মূন্না তায়)

নোংশাবা - ব্রাফমশিংদুগা ঐগী পুন্সি খোঙচৎকা কবিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনদে । ঙাঙনগদবা ব্রারী পুম্নমক কনফিডেন্সিয়েল ওইগদবনি । বন্দিগী মমাঙদা ব্রা ঙাঙনবা পামদে ।

দেবিড - নেক্স রুমদা লেঙশিনবীবকউ মিষ্টর লাইওন! ঐহাক্না অদোমদা চপ চানা হায়জগদবা ব্রা লৈ!

নোংশাবা - য়েস চিফ মার্সেল দেবিড! (অনীমক চঙমিন্নগে তৌই)

বোহিত - (ফুক হৌগত্তুনা) মিষ্টর লাইওন! মিনিট অমত্তং ঐগা ব্রা ঙাঙনজনবগী খুদোংচাবা পীবীয়ু। (নোংশাবা তপ্না মমায় লৈবকই)

নোংশাবা - (হাদনা) দেবিড! (দেবিডতা চৎননবা ইঙ্গিৎ তৌই, দেবিডনা বোহিত্তা মূন্না য়েংলগা)

দেবিড - বন্দি অসি মফম মরাং খঙদনা ব্রা য়াম্না ঙাঙনীংবা মীওইনি মিষ্টির লাইওন!

নোংশাবা - মিনিত অহুমগী মতম পীগনি ! (দেবিত্তা মপান থোকখিননবা ইঙ্গিৎ পী; দেবিডনা চঙখ্রবদা) নোংশাববু লৈবাক মীয়াম্না লাইওন হায়না খঙনৈ। নোংশাবদি বন্দিদদি খূৎ থাদে । করি মরমগীদমক নহাক ইম্ফালদা লাকপনো ?

রোহিত - ইমাগী যাথঙ ঙাকপা লাকপনি।

নোংশাবা - নমাদু কদায়দা লৈ ? শিদ্রিভৈদা উন্নগেরা নৎত্রগা শিবগা উন্নগেরা!

রোহিত - (নুংশিনা) নোংশাবা! মতম পূম্বদা ঐনা নহাকপু য়েক্লবনি খনখিদে। ঐনা চহী হনবা পোকমিন্নবা ইনাওমক্লি খনখি।

নোংশাবা - (লাউদুনা) চিরোন তৌগনু। নোংশাবা চিরোন য়াবা মীশক নত্তে। (উসিত্তনা) ঐখোয় মৈতৈদি চঙজরক্লবা মীদদি খূৎ থাদবনি। চিরোন তৌবশিংবুদি শুগাইরগা মাঙহনবনি। নহাক্লা হায়নীংবা করি লৈরি?

রোহিত - (নোংশাববু নুংশিনা য়েংলগা মপী শিন্থরকই) নোংশাবা! ঐনা নহাকপু থৌনা ফবা নরমদম অমদি নজাতিবু নুংশিজবা, ইজ্জৎ লৈবা মীশক অমা ওইনা য়াম্না নুংশিজখি, হৌজিকসু, মিৎকুপ অসিদসু নহাক্কী নুংশিবা মাঙদ্রি।

নোংশাবা - (নোকশিল্লগা) ও: কিবগী চোইরোল লোল্লবা হ: হ: হ: হ: (পেন্ননবা নোকই)

বোহিত - (নুংশিনা) নোংশাবা! নঙগী নমাঙদা লেপলিবা বোহিত সিং সহেগল অকিবা অমদি অরানবা হায়বদুগী য়েক্লবনি। মদুতনা বৃটিস গর্ভনমেন্টনা ঐবু ইকায় খুম্নবীবনি। (নোংশাবা নোকপা লেপ্লগা রোহিত্তা চাগদবগুম য়েংই) অপীকপা অঙাং ওইরিঙৈদগী ইংলেণ্ডদা লৈরকপনা ঐহাক্লা ইমালোন ওইনা মৈতৈলোন ঙাঙলি। পৃথিবী পূম্নমক্লা হৌজিক্কী যুগতা টেবোবিষ্ট হায়বসি ডেভিলনি, হিংচাবনি, শৈতাননি হায়দুনা টেবোরিজমগী ময়োক্তা লেপ্নরক্লবা মতম অসিদা নহাক্লুম্না লাইরিক লাইশু মতিক চানা হৈববা মীওই অমনা টেরোবিজমবু খূৎলাই ওইনা শীজিন্নরম্বসিদি ঐহাক খাঙবা ঙমদে।

নোংশাবা - (খঙলাউ লাউবকই) ষ্টোপ তোক্কিং। মখা তাগনু। (ঙঙদুনা) নহাক্লা ঐবু মীহাৎপা ওইননবা হন্না হন্না থৌরাং তৌগনু।

বোহিত - টেন ক্রোরখক্কীদমক্তবা নহাক্লা পাপকী থবকসিদা চৎলমলিবা? নোংশাবা। মরম চুম্না নিয়ম চুম্না নহাক্লবু থবক তৌরবদি পৃথিবীগী অচৌবা লৈবাক কয়ানা অচুম্বা অফবা খোঙথাঙদদি নহাকপু তেঙবাঙহনগে। (হেনপী চঙলক্তুনা লোম্ন বা তায়) বিলিয়ন কয়ানো? আই এম বেডি ফোব য়ু!

নোংশাবা - (মূন্না য়েংলগা) ঐহাক নোংশাবনি। লমদম অসিদা পোকপা লমদম অসিদা চাউবনি। নহাক্লা খঙলিবা জ্ঞানদু নহাক্লা লন্দঙা লৈবনি হায়দুনা

নতোমতনা খঙলগা ঐনদি খঙলম্লোই খনব্রা? তাউ! নীংতম্বা লৈবাক্লিদি হায়রগা নীংতম্বগী নুংঙাইবা মহাও ফঙদ্রবা, নীংতম্বগী পুন্সি মহিং ফঙদ্রবা, নীংতম্বা মানদ্রবা লৈবাক অমদা লৈরিবা নোংশাবনি। নীংতম্বগী অচুম্বা পাম্বা পূম্নমক্কী শক্তিবুরা নহাক্না মফম মরাং খঙদনা টেরোরিষ্টনি হায়রিবসি।

রোহিত - অরানবা পাম্বেনা মীয়ামগী শক্তিবু লান্না-

নোংশাবা - ( মরক থত্তুনা লাউদুনা) হৈ তাউ! অচুম্বা ঙাক্তনা মতম অসিদা পান্দম অমগী অফবা ফল ফঙলোই । নোংশাবা অচুম্বা করিনো অরানবা করিনো চপ চানা খঙবা মীওইবনি । লমদমসিগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপ পূম্নমক্কী সেন্টিমেন্ট খঙনা লমদমসিগী ফিগর ওইবতা নত্তনা ইন্টর্নেসনেল ফিগর ওইরক্নদবা নোংশাবদা নঙগুম্বনা পাউতাক পীগদবা নত্তে । (লাউদুনা) কনা লৈ! ( হেনপী চেনশিল্লকই)

হেনপী - তাকপীয়ু সার।

নোংশাবা - বন্দিসি মচিল মেনশিল্লু । ঋা ঙাহনগনু ! (হেনপীনা ফি শত্তোক্লুনা মচিল মেল্লি, মদু য়েংলম্লগা থওইদনা চৎখি। নোংশাবা চৎখ্রবা অমেনবা মচিল হেনপীনা লৌথোকই)

রোহিত - (কৌদুনা) লাইওন! লাইওন ( হেনপীনা থৎলি) ঐবু মহাক্না মরীক চুম্না ঋারী অমুক্তা শানহনবীখো।

হেনপী - প্লিজ: রোহিত! ঋা মখা তাবীগনু।

বোহিত - (অঙাওবগুম কপ্পী) মমিজি! হ: হ: হ: হ:

হেনপী - (রোহিতকী মতৌ উবদা নুংঙাইতনা) মি: রোহিত নহাক য়াম্না ঋানা উরে। রিলেক্স তৌবীয়ু। নহাকপু মফম অসিদা কনাগুম্বা অমত্তনসু নহাক্কী পুন্সিদা শিংনরোই।

রোহিত - (খাঙবা ঙমদনা মতোমত্তা) ঐগী পুন্সি অসিবু করি হায়বদুনো ? ইথৌনা লৈনা লৈনা ইথৌনা ফুদোকপা ঙমদবা, ঋা ঙাঙফম লৈনা-লৈনা পূম্নমক ঙাঙথোকপসু ঙমদবা! পূম্নমকসিবু ঐহাক্কী করি ইরালনো ? করি পুন্সি হায়বদুনো?

হেনপী - (তৌফম খঙদনা) রোহিতসিং। তশেঙনমক ঐহাক নহাক্কী ঋাখল খল্লবদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইতে । নহাক লমদম অমগী অচৌবা মীনি।

লমদম অসিবুসু নুংশিজবা, মীওইবা কাংলুপ্পুসু নুংশিজরা, হিউমেন ভ্যেলু অমদি নেচরবু খঙবা মীওইনি হায়বা ঐহাক খঙলে। তাইবঙপানবদা মীওইবা ওইবগী নুপী ওইবীগী মপোক্তা পোক্লুবনা ঐনা খ্বাইদগী পামজবা নুপা ওইবগী ঋাখল পৃকচেল চেনবা মীওইপসে পুন্সি অসিদা থেঙনখিবশিংদগী নহাক নথন্নতনি। নহাকুম্বা অমবু নমথাক তৌদুনা মফমসিদা পুরকখিবী অপঙবী ঐবু নহাক্লা ঙাকপীয়ু।

রোহিত - (ইচোক চোকথনা হেনপীদা য়েংলকই) ঐনা নহাকপু ঋারৌদে হেনপী।

হেনপী - (নুংশিনা) অচুম্বনিকো!

রোহিত - (মঙক নোন্নগা ঋানা) য়েস! (ঋানা) ঐ হায়ফম খঙদনা ঙসিদি ঐহাক যাম্না ঋাবে।

হেনপী - নুমিৎ কয়ানি শুরক্লে নহাক্লা ঐখোয়না শেমজবা পূন্নমক নিংথি নুংঙাইনা চাবীদবা। নহাক্লা চাবা য়াগদবা করিগুম্বা অমত্তদি হায়বীয়ু ঐহাক থৌরাং তৌজরক্কে । (রোহিতপু নুংশিনা য়েংজৈ)

রোহিত - পূন্নমক ওকলে। ঐগী পৃক্লিংনা খল্লমদবা ঋাফম কয়ানা ঐবু মফম খঙদনা ঋাহল্লে।

হেনপী - (নুংশিনা) পূন্নমকসিবু পুন্সি কৌবনি মি: বোহিত! ঐসু ঙকলিদনি । ঐগী পুন্সিদা নোংমতসু খল্লক্কনি থাজরুদবা ঋাখলনা ঐবু পোখ্হনদে লাঙতক্লহল্লি, মীপাইহল্লি, পলেপফম খঙহন্দ্রে ।

রোহিত - (ওন্না তৈননা) নহাকসু ঋাবরা হেনপী?

হেনপী - ঋাই! ঐহাক য়াম্না ঋাই! আই প্রোমিজ য়ু! ঐহাক্লা হিংলিঙৈদা নহাকপু খুদোংথীবা অমত্তা থোকহল্লোই! খুদোংথীবা অসিদগী নহাকপু নাম্থোক্লনবা (রোহিতকী মনাক্তা চঙশিল্লগা) ঐহাক্লা শোয়দনা শীনগনি ঐনা নহাকপু (চিরোন ওইনা) শোয়দনা ননীং তম্না থাদোক্কনি মদুতদা হেনপী কুকিগী থম্মোয়গী অপেনবা ওইগনি।

রোহিত - নো হেনপী! ঐগী পুন্সিগীদমক নহাকপু খুদোংথিবা অমত্তসু থোকহল্লোই।

হেনপী - ঐহাক খুদোং থীরোই। নহাক্কী পম্বুংফম অদু ফাউবা ঐনা নতুং ইনগে।

রোহিত - (মহাকপু মমাগী মনাক্তা ময়ূমদা থিনগনি হায়বা ৱাখলদা হরাওনা) অশেঙবরা হেনপী!

হেনপী - (নুংশিনা) ঐহাক লেপ্লবনি।

রোহিত - (হরাওনা) ও হেনপী! ঈশ্বরনা নহাক্কী নীংজবা পুন্না থুঙহনবীসনু।

হেনপী - (নুংশিনা রোহিতকী মখূৎ পায়দুনা) নহাক্কী পোত্থানবা থারিবা ফমুং অসিদা পোত্থাবীয়ু ঐহাক নহাক্কীদমক চিকন ফ্রাই শেমজরক্কে, চপাতি ইখূৎমক্লা শেমদুনা হৌজবক্কে । লাকও! অৱাবা নুংঙাইতবা ৱাখল পূম্নমক থাদোকপীয়ো! (রোহিতপু চিংই, রোহিতনা মখূৎ তপ্লা লৌথোক্লগা)

রোহিত - থেঙ্কয়ু হেনপী! ঐ যাম্নসু ৱারে । ঐ ইতোমতা ঙাইহাক্তা পোত্থাজগে। (চঙখি, রোহিতনা চঙখিবা হেনপীনা নুংশিনা য়েংলগা মতুং ইন্নখি)

**তরুকশুবা উৎপা লোইবা**

# তরেৎশুবা উৎপা

(রাজলক্ষ্মীগী য়ুম, অয়ুক, শ্যামসুন্দর হল্লকপগী গাড়ী মখোল তায়, শ্যামসুন্দর সুট তাই পুন্দুনা ইমুংদা চঙলকই, ইমুংদা কোয়না য়েংই, ঘড়ী য়েংই)

শ্যামসুন্দর- (মতোমতা) করিনোনে তৌবিবসিবো! মী অমফাও লৈতবদৌনা তৌরিবসিবো! (লাউদুনা কৌই) মমা মমা (নোংশাবা থোবকই) তামো! মোই কনামতা লৈতদৌনা তৌবিবসিবু কদায় কদায় চৎনখ্রগে ?

নোংশাবা - নহাক হল্লকপা য়াম্না ফরে ! মৌসু ইমাসু মৈরা পায়বী য়াউখ্রে । মণি মমৌগী অয়ুক্কী ভজনকাদু কদায়দা থুপচিল্লম্মবনো খণ্ডদ্রে । ময়াং মচা অমখক ফাখিবদু থাদোরকউ হায়বগী ধাবনা তৌবিবনি হায়দুনা মচা মব্রা ফাখিবগা চপ মান্নখ্রে । নোং ঙানবগা পুন্তৌ ফনেক্কা শেৎকৎলদনা ঐনা চৎখিনু হায়বা থওইদনা অমত্তা তাশিন্নদনা চৎপ্রে।

শ্যাম - (ঙক্লা) ঐখোয় মমামক্লা করিসু লৈতবী মৈবা পায়বী মীচমশিংগী মবক্তা থোক্কুনা ধাবনা ফম্বা য়াউবিবা!

নোংশাবা - খববদকা ফোটো য়াউবেনা, টেলিভিজনদকা ঐখোয মমা ব্রা ঙাঙলেনা। (চোকশিন্না) শ্যাম! মমা অমদি অঞ্জলীগী থৌওং অসি তামোনা পামদে। ফববসু ফত্রবসু মমা বিতয়ার আই এ এসনি, ডিপার্টমেন্ট কযাগী মকোক ওইদুনা লৈবাক পূবল্লিবা লমদমসিগী নুপীশিংগী মবকতা অতাঙবা মীনি । মমানা হম্বুবা থাক্তা কুমথরক্লিবা পুন্সি মহিংসি ঐহাক য়ানীংদে।

শ্যাম - (শাউনা মখয়াৎ চিক্কুনা) তামোনা ব্রাফমসি খবদং হৌদোকপীরকপদা ঐহাক পুম্নমক খঙজরে তামো!

নোংশাবা - অতোপ্পা অমনা -

শ্যাম - তাকপীয়ু তামো!

নোংশাবা - করিসু লৈতবা হায়গে । রোহিতকুম্বা করিসু লৈতবা অমা, অদুসু মাবু

ফারিবা ওর্গনাইজেসন অদুনা হাংকনিসু হায়বা নত্তবা সুপ্নতগী লুপা ক্রোর খরা তাঞ্জবদা নখোয় পুলিস ডিপার্টমেন্টনা চীংনুং মানূংদা লৈরিবা লমদমসিগী মরাইবক থীরবা নীংতম্বগী মহাও ফঙজদবা ইচিল ইনাওশিংবু তান্না-তান্নদুনা হাংপা ফানবা, ওপরেসন চথদুনা খুঞ্জাশিংবু ওৎপা-নৈবদা ঐগী ইনাও শ্যামসুন্দরনা মথৌনা মরিংজেল লৈজবা পুম্বা ফুদোকপদুদি ঐহাক পামদে।

শ্যাম - রোহিতপু কিডনেপ তৌদুনা অচৌবা শেনফমদা রেনসম তানবসিনা রোহিতপু ফারিবা কাঙবু অসি টেরোরিষ্টনি হায়বা ময়েক শেঙলে। ব্রাফমসিনা পৃথিবী পুম্নমক্কী থাজদবা অচৌবা ইসু ওইরক্লে। লম লম কয়াদগী রোহিতপু তেক্তা কায়দনা টেরোরিষ্টশিংগী মখূত্তগী রেসক্যু তৌননবা ভারত সরকারদা, মণিপুর সবকারদা, অকনবা শাফু পীরক্লে। তৌদবা য়াদবা ইথৌ অমা ওইদুনা তৌজবনি ব্রারৌবীগনু তামো! হন্দক্কী কিডনেপকী ব্রাহৌ অসিনা পাকথোক চাউথোকরক্তুনা অচৌবা পৃথিবীগী ফোর্স খরনা লমদমসিগী লৈমায়দগী টেরোরিজমগী শক্তিশিং ফুকতোক্তুনা লওকশেকখিননবা থৌরাং তৌনবকপসু যায়।

নোংশাবা - শ্যাম! য়াম্না লুইনহে! বীন লাদেনগুম, সদাম হুসেনগুম মায়োক্নবা লানফমদগী থব্রায়তদি হিংলগা মতুংদা থৌবাং তৌননবা হায়দুনা চেনগদবসি ঐখোয়গী নহাশিংসিদা য়াউদেনে । এনিব্রে, ফিভমসিদা লৈবাক্কী সেবা তৌবা ঐখোয়না ঙাঙথোকদবা মওংসে অকবা অমনি । ব্রাফমসি কোন্না ঙাঙনসি তামোসু উখ্রুলদা খুঞ্জাশিংগা মীটিং প্রোগ্রাম লৈ । চৎমিন্নগদবা মীয়াম্না ঙায়নদুনা লৈবল্লগনি । য়ুমসি নঙগী অমুক ওইহৌরো। নুমিৎ নীনিগী মতুংদা তামো য়ুমদা হল্লক্কনি। মৈরা পায়বীশিংদু নহাক্না জ্ঞান তাহল্লু। তামো চৎলুখিগে (চৎখি)

শ্যাম - (চৎখিবদু য়েংলগা) মফম মরাং খঙদবা ঙাক্তনা ইমুংসিদা লৈবিবা মীশিংগী শাজৎ ওইরক্লি। (গাড়ী থৌবকপা মখোল তায় রাজলক্ষ্মী খ্বাংচেৎ শেত্তুনা পুঙৌ ফনেক ইনফি অঙৌবা শেক্তুনা চেনশিল্লকই)

বাজ - (মচাবু উবদা) শ্যাম! (শ্যামসুন্দরনা মমাদা মূন্না য়েংলগা খুরুম্মী, মমানা মচাবু কোনখৎপী) হায়যু কবি পাউ লৈ ? রোহিতকী লৈফম

খওলবরা ? কি ডনেপরশিং অদুনা মহাকপু করম থমলি ? থাদোকখিরোই হায়রিবরা?

শ্যাম - (মমাগী লাওতক্লবা খোয়রাংনবদু উবদা ওকই) মমা! মওগুম্বা থাজদবা থৌদোক অসি ঐগী ইমিৎসিদা করম্না উহনবীরিবনো ?

রাজ - (মচাগী ৱাদু থওইদনা) ইমা করিগুম্বা অমত্তা তানীংদে। খওনীংদে। মমানা রোহিতকী পাউতমক খওনীংই।

শ্যাম - (মমাগী মওংদুদা ওক্লা য়েংলগা) রোহিত তেক্তা কায়দনা লৈবি। কিডনেপবশিংনা সেক্যুবিটিনা বোহিতপু থিরক্লবদি বোহিতকী অশিবা হকচাং ওইনা ফওগনি হায়রক্লে। য়াম্লা মূন্না সেনিয়ব অফিসাবশিংগা খন্নববা মতুংদা পার্টিলি ঐখোয় হন্দোবকপনি মমা।

বাজ - লুপা ক্রোব তরা হায়বসিবু মীচম অমগী মফমদা হেক্তমক ওইথোকপবা! শেল অদু পীদ্রগদি হাৎকে হায়বিবরা ?

শ্যাম - মমা! মমানা হীবম অসিগ অদুক য়াম্লা সেবিযেস ওইশিনবা ঐহাক পামদে। অপটবওল, মমা লমদমসিদা নুপী ওইবীশিংগী মবক্তা অতাংবা ওইরিবীনি, অখন্নবা লৈবাক্কী ওইবা থৌরম অমদা ভি.আই. পীগী চৌক্রিদা তোখাযনা ফমলিবী, লমদমসিগী মীযাম্লা ইকাই খুম্নরিবী মমানা খ্বাওচেৎ শেৎলদুনা ফি অঙৌবা শেত্তুনা কবিসু লৈতবা হম্বুবা থাক্তা লৈবী নুপীশিংগী মবক্তা মমানা ময়াং মচা অমখক ফাখিবগীদমক লৌবীবিবা থৌদাংসে মব্দপ-মপাং ঐগী কলিগশিংগী মমাওদসু ঐ তশেংনা ইকাই মমা!

রাজ - (মচাগী ৱাহে তাবদা খাওবা ওমদে) শ্যাম! মচানা অৱাবা খুদোংথীবা তাববদা কেনা মৌনা লৈথোকপা ওমগদবসিবু কবম্বা মমা ওইবীনো ? মমানা মচাবু নুংশিবদা নাপল য়াওদে, চৎনবী কিদে, ইজ্জৎ য়েংদে। মীহাৎপশিংনা নুমিৎ কয়ানি শুবে মচা অমবু ওইথোক্লরোইদবা শেনফম অমগী বেনসমগীদমক চীংনুংদা লোৎখ্রিবা। (কপ্লকই) বোহিতপু পুবকউ। ইমাদা শিন্নৌ।

শ্যাম - (মমাগী মতৌদুনা শাউরকই) মফম মরাং খওদবা লেমমেন অমনা ঙাঙগদবা ৱাঙাঙ, এক্তিং, পূম্নমকসি (মওক হাইদুনা) ঐ মমাদগী পামদে

দিল্লীদা ঐখোয়না লাইরিক তন্নিণৈদা ঐখোয় তামোনা থাঙনা থিল্লুবগী থৌদোক্তা রোহিতনা মমাদা ইমা কৌথি হায়দুনা অদুক য়াম্না হেঞ্জিন্না সেরিয়েস ওইবীগদবা নত্তে। নচানুপা অনীগী ইজ্জৎকীসু খনবীয়ু। (লাউদুনা) ঙরাংমক্তদনি, ইভন, মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টরমক্তা ঐবু করেম্নরকই। ইকায়বনা ইমায়সি হাইগৎপা ঙমখিদে।

রাজ - (রানা) মমা ওইবীগী থম্মোয়গী মশক্তি মখোয়না খঙবরা? ঐবু ইমা কৌথ্রবা ইচা অদুনা হবাও হরাওনা লাকচরিবা লমদমসিগী লৈমায়দা ফঙলিবা অৱাবসিবুদি মখোয়না কবি ওইনা লৌবগে ? শ্যাম (মশা থক থক নিকই) নঙ । ঐগী ইচানি । ইমানা হায়বতা ইন্দুনা লাকপনি । ইমাবু অমুক্তা পোত্থাহল্লু । রোহিতপু ইমাগী নাক্তা পুবকউ মমাগী শ্যাম!

শ্যাম - (ঙক্লা) মমা!

রাজ - (কপ্তুনা) নহাক্না ইমাবু নুংশিবমক্তা অশেংবা ওইববদি ইমাগী খুত্তা বোহিতপু শীন্নৌ।

শ্যাম - মদুদা মমানা ফঙগদবা অপেনবসি কবিনো?

রাজ - (রানা) ইমাগী অৱাবসে কোক্তুনা মিংকুপ অমত্তা পোত্থাগে মমাগী খুত্তা বেহিতপু শীন্নৌ শ্যাম।

শ্যাম - (মমাবু মূন্না য়েংলগা) মমা যুমদগী মপান থোকপীগনু। সবকাবদগীদা নত্তনা ঐহাক মমাদগীসু বেহিতপু রেসক্যু তৌননবগী ওর্ডব ফঙলে । প্লিজ মমা ! হান্নগুম্না চীং লেম্নবা মমাগী মাযথোঙদু ওইবীয়ু। শোযদনমক নচানা মমাদা রোহিতপু শীন্নগনি।

রাজ - (খাঙবা ঙমদনা) শ্যাম! মমাগী শ্যামসুন্দর ! মমাগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইশিল্লক্লে । মমা হিংদুনা লৈবা ঙমগনি থাজরক্লে! (কপ-কপ্তুনা ইমূংদা চেনশিনখি)

শ্যাম - (মমাগী মতৌদুদা ঙক্লা) মমানা বোহিত ফ্রাখ্রগা অসুক য়াম্না সেরিয়েস ওইরিবা কবিগীনো? (রাখল খল্লি, তাঞ্জাসিদা অঞ্জলী পুন্ডৌ ফনেক শেত্তুনা হল্লকই অঞ্জলীবু উবদা খঙহৌদনা শ্যামসুন্দর খঙশাউ শাউরকই)

অঞ্জলী - (নুংশিনা) শ্যাম!

শ্যাম - অমুবা চন্দন থিন্দুনা চৎত্রিবনা করিগীনো ?

অঞ্জলী - (চপ লেপ্পী, শ্যামসুন্দরদা মুন্না য়েংই) নহাক্লা হাবিবদু করিনো শ্যাম? কান্নদবা হুন্থবা মরৈ ঐহাক পামদে।

শ্যাম - (খঙলাউ লাউদুনা) করিগীনো নখোয়না ঐগী ইজ্জৎপু কোয়হা হাদুনা চৎলিবা! লৈবাক পুঙজাও থীনবসি নখোয় কয়াম পাম্মী। ইনোসেন ওইজবী, ইচম চমজবী ঐগী মমাবুসু নঙগী চিরোন অমদি লৌনমদা পঙথহন্দুনা নহাক্লা ঐগী ইমূংসিদা শান্নরিবা লীলাসি করিনো

অঞ্জলী - (শ্যামসুন্দবদা মুন্না যেংলগা) নহাক যুমদা হনখ্রে হায়বা পাউ তাদুনা ঐ যুমদা হল্লকপনি । ঐবু লান্না খনগনু শ্যাম। নহাক্লা ঐবু লাউবা চৈবদা ঐ য়াম্না ৱাবে । ঐহাক ৱাখল য়াউদবী নত্তেসু খন্থবীয়ু।

শ্যাম - ঐহাক নঙগী চিবোনদু তানীংদে । ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীয়ু'

অঞ্জলী - ঐহাক ইমূংসিদা চপ চানা ইমূং অমগী যুম্বুবেম্বীগী ভারদগী হেন্না অতোপ্পা অবোনবা অবানবা অমত্তা ঐনা চত্তে । ঐবু লান্না খনগনু শ্যাম'

শ্যাম - (লাউদুনা) বোহিতকীদমক নহাক্লা তৌবিবসিদি করিনো ?

অঞ্জলী - মসিদি ঐগী তৌফম থোকপনি।

শ্যাম - (অঞ্জলীগী পাউখুমদুদা খাঙবা ঙমদনা অঞ্জলীবু খূপাক্লা শেৎ-শেৎ থায় মঙক পায়দুনা হাৎকদগুম নিকই, বাজলক্ষ্মী চেন্থোবকই, পাখৎনা শ্যামদা ফুদুনা অঞ্জলীবু চিংথোকই)

বাজ - (ৱানা) শ্যাম! (খাঙবা ঙমদনা কপথোবকই, মমৌবু চেৎনা কোনশিল্লি) অঞ্জলী, থম্মোয় চেৎপী, মবাল লৈজদবী, ইমূং অসিগী মৌনি। নহাক্লা পূন্নমক অসিগী অচুম্বদু খঙনীংলবদি রোহিতপু মমাগী নাক্তা পুবকউ । আই প্রোমিজ য়ু মাই সন, ৱাশকলিবসিনি। মতমদুদা ইমানা তাইবঙপানগী কনাগুম্বা অমত্তদা অরোনবা থমলোই । নুপী ওইবীগী অৱাবসে অমমমতা তশেঙ-তশেঙনা হাযদোক্কনি।

শ্যাম - (ঙক্লা) মমানা হাযবীবিবদু করিনো ?

বাজ - ডোন্ট অসক এনিথিঙ। মখা তানা মমাদা ৱাহৈ অমত্তসু হঙগনু। লাকউ

ইবেন্মা ইমূংদা চঙসি। (মমৌবু কোন্দুনা পুশিনখি, শ্যামসুন্দর গুক্লা য়েংদুনা লৈ)

শ্যাম - (তৌফম খঙদনা কোয়না চংলি) ঐগী ব্রাখলনা লাম্বা ফঙদবা চনৈনবা অসিবু করিনো ? (টেলিফোন লাকই, ফুরিংখাওদগী মোবাইল লৌথোকই) আ: ঐ শ্যামসুন্দরনি । কৈদৌরে? রোহিতকী লৈফম খঙলে, উম, উম, ঐ হৌজিকমক লাক্কে, ঐখোয়না খঙচঙ চঙশিল্লুবগা অমদু শিদুনা তোক্কনি, আই জি গা অমুক্তা উন্নখিগে। ঐ লাক্লগা শীনগে, এডিসনেলগা ডি এস পিসু ঐগী অফিসতা লৈহল্লম্মু । য়াবে ! (মোবাইল ওফ তৌই, ইমূংলোমদা অমুক্তং য়েংলম্লগা মমায় লৈদুনা চংখি)

**তরেৎশুবা উৎপা লোইবা**

# নীপালগুবা উৎপা

(নুমিদাং চীংনুংগী লম্বী নোংমৈ কাপ্পবগী মখোল অঙকপা ফঙনা তায়, শ্যামসুন্দর অমদি মহাক্কী সিফাইশিং নোংমৈ কাপ-কাপ্পুনা চেম্ভোরকই, বোহিতপু থি, দেভিড, ইথেম নোংমৈ কাপ-কাপ্পুনা চেল্লি, অনী চিরোন তৌনৈ, য়েংনৈ, নোংমৈ কাপ কাপ্পুনা চেনখি, হেনপী কুকিনা বোহিতপু মখূৎ পায়দুনা চিংদুনা উমং-ফাউদুনা কোয়না চেল্লি, রোহিত অমদি হেনপীনা নুংশা থবেৎ-থবেৎ হোল্লি অমগা অমগা য়েংনৈ)

হেনপী - (ব্বানা) খোঙ লম্বী অসি হেক লোইবগা লম্বী অচৌবা ফঙলগনি । ঐখোয় খুদোংথীবদগী নাম্ভোক্লগনি।

রোহিত - (ব্বানা) হেনপী! ব্বাবনা ঐ শিগদৌরে । চীংলম্বীগী অঙম্বা ঙমথবা লম্বীশিংসে- অমম্বা অহীং অসিদা মঙদা চৎপগুম ঐঙোন্দা থোক্লবে।

হেনপী - (নুংশিনা) ঐগী খূৎ অসি পায়বকউ! (নুংশিনা বোহিতনা হেনপীদা য়েঙলকই) ঐগী ইখূৎ অসি পায়বা হঙ্গোয়ববা?

বোহিত - (নুংশিনা) হেনপী! বোহিত মীওইবনি। ঐগী ইফমদা হঙ্গোয়বা তুক্কচবা হাযবা অমা মীওইবশিংগী মফমদা লৈতে।

হেনপী - (কপনীং) ঐসি কয়াদা লাইবক ফরবনো? ঐনা নহাকপু নহাক্কী পম্বুংফম অদু য়ৌননবা পুগনি! (নুংশিনা রোহিত্তা যেংজৈ)

রোহিত - অদুবু, ঐনা মীপায়রিবদি ফত্তবশিংদুনা নহাক্কী নফমদা করি তৌবক্কদগে হায়বসিনি ।

হেনপী - (মপী শিম্ভবকই) হেনপী ন্যোঙগী পুক্নিদি চাম্মবক হন্না শিখ্রবনি । চৎলিবা হকচাং অসিদি চাম্মবক হন্না শিখ্রবনি। ঐদি অশিবা হকচাং পুদুনা চৎলিবা অহিংবা লমদমসিগী জীবনি!

রোহিত - নহাক্না হায়রিবদু কবিনো ?

হেনপী - (কপথোরক্লগা) ইচম চম্না অপীকপা চীংগী খুন অমদা হিংজবম্বী হেনপী

ঐনি। ঐগীসু ইমা-ইপা লৈরম্মী, ঐগীসু ইবুং লৈরম্মী। (কপথোরকই)

রোহিত - হৌজিক মখোয়না কদায়দা লৈগ্রবা!

হেনপী - (তরঙদা) অহিং অমা! সুপ্লতগী অহিং অমদা কাংলুপ অমনা মখুত্তা থাঙ-তেন, তা, নোংমৈ পায়দুনা হৌরকপা লানফমদা- ইপাসু হাৎখ্রে, অমাসু হাৎখ্রে, ইবুংসু হাৎখ্রে হেনপীন্যোঙবুনা মশিং খঙদনা ইজ্জৎ মাঙলবী নুপী ওইহনখি। (খাঙবা ঙমদনা কপথোরকই, রোহিতনা নুংশিনা হেনপীন্যোঙগী ৱারী তারগা)

রোহিত - ও: মাই গোড!

হেনপী - মীহাৎপনসু মী হাৎপা! কনবীবনসু মী হাৎপা নুপী ওইবীশিংগী মপোক্লা শান্নপোৎ ওইরক্লবা লমদমসিদনি হেনপীন্যোঙগী অশিবা হকচাংনা কোয়না চৎলিবা! (মশা নিত্তুনা) শাহিং চাবশিংনা হুন্দোকপীরমদুনা অঙাওবী ওইনা কোয়না চেন্দুনা মৈনা চাক্লবা খুন্দুদা হ: হ: (খাঙবা ঙমদনা কপই)

রোহিত - (ঙক্লা) অদুদগী কৈদৌরবা!

হেনপী - ঐখোয়বু কনবীবা লাকপা সিফাইশিংনা! অমুক্তসু নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ-!

রোহিত - (লাউরকই) করিনো ? ঐগী ইমাগী লৈবাক অসিবো! করিনো লমদমসিগী খুৎলাই পায়বশিংগী শাজৎ অসিবো!

হেনপী - (ঙক্লা) রোহিত! লমদমসি নহাক্কী ইমা লৈবাক! প্লিজ টেল মি! ঐবু লাওতক্লহনবীগনু।

রোহিত - (ৱানা) নহাক্কী ৱারী লোইখো!

হেনপী - ইজ্জৎ মাংবতনা ইশরুক ওইরবী নুপী অমা ওইনা হিংবগী অর্থ লৈত্রবীনি খন্দুনা লোকখাদা চোংথদুনা শিরগে খঞ্জরুরবী ঐবু অপূনবা নীংতম্বগী লাম্মীশিংনা মখোয়গী নাক্তা পুবীরকপনি।

রোহিত - অঙকপনা থল্লবা নহাক্কী পুন্সি ৱারীনি।

হেনপী - ঐবু খঙবীবা হিংহৌবা খুঞ্জাশিংগী হেনপীন্যোঙদি মৈনা চাকখ্রেসু হায়নৈ, কৈনা চাদুনা শিখ্রেসু হায়নৈ, কৈশালনা লোকনুংদা চাদুনা শিখ্রেসু হায়নৈ, অদুগা ঐহাক্লা অশিবা হকচাংসি পুতুনা চৎলি। মসিদা লোইরগে রোহিত! বৃতিস ফাইনাস কোরপরেসনগী মেনেজর

রোহিতসিং সহেগলবু কিডনেপ তৌগনি তাবদা ঐনা খনখি, অপূনবা নীংতম্বগী লালহৌগী এক্তিবীতি অসিনা পৃথিবী পুম্বা থক-থক নীক্লগনি। অদুবু, নঙদি-নঙদি ইরমতমসিগী লোন ঙাঙবা ইবমদমসিবু নুংশিবা মীওইববু নুংশিবা অচুম্বগী মশক ওইবা চীংজাও অমগুম্বনি। ঐবু খঙনীংবসি নহাক্লা কোকহল্লু। নহাক কনানো বোহিত?

বোহিত - হেনপী! ঐহাক মৈতৈ নুপীনা পোকপনি । ইপানা সিখনি। ইমাগী য়াথঙনা মফমসিদা ইনাওশিংগা শকখঙননবা লাকপনি।

হেনপী - কবি লমদা কদায়দা নহাক্কী ইমা লৈববা ?

রোহিত - ইম্ফালদা! মমিং লৈবা মশক নাইরবা লমদমসিগী মীয়াম্না ইকাই খুম্নবিবা মীওই অমনা ঐগী ইমানি! মমিং লৈববা ইনাও অনীনা বোহিতকী মনাওশিংনি । ঐগী পপাজিনা ইংলেণ্ডদা থবক তৌদুনা লৈবকপনা ঐহাক লন্দণ্ডদা লৈবকপনি। (ব্না ঙাঙবা থোক্তে, মশা ফদ্রাক তাবকই)

হেনপী - (পাখৎনা) বোহিত! কবি তৌববা?

বোহিত - (ব্রানা) ঈশিং! ঐ খৌনাওসি খ্রক-খ্রক কঙখ্রে। ঐ ব্না ঙাঙবা ঙল্লক্রে!

হেনপী - ঈশিং খৌবাংবা। অদুদি সিদা ফমসি! ঐ ঈশিং লৌকগে! (বোহিতপু ফমহল্লি, হেনপী চেনখি, রোহিতনা ব্রানা মমা বাজলক্ষ্মী নীংশিংই কপই)

বোহিত - মমিজি! ঐদি ননাক্তা লাক্লে অদুবু মমিজিগী নুংশিববী মাযথোঙদি উবা ঙমদরে! (তাঞ্জাসিদা হেনপী চেল্লকই, নোংমৈ কাপশিল্লকই, ইথেম মিযা অমদি দেবিড চেপ্থোবকই, লাম্মী খরসু তুং ইল্লকই)

দেবিড - (লাউদুনা) হেনপী! হেনপীন্যেঙ?

হেনপী - (ফন্দুনা বোহিতকী মমাঙদা লেপ্পী) সার! ঐগী অনীংবা অসিদা অপনবা পীবীগনু। বোহিতপু থাদোকপীয়ু।

দেবিড - (চেনশিন্দুনা হেনপীদা খূপাক্লা থায চিংথোকই, বোহিত্তা ফুই, হেনপীনা বোহিত হাযদুনা লাউই । ইথেম মিযানা নোংমৈ শত্তুনা বোহিত্তা নম্মী)

ইথেম - নঙ হিংনি খনব্রা ?

হেনপী - (লাউদুনা) ইথেম মিয়া! হাৎকে হায়ববসু ঐবু হাৎল্লু! রোহিতকী মশাদা খূৎলাই থাগনু।

দেবিড - (লাউদুনা) নফি নরোল মফম মরাং খঙদনা লোকখাদা তাদুনা লৈরম্বদগী লমদমসিগী মীওইবনি । ঐখোয়গী ইচলনি হায়দুনা নহাকপু মফমসিদা পুরকপনি । অদুবু নঙদি? (নোক্লগা) পঙইদা!

হেনপী - (কপ্পুনা) সার! ঐবু চৈবীয়ু ব্রারকপীয়ু, হাৎকে হায়রবসু হাৎপীয়ু। অদুবু রোহিতপুদি মশাদা খুৎলাই থাবীগনু!

দেবিড - মখা তাগনু! (ফুগে তৌই)

রোহিত - দেবিড! ধমকা তৌদুনা মীবু কিহনগনু!

দেবিড - (শঙদুনা) নুপীমচাশিংদা চিরোন তৌদুনা নমথাক তৌবম্বদি পাঙদবা মীগী শাজৎনি। ইথেম পাউ পীখো!

ইথেম - য়েস সার! অদুবু মফমদি ?

দেবিড - (শাউনা) মফম অসিদা ! এ ডি ঔর ও জি! (হেনপী পাখৎলি, চেনগে তৌই, দেবিডনা লাউই, মশাদগী খুৎলাই লৌথোকই, ইথেমনা মোবাইল সেত্তা পাউ পী)

ইথেম - বন্দিগা লোয়ননা ঐখোয় ওল্ড কেম্পকী চীংযাংদা লৈজরে সার। চীফ মার্সেলনা অদোমবু পাম্মী। য়েস সার! (সেট ওফ তৌই) ও জি সাব!

দেবিড - ও কে অনীসি চ্যেকশিন্না শেন্নৌ!

ইথেম - ইথেম মিয়াগী মখৃত্তগী নহাক্লা নাম্বোক্তুনা চেনগে হায়দুনা চেল্লবদা কবরদা মঙায়! আল্লহগী মনাক্তা মঙায়!

রোহিত - (ব্রানা) মরাল লৈতবশিংবু ওৎনৈবা হায়বসে পাপ অমনি । অসিগুম্বা পাপ অসিদি টেরোরিষ্টশিংতনা তৌগদবনি।

ইথেম - (লাউদুনা) নহাক্তুম্বা কাফিবনা ঐঙোন্দা পাউতাক পীগদবা নত্তে । অপঙবী কবিসু খঙজদবী হেনপীন্যেঙগুম্বদা নহাক্লা চিরোন তৌদুনা মপূক্লিং পঙথহনবদু ইথেম মিয়াগী মফমদদি ওইথোক্তদবা নত্তে ।

বোহিত - নখোয় টেবোরিষ্টকী ওইবা লমচৎ অসিবু মহাক্লা য়ানীংদে।

ইথেম - (শাউনা) টেরোবিষ্ট! টেরোরিষ্ট! ঐখোয় নীংতম্বা পাম্বা কাঙবুনি । নীংতম্বা পাম্বা ঐখোয়বু টেবোরিষ্টনি হায়বদি মীওইবা পূম্নমকসি শানি

হায়বনি। (লাউদুনা) মখা তাগনু! (নোংমৈ শৎলগা) মখা ৱাহৈ অমত্তং হেক তারকপদা নথবাক্তুদা মীশি মক মশিং খঙদনা ফুমগদবনি।

বোহিত - (থওইদনা) নহাক্লা ঙাঙলিবদু শিবা কিদবা রোহিতকী মফমদনি। (তাঞ্জাসিদা নোংশাবা লাকই)

নোংশাবা - এনি প্রোব্লেম মিষ্টর দেবিড?

দেবিড - ঐহাক ৱাফমসিগীদমক অরোইবা ৱারেপ অমা পামলে।

নোংশাবা - (চীং লেম্না) ও কে

দেবিড - (হেনপীবু মখূৎনা পায়বগা কোন্দুনা) ইচলসি ঐনা নুংশিজনা তৌজবা ইচলনি। মহাকপুসু ঐনা অরোইবা লেসন তাকপীনীংলে। মহাক্কী হৌখিবা লেসনশিংদু (মঙক হাইরগা) কান্নফম খঙখিদ্রে।

নোংশাবা - ও কে! পাবমিসন ইজ গ্রানটেড ফ্রোম মাই সাইড। (হেনপীবু দেবিডনা মশা পায়দুনা পুখি) ইথেম!

ইথেম - য়েস সার!

নোংশাবা - নখোয় পূম্নমক লাপ্না লৈয়ু! বন্দিগা ৱাবী শাগে!

ইথেম - য়েস সার! (লাম্নী পূম্নমক থোকখি, নোংমৈ কাপ্লগী মখোন তারকই। বোহিতনা পাখৎনা "হেনপী' কৌদুনা কপ্পী)

নোংশাবা - (বোহিত্তা য়েংলগা) মিষ্টর! বোহিত সিং সহেগল! নহাক্লা ইস্ফালদা লাকপসি নহাক নশাগী ওইনা লাইবক থীবনি।

বোহিত - (নুংশিনা) ঐগী খোঙচৎ অসিদি ঐগী পুক্সিগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা হায়ফম খঙদবা থম্মোয়গী অপেনবনি।

নোংশাবা - (মুন্না য়েংলগা) উম! ঐ নঙগী মরমদা খনবদা লাঙতক্লবনা ইশাবু লৈতাহন্দদুনা অমুক্তা নহাকপু উন্নবা লাকপনি। (থওইদনা নোক্লগা) হ: হ: হ: নঙগী পাউ পূম্নমক তাবে। নহাকপু লৈবাক অসিগী মীয়ামদা নত্তনা ঐগী ইমূংগী ইমা, ইনাও অমদি ইনাওনুপীমক য়াউনা ইভন ঐগী লাম্নী মবক্তগী লৈশাবী হেনপীন্যেঙ ফাউবনা নঙবু থাদোক্লনবা থৌরাংলম্বসিনা ঐগী লুপ অসিগী ৱারেপ হোংলে, নহাকপু ননীং তম্না থাদোক্লনবগী ৱারেপ লৌরে।

রোহিত - (নুংশিনা) ঐগীদমক্তা, রোহিতসিং সহেগলগীদমক্তা লৈবাকসিগী মীয়ামতা নত্তনা নোংশাবা, নহাক্কী ইমা (কপনীংলকই) অমদি ইনাও শ্যামসুন্দর, ইনাওনুপী অঞ্জলীনা লৈবাক মীয়াম হৌদুনা লমদমসিগী, ঐগী ইমালৈবাক্কী মীয়াম পূম্নমক্লা ঐগীদমক ৱাবীবগী পাউ তাবদা ঐগী পোকপগী মহৈ য়াল্লে। অসিদগী হেন্না নুংঙাইজবা অমা রোহিতকী থম্মোয়দা লৈত্রে।

নোংশাবা - (ফল্লপ য়েংলগা) মিষ্টর বোহিত! ঐনা নহাকপু ননীংতম্না পীদুনা থাদোক্লনবা শেম শাবে । নহাক্লা ঐঙোন্দা হায়নীংবা পূম্নমক হায়বা যাগনি।

বোহিত - (নোংশাবদা নুংশিনা য়েংলগা) নোংশাবা। ঐগী থম্মোযসিনা নহাকপু পোকমিন্নবা ইনাওমক্লি খল্লি । ঐনা নহাক্কী পুল্সি মহিং অসিবু পামদে । টেবোবিজমনা লমদম অমগী নীংতম্বগী নুংঙাইবা মহাও য়েনবা ঙল্লোই। নিয়ম চুম্না লমদমসিগী মীযামগী সেন্টিমেন্ট খবদংদা য়ূম্ফম ওইবগা নশক লোত্তুনা অচুম্বা অমুক শা, অবানবা অমুক তৌ, লৈবাকনীংবা অমুক শা, নবোমদোম ৱাখল অমুক খন, নাখৈ শেঙদবা শক্তম অমা ওইদুনা নহাক্লা ওইরিবা পুল্সিদু ঐহাক পামদে ।

নোংশাবা - থেঙ্কয়ু মিষ্টর বোহিতসিং ফোব যুওব ভ্যেলুএবল এডভাইস।

বোহিত - (ৱানা) নোংশাবা! ঐনা নঙবু থম্মোয শেঙনা নুংশি। নহাক্লা ঐগী ৱাসি তাবীদুনা ঐবু নহাক্কী ইমাগী নাক্তা অমুক্তং পুবীযু। ইমা মহাক্কী খোঙযাগী উফুল ঐগী কোকথকসিদা অমুক্তা হাপচগে! শ্যামসুন্দব, অঞ্জলী মখোয় পূম্নমক্কী মনাক্তা মিৎকুপ অমত্তং লৈজবগা ঐহাক লন্দগুদা থুনমক চৎচখিগে । মশা ৱাই শঙহৌদ্রবী নোংমা-নোংমগী হকচাংগী অরুম্বা হেনগৎলক্লিবী ঐগী এলিছ মেউীদো ঐগী পাউ তাবদা অঙাওবীগুম তৌবম্লগনি। নোংশাবা! ক্রোব তরাদুতা নত্তে। বিলিয়ন কয়ানো নহাক্লবু নিয়ম চুম্না তাইবঙপানবসিদা হিংগদবা লৈববা লমদম অসিদা লৈরিবা মীয়ামবু শান্তী লৈহনগদবা ওইববদি ঐহাক্লা পৃথিবীগী লৈবাক কযাদগী মবম চুম্নবা শেম্থং লৌদুনা পীগে।

নোংশাবা - অদুনা লোইবববা?

রোহিত - নহাক্কী ইমানা। ঐগীদময়ক চাদা-থক্তনা মীয়াম হৌবা খোঙজঙদা মাঙজিল থারিবীদুগী মনাক য়ৌরবা মতমদা ঐগী ওমজবা খূদোলপোৎ অমসু ঐনা নঙোন্দা পীগনি। চৎলসি নোংশাবা ঐগী লাওতক্লবসে খাঙবা ঙম্লক্লে। নহাকপু মফম অসিদগী পূথোকখিবতনা রোহিতনা তাইবঙপানবদা মচা অমা ওইনা পোকচবগী মহৈ য়ানবা হায়বদু ওইরগে। চৎলসি নোংশাবা!

নোংশাবা - নহাক ঐবু খঙলবা নৎত্রা ?

রোহিত - (নুংশিনা) খঙই! কবিগী খঙদনি!

নোংশাবা - ঐহাক্কী থৌবাং পূম্নমকসু খঙলবা নৎত্রা?

রোহিত - (নুংশিনা) পূম্নমক খঙইনে!

নোংশাবা - থেঙ্ক য়ু বোহিতসিং। (থুনমক নোংমৈ শৎলগা বোহিত্তা ডাং- ডাং অনীরক কাপশিল্লি)

বোহিত - (য়ানা নোংমৈনা পাল্লি থবাক্কী মফমদা মথূৎনা নমশিল্লগা লাউরকই) নোং-শা-বা! নহাকসে (নোংশাবনা তানীংদনা নোংমৈ মব্দ পূম্নমক কাপ্পী, য়ানা তুথৈ) ম-মি-জি !

নোংশাবা - (লাউদুনা) চহী কয়া চঙনা শাগৎলকপা নোংশাবগী থৌবাং পূম্নমক্কা রুপিজ টেন ক্রোবগা শীন্নবা হায়বসিদি ওইথোক্তবনি । নহাকপু মফম অসিদগী থাদোকখিবা নৎত্রগা বেসক্যু তৌহনখিবা হায়বসে নোংশাবনা সবেন্দব তৌবগা অমত্তনি । ইমা অমদি ইনাওনা অমদি লৈবাক্লা খঙদবা নোংশাবগী অবোনবা খঙবা, ঐবু খঙবা মী নহাক্লা ওইরম্বসিনা নহাক্কী নরাইবক থীবা হায়বদু ওইববনি। (চৎকে তৌই, তাদুনা লৈরিবা বোহিত্তা য়েংই, দেবিড অমদি ইথেম মীয়া চেনশিল্লকই)

দেবিড - (ফিভমদু উবদা ঙক্ল) মিষ্টর লাইওন! অসুক থুবা য়ারেপ?

নোংশাবা - চপ চাবা মহাক্কী ফঙফম থোকপনি। মহাকপু হিংহন্দুনা ক্রোর তরা লৌরুবগী কান্নবা লৈত্রে । ইথেম মিয়া! (দেবিড ওকই)

ইথেম - তাকপীয়ু সার !

নোংশাবা - (পিষ্টোল পীরগা) হেনপীন্যঙগী অশিবা হকচাংগা লোয়ননা রোহিতপু লম্বীগী চিদায়দা থম্মু অদুগা, নখোয় পূন্নমক এলটি ওইনা লৈয়ু! ঐঙোন্দা থা অমদি ইনফোরমেসন অমত্তা পীরকনু! দেবিড! ঐগী বারেপ অসিনা পূন্নমক্কী অফবা ওইরগদবনি।

দেবিড - (ওক্লা) নহাক্কা বারেপসি লেপ্পমগনি ঐনা থাজরুদে।

নোংশাবা - মিসন ইজ ওভব! (নোংশাবা কনাদসু য়েংলমদনা চৎখি, দেবিড অমদি ইথেম মিয়ানা রোহিতকী অশিবা হকচাংবু পুথোকখি)

**নীপালশুবা উৎপা লোইবা**

# অরোইবা উৎপা

(রাজলক্ষ্মীগী যুম, নুথিল, শ্যামসুন্দর আই পি এস ময়ূমদা হল্লকপগী গাড়ী মখোল তায় অঞ্জলী মপুক্লিং লাওতক্লনা তৌফম খওদনা থোবকই, মপুরোইবনা চওলকপা য়েংজৈ, শ্যামসুন্দর ফুল য়ুনিফোর্মদা মথৱায় নুংঙাইতনা চওলকই, তুপী লৌথোকই, টেবলদা থম্মী, শ্যামসুন্দরগী মতৌ উবদা অঞ্জলীনা লাওতক্লনা)

অঞ্জলী - কবি তৌববগে ? রোহিতকী অনৌবা পাউ কবি তাবগে ?

শ্যাম - রোহিতপু ঐনা কনবা ঙমহৌদ্রে। মমাগী মফমদা ঐ মায়থীবে অঞ্জলী।।

অঞ্জলী - (লাওতক্লনা) হায়য়ু রোহিত কৈদৌরবগে?

শ্যাম - কুকি লৈশাবী অমগী অশিবা হকচাংগা লোয়ননা মহাক্কী অশিবা হকচাং চীংগী লম্বী অমদা তাদুনা লৈবমলে।

অঞ্জলী - (অঙাওবীগুম ও খোঙনা কপথোবকই) বোহিত!

শ্যাম - (অঞ্জলীগী মতৌদুদা শাউনীংনা) চৎলো! অমুবা চন্দন নবাইবক্রুদা থিল্লুরো!

অঞ্জলী - (শাউনা) নহাক্লা হায়রিবদু কবিনো শ্যাম! অসুক কুইবসে ঐ খাঙদুনা লৈবকপনি। অদুবু, ঙসিদি ঐহাক খাঙলবোই । রোহিত! বোহিতসিং সহেগল। মতম পুন্নদা ঐবু নহাক্লা চিংনরিবা বোহিতসিং নহাকপু হেক পোকপী ঐগীনা ইনেম্বোক ওইবিবী রাজলক্ষ্মীনা থা তবা নাউপুদুনা মমা ওইবীনা ইহান হান্না ফওজখিবা ফিজিগী মণিনি। নহাক্কী নয়াম্বা অহলনি।

শ্যাম - (খওপ্রেক খওই) করি! করিনো নহাক্লা হায়রিবদো! (অঞ্জলীগী মশা পায়দুনা নোল্লগা) হায়য়ু! নহাক্লা হায়রিবদু করিনো ?

অঞ্জলী - (শ্যামবু তপ্না ইন্থোক্লল্লগা বানা) ইমানা লৈশাবিঙৈ আউটসাইট ষ্টেত্তা লাইরিক তমলিঙৈদা অমৃটসবদগী ইম্ফালগী থাঙ্গাল বাজাবদা পোক্লগা ময়ূম হোংখিবা অর্জ্জুনসিং সহেগল কৌবা পঞ্জাবী পাখঙ অমগা নুংশিনবগী অরোনবা মরীদা ফওজখিবা মমা ওইবীগী অহানবা লননি। রোহিতসিং নহাক্কী নয়াম্বনি।

শ্যাম - (পুমণ্ডক-ঙকই) ঐগী মমাগী অবোনবা ব্রারী ! অরোনবা মচা নুপা! অদুগা মদুসু রোহিত! (অঙাওবগুম্মী) অদুগা, অসুক কুইবসি মমানা ঐখোয়দা করিগী লোৎলিবা! বোহিতনা করিগী লোৎলিবা পুম্নমকসি খঙনা খঙনা নহাক্লা করিগী লোৎলিবা! (লাউদুনা) করিগী ঐঙোন্দা তাক্কে! হায়য়ু! অরোনবা থম্বা হায়বসি নখোয় নুপী ওইবীগী করি শাজৎনো ?

অঞ্জলী - ইমানা রোহিতনা মফমসিদা লাক্লবদা তামো নোংশাবা অমদি নহাকপু (কপথোরকই) রোহিতকী মমাঙদা লেপহল্লগা নখোয়গী নয়াম্বনি তাক্কনি ব্রাশকখি। ব্রাশক অদুগী থৌবীনা ঐবুসু পুনখি।

শ্যাম - (লাউদুনা) ব্রাশক! ব্রাশক! ব্রাশক! মফম মবাং খঙদবা ব্রাশক! হৌজিক্লা ঐঙোন্দা কবিগী অরোনবসি নহাক্লা ঐগী ইফমদা হায়দোক্লি! মীহাৎ অসিদা নঙসু নরাল লৈবা মীনি । নুমিৎ কয়ানি চঙনা চীংনুং মানুং সহরসিগী চিংনবা মফম কয়া ঐনা থব্রায় খুবাক্তা হাপুনা ইথৌ পাঙথোকপা চৎলিবা খোঙচত্তুদা নহাক্লা কবিগী ঐঙোন্দা থৌনা হাপতে। (কপুনা) রোহিতপু শ্যামসুন্দবগী মযাম্বনি কবিগী হাযদবগে ? (লাউদুনা) ঐ হিংনীংদ্রে! হিংবদা মতীক চাদবা মী ওইবে! (বাজলক্ষ্মী চেপ্পোবকই শকফম য়াম্না চোকথবে)

বজলক্ষ্মী - শ্যাম! শ্যাম! কৈদৌরে! হায়যু! কবি তৌরবগে!

শ্যামসুন্দব- (কপুনা) মমা! পুন্সিদা, পুন্সিদা কবিনো খঙদবা ব্রারী অমনা শ্যামসুন্দবগী পাড়া ওইহৌবে । মমাগী যাথঙ নচানা ঙাকপা ঙমজহৌদ্রে!

বাজলক্ষ্মী - (লাঙতক্লনা অনীবু উবদা) ইমাবু লাঙতক্লহনগনু শ্যাম! হাযয়ু! বোহিত ফঙলব্রা? নহাক্লা য়ূম অসিদা মহাকপু পুরক্কনি হাযদুনা মমানা চাবা থকপা চঙদনা নখোয়না লাকপগী মায়কৈ য়েং লি।

অঞ্জলী - (কপ্পা-কপ্পা) ইমা! ইমাগী খোঙয়া উফুল লৌগনি মনাও অনীগা শকখঙনগনি হায়দুনা নুংঙাইবা অশাদা লাকচবা বোহিত ইমাগী নাক্তা অমুক য়ৌরক্লবোই।

শ্যাম - (কপ্পুনা) মমা!

বাজ - (অঙাওবীগুম) কবি! রোহিত! ঐগী রোহিতপু ঐগী নাক্তা লাক্লরোই হায়বা!

অঞ্জলী - (কপ্লা-কপ্লা) শাহিং চাবগী শাজৎ চৎপা শেলগা মমল য়াম্লবা মীওইবগী পুক্সিগা ওন্নগনি খনবা হিংচাবশিংদুনা মীনুংশি য়াউদনা তাইবঙ কনা খঙহন্দনা ইমানা লোত্তুনা থমজবকপা ইমাগী ফিজিগী মণি রোহিতপু অমম্বা মবক্তা তিলহনখ্রে।

রাজলক্ষ্মী - (অঙাওবীগুম) মদুবু করম্না ওইথোক্কদৌরিবনো ? ইখূৎ অসিমক্লা লুপা লাক্ক য়াখ্রে-রোহিতপু হাৎপীগনু হায়দুনা কিডনেপরশিংদুগী মখূত্তা শীন্নখিবদু ঙবাংনি। হাৎপতদি হাৎপীগনু হায়বা ইচা অদুবু হিংচাবশিংদুনা (ৱা ঙাঙবা থোক্তে)

অঞ্জলী - ইমা! (চেনশিল্লক্তুনা রাজলক্ষ্মীবু কোল্লি, নোংশাবা থোবকই)

বাজ - (ৱানা কপ্পুনা) বোহিত! ইমাগী রোহিত!

নোংশাবা - (কল্লপ, পূম্নমক্তা যেংলগা) মফম মবাং খঙদবা ময়াং মচা অমা শিরগা ঐখোয় ইমূংসিদা তৌবিবা মওংসি কবিনো ? মরালগী মতুং ইন্না শিবা শোয়দনা ওইগনি। বোহিতপু ঐনা দিল্লীদগী খঙখ্রবনি। মহাক নুপী অঙাংদা মমিৎ মনা য়াম্না চোয়গনবা মীওইনি। মবম অদুতনা কুকি নৈশাবী অমগা পূন্না শিমিন্নরল্লিবদুনি।

শ্যাম - (কপ্পুনা) তামো! বোহিত সিং সহেগল!

নোংশাবা - (লাউদুনা) মখা তাগনু! নুপীশিংনা পঙথনবদা নহাক্লুম্বা নোংশাবগী মনাওনা য়াউগদবা নত্তে। ইমূংসিগী মী অমত্তনা রোহিতকীদমক পি তাদুনা কপ্লা যাবোই। ঐঙোন্দা মিকপ মীবাও তাহনবা যাবোই।

রাজলক্ষ্মী - (কপ্পুনা) হৌজিক্তি নঙসু ননীং তল্লো! মমানা ইচাগী নীংতম্বদা য়েৎলবোই! (ৱানা) শ্যাম! অঞ্জলী! মমাবু শাহিং চাবশিংনা মীনুংশি য়াউদনা হাৎক্তোকপীরল্লবা ইচা রোহিতকী থৱায় যাউদ্রবা হকচাংদু অমুক্তদি উহল্লু। (কপই)

নোংশাবা - (লাউদুনা) করিসু লৈতবা ময়াং মচা অমা শিবগীদমক সেল্ফ কন্ট্রোল ঙমদবা হন্থবা থাক্কী মীচম অমগুম্মা মমানা তৌবীরিবা মওংসি করিনো ?

রাজলক্ষ্মী - (অঙাওবীগুম নোকথোরকই) হ: হ: হ: সেলফ কন্ট্রোল! পুন্সি অসিদা ঐনা মীওইবা অমগী পুন্সিদা অমুক্তং থোকপদা অঙাওবী ওইগদবা থৌদোক কয়া খাঙদুনতা লাকখি! ইমা-ইবুং-ইপ্পাশিংগী ইজ্জৎ অমদি লমদমসিগী চৎনবী ঙাকপদা ইপূক্তা থাবুম তরা নাউপুদুনা পোকচবা মমা ওইবীগী ফিজিগী মণিবু লঙশেক্তুনা লুহোংলুই। নৌহৌনা ইচা অনীগী মমা ওই! (নোংশাবা শ্বাই লাউই, ঙক্লা য়েংই)

অঞ্জলী/শ্যাম- ইমা! মমা!

বাজ - শেঙলবা চৎনবী অমদি ধর্ম্ম ঙাকলিবা য়ূমগী নুপীবু পাপ চেনবী ইবাল লৈবীনি হায়দুনা ইপুবোইবনা ইস্থোকই, ইকুবোক্লা য়ুমদগী তাস্থোকই। ঈশ্বরমক্তি খঞ্জকবা ইপুরোইবনা ঐবু শীংনদুনা নিশাদা লাইচুরবা মী ওইদুনা শিখি। মচিল-মনাও শকখঙনদবদগী মনাওনুপানা ময়াম্বদা থাঙনা থিল্লি। মদুসু মমা ওইবী ঐগী ইচা ঙাক্তা!

নোংশাবা - (মশা থক-থক নিকই) অদুদি - অদুদি

রাজলক্ষ্মী - (লাউদুনা) মান্নি! নহাক্লা ময়াং মচা, ময়াং মচা, হাযরিবদো নখোয়বু পোকপী লমদমসিগী মীয়াম্না নগুণ শোন্নবিবা নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দবগী মমা বাজলক্ষ্মীগী ফিজিগী মণিনি । নচিল-ননাও নখোয় অহুমবু শকখঙননবা মমা ওইবীগী অবোনবা য়ুখলসি হাইদোক্তুনা তাইবঙপানবগী মফম তোঙান তোঙানবদা মমা ওইবীগী মচা ওইদুনা লৈবিবা নখোযবু খঙনহন্ননবা মমানা মাবু কৌবনি। (খাঙবা ঙমদে) অদুগা, মমাগী নাক্তা লাকচবা ইচা অদুবু ফত্তবা শেলতবু খনবা মীওইবগী মীনুংশি য়াউদবা হিংচাবশিংদুনা (কপ্পদা ব্রা ঙাঙফম খঙদে)

নোংশাবা - (চঙশিল্লক্তুনা খাঙবা ঙমদনা মমাগী মশা তাপ পায়) মমা! মমাগী ব্রাখলসি করিনো ? মমা ওইবীগী থম্মোয় হায়বদু অদুরা ? (লাউদুনা) মসিবা নুপী ওইবীগী শাজৎ! (মশা থক-থক নিক্তুনা) রোহিতসিং সহেংগলবু নোংশাবগী ময়াম্বা! মঙগুম্বা! মঙগুম্বা! মঙদা থোকপা থৌদোক ওইরবসু নীংশিংবদা অকিবা পোক্কদবা থৌদোক! (লাউদুনা) মমা! (অঙাওবগুম)

শ্যাম - তামো! তামোনা তৌবীরিবসিবু করিনো ?

নোংশাবা - (শ্যামদা কোন্দুনা) শ্যাম! ঐবু হিংদুনা লৈবদা মতীক চাবিবরা ! ঐনা তাইবঙপানবদা হিংদুনা লৈবিবসিবু লৈফম থোকলিববা? (অঙাওবগুম তরংদা) হৈ-শিংবা জ্ঞান লৈবা লমদমসিদা ঐ মঙায়বে খল্লম্বা ঐমুক জ্ঞান য়াওদবা অমা তাইবংপানসিদা লৈবমদ্রে । (লাউদুনা) মমা! পৃম্নমকসিগী দায়ত্বদি নহাক্কী মমা! (খাঙবা ঙমদনা কপ্পী)

অঞ্জলী - পৃম্নমকসিগী মবাল ইমানা ওইফম থোক্তে! (ৱানা কপ্পা কপ্পা) নুপী ওইবীবু পুন্সিদা মনীং তম্বা পীদবা লমদমসিগী কঞ্জববেটিভ ওইবা চংনবী অসিনা বেসপোন্সিবল ওইগদবনি।

বাজলক্ষ্মী - কনাদসু তাইনবগা ঐগী অপেনবা ওইবোই। (কপ্পা খাঙনা) মমাগী নোংশাবা, শ্যামসুন্দর! নচিল, ননাও অনীনা নযাম্বা হাৎপা মীহাৎপদু ইমাগী খুত্তা শীন্নৌ মমা ওইবীগী চাকলিবা মৈবী অসে অমুক্তা নেমহল্লু। (কপ্পুনা) ইমাগী নোংশাবা! ইমাগী শ্যামসুন্দব অৱাবসে খাঙবা ঙম্বা ইমাগী পাঙ্গল লৈবক্তে !

শ্যাম - মমা! (কপ্পুনা) শ্যামসুন্দবগী ময়াম্বা বোহিতপু হাৎখিবা মীনুংশি খঙদ্রবা মীহাৎপদুবু নুমিৎ ২০ নিগী মনুংদা ইমাগী নাক্তা নচানা পুবকপা ঙমদ্রবা (মমাগী মশা শোক্লগা) মমাগী হকচাং শোক্তুনা নচানা ৱাশকচবিবসিনি। ঐহাক য়ুনিফোর্ম অসি থাদোক্কনি, সার্ভিসতগী রিজাইন তৌগনি।

নোংশাবা - (তবংদা নোক্লগা) শ্যাম! অদুক শাঙবা নুমিৎ ২০নিগী মতম কবিগী থাবিবনো ? ঙসিমক হায়দুনা ৱাশকপা ঙমদ্রিবা করিগীনো ? নহাক্কী নমাঙদা লেপ্লিবা নয়াম্বা নোংশাবা (অচৌবা বৃপ কেস অমা পায়দুনা এলিছ মেডী চঙলকই)

এলিছ মেডী - (নোংশাবগী ৱাগী মবক থত্তুনা) এক্সকুয্জ মি প্লিজ! (ময়াম ঙক্লা যেংনবকই) আই এম এলিজ মেড়ী কেম ফ্রোম ইংলেণ্ড ! ইজ ইট বাইট মাই ইনেমবোক বাজলক্ষ্মী, নোংশাবা এণ্ড শ্যামসুন্দবস হাউস ?

রাজলক্ষ্মী - (খাঙবা ঙমদনা মপী শীম্বুরকই কপ্পুনা) নহাকপু ঐগী-ঐগী ইচা রোহিতকী ঐগী - ঐগী ইমৌনুপী!

এলিছ - (মখূত্তগী বৃপ কেস থমদুনা) ও: খুরুমজরি ইনেমবোক ! (মকোক নোম্দুনা খুকম্মী, নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দরদা নোক্লগা য়েংলগা) য়ু আর নোংশাবা এগু য়ু (শ্যামসুন্দরদা) শ্যামসুন্দর! (অনীমক ইঙাও ঙাওই চঙশিল্লক্তুনা মতৈমবু খুকম্মী)

নোংশাবা - (খুরুমলুরগা লৈথোরক্লগা তবংদা হায়রকই) ঐ হিংখিনি! ঐহাক হিংখিনি ! তাইবংপানবা মশক উদ্রিবা ইয়াম্বা রোহিতকী মচাগীদমক, ইতৈমা! নহাক্কীদমক ননাও নোংশাবা হিংখিনি! (শ্যামসুন্দরনা নোংশাবগী খ্রাহৈদুদা ঙক্লা মযাম্বদা য়েংই, রাজলক্ষ্মীসু নোংশাবদা য়েংলগা মশা চোকথৈ)

এলিছ - (নুংশিনা) ডোন্ট ব্বাড়ি মাই ব্রডব ইনলো ! আই হেভ ব্রোট কপিজ টেন ক্রোর ইন ইন্দিয়ান করেন্সি।

শ্যামসুন্দব- (কপ্পুনা) ইতৈমা! ঐগী ইযাম্বগীদমক ইংলেণ্ডদগী নহাক্লদি লুপা ক্রোব তবা পুদুনা লাক্লি!

বাজলক্ষ্মী - (এলিছকী ব্বা তানা তানা লেকথবকই, তুথবকই) বো-হি-তা (পূম্লমক্লা ঙক্লা, পাখৎনা রাজলক্ষ্মী তম্না চেনশিন্নে)

**লোইরবা**

# লীলাদা চঙবা মী

**নুপা**

| | | |
|---|---|---|
| ১। | নোংশাবা | - চীফ মিনিষ্টর |
| ২। | নুংশিবা সহেগল | - রোহিত সিংগী মচানুপা |
| ৩। | যুগীন্দ্র | - ডি আই জি |
| ৪। | প্রেমজিৎ (থৌবা) | - লালহৌবগা শম্নবা ছাত্রগী লুচিংবা |
| ৫। | প্রোগ্রাম কম্পেয়্যার | - য়ুথ ফেষ্টিবেলগী কম্পেয়্যার |
| ৬। | মংলেম | - চীফ মিনিষ্টরগী পি আর ও |
| ৭। | সেক্রেতরী বীরেন | - |

**নুপী**

| | | |
|---|---|---|
| ১। | আর এস খনোৎলা | - লৈখিদ্রবা দেবিডকী লোইনবী |
| ২। | থাদোইসনা | - যুগীন্দ্রগী মচানুপী |
| ৩। | এলিজাবেথ | - খনোৎলাগী মচানুপী |

## হু চঙদবা হকচাং

লীলা অসিবু শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নবদা শক্তম লাংখিবা পিছ মেকর আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী কলাকাবশিং অমসুং মখোয়গী শক্তমশিং

২০০৪-২০০৫

**নুপা**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নোংশাবা- | - | ইবোয়াইমা খুমন |
| ২। | নুংশিবা সহেগল | - | অরুন যুম্নামচা |
| ৩। | মংলেম | - | শান্তোস |
| ৪। | যুগিন্দ্র | - | ককা সুরচন্দ্র অমসুং গীটচন্দ্র চোংথাম |
| ৫। | প্রেমজিৎ (থৌবা) | - | রোজেস সাইখোম |
| ৬। | প্রোগ্রাম কম্পেয়্যার | - | ডোরেন |
| ৭। | সেক্রেটরী বীরেন | - | পিছ মেকবগী আর্টিষ্ট |

**নুপী**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | আব এস খনোংলা | - | বোবীন্দ্র লংথবাল |
| ২। | থাদোইসনা | - | হিবা মোটি |
| ৩। | এলিজাবেথ | - | বিশেস হুইরেম |

**ঈশৈ নোংমাই**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | তব্লা | - | বিনোই |
| ২। | কিবোর্ড | - | রোমেন |
| ৩। | বেস ড্রম | - | তম্ফাসনা |
| ৪। | গীটব | - | রোবার্ত |
| ৫। | বাঁসি | - | রোমাজিৎ |
| ৬। | নুপা খোঞ্জেল | - | জিতেনকুমাব |
| ৭। | নুপী খোঞ্জেল | - | কান্ত |
| ৮। | লীলা তম্বীবা | - | বীরজিৎ ঙাঙোম্বা |

# অহানবা উৎপা

(চীফ মি. ষ্টর নোংশাবগী বঙ্গলো, নুংথিল মপান্দা মীয়াম্মা লৈবাক্কী ওইবা অচৌবা ঈহৌ অমগা মরী লৈননা চীফ মিনিষ্টরগী মায়োক্তা শ্লোগান কয়া লাউদুনা অচৌবা অন্দলোন অমা লাকপগী মখোল তায়, মীয়াম লাউরিবা পুলিসকা ইন্নবা তায়)

লুচিংবা - (মনুংদা লাউই) ঐখোয়গী দাবী

ময়াম - (খুম্মী) পীগদবনি

লুচিংবা - ঐখোয়গী দাবী

ময়াম - পীগদবনি

লুচিংবা - পীগদবনি পীগদবনি

ময়াম - ঐখোয়গী দাবী পীগদবনি

লুচিংবা - অমুবা আইনশিং

ময়াম - লৌথোকউ

লুচিংবা - অমুবা আইনশিং

ময়াম - লৌথোকউ

লুচিংবা - জঙ্গলদা শানা চৎকদবা আইন

ময়াম - লৌথোকউ

লুচিংবা - লৈবাক পুবা হৈতেবা মিনিষ্টর

ময়াম - রিজাইন তৌ

লুচিংবা - লমদমসিগী এম এল এ মিনিষ্টর পূম্নমক

ময়াম - রিজাইন তৌ

লুচিংবা - প্রজাবু হাৎপা আইন

| | | |
|---|---|---|
| ময়াম | - | লৌথোকউ |
| লুচিংবা | - | মীচম হাৎপা আইন |
| ময়াম | - | লৌথোকউ |
| লুচিংবা | - | নুপীবু লাইফদিবী ওইহল্লিবা আইন |
| ময়াম | - | লৌথোকউ |
| লুচিংবা | - | চীফ মিনিষ্টর নোংশাবা |
| ময়াম | - | রিজাইন তৌ |
| লুচিংবা | - | চীফ মিনিষ্টর নোংশাবা |
| ময়াম | - | রিজাইন তৌ |
| লুচিংবা | - | মরৈ অনী লোঙবা নোংশাবা |
| ময়াম | - | রিজাইন তৌ |
| লুচিংবা | - | মীয়ামগী খন্দ্রবা মিনিষ্টর |
| ময়াম | - | রিজাইন তৌ। (নোংশাবা রাজনীতি রালা অমগী ফিজোল শেত্তুনা থোক্লকই লাউবিবা খোঞ্জেল অদোমদা হাইফেৎ য়েংই শাউনিংনা হঙ্গৎ- হন্দা চৎলি) |
| লুচিংবা | - | শা মবক্তা নোংশানা নিংথৌ ওইবনি |
| ময়াম | - | মীয়ামগী লুচিংবদি ওইবা য়ারোই! |
| লুচিংবা | - | শা মরক্তা নোংশানা নিংথৌ ওইবনি |
| ময়াম | - | মীয়ামগী নিংথৌ ওইবা য়ারোই! ওইবা য়াবোই! |
| লুচিংবা | - | লমদমসিদা (লাউদুনা) চহী কয়া লীশাং শিৎনা চলাইবকপা লমদমসিবু শান্তি পুরক্লবা চলাইরিবা আইনশিংনা মীচম প্রজা লাক্ষ কয়াগী পুন্সিদা ওনশিল্লক্তুনা লাঞ্জদবা চম্না হিংজবা প্রজা কয়ামুক অরাবা ঈপাক্তা লমুক্লহল্লে, সিফাইশিংনা পায়রিবা শক্তি লৈরবা নোংমৈশিংগী মতোল মীচম প্রজাগী থবাক্তা লৈরে। লমদমসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক লালহৌবগা |

মীৎয়েং অমত্তদা প্রজাগী লন-থুম অমদি সম্পতি ঙাকল্লিবা সিফাইশিংনা, প্রজা মীয়ামগী ইজ্জৎ ঙাক্কদবা সিফাইশিংনা য়েঙদুনা প্রজাবু অমুবা আইনশিং মখুত্তা পায়দুনা ফদি শুম্বগুম শুমল্লি, হাৎনিংবা মতমদা, মফমদা হাৎল্লি, আইন লৈত্রবা নীংতম্বগী নুংঙাইবা লৈত্রবা ওইহল্লি। মীয়ামদু ওৎপা নৈবা হাৎপদা, শাহিং চাবশিংগী মফমদা চৎনগদবা আইনশিং অসিবু চলাইবদা চীফ মিনিষ্টর নোংশাবনা অচৌবা থৌদাং লৌবি। লমদমসিদা হিংল্লিবা ঐখোয় মীওইবনি। মীওইবা লৈবা মী মরক্তদি মীওইবগী আইন চৎনহনবীয়ু। জঙ্গলগী শা-উচেকশিংগী আইন লমদমসিদগী লৌথোকউ। (লাউদুনা) লৌথোকউ!

মীয়াম - (খুমদুনা) অমুবা আইনশিং লৌথোকউ।

লুচিংবা - নুপীগী ইজ্জৎ মাংহনবা আইন .

মীয়াম - লৌথোকউ

লুচিংবা - চীফ মিনিষ্টর নোংশাবা

মীয়াম - রিজাইন তৌ! (ডি আই জি যুগীন্দ্র য়ুনিফোর্ম শেত্তুনা চঙলকই, নোংশাবদা সেলুট তৌই)

যুগীন্দ্র - সার মীয়ামসিগী লিডর অমা মেমোবেন্দমগা লোয়ননা চঙহঞ্জরকে!

নোংশাবা - মখনাও তেঙখলশিংসি তৎননবা খরা লাউজখিসনু। মীয়ামসি ঐগী বঙ্গলোদগী মিত্তব ৩০০ গী ম্রাংমদা লৈহল্লু। গেত্তা পৈদুনা হেক্তা লাউহনগনু হায়বসি কয়ারক শুরে ঐনা হায়বিবা।

যুগীন্দ্র - ইরাং থোক্তনবা চেকশিন্না ঐখোয়না হন-হন্দুনা হোৎনজবনি সাব।

নোংশাবা - (থওইদনা) লাইরিক তমজবোই অন্দলোন য়াউজগে, থবক শুজরোই ধারনা ফমজগে, নোংমগী খরা চারগা মৈরা

পাইজগে, মৈনম পাইজগে, ৱারেম ঙাঙজগে হায়দুনা লৈরবা ময়ামসিদবু ইরাং থোক্তনবা হায়বদি করি হায়রিবনো?

| | | |
|---|---|---|
| যুগীন্দ্র | - | ফনি সার! ঐ চঙহঞ্জরকপগী ৱাফম- ? |
| নোংশাবা | - | (থওইদনা) চঙহল্লকউ! নঙগী এস পিদুনা অন্দোলন কারিশিংগা ইন্নদুনা অদুম লৈরব্রা? টিয়র গ্যাস, রবব বুল্লেট কাপ্পুনা অতৈশিংসি তাম্থোকখো, মবক মবক্তা ব্লেঙ্ক ফায়ার তৌ। |
| যুগীন্দ্র | - | ঐ খঙজবে সাব! |
| নোংশাবা | - | অন্দলোন হৌবশিংদুগী মরক্তা নোংমৈ মচা পায়বা মশিং খঙদনা যাউরিবনি। সিফাইশিং গনপ্রুব শীজিন্নহল্লু। লাকলিবা মীযামগী ঈহৌসি অন্দলোন নত্তে- লালহৌ অমনি হাযবসি নখোয চোকশিন্না খঙগদবনি। |
| যুগীন্দ্র | - | ঐ পূম্নমক খঙজবে সাব! |
| নোংশাবা | - | (থওইদনা) কনানো পুবক্কনি হাযবদু পুবকউ! চঙহল্লকউ! |
| যুগীন্দ্র | - | ফনি সাব! (থোকখি) |
| নোংশাবা | - | (শাউনিংনা হঙ্গৎ- হন্দা চৎলি) অসুক থম্মোয় শেঙনা মীয়ামগীদমক কখোকপগা লোযননা ইথৌ পাঙথোক্লিবা, লৈবাক পুবিবা ঐবু কবেম কথাইনবি। ফত্রবা মীয়াম, ফত্রবা প্রজা, ফত্রবা মন্ত্রী, অসিগুম্বা লৈবাকসিদা ঐনা চৎকদবা মায়কৈসি কদোমদনো? ফৈ, চপ- চানা মপুকচেল লেপ্পবা লৈবাক মীযামসি ঐনা পড়া তম্বীগনি। প্রজা অমা ওইনা কবম্না হিংগদগে ঐনা তাক্কনি, (লাউদুনা) ঐ নোংশাবনি। ঙসি ফাওবদা ঐনা পাঙথোক্কে খনবা থবক পূম্নমক পাঙথোক্নতা লাকপনি (লৈখিদ্রবী মমা রাজলক্ষ্মীনা নোকপা মখোল তায়, নোংশাবা কোইনা যেংই) মমা! (কপনিংই) ঐ- ঐ নঙবু কাউদে মমা! নহাক্না হায়বম্বা ৱাহৈ খুদিংমক ঐ কাউদে! ঐ- ঐ খঙই মতম পূম্নমক্তা নহাক্তি নহাক্না ৱাজখিবা নচানুপা ঐগী ইনাক্তা লৈ। নহাক্কী ৱাহৈ পূম্নমক ঐগী ইশাদা |

য়াউরিয়ে মমা! (রাজলক্ষ্মী অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা থোক্লকই, য়ুমগী ফক্লাং নক্লা লেপ্লী। নোংশাবগী রাখলদা মমাগা রারী শাবগুম খল্লি)

রাজলক্ষ্মী - (নুংশিনা) মমাগী নোংশাবা! ঙসিদি নহাক্লা পামজবা পুন্সি অদু ফঙলে। নহাক লমদম অসিগী মীয়ামগী লুচিংবা ওইরে! অদুবু, মিংকুপ কাঙদনা মাইকৈ কয়াদগী হৌরকপা মীয়ামগী ঈহৌবুদি নহাক্লা থিঙবা ঙম্লবরা?

নোংশাবা - ঐগী রাখলদা জ্ঞান অমদি লৌশিং মচেৎ অমত্তা মাঙথ্রিঙৈ মতম অদু ফাওবা অচুম্বনা নাথৈবীবন্নবা লমদমসিগী মীয়ামগী পুন্সি মরেলবু ঐনা চুমথোক্কনি। লমদমসিগী ফম্লাইবশিং, য়াইতোং-ফমদোংবশিং পূম্নমক্কী শাজৎশিং ঐনা হোংদোকহনগনি। মমানা পোকপীবা নোংশাবা মমানা শোঞ্জবম্বা শাইওন তবাগী নেক্স ইনকারনেসন্দুনি।

বাজলক্ষ্মী - (পেন্ননবা নোকই) হ! হ! হ! হ! হ! হ! হ! হ! নহাকপু পামদদুনা, নহাক্কী শাসনবু পামদদুনা নথক্তা মীয়াম্না অন্দলোন হৌবি। অদুবু, ঙসিসু নহাক্কী নাপল হন্দ্রি (কপনিং) মাঙ তাক্লবা শাগৈ, মাঙ তাক্লবা মতম পূম্নমক্কী শাগৈগী চৎনবী লৈত্রবা অধর্ম্মনা নমহৎলবা মালেমদনি নঙনা লেপহৌরিবা - শ্রীমুখনা তাকপীরম্মী-

কুলক্ষয়ে প্রণশ্যন্তি কুলধর্ম্মা: সনাতনা:
ধর্ম্মে নষ্টে কুলং কৃৎস্নমধর্ম্মোহভিভ বত্যুত।।

(শাগৈনা মাঙ তাক্লবদা শাগৈগী মতম পূম্নমক্কী ওইনা চৎনরক্লবা ধর্ম্মদো মাঙই, মতৌ অসুমনা ধর্ম্মনা মাঙলবদা লৈহৌবিবা শাগৈদুসু অধর্ম্মনা নমহৎলি)

নোংশাবা - হকচাংগী শিংলিদা ঈ চেল্লিবা জ্ঞান অমদি লৌশিং মাংথ্রিবা ফাউবা ইশাগী অচুম্বা ফিরেপ্পু ঐনা থাদোকলোই। লৈবাক মীয়াম পূম্নমক ঐগী মায়োক্তা লেপশ্লবসু ঐগী পাঙথোক্কদবা ইথৌদি ইশানা পাঙথোক্কনি।

| | | |
|---|---|---|
| বাজলক্ষ্মী | - | (নুংশিনা) মমাগী নোংশাবা! নঙগীদমক্তা খনবদা ঙসিসু ৱায় তনিক - তনিকলি। অচুম্বদি নাপল য়াউরোইদবনি, শক্তি হায়বসিদি ভক্তি লৈগদবনি মদুতদা নুং- পান অনীবু জয় তৌবা ঙমগদবনি। কত্থোকপা থাদোকপতনা লুচিংবা অমগী গুণ ওইবা য়াদে। পুক্লিং ফাথৌ, অশাউববু জয় তৌবা ঙম্মনবা হোৎনৌ! (ৱা ঙাঙনা ঙাঙনা বাজলক্ষ্মী মাঙখি, নোংশাবা মমাগী মতুং ইন্নে) |
| নোংশাবা | - | মমা! মমা! (মতোমতা মমাবু কৌই)<br>মমা! (পি আব ও মংলেম চেনশিলকই) |
| মংলেম | - | ওঝা! কৈদৌবিরবগে ওঝা! |
| নোংশাবা | - | (শ্বব হন্দোকলগা মংলেমদা য়েংলগা) আ: মংলেম: |
| মংলেম | - | তাকপিয়ু ওঝা ! |
| নোংশাবা | - | ঐ.. ঐ কবিসু তৌদে। |
| মংলেম | - | হেনদি হেনমনখ্রেদা। লূপ ৫২ বু হাযবনে। ইবাং পামজবা লৈবাক ওইনা হেক তৌবদনা। ওঝানা লৈবাক পূবসিগুম লমদমসিদা ওইখিবা চীফ মিনিষ্টব অমতা লৈবা নত্তে। মমাঙগী চীফ মিনিষ্টরকাসিদি 10%, 15% হায়দনা থবক খুদিংগী পি সি লৌবিবনি। ওঝাদি লৈবাক মীয়ামদগী শিকি অমা লৌবসু নত্তে। প্রমোসনগী ত্রান্সফবগী থবক হাপ্পগী কনাদগীসু ওঝানা শিকি অমা লৌবসু নত্তে। শেঞ্জা- থুমজাগী য়েক্লবা ওইবগীদমক লৈবাকসিগী মন্ত্রি অফিসাব ময়াম্না ওঝাবু ৱারৌই -প্রজা করিসু হবাওদে - ওঝা লৌথোকউ হায়দুনা ইবাং হৌবকইবসিনি। অফবা মী লৈবা য়াবা লম নত্তে ওঝা। |
| নোংশাবা | - | (থওইদনা) মপান্দা লাঙলিবশিংসে ঐ তানিংদে। ডি আই জি যুগীন্দ্রদু হৌজিকতা লাকলম্বনি কৈদৌববনো চঙলক্রে, হৌজিকমক মোয লিডরদুগা লাকউ হায়য়ু। |
| মংলেম | - | লূপ ৫২ গী লিডব ৫২ শুই ওঝা। ছাত্রগী লিডরশিংসিসু |

অন্দরগ্রাউন্দ ওর্গনাইজেসনগা মবী লৈনবা ঙাক্তনি। আম্মিগী রিপোর্ত্তি লান্দে ওঝা!

নোংশাবা - (কল্লপ) মী অমদগী হেন্না চঙহল্লকপা য়ারোই। লিডব অমখক থাজিল্লকউ হায়য়ু।

মংলেম - ফনি ওঝা। (থোকখি)

মপান্দগী নুপী অমা - (লাউদুনা) ঐখোয় মমা ওইবীশিংগী ৱাকৎ তাদনা চৌক্রি কোন্দুনা লৈবনা কান্নবোই। লমদমসিদা, মীহাৎপুং ওল্লবা লমদম অসিদা মমা ওইবীশিংগী মচা কায়নবগী চাক্লবা থম্মোয়, কঙবা নায়দ্রবা মীৎকী পি উশিন্নদ- তাশিন্নদনা চৌক্রি কোন্দুনা লৈবনা লৈবাক্কী মপী- মপা হাযবদু ওইবা য়ারোই। মীযামগী খোল্লাউবু শামু মনিংদা পেনা খোঙবগুম তাশিন্নদনা লেল্লগা লৈথোকপা য়ারোই। লাঞ্জদবা ইচাশিংবু মবাল পীশিন- পীশিন্দুনা হাৎখিবগুম মমা ওইবী ঐখোযবুসু হাৎলো লাউ, ঐখোযগী তোংশাশিংসু ফক- ফক্তুনা চাবগা ননিং তল্লো লাউ!

নোংশাবা - (লাউদুনা) মপান্দা লৈবিবা সন্ত্রীশিংদু কৈদৌরি? গেট মযাদা মথৌ শুনিংদবী হনুবীশিং, লাইরিক পানিংদবা ছাত্রশিং পৈদুনা লৈহল্লিদু কবিগীনো?

মপান্দা - (লাউরকই) য়েস সাব!

নোংশাবা - প্রজা বাজ্যনি হাযদুনসু ঙাঙনিং ঙাঙনিংবতা ঙাঙবা, লাউনিং- লাউনিংবতা লাউবা যাবরা? (ডি আই জি যুগীন্দ্র ছাত্রশিংগী লুচিংবা প্রেমজিৎকা লোয়ননা চঙলকই, নোংশাবদা সেলুট তৌই, নোংশাবা চিং লেম্না সেলুট ওক্লগা অনীদা যেংই) ইবুংঙো চঙলকউ।

যুগীন্দ্র - সাব ইবুংঙোসি প্রেমজিৎসিং এলাইজ থৌবা, মীয়ামগী, ছাত্রশিংগীসু লিডবনি।

নোংশাবা - মেমোবেন্দম?

প্রেমজিৎ - (চেনা মরী পানবা মেমোরেন্দম পী) অসিদা লৈজরে সার।

নোংশাবা - (লৌরগা হায়ফেৎ য়েংই) অথুবা মতমদা কেবিনেট মীটিং অমুক্তা কৌগে, এসেমব্লিসু কৌননবা হোৎনগে। নোয়না ইরাং হৌরক্লিবসি কুইরে। ইরাং লোইশিল্লো নখোয় ছাত্রশিং লাইরিক লাইশু পারো, মৈরা পায়বী, মৈনম পায়বীশিংসু মচা- মৱাশিংগা ইমুংদা জ্ঞান তানা যুম্বান খুলিংদুনা লৈজসনু। এসোসিযেসন অমা লৈরবদি ষ্ট্রাইক হৌদবা য়াদে, ধাবনা ফমদবা য়াদে হায়বা চৎনবীসি থাদোকসি, আইনগী ওইবা ব াফম লৈবাক পুবিবা ঐখোযনা লৈবাক্কী ফিভম য়েঙলগা লেপকনি।

প্রেমজিৎ - (কল্লপ) মীওইবা মরক্তা মীওইবনা চৎনদবা আইন থমজিল্লগা লৈবাক্কী আইননি হাযদুনা মীচম প্রজা ঐখোযবু শঙলিংবগী মখুত্তা তাববা ফাদোক্লুম কয়াম কুইনা হাৎনিং- হাৎনিংবা নুমিত্তা হাৎপীখিগদৌবিবগে সার?

নোংশাবা - (নোক্লগা) সরকাব হায়বসিদি প্রজাগীনি। প্রজানা শেম্বনি। সরকারগী ব্রাবেপ হায়বসে প্রজাশিংগী ওইবিবা ফিভম মওং অমসুং মাং- তুংগীনি। আইন হায়বসিদা অশোইবা অমত্তা লৈবোই। আইনবু হেন্দল তৌরিবা সিফাইশিংগী মথৌদা থৌওংদা অশোইবা খবা লৈবস্বসু যাই, পূম্নমক্তু য়েংশিন্নবা কমিসন শেমখ্রে। থা অমগী মনুংদা রিপোর্ট লাক্লগনি।

প্রেমজিৎ - (কল্লপ) লমদমসিদা লৈবিবা প্রজাশিং মী নত্তবা জীব অমত্তা নত্তে। লমদমসিদা মীওইবা সভ্যতা লৈতবা শা- উচেকশিংদা চলাইবদসু শানা ইরাং হৌবক্কদবা আইনশিং চষী কয়াদগী লীশাং শীৎনা চলাইবকপদগী খাঙবা ঙমদ্রবা প্রজা লাক্ষ কয়ানা হৌরক্লবা ইহৌ অসিবু নাথৈবিফম থোক্তে। মীয়ামগী ঈহৌ হায়বসি কৈদৌঙৈদসু মায়থিদবনি। ঐখোয়বু হিংনা- হিংনা অশিবগুম কয়াম কুইনা থম্বীগদৌরিবনো?

নোংশাবা - হৌজিক (প্রেমজিত্তা মুন্না য়েঙলগা) লমদমসিদা পাল্লিবা সবকার অসি মীয়ামগী সরকাবনি। ভারত সবকারগী আইনশিং চৎনবা য়াবা শীজিন্নবা য়াবমখৈ ভারতকা ঐখোয়গা পুল্লিবমখৈ লমদমসিদা চলাইখিগনি। ব্রাফমসি হোংবা লৈরোই। ঐগী প্রজাশিংগী পুক্সি অমদি হৌজিক ওইবিবা ফিভম নোংশাবনা মুন্না খঙই। লমদমসিদা নীংতম্বা পাম্বগী মিংদা মীয়ামগী পুক্সিবু তঙদু লৈতাহন্দ্রিবা টেবোবিষ্টশিংবু মখোয়গী টেবোরিষ্টকী থবকশিং লেপ্পনবা মীয়াম্মা ব্রাহে পবেং অমত্তা হায়বা ঙমদ্রিবা কবিগীনো? মখোয়বুনা কিবগা সবকারবুনা কিদ্রিবা কবিগীনো? নোয লূপ ৫২ দা মখোযগী মী কযাম-য়াম্মা য়াউই? মখোয় কয়াম যাম্বনা নখোযগী প্রোসেসন অসিদা নোংমৈ মচা পায়দুনা নখোয়গী নত্তুং ইন্নবক্লি - পূম্নমক খঙবা নোংশাবনি।

প্রেমজিৎ - লালহৌবশিংগী অনিংবা- অপাম্বা পূম্নমক য়ানবা পূবক্কদবদি সবকাবনি। প্রজানা নত্তে। প্রজাগী ব্রাকৎ তাবীগদবসু সবকাবনি। সরকাব অসিগী মকোক ওইবীবিবা চিফ মিনিষ্টবমক্লা ঙাঙবীবিবা ব্রাঙাঙ অসিমক ইশাগী দাইত্ব যাউদবা মীগী ব্রাঙাঙনি।

নোংশাবা - (থওইদনা, নোকমিনা) ঐ মীত্তাংবা চীফ মিনিষ্টর নত্তে। ঐ নাপঙবা চিফ মিনিষ্টব নত্তে। ঐনা লৈবাকসিগী লুচিংবা ওইদুনা চিফ মিনিষ্টব ওইবা-ওইদবনা ব্রাফম অমদা থল্লগা নখোয়গী মনুংদা ঈহৌ অসি প্রজা সেক্সন ১০০গী মনুংদা ৮০% না য়াদে। লাঞ্জদবা মীচম প্রজাবু ইবাং পামজবা নখোয় খরনা লান্না লমজিংননবা হোৎনগনু।

প্রেমজিৎ - (নোংশাবগী ব্রাহৈদুদা শাউনা) মীযামগী অপূনবা ঈহৌবু লমদমসিগী মকোক ওইবিবা চীফ মিনিষ্টবমক্লা লান্না পাউথোকপা, সেন্তবদা লান্না অবানবা বিপোর্ট থাগৎপা, সেন্তবদগী লাকপা- হোম মিনিষ্টরদা, প্রাইম মিনিষ্টবদা

অরানবা রিপোর্ট পীখৎপা ময়ামগী ঈহৌবু অরানবা ব্রানা নমশিন্নবা থৌওংনি হায়বা চপ-চানা কনর্ফাম তৌরে।

নোংশা সবকারনা জুডিসিয়েল ইনক্বারী তৌরি। আইন লৈবা নীংতম্বা লৈবাক অমগী তৌফম থোকপা মথৌ তৌরি। মসিদা পেন্দে থাজদে হায়দুনা ঙাইঙমদদুনা ইবাং হৌবদি নশানা নশাবু থাজজদবা তাকপনি। (লাউদুনা) লমদমসি নোংশাবনা পানবা লৈবাকনি। নখোয়না ঐগী মুর্ত্তি পুং ঝান খিঙদুনা পুবগা ইফিজি শাদুনা মৈ থাবগা নাচুংবীগদবা নোংশাবা নত্তে। এম এল এ ওইৎবদগী, মিনিষ্টর ওইৎবদগী, পাঙদবা ইশাগী ফিরেপ পান্দম লৈতবা, ইথৌ মশক খঙদবা মীশক্লুম, ফম থাদোক্কদবা নোংশাবা নত্তে। ইবাং হৌদুনা প্রজাবু ব্রাহনবনা মহৈ তম্বা ছাত্রগী মথৌনি খনগনু। ডিষ্ট্রিক খবদা প্রজানা পামদবা আইনশিং চাংয়েং তৌগনি হাযবসিদা ইরাং হৌরিবা নখোয়না ইরাং লোইশিল্লোই হায়রগদি নখোয়বু আইন অমগী মখাদা ফাজিন্দুনা জেলদা নমশিল্লোইদবগী মবম কবিনো? (কন্না লাউদুনা) ঐখোয়বু কুম্মৈ যেংউ হায়ববা? লৈবাক ঙাকউ হায়বরা?

প্রেমজিৎ - ঐখোয় চাংয়েং পামদে। লমদমসিগী প্রজাশিং বিজ্ঞানগী চাংয়েংগীদমক অতিয়াদা থাগৎপা জীবশিংদু নত্তে। অমুবা আইনশিংবু লমদমসিগী লৈমাযদগী লৌথোকপা ঙমলোইদবা ওইববদি চীফ মিনিষ্টবগী ফম কোন্দুনা লৈবীবগী অর্থ লৈবোই। মী তাবা মীয়াম লৈবা মফমদা জঙ্গলদা চলাইগদবা আইনশিং চলাইবা যাবোই।

নোংশাবা - (খুবাক খুবগা) ভেবি গুড! ভেরি গুড! করিগীদমক নখোয়না অমুবা আইন হায়বিবদু লমদমসিদা চলাইরিবনো হায়বদি নখোয় খঙব্রা? লমদমসিদা খুৎলাই পায়দুনা লালহৌরিবা খুঙ্গং খুনয়া চীংয়া তময়াশিংদা শান্তী থুগায়বিবা নোংমৈ পায়বা বোম পায়বশিংদুগী ঈহৌ লমদমসিগী লৈমায়দগী মুখৎপা ঙম্লব্রা?

মখোয়গী শেনখায় পীয়ু য়াদবগী, মখোয় মশেল শক্তি তান্নবগী হাংনবা মীহাংশিংগী মবমদনা নখোয় লূপ ৫২ গী খোল্লাওদু কৈদৌদুনা লৈ?

প্রেমজিৎ - ঐখোয়দি প্রজানি। প্রজানা লালহৌবগী সমস্যা লোইশিনগদবা নত্তে। মদুদি সরকারগী মথৌনি।

নোংশাবা - সবকারসু প্রজাগীনি। লালহৌবসু প্রজাগীনি। হৌজিক জ্ঞান তাগদবসি প্রজানি। নখোয়গী ঈহৌসিদি লালহৌবনা ইনশিল্লগা হৌবা ঈহৌনি।

প্রেমজিৎ - ঐখোয়বু সবকারনা লান্না উফম থোক্তে। ঐখোয়গী ঈহৌ কনানসু ইনশিন্দে। মীয়ামগী ঈহৌদি কৈদৌঙৈদসু শক্তি অমনা ইনশিনবনা ওইদে। কুইনা খাঙলক্লবা অব্রাবগী মৈবি হৌনরুবা নাইদনা মৈৰাইবকপনি।

নোংশাবা - (ঙেক ফমথরগা) ডি আই জি সাহেব! ইবুংঙোসি পূথোকখ্রো! ঐ কেবিনেত্তা ব্রাফমসি পূথোক্লগা অমুক্সু খন্নগে। থৌবা! ময়ামসি জ্ঞান তানা পুখো।

প্রেমজিৎ - লমদমসিদগী অমুবা আইনশিং লৌথোক্লগনি অমদি লৌথোক্লে হায়বা সবকাবগী ফিবেপ হোঙদ্রিবা মখেদি মীযামগী ঈহৌ অসিগী অবোইবা নাইবোই!

নোংশাবা - ব্রা ঙাঙনবদা জ্ঞান তাববোইদবা মীদি খুৎলাই থাদুনা ব্রারকপা তায়। লমহেনবা প্রজা ব্রাবকপদা চিংনবা পোকপা হৌনদে, টিয়ব গ্যাস, ববব বুলেট কাপশিন্দুনা লাঠি চার্জ তৌদুনা লমহেনবশিংসিগী চপ চাবা ফঙফম থোকপা অব্রাবা নঙহননবা থৌবাং তৌ। (জ্ঞান তানা, থওইদনা ফমদুনা লৈখি)

প্রেমজিৎ - (লাউশিন্দুনা) ঐখোয় জ্ঞান যাওদবা মী নত্তে। জ্ঞান তাদবা মী নত্তে।

যুগীন্দ্র - (প্রেমজিৎপু মশা তাপ ফারগা) য়াবে ইবুংঙো লেঙথোক্লসি।

মীয়ামগী অপান্বা মত্তুং ইন্না ওনরেবল সি এম দা পীশিনফম থোকপা মেমোরেন্দম পীরে। অদুক য়াম্না ইবুংঙোনা ব্রা ভাঙবগী মথৌ তাদ্রে।

প্রেমজিৎ - (লাউদুনা) ঐখোয় শিখিবা য়াই। অদুবু, থব্রায়না পোন্থা পীখ্রবসু মীয়ামগীদমক থাঙজিল্লুবিবা খোঙফমসিদি ঐখোয় হন্দোক্লোই।

যুগীন্দ্র - (প্রেমজিৎপু ইল্লগা) য়ারে- ইবুংঙো! মখা তানববোইসি। (প্রেমজিৎপু ইন্দুনা পুথোক্লক্লবা হোৎনৈ)

প্রেমজিৎ - (লাউদুনা) মী হাৎপা চীফ মিনিষ্টব। (নোংশাবা ফুক হৌগৎলি, মমিৎ শঙদোক্তুনা প্রেমজিত্তা য়েংই যুগীন্দ্রনা প্রেমজিৎপু চিংদুনা পুথোকখি)

নোংশাবা - (শাউদুনা) ঐবু - ঐবু মীহাৎপা চীফ মিনিষ্টব ! (শাউনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি, তাঞ্জাসিদা এলিজাবেথ চঙলকই মশা নাল্লি, মতমগী ফিজোল শেৎলি, মহাক্কা থাদোইগা লোইনবকই, থাদোইসু মতমগী লৈশাবীগী ফিজোল শেৎলি)

অনীমক - গুড ইভনিং অঙ্কল!

নোংশাবা - গুড ইভনিং! (শ্বব হন্থরগা) কদোমদগীনো নখোয় অনীদি?

এলিজাবেথ - অঙ্কল ঐখোয় য়ূথ ফেষ্টিবেল ডিস মন্থুকী ২৫ দা হৌননবা লেপ্লে। অঙ্কলনা চীফ গেষ্ট ওইবীয়ু হায়জবা লাকপনি।

নোংশাবা - হৌজিক্কী ইবাং মতা অসিদা য়ূথ ফেষ্টিবেল কবম্না তৌগদৌবিবনো?

থাদোই - ইন্টরনেসনেল য়ূথ ফেষ্টিবেল ক্যবাদা তৌগদৌবিবা থৌবমগা মরী লৈননা লমদম অসিগী ওইনা পাঙথোক্কদবনি। ঐখোয়গী থৌবমসিদি অখন্নবা থৌবমনি। (মোবাইলদা টেলিফোন লাকই, নোংশাবনা ওফ তৌবগা থম্মী) নুমিৎসিদা বন্দ, ধারনা, ষ্ট্রাইক মখল অমত্তা তৌবিদনবা ঐখোযনা মাঙজৌননা পাউ পীজখ্রে। নুমিৎসি ওর্গনাইজেসন অমতগী ইবাং লৈবোই অঙ্কল।

এলিজাবেথ - অঙ্কল (থাদোইদা) মাবু খঙদবরনে! মহাক ডি আই জি যুগীন্দ্রগী লাষ্ট ডটর থাদোইনি। ঐগীসু বেষ্ট ফ্রেন্দ ওইবনি।

নোংশাবা - খঙই (নোক্লগা) ইচাবু কবি খঙদনি।

এলিজাবেথ - অদু ঐখোয়না মেনলি শীনবা প্রোগ্রাম ওইবনিনা অঙ্কল য়াওদবা য়াবোইদবা। (চে পী) এক্সেপ তৌবিয়ো অঙ্কল!

নোংশাবা - (চে লৌবগা) কনানা প্রসিডেন্ট ওইগদবনো?

থাদোই - য়ুথ এণ্ড সোসিয়েল ৱেলফিয়াবগী মিনিষ্টবসু ওইবিরিবী এলিজাবেটখোয়গী ইমা খনোংলানা সভাপতি ওইবিগনি অঙ্কল!

নোংশাবা - (নোকমি) ও: (এলিজাবেথতা) পুং কয়াদা হৌগদবনো? (চেদা য়েংই) পুং অনী। ঐদি কৈদৌঙৈদসু মতম শোয়না চত্তে হায়বদি নখোয় খঙইকো!

এলিজাবেথ - (নোকশিল্লগা) অঙ্কল! ঐ নহাক্কী কেবিনেট মিনিষ্টব গী মচানুপী এলিজাবেথনি। অঙ্কলগী অনীংবা অপাম্বা ঐখোয ফোলো তৌজগনি! (মংলেম মোবাইল পাযদুনা চঙলকই)

মংলেম - ওঝা টেলিফোন!

নোংশাবা - ঙাইহাক লৈরগা তৌবকউ হায়য়ু।

মংলেম - ওঝা! নুংশিবা সহেগল!

নোংশাবা - (হবাওনা) হ: (মোবাইল লৌই, লাউদুনা) নুংশিবা! আই এম নোংশাবা! য়ুওর অঙ্কল নোংশাবা! (ঙক্লা) হ্নাই? করিগী কলকতাদা লাকলিবা?

নুংশিবা - (টেলিফোন্দা) অঙ্কল ঐ মোনিপুব ইম্ফাল ওন টুয়েন্টিফাইভ ওফ ডিস মন্থ লাক্কনি। (মংলেম চঙখি)

নোংশাবা - কবম্বা ফ্লাইত্তা?

নুংশিবা - জেট কী টিকেট ককলে। টু পি এম ইজ ডি এবাইভিং তাইম।

নোংশাবা - ও: কে মাই সন অঙ্কলনা ইচাবু ওক্লমগে। ইতৈমবুসু নহাক্লা ইম্ফালদা পুবিরকপা য়াদববা?

নুংশিবা - ইমা ইম্ফাল চৎপা পামদ্রে, অলোইজ সি পাগাবু খল্লে। ইমা ইংলেন্দা লৈরে। ঐ ইথন্তা ইম্ফাল লাক্কনি।

নোংশাবা - (হরাওনা) ও: কে মাই সন! লোং তাইম অঙ্কলগী নাক্তা লৈয়ু, নহাক্কী অঙ্কল শ্যামসুন্দরসু গৱাদা সি.আর.পি এফকী আই জি পি ওইনা ডিপুটেসন্দা চৎখ্রে, নঙগী অন্তি অমদি ননাওশিং পূম্নমক পুখ্রে, ইম্ফালদা লৈবিবসে নঙগী অঙ্কল ইতোমতা ঙাইরে। নহাক্কী গ্রান মাডবসু লৈখিদ্রে। অঙ্কলগী অচিকপসে নহাক্কা ইনাক্তা লৈবগা থুগাইরো!

নুংশিবা - ও: কে অঙ্কল! ঐ টেবেন্টিফিফথকী টু পি এমদা ইম্ফালদা লেন্দিং তৌগনি। থ্রি মনথস অঙ্কলগা লৈগনি। বাই অঙ্কল।

নোংশাবা - (নুংশিনা) বাই মাই সন! অঙ্কলনা নহাকপু এবোদ্রোমদা ওক্লমগে। বাই মাই সন! (মোবাইল ওফ তৌই) এলিজাবেথ!

এলিজাবেথ - য়েস অঙ্কল!

নোংশাবা - ইচাগী পুং অনীগী প্রোগ্রামদু অঙ্কল থেঙলক্লগনি। ওন ডেট ডে ঐগী ইচানুপা নুংশিবা সহেংগল ইম্ফালদা থুংলরগনি।

এলিজাবেথ - (ঙক্লা) হ্বাট! এ বেচেলবস সন!

থাদোই - (নোক্লগা) অঙ্কলদি পাখঙনি হায়দুনা লৈবাক্লা ঙাঙনরি - অঙ্কলগী ইচানুপা হায়বসি কদোমদগীনো?

নোংশাবা - ঐহাক্কী ইয়াম্বগী মচানুপানি। ঐগী ইচানি।

এলিজাবেথ - ঐখোয়না মহাকপু য়ুথ ফেষ্টিবেলগী ইনোগরেল সিরেমোনিদা গেষ্ট ওফ ওর্নব ওইহনগনি।

থাদোই - ইনভাইটেসন কার্ডতা ঐখোয়না মহাক্কী মমিংসু নমগনি অঙ্কল।

নোংশাবা - (হবাওনা নোক্লগা) ফরে, ইচাশিংনা শীনবদু অঙ্কল য়াবগে।

এলিজাবেথ - অদুদি ইনোগরেল ফঙ্কসন পুং অহুমদা হোংদোকলগে অঙ্কল! (নোংশাবনা 'ওকে' হায়দুনা মঙক নোম্লকই)

থাদোই - (হরাওনা) থেঙ্ক য়ু অঙ্কল!

এলিজাবেথ - (হরাওনা) থেঙ্ক য়ু অঙ্কল!

নোংশাবা - (নোক্লগা) য়াবে য়ারে! নখোয় যৌরো।(অনীমক হরাওনা থোকখি) নুংশিবা সহেগল লাক্লগদবা! হরাওই! (মপান্দা রবর বুলেট কাপ্পা, নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তায় মীয়াম লাঙবা তায়)

লুচিংবা - (মনুংদা লাউদুনা) ময়াম চেনবীগনু! অমুবা আইনশিং

ময়াম - লৌথোকউ! (নোংমৈ কাপ্পী)

লুচিংবা - অমুবা আইনশিং

ময়াম - লৌথোকউ! (নোংশাবা থওইদনা ইমুংদা চঙখি)

লুচিংবা - মীহাৎপা মিনিষ্টব

ময়াম - বিজাইন তৌ।

লুচিংবা - ময়াম চেনবীগনু - চেনবীগনু! (নোংমৈ মখোল, ববব বুলেট মখোল তায়)

## অহানবা উৎপা লোইবা

# অনীশুবা উৎপা

(চীফ মিনিষ্টর নোংশাবগী সেক্রেটরিয়েট অফিস, নুংথিল, মংলেম থোক্লকই)

মংলেম (মতোমতা) চীফ মিনিষ্টরগী সেক্রেটরী, চীফ মিনিষ্টরগী পি এ, চীফ মিনিষ্টরগী পি আর ও মমাঙগৈদদি হায়নরিবনি ঐথোয়গীদি লোইরেনে। লুপা অমা লৌরম্বদা খুদক্তা সসপেন্দ। চীফ মিনিষ্টরগী মনাক্তা লৈবা পান্নদবা সেক্রেটরিয়েটকী ষ্টাফ অমত্তা লৈতবনি হন্দক্তি পান্নবা অমত্তা লৈত্রে। (মতৌ তমদুনা) ঐ নোংশাবনি। কিং ওফ ডি বিষ্ট! হায়দুনা মশাসি ফন্দোরকপদা সরকারগী য়েপনিংবা লৌনিংবা কর্ম্মচারী অমত্তা মনাক্তা চঙনিংদ্রে। (টেলিফোন লাকই, পায়বগা) হেলো! চীফ মিনিষ্টর সেক্রেটরিয়েট! তাকপীয়ু! চীফ মিনিষ্টব কেন্দ্রগী লুহোংবা অমা চৎখি, ষষ্টি অমসু চঙলক্কনি, হৈজিংপোৎ, হৈজিংপোৎ অমসু য়াওবক্কনি, অহোয় তাকাপিয়ু ! অহোয়! অহোয়! অহোয় তাকপিয়ু! অহোয়! অহোয়! ফনি!ফনি! (থম্মী) ঐ ওইবগী খাঙবনি। তলবতগী হেন্না ফুরিৎখাউদা শিকি অমা অতৈদগী চঙবা ঙমদবা! হৌখিবা চীফ মিনিষ্টরশিংদি ১০%, ২০%, ৫০% .... মমিং লৈনরিবনি। মানদি পাখঙ ওইবনিনা নুপী লৈববা ইচা লৈরবা কয়াগী অৱাবদি কদায়দগী খঙনি। শিরবসু মতোমতনি হায়দুনা ঙাঙনিংবা ঙাঙবা কিদ্রে, নহারোল নোংমৈ পাইবী হান্নগী মিনিষ্টব মখৈনা সলাম কোত্তুনা হৈকৎ-লৈকৎ থিন্নরিবশিংসিদা শঙদোক্তুনা নোংশাবনি ঐদি পোর্টফোলিও অমত্তসু পায়দবা চীফ মিনিষ্টরনি হায়দুনা লাউবনদি লম্বীদা এম্বুস তৌরকপা তাবনি, মৈরা পায়বী মৈনম পায়বী ময়াম থোরকপা তাবনি। (টেলিফোন লাকই) লাকপ্পপোৎনি। মসিদি দিল লেল্লগে, (শুমাঙ লীলাগী অহল অমগী মখোল শাদুনা) চীফ মিনিষ্টর সাহেব কেন্দ্রদা চৎখি ইচাগী খোঞ্জেল

মানবা! নঙনা মাবু উন্নবা ফঙলোই। ঙসিদি কেন্দ্রগী নুমিৎনি। হোয়নে ইচা মানবা! ইপাদি চীফ মিনিষ্টরগীদা পি আর ও ওইদুনা লৈরে। হা কৈদৌরে অহল ওইরক্তুনা শুমাঙ লীলা পোখ্খারে। (টেলিফোন থম্মী) কমদৌই ওফিসকী থবক্তি শুদনা লৈবা হৌনদে, দিল লেনগে। শানগেদা ঙসিদি,(টেলিফোন অমুক লাকই, তাপ পায়রগা, লীলা য়াউবী নুপী মখোল অমা শারগা) হেলো! (নোকলগা) লৈতেয়ে তামো! চীফ মিনিষ্টরদু ঙসিদি কেন্দ্র চৎখিবা, লুহোংবা অমসু লৈবা, খঙদেদা তামো ঐখোয় তামোসি পাখঙদি পাখঙনি হায়বু কোইরিদি অমুক্তোইবা! ঐবুরো তামো! হায়মা ! ঐবু খঙবিদ্রবো হায়বীরিসিবো! সনাতোম্বীনে' লীলা খরা হাঙই হায়দুনা চীফ মিনিষ্টব সেক্রেটরিয়েত্তা লৈজববা! লেঙবীবকউ তামো! ফনি তামো! (টেলিফোন থম্মী মবৈ তিংথোকই টেলিফোন অমা লাকই) লৈতে হায়ববমক্তদা - টেলিফোন (পায়বগা) মরূপ! ও: (নুপা লীলাগী আর্টিষ্ট অমগী মতৌ তমদুনা) ঙসি য়াইফববা নুমিৎ ওইবমদুনা লৈবাক্কী ওইবা ভোট ফংগদবা বার্ত্তন খবা লৈবনা চীফ মিনিষ্টব সাহেব লেঙথোকখ্রে । অহোয়! অহোয়! নীনি পানবা থাজনা অতিয়াদা থোরকপা হায়বসিদি থেঙগনি। থানা থেঙনা থোবকপা মতমদা টেলিফোন পায়বীবকউ - অহিং থেঙনা তুমগনবা ওইবনা ঐ পাউ পিজগে গুড বাই! (টেলিফোন থম্মী) লৈতে হায়রমক্তদা শুম খিঙজিল্লকই (টেলিফোন অমুক খিঙজিল্লকই, শাউনা তাপ পায়রগা) হেলো! (শুমাঙ লীলা আর্টিষ্ট অমগী মতৌ তম্নগা) হায়! লৈমা! নুংশিব্রেদকো নুংশিবী! ঙসিদি নখোলদু তাবদা শোম্বক্রববা ইশাসি খঙকন হেক কনখৎলিদা! হেলো! চীফ মিনিষ্টর! ইবেম্মা সিদি খুদেংথাবীনি রোঙ নম্বব! (টেলিফোন থম্মী) ঙমদ্রে অস! (টেলিফোন খিংই, মুন্না য়েংই, পাযদে, মতোমতা মুৎখি) মসিনা হেক ফবা! (তাঞ্জাসিদা খনোংলা তাম্বুল চঙলকই,

মশম তেল্লি, মেডি খুউ য়ৌবা শেংলি, অনোক উল্লী, বেক অচৌবা অমা য়াল্লি, মংলেম ফুক হৌগংলি) মেডাম- সি এম লৈতে। কেন্দ্রদা লেঙখি!

খনোংলা - হৌজিক লাক্কনি। ঐগা পাউ ফাউনরে!

মংলেম - ফনি মেডাম লেঙশিনবীয়ু!

খনোংলা - (থওইদনা) য়ারে। সেক্রেটরী লৈব্রা?

মংলেম - ঙসিদি ছুটি লৌখি মেডাম! (চীফ মিনিষ্টর লাকপগী সাইলেন খোঙবা গাড়ি ময়াম খামখিবগী মখোল তায়) সি এম লাকপ্লে মেডাম! লেঙশিনবীয়ু য়ানি। (মপান থোকখি খনোংলানা হায়ফেৎ কোয়না য়েংলগা থওইদনা লৈ, সি এম নোংশাবা চঙলকই)

নোংশাবা - গুড ইভিনিং মিসেস খনোংলা!

খনোংলা - (মখুৎ তিংথোক্নুনা শোক্লগা) গুড ইভনিং লাইওন!

নোংশাবা - (মখুৎ শোক্লরম্বদগী লৈথোক্লগা) মিসেস খনোংলা! ঐবু অমুক হন্না লাইওন কৌরক্তুননবা ঐনা কয়ারক হন্না হায়জখো হায়বনো?

খনোংলা - কা অসিদা লৈরিবসি ঐখোয় অনীতনি। মীওইবা মশানা মশাগী আইদেন্তিতিবু কাউনদবা ফৈ খল্লি।

নোংশাবা - (চীংলেম্না) নহাক ঐগী মরুপ দেবিডকী লোয়নবীনি। দেবিড লৈখিদ্রবসু ঐনা নঙবু ইকায়খুম্নরি। ব্যবাহার তৌরি অদুমক্তনা ঐগী গোভরনমেন্ট অসিদা কেবিনেট মিনিষ্টর ওইহল্লি। ঐনা ঙসি নহাকপু উম্নবা পাম্বগী মরম নহাক মাঙজৌননা খঙলমগনি খল্লি!

খনোংলা - (নোক্লগা) ঐহাক উনশানা কুপ্পা মীওইবগী পুক্লিং ৰাখল কৈদৌঙৈদসু উবা ঙমদে। নহাক্না করি পাম্বগে হায়বদু নহাক্লা হায়দনা ঐনা করম্না খঙগনি!

| | | |
|---|---|---|
| নোংশাবা | - | (কৌদুনা) মংলেম! |
| মংলেম | - | ওঝা ঐ লৈজে। (মনুংদগী খুন্নকই) |
| নোংশাবা | - | মনুংদা মী অমত্তা, চঙহল্লকনু। |
| মংলেম | - | (মনুংদগী) ফনি ওঝা! |
| নোংশাবা | - | (খনোংলাদা) ঐহাক লৈবাক অসিগী মীয়ামদা মীয়ামগী মীহুৎনা লৈবাক ঙাকপগী চপ- চাবা মহাও অদু পীবা পাম্মী। ঐগী রাফম থওইদবা মিনিষ্টরশিং ঐগী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টরদগী লৌথোকপা হায়রসি ঐগী ফিবেপনি। |
| খনোংলা | - | রাফমদু ঐগী ইফমদা নহাক্না অমুক নীংশিংবগী মরম কবিনো? |
| নোংশাবা | - | য়ৃথকী মশা ফননবা পায়খৎকদবা লুপা ক্রোর মঙাগী শেনফম কাইথোক্লগা নহাক্না ক্রোব অনীতমক শীজিন্নবগা ক্রোব অহুম কদায়দা থমগ্রে। |
| খনোংলা | - | (শাউনা) ওনবেবল সি এমনা নহাক্কী মিনিষ্টরশিংগী থবক খুদিংমক্তা ইনভেষ্টিগেট তৌবনা সরকাব মবা চেৎননবা মচাক কৈদৌঙৈদসু ওইরোই। ঐহাক মিনিষ্টর অমা ওইনা ইশাগী পোর্টফোলিওগী জুরিডিক্সন রাংমা লান্না কনাদসু খুৎ থিংজিন্দ। ইশাগী ইথৌ মশক খঙদবা মীওইসু নত্তে। |
| নোংশাবা | - | (নোক্লগা) মিসেস খনোংলা! ঐগী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবশিংনা অরানবা তৌরক্লগা তুমিন্না লৈথোক্কদবা নোংশাবদি নত্তে। |
| খনোংলা | - | (শাউনা) ঐনা ইলেক্সন ফাইত তৌবকপা কনাগী মতেংননো? ঐনা মখোয়না পীয়ু হায়বা শেনফম পীদবা যাববা? মিনিষ্টর ওইবা তোকউ হায়রবসু ঐ তোক্কে। ঐ মখোয়না হায়রকপা থবক তৌদবদি ঙম্লোই। |
| নোংশাবা | - | (খঙলাউ লাউদুনা) হৌজিক মীয়ার্মগী মীহুৎনা লৈবাক ঙাকলে। ঐখোয়গী ইথক্তা করিগী খুৎলাই পায়দুনা মখোয়না লানগী শেম শাগদৌরিবনো? ঐখোয় লান লোইশ্রে, ঐখে |

লানফম থাদোকখ্রে, কনানো ঐখোয়বু খুৎলাই উত্তুনা ধমকা তৌদুনা কিহল্লিবা! দেবিড! ঐগী মরুপ দেবিডনা অশাংবা লান পামখিদে। ঐনা চপ চাবা মীয়ামগী মীহুৎনা লৈঙাকপা লমদম অমগী লৈঙাকলোনগী - নীংতম্বা লৈবাক্কী নুংঙাইবা মহাও প্রজাশিংদা পীরি মসিদা ঐখোয়গী ইথক্তা শেলগী ডিমান্দ তাল্লকপসু য়াবরা?

খনোংলা - হৌজিক নীংতম্বগী লান লোইখ্রি। ঐগী প্রজাশিংবু ঐগী মীয়ামবু নহাক্কা মীনম্বা কৈদৌঙেদসু য়ারোই। ঐখোয় নাগাশিংগী অপূনবা নীংতম্বগী লানফমগী মৈরি লোইখ্রি। নাকল অমদা অপুনবা নীংতম লালহৌগী মায়পাকপা মরোমদোম লেপচবা লৈবাক্কী নীংতম্বগী নুংঙাইবদু ঐখোয় ফঙখ্রি। ঐখোয় খরনা লৈবাক পুবসিনা লেমহৌরিবা চীংনুং- মানুংদা তিম্ফা-কাকফে মরক্তা, উরক-ব্বারক্তা সফর তৌবিবশিংনা পেনথোকপা ঙমখ্রি।

নোংশাবা - (শাউনা) চাম্মরক হন্না ঐনা হায়খ্রে। ঐখোয় তোখায় তাবনা নীংতম্বা লৈবাক অমগী চপ চাবা নুংঙাইবদু মতম পুম্বগী ফঙগনি থাজদ্রে। লৈবাক পুরিবা ঐখোয় কনা কনানো? চীংনুং- মানুংদা চাদ- থক্তনা অব্বাবা কয়া খাঙনা লাম্ব্লেংনরকপশিং ঐখোয়গী ব্বা মখোয়না কবিগী তাদে! (হস্থবগা) হৌজিক্তি, ঐখোয়গী ব্বা তাদুনা মখোয় থোরক্কদবনি। মখোয় খুৎলাই থাদোক্কদবনি। মখোয় কনাদসু ঐখোয়না মতেং পাঙলোইদবনি।

খনোংলা - অদুদি ঐখোয় মখোয়গা কাপ্লদুনা শিবা তাবরা? নত্রগা মখোয় শিবা তাবরা? ঐ য়াম্না মুন্না খল্লগা মতেং পীবনি।

নোংশাবা - নহাক নশাগী প্রোপরটিদগী নহাক্কা কনাগুম্বা অমদা মত্তেং পীরম্বগীদি ঐগী মায়কৈদগী অথিংবা লৈতে। সরকারগী লন নয়া পৈশা অমতসু নিয়ম লান্না শীজিন্নরম্লবদি মদুগী চপ- চাবা দন্দি পীদনা নোংশাবনা তোক্লোই। ঐগী সরকারদা শাস্তি ওইদবসু য়ারোই।

খনোংলা - (শাউনা) মিষ্টর লাইওন! নহাক্না কিহনবদা নঙগী মিনিষ্টর অতৈনা কিবগুম খনোংলা তাঙ্খুলনা কিগদবা নত্তে। শিবা অমসুং হিংবা অনীমক ঐগী ইফমদদি অমত্তনি। ইংলেন্দদগী লাকপা রোহিত সিং সহেগল শিখিবদা নহাক্কী নহুত্তা কম্প্লাইন্দ ফোর্সকী মখুত্তা শিখিবদু ঐগী হৌজবেন্দনি। দেবিডকী নুপীমক ওইবনা ঐ পুকচেল খক শীকলোই!

নোংশাবা - (শাউনা) মিসেস খনোংলা! ঐখোয়না হিষ্টরি নৈনসি হায়বা নত্তে। নিয়ম চুম্না লৈবাক ঙাকসি হায়বনি। নিয়ম চুম্না লৈবাক ঙাকপদা লাক্কদবা নীংতম্বগী লালহৌসি কবম্বনো? ইন্দিয়াগী মনুংচনবা লৈবাক অমা ওইজরবসু নোংশাবগী সরকারবু ভারত সরকারনা কিরিবা করিগীনো? ঐ- ঐ ভিক্ষারিগুম নোম্বদে। ঐগী ইফমদা ওইদবা য়াদে - চিরোন য়াদে।

খনোংলা - চহী য়াঙ্খ্রে হেল্লবা নাগাগী নীংতম্বগী অপূনবা লীচিংবু নহাক্না থওইদবদি য়ারোই।

নোংশাবা - লমদমসি তোখায়দুনা মচেৎ তাবগী বাফম নাগা মীচম অমনা পঙাঙ ঙাঙবগুম ঐগী কেবিনেট মিনিষ্টর অমনা ঙাঙবদি য়ারোই।

খনোংলা - ঐহাক মিনিষ্টব ওইবদগী রিজাইন তৌবদি ঙমগনি অদুগা মীয়ামগী অপাম্বগী মায়োক্না লৈবদি ঙম্লোই। চীফ মিনিষ্টর অমা ওইনা নহাক্কী মিনিষ্টরশিংবু নহাক্কী অপাম্বদুতা তৌগদবনি হায়বসু খনোংলা তাঙ্খুলনা তাদুনা খক লৈথোক্লোই।

নোংশাবা - নহাক্কী বারেপ্পা অদু য়ৌরবদি-

খনোংলা - (শাউনা মরক থৎলগা) ঐবু মিনিষ্টর ওইগনু হায়বরা? ঐ তোক্লে! রিজাইন তৌগে।

নোংশাবা - মীয়ামগী/লৈবাক্কী শেনফমদি নহাক্না লমদমসিগী মনিং থুংদ্রবা পেন্দ্রবা অবাবা মায়োক্লরবা মথৌ ওইরবা নহাশিংগী মখুত্তা শীন্নবম্বা তায়।

খনোংলা - (শাউনা) শেল লৈত্রে। ঐনা শীফম থোকপা নহাশিংদা শীগ্নে।

নোংশাবা - (শাউনা) চয়োল অমগী মতম পীগনি। মতম অদুগী মনুংদা চপ-চাবা নীয়ম চুম্না ওইফম থোকপশিং ঐগী টেবলদা থম্লগদবনি। মদু ঙমদ্রবদি ঐনা লৌখৎলকপা থবক্তা নহাক্না ৱারৌফম থোক্কে।

খনোৎলা - ঐ খনোৎলা তাম্ভুলনি। চীফ মার্সেল দেবিডকী মচা লৈরবী লোয়নবীনি। মিনিষ্টর ওইদবতা নত্তনা এম এল এ ওইবদগী ঐনা রিজাইন তৌদুনা চৎখিবদা নহাক্না কৈদৌঙৈদসু লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টর ওইবা য়াবোই।

নোংশাবা - (শাউনা) ঐবু কিহল্লগা ইশাগী ৱাবেপ হোংগদবা নোংশাবা নত্তে। চপ- চাবা নীংতম্বগী মহাও লমদমসিগী প্রজাশিংদা পীসি হায়দুনা শেমখিবা মীয়ামগী সবকাবনি। হুবানসি হায়দুনা শেমখিবা নত্তে।

খনোৎলা - ঐহাক হুরানবা নত্তে। ইশাগী তৌফম থোকপা ইথৌ ইশানা তৌবনি।

নোংশাবা - (শাউবা ফাথরগা) ঐনা হায়বিবসিগী অর্থ হৌজিক ফাওবা খঙবা ঙমদ্রিবা করিগীনো?

খনোৎলা - ঙাঙনবিবা ৱাফমসিদা জ্ঞান তাদ্রিবসি কনানো? সবকাব হায়বসিদি মনুং অমসুং মপান অনীগী শাসন তৌগদবনি।

নোংশাবা - (লাউদুনা) ঐনা চীফ মিনিষ্টর ওইবা লৈবাকসিদা লালহৌবা অমত্তা লৈবা য়ারোই। টেবোবিষ্টকী এক্তিভিটি অমত্তনা মখা তাবা য়াবোই। মরমদি ঐহাক লান্দে, অচুম্বা শাসনদা ঐনা লৈবাক পুরি। মসি পূম্নমকসি মখোয় খঙফম থোকই। ফোঙনা থোরকসনু। ঐনা মখোয় পূম্নমকপু থবক পীগনি। লমদমসিগী মীয়াম হুপ্না মীয়ামগী মীহুৎনা লৈঙাকপগী নুংঙাইবা ফঙহনগনি।

খনোৎলা - নহাক ঈশ্বব নত্তে, লাই নত্তে, শুপ্নতংগী চহী মঙাতংগী মীযামগী মীহুৎ ওইবনি। লমদমসিদা লৈবিবা মীপুম খুদিংমকপু মান্নবা চাকথুং পীদুনা নহাক্না মীপুম খুদিংমকপু পেলহনবা

ঙম্লোই। নপাম্বোম তিংদুনা নাপল তৌদুনা নহাক্কী মায়োক্তা লৈবশিংবু নহাক্লা শীঙনরিবা মিৎকুপ খুদিংমক্কী নহাক্কী মায়োক্তা মীয়ামগী ঈহৌ থোরক্কনি। নীংতম্বগী লান হায়বসিদি পৃথিবীদা মীওইবা জাতিনা লৈরিবা মখৈদি লৈগদবা লানফমনি। নহাক অমগী লান লোইখ্রে হায়দুনা মীপুম খুদিংমক্কীসু লান লোইয়ু হায়বা খক য়াবোই।

নোংশাবা - (লাউদুনা) মখা তাগনু! ঐ- ঐ নঙোন্দগী মখা তাবা ব্রা পামদে। নহাক নশাগী অরানবদু চুমথোক্লবা টেন দেজগী মতম ঐনা পীবি।

খনোংলা - (নোক্লগা) ঐহাক্কী ইফমদদি হৌজিক ঙাঙবা ব্রাফম অমসুং টেন দেজদা নত্তনা ঐগী লাষ্ট ব্রেডকী মতমদা ঙাঙবা ব্রা অমত্তনি। ঐহাক নহাক্লুম্বা ব্রাহে অনী ঙাঙবা মীওই নত্তে মিষ্টর লাইওন!

নোংশাবা - (শাউবা) ডোন্ট কোল মি লাইওন! ইট ইজ ডি লাষ্ট ব্রার্নিং টু য়ু মিসেস দেবিড!

খনোংলা - (নোকমি) থেঙ্ক য়ু ওনবেবল সি এম!

নোংশাবা - নুমিৎ তবানিগী মত্তুংদা ঐগা উন্নবা মতমদা মীয়ামগী সবকারগী লুচিংবী অমগী চপ চাবা অচুম্বা নীযমগী ক্লিয়ারিফিকেসনগা লোয়ননা ঐগা উন্নগদবনি।

খনোংলা - (নোকমি) থেঙ্ক য়ু সাব! ঐ খনোংলা তাঞ্জুলনি। গুড নাইট! ঐ য়ৌজবগে।

নোংশাবা - ও কে গুড নাইট! (খনোংলা থওইদনা হন্না যেংলমদনা চৎখি, নোংশাবা শাউনিংবা অমা ইহন হন্দে, হঙ্গৎ- হন্দা চৎলি) ঐগী ব্রাফম থওইদ্রবদি - মইাক্কী মহুত্তা লুংথর কৈশিং ওইনা মিনিষ্টর ওইহনগনি। লেম্নসু ঐনা তোক্লোই। (শাউনা চঙখি)

# অহমশুবা উংশা

(যুথ ফেষ্টিভেলগী হোল নুংথিল পুং ৩, প্রোগ্রাম কম্পিয়ার মশা নান্না সুট তাই পুন্দুনা মাইক্রফোন পায়দুনা থোরকই)

প্রোগ্রাম কম্পিয়ার - Today, people are organising the International Youth Festival in Cuba As a part of the Festival, different organisations of the youth and students of Manipur are also holding a five days long Youth Festival here. On the occasion of the inaugural function, now Ms Khanotla Tangkhul, Honourable Minister, Youth and Social Welfare, has kindly accepted our invitation to Preside over the function. She is now on the dais as the President and along with her, the Honourable Chief Minister of our state, Shri Nongshaba Meitei has also graced the function as the Chief Guest And ladies and gentlemen, in our midst again is Shri Nungshiba Sahegal coming all the way from London to grace the occasion as the Guest of Honour. You must be aware he is none other than the son of - well, the son of our Honourable CM's elder brother living in London Since the dignitaries had already taken their respective seats, ladies and gentlemen, may I now present you two persons who need no further introduction, namely Ms Elizabeth Tangkhul who is the Chairperson of the Reception Committee and Ms Thadoisana who is again the convenor of the Cultural Programmes of this Festival to welcome the respected audience with a dance performance. Ladies and gentlemen, please give these two young artistes a warm welcome. (ময়াম্না খুবাক খুই, হুইশেল খোঙনৈ, কম্পিয়ার চঙখি পুং- যন্ত্র থিল্লি

খোংই, এলিজাবেথ অমসুং থাদোইসনানা জগোই শাবগী ফিজোলদা থোরকই জগোইগী শাখেক্তা, মীয়াম্না খুবাক খুই, হুইশেল খোঙই, জগোই শাই ঈশৈ শকই)

**ঈশৈ**

নহাক লাক্লে তাবদা
চেঙ্খোক্লুনা য়েংজরি খোয়রাংলবা পুক্লিংনা
হে নহা ওইবা- হে মথোং কাবা
তরাম্না ওকচরি হরাওনা কৌজরি!!

ফজবী মতম নুংশিবগী মতম
য়েংবগী পেন্নাইদবা উবগী লোযনাইদবা,
আশাগী মৈবিনা নোংদোন খেৎনা পাইবা
তাঙনা লাকপা থাদোক্তনা থমনিংবা,
লৈবিয়ু ইনাক্তা ঐগী ওইজগে।।

থাদোকচনিংদে নঙসে ইনাক্তগী
থমজনিংই নঙবু পুক্সিগী ওইনা,
নুংশিবা লৈনম ফজবা হৈবাং
নঙগীনি য়েংনিংবা য়েংবগী পেন্নাইদবা
তরাম্না ওক্লি নঙবু ঐগী ওইজগে।।

(জগোই শাবা ঈশৈ শকপা লোইরকপদা মীয়াম্না খুবাক খুই হুইশেল খোংই - প্রোগ্রাম কম্পিয়ার মাইক্রফোন পায়দুনা থোরকই)

কম্পিয়ার - Ladies and gentlemen, just now you have enjoyed a song and dance performance from the two young artistes describing the prime time of our lives which we always want to hold back. Now, I request, the Honourable Guest of Honour Shri Nungshiba Sahegal who had arrived in Imphal just today from London to deliver a few words in this inaugural function. Please give him a warm cheering - now Nungshiba Sahegal. (মীয়াম্মা হৌনা খুবাক খুনবকই, সুট তাই পুন্দুনা মোমোন নোক্লা কেনা নুংশিবা সহেগল মখুৎ হাইদুনা থোক্লকই, মীয়াম্মা খুবাক খুবা লেপ্লদে, কম্পিয়াবদগী মাইক্রফোন লৌবগা)

নুংশিবা সহেগল - ময়াম পুম্নমকপু এট ফার্ষ্ট তাইম খুরমজরি! (মীয়াম্মা খুবাক খুনবকই, হুইশেল খোঙনরকই, নুংশিবা সহেগলনা নোকফেৎ তৌদুনা মীয়ামবু খুইরম্মী। মখা ঙাঙলকই) It is really a wonderful experience for me to be invited to this function as a man of importance by the organisers of this state First of all, I pay my regards and my respects to the beloved people of my state, next I extend my respects to today's President, Khanotla Tangkhul, Honourable Minister, Youth and Social Welfare and then my respect also goes to my uncle Shri Nongshaba Meitei, the Honourable Chief Minister

I had the opportunity to join such a Youth Festival five years ago in London. During the festival I came across a lot of different young people from all over the world and had the chance to know many things about their manners and customs, languages and cultures I had the opportunity to see different types of live performances by various young artistes and had also learnt many things about their countries I came across a

few delegates coming from India, but among them I could find none from Manipur That day I yearned to see at least a single face from this state but in vain, today I am so happy to see so many young faces, thousands of them before my eyes. I am so happy that words elude me. I regard the adolescent period of our lives as a very important stage When young people are given a healthy life they will be sure to give their country the chance to participate in the global political, economical as well as scientific competition Unfortunately there are also young people who are afraid of facing the insecurities in life - young people who have strayed from normal lives When I hear of them, when I hear such things about the young people of this place, my heart is filled with sadness, I cannot endure it This is my second visit here if what I have been told is right Once I came here while still inside my mother's womb And today is the second time I was born here, in Manipur This is my motherland (মীয়াম্মা খুবাক খুই) Today I have seen my own people I have heard them talking What are the young people of this state doing now? How are we making progress in the fields of education, science, art and culture, sports? Have we made innovations, conducted new experiments towards social progress? How are we going to show ourselves before the other developed nations in the world? This is what I ask The reply must be given by the youths of this land and it should be given to our motherland

When the young become drug addicts, when they start becoming terrorists in the name of revolution and vie with one another in using

better ways to terrorise people, when they are keen in forming associations and agitating against the government, burning effigies, stoning police barricades, when they become filled with jealousy against well off people, when they are lazy to earn for themselves with the means of honest labour and become accustomed to this habit. Can you imagine what will be our future prospects? We need to be an intelligent and healthy youth We must be the young people who would create our land into a peaceful and prosperous nation in the course of the race to progress like any other developed country on earth we must endeavour to climb up higher and higher on the ladder of progress and development we must always be alert so that we do not at any time slither down into the hell of regression.

It is also true that the young cannot become healthy and progressive with their own effort alone, they require a good environment, support and patronage of the government in short they need the strong support of a healthy society. It is my appeal to the people let us work hard to take our youths to the forefront in this global race especially in this age of science and computer If our youths as well as the government and the people do not turn their attention to create our land into a prosperous place with one mind and led by a fresh outlook, I am afraid, our youths may themeselves become instrumental in destroying this place its natural beauty, its culture, the beautifulness of its history everything. We should be very careful! There are a few lines by a famous poet-

The time of youth
Is not for life alone
The time of youth
Is a meeting place
Of the past and the future
Of the land-
A golden age

I once again thank you all. (মযামনা খুবাক খুই, এলিজাবেথ অমসুং থাদোইসনা থোক্লকই, এলিজাবেথনা মখুত্তা লৈ পবেং পায়বকই, থাদোইসনানা হান্না নুংশিবা সহেংলদা বেজ থেৎলি, মীয়াম খুবাক খুই, এলিজাবেথনা লৈ পবেং হুকই, মীয়াম্না খুবাক খুই, হুইশেল খোঙই)

নুংশিবা - Thank you, Thank you

এলিজাবেথ - Thank you Sir, for being with us in the programme

থাদোই - Thank you so much for accepting our request

নুংশিবা - You're a leader of the youth, (এলিজাবেথতা) your name please?

এলিজাবেথ - I'm Elizabeth Tangkhul I did my post graduation in Bangalore. I'm Minister Khanotla's daughter

নুংশিবা - And yours, please? (থাদোইদা)

থাদোই - I'm Thadoisana, DIG Jugindra's daughter I did my post graduation in Allahbad

নুংশিবা - I'm so happy to know you two young ladies Let me give an opportunity to participate further in this five days programme

এলিজাবেথ - Oh sure, sure You must also take part in the programme.

নুংশিবা - Thank you, thank you so much (মখুৎ হাইদুনা চৎখি, মীয়াম্না খুবাক খুই)

কম্পিয়ার - মথঙগী প্রোগ্রাম মখা চথননবা লমদমসিগী শক্লাইরবী শৈশকপী মিস রোজিতাদা মাইক্রফোন শিন্নজবি। (মীয়াম্না খুবাক খুই, কম্পিয়ার চঙখি)

**অহৌবা উৎপা লোইবা**

# মরিশুবা উৎপা

(মিনিষ্টব আব এস খনোৎলা তাম্বুলগী কাটর, নুংথিল, খনোৎলা মোবাইল ফোন্দা ব্বা ঙাও- ঙাওদুনা থোক্লকই)

খনোৎলা - (মোবাইলদা) ঐগী কামজোংগী প্রোগ্রাম কেন্সেল তৌবে। অ:অ:অ: সিবোইগী থৌৰম অদুমদি ঐ যাউনবা হোৎনগে। নেক্স ৱিক্কী দিল্লী প্রোগ্রামসু ঐ কেন্সেল তৌবে। ঐগী প্রোগ্রামশিং কেন্সেল তৌবগী মবমদি লৈবাক্কী ওইবিবা ইবাং অসিননি। হৌজিক তম্পাক লমগী মীয়াম্মা অন্দলোন, ষ্ট্রাইক, বন্দ অসুক্কী মতিক কুণ্ডই। অনদব ৱে ঐগী লনাই থবক খবসু লৈ। (প্রেমজিৎ মশা নান্না চঙলকই, খনোৎলানা ফম্মু ইঙ্গিৎ তৌই ব্বা ঙাওবদি লেপতে) অ: অ: অ: নহাক্কী ফাইলদু থাদোকখ্রবনি, অন্দব সেক্রেটৰীদবা, এস ওদবা লৈবম্বা যায়! চৎলগা হঙলু। যাবেকো! ওকে! (মোবাইল ওফ তৌই, প্রেমজিত্তা) কবি লৈববা? (ঘড়ি যেংলগা) ঙন্না লাকপা কবিগীনো?

প্রেমজিৎ - ঐ থবক অমা চৎচকুবনি, ইমা লৈ হায়দুনা সন্ত্রীনা হাযবদগী চঙজবকপনি।

খনোৎলা - ঙসি সেকেন্দ সটবডেনি, ঐ অফিস চত্তে।

প্রেমজিৎ - কেবিনেটকী কবি ব্বাবেপ লৈরবগে?

খনোৎলা - ঐ ঙবাংগী মীটিং য়াওদে। সি এমসি মঙক যাম্মা হাইগৎখ্রে। নখোয মৈতৈসি - চাউহনবা যাদে হাযনবসি চুমব্রা খল্লক্লে। ইভবি ঐগী মুভমেন্ট মহাক্না যেংশিনবগী মথৌ নত্তে। ইভন, নহাক্নদি ঐবু উন্নবা লাক্লি, অদুবু পাউদি হাফ এণ্ড আৱাবগী মনুংদা মাঙোন্দা যৌগনি।

প্রেমজিৎ - ঐখোযগী ৱাফম থওইদ্রবদি মহাকপু মতিক চাবা পডা তন্বীননবা ঐখোযগী থৌবাং শেম্বা লোইরে।ঐখোযনা মাঙোন্দা

খঙহন্ননবগী মতম শীরোই।মীয়ামগী য়েক্লববুদি মীয়াম্না মাঙহনগনি।

খনোংলা - মহাকপু নখোযনা তরাইনা খুদুম চনবা ঙ ম্লোই।

প্রেমজিৎ - লমদমসিগী মনুং মপান অনীমক্কী ঈহৌ মায় পাক্লবা ঐখোয়না লৌখৎলকপা থবকশিং কৈদৌঙৈদসু মায়থিবোই ইমা!

খনোংলা - লুরিবদি লমদমসিগী সেক্সন কয়াগী মীওই কাঙলুপশিংনা চীফ মিনিষ্টববু য়াই। বিলিজিয়স গ্রুফ কয়ানা মহাকপু ওণর তৌই। মহাকপু লমদমসিদা লৈবিবা অপংবা প্রজাশিংনা অচুম্বা চৎপা লমদমসিদা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা চীফ মিনিষ্টব ওইনা লৌই। ঐখোযনা পাঙথোকপা থবকশিংগী মাযোক্তা মহাক্লা হন্দ দাকপা লৈতনা লেপ্লবদি মহাক কনানো হাযবসি খঙহনবগী ব্রাফম এট- লাষ্টতা লাক্কনি। মতমদুদা ফন্দোক্লিবা মকোক অসে লৈখুন চঙগদবনি। মহাক লিন অমুক ওনগদবনি।

প্রেমজিৎ - অনদব ৱে, ঐনা ইমাদা হাযজনিংবা অমনা!

খনোংলা - হায়যু।

প্রেমজিৎ - চীফ মিনিষ্টবগী মচানুপানি হায়দুনা লমদমসিগী মীযাম্না মফম- মফম কযাদা মহাকপু কৌদুনা যেংনবিবা নুংশিবা সহেগলবু মতম পূম্নমক্তা ইমাগী ইচানুপী এলিজাবেথকা লোয়নহনবগী মবম কবিগীনো?

খনোংলা - ব্রাফমদুদি লৈশা- পাখঙগী ব্রানি ঐহাক থোইদোক্লা কেঅর লৌদে। পঙতিন তিন্নবনিনা।

প্রেমজিৎ - ব্রাফমসিনা অচৌবা ব্রাথোক অমা ওইবক্লবগী মবম ওইবকপসু য়াই ইমা!

খনোংলা - (প্রেমজিত্তা ফল্লপ য়েংলগা) সহেগলবু নখোয়না কিডনেপ তৌননবা থৌবাং লৈববা?

প্রেমজিৎ - ব্রাফমসি মথক্কী ব্রানি - ঐখোয়দা হৌজিক ফাওবগী ওর্ডবমক্তি লৈতে।

খনোংলা - নহাক্না সিগনেল উৎলবনিনা নখোয়না কবি পাল্লমগদগে ঐহাক খঙলে। ঐহাক ইচানুপীদা সহেংগলগা লোয়নদনবা এডভাইস পীগে। অদুবু, দেবিডনা হিংলিঙেদগী হৌনা ঐহাক্না রেস্সম তানবা টেবোবিষ্টকী থবকপুদি মতম পূম্নমক্তা পামখিদে। হৌজিকসু নীংতম লালহৌগী মিংদা মীয়ামদা নম হাবা থবক অমত্তদসু ঐহাক্না ইকায় খুম্নদে।

প্রেমজিৎ - ইমাবুদি মতম পূম্নমক্তা ঐখোযনা ওর্ণব তৌই। অদুবু নোংশাবগী থবক-থৌরমশিংবুদি ঐখোয়গী হাযব কাউন্সিলনা অমত্তা ওইবা ব্রাবেপ লেপ্লদুনা য়াদ্রে।

খনোংলা - হীবমসিদা নখোয়না ঐগী ইফমদা ইনফোবমেসন অমত্তা পীগনু। ঐবু মহাক্কী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবদগী ড্রোপ তৌহন্নবা মহাক্না হোৎনরিবা থৌবাংনা মায় পাকখিবা হায়বসি ঐতগী নত্তনা ঐখোযগী অহানবা মায়থিবগী মবমসু ওইগনি।

প্রেমজিৎ - ঐনা লাকচবিবসি ছাত্রশিংগী লুচিংবা নহা অমা ওইননি ইমা! ইমানা পুক্লিং হন্থবীবদি নুংঙাইজদে। কনানসু ঐখোযনা পাঙথোক্লিবা থবকশিং খঙবা ঙম্লোই।

খনোংলা - (নোক্লগা) আই নো যু মাই বোই! নহাকুম্না নমিৎ শিংবা থৌবাং হৈবা নহা ওইবশিংবু মতম পূম্নমক্তা ঐহাক্না থাগৎলি। (নুপা অমা চঙলকই)

নুপা - মেডাম - ডি আহ জি চঙহনগদবা?

খনোংলা - (প্রেমজিত্তা) প্রেমজিৎপু ইমূংদা নঙগী কাদা ফমহল্লু। ডি আই জি চঙহল্লকউ। ঐনা কৌবনি। মখোযগী থৌবাং পূম্নমক ঐনা লৈখা তাহনগনি।

নুপা - (প্রেমজিত্তা) অদুদি মনুংদা চঙসি!

প্রেমজিৎ - থেঙ্কয়ু! (চঙখি, খনোংলা চীংলেমনা ফম্মী, ডি আই জি চঙলকই, খনোংলাদা ওর্ণর তৌই)

| | | |
|---|---|---|
| যুগীন্দ্র | - | গুড ইভনিং মেডাম! |
| খনোংলা | - | গুড ইভনিং! ফম্মু! |
| যুগীন্দ্র | - | থেঙ্কয়ু মেডাম! (চঙশিল্লগা ফম্মী, খনোংলা হৌগংলগা চত্তুনা) |
| খনোংলা | - | মিষ্টর যুগীন্দ্র! |
| যুগীন্দ্র | - | তাকপীয়ু মেডাম! |
| খনোংলা | - | ঐগী মিংচং থীননবা নখোয়ন চথবল্লিবা থবক অসি নিযম চুমদবা অমনি। |
| যুগীন্দ্র | - | ইন্টলিজেন্স ব্রিংনা পীবকপা বিপোর্টনি মেডাম। মেডামনসু খঙবীবিবদুনি অসুক শাঙবা মতম লমদমসিদা ঐখোয়না থবক তৌজবকপদা পোত্থাফম খঙদবা হাযবসি ঐখোযগী সি এম সাহেবকী এডমিনিষ্ট্রেসন অসিনা মখাদগীনা মথক ফাওবা তুম্বা অমসুং চাবদা নত্তনা ঐখোয় পোত্থাবা ফঙদনা লৈবাকসিগী লো এণ্ড ওর্ডব স্মুথলি কন্ট্রোল তৌননবা হোংনজবনি। |
| খনোংলা | - | (শাউনা লাউদুনা) কেবিনেট মিনিষ্টব অমগী মথক্তা অবানবা চার্জ সিট শেম্বসিবা নখোয়না নথৌ ফজনা তৌই হাযবিবসে? ঐহাক মীনম্বা অমদি অরানবা য়াদবা মীওইনি। নখোয়না ফ্রেম তৌবিবা ইনভেষ্টিগেসন বিপোর্টু ঐঙোন্দা উহল্লু, ঐঙোন্দা সো তৌ! অদু নত্রবদি নখোয়গীসু অফবা ওইবোই। |
| যুগীন্দ্র | - | মেডামগীদমক ঐখোয় চার্জ সিট ফ্রেম তৌজদে। মেডামনা অকুপ্পা খঙবীনিংলবদি হোম মিনিষ্টরগী অয়াবা মাঙজৌননা লৌবীবনা অচুম্বা খোঙথাঙ ওইগনি। ঐখোয়বুসু লান্না খনবীগনু। ঐখোয় নিয়মগী মায়োক্তদি ইথৌ তৌজদে। |
| খনোংলা | - | (শাউনা) মিষ্টব যুগীন্দ্র! নহাক আব এস খনোংলা কনানো মশক খঙব্রা? |

যুগীন্দ - মেডামনা খঙবীনিংলিবা অমদি পাম্বীরিবা ব্রাফমদু খঙবা যাবা মফম ঐনা নীংশিংজখ্রে। থোইদোক্লা, ঐহাক ইশামক ইশাগী ইথৌ পাঙথোকপদা অকিবা নুংনাঙবা লৈবা মীওই অমমকসু নৎচদে।

খনোৎলা - (উশিত্তনা) ও! নহাক সি এমনা যায় হায়বগীদমক নাপল তৌগনু। নখোয়না থাঙজিল্লিবা খোঙথাং অদু ওপোজিসনগী মীওইশিংনা কবিগুম্বা পাউ হেক ফঙখিবদা লৈবাক ব্রাথোক্ল গদবা ব্রাফমনি। অদুগা কান্নদবা অরেম্বসু তাগদবা ব্রাফমনি। ঐহাক শেল নীযম চুম্মা শীজিন্নবা মিনিষ্টব অমনি হায়বগী চপ-চাবা প্রমান উৎননবা ঐনা শেম শাবা লোইবে।

যুগীন্দ্র - মেডামনা লানগে তৌরম্বা তোকথোক্লগা লান্দবা থবক্তা চখবীবকপদা হার্ম কবিসু লৈতে। থেঙ্ক যু মেডাম!

খনোৎলা - ওকে! থেঙ্ক য়ু! (যুগীন্দ্র মমায লৈদুনা চৎকে তৌই) অদুগা, নখোযনা কাউবোইদবা অমদি ঐহাক তাৎ-পাৎ তৌদুনা মীয়াম্বু লান্না লমজিংগদবা মীদি নত্তে!

যুগীন্দ্র - (তৌফম খঙদনা) থেঙ্ক য়ু মেডাম! (চৎখি, চৎখিবা যেংলগা)

খনোৎলা - এলিজাবেথ! (মচাগী মমিং শোল্লি) মহাক্লা চৎলি হায়বিবসিনা কদাযদনো? (ব্রাখল খল্লগা চঙখি)

**মরিশুবা উৎপা লোইবা**

# মঙাশুবা উৎপা

(লোক্তাক মপান, নুংথিল, নুংশিবা সহেগল অমদি এলিজাবেথ অনী খোঙনা চৎলি, এলিজাবেথনা মাঙ থাদুনা লাকই, এলিজাবেথনা কবিগুম্বা পুক্লিং হুবা দৃশ্য অমা উদুনা)

এলিজাবেথ - হাই! অসোমদা লাকও! (নুংশিবা চঙশিল্লকই ইলিজাবেথতা চঙশিল্লগা)

নুংশিবা - কবি লৈরবগে?

এলিজাবেথ - লুক! য়েংউ! লোক্তাক মযাযদা তাবিবা উচেকশিংসে। উচেকশিং অসি সাইবেবিযাদগী পাইবকপনি। অদুবু মখোযনা মনীং তম্না লোক্তাক্কী ইবোন্নুংদা শান্নবি।

নুংশিবা - (নোক্লগা) ইংলেণ্ডদগী লাকপা ঐনা মণিপুবদা লৈবী নহাক্কা লোয়ননা পুক্লিংদা নুংঙাইবা ৱাখলদা লোক্তাক লেক্কী মপাম দা চৎলি।

এলিজাবেথ - ও! সহেগল (মখুৎ থিল্লগা) উবোক পবেংসে য়েংউ! (সহেগলনা নুংশিনা এলিজাবেথতা য়েংই, এলিজাবেথনা নোকমিনা) ডোন্ট লুক এট মি! ঐঙোন্দা য়েংউ হায়বা নত্তে। তু পাইরিবা উবোক পবেংসিদা য়েংউ হায়বনি।

নুংশিবা - (নুংশিনা) নো! লোক্তাক্কী ফজবা সিনবীদগী, মাইগ্রেটেড বার্ডশিংনা ঈশিং ময়াযদা তাবা য়েংবদগী ঐগী মাঙদা লেপ্লিবী নহাক য়েংবনা ঐঙোন্দদি হেন্না নুংঙাই।

এলিজাবেথ - (নোকমি) ও সহেগল!

নুংশিবা - ঐবু সহেগল খক্তমক কৌগনু ।

এলিজাবেথ - ঐহাক নহাক্কী মিং অদু কৌবা হৈনদে।

নুংশিবা - ঐগী মিং অসি ঐগী ইমানা য়াম্মা নুংশিনা কৌবা মিংনি ইংলেণ্ডদা লৈবা মীপুম খুদিংনা ঐগী ইমিংবু কাউনবা লৈতনা "নুংশিবা" কৌনবনি। ঐগী মিং অসিনা ঐনা লমদম অসিবু নীংশিংই। ঐগী ইপাগী মোংফম লৈখিবা লমদম অসিবু কবিগুম্বদা ঐগী মঙদসু উই। ঐহাক খাঙবা ঙমদদুনা লমদম অসিদা লাকপনি। (মপুক্লিং নুংশিনা) এলিজাবেথ ঐহাক লমদমসিগী চীংশিংদসু চৎনিংই, ডিপ জঙ্গলদা ঐগী ইপাবু টেবোবিষ্টশিংনা কোইনা পুদুনা লোৎখিবা মফমদু ঐহাক য়েংনিংই।

এলিজাবেথ - (নুংশিবদা নুংশিনা য়েংলগা) নুংশিবা! হৌখিবা ৱাবীবু নীংশিংদুনতা লৈবা হৌনদে। পুম্নমক্কু কাউথোকখ্রো। য়েংউ হি মথক্তা তোঙদুনা নুপী অসিনা ইন চিংদুনা ঙা ফাবিবসে। ঐহাক মহাক্না ঙা ফাবদা নুংঙাইবমগদবদু কল্লকই। ঐখোয়সু হি তোংসিবা? লোক্তাক্তা হি তোংবগী নুংঙাইবা লৈবনি।

নুংশিবা - (এলিজাবেথকী মখুৎ তাপ ফাই) এলিজাবেথ! (এলিজাবেথ লৈশিল্লক্কুনা নুংশিবদা য়েংলকই) ঐহাক কবিসু য়েংনিংদে। ঐদি নহাকপু য়েংবনা ঐগী অপেনবা ওই।

এলিজাবেথ - (নুংশিনা নুংশিববু ইম্থোক্লগা) য়ু নোটি বোই! (নুংশিবনা তুগে তৌবদা চেনশিন্দুনা পাখৎচনা নুংশিববু মখুৎ পাযদুনা ফাই, নুংশিবনা মহাক্কী পুক্লিংগী ৱাফম ফোঙদোকপা ৱাহৈনা ঈশৈ ওইনা শক্লকই)

মাঙদা উবিবা লোক্তাক পাত্তগী
হেন্না ফজে নঙগী মায়থোঙনা,
নঙগী মিনোক্না ঐবু শুমহৎলি
নঙগী মীৎয়েঙনা ঐবু ঙাওহল্লি

অত্তিয়াদা পাইরিবা উবোক শঙ্গু মবক্তা
লোক্তাক্কী ঈশিংদা ঙানু-থঙ্গোং মবক্তা,
শান্ননিংই নহাক্কা লোয়ননা পাইনিংই।।
(এলিজাবেথনা নুংশিনা নুংশিবগী মতৌদা নুংশিনা নোকচবম্বদগী মহাক্কী ওইবা পুক্লিংগী ব্রা ঈশৈনা ফোঙদোকই, ঈশৈ শক্লকই)

এলিজাবেথ - লংমদম তাম্না পাইরকপা চেক্লা
চাক্তারম্বা মিংকুপ অমা
অমুক হন্না পাইখিনি
ময়ূম মাইকৈ পাঙখিনি।
নুংশিজবা নহাকসু
চংখিনি নোংমা ইনাক্তগী
ঐগী ওইবা ফঙহৌবোই।।

নুংশিবা - পুন্সিগী ওইরগে লেপখ্রবী নহাকপু
পুদুনা চংকনি ইনাক্তা থম্লি।
ঐনা লৈবা মফম অদুদা
নঙগী পুন্সিগী লৈফম ওইনি।।
(নুংশিনা অনীনা মখুৎ শম্নদুনা ঈশৈ শকমিন্নদুনা চংমিন্নখি)

**মঙাশুবা উৎপা লোইবা**

# তরুকশুবা উৎপা

(চীফ মিনিষ্টব নোংশাবগী সেক্রেটবিয়েট, নোংশাবা ফম্মী, মংলেমনা ফাইলশিং পুশিল্লকই, নোংশাবনা য়েংই, সহি তৌই, ফাইল অমা ফাকই, নোংশাবা শাউবকই)

নোংশাবা - মংলেম!

মংলেম - ওঝা!

নোংশাবা - সেক্রেটবী বীবেন কৌ!

মংলেম - ফনি ওঝা! (টেলিফোন উংই) হেলো! ইট ইজ ফ্রোম চীফ মিনিষ্টব সেক্রেটবিয়েট। সেক্রেটবী বীবেন্দা অমুক্তা পীবীয়ু। সাব! চীফ মিনিষ্টরনা অদোমবু হৌজিকমক পাম্মী। থেঙ্ক যু সাব! (টেলিফোন থম্মী) ওঝা য়ৌবক্লনি।

নোংশাবা - ডি আহ জি যুগীন্দ্র পাউ পীখ্রব্রা?

মংলেম - য়ৌবক্লনি ওঝা!

নোংশাবা - (অতৈ ফাইলশিং য়েংই) নুংশিবা সহেগল হল্লকখ্রববা?

মংলেম - হল্লক্ত্রি ওঝা!

নোংশাবা - ঙসি কনাগা লোয়নখি।

মংলেম - ড্রাইভব সুবোলগা চৎখি। মন্ত্রী খনোৎলাগী মচানুপীগা লোক্তাকলোমদা চৎকনি হায। কৈবুলসু য়ৌগনি হায।

নোংশাবা - (ফুক হৌগৎলগা) যাবে! ঐ পুম্নমক খঙলে। ঈশিং গ্লাস অমা পুবকউ।

মংলেম - ফনি ওঝা! (চঙখি)

নোংশাবা - ঐগী ব্রাগী মাযোক্তা (শাউবকই) ঐগী·ব্রাগী মাযোক্তা! (ডি আহ জি যুগীন্দ্র চঙলকই)

যুগীন্দ্র - (ওর্ণর তৌই) গুড ইভনিং সাব!

নোংশাবা - (হস্থরগা) গুড ইভনিং!

যুগীন্দ্র - ঐবু কৌবীববু সাব!

নোংশাবা - ডি আই জি সাহেব! ঐ নঙোন্দা পার্সনেল রিক্যুষ্ট অমত্তং তৌনিংই।

যুগীন্দ্র - তাকপীয়ু সাব!

নোংশাবা - ঐগী ইচানুপা সহেগল- মহাক্কী মফমদা লমদমসি অনৌবা ওইবনা অমদি নহাসু ওইবনা মহাক কোইনিংই চৎনিংই।

যুগীন্দ্র - ইন্সপেক্টব লোকেন্না মহাক্কী খোঙচৎ খুদিংদা ফিজম শেত্তুনা চোকশিন্না শেন্নবি সাব!

নোংশাবা - ব্রাফমদুগী নত্তে! লমদমসিনা খুৎলাই পাযবা লৈবাক নীংবা শাবা মশিং য়াম্না লৈবনা নখোযনা পাযখৎলিবা থবক্কীদমক্তদি ঐগী ওবজর্বেসন লৈতে। ঐনা পার্সনেল্লি নঙোন্দা হাযনিংবদি-

যুগীন্দ্র - তাকপীযু সাব!

নোংশাবা - নহাক ঐবু অডবব্রাইজ খনগনু। ঐনা পামজদুনা হাযবনি। নহাক্কী নচানুপী থাদোইসনাবু ঐগী ইচানুপাগী ওইহনবা ঐহাক পাম্মী।

যুগীন্দ্র - অদুবু, ইচানুপীগী অযাবা অমতং ঐ মাংজৌননা লৌজখিগে সাব।

নোংশাবা - ঐ নহাক্কী নচানুপীদুগী ব্যেবহাব, মশক ফজবা, ব্রাঙাঙ থোৎপা, নুপী ওইবীগী নেচবদু ঐগী ইচানুপাদা খঙহননিংই। ব্রাফম অমনা ঐগী নাইতোম তাবা পুন্সিসে ইচাগী ইমৌগী মখোয়গী নুঙাইবা মতৌদসু ঐহাক পোত্থানিংই।

যুগীন্দ্র - ঐহাক খঙজবে সাব।

নোংশাবা - নুংশিবা- ঐগী ইয়াম্বনা মতোমতা থমলম্বা ইচানি। ঐ

ইতৈমদসু ইংলেণ্ডদা মহাকপু ইনাক্তা মতম খবা কুইনা থমখিগে হায়খ্রে, ইচাগীদমক্তা ঐনা পামজবা ইমৌ থীদুনা লুহোংবগী থৌরম শীন্নবসু হায়খ্রে। ইতৈমনসু ঐগী ব্রাফমদু য়াবীরে।ঐগী ইচানুপাগী লুহোংবগী মতম লেপ্লবা মতমদা ঐহাক ইতৈমবুসু ইম্ফালদা কৌগে লেপ্লে।

যুগীন্দ্র - ঐ সাবনা করি পাম্বীবগে পূম্নমক খঙজবে। ব্রাফমসি ইতোমতগী ওইবা য়াবোইদবনা ইচানুপীদা নত্তনা মমাগসু খন্নগদৌবা ব্রাফম ওইবনা নুমিৎ খবনিদং মতম ঐঙোন্দা খন্ননবা মতম পীবিয়ু সাব!

নোংশাবা - ও. কে. খন্নৌ! ঐনা হায় হাযদুনসু নহাক অমদি নহাক্কী লোযনবী অমদি নচানুপীনা যাদ্রবদি ঐ কবিসু মখা তারোই। তশেংনমক, নুংশিবা ঐগী ইমামকনা পোকখিবা ইযাম্বগী মচানুপানি। মহাক্কী ব্লডতা মৈতৈ, পঞ্জাবী, ইংলিসমেন অহুমমক্তা মিক্স তৌববনি। ঐখোয মীওইবা হাযবসি তশেংবসু জাতি অমগী কাঙলুপ অমগী অশেংবা ঈ হায়বসি মীওইবনা নোংথক, ঈশিং অমদি কংফাললমদা লম্বী শেমদুনা চৎথোক চৎশিন তৌদুনা চাবৌ মৌরৌনবদগী লৈত্রবনি।

যুগীন্দ্র - ঐহাক ব্রাখল পীকথজদে সাব।

নোংশাবা - ও কে চা থকখিসি।

যুগীন্দ্র - ঐ থকচরবোই সার! (বীরেন মশা নাম্না তাই পুন্দুনা আনোক উপ্তুনা চঙলকই)

বীবেন - মে আই কম ইন সাব!

নোংশাবা - যেস - ও বীবেনসিং ফম্মু।

যুগীন্দ্র - অদুদি ঐ য়ৌজবগে সাব!

নোংশাবা - ফরে! যৌবো! (যুগীন্দ্র চৎখি) মী: বীবেন!

বীবেন - তাকপীয়ু সাব!

নোংশাবা - নোংশাবগী সরকাবগী কর্মচাবীশিংনা ওইদবা মীনম্বা তৌবা য়ারোই হায়বসি নহাক খণ্ডদব্রা নত্রগা দন্দি পামলিব্রা?

বীবেন - (পাখৎনা) সার! ঐ...!

নোংশাবা - (ফাইল অমা টেবলদা লংথোক্লগা) শেল কয়া লৌরুদুনা ইখৎলকপা ফাইলনো সেক্রেটবী বীবেন?

বীবেন - মসি চুম্ব্রা খল্লি সাব!

নোংশাবা - (শাউদুনা) খনবা যাব্রা? চুম্মী হায়না খুম্বা ঙমদবা থবকপু ঐগী ইফমদগী এপ্রুভেল লৌননবা থাগৎলকপা য়াব্রা? নোংশাবগী সরকাবদি প্রজাগী মীহুৎকী চপ চাবা সবকাবনি। রাম রাজ্যনি। লৈবাক মীযামগী থবক তৌবদা কল্লকপা মীহৌবা হাযবদু থাদোক্কদবনি। চহি তবা চুপ্না ঐনা লৈবাক পুরকপদগী লমদমসিদা হোংলিবা অহোংবসি খণ্ডলক্লবা নহাক্লা মীকাকবিবা শেনফদু কযানো?

বীবেন - (হুমাং কাণ্ডদুনা) এক্সক্যুজ মি সাব! ঐবু ঙাকপিযু সাব।

নোংশাবা - নোংশাবা মীওইবনি, অদুবু মবাল লৈবশিংবুদি আইনগী ওইবা থোঙদা কবম্বা দন্দি ফঙগদগে হাযবদুগী চপ চাবা তৌগনি।

বীবেন - ঐ ককথৎলগা শেমদোকচবগে সাব!

নোংশাবা - (মঙক হাইবগা) লমদমসিদা চৎনবম্বা শেঞ্জা- থুমজাগী কলচব নোংশাবনা মুথৎখিবা কুইবে। পাল্লিবা সবকাবসি মীযামগী সবকাবনি। লমদমসিগী মীযাম্না ফঙলিবা লম্বী- থোঙ ইম্ফাল সহরবু কোস্মোপোলিতান সিটি ওইহল্লিবা, লৈনুংদা মেট্রো ট্রেন চেল্লিবা, ওভব ব্রিজ কযা শাদুনা লম্বীগী অচিনবা লৈত্রিবা, ইম্ফালদা লৈবিবা ট্রেন ষ্টেসন, থবক ফঙদবা নহাবোল লৈতবা হায়বা ষ্টেট অমা ওইদুনা ভাবত পুম্নমক্লা অৱাং নোংপোক লমদা লৈবিবা মণিপুববু লাইবৈপাক ওইনা য়েংনবক্লিবা মীৎযেংসি থুগায়নববা নৌহৌননা কবপসনগী হু পাম্বী থাবক্লিবা?

| | | |
|---|---|---|
| বীরেন | - | (পাখৎনা) ঐ- ঐ লানখ্রে সার! |
| নোংশাবা | - | লানখ্রে হায়বদু এপ্লিকেসন অমা ওইনা ডিটেল ইদুনা থাগৎলকউ। চীফ সেক্রেটরী হৌজিকমক কৌগনি। নহাক্কী কেস অসিগী মতাংদা খন্নগনি। |
| বীবেন | - | (তৌফম খণ্ডদা) ঐ মতুংদা অমুক তৌজববোই সাব! |
| নোংশাবা | - | (মঙক হাইবগা) সার্ভিস রুলগী মতুং ইন্না কৈদৌগদগে লেপকনি। যাবে যৌবো। |
| বীবেন | - | (তৌফম খণ্ডদা কপনিং) ফনি সাব! (বীবেন চৎখি) |
| নোংশাবা | - | (বীবেন চৎখিবা য়েংলগা) ঙাকপীবনদি অবানববু মাঙহনবা ঙমদে। খণ্ডহনদনদি খক তোক্লোই। (নুংশিবা সহেগল হবাওনা চঙলকই, নোংশাবা উবদা) |
| নুংশিবা | - | অঙ্কল! আই এম জস কমিং! ঐ লোক্তাক য়েংলুবে, ঐ সেন্দ্রাসু চৎলুবে, ঐবু টু ডেজ কৈবুল লমজাওদা থম্বীযু। ঐ মফম অদুদা লৈনিংই। টুবিষ্ট সেন্টবসু যাম্না ফবে। ইমা'না হাযবগা যাম্না খেন্নবে। মণিপুব যাম্না নাল্লে, সুইজবলেন্দগা মণিপুবগা কম্পিযার তৌবা যাবে। |
| নোংশাবা | - | (নুংশিনা) মসি পূম্নমকসি ওইননবা হোৎনবদা অঙ্কলনা নঙগী নাক্তা ইতৈমগী মনাক্তা ইংলেন্দা নোংমতসু লাকপা ঙমদবনি। অঙ্কলনা লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টব ওইবকলিবসে চহী ১৩ হেল্লক্লে, হৌখিবা চহি তবাদা ইম্ফাল সহববু প্লান সিটি অমা ওইননবা হোৎনবা, লমদমসিদগী কবপসনগী কলচব মক ফুকননবা হোৎনবা, থবক ফঙদবা লাইবিক হৈবা মীওই লাক্ষ কয়াগী থবক পীননবা হোৎনবদা লমদমসিদা ইন্দষ্ট্রিজ ষ্টেট শেম্বদা, টুবিষ্টকী নুংঙাইবা মফম শেম্নবা হোৎনবদা, ইম্ফাল যৌনা ট্রেন যৌরক্নবা হোৎনবদা ঐগী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবশিংবু কন্ট্রোল তৌননবা হোৎনবদা অঙ্কল চোকথবে। হৌজিক ইচা লাক্লে। ঐগী ইচানুপা লাকপগী |

নুঙাইবদু ফংলগে ঐ খল্লে। ঐনা য়ামদ্রবদা ইচাগীদমক ইমৌ অমদি সেলেক্সন তৌরে। মহাক মশক ফজবতা নত্তনা মরমচৎসু ফজবী লৈশাবীনি!

নুংশিবা - (ঙক্লা) অঙ্কল!

নোংশাবা - (মখুৎ থাঙ্গৎলগা) ঐহাক্লা জ্ঞান হেক তাবকপদগী ঙসি ফাউবদা ঐনা খ্বাইদগী ইকায় খুম্নবসে ডিসিপ্লিননি। ঐগী ব্রা ঐগী ইখা থাবশিংনা ইন্দবা য়াদে। ঐগী ব্রা নহাক্লা ইন্দবা য়ারোই। মথক থোঙবগী ব্রা ইনবা হায়বসে ঐগী ইমুংগী ট্রেডিসন্নি। নহাক্কী লাইফ পার্টনাব ওইননবা ডি আই জি যুগী দ্রগী মচানুপী থাদোইসনা ঐহাক্লা খল্লে!

নুংশিবা - (খঙপ্রেক খঙই) অঙ্কল।

নোংশাবা - (মবক থত্তুনা মখা তাহন্দে) মখা তাবা য়াদে। ঐনা লেপখিবা অমদি ঙাঙখিবা হায়বসে ফাইনেলনি। ঐহাক্কী ব্রাবেপ লোইখ্রে। ইমুংদা চঙলকউ নুংঙাইনা নহাক পোত্থাবো লাও। (থওইদনা নোংশাবা চঙখি)

(নোংশাবনা চঙখিবা য়েংলগা নুংশিবা সহেগল ইচোক চোকথৈ, নোংশাবনা চৎখিবা য়েংই)

নুংশিবা - ডিসিপ্লিন! ট্রেডিসন ওফ অব্রাব ফেমিলি! (কপনিংই) এলিজাবেথ! (মঙক হাই) নো! ঐ এলিজাবেথপু মেবিযেজ তৌগনি। আই লভ হাব! অতোপ্পা কনাবুসু ঐনা সেলেক্ট তৌবোই (নোংশাবগী ব্রা নীংশিংই)

নোংশাবা - ঐগী ব্রা ঐগী ইখা থাবশিংনা...... থাদোইসনাবু ঐহাক্লা খল্লে!

নুংশিবা - (নুংশিবা ইচোক চোকথৈ, ব্রানা) থাদোই সনা! (ব্রানা) কবিগীদমক ঐনা লমদমসিদা লাকপনো? (কপনিং) ঐগী ইপাগী মোঙফমদা লৈ কৎপা লাকপদা কবিগীনো নহা ওইবগী নুংশিবনা ঐবু অব্রাবা পীবিবা! ঐগী পুক্সিদা ঐনা কনাদসু ওইদবা মীনস্বা ঙাঙলক্ত্রি। কবিগীদমক ঐহাক্লা এলিজাবেথকী

মফমদা ওইদবা ঙাঙগদৌরিবনো? (শাউনিং) মশাগী সেলফ ষ্টাইল অমদা লৈবা ডিক্টেটরগী মওংদা হেবিট লৈবা ঐগী অঙ্কলবু ঐনসু লেসন অমা ফ্রোম মাই সাইট হায়বা চুম্মী। (খল্লি) ঐনা হৌজিক তৌগদৌবসিবু কবিনো? (তৌফম খঙদনা চপ লেপ্পী, মংলেম চঙলকই)

মংলেম - গুড ইভনিং সহেগল! ওনবেবল সি এম ৱান্টস য়ু ইন হিজ রুম!

নুংশিবা - আই নো! (ৱানা চঙখি)

মংলেম - (চংখিবা যেংলগা) কবিনো অমসিনা লৈশাবী মশক ফজবী অমগা নোং ঙানবদগী কোইরুরগা হল্লকপদা শুকথিবিবসিনা! কনানবু তম্বীবনো খঙদে মৈতৈলোন্দি ঐঙোন্দগী হেন্না হৈ! ইংলেণ্ডদসু মৈতৈলোন তম্মনবা স্কুল লৈব্রা খঙদে। (টেলিফোন লাকই) ঐনবু লাকঅবদি তৌবকঅদৌনি। (টেলিফোন খিংই) কনানোনে। (টেলিফোন তাপ পাই) হেলো! পি আব ও মংলেম স্পিকিং! কনা? সি এম ইমূংদা চঙখ্রে। (ঘড়ী য়েংলগা) ওফিস তাইম ইজ ওভর! ইট ইজ সিক্স থাবটি পি.এম নাও! (টেলিফোন্দ থম্মী, অমুক খিঙলকই, টেলিফোন্দ মুন্না যেংই, ঘড়ীদা অমুক যেংই থওইদনা মুক্লগা চংখি)

## তরুকশুবা উংপা লোইবা

# তরেংশুবা উংপা

(মিনিষ্টর আব এস খনোংলাগী কাটব, নুংথিল তাল্লক, খনোংলা তাঞ্জুলগী মচানুপী এলিজাবেথ মোবাইল ফোন তৌই)

এলিজাবেথ - হেলো! আই এম এলিজাবেথ! মিনিষ্টব আব.এস, খনোংলাস ঙটব! মে আই টোক্ক ৱিথ নুংশিবা সহেগল! (ঙক্লা) কবি? কনাগা চৎখ্রিবা? ডি আই জিগী মচানুপীগা। ও.কে. থেঙ্ক যু। (থম্মী, ৱারৌই, টেলিফোন অমুক তৌই) হেলো! আই এম এলিজাবেথ। ইজ ডিজ মোবাইল? - প্লিজ হেন্দ ওভব টু নুংশিবা সহেগল! (ঙক্লা) হৱাই? (শাউনা) এলিজাবেটকী ফোন্নি হাযযু! কবি? (শাউনা) কবিগী মহাক শঙদ্রিবা? মহাক মশাগী মোবাইলবু মহাক্লা পাযদ্রিবা কবিগীনো? (শাউনা টেলিফোন থম্মী, তাঞ্জাসিদা প্রেমজিৎ মশা নান্না চঙলকই)

প্রেমজিৎ - গুড ইভনিং এলিজাবেথ!

এলিজাবেথ - গুড ইভনিং! (থওইদনা) ইমা মনুংদা লৈবনি।

প্রেমজিৎ - ঐহাক ইম'বু উন্নবা লাকপা নত্তে নহাকপু উন্নবা লাকপনি।

এলিজাবেথ - ঐগা নখোযগা উন্নবগী মবম লৈতে। অঙ্কল নোংশাবগী গভর্নমেন্ট অসি যাম্না হিষ্টবিক ওইবা, প্রোগ্রেসিপ ওইবা গভর্নমেন্টনি। মহাক্কুম্বা লিডব অমগী মাযোক্তা মুভমেন্ট শাগৎপা হাযবসি ঈশ্ববনা যাবোই।

প্রেমজিৎ - নোংশাবা লাই নত্তে। অমুবা আইনশিংগী মকুমদা লোত্তুনা লৈবা মীয়ামগী লুচিংবনি। লমদমসিদা - অচৌবা ইন্দষ্ট্রিশিং লীংখৎপা, লম্বী থোঙ শেম্বা, লাইবিক হৈবা নহাবোলশিংবু সবকাবগী অফিসশিংদা থবক ফঙহনবা, লৈবাকসিবু ইন্দষ্ট্রি অমদি টুবিজম ইন্দষ্ট্রিদা আই কাহনবা, এগ্রিকলচবদা মতম চুপ্পগী অশঙবা লৌবুক ওইহনবা অমদি লমদমসিগী

উমংবু ভারতকী মনুংদা অতাংবা উমং অমা ওইহন্ননবা শেমলিবা থৌবাংশিংসিদি সবকার অমগী নোর্মেল ৱার্কনি। খবা অসিনা নোংশাববু ঐখোয় মীয়ামগী লিডব ওইনা খক লৌবা য়াবোই।

এলিজাবেথ - ঐহাক নখোযগী চিবোন তাৱা হৈবা মী নত্তে মিষ্টর প্রেমজিৎ! নখোয়না ঐগী ইমাবু অরানবা লম্বীদা পুননবা হোৎনবা ঐহাক য়ানিংদে। অচুম্বা হায়বসি কবিনো হাযবদুদি তশেং তশেংনা ঐখোয় মীওইৱনা হেক্তমক আইডেন্টিফাই তৌবা ঙম্বনি।

প্রেমজিৎ (মঙক হাইবগা) এলিজাবেথ! ঐখোয়না ইমাবু লান্না খক লমজিংদে। ঐখোযদি ইমাগী মত্তুং ইঙ্গবতনি। ঐখোযবু লমজিংবীবম্বা লৈখিদ্রবা পাবুং দেবিডকী মত্তুং ইনবা ওইজবকপগী লম্বীদগী ঐখোয় ঙসিসু নাথৈদ্রি। ঐখোযবু কবিগুম্বা মতমদসু নোংশাবগী মীনম্বা চিবোন্না মাযথিবা পীবদি ওইথোক্লোই।

এলিজাবেট (শাউনা) নহাক ছাত্রগী লিডব ওইৱবা নহাবোলগী লিডবগী মবক্তা য়াওববা? নমিংসু অনী কৌই। প্রেমজিৎসু হায, থৌবসু কৌই। নখোযসি যাম্মা লূবা মীনি।

প্রেমজিৎ - ৱাফমদু ঐখোযনা ফোঙদোকপগী কান্নবা কবিসু লৈতে। ঐহাক ইচম চমজবা ইমা অমদি নহাকপু নুংশিজবা লমদমসিদা হিংজবা মীচম প্রজা অমনি। মসিনা ঐগী অশেংবা আইডেন্টিটিনি।

এলিজাবেথ কবিগী ঐবু নুংশিবা' (শাউনিং) চৎলু। অবুগা ৱাবী শাউ! ঐ থবক লৈ। (টেলিফোন তাপ পাযদুনা তৌই) হেলো' ইজ ইট চীফ মিনিষ্টবস সেক্রেটবিয়েট' আই এম এলিজাবেথ যেস হাই মংলেম - অঙ্কলদা ঐনি হাযযু' ঐ অঙ্কলগা ৱ নী শাগে। ভাইহাক লৈবগা ওকে!' (থম্মী, শাউনিংই, প্রেমজিৎনা নোকমিনা এলিজাবেথতা যেংই)

| | | |
|---|---|---|
| প্রেমজিৎ | - | চীফ মিনিষ্টরগী মচানুপানি হায়রদু ডি আই জি যুগীন্দ্রগী মচানুপী থাদোইসনাগা মখাবোমদা গাড়ী অমত্তদা থৌখিবা উহৌই। এস আই থানিঙ্গাউনা গাড়ীদুগী মতুং ইন্নখি। |
| এলিজাবেথ | - | (শাউনা) থৌবা! কবিগীনো নঙনা ঐবু খৎনবা হৌবিবা? |
| প্রেমজিৎ | - | ঐ খৎনবা হৌজদে। অদোমদা খৎনবা হৌনবগী পাঙ্গল অমদি থৌনা ঐঙোন্দা লৈজদে। চখোকনিংবা মফম কদায়দনো হাযবিয়ু। ঐ ড্রাইভর ওইজগে। নহাকপু পুদুনা চৎচগে। কবিগীনো মীরমদগী লাকপা তেনব্রাগুম্না মৈতৈলোন ঙাঙবা সহেগলগা চৎমিন্নবা অদুক য়াম্না পাম্বীবিবা? |
| এলিজাবেথ | - | (শাউনা) নহাক কৈদৌগেবা? মহাক ঐগী নুংশিবা মীশকনি। |
| প্রেমজিৎ | - | (নোর্কমিনা) ওইবোইদবা ব্রাফমদু কবিগী এলিজাবেথনা পুক্নিং চঙবীবিবনো? নুংশিবা সহেগল থা খবদংগী পাসপোর্ট অমসুং ভিষা পাযদুনা লাকপা ফোবেনবনি। মহাক ইন্দিযান নত্তে। |
| এলিজাবেথ | - | (লাউদুনা) নঙগী কবি নথৌ লৈববা? (খনোৎলা থোবকই, মচানুপীদা) |
| খনোৎলা | - | (কল্লপ) এলিজাবেথ! থৌবা ইজ বাইট! সহেগল ফোবেনবনি। ঐহাক্নদি নহাক্না ইচম চম্না তিন্নবগুম খল্লুই। নহাক মীবম মচাদুগা অমুক হন্না চৎমিন্নবা যাবোই। |
| এলিজাবেথ | - | (ঙক্লা) অবু! |
| খনোৎলা | - | ইমুংদা চঙউ! নঙগী কাদা চঙউ! বিদাউট মাই পার্মিসন নহাক ক্বাটবদগী মপান থোকপা য়ারোই। |
| এলিজাবেথ | - | ঐবু কবিগী প্রিজনবগুম থমগদৌবিবনো? |
| খনোৎলা | - | (লাউদুনা) মখা তাগনু! ঐগী ব্রা ইন্দ্রবদি ইচা ওইববসু ঐনা হিংনা খক থম্লোই। |
| এলিজাবেথ | - | (ঙক্লা) অবু? |

খনোৎলা - (শাউনা) মখা ঙাঙগনু! রিমেম্বর য়ুওর ফাদব! মহাক্না অমুবক ঙাঙবা ব্রা ফাইনেল ওইবনি। ঐ দেবিডকী নুপী অদুমক্তি! নহাকপু পোকপী নমানি। (এলিজাবেথ কপ্তুনা চেনশিনখি মচানুপীনা চেনশিনখিবা য়েংলগা শাউনা) থৌবা!

প্রেমজিৎ - ইমা!

খনোৎলা - ঐ অকুপ্পা পাউ পূম্নমক ফঙলে। নোংশাবনা ঐবু বিসফল তৌননবা থৌবাং লোইস্লে।

প্রেমজিৎ - পূম্নমক, ঐসু পাউ ফঙজরে ইমা!

খনোৎলা - কতোসিংদা পীখো! তাইঙোবীদা পাউ পীখো! ঐগা মখোযগা উন্নবা পাম্মী। ঐগী টুব প্রোগ্রাম থুনমক শেমগনি। ঐহাক বেক্কোক্তা চৎকনি।

প্রেমজিৎ - ইমাবু মিনিষ্টব ওইহন্দবা হায়বসি লৈবাক ব্রাথোক ওইগনি। নুপী মীহুৎ ইমা মতোমতনি। নোংশাবগী শক্তি অবেম্বা তাগনি।

খনোৎলা ঐগী ইখুত্তা লুপা ক্রোর অহুম হয়েংমক যৌহল্লকউ হায়খো। নোংশাববু লালহনবা, মহাক্কী ইন্টলিজেন্সশিংগী রিপোর্ট অবেম্বা তাহনবা হায়বসিনা ঐখোয়গী অহানবা থৌবাং ওইগদবনি।

প্রেমজিৎ - ঐ খঙজবে ইমা!

খনোৎলা - ঐ থবক অমত্তসু কুইথবা পামদ্রে।

প্রেমজিৎ - ঐ হৌজিকমক চৎচবে ইমা! (চৎখি)

খনোৎলা - (শাউনা) মাবু শেম্বীবা মীবু হাৎকে খনবা শাদগী হেন্না তোনবা মাবু লিডব ওইনবা প্রপোজ তৌখিবা ঐগী ইবালনি। চাউহল্লবদি মৈতৈদি ঙাওই হায়বসি অচুম্বনি। (শাউনা চৎখি)

তরেৎশুবা উৎপা লোইবা

# নীপালগুবা উৎপা

(ডি আহ জি যুগীন্দ্রগী যূম, নুংথিল, গাডী থৌবকপগী মখোল তায়, খামখি থাদোইসনানা নুংশিবা সহেংলবু পুদুনা লাকই)

থাদোই - (নোকমি) হয়েং ঐখোয় কাইনাদা জগোয় বাস য়েংগনি (ঘড়ী য়েংলগা) নেক্স ডে ঐখোয় ৱাংখৈদা কাং য়েঙগনি।

নুংশিবা - থেঙ্ক যু।

থাদোই - লমদমসিগী নহাক্না উনিংই হায়বা ইনডিজিনিঅস গেমশিং মুক্না, পানা কাংজৈ, শগোল কাংজৈ, যুবী লাকপী, থাঙ-তা, শবিৎ-শাবা, হিয়াং মথঙ মথঙগী প্রোগ্রামশিং ঐনা শেম শাদুনা থমলে।

নুংশিবা থেঙ্ক যু! য়াম্না নুঙাইজবে।

থাদোই - নহাক্না পাম্বা অতৈ প্রোগ্রামশিং লৈববসু হায়যু।

নুংশিবা - ঐহাক্না মফম অসিদা হেক লাকপদগী (নুংঙাইতনা) ঐনা খল্লি- ঐহাক ডেন্স ফোবেষ্টশিংদা - চীংগী মফমশিংদা চৎনিংই।

থাদোই (মঙক হাইবগা নোকমি) হৌজিক লমদমসিদগী তোখায়না হিংবা পাম্বা চীংগী কাংলুপশিংগী অকনবা ঈহৌ লৈ। খুৎলাই মতিক চানা পায়বা টেবোবিষ্ট কয়া লমদমসিগী অশুকপা উমংশিংদা লৈ। লমদমসিদা লাকপা তুরিষ্টশিং ফাওবা অকনবা সেক্যুবিটি পীদুনা সেনসিটিভ ওইবা মফমশিংগীদি অচৌবা থৌরাং তৌই। নহাক্ন পামলিবা ৱাফমদু অঙ্কল সি এমদা হান্না হায়যু। ঐ ঐখোয় পপাদসু হায়গে।

নুংশিবা ঐগী অঙ্কলদি য়াম্না বিজার্ব ওইবা মীনি। ঐ মঙোন্দগী পার্মিসন লৌবা ঙমদ্রে। মহাক্না অমুবক হায়বা ৱা ফাইনেল ওইবে। প্লিজ থাদোই ঐ চীংদা কোইবা পামলে।

থাদোই - ঐখোয় পপাদা ঐ হাযগে। অদুবু ঐখোয় অনী চৎমিন্নবদি যাবোই।

নুংশিবা - হাই নোট?

থাদোই - (নোকমি) টিম অমা হান্না শেমখিবা তায। ঐখোয় অনীতমক চৎপদি যাবোই। এনিরে, নহাক্না চীংদা অশুকপা জঙ্গলদা চৎপা পাম্বগী মবম কবিনো?

নুংশিবা - (থাদোইদগী খজিক্তং লৈথোক্লগা) কবিনো ফোঙদোকফম খঙদবা অমনা ঐবু ৱাহল্লি। লমদমসিগী ডেক্স ফোবেষ্টশিংদা চীংগী অপীকপা লম্বীদা ঐগী ৱাখলনা হেক হেক কোযবগুম তৌই। ইভন ইন মাই ড্রিম, ঐ তত্তনা হেক হেক অশুকপা ফোবেষ্টকী লমদমশিংদা কোইবা চৎলি।

থাদোই - (নুংশিনা য়েংলগা) নহাক্কী পাম্ব? নহাক্কী হৌখিবা পুন্সিদা চীংগী লমদমশিংগী মবমদা খনখিবা ৱাখল লৈখি?

নুংশিবা - (নুংঙাইতনা) থাদোই! ঐনা লমদম অসিদা লাকপগী মক ওইবদি লৈখিদ্রবা ঐগী ইপা ইবুংঙোনা তাবম্বা, (কপনিং) পুন্সিগী অবোইবা ওইনা তাবম্বা লৈমায মথক্কুদা ইকোক নোম্দুনা অমুক্তং ওর্ণব পীবানি।

থাদোই - (নুংঙাইতনা) সহেগল! নহাক্কী লৈখিদ্রবা ইপাগী ৱাফমদি ঐদি কবিসু খঙদে।

নুংশিবা - ঐগী ডেডনা - গ্রান্দ মাডের অমাদি অঙ্কল অনীবু উঃবা মফমসিদা লাকপদা লমদমসিগী টেবোবিষ্টশিংনা ফপিজ টেন ক্রোবগী বেন্সমদা লমদমসিগী ডেক্স ফোবেষ্টাশংদা, চীংগী লমদমশিংদা কোইপু পুদুনা লোৎলগা- মীনুংশি খঙদনা হাৎখি।

থাদোই - ও: মাই গোড!

নুংশিবা - (কপনিং) ঐগী ডেড কাযনবগী অৱাবা ঙসিসু ঐগী মোমগী মফমদা লোইদ্রি। অঙাং মচাগুম্মা ঐগী ডেডকী ফোটোগী মমাঙদা মোমনা ঈশৈ শকলি।

থাদোই - (নুংশিনা) ফবে, নঙগী অপাম্বসি র্মনিং পুংননবা ঐ ঐখোয

পপাদা হায়রগে। (তাঞ্জাসিদা যুগীন্দ্র হল্লকপগী গাড়ী মখোল তায়, যুগীন্দ্র ফুল য়ুনিফোর্ম শেত্তুনা হল্লকই) হ্বাট সরপ্রাইজ! (নোক্লগা মপাদা) পপা! সহেগলগা ঐগা পপাগী মবমদা শোয়রম্বতা মগুায়রি।

যুগীন্দ্র - (নোক্লগা নুংশিবদা) হেলো যঙ মেন! গুড ইভনিং!

নুংশিবা - (মখুৎ তিংথোক্লুনা) গুড ইভনিং অঙ্কল! (খুৎ শোক্লে)

যুগীন্দ্র - (নোক্লগা) করিগীনো খোংজোম রার মেমোরিয়েলদা চৎকনি হায়রগা প্রোগ্রাম কেন্সেল তৌই হায়বদি? এনি হেপন টু য়ু সহেগলস?

নুংশিবা - নথিং ইলস অঙ্কল! করিসু তৌদ্রে। ঙসি ঐগী হৈনিংবা পোক্লে।

থাদোই - পপা! মহাক্কী পুক্লিংদা সডেনলি চেঞ্জ অমা লৈরে।

যুগীন্দ্র - (ঙক্লা) হ্বাট চেঞ্জ? করিনো?

থাদোই - মহাক্কী পাবুংনা লৈখিদবা চীংগী মফম অদুদা মহাক চৎনিংই। রাফমসি অঙ্কল নোংশাবদা হৌদোক্লুবদা অঙ্কলনা য়াদ্রে হায।

যুগীন্দ্র - (তারগা, চীংলেম্মা) উম! হৌজিক চীংগী লমদমশিংদা লৈবিবা লালহৌবশিংগী ইবাং অসিনা খুদোংথিবা থোক্লক্তুননবা সি এমনা খনবা ওইবমগনি খল্লি। ঐ বোহিত সিংহ সহেগলগী কেস মতমদা ডি এস পি ওইবি। বোহিত সিংবু টেবোবিষ্টশিংনা হাৎখিবদু য়াম্না চাউবা লৈবাক রাথোক ওইখিবা থৌদোক অমনি। ওনবেবল সি এমগী মনাওনুপা মতমদুগী এস পি শ্যামসুন্দরনা কিডনেপব ওইখিবা টেবোবিষ্ট গ্রুপ অদুগী মথক্তা লান্দাখি। এক্যুজ ওইখিবা মশানা মশাবু চিফ মার্সেলনি হায়জবা দেবিড তাম্বুল অমদি, কমান্দর ইথেম মিয়ানচিংবা টেবোরিষ্ট ২০ মুক হেন্না হাৎখি।

থাদোই - অদুদগী কমদৌক্লে পপা!

যুগীন্দ্র - থৌদোক্তু সাব শ্যামসুন্দরনা মহাক্কী মযাম্বগী কেসনি হায়দুনা অটোবা টেরোরিষ্টশিংগী মথক্তা লান্দাবদু মণিপুর পুলিসকী

কেস হিষ্টবিদা অতাংবা ওইবা থৌদোক অমা ওইনা লোইশিনখি।

নুংশিবা - ঐগী ইমানা অঙ্কলগী সেম ষ্টোবি ঐঙোন্দা তমলে। মথৌনা ফবা অঙ্কল শ্যামসুন্দবগীদমক ঐনা থাগৎলি। অদুবু অঙ্কল, ঐ ঐগী ইপা ইবুংঙোগী শিখিবা মফমদু চৎনিংই।

যুগীন্দ্র - ডোন্ট ব্রাবি যঙ মেন। ঐহাক ওনবেবল সি এমদা হাযগে। অঙ্কলনা পূম্নমক্কী ফননবা মওংগী এবেঞ্জমেন্ট শীল্লগে।

নুংশিবা - (হবাওনা) থেঙ্কয়ু অঙ্কল!

যুগীন্দ্র - ব্রাফম অমনা, লমদম অসি চহী ২০ গী মমাঙদা লৈবম্বা লমদম অদুগা যাম্না খেন্নববনি। হৌজিক্তি লমদমসি ভারতকী মনুংদা শীংথানবা যাববা ষ্টেট অমা ওইববনি। নোকনিংখ্রবা জাৎনি, উবিপোক্তগী কঙলা মনিং ফাউবসিদা লৈবিবা ওভব ব্রিজসিমখক শাবদা লৈবাক ব্রাথোক্লবম্লিবনি, হৌজিক্তি ওভব ব্রিজদদা মশিং ফনা যাম্না লৈবে, ইম্ফালগী লৈনুংদা মেট্রো ট্রেন চেল্লে, লমদমসিদা থবক ফঙদবা লাইবিক হৈবা নহাবোলশিং মশিং যামদ্রে, লমদমসিদা কবপসনগী কলচব লৈদ্রে। লমদমসিদা মমাংঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈদগী চৎনবী অমা ওইনা লাকপা কবপসন কলচববু মক ফঙনা মুথৎখিবা অসিমক নহাক্কী অঙ্কলগী চাউববা মাযপাকপা অমনি। লমদমসিবু অনীশুবা সুইজবলেন্দনি হাযনবির্বাসি নহাক্কী অঙ্কলগী মায পাকপনি।

থাদোই - অদু বন্দ তৌরিবা, ধাবনা তৌবিবা, খৃৎলাই পাযবা লাল্মীশিংনা ঙাইহাক লৈতনা সবকাবগী লাল্মীদা নোংমৈ কাপলিবা, ইবাং তৌবিবসিদি- অঙ্কলবু পামদদুনা অঙ্কলগী ইফিজি শাদুনা মৈ থাবিবসিদি কবিগীনো পপা!

যুগীন্দ্র - (নোকমি) ডেট ইজ নথিং মাই ডিয়ব। ফনা ফদুনসু লৈবাক অমগী সাসন্দা প্রজানা কৈদৌঙৈদসু পুমপেন খক পেল্লোই। লাইগী মায়োক্তা হিংচাবশিং লৈবিবসিনি। হিন্দু পুবান্দা য়াউবা কলি যুগ হাযবদু হৌজিক্তি।

| | | |
|---|---|---|
| যুগীন্দ্র | - | ওকে! ওকে! (নোক্লগা) নখোয় নহারোলগী ৱারীদা পপা কুইনা ডিষ্টর্ব তৌরবোই। মিষ্টর সহেগল! নহাক্কী অঙ্কল নোংশাবা লমদমসিদা লৈবাক পুখিবা মীয়ামগী মীহুৎশিংদগী তোপ-তোপ্না ওইবতা নত্তনা ভাবতকী চীফ মিনিষ্টবশিং অমদি প্রাইম মিনিষ্টব অমদি সেন্ট্রেল গোভর্নমেন্টনা হঙ্গোইবিবা মীয়ামগী লিডবনি। নহাক মহাক্না শক তাক্লবা মহাক্কী মচানুপানি। লমদমসিনা অমদি লমদমসিগী চেকশিল থৌবাং লৌরিবা ঐখোয়না নহাকপু স্পিপসিযেল ক্যাব লৌরিবসে অদুমক্লনি। পুম্নমকসি খঙবীদুনা য়াম্না চেকশিনগদবনি। |
| নুংশিবা | - | ঐ পুম্নমক খঙজরে অঙ্কল! |
| থাদোই | - | (ওইনা) ও: পপা! হাই য়ু টোক সো লোং" |
| যুগীন্দ্র | - | (নোকমি) ও:কে মাই চাইল্ড! ইনজোয ইযোবসেল্ফ! ঐসু মীটিং অমা লৈ। অমুক্তা লোইশিল্লখিগে' (চৎকে তৌবকপদা) |
| নুংশিবা | - | জষ্ট এ মিনিট অঙ্কল' দেবিড তাঙ্খুলগী মবমদা ঐ খবা খঙবা পাম্মী। |
| যুগীন্দ্র | - | মহাক শিখ্রে। ঐনা হায়খ্রে। মহাক্কী নুপী অমদি মচা লৈহৌবি। অদুবু মখোয়দা ঐখোয়না দেবিডকী অনানবদু অমুক হন্না পাউথংলুবগী কান্নবা লৈদ্রে। |
| নুংশিবা | - | মখোয় হৌজিক কদাযদা লৈবিনগে" |
| যুগীন্দ্র | | (নোক্লগা) মিষ্টব সহেগল! পুম্নমক্তু কাউথোক্লো! (মচানুপীদা) থাদোই! |
| থাদোই | - | পপা! |
| যুগীন্দ্র | - | সহেগলবু নুংঙাইবা ৱাবী শাবীয়ু। (কনাদন্দু হন্না যেংলমদনা চৎখি) |
| থাদোই | - | (নোকমিনা) ফোবগেট দেম সহেগল। |
| নুংশিবা | - | ঐগী ইপাবু মীনুংশি লৈতনা হাংশিনা মহাক্কী মচা অমদি নুপী উরগা শিত্রবা দেবিডকী মীনুংশি খঙদবা মতৌদু ঐনা খঙবা ঙমগানি। |

| | | |
|---|---|---|
| থাদোই | - | (নোক্লগা) সহেগল! মীওইবা হায়বসে অঙকপা ঈশ্বরগী কৃযেসননি। অমগা অমগা কনাসু মান্নদে। ইভন, ঐগা পপাগা মান্নদে, ইমাগসু ঐগা মান্নদে। মফমসিদা লৈমিন্নবিবা ঐখোয অনীমক্তসু মান্নদে। অনীংবা অপাম্বা খেন্নে। |
| নুংশিবা | - | (হাদনা) থাদোই! নহাক্কা লোয়নবসি ঐঙোন্দা অঙকপা অমনি। |
| থাদোই | - | ঐহাক্লা ঐগা তিন্নবা মীওইশিংবু কৈদৌঙৈদসু কুপশিন্না যেংদে। ঐখোয পপাদা অঙ্কল সি এমনা ঐখোয অনীগী তুংগী পুন্সিগী অপূনবা রাফম হৌদোকই। |
| নুংশিবা | - | (মমায় লৈথোক্লগা নুংঙাইতনা) ঐহাক্লা ইন্দিযাদা থা অহুম লৈননবা পাসপোর্ট পায়দুনা লাকপনি। হৌজিক থা অনী হৌখ্রে। |
| থাদোই | | নহাক্কী অঙ্কল লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টর ওইরতা নত্তনা ইন্দিযাগী ফিগর ওইবিবা মীওই অমনি। |
| নুংশিবা | - | (মঙক হাইবগা) ঐ (নুংঙাইতনা) কনাদসু (কর্পানিং) যেংলোই। পাঙ্গল থোকপা যাদবা অরাবা অমনা ঐবু রাহল্লি। ঐ কবিনো খঙদে। নঙবুসু, ঐগা নক্লনবা মাইকৈ অমদা পুননবা ঐনা কৈদৌঙৈদা লেপ্লোই! (থাদোই নুংশিবা সহেগলদা মুন্না যেংই) |
| থাদোই | | প্লিজ ডোন্ট থিঙ্ক মোর সহেগল! I know you are a very serious person. Come on, Let us go to Ethnic cultural programme at BOAT. |
| নুংশিবা | | থেঙ্ক যু। (চৎমিন্নখি) |
| | | (মপান্দগী এলিজাবেটনা কৌরকই) |
| এলিজাবেথ | - | থাদোই! থাদোই! (অনীমক য়েংনৈ) |
| থাদোই | - | (হরাওনা) এলিজাবেথ! কাখৎলকও! ঐ মথক্তা লৈযে! (চেনখি, এলিজাবেথপু চিংদুনা পুর্বকই, এলিজাবেথ সহেগলবু উবদা ইকায়, সহেগল এলিজাবেথপু নুংশিনা |

য়েংলম্লগা মমায় তপ্না লৈথোকখি। থাদোইনা নোকমিনা অনীগী মতৌ য়েংলগা) ঐ কফি লৌকগে নখোয়নি ব্রাবী শারম্মু!

এলিজাবেথ - (থাদোইগী মখুৎ পায) থাদোই!

থাদোই - (নুংশিনা) এলিজাবেথ! ঐ নহাক্কী মকপনি। ঐ নুপীগী থম্মোয খঙবী নুপী অমনি। ঐনা নঙবু ঐগী য়ুমদা কৌবিবা অমদি সহেগলবু ঐগী য়ুমদা পুরকলিবা নখোয অনী উন্ননবগীদমক্তনি! (এলিজাবেথ অমদি সহেগলনা থাদোইদা নুংশিনা য়েংলকই) ব্রাবী শারম্মু! ঐ থুনা লাক্কে' (মোমোন নোক্লা অনীবু য়েংলম্লগা চঙখি)।

নুংশিবা - এলিজাবেথ! (এলিজাবেথতা যেংদে) ঐ (ব্রায) অব্রাব ফেমিলিগী ট্রেডিসন ঙাকপা ঙমদবা মচা ওইবা পামদে। ঐগী পুন্সিগী পুম্নমক ঐ কথোকপা থাদোকপদা ঐ চিংনদে। তেনগ্রবা মতম খবা ঐনা ইম্ফালদা লৈবিঙৈ মনুং অসিদা - "মথক থোঙবগী ব্রা ইনবা" হাযবা ঐখোযগী ইমুংগী ট্রেডিসন অমসুং ডিসিপ্লিনগী কলচব অসিবু ঐ মীবাইদুনা মীওইবগী পূক্লিং ইহুলনা মাযথিবা পীদুনা চৎলগা ইতোমত্তগী ওইনা ফঙজবা নুংঙাইব্দু পামদ্রে। (মপি শিন্থে) আই লভ য়ু এলিজাবেথ' অদুবু, ঐগী অঙ্কলনা -

এলিজাবেথ - (খাঙবা ঙমদনা) ঐবু যাদ্রে হায়বিব্রা? মখোযগী পোলিটিক্সকী ব্রা ঐখোয লৈশা-পাখঙদা করিগী তাহনববা? ঐগী ইমাবু অঙ্কলনা মিনিষ্টব ওইহন্দবগা ঐখোয অনী নুংশিনবগা কবি মবী লৈনবরা?

নুংশিবা - নহাক ঐবু ব্রারৌনু এলিজাবেথ। (হাযবগা লৈদুনা চৎখি, এলিজাবেথনা তান্নখি)

**নীপালশুবা উৎপা লোইবা**

# মাপলশুবা উৎপা

(চীফ মিনিষ্টব নোংশাবগী সেক্রেটবিয়েট অয়ূক পূং ১০ মুক তাবকপা মতম, মংলেম মোন্দা নুংঙাইনা অফিস কাবকই, চেপথদুনা যেংই)

মংলেম - কা- কাশিং মীনা পীক থন্নখ্রে। ঐখোয় ইমা হাযবসিনা চৎলমদাইদা উত্তি থোংজিল্লক্কনা পুকসিসু লুম্বনা লোইবে। তুম্বু তুমনিংলক্রেনে! ঐখোয় ওঝাদু থোক্তি থোবক্ত্রিমাল্লে! অস মিনিট ১০ মুক্তা উইহৌখিগে। (উই, ফমথবগা টেলিফোন লাকই, থওইদনা যেংই, খিংই, মনাকোং মেনশিল্লি, মনাকোং মেনশিনবা লৌথোবকপদা খিঙদুনা লৈবম্মী, শাউনিংনা তাপ পায) হেলো গুড মোর্নিং! চীফ মিনিষ্টবস সেক্রেটবিয়েট! তাকপীয়ু! কনা? নুংশিবা! অস! (শুমাঙ লীলাগী কোমিডিযান অমা শাদুনা) নুংশিবা হৌজিল্লকইবো! ঙাইখো ঐ পাখঙনি হায়বসি নঙ কবম্মাই খঙই। হা! নঙনা হঙলিবসিদি ইবুংঙোনিনে! ঐদি ঐগা নুংশিনসি হায়বিবোই খল্লুবে। মপান থোক্রে। থোকহন্দবা। মী ফত্তবা লৈয়ে। হাইমা! এলিজাবেথকা নঙগা নমায়বীনি হাযবা। এ নুংশিদা! এলিজাবেথতো নেমতক পিকতক ফজবনিনে। হৌজিক্তি ঐখোয় সি এম না ইবুংঙোবু চপতক শাঙতক তৌবী থাদোইগা চৎমিন্নহল্লিয়ে! নখোন্দু তাবদা নুংশিযে! নশক ফজবমগদৌমাল্লিকো দার্লিং। (নোংশাবা থোবকই, মংলেমদা য়েংই) থিয়ে! থিবম্মোই কৈসু নখোল অসুকয়াম নুংশিবগা।

নোংশাবা - (কল্লপ) মংলেম!

মংলেম - (খঙপ্রেক খঙনা টেলিফোন থল্লগা) ওঝা!

নোংশাবা - কবিনো নঙনা তৌবিবদো?

মংলেম - (নোকশিল্লগা) ওঝা! বোং নম্ববনি।

নোংশাবা - (চীং লেম্না) চীফ মিনিষ্টর সেক্রেটবিয়েটকী ষ্টাফ হাযবসে লেমজনফম ওইবা ওইগদবনি।

মংলেম - লৈশাবীনা ঙাওশিন্নবকইবনি ওঝা!

নোংশাবা - মখা তাগনু। নেক্স তাইম অদুম্না ঙাওশিন্নবমবা ঐনা থেঙনরবদি নঙসু ঐগী ষ্টাফতা থম্লোই।

মংলেম - (কিনা) ঐ কাওজবোই ওঝা! অমুক হন্না টেলিফোন্দা ফাগী তৌজববোই।

নোংশাবা - কমিস্নাব মিশ্রা কৌ। (চঙশিন্দুনা মাগী কাদা ফমখি) অদুগা, অ:নঙ ইবুংঙোদু কৈদৌবিবগে যেংলু।

মংলেম - ফনি ওঝা! (টেলিফোন উংলগা) হেলো! ইট ইজ ফ্রোম চীফ মিনিষ্টবস সেক্রেটবিয়েট! ওনবেবল সি এম ব্রান্টস য়ু। (থম্মী) উম অমুক চৎ তাবেনে। টেলিফোন্দা ফাগী তৌবা যাদবোইবে। (তল্লি তল্লি চৎখি, নোংশাবা চীং লেম্না ফম্মী, টেবলদা লৈবা ফাইলশিংদগী অমা লৌখৎলগা যেংই, তাঙ্গাসিদা প্রেমজিৎ চঙলকই)

প্রেমজিৎ - মে আই কম ইন সাব! (নোংশাবা প্রেমজিগী ফল্লপ যেংলগা মঙক নোম্মী ব্রা ঙাঙদে প্রেমজিত্তা যেংই) সাব! সাবনা ইমা আব এস খনোৎলাবু মিনিষ্টব লৌথোকপসি অবানবা খোঙথাঙ অমনি। (নোংশাবা ব্রা ঙাঙদনা থওইদনা য়েংলকই) বিজর্ব ওইববা নুপী মীহুৎপু সাবনা লৌথোক্নুনা নুপী ওইবীবু ইকাই খুম্নবীবা তৌবীদুনা হাপ্তা অমগী মনুংদা অমুক হঞ্জিলহনবীদ্রবদি অচৌবা লৈবাক ব্রাথোক ওইননবা মবম ওইবক্কনি।

নোংশাবা - উম! (তপ্না প্রেমজিত্তা ওনশিল্লগা) মীযামগী সবকাবদা নিযম চুমদবা মীহুৎ অমতনা শক্তি পাযননবা ঐনা মিনিষ্টব ওইহল্লোই। খনোৎলানা শেল কয়া পীদুনা নখোযগী ছাত্রগী

লুচিংবশিংদা লৈবাক ইবাং হৌননবা নেকপনো? নত্রগা নহাক ছাত্র লুচিংবশিংগী মকমদা লৈবগা কবম্বা খুৎলাই পাযবা কাঙবুগা নহাক্কা খুৎশমননা চৎমিন্নবা মীশকনো ঐহাক চপ চানা খঙবা মীনি। যাবে, (মখুৎনা চৎখ্রো ইঙ্গিৎ পী)

প্রেমজিৎ ঐ নহাকপু কনানো হাযবা চপ চানা খঙবা মীশক অমনি, মিষ্টব লাইওন।

নোংশাবা - (শাউদুনা) নহাক্কা লাইওনবু খঙলবদি অচুম্বগী মাযোক্তা লাইওন লৈখিদে, নোংশাবনা মতিক চাবা লিডব লৈতবা লমদমসিগী লিডব ওইদুনা চীফ মিনিষ্টব ওইদুনা সাসন তৌবিবা লৈবাকসিদা মল্লবা শুম চারবা মীযামগী লন মাঙহনবা কলচববু যোকখৎকদবা নত্তে। মবাল লৈবা মিনিষ্টববু কন্দুনা থমগদবা নোংশাবা নত্তে।

প্রেমজিৎ আব এস খনোংলাগী মবাল কবিনো? মহাক্কা সবকাবগী শেনফম নিযম লান্না লুপা অমতসু মাঙহনদে।

নোংশাবা শেমদোক- শাদোক্লগা ঙাইহাক্কী তাৎ তৌবা যাগদবা নোংশাবা নত্তে।

প্রেমজিৎ নহাক্কী নহুৎ শীন্দুনা পুন্সি লোইখিবা দেবিডকী কথোক্লবা রাখলবু মীবাইবা চুমলোই। দেবিডনা পামখিবা নীংতম্বদি দাউনপ ওইনা মীগী মখাদা লৈবাক পুবসি ওইবমলোই। মদুমক্কা ঐখোযগী খোঙফম হন্দ্রি।

নোংশাবা মশাগী মথৌ মশক খঙদবা হাযবসিনা নীংতম্বগী নুঙাইবা শক্তমবু মশক থীহল্লি। ঐহাক নীংতম্বগী পুব্রাবী মমুৎ তানা খঙবা নোংশাবনি। নীংতম্বগী লাম্মী ওইনা মীযামগীদমক খুত্তা খুৎলাই পাযবকপা মীওইনি। লমদমসিগী নীংতম্বগী লান্দি পেন দবগী লাননি। মীওইবা সভ্যতানা লৈবিবা মথৈগী লৈগদবা লাননি। নীংতম্বগী মায পাকপদি অচুম্বা অমসুং কথোকপনি, ইশাগী তৌফম তোকপা ইথৌদগী মায লৈদবনি।

| | | |
|---|---|---|
| প্রেমজিৎ | - | আর এস খনোংলাবু ৱিদিন ৱান ৱিক অমুক হন্না মিনিষ্টব ওইহল্লু। নত্রবদি! |
| নোংশাবা | - | নত্রবদি নখোয় কবি তৌগদৌরিবা? (লাউদুনা) শন্ত্রী ! |
| মপান্দগী | - | য়েস সাব! |
| নোংশাবা | - | (লাউদুনা) অঙাওবসি মঙক লাক্কুনা ইম্থোকলো লাও। |
| প্রেমজিৎ | - | (শাউনিং) লাকলিবা ঐহাক লৈবাকসিগী ছাত্রগী লুচিংর্বনি। |
| নোংশাবা | - | খুৎলাই পায়বা লালহৌবশিংগী পাউখোল চেল্লগা হিংবনিসু হায়য়ু। লমদমসিগী মীয়াম অমদি প্রজাশিংগীদমক্তা নত্রা নোংশাবনা লৈবাক পুরবা। ঙসিনা চীফ মিনিষ্টব ওইবিবসিনা কনাগীনো? ইবনাইগীবা? ঐগী নুঙাইনববা ঐনা লৈবাক শেমলিবা, পোর্টফোলিও অমত্তা পাইদ্রিবা। চৎখো চৎলু। (প্রেমজিৎপু ইম্থোক্কুনা অনীমক থোকখি) |

## মাপলগুবা উৎপা লোইবা

# তরাশুবা উৎপা

(আব এস খনোৎলাগী ক্বাটব, নুংথিল তালক খনোৎলা শাউনা থোক্লকই. বেগ অমা যাল্লকই, বেগতু টেবলদা থন্মী শাউনা মতোমতা ঙাঙই)

খনোৎলা - ঐবু মশক খঙদবা! ঐবু ইকাযবা পীবা। আব এস খনোৎলাবু খঙদবা! ইয়া! (শাউনা মোবাইল লৌথোক্লগা নম্মী) জেমস! হৌজিক ফাউবা নখোয কবি যেংদুনা লৈববা? কবিগী বন্দ কৌদে, কবিগী ইকোনোমিক ব্লোকেদ তৌদে, কবিগী ত্রেন চেলহল্লি। লাইওন্না ঐবু ইকাযবা পীবগী পাউ তাবগা নখোযসু নুংঙাইববা? কনাবু নুংশিবগী ঐ ইকায়বা নঙববা? মদু নখোয কবিগী খঙদে। কবিগী নখোয়না ঐখোয়গী ইখোঙদা কুন্দুনা লৈবম্না হুইবু কিববা? হি ইজ নোট লাইওন। হি ইজ ডোক য়ু নো! মহাক ঐখোয়গী ইবক্তগী চহী ২০ গী মমাঙদা শিথ্রবনি। অশিবা মীবু কবিগী মথৌ তৌহনববা? ওপনলি, ওল ওভব ইন্দিযাদা ঐনা লাইওনবু মশক তাক্কনি। ঐ ইশাসু এম এল এ ওইদুনদি লৈবোই। বিজাইন তৌগনি। অমুক হন্না ঐ কেম্পদা হল্লক্লগনি।(এলিজাবেথ চঙলকই মমাগী মতৌদুদা)

এলিজাবেথ - অবু! কবিগী টেলিফোন্দা পঙাঙ ঙাঙববা।

খনোৎলা - ও:কে! থেঙ্ক যু। (এলিজাবেথতা) নঙবু ঐনা মফমসিদা থল্লবোই। নহাক অঙ্কল শৈজাগী মনাক্তা থাইলেন্দা থল্লগনি। ঐহাক এম এল এদগী বিজাইন তৌবগনি।

এলিজাবেথ মন্ত্রী ওইদবগীবু করিগী অদুক শাউববা? মন্ত্রী ওইদবা এম এল এসু যাম্না লৈবনি।

খনোৎলা - মনুংগী ব্রা নহাক্না খঙলোই। ঐ নোংশাববু চপ চানা ঐনা কবি ঙম্বগে খঙহনগনি।

এলিজাবেথ - অঙ্কল সি এম মীয়াম্মা যাই, মাগী মাযোক্তা অন্দলোন হৌবা, বন্দ তৌবা ফাগী তাবগা তোকপা অবু খঙবা নত্রা'? মচিন থিবগী প্রেমজিৎ এন এস এ দা জেলদা লৈখ্রে।

খনোৎলা - (শাউনা) ঐবুসু মানা জেলদা থমসনু। ঐনদি মাবু জেলদা থম্বা ঙম্লোইদ্রা? (নুংশিবা সহেগল লাকপগী কোল্লিং বেল খিংলকই) য়েস!

নুংশিবা - এলিজাবেথ!

এলিজাবেথ - (নুংশিনা) হায! নুংশিবা! (হবাওনা অনীমক চঙশিন্দুনা মখুৎ শোক্লে, খনোৎলানা শাউনা মমিৎ খানা য়েংই)

নুংশিবা - ঐ নঙবু উন্নবা লাকলে। নহাক্না টেলিফোন্দা যাম্না কৌবে, মংলেম্না হায়বে।

এলিজাবেথ - (ব্রা ঙাওথোকফম খঙদা নুংশিবদা নুংশিনা য়েংজবগা) নহাক্না ঙাঙনগদবা ব্রা য়াম্না লৈ।

খনোৎলা - (কল্লপ) এলিজাবেথ!

এলিজাবেথ - (ঙকলপ) অবু!

নুংশিবা (খনোৎলাদা চঙশিল্লি) গুড ইভনিং অঙ্কল! (খনোৎলাদা মখুৎ শোক্লনবা চঙশিনবদা খনোৎলানা মখুৎ খন্দুনা চঙশিল্লক্লনবা ঈঙ্গিৎ পী)

খনোৎলা - মিষ্টর সহেগল! নহাক ঐগী য়েক্লবগী মচানি।

এলিজাবেথ - অবু!

খনোৎলা - (লাউদুনা) নঙ ব্রা ঙাঙগনু। ঐ আর এস খনোৎলানি। অমুক হন্না ঐগী য়ুমদা লাক্কনু।

এলিজাবেথ (কপনিং) অবু! নঙনা কবিগী অদুম হাযববা'?

খনোৎলা - (লাউদুনা) নঙ ব্রা ঙাঙগনু। নখোয অনী অমনা অমবু মশক খঙনদে। খঙনদনা লৈবনা অদুমক ফৈ। খঙনবগী অমুক

অনীরক পঙকোই কোইবা নখোয়না চৎপদা ঐ বা ঙাঙখিদে। ঐ হুইনাও মচাদা, শজি মচাদা ঐ খুৎ থাদে।

নুংশিবা - (ঙক্লা) অন্তি! নঙ করি হায়বরা? ঐ ফোলো তৌবা ঙমদে।

খনোৎলা - মদু নহাক্না ঐঙোন্দা হংগদবা নত্তে। নহাক্কী অঙ্কল ওনরেবল সি এম লৈবাক মীয়াম্না য়াবা পোলিটিক্স হৈবা নেসনেল ফিগর ওইবতা নত্তনা ইন্টরনেসনেল ফিগব তাঞ্জবিবা অফাউবা শাবদুদা হঙলু।

নুংশিবা - (তৌফম খঙদে) অন্তি!

এলিজাবেথ - (মমাগী মতৌদা তৌফম খঙদনা) অবু!

খনোৎলা - ঙসিদগী নখোয় অনী অমুক হন্না উন্নবা য়াবোই।

এলিজাবেথ - অবু! নঙনা কবিগী অদুম হায়ববা?

খনোৎলা - ঐনা বা ঙাঙদ্রিঙৈদা ওনবেবল সি এম না নখোয অনী উন্নদনবা শীনখ্রে। (থওইদনা) অদুবু ঐনা ঙকলিবদি চেকশিন্না মানা ঙাক্তুনা থম্বা শজি মচাসিনা ঐগী যূমদা কবম্না লাকপবা হায়বসিনি। (নোকই) হ: হ: হ:

নুংশিবা - (ঙক্লা) প্লিজ ডোন্ট মাইন্দ অন্তি। কবিগী অঙ্কল অমদি নহাক্ন া এলিজাবেথকা ঐগা উন্নবা পামদে?

খনোৎলা - তাও অদুদি - নখোয় অনীমক তাউ। নহাক্কী নপা বোহিত সিং সহেগলবু হৈ- শীংলবা মীহাৎপা অমনা মশিং খঙদনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি।

নুংশিবা - মীহাৎপদুদা নত্তনা কেম্প অদুদা লৈবা টেবোবিষ্ট পূম্নমক ঐগী অঙ্কল শ্যামসুন্দবনা হাত্তুনা লমন খুমখ্রে।

খনোৎলা - (নুংশিবগী ব্রাদুদা পেন্না নোকই) হ: হ: হ:, হ: হ: হ: (এলিজাবেথ অমদি নুংশিবা ঙক্লা য়েংই, "অবু! অন্তি" হায়) অশেংবা মীহাৎপা অদুদি হৌজিকসু হিংলি।

নুংশিবা - (ঙক্লা) ডি বিযেল মবডব ইজ ষ্টিল অলিভ! (কল্লব) কনানো?

হায়বীয়ু অদুদি মহাক কনানো? দেবিড তাম্বুল নত্তবা কনানা ঐগী ইপাবু হাৎপনো? (মশা থক থক নীকই)

এলিজাবেৎ - (ঙক্লা) দেবিড তাম্বুলনা কনাদা করি তৌবরা?

খনোৎলা - (মচানুপীবু ইম্ব্লোক্লগা) ব্রা ঙাঙগনু! (নুংশিবদা) অশেংবা মীহাৎপদু খঙলগা নহাক কৈদৌবা ঙমগনি? (লাউদুনা) নপা হাৎখিবা মীহাৎপদু নহাক কৈদৌবা ঙমগনি? থাঙনা থিনবা ঙমগদ্রা? নোংমৈনা কাপ্পা ঙমগদ্রা? হু পীথক্কুনা হাৎপা ঙমগদ্রা? মঙক্তা থৌরি থুবা ঙমগদ্রা? পাঙ তিঙদুনা হাৎপা ঙমগদ্রা? (লাউথোকলুবগা হম্থুরগা) নো! ঐ খঙই নহাক কবিসু ঙম্লোই। নহাক চৎখ্রো। ঐহাক পাঙদবশিংগী মশক য়েংদে। (কল্লপ) অদুগা, নহাকপু পোকপা রোহিত সিং সহেগলবু হাৎপা মীশক্কু খঙবদি ইতোমতনি।

নুংশিবা - দেবিডপু নহাক্লা কবম্না খঙববা? ঐ মহাক্কী ফেমিলিবু থীবনি। কনানসু ঐঙোন্দা তাক্তবনি।

খনোৎলা - ঐনা তাক্কনি। ঐনা দেবিডকী ফেমিলিবু তাক্কনি। (কল্লপ) তাউ! দেবিডপু হাৎখিবা শ্যামসুন্দবনা কবিগী মপানগী ষ্টেটতা ডিপুটেসন লৈখিবনো নহাক খঙববা? ঐনা উবদা নহাকসি পাঙদবা অঙাং ওইনা উই। নঙোন্দা অশেঙবা নপা হাৎপদু খঙহল্লুবগী কান্নবা লৈবোই - ব্রা মাঙদুনা তোক্কনি।

নুংশিবা - (শাউনা) অস্তি ! ঐ অপিকপা অঙাং নত্তে। হৌজিক ফাউবা অশেঙবা ঐগী ইপা হাৎপা মী অদুনা হিংদুনা লৈববদি - হায়বীয়ু! মহাক কনানো? কদায়দা লৈবনো? ঐনা বিভেঞ্জ তৌগনি। লমন খুমগনি।

খনোৎলা - (মায় খজিক্তুং লৈথোক্লগা) হুইনাউ মচাগা নোংশাগদি লম্বা পাবা ঙম্লোই।

নুংশিবা - (শীঙনদুনা) অস্তি ! ঐ নুংশিবা সহেগলনি। লমদমসিদা মীয়াম্না ইকায় খুম্নবী রাজলক্ষ্মীগী মশুনি, লমদমসিদা মীযাম্না

মতিক মগুণ শেন্নবিবা চীফ মিনিষ্টর নোংশাবা ঐগী অঙ্কলনি। ইপাগী মনাউনুপানি। ঐনা অমুক ঙাঙবা হায়বসে ফাইনেলনি। ঐগী ফোবফাদরশিংগী চৎনবী ঐনা ঙাক্কনি। হায়বীয়ু অম্তি মীহাৎপা অদু কনানো?

খনোংলা - ঐ হায়গনি। অদুদি নহাক ব্রাশকপা ঙম্বা? লমন খুম্নগনি হায়দুনা!

নুংশিবা - (শীঙনদুনা) অম্তি! ঐনা ব্রাশক্লি। ঐগী ইপাবু মীনুংশি লৈতনা হাৎখিবা মহাক অদুবু ঐনা হিংনা থম্লোই। ইপাগী রিভেঞ্জ তৌগনি। মচা অমগী তৌফম থোকপা ইথৌ পাঙথোক্কনি।

খনোংলা - (চঙশিন্দুনা মাগী বেগতগী পিষ্টোল লৌথোক্নুনা পী) টেক ইট! লৌ! পায়য়ু! (ঙক্লা নুংশিবনা লৌই, এলিজাবেথ পাখৎনা)

এলিজাবেথ - (মমাদা চেনশিন্দুনা) অবু নঙনা কবি পাম্ববা?

খনোংলা - (এলিজাবেথপু ইষ্থোক্লগা চৈদুনা) নহাক ব্রা ঙাঙগনু, "ন তুই অমা তুই অলো", মবাল লৈতবা দেবিডপু বেঙ্গম পীদবগী মী হাৎলি হায়বা অরানবসিবু ঐনা চুমদবনি হায়বসি বোহিংকী মচানুপা অসিদা হায়গনি।

এলিজাবেথ - (কপ্তুনা) অবু!

নুংশিবা - হাযবিয়ু অম্তি! ঐবু লাঙতক্লহনবিরগনু।

খনোংলা - (ঙঙদুনা) হায়গনি! ঐনা হায়গনি! মীহাৎপদু - (নুংশিবা সহেগলদা য়েঙই)

নুংশিবা - হায়বীয়ু- অম্তি হায়বিয়ু।

খনোংলা - (সহেগলদা মুন্না য়েংলগা খঙহৌদনা মখোল হৌনা কপ্লকই) হ: হ: হ: হ: নহাক ব্রা ঙাঙগনু। "দেবিড! (অঙাওবীগুম) ন ইলে মলুঙ মবাটমে অলো। ইবুই কচো মখাঙ বরট থুরে। ননা নিংকচাংঙা চুই লাইওননা মক নবব থুবে।" দেবিড!

নও ঐবু ৱাবৌনু। ঐ খাওবা ঙমদ্রে। নঙনা পামজরম্বা ৱা লাইওন্না ঙাক্লে।

এলিজাবেথ - (চেনশিন্দুনা মমাবু কোল্লি) অবু! কবি ৱা কনানা ঙাক্তবরা? ঙসি নঙগী মওংসিবু কবিনো?

খনোংলা - (মপি তৈথোক তৈথোক্লা) তাউ মিষ্টব সহেগল! নহাক্কী নপাবু হাংখিবা মীশক্তি অতৈ কনাসু নত্তে। লাইওন!

নুংশিবা, এলিজাবেথ - (ঙক্লা) লাইওন!

খনোংলা - মান্নি লাইওননি।

নুংশিবা - হু ইজ ডি লাইওন? মহাক কনানো?

খনোংলা - তাউ! মতম অমা! চহী ৩০গী মমাঙদা লমদমসিদা অপূনবা নীংতম লালহৌ কৌবা খুংলাই পায়বা বিভোলুসনবি গ্রুপ অমা লৈবম্মী। লমদমসিগী নীংতম্বা পাম্বা চীংমী তম্মী অনীগী অপুন্বা সংস্থাননি। দেবিডনা আর্ম ৱিংগী চীফ মার্সিয়েল অমসুং কমান্দব ইন চীফ ওইবনি। লাইওন্না ওভবগ্রাউন্দা লৈবা ওর্গনাইজেসন অস্নিগী লিডব ওইবনি। বোহিত সিং সহেগলবু এ এন এলগী ফন্দ ড্রাইভ ওইনা টেন ক্রোবগী লগুন্দগী ইম্ফালদা লাকপদা ফাবনি। লাইওনগা বোহিতকা হান্না মশক- মশক খঙনবনি। মশক খঙবা মী ওইবগী মপুক ফত্তবা লাইওন্না নোংমৈনা মশিং খঙদনা কাপ্পুনা রোহিতপু হাংপনি।

নুংশিবা - (হৌনা) লাইওন কদাযদা লৈবনো?

খনোংলা - তাখো! ৱাবী অসি তাদনা অশেংবা খক খঙবা ঙম্লোই। মৱাল লৈতবা দেবিডপু কম্বাইন্দ ফোর্সকী লুচিংবা শ্যামশুন্দবনা মীনুংশি লৈতনা হাংখি। রোহিতসিং সহেগলবু হাংপা মীহাংপা গেঙ মুত্থংলে লাউথোকখি।

এলিজাবেথ - (কপ্পুনা) অবু!

খনোংলা - (শীঙনদুনা) অদুগা লাইওন্না ওভবগ্রাউন্দা লৈবা এনজিও খরগা পুন্দুনা পোলিটিকেল ওর্গনাইজেসন অমা শেমখি।

ভোৎ লেপখি। সবকাব শেমখি- লিডর ওইখি। চহী ১৩ হেন্না অচুম্বা চৎপা অফবা মিনিষ্টব শাদুনা নো পোর্টফোলিও চীফ মিনিষ্টব ওইনা লমদমসিদা সাসন তৌবি।

এলিজাবেথ - (কপ্পুনা ঙক্লা) অবু!

নুংশিবা - (হৌনা) হ্বাট য়ু সে অন্তি?

খনোৎলা - য়েস! ডিজ ষ্টেট'স চীফ মিনিষ্টব নোংশাবা ইজ ডি লাইওন!

নুংশিবা - (অঙাওবগুম) নো! নো! অদু ওইবা যাবোই!

খনোৎলা - (লাউদুনা) অচুম্বা ব্রা তাবা হৈতবা তৌগনু! লাইওন্না বোহিতপু মহাক্কী ময়াম্বনি খঙখিদে। বোহিত্তি বোহিতকী মমা বাজলক্ষ্মীনা কনাসু খঙহন্দনা লৈশাবী ওইবিঙেদা পোকপনি। মমানা মচিল মনাও মশক খঙনহনদে। বোহিতপু হাৎপা খঙবা শুপ্লতগী মী অহুমখক লমদম অসিদা লৈ।

নুংশিবা - (ঙক্লা) মী অহুম!

খনোৎলা - হ! হ! হ! মী অহুমখক্তনি। নম্বব ৱান- আই জি পি শ্যামসুন্দব, নম্বব টু- লাইওন, মীহাৎপা মশা, নম্বব থ্রি- দেবিড তাম্বুলগী নুপী আব এস খনোৎলা ঐনি।

নুংশিবা - (ঙক্লা) নহাক! নহাকপু - নঙবু দেবিডকী নুপী।

খনোৎলা - (লাউদুনা) মান্নি! ঐহাক মবাল লৈতবা মীহাৎপা তাহনখিবা দেবিড তাম্বুলগী নুপীনি! নহাক্লা নুংশি হাযজবা এলিজাবেথ দেবিডকী মচা নুপীনি!

এলিজাবেথ - (কপ্পুনা) অবু! (মমাদা কোল্লি, মমানা মচাবু কোনবী)

খনোৎলা - নখুত্তা পায়বিবা খুৎলাইদু পাযদুনা নঙগী অঙ্কল নোংশাবা হাৎলু! অচুম্বা চৎপা শাবা নেসন অসিনা ওর্ণব তৌবিবা ইন্টবনেসনেল ফিগর ওইবা লীডব ওইগনি খল্লিবা মীহাৎপা লাইওন্দা ব্রাহংসি হংঙু!

নুংশিবা - (অঙাওবগুম) নো- নো- নো! মদু ওইথোকপা খক যাবোই!

(নুংশিবা কপই, তাঞ্জাসিদা থাদোইসনা চেনশিল্লকই, ঙক্লা ফিভমদুদা)

| | | |
|---|---|---|
| থাদোই | - | (য়েংলগা) এক্সকুজ মি মেডাম! (সহেগলদা য়েংলগা) ও: সহেগল! নহাক্না কনাদসু ইনফোর্ম তৌদনা বঙ্গলোদগী থোকখ্রে হায়দুনা অঙ্কল সি এম য়াম্না ব্রাবৌবে! ঐ নঙবু লৌবা লাক্লিবনি। লাকও- চৎলসি। |
| নুংশিবা | - | (ব্রানা) অস্তি! ঐনা ঐগী ব্রাশক ঙাক্কনি। |
| থাদোই | - | (ঙক্লা) হ্বাট প্রোমিজ? (নুংশিবা কনাদসু য়েংলমদনা চৎখি, এলিজাবেথতা) এলিজাবেথ! করি তৌবা যাওববা? (কনাসু খল্লক্তে, নোকমি) আই এম ছোবি। থেঙ্ক য়ু! (কৌদুনা) সহেগল! নহাক ঐগী গাড়ীদা চৎকদবনি। (তান্নখি) |
| এলিজাবেথ | - | (কপ্পুনা) অবু! |
| খনোৎলা | - | (মচাবু নুংশিনা য়েংলগা) ডোন্ট ব্রোবী মাই চাইল্ড! মপুক ফত্তবা লাইওন অব্রাবা তাসনু। ঈশ্বরনা ঐখোয়বু অদুমক থৌজানবীগনি। লাউ! দেবিডকী মবাল লৈতবা থব্রাযগীদমক প্রার্থনা তৌকসি। (মচাবু পুশিনখি) |

## তরাশুবা উৎপা লোইবা

# অরোইবা উৎপা

(চীফ মিনিষ্টর নোংশাবগী বঙ্গলো, অয়ুক পুং বাবো মমাঙ, নোংশাবা ব্রারৌনা সাহেগলনা লৈবা কাবোমদা ওনশিন্দুনা লাউ- খোঙলগা চঙলকই)

নোংশাবা - ঐনা য়ারোই হায়বিবসিনি। টিকেট কেন্সেল তৌখো। ঙসি- ঙসি হায়ববু হৌজিকমক নঙগী অঙ্কল আই জি পি শ্যামসুন্দর অমদি অন্তি। অঞ্জলি থুংলরগনি। নঙগী নয়াম্বা সুন্দবমণিসু থুংলবগনি। মফম মরাং খঙদনা নুংশুক নুংজানবা কনাদগী তম্লুবা শাজৎনো? (ডি আই জি যুগীন্দ্র চঙলকই ওর্ণর তৌই, হাইফেৎ য়েংলগা) কবি পাউ অনৌবা লৈ?

যুগীন্দ্র - এক্স মিনিষ্টর আর এস খনোৎলাগী ব্রাফম খবনা ইবুংঙো সহেগলগী মপুক্লিং ওনখিবা ওইরমগনি হাযবগী চপচাবা পাউ লৈজরে সাব।

নোংশাবা - (যুগীন্দ্রদগী মমায় খজিক্তং লৈথোক্লগা) মানা করি হায়রিবা! (কল্লপ) মশাগী অরানবা অশোয়বা চুমথোকচগেদি লৈতদুনা ঐগী ইমূংদা হু পাম্বী থাজিল্লক্লিবা। (শাউনা) ঐগী ইচানা খনোৎলাগী ব্রাবু লৌবিবা। (হন্থবগা) ও:কে: ফবে, যুগীন্দ্র সাহেব!

যুগীন্দ্র - তাকপিয়ু সার!

নোংশাবা - ঐ ইচা থাদোইদু অমুক্তং লাকহন্নিংই।

যুগীন্দ্র - ইবুঙোগী প্রোগ্রামসি ইচানুপীনা মাঙজৌননা খঙই। মহাকপু ইম্ফাল ইয়াবপোর্ট ফাউবা থীন্দোকনবা মহাক শোয়দনা য়ৌরক্লগনি সাব!

নোংশাবা - (হৈনিংদনা) ও: মখোয় পূম্নমক মাঙজৌননা থৌবাং লোইবল্লবা। ফবে! থেঙ্ক য়ু যুগীন্দ্র।

যুগীন্দ্র - থেঙ্ক য়ু সার। (ডি আই জি যুগীন্দ্র থোকখি)

নোংশাবা - (লৈতাফম খণ্ডদে তবংদা খজিক্কং নোকই) পুন্সি অমগী অচুম্বা অমদি অশেংবা থিবা কৈদৌঙৈদসু তবাইবা নত্তে। হৌজিক ঐনা তৌগদবসি করিনো? (লৈতাফম খণ্ডনা শাউরগা) খনোংলা! খনোংলানা লিন অমোমগী শক্তম লৌদুনা ঐগী ইফমদা হু কামশিল্লক্লবা! (তৌফম খণ্ডনা থাবিবা সোফাদা ঙেক ফমথে, মতোমতগী মরাইবক্তা মখুৎনা পাযবগা মমিৎ ফাউবা খুমদুনা নোম্বরগা কৈদৌগদগে ৱাখল তৌই, অঙ্গাসিদা নুংশিবা সহেগল ব্রিপ কেস অমা পায়দুনা চঙলকই, ফমদুনা লৈরিবা নোংশাববু য়েংই, তপ্পা ব্রিপ কেস থম্মী, নাকল্লদগী পিষ্টোল শংলি, এম তৌই, মখযাৎ ক্রক ক্রক চিকই, নোংশাবা হন্না য়েংলক্কে, নুংশিবনা নোংমৈ শীঙদুনা লেপ্পী, মশা নীকই, হুমাঙনা চোংলি, নোংমৈ কাপ্পা ঙমদে, তৌফম খণ্ডনা কপথোবকই, নোংশাবা ফুক হৌগংলকই, সহেগলনা তৌরম্লিবা মওংদুদা ঙক্লা যেংই)

নোংশাবা - চাম্মবক হন্না নহাক্লা হন্না- হন্না খল্লবা নশাগী ৱাবেপ পাঙথোকপা ঙমদনা পাঙদবগুম ভুমিন লেপ্লিবা কবিগীনো?

নুংশিবা - (তরংদা) নহাক! নহাক জেনিযসনি' লাইপোকনি। অদুমক্লা ইবাংতনা থল্লবা মী অমগা অমগা থাজনদবা নুংশিনদবা লমদমসিগী লিডব ওইবা ঙম্বনি। ঐ- ঐ খঙই, চীংজাওগুম্না নহাক্লা লেঙদনা লৈহৌবগা নহাক্কী যেক্লবশিংনা মতোম-মতোমতা তুবনি।

নোংশাবা - ঐবু হাংকে খনবা নত্রা? খনোংলাগী ৱানা অচুম্বনি হায়দুনা ঐবু হাংলগা নপাগী লমন খুমগে হাযবা নত্রা? ও:কে: সুট মি! সুট মি! (কন্না) সুট মি! (নুংশিবগী মশা পাযদুনা নীকই)

নুংশিবা - (মখুৎনা পায়বা পিষ্টোল নোংশাবগী মখোঙদা থল্লগা) আই এম ছোবি অঙ্কল! (মপি শিন্থদুনা) ঐ- ঐ লাল্লে অঙ্কল! (খুইবম্মী)

নোংশাবা - (নুংশিববু কোনখৎলগা পিষ্টোল খুৎনা লৌখৎলগা অমুক পীদুনা) লৌ। হিংনিংনা হিংবা নোংশাবা নত্তে। ঐনা হিংলিবসি সুপ্নতগী মবম অনীতনি, অহানবদা- ইমা লৈবাক, অনীশুবদা- নহাক, পান্দম্মা- অচুম্বা! (ৱানা) মবোমদোম নুংঙাইবগা লৈবাক্কী মিংদা শক্তি পাম্বশিংদা ঐনা পড়া তম্বীখ্রে। হৌজিক নহাক্কী কুম্মৈ মপুং ফাদ্রি। পনখৈ অমগী নাখৈ শেংলগে লেপ্লকপদা নখুত্তা খুৎলাই পাযদুনা লৈখিদ্রবা নঙগীনা অপোকপা ঐগী ইয়াম্বগী লমন খুমুনবা ঐঙোন্দা নোংমৈ মতোল ওনশিল্লক্লে। ঐ চেল্লোই। মখা তানা হিংদুনা লৈবনা শান্তি ফঙগদবা লৈত্রে। (থম্মোয শোক্লা) লৌ' খুৎলাইসি লৌ পাযযু' ঐ সুট সাইট নোট ইগে। ঐ পোত্থাবগে।

নুংশিবা - (কপ্পুনা) নো' ঐ- ঐ চৎলগে অঙ্কল। ঐহাক লানখ্রে। ঐ লানখ্রে অঙ্কল।

নোংশাবা - (কন্না) ঐ তাবোই নীংশিংলুবদা অকিবা পোক্লবা ঐগী মমানা শেম্বীবম্বা পুক্সিগী চেনাশিং অমুক হন্না ঐ যেংলবোই। ঐবু অমম্বদা তিন্দুনা পোত্থাহল্লু' (কপ্পুনা) নহাক্তি লমদমসিদা পোকপনি। পোকপতা ঙাযবিবা নঙবু ইথাদা কোন্দুনা নহাক্কী নুংশিবনা ঐনা তৌফম খঙদনা- নহাকপু "নুংশিবা" কৌখিবসি ঐনি। ইতৈমনা য়াদদুনা নহাক্লা থা তকক শুরকপদা নহাক ইংলেন্দা চৎখিবনি। হৌজিক্তি নহাক্লা ইংলেন্দা অমুক চৎপগী ৱাবেপ লেপত্রিঙৈদা অঙ্কল পোত্থানিংলে। (অঙাওবগুম) ঐবু পোত্থাহল্লু! ঐ পুপুগী মনাক্তা চৎলগে. ববা- মমাগী মনাক্তা লৈকুবগে। নোংমতা চেৎনা লেঙ্গোন্নবা ফঙলক্তুবা ইযাম্বা বোহিতকা লেঙ্গোন্নকুবগে' (কপ্পুনা) ঐ তাইবংপানববু মীহৌদ্রে। ঐ পোত্থানিংলে! নুংঙাইনা লৈনিংলে। তাইবং মায়াদগী পোত্থাবগে'

নুংশিবা - (কপ্পুনা) নো! অঙ্কল' নো! ঐ- ঐ লানখ্রে। ঐ লানখ্রে অঙ্কল!

(খুরুম্মী) ঐনা মীওইবা ওইনা হিংবা ঙমলিবা মতম অদু ফাওবা নহাক্কী বা ঙাক্কনি। ঐ খঙই কনানা ঐগী ইপাবু হাৎলি। লীথোকপা তমথোকপদা শম্মুফম খঙদবা বারী অমনা ঐগী ইপা ইবুংঙো অমদি নহাক্কী বারী ওইখি। ঐ খঙই (কপ্তুনা) নখোয় কনাসু লান্দে।

নোংশাবা - মীহাৎপবু নহাক্না মরাল লৈতে হাযবা য়াবরা?

নুংশিবা - অঙ্কল শ্যামসুন্দরনা কেস অসিবু লোইশিল্লম্লগা ডিপুটেসন চৎখিবা- নোট এ সরপ্রাইজ বান। ঐ খঙই, শাংলবা বারী অসিগীদমক খুৎলাই পায়রুবা ঐগুম্না অকি তুজুংবা পোক্কনি। ঐহাক নহাক্কী নচানুপানি।

নোংশাবা - (তৌফম খঙদা) নুংশিবা! (মচাবু চেৎনা কোল্লি) অঙ্কল খাঙবা ঙমদ্রে। (তাঞ্জাসিদা থাদোইসনা চঙলকই অনীগী মওং য়েংই মখোঙ থাংজিনবা ঙমদে, নোংশাবা কপ্পা- কপ্পা হন্দে দাকই, নোংমৈ চেকশিন্না য়েপশিনখি)

থাদোই - (কপনিংবা খাঙনা নোকমি) অঙ্কল! সহেগল শোযদনা অমুক হল্লকখিনি।

নুংশিবা - (নুংশিনা) অঙ্কল! লেট মি গো টু ইংলেণ্ড! ঐবু চৎহনবীয়ু! ঐ ইমাগা লোয়ননা হল্লক্কে! নহাক্কী য়াথং ঙাক্লগে।

নোংশাবা - (বানা) নো- নো- মাই চাইল্ড! (মমায় লৈদুনা চঙখি)

নুংশিবা - (কৌই) অঙ্কল! অঙ্কল!

থাদোই - প্লিজ ডোন্ট বোবি সহেগল। ঐ অঙ্কলবু কনভিন্স তৌগে। (ঘড়ী য়েংলগা) বিপোর্টিং তাইম য়ৌবে চৎননবা তৌসি। (ব্রিপ কেস পায়খত্তুনা) ঐগী গাড়ীদা হাপকৎলগে। ঐ নঙবু এযারপোর্টতা ড্রোপ তৌগে। (সহেগল তৌফম খঙদে) কমোন! কমোন! মায ডিয়াব! (চৎপা হৌবদা এলিজাবেথ চেনশিল্লকই, থাদোইগা য়েংনৈ থাদোই থওইদনা ব্রিপ কেস

পুদুনা চৎখি, নুংশিবা এলিজাবেথতা য়েংই, এলিজাবেথ মপি শিন্থদুনা কপই)

এলিজাবেথ - সহেগল! (সহেগল খুমদে খোঙফম খরা চৎলি) নুংশিবা! (সহেগল হন্না য়েংদনা চৎলি, এলিজাবেথনা কপ্লা কপ্লা কৌবকই) নুংশিবা সহেগল! (সহেগল চপ লেপ্লী, এলিজাবেথনা হবাওজৈ মোমোন নোকচৈ অদুবু খুৎলৈ থুনা হন্না য়েংলমদনা নুংশিবা সহেগল চৎখি, এলিজাবেথ মতোমতা কপ্পুনা লৈহৌই)

**লোইরবা**

# লীলাদা চঙবা মী

**নুপা**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নোংশাবা | - | চীফ মিনিষ্টব |
| ২। | নুংশিবা সহেগল | - | ইংলেণ্ডদা লৈবা বোহিতকী মচানুপা |
| ৩। | মংলেম | - | চীফ মিনিষ্টরগী পি আব ও |
| ৪। | বিশ্বনাথ | - | সোসিযেল ৱার্কব, ভোট লেপ্পা |
| ৫। | থৌবা | - | মতমগী নহাবোল |
| ৬। | নিলধন | - | নোংশাবগী বোডি গার্ড |
| ৭। | সুন্দরমণি | - | শ্যামসুন্দবগী মচানুপা |

**নুপী**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | এলিছ মেডী | - | রোহিতকী লোইনবী ইংলেণ্ডদগী লাকপা |
| ২। | থাদোইসনা | - | নুংশিবা সহেগলগা হায়না-শীংনবী |
| ৩। | অম্বালিকা | - | সুন্দবমণিনা পামজবী লৈশাবী |

# অচুম্বা ৱাখৈ

লীলা অসিবু শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নবদা শক্তম লাংখিবা পিছ মেকব আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগা কলাকারাশং অমসুং মখোয়গা শক্তমাশং

(২০০৫-০৬)

**নুপা**

১। নোংশাবা - - ইবোযাইমা খুমন
২। নুংশিবা সহেগল - অকুন যুম্নামচা
৩। মংলেম - শান্তোস
৪। বিশ্বনাথ - গীতচন্দ্র চোংথাম
৫। থৌবা - বোজেস সাইখোম
৬। নিলধন - শীবাজি অমসুং রুপচন্দ্র
৭। সুন্দরমণি - দোবেন অমসুং বোনি

**নুপী**

১। এলিছ মেডী - বোবীন্দ্র লংথবাল
২। থাদোইসনা - হিবা মোটি
৩। অম্বালিকা - ডেবসন অমসুং বিসেস

**ঈশৈ নোংমাই**

১। তল্লা - বিনোই
২। কিবোর্ড - বোমেন
৩। বেস ড্রম - তম্ফাসনা
৪। গীটব - বোবার্ত
৫। বাঁসি - বোমাজিৎ
৬। নুপা খোঞ্জেল - জিতেনকুমাব
৭। নুপী খোঞ্জেল - কান্ত

**লীলা তম্বীবা** - বীরজিৎ ঙাঙোম্বা

# অহানবা উৎপা

(লণ্ডন্দা লৈবা এলিছ মেড়ীগী য়ুম, নুংথিল, এলিছ মেডী য়ুমদগী মপাল চথোক্কদবগী মফি মবোল শেত্নুনা থোবকই, তাঞ্জা অসিদা টেলিফোন লাকই, এলিছনা টেলিফোন্দা হাইফেৎ যেংই, শকযেং মীংশেলদা অমুক্তং যেংলল্লগা তপ্না হাদনা চঙশিন্দুনা টেলিফোন পায)

এলিছ - Hello! O! Andrio, I would like to contact you I am coming to Edinburgh to see you - because I would like to reach India very soon. It is necessary I will be visiting Imphal in India Your sister's son that means my son Nungshiba Sahegal is now staying at Imphal in his uncle Nongshaba's residence. His uncle has arranged for his marriage Engagement is O.K. I will be upgraded from motherhood to mother-in-law (নোকই) This would be the change of life, Brother. After three days I will inform you about my journey to Edinburgh Thank you (টেলিফোন থম্মী) Now, I will go for shopping, then I will contact India. (কোলিংবেল খিংলকই, নুংশিবা চঙলকপদা মমাদা য়েংই) - What's the matter?

নুংশিবা - I am back now, Mom.

এলিছ - (ঙক্লা) I have already arranged to go to Imphal Just now I have informed your uncle Andrio. What's this? You are already engaged to marry in Imphal why are you here in England?

নুংশিবা - Mom, I will never go to Imphal.

এলিছ - Why? (ঙক্লা হায়বা) Why shouldn't you go to Imphal. I do not understand the situation, tell me everything. Tell me the detailed information. What happened to you? Why are you silent? Why do you scatter all those things? ঐ খঙলে, করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকখি।

নুংশিবা - Don't speak in Meiteilon.

এলিছ - (ঙক্লা) Sahegal, your father had a strong desire to speak Meiteilon, so that is the reason why I am speaking Meiteilon even though I am an English woman. You are also a man who speaks Meiteilon. You Know this and why do you ask me not to speak Meiteilon. I know there must be a reason behind this! অদুবু - থৌদোক অদু কবিনো ঐবু তাহল্লু।

নুংশিবা - ঐহাক্কী ইপাবু হাৎখিবা মী অদু হাৎলগা ইপা হাৎপগী লমন খুল্লগে, মীহাৎপা ওইরগে খন্দুনা ঐহাক খুৎলাই পায়কবে।

এলিছ - নুংশিবা! (মচাদা নুংশিনা য়েংলগা) নহাক্কী ইপা বোহিতপু হাৎপদা চেন্নবা পূম্নমক মথৌনা ফববা নহাক্কী অঙ্কল শ্যামসুন্দরনা মাঙহনখ্রে। মীহাৎপা ওইখিবা দেবিড তাঙ্খুলতা নত্তনা মীহাৎপা অদুদা য়াওবা টেবোরিষ্ট পূম্নমক্কী হকচাং লৈনুংদা লৈহনখ্রে। রাফম পূম্নমক খঙলবদা নে তাদুনা ঐহাক্না নহাকপু ইম্ফালদা পোকপনি। নহাক্কী যেক্লবা অমতসু ইম্ফালদা লৈতে খন্দুনা ইমানা নহাকপু চিংনবা অমত্তসু পোক্তনা ইম্ফালদা থাবনি।

নুংশিবা - ইম্ফালদা ঐগী য়েক্লবা লৈতে হায়বদি চুম্মী। অদুবু ইপা হাৎপা মীশক অদুদি অহিংবা মী অমা ওইনা কোয়না চৎহৌবা ইমিৎনা উরকই।

এলিছ - (নুংশিবদা মুন্না য়েংই) নহাক্কী অঙ্কল শ্যামসুন্দর মতম অদুদা

সুপবিন্টেণ্ডেন্ট অফ পুলিস ওই। রোহিতকী কেস মহাক্না পায়। নহাক্কী অঙ্কলনা থৌনা ফনা ঐঙোন্দা হায়খি- বোহিত হাৎপদা চেন্নবা অমত্তসু হীংদ্রে। আইনগী থোঙদা মথৌনা ফবা উত্তুনা মহাক্না ময়াম্বগী লমন খুমলে।

নুংশিবা - মদু চুমদে ইমা।

এলিছ - (কলপ) সহেগল! নহাক্কী অঙ্কল শ্যামসুন্দব মথৌনা ফবতা নত্তনা মযাম্বা নীংবা ডিসিপ্লিন লৈবা পুলিস অফিসার অমনি। কৈদৌঙৈদসু মহাক্না ইমাদা ওইদবা ঙাঙলোই।

নুংশিবা - অফবা ৱাখল খনবা মীশিংনা মতম পুম্বদা মী পূম্নমকপু থাজে। ইমা, ইপা হাৎপা মীশক অদুনা ইমাঙদা লেপ্তুনা মবাল যাজৈ, ঐঙোন্দা মহাকপু কাপ্তুনা হাৎলু হায়। ঐগী ইমাংদা মহাক্না লেপ্তুনা লৈ।

এলিছ - অদুদি, লমন খুন্নমদনা নহাক কবিগী হল্লক্লি ? (নুংশিবা মমাদা ঙক্লা য়েংই) নহাক্কী নথৌনা য়াওদ্রবসু লমদম অদুদা চীফ মিনিষ্টব ওইবিবদু নহাক্কী ইপাগী মনাওনুপানি। নহাক্না নহাক্কী অঙ্কল নোংশাবদা মীহাৎপদু কবিগী মশক তাক্কে। (নুংশিবা মমাদা ঙক্লা যেংই) কবিগীনো নহাক্না ইম্ফালদা চৎলগা অপঙবা অঙাং ওইরুরিবা? চীফ মিনিষ্টব হায়বসে ইন্দিযাদদি ষ্টেট অদুগী পৱাবফুল ওইবা মীশক্লি।

নুংশিবা - (মমাদা মুন্না য়েংলগা) ইমা ! (কপনিংই) অঙ্কল নোংশাববু নহাক্না করম্না খর্নবগে?

এলিছ - নহাক্কী অঙ্কলদি য়াম্না ফবা মীনি। ঐবু মহাক্না যাম্না ইকায়খুম্নবনি। দিল্লীদা লাইবিক তল্লিঙৈদা বোহিতপু ময়াম্বনি খঙদবদগী মহাক্না থাঙনা থিনখি। মদুগী নীঙমদবনা মহাক্না বোহিত লৈখিদবদা অঙাওবা অমগুম্ তৌখি। অদুবু, বোহিতকী মচা নহাক পোক্লক্লনি খনবদা মহাক যাম্না হবাওখি। ঐহাক্না নহাকপু ইম্ফালদা পোকপদা ওপবেসন তৌখি। ঐ য়াম্না শোনখি। অনীরক মহাক্কী মশাদগী ঈ লৌদুনা কাপখি।

মহাক্না ঐখোয় ইমা ইচা অনীতনা মহাক্কী তাইবংপান্নি খনখি। (নুংশিবা তৌফম খঙদনা মমিত্তগী মপী শীষ্থে) ইচানুপা করিগীনো নহাক্না নঙগী অঙ্কলদা নপা হাৎপা মীশক থেঙনরগা তাক্ত্রিবা? করিগীনো ইংলেণ্ডদা অমুক চেল্লক্লিবা?

নুংশিবা - ইমা! ঐগী থাজবা মাঙখ্রবসু নহাক্কী থাজবদুদি ঐহাক মাঙহল্লোই। নহাক্কী থাজবা মাঙবগী অৱাবা ঐহাক্না য়েংবা ঙম্লোই।

এলিছ - (ঙক্না) নহাক্না হায়নিংলিবদু করিনো?

নুংশিবা - ঐহাক হায়ববোই ইমা।

এলিছ - (কল্লপ) নুংশিবা!

নুংশিবা - পোত্থাফম খঙদনা ঐহাক ইম্ফালদগী ইংলেণ্ড যৌবকপনি। ঐহাক যান্না ৱাবে ইমা। ঐ ঙায়হাক্তা পোত্থাগে।

এলিছ - ও:কে: নহাক পোত্থাগে হায়বদু পোত্থাও। অদুবু নহাক্কী ইনগেজমেন্ট! লুহোংবগী ৱাফম পূম্নমক নাথৈদুনা নহাক্কী ইপা হাৎপা মীশক্না থেঙনরকপা নহাক্না খুৎলাই পাযকবগা হাৎলমদনা লাকপগী ৱাবী অদুবুদি নহাক্কী ইমাবু তাহল্লু। ঐহাক ৱারীদু তানিংই।

নুংশিবা - তারুবদা অৱাবা ওইগদবা পাউদু তারুদবনা ফৈ ইমা।

এলিছ - নহাক্কী ৱাহৈ অসিনা ঐবু লাঙতক্লহল্লি। হায়য়ু। মীহাৎপা অদু কনানো?

নুংশিবা - ঐ অদু হায়ববোই ইমা!

এলিছ - নুংশিবা! ঐ নহাক্কী ইমানি। ঐঙোন্দা ৱা লোৎকনু।

নুংশিবা - ঐ হাযবা ঙম্লোই ইমা।

এলিছ - (হৌনা) সহেগল! হায়য়ু! ঐ তানিংলে।

নুংশিবা - (কপথোরকই) করম্নো! ঐগী ইচিল অসিনা পাউ অসি

তমগদবা। How could I say? How could I tell you?

এলিছ - (হৌনা) মখা শমথগনু। মীহাৎপদুগী মমিং হায়যু।

নুংশিবা - (ৱানা) নোংশাবা! অঙ্কল নোংশাবা।

এলিছ - (ঙক্লা) কবি! কবি হাযবা! (এলিছ তুমিন লৈখি, মপী শীঙ্খবকই, ৱা ঙাঙদে, তুমিন ফমথবকই, মশা ইহৈ হৈনিংদে, মমাগী মতৌদা নুংশিবা চেনশিল্লক্লুনা মমাদা কোল্লি)

নুংশিবা - ইমা! কৈদৌবে হায়যু। নহাক কৈদৌববগে? Mom what's happen? Tell me Mom.

এলিছ - (ৱানা) সহেগল! নহাক কনানসু হাযবা ৱা লৌগনু। মযাম্না হাৎপা ঙমগদবা মনাওনুপা লৈবা হৌনদে। (শ্বব শাঙনা হোল্লগা) কনানা ৱাফমদু নঙোন্দা হাযবনো?

নুংশিবা - দেবিড তাঙ্খলগী নুপীনা?

এলিছ - অদুদি যেক্লবগী বানি। চিবোন্নি।

নুংশিবা - অঙ্কল নোংশাবা মশামক্লসু ৱাফম অদু যায। (এলিছ মকু লুকথৈ) ৱাফম অসি অচুম্বনি।

এলিছ - (মঙক হাইবগা) অদুগীবা নহাক্লা নহাক্কী অঙ্কলগী ৱা ঙাক্লনা লুহোংবগী ইনগেজমেন্ট থুগাযবগা নাকপা?

নুংশিবা - (ঙক্লা) ইমা!

এলিছ - ঐগী হিংলিবা ইশা অসিদা নহাক্কী অঙ্কল নোংশাবগী ঈ যাওবি। ঐগী ইমিত্তা মহাকপু মযাম্না হাৎপা ঙম্বা মনাওনুপা ওইনা উখিদে। ঐ খক উখিদে। (ৱানা) মহাক্লা নহাকপু নুংশিনা তৌজখি। ঐবুনা ব্যেবহাব তৌখি। মীওইববু মশক খঙবা হাযবসি মীওইবনা খঙগদবনি। (খল্লগা), ৱাফম অসি অচুম্বা খক ওইবোই।

নুংশিবা - ৱাফমসি অচুম্বনি ইমা! অঙ্কল নোংশাবা ঐগী ইপাবু ফাখিবা

টেরোরিষ্ট গ্রুপ অদুগী ওভর গ্রাউন্দা লৈবা পোলিটিকেল বিংগী লিডরনি।

এলিছ - ব্রা ঙাঙগনু! নহাক মখা তাগনু। ঐখোয় অনী অমুক হন্না ইম্ফালদা চৎকনি।

নুংশিবা - ঐ ইম্ফালদা অমুক হন্না চৎলরোই। মখোযনা নুংঙাইতবা পোক্তনবা ঐনা লাক্কনি হায়রম্বদু ঐগী থৱায হকচাং অনী অমত্তা ওইনা লেপ্লগা ঐনা চৎলরোই লেপখ্রে।

এলিছ - (ব্রানা নোক্লগা) ঐনা অচুম্বা ৱাখৈ অমা নঙবু খঙহনগনি।

নুংশিবা - (শাউনা) ঐ চৎলোই। ঐগী শাউনিংবা, ইপা হাৎখিবগী লমন খুমনিংবা পূম্নমক, মহাক্কী ডিসিপ্লিন্না ঐ থাদোক্লমলে। পুন্সিদা ঐনা অক্কল নোংশাবগা অমুক হন্না উন্নবোই। (ব্রা মখা তাবমদনা চৎখি)

এলিছ - (কৌদুনা) নুংশিবা! সহেগল! সহেগল! (শ্বব হন্দোক্লগা) মাবু থেমদুনা ইম্ফালদা পুবগে। অচুম্বা অসি লোত্তুনা থম্লগা ঐ হিংলোই। মসিনা বোহিতকী অপেনবা ওইসনু। ঐগী ইনেমবোক রাজলক্ষ্মীগী থৱায়না শ্বর্গদা নুংঙাইনা পোত্থাসনু। ইচানুপা পুদুনা ঐহাক ইম্ফালদা শোযদনা চৎকনি। (মচানুপানা পুবকপা বৃপ কেস পাযদুনা ইমুংদা মচাগী কাদা চঙখি)

## অহানবা উৎপা লোইবা

# অনীশুবা উৎপা

(চীফ মিনিষ্টব নোংশাবগী যূম, অয়ূক, মংলেম থোবকই)

মংলেম - তাইবংপানবা হাযবসি অঙকপনি। লাই পনবা যাবমদবা ঐখোয ওঝা লাই নীঙখৎলকইবসিনী। চীফ মিনিষ্টব সেক্রেটবিযেত্তা পি আব ও মংলেম হাযদুনা চীফ সেক্রেটবীনা ফাওবা ঐহাকপু ইকাই খুম্নবীরিবনি। অদুবু ঐখোয ওঝাগী মযূমসিদা মন্দিব শেঙদোক্লে। ইলেক্সনগা নোংমা নোংমগী নকশিল্লকপনা চীফ মিনিষ্টবনি হাযদুনা বঙ্গলোদা লৈ যাবসু নত্তেদো, কেন্দ্র হায়বা অমসু লৈবি। ইলেক্সন হাযবসিদি প্রজানা ভোৎ থাদদ্রবদি কাবিগদবা নত্তেদো। চীফ মিনিষ্টবনি ঐদি নোয প্রজানা ঐঙোন্দা ভোৎ থাদৌ হাযবা যাবসু নত্তেদো। চীফ মিনিষ্টব ওইরম্বা কযা কুম্থনখিবদগী অমুক হৌগৎপা ঙম্ন দদনা লৈকাইগী খুনগী সবাধ- কর্ম্মদা ভাবোক অহল ওইদুনা লৈনবা কয়া লৈবি। ঐখোয কেন্দ্রসিদা মাযা মৈ ব্রঙ ব্রঙ হৌববা ফব ফববা সোসিয়েল ৱার্কব কযা চোঙথোক্ল বক্লি ভোৎ লেপকদৌবিবনি হায়দনা। অতৈ কেন্দ্র অমদা লেপচকুববদি মবাযবক মফগদবা, ঐখোযগী কেন্দ্রদদি ঐখোয ওঝাগা লম্বা পাগদবনিনা (মঙক হাইদুনা) ওইবোই। ঐখোযগীদি ফক্লাংদা লৈতুম থাবনি। কান্নদে - মীটিং মচা- মচা তৌবা, পার্টি মচা- মচা তৌবা, যু মচা- মচা থকপা কবিম কান্নবোই। ভোৎ কাবা হাবসিদি ঐখোযনা অদুম কারদৌপোৎনি। মৈবা পাইবীগী নিংথমথাগী মৈফু- মৈতান লৈবা, মৈনমগী কেরোসিন লৈবনা কবিম কান্নবোই। চহী ১৫ লেপ্তুনা চীফ মিনিষ্টব ওইবক্লিবা নুপাবু হল্লাবা? (সুন্দবমণি মশা নান্না চঙলকই)

সুন্দরমণি - (মংলেমদা ফল্লব য়েংলগা) ঐখোয় তা মংলেমগী মোন্দা অসিমতদি নোংমতা ৱাবা উদে নুঙাইদুনতা লৈ।

মংলেম - ৱারুরগা কৈদৌনি- হকচাং শোম্বুরক্লবা। নহাওইরিঙৈ হায়রসিদি ৱাখল নুংঙাইনা লৈগদবনি, হকচাং নুঙাইননবা।

সুন্দরমণি - (মংলেমদা ফল্লব য়েংলগা) পাবুংহল য়ুমদা লাক্কনি হায়রিবসি পুং কয়াদনো?

মংলেম - অয়ুক হায়বনিনা নুংথিলগী বাডো মমাংদদি শোযদনা য়ৌরক্লরনি। ঙসিদি অঙনবদা মীটিং অমসু লৈহৌবনি। অদুবু থেঙলক্কনিদি থাজদে। ইবুংঙো থবক লৈবিববা?

সুন্দরমণি - ঙসিদি ছুটিনি ঐ চখোক্লোই।

মংলেম - খঙদ্রেদা- চাউখ্রবা য়ুম অসিবু কনাসু লৈতনা সিফাইনা ঙাক্নুনা লৈবসিবু কবিদা নুংঙাইবিবনো খঙদ্রে। ইবুংঙোখোযগী পাবুং সাব শ্যামসুন্দরদুনা থবক্কী মপানলমদা লৈখ্রবসু ইন্দোনেশ্যসু মবৈবীবা য়ায।মণিপুরসিবু কযাম নুংশিবীদ্রবনো খঙদে।

সুন্দরমণি - পাবুং আই জি পী প্রমোসন ফঙখ্রে। পঙকুই কুইনা মপান্দা লৈনি থাজদে। ইমাদি পাবুং থাদোকপা নুংঙাইতদুনা লৈবনি। ঐখোয় ইনাওসু অহেনবসু হৌজিক মোঙ্খোদা ডাক্তর তমলি। থবক ফঙদুনা থোরকপা হাযবসি ঐ মঙাযবে।

মংলেম - ইবুংঙো থোরকপদগী ঐখোয় ওঝাসি মবক মবঙ্গা য়ুমদা চঙলকপনি। কুইবে ওঝানা য়ুম অসিদা চঙলক্লিনা।

সুন্দরমণি - পাবুংহলসে লৈবাক মীয়াম্না শাথিবা মী ওইনা উন্নববসু মচা মনাওশিংবু য়াম্না লুনা খল্বা মীশকনি। পাবুংহলগী মীংচৎসিদি ভারত পুম্নমক্তা শোন্নরিবনি। ঐনা ইউ পি এস সিগী পবিক্কা থাবদা ঐহাক পাবুংহল নোংশাবগী মনাওনুপা শ্যামসুন্দরগী মচানুপা অহল সুন্দরমণিনি হাযবদা ঐবু ইন্টর্ভিউ লৌবিবা ইউ পি এস সিগী মেম্বরশিং যৌতক তৌখি। ঐ থবক খল্লনি খুদক্কুদা মেমববশিংদুগী মওং উবদা খঙখি। (তাঞ্জাসিদা অম্বালিকা চঙলকই)

অম্বালিকা - (নোল্লুক্লা) কবিগুম্বা অমতা?

মংলেম - (ফল্লপ য়েংলগা) কবিনো ইবেম্মা?

অম্বালিকা - সার সুন্দবমণিবু অমুক্তা উন্নজবা- !

সুন্দবমণি - (হাযফেৎ যেংলগা) য়ানি লেঙশিনবীরকউ।

অম্বালিকা - (মখুৎ লোন্নদুনা) ঐহাক অম্বালিকা চোংথাম।

সুন্দবমণি - ও: তামো লক্ষ্মীকান্তনা হায়বদুনিনে। লেঙশিল্লু। তা মংলেম বহাডুবদা চা অমুক্তা হাযখো।

অমবালিকা - যাজবে সাব!

মংলেম - (অম্বালিকাদা ফল্লব য়েংলগা মতোমতা) ঐখোয়না খঙদদনা তৌবনি, ঐখোয় লৈবাকসি ফজ ফজবা লৈশাবীসি লৈবজাৎনি। (শোল্লম্লগা চঙখি, মংলেমগী মতৌদা অনী নেকফেৎ তৌনৈ, অম্বালিকানা মমিৎ লাউতক পাঙলম্লগা তপ্পা লুকথখি)

সুন্দবমণি - ঐ সোমগী বাইও-দটা পূম্নমক উজবে। অথুবা মতমদা প্রোগ্রাম পীবক্লবা হোৎনজবক্কে।

অম্বালিকা - যাম নুংঙাইজরে সাব। তামো লক্ষিকান্তনসু সাবগা অমুক্তং খঙনৌ তাকপীবদগী লাকচবনি। সাবগা থেংনজবা যাম নুংঙাইজবে।

সুন্দবমণি - ছুটি অতৈ নুমিৎ ওইববদি ঐ ঙসাইনা চত্থোকচবগদবনি। অদুবু নোংমাইজিং ছুটি অসিমদি ঐখোয পাউংহল লাক্কদবনিনা ঐ যূমদগী চত্থোকচদ্রবনি। অ: শান্তীনিকেতনদসু লৈবীবকই হাযবকো?

অম্বালিকা - অতোয। অহানবা লাইবিক তল্লিঙৈগী মতমদনি।

সুন্দবমণি - সোমগুম্বা মণিপুবগী মপাল্লমদা তোঙান তোঙানবা জগোই-ঈশৈগী লমদা অৱাংবা ডিগ্রী লৌববা অমসুং মফমস্দিদসু লমদমসিগী জগোই-ঈশৈগী লমদা থীজিনবীববা মীওই অমবু থেঙনজবা য়াম নুংঙাইজৈ। ৱাফম অমনা ..

অম্বালিকা - তাকপীয়ু।

সুন্দবমণি - ঐনা শক্লাইরবী কাথক, ভারত নাট্যম, ওডিসিনচিংবা জগোই-শাবী কযা উখ্রে। মখোয়দা ঐনা য়াম্না হৈশিংনা মখোয়না শারিবা জগোইগী মবমদা ইংবাজিদা ঙাঙবা তাবদা যাম্না কল্লকখি, ঐখোয়গী লমদগী জগোই শাবীনি হায়দুনা লাকপা অয়াম্বনা লোনগী প্রোব্লেম লৈ। (নোক্লগা) অদুবু সোমদদি প্রোব্লেম অদু লৈবন্লোই খল্লি।

অম্বালিকা - (নোকমি) সারনা তাকপিবা চুম্মী। ঐ ইশাদদি লোনগী প্রোব্লেমদি লৈজদ্রে।

সুন্দবমণি - ব্রাফম অমনা, মাইন্দ তৌগনুকো- ঐদি জগোই ঈশৈ লীলা ড্রামা তৌবা মীশিংসে যাম্না কল্লকই, মখোয়দা কবিনো হাযফম খঙদবা শেঙলবা নোল্লুকপা অমসুং ভক্তিগী গুণ অমা লৈ।

অম্বালিকা - (নোকমি ঈংনা) সাবগী অপাম্বদুমক্লা সাবনা কালা বিদ্যাগা মবী লৈনবা ডুরদর্শন কেন্দ্র ইম্ফালগী প্রোগ্রাম এক্সিক্যুটিভ ওইনা প্রডুসর ওইবীবিবনি।

সুন্দবমণি - খঙদে অদুনরা! ঐনা পবিক্ষাসি থাগে হাযবদা ঐখোয পাবুংগা ইমাগনা য়াদে, মখোযনদি আই এ এস নত্রগা আই পি এস থাহন্নিংবনি। ঐনা মদু অমুক পামদবা।

অম্বালিকা - শীনফমদি ইশাগী অপাম্বদা চঙহৌবনা ফববা খঞ্জে - ঐগী মোৎনিকো সাব।

সুন্দবমণি - অদুবু, ইম্ফালদা পোষ্টিং থাজিল্লকপসিদা ঐ তশেংনা ইঙাও ঙাওরে। অদুবু ঐনা মফমসিদা লৈবগী কান্নবসু লৈ। মসিনা ঐখোয ইমূংগী ব্রানিকো। ঐ লৈববনিনা ঐখোয ইমাগা পাবুংগা য়ুমসিদা মায় ওল্লক্লনি।

অম্বালিকা - সাবখোযগী চাউববা যূমজাওসি মী অমত্তা লৈতবদৌনা তৌই, নুংঙাইতে।

সুন্দবমণি - অদুনি ঐঙোন্দা মাথা অমুক শাবিসে- পাবুংহল হৌজিক

লাক্কনি অতে হায়রোই লুহোংননবা তৌবসি হায়বক্কনি, পাবুংগা ইমাগনা গৌব্রাদগী টেলিফোন্দ তৌরক্কনি ইশানা পাম্বা নুপী অমা য়েংংলম্মু। (ইচম চম্না কবিসু খন্দনা ঙাঙলকপা সুন্দরমণিগী মতৌ অম্বালিকানা নুংশিনা য়েংই) ইম্ফালদা ঐ পোকই হায়বগী ব্রানি। ঐদি স্কুলিংদগী দেবাড়ুনদা লৈখ্রবনি। অদুদগী অদুম চেনাইদা, দিল্লীদা, গব্রাদা পুন্সি তঞ্চায অমা হৌখ্রে হায়বদুনি। (চীফ মিনিষ্টব লাকপগী গাড়ি থৌবকপা মখোল তায) ঐখোয পাবুংহল লাক্লমাল্লে।

অম্বালিকা - ঐ সারগী ব্রাবীশিং অমত্তা কাউজবোই। ঐ অমুক যৌজরগে সাব।

সুন্দবমণি - হয়েং পুং অমদা অফিসতা অমূক্তা লাকউ।

অম্বালিকা - ফনি সাব! ঐ যৌজবগে।

সুন্দবমণি - ওকে থেঙ্ক যু! (অম্বালিকা সুন্দবমণিদা নোকমি - নোকমিনা মখুৎ যুব তৌবল্লগা চৎখি, সুন্দবমণি মমিৎ কুপ্তুনা যেংহৌই) মী পীকতক তৌজববসু মমায়সিদি নুংশি। মমিৎ অনীসিসু যাম্না থৌই। (মঙক হাই, নোংশাবা চঙলকই) পাবুংহল!

নোংশাবা - কনানো চৎখ্রিবসে?

সুন্দবর্মাণ - জগোই শাবী অমনি। মাগী জগোইগী প্রোগ্রাম অমত্তা পীবীযু হাযবা লাকপনি।

নোংশাবা - অফিসকী থবক্কীদমক যূমদা মী লাকহল্লিবা কবিগীনো?

সুন্দবমণি - খঙদে পাবুংহল, মসি ঐখোযগী লমদমসিগী চৎনবীবা। পঙলাক্তা লাকই, আধুনিক ঈশৈ শকচগে, ব্রা ঙাঙজগে, পেনা শকচগে, লীলা শান্নজগে, চৎনবী ওইববোই খন্দুনা ঐ কবিমত্তা হায়জদ্রবনি।

নোংশাবা - অফিসকী থবক্কা মবি লৈনবা কনাবুসু য়ূমদা চঙহনগনু। ব াচৎ- ব্রানোম্বা. শেঙ্গা-থুমজা হাযবসি ইমূং অসিদা লৈবিবা মীশিংগী যেক্লবনি।

সুন্দবমণি - ঐনা শেল লৌরুবা লৈতে পাবুংহল, ঐখোয দিল্লীদা লৈমিন্নরকপা তামো লক্ষিকান্তনা থাবকপনি।

নোংশাবা - মখা তাগনু। ঐনা ৱাঙবা ব্রাদা মখা তাবা য়াদে। নহাক ইচানি। ইমূং অসিগী অহল ওইরিবা ঐগী ব্রা নখোয় খুদিংমক্তা ইনগদবনি। মসি ইমূং অসিগী ত্রেডিসননি। জ্ঞান তাবা মীশিংনা মতম পূম্নমক্তা ত্রেডিসনবু ওনব তৌবনি। (সুন্দরমণি তুমিন লৈ) মংলেম কদাযদা চৎখ্রে?

সুন্দবমণি - লৈ পাবুংহল। (গার্ডতা কৌবক্লবা ইঙ্গিৎ পী)

নোংশাবা - কৌবকউ। (মংলেম চেনশিল্লকই, হৈ-লৈ পুবকই)

মংলেম - ঐ লাকচবে ওঝা। ঐ লাকচরে।

নোংশাবা - থৌরাং লোইবববা? (মংলেমনা হৈ-লৈ মন্দিবদা থম্মী)

মংলেম - থৌবাং পূম্নমক লোইজবে ওঝা।

নোংশাবা - (গার্ডতা) মী অমত্তা চঙহল্লক্কনু হাযযু।

গার্ড - ফনি সাব!

মংলেম - থাদোই-থাদোইসনা যৌবক্লনি সাব।

নোংশাবা - ডি আহ জি যুগীন্দ্রগী মচানুপী থাদোইসনা নত্তনা কনাসু চঙহল্লক্কনু।

গার্ড - ফনি সাব। (থোকখি)

নোংশাবা - মণি। নফি হোংলগা মন্দিবদা লাকউ।

সুন্দবমণি - ফনি পাবুংহল! (থোকখি)

নোংশাবা - মংলেম! নঙ থাদোইবু মন্দিবদা পুরকউ।

মংলেম - ফনি সাব। (মংলেম থোকখি)

নোংশাবা - (মন্দিব তম্না তপ্না-তপ্না চঙশিল্লী মন্দিবগী শবিক মখুৎনা লামদুনা খিংই, থোঙ হাংই মংলেমনা থম্লম্বা পোৎলমশিং যেংই, লাইশিংগী মবক্তা যাওরিবী মমা বাজলক্ষ্মীগী ফোটোদা য়েংই, মমিত্তা ইবা চেল্লি) ঐদি, নহাকসি লাই হায়বদুনি

হায়বসু খগুদে। মমানা ঐবু পোকপীবম্বী মমানা তাইবংগী মপুনি নঙোন্দগী হৌরগা, নহাক্কী নফমদা তিনগদবনি তাক্লমদুনা নহাকপু হৌফম তিনফম ওইবা মপু ওইনা লৌদুনা তোল্লবা নোংশাবগী থৱাই হকচাং নহাক্কী নফমদা চগুজরী। (খুইবম্মী, মমাগী ফোটোদা অমুক য়েংই) মমা! মন্দিব অসিগী লাইশিংগী মবক্তা মন্দিব অসিবু শেন্নম্বী নহাকপুসু নচা নোংশাবনা ঈশ্বৱমক্কি খন্দুনা লাৎচবি। মীৎকুপ অমত্তদি মমা নহাক্কী মন্দিব অসিদা নচাগী পোত্থাফম ওইজগে। শাগুলবা হৌখিবা চহী কয়া অসিদা মীংচৎকী, লনগী, ইজ্জৎকী, ইখুৎ অসিনা পাপ অমসুং পুইন্যগী থবক কযা তৌখ্রে। মী হাৎখ্রে, মীওইবগীদমক লন, ইশাগী ঈ, পাঙ্গল দান তৌখ্রে, ঐগী মিং নোংশাবা হায়বসিনা লৈবাক্কী মচি-মকুম পূম্নমক্তা শন্দাকখ্রে। অদুবু ঐহাকপু পনখৈ নাইদবা পেন্দবা অৱাবসিনা থক লোইনাইহন্দে। লমদমসিগী লৈবাক্কী চাউখৎ থৌবাংদা মীহৌচাওবা অরানবা কযাগী মাযোক্তা হৌকবা লান ঙসিসু লোইদ্রি। তাইবংগী অৱাবসে মীৎকুপ খবতদি ঐবু পোত্থাহনবীয়ু। (নোংশাবা মন্দিবগী লাইশিংদা মখুৎ য়ুব তৌদুনা খুইবম্মী, থাদোইসনা অমসুং মংলেম চগুলকই)

থাদোই - অঙ্কল ঐ খবা থেঙদোকখ্রে। (মংলেমনা নোংশাবনা পূক্লিং চগুনা লাই খুইরুম্বদু উবদা ৱা ঙাগুদনবা ইঙ্গিৎ পী অদুগা ঈশৈ শক্লো হায়দুনা ইঙ্গিৎপী, থাদোইসনানা ঈশৈ শক্লকই, মংলেমসু ঈশৈ শকপদা যাওশিল্লি, ঈশৈগী তগুায চল্লকপদা সুন্দবমণি থোক্লকই থৱাই য়াওনা মাসু লাই খুইকুম্মী, থাদোইসনাদা ফল্লপ-ফল্লব য়েংই)

অচুম্বৱু কনবীবা অবানববু মাঙহনবা
তাইবঙ জীবগী অৱাবা কোকপীবা
মালেম লৈমগী অরূম্বা কোকপীবা
চগুজবি নখুয়াদা হে নিরাকাব॥

বেদ মরিগী মপু ওইরিবা
লৌশিংগী সমুদ্র জ্ঞানগী পুক্কে
নঙোন্দগী হৌবা তাইবঙ থবায়সে
তিঞ্জগে নঙগী হকচাং পোলাংদা
পুন্সিগী অরোইবা লাক্লবদা॥

নহাক্কী মায়া তাইবংগী পুন্সিদা
অৱাবা নুংঙাইবা অপাম্বা মীহৌবা
তাইবং লম্বীগী লোইনাইদ্রা কুম্মেনা
নঙগী চাংয়েংনি মাইকৈ লেপ্লবা,
নহাক্না তাকপীবা তাইবং লোনচৎনা
অমম্বা অহীংগী থাউমৈ ওইদুনা
চিংশিনবীয়ু নহাক্কী নখুয়া থম্বালদা॥

(নোংশাবনা লাই খুইরুম খুইকম্না মমায লৈথোবকপদা সুন্দবমণিনা থাদোইসনাদা যেংলম্বা মতৌ উই, ঈশৈ লোইরকপদা মংলেমনা চঙশিন্দুনা বালভুক কায হৈ-লৈ য়েল্লি, মন্দিবগী থোঙ মংলেম্মা থীংজিল্লি)

নোংশাবা - নুংঙাইবে। ইচানা ঙসি ইমুং অসিদা ঐগী ইমানা শেমজবম্বা ভজন্না মন্দিব অসিগী সেবাদা অঙ্কলগী মতেং পাংলবদা অঙ্কল পেল্লে।

থাদোই - ঐনা মতম খবদং চোম্থখিবগীদমক ঐবু ঙাকপীয়ু অঙ্কল।

নোংশাবা - চপ চাখ্রে। অঙ্কলসু খুইরুম্বা হৌবদা মঙাইবি। মংলেম!

মংলেম - ওঝা!

নোংশাবা - ভালভুকশিং ঐগী সন্ত্রীশিংসিসু য়েল্লু।

মংলেম - ফনি ওঝা। (ভালভুকশিং পুদুনা চৎখি)

নোংশাবা - ঙাইখো। নখোয অনীদি খঙনবব্রা?

সুন্দবমণি - খঙনদ্রি।

নোংশাবা - (ঈংনা নোক্লগা) খঙনৌ। ইবেম্মসি ডি আই জি যুগীন্দ্র সাহেবকী মচা ইবেম্মনি। থাদোইসনা কৌই। ইমূং অসিদা ঐগী ইমৌ ওইননবা মপাবুংদা ঐনা হায়জববনি। (সুন্দবমণি খঙপ্রেক খংই) ইবেম্মা! (সুন্দরমণিদা) ঐগী ইচানি। ঐগী ইনাও শ্যামসুন্দরনা পোকপনি। সুন্দরমণি কৌই। ডুরদর্শন কেন্দ্র ইম্ফালগী প্রোগ্রাম এক্সিক্যুটিভ ওইরি। মণিপুবদা থোবকপা ঙসি ১০ নি বোমতা ঙায়বি। খঙনৌ নোয় অনী। অঙ্কল ঐগী কাদা ঙাইহাক লৈকখিগে। ইবেম্মা নঙ চৎত্রিঙৈদা অঙ্কলগা উন্নখিসি।

থাদোই - ফনি অঙ্কল! (নোংশাবা ৱা অমত্তা ঙাঙলমদনা চঙখি, সুন্দবমণি থাদোইসনা উবদা মীহুন ইচেন চেনখৎলি, থাদোইনা নোকমিনা সুন্দরমণিদা) ডুবদর্শনদা লৈবীববনিনা ঐগীসু প্রোগ্রাম অমত্তা লৌজবা তাবে।

সুন্দবমণি - অহোই! করি হৈবীবগে?

থাদোই - ঐদি লৈকোন শেম্বা য়াম্লা হে। তোঙান-তোঙানবা লৈশিংবু কবম্লা হিংহনগনি, কবম্বা চানবা লৈকোন শেমগনি খঙজে।

সুন্দবমণি - ঐসু লৈ য়াম্লা লুনা তৌজে। লৈকোন শেম্বদি হৈজদে। থাদোইদগী তমজবা তাবে।

থাদোই - ঐদি তম্বীবদি হৈজদে। থবক শুবদুতনি হৈজবা।

সুন্দবমণি - অহোয! অদুবুদি- ঐসু মীগী মতৌ তম্বদি হৈজে।

থাদোই - (নোকমি) অদুবু ঐদি (মংলেম চঙলকই) মতৌ তম্বদি হৈজদে।

মংলেম - মতৌ তম্বদি ঐগী সবজেক্টনি। শুমাঙ লীলা যাওবা মযামসি ঐনা মোযগী মতৌ তম্লকনি হায়দুনা ঐ উবদা কৈনোম হায়নববনি। ইনাও ইবুংঙো ইয়াম্বগীসু ডুবদর্শনদা প্রোগ্রাম অমতা লৌগে।

সুন্দবমণি - তা মংলেমবু হৈব্রনে?

মংলেম - করিনোনে অদুবু নঙনা ঙসিতা হংলক্লিবসিবো। চীফ মিনিষ্টর সেক্রেতরিয়েটসি ঐনা টেলিফোন ওকপদা মণিপুবগী শুমাঙ লীলাগী মমিং লৈববা শক্লাইরবা আর্টিষ্ট ময়াম চীফ মিনিষ্টরগী সেক্রেটবিয়েত্তা লৈরে হায়নববদা।

সুন্দরমণি - অশেংবৈবনে তা মংলেম?

মংলেম - (অফাওবা এম এল এ অমগী মতৌ তমদুনা) মণিপুবগী প্রজাশিংসে ফমনখ্রে। এম এল এ ঐখোয়না তৌবিবা মখে মীয়াম্না যাবীগনু। চপ চানা ঐখোয়বু দন্দি পীবিগে খন্বীববদি ফত্তবশিংদু লাক্লিবা ইলেক্সনসিদা .......। (অনীমক নোকই, সুন্দবমণিনা থাদোইসনাদা যেংল-যেংলগা নোকই)

থাদোই - যাম মাল্লে তা মংলেম। অদুদি ঐ অঙ্কলগী মনাক্তা চৎচৰুখিগে। (ইংনা নোক্লগা চঙখি)

সুন্দবমণি - (চৎখিবা যেংলগা) তা মংলেম! ঙসিসিবু কবি নুমিৎনো মশক ফজবী ঙাক্তা লাকপসিবো। হৌজিক্কীদুনা ঐখোয পাবুংহলনা ঐখোয যুমগী মৌ ওইবদৌনি হেক্তা হার্যজিল্লম্মী। ঐ হুমাং অনপ্পীসু কাম্ববনি।

মংলেম - মতমননি। নবাইবক ফববনি। নুপী হাযবসিদি ইমান মান্নবনি। অতৈ খল্লুনু। অহল লমন্না হাযনববা নুপীদুনা খ্বাইদৈ ফবা নুপীনি।

সুন্দবর্মণি - (তৌফম খঙদ) কবি নুমিৎ হাযবদুনো ঐদি ঙসিদি পুক্লিংসি ইরাং লাংলে লৈফম-চাফম অমা ইখঙ খঙদ্রে।

মংলেম - পাখঙ হাযবসিদি ইকায খঙদবা খবসু তম্মু। চৎখ্রিবসি মযূম ফাওবা থীনবীকুচো। পঙনু। পুক্লিং ইবাং লাংবদু কোক্লনবা ইয়াম্বা উপায় শীনবীগে লাও! (মংলেম চৎখি)

সুন্দবমণি - (মংলেম্মা চৎখিবদু যেংলগা) ঙসি ঐনা থেঙনবিবসি-অব্রাংবা অমা, নেমতক তৌবা অমা। মশক্তি ফজবী ঙাক্তা। তামো লক্ষীনা হায়বকপসিগা ঐখোয় পাবুংহন্না হায়জিল্লুবসিগা

- অস অনী শুজিল্লকঅবসিদা ঐসু ইঙাওদুম ঙাওশিল্লক্লেদা- !
ঐখোয় পাবুংহনগী বা ইন্দ্রবদি মাগী হৌনবী লাও- খোঙবদু তৌবক্কনি- তামো লক্ষীকান্তসু ঐবু য়ুনিভরর্সিটিদা লুনা তৌজবকপনি। জ্ঞান তাদ্রেদা। ইঙাও ঙাওবেদা। (তৌফম খঙদনা চৎখি)

অনীশুবা উৎপা লোইবা

# অহুমশুবা উৎপা

(বিশ্বনাথকী য়ুম নুংথিল, বিশ্বনাথ মশা নান্না চঙলকই, থৌবনা তুং ইল্লকই, থবক অমা চৎলুবনি)

থৌবা - নোংশাবগী হোম পোল্লিং হন্দক্তি কায়রনি তামো। অদুগী মথক্তা পোল্লিং নম্বর ১০ দগীনা ৩০ ফাওবা ঐখোয়না চথবিবা খোঙজঙসিনা হন্দ্রবদি ব্রা ঙাঙনদুনা কান্নদে তামো। থৌরাং খরা তৌদবদি য়াদ্রে।

বিশ্বনাথ - ঐগী ব্রা হায়ববু - ইনাও থৌবনা হায়রকপা ব্রা খুদিংমক পাঙথোক্কনি। চহী ১৫ ঐখোয় কেন্দ্র অসিদগী মাবু থাগৎলে। নোংশাবদগী হেনবা মী লৈ হায়বসি উৎকদবনি।

থৌবা - হন্দকপুদি মহাক তুরনিদা তামো। হন্দক্কী চহীদা তামোনা ইলেক্সন থোকপীবকপসে য়াম্না রাইট তাইমনি। মীসি লাম্বা চাবা লৈত্রবদি মতোমতা অদুম কল্লি হায়বদু থোকখ্রে। হন্দক্কী লাক্লিবা চহীসিদদি নোংশাবা তুবনি তামো।

বিশ্বনাথ - লুবিবসি চীফ মিনিষ্টবনি হায়দুনা হৌজিক্কীদি পাব্রাব মানা পায়বিদো।

থৌবা - মদুদা নীংহন্নবীগনু তামো। মহাক্কী পাব্রার(মঙক হাইদুনা) অবেম্বদা তারগনি। ঐহাক তামোগী কেন্দ্র নত্তে। অদুবু তামোগা ওর্গনাইজেসনদি পুল্লিদনা। তামোবু ভোৎ কাহনবা নোংশাববু মায়থিবা পীবা হাযবসে ঐগী ইথৌনি। ইলেক্সন নকশিল- নকশিল্লক্লগা ননাও লাম্লোং পুথোকচবক্কে। কেন্দ্র পুম্নমক্না নোংশাববু মতিন শীৎকদবা উপায় ননাওদা লৈ। ঐখোয়গী ফিভমগী মতুং ইন্না ননাওনা উপায় শীজিন্নজবক্কে।

বিশ্বনাথ - মাবু হাৎননবা ব্রমহসতসি ইনাওদা লৈবেনে অদুদি। (অনীমক নোকমিন্নে) থৌবা!

থৌবা - তাকপীয়ু তামো।

বিশ্বনাথ - লমদমসিদা মীয়াম্না ঐবু বিশ্বনাথ হায়না খঙনরিবসি ঐহাক্না লমদমসিদা তৌজরিবা মীয়ামগী য়াইফ-থৌরাং খরদংসিদনা নত্তে, মসিদা চাউরবা ইশা-ইপু হাক্তক্তগী কৈরাক থারকপা অমা য়াওরি। নোংশাবগুম্না মমা লুখ্রাবীনা নাউয়োক্লকপা মচাদি ঐহাক্তি নত্তে।

থৌবা - অদু পূম্নমক পার্টিনা য়াম্না কুপ্না খন্নজবগা তামোবু হন্দক্কী জেনেবেল ইলেক্সনসিদা নোংশাবগী চপ চাবা লাম্না ওইনা পৃথোকচরিবনি। কেন্দ্র অসিগী মীওই তঙ্খায় হেনবদি তামোখোয়গী পাবুংগী অমদি ইথৌগী মচেং চাদুনা হীংলক্লবনি। লাক্লিবা ইলেক্সন অসিদা মদুগী চপ চাবা লমন প্রজা মীয়াম্না শীঙনবক্কনি তামো, ভোং শোযদনা কাগনি।

বিশ্বনাথ - ঐবু ইলেক্সন মমাংসিদা লুহোংথোকহৌবনা ফগদ্রনেহে থৌবা।

থৌবা - তামো ইলেক্সনদি পাখং ওইনা লেপসি। পাখং ওইনা লেপ্পনা লৈশাবী মৌনহা ভোটব য়াম্না ফঙবা ঙম্মী।

বিশ্বনাথ - খুবাইবুংঙো নোয়োনগী মচানুপী অম্বালিকা হাযবীসিবু মশক্লগা ফজবে, জগোই ঈশৈনগা হৈবে- মসি মী চেনগদৌমাল্লেনে। ঐখোয় ইমানবু মসি যাম কন্না হায়নে। মোয় খুবাইবুংঙো নোয়োনদুসু মশানা মী চেনবা মীনি।

থৌবা - মদু ব্রা লোইশিন্নদনা থম্বীয়ু তামো। অম্বালিকাগুম্বী লৈশাবী কুনমুক থৌরাং তৌদুনা হায়শিন্দুনা থমগদবনি।

বিশ্বনাথ - হয়েং খঙনবক্লবদি কমদৌবা। ইলেক্সন লেপ্পবা হায়ববু নুপী ময়ামগী চৈ চাদুনা কুম্মৈ ওইনিকো থৌবা।

থৌবা - রাজনিতি হায়বসি লৈশাবী অমসুং মমা-মপা, মবুং-মৌপ্পাদসু তৌগদবনি। য়াম্না হৈ শীংগদবনি তামো। পাখংনা ইলেক্সন লেপ্পগী এডভানটেজ হায়বসি অদুনি তামো। কেন্দ্র অসিদা

নোংশাবগীদমক শিববসু শিগে হায়বা লৈশাবী অবিবী, লুখ্রাবী, মৌনহা মশিং অমত্তা নত্তে লৈরিবসি- ! মাগী ফোবমুলাসে ইন তো-তো ওইনা তামোসু চখ্‌বীগদবনি।

বিশ্বনাথ - (নোক্লগা) নুপী থীদ্রবদি ইলেক্সন লেপ্পা য়াবোই হাযদুনা ঐখোয় ইমানদি লান হৌরি। কুম্মে নুংঙাইদৌরিনে অদুদি।

থৌবা - তামোনা হেক লুহোংবীবদা ভোটর ১০% মাঙগনি।

বিশ্বনাথ - ই: অদুদি লুহোংবা অমা শুপযা য়াদ্রেনে। (অনীমক নোকই তাঞ্জাসিদা মোবাইলদা ফোন লাকই) হেলো! ইচে সখিরা? ইচে সখি কমদৌবীবি? ভোং খোম্বা লোইবে। (নোক্লগা) নুপী মৌনহা ময়ামগী শঙ অমা শাসি হাযবা? যায় কৈদৌগে শাজগে। অদুবু শাববদি মৌনহা পূম্নমক ভোং পীবনি হাযবা নত্রদো? ঐ নুমিদাংব্রাইবম শোয়দনা যৌজবক্লগে। থেঙ্ক যু ইচে! (মোবাইল ওফ তৌই)

থৌবা - নুমিদাংব্রাইবমদি ডান্স একাদেমিগী হোলদা মিস অম্বালিকাগী জগোই লৈনে তামো।

বিশ্বনাথ - হোযনে অদুবু জগোই চত্রিঙৈদবা কবিনো ঙাযহাক চৎলুবা হাযবদুনি (মোবাইল লাকই) হেলো! এ: মখা লৈকাইগী ক্লবকী ইবুংঙো চন্দ্রবা? ও: ও: কৈদৌসি হাযবা? ক্লবকী ইন্দে দাবগেমগী আইতেম খবা লৈবীযু হাযদুনা নহাবোলশিংনা হায়বে হাযবা! (নোক্লগা) লৈথোক্লগা লোইবে কৈদৌগে ইনাওসিদি। হোকী ষ্টিক ২৪-ই হোকীদি আউটডোব চিংই - কেবোম, লুদো শত্রং ইন্দেবগী আইটেমশিং ইযাম্বা লোয়না লৈগে। হোকী ষ্টিক ২৪ লৈদবা য়াবোই হায়বেবা- হোকিদুদি ইন্দোবগেম চিংদেনে চন্দ্রো। (তন্তক্লা) যেংসি কৈদৌগে। মীটিং শীল্লম্মু ইয়াম্বা লাক্কে। মযামদদি লৈবনি তমখ্রো। য়ারে-য়াবে- য়াবে। (মোবাইল ওফ তৌই) থৌবা! ভোং লেপকনি হায়বসিদা প্রজাশিংনা করি ওইনা উবজাৎনো খঙদ্রে।

| | | |
|---|---|---|
| থৌবা | - | মদুগীদি করিমত্তা খনবীরুনু তামো! হৌজিক পীথোকখ্রিবসি হযেং ইলেক্সন হেক কাবদা হৌজিক থাদখ্রিবসিগী শরুক কযা থোক্লা খোমগৎকদৌরিবনি। |
| বিশ্বনাথ | - | ফরবসু ফত্রবসু ঐখোয় কেন্দ্রসিদি চীফ মিনিষ্টরগী কেন্দ্রনি। মোযবু সি এমদকাদি ইহায হায়দ্রবজাৎলা? |
| থৌবা | - | প্রজা হায়বসিদি শেলগী মমায় অনীদুগা চপ মান্নবনি তামো। চীফ মিনিষ্টরনি হায়বগী নাপলদা মী পূম্নমকসিনা মাবু যাবমগনি হাযবগী আশাদা হৌজিক নোংশাবনা ইলেক্সনগী কবিগুম্বা লাল্লোং অমত্তা হৌদ্রি। মতমসিদা ঐখোযনা এডভান্স ওইহৌগদবনি তামো। ঙন্না তাবা উচেক্লা মচঙ চাবা হায়বসি প্রমানখক্তা নত্তে। পুন্সিদা অশেঙবা ওইহনগদবনি। হৌজিক্তি শেল থাদবদা নীংহন্নবা চুমদে তামো। |
| বিশ্বনাথ | - | চুম্মীনে নঙনা হাযবিবসিসু। ফবে! ঐ শেল থাদবসিমা চিংনবরোই। ঙাইখো-হৌজিক চৎকদবসি কবি প্রোগ্রামনো? |
| থৌবা | - | তামো- (ফুবিৎখাওদগী নোটবুক মচা অমা যেংলগা) লুহোংবা অনী, অশিবা হঙবা অহুম, জগোই অমা, মৌনহাশিংগী প্রোগ্রাম অমা। |
| বিশ্বনাথ | - | (তল্লব) নোং ঙানবদগীনা তুমমদায ফাওবা চৎপসিবুবা ভোৎ খোম্বা হাযবিবসি থৌবা? |
| থৌবা | - | নকশিন- নকশিল্লক্লগা কনখৎলকখিদৌবিবনি হৌজিক থল্লিবা প্রোগ্রামসিদগী কুংশিল্লকখিদৌবিবনি তামো। মদুতদা তামোনা নোংশাববু মাযথিবা পীবা ঙমগদৌবিবনি। |
| বিশ্বনাথ | - | শেল চঙসনু, মতম মাঙসনু, ঐদি লেপ্পুববনিনা ভোৎ কাদবদি যাবোই থৌবা। |
| থৌবা | - | ঐনা হায়জখ্রে তামো। হন্দক্কী চহীসিদা নোংশাবা তুবনি। ইলেক্সন নকশিল্লক্লবা মতমদা ঐনা কেন্দ্র অসিগী প্রজা খুদিংমক্লা নোংশাববু তুকচ্চনবা টেন কাপকনি। |

বিশ্বনাথ - ফরে থৌবা। ইয়াম্না ৱাররোই। অদুদি নঙ ঙায়হাক্তা লৈয়ু। নত্তনা ঙাঙ-শকপা খরা হৈবনিনা ঐগী থবক খুদিংমক চৎপদা ইনাও য়াওদবা য়াদে। ঐ ফি অমুক্তা হোৎলুখিগে।

থৌবা - ফনি তামো। (বিশ্বনাথ চঙখি, চঙখিবা বিশ্বনাথ য়েংলগা) নোংশাববু! ঐগীতা নত্তনা পার্টিগী য়েক্লবা ওইরবা নোংশাববু ইমুননবা হোৎনবদা ঐহাক্না তামো বিশ্বনাথপু খুৎলাই ওইনা পীজিয়গনি। (মঙক হাইদুনা) ঐবু কৈশুমশঙদা অৱাবা ভাইনখিবা, ইমা খনোৎলাবু অমুক হন্না মীরোৎ ওইহনখিবা মহাক ৱারক্তনি। (শোল্লন্নগা চঙখি)

অহমশুবা উৎপা লোইবা

# মরিশুবা উৎপা

(অম্বালিকাগী জগোই উৎফম হোল, নুংথিল, সুন্দরমণি, মশা নান্না হেডফোন উপ্তুনা হেডফোনগী মাইক্রফোন পায়দুনা থোবকই, ষ্টেজ মনুংনি, মাইক্রফোন্দা ৱা ঙাঙদুনা কোইনা থৱায় য়াউনা চৎলি)

সুন্দরমণি - হেলো- কেমেবা নম্বৱ ৱান বাখেস।

বাখেস - (মনুংদগী) আই এম রেডি সাব।

সুন্দবমণি - কেমেরা নম্বৱ তু নঙ কমদৌবি?

কেমেবামেন - ঐ বেডিদা লৈজরে।

সুন্দবমণি - বিমোল! ষ্টেজগী লেফট ৱিংদা লৈবিবা বিমোল। (খুম্লক্তে) বিমোল! ইনক নক্লা লাইন ফঙদ্রববা তৌবিসিবো?

বিমোল - (মনুংদগী) ঐ তাজবে সাব।

সুন্দবমণি - হৌজিক ঐখোযনা জগোয় অসি লাইভ থাগদবনিনা নহাক্লা অপূম্বা ওডিয়েন্স অসি জগোই হৌদ্রিঙৈসিদা ফুল লৌহৌ। মীয়াম চঙলকপা ফম্বা নম্মু। ঐনা হাযবিবসি মোনিটরদা ফঙলব্রা?

মোনিটব পায়বা - ফঙজরে সার।

সুন্দবমণি - হৌজিক জগোই হৌগদবা মিনিট অনীতা ঙাযবে। ষ্টেজগী সিন হেক হাইদোকপগা লাইফ ওন ডাইবেক্ট ষ্টেসনদা পীগনি। ময়াম পুম্নমক চোকশিন্না লৈবীয়ু। (তাঞ্জাসিদা অম্বালিকা থোরকই, জগোই শাবীগী ফিজোল শেৎলি, সুন্দবমণিগা যেংনৈ) প্রোগ্রাম হৌখিগদৌবব্রা?

অম্বালিকা - ঐ শেম শাবা লোইজবে সাব।

সুন্দবমণি - মঙ্গল ওইবীয়ু। হৌজিক ডুবদর্শন্দা জগোই ঙাযবগী মিনিট অনীগী এডভবতাইজমেন্ট উৎলি।

অম্বালিকা - ঐগী থৌরম অসিবু সারনা লাইভ ওইনা টেলিকাষ্ট তৌবীনবা হোৎনবীবা সারগী তৌবীমল ঐগী পুন্সিদা খক কাওজবোই। (নোকমি-নোকমি নোকশিল্লকই)

সুন্দবমণি - (অম্বালিকাগী মীৎয়েংদা সুন্দবমণি ইপঙ পঙথৈ নোকমিনা) ঐগীদি তৌফম থোকপা ইথৌতমক পাঙথোকচবনি।

অম্বালিকা - খঙদে অদু ওইরবসু। প্রোগ্রাম থোক্লমদাযসিদা সাবগা উন্নবসিসু হায়ফম খঙদনা ঐহাক নুংঙাইজে।

সুন্দবমণি - মঙ্গল ওইবীয়ু অম্বালিকা।

অম্বালিকা - মঙ্গল ওইয়ুখক হায়য়ু। ওইবীয়ুকা হায়বীগনু। (শৎ চঙশিন্দুনা সুন্দরমণিদা খুইবম্মী)

সুন্দবমণি - (তৌফম খঙদা) মঙ্গল ওইযু। (অম্বালিকানা খুইরুম্লুবগা হাইগৎলকপা মমায়গা সুন্দবমণিগা যেংনৈ, মমিৎ কুপ্লদে তাঞ্জাসিদা জগোই হৌননবা সিন হাইদোক্লবগী বেল খিঙলকই, অনীমক হন্দোক্লে, অম্বালিকানা নোকমি-নোকমিনা মখুৎ যুব তৌদুনা জগোই থোকখি। এনাউন্সবনা অম্বালিকাগীদমক লাওথোকই, সুন্দবমণি তিঙক-মাইঙক্লা অম্বালিকাদা যেংই, অদুদগী মথৌদা পুক্লিং চঙখি, জগোই শাবা হৌখি, সুন্দবমণিনা মহাক্কী মথৌগীদমক মোনিটব থম্বা মফমদা চৎখি, অম্বালিকানা ক্লসিকেল সোলো অমা ঈংনা মোঙ হাদনা নাইতোম জগোই অভিনয তৌদুনা জগোই শায় জগোই লোইবকপদা মীযাম্মা খুপাক খুনৈ অম্বালিকানা মীয়াম্বু খুইকম্লগা চঙখি)

## মরিশুবা উৎপা লোইবা

# মঙাশুবা উৎপা

(নোংশাবগী যূম, নুংথিল, মংলেম থোরকই, মতোমতা কোইচৎ চৎলি, মপুক্লিং ইবাং লাংই)

মংলেম - ইলেক্সনদি নোংমা-নোংমগী মতম নকশিল্লকই। কেন্দিডেট ওইগদবা মযাম্না খোইবেন মশা পায়নবে, লুহোংবা, যূম শঙ্গাবা, না হুৎপা, শোষ্টি, অনাবা হ৙বা, অশিবা হ৙বা, লৌখৎপা, লৌশিনবা, কেন্দ্রসিদা থৌদোক অমা থোক্কদৌবে থোকখ্রে তাবদা চেনশিন চেনশিন্দুনা তাঞ্জা লৌনবি। অসিদা ঐখোয় ওঝাসিনা ঐদি লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টবনি ঐনা লৈবাক্কীদমক কেন্দ্রগীদমক তৌখ্রিবা থবকশিংবু নীংশিংবীরগা মীযামগী ৱাবেপ লৌবক্কদবনি হায়দুনা মুক্কুনা লৈখ্রে। মশা ওইবা ঐখোয় খাঙবা ঙমদ্রে। সোসিয়েল ৱার্কবনি হায়দুনা থোবক্লিবা বিশ্বনাথকাসিনা অমুকতোইবা কনখৎলক্লিবা, লোইবে- শেমখ্রিবা মৌনহা, লৈশাবী-পাখঙ, অহল-লমন মযামগী এসোসিয়েসনসিনা লৈকাই লৈকাই শীনবা থুংখ্রে। মানা শেল থাদদুনা হোৎনরিবশিংদুদি ঐখোয় মী ঙাক্তা। ঐবু মাইক অমা পানশিল্লগা পাসব্লসিটি ঙন্তানা হেক্তা চৎপা হৌরসিবা৭ (পাব্লিসিটি চৎপদা লাউবগী মওং) মাইকৈ অসোমদা লৈবীবিবা অহল- লমন, ইমা- ইবেন, ভাবত সংবিধান্না ভোৎ থাদবা যাবগী অধিকাব পীববা ছাত্র- ছাত্রী, ইচিন- ইনাওশিংগী মফমদা লাক্লিবা ইলেক্সন অসিগা মবী লৈননা লাকচবিবা নহাবোল ঐখোযনা ভোৎকী ভিক্ষা নিবা লাকচবি। হন্দক্কী মীখল অসিদসু কেন্দ্র অসিগী মীবেপ ওইনা কেন্দ্র অসিগী মীয়াম্না মনম লৈবাক তাহন্দনা চহী ১৫ লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টব ওইবন্লবা নোংশাবা মৈতৈবু থাদোকচবি। নোংশাবা লমদম অসিগীদমক অমদি

কেন্দ্র অসিগী মীয়ামগীদমক কখোল্লবা রাজনীতি লাম্মী অমনি। লমদমসিদা ভোং কারকপা এম এল এ পূম্মমক্কা মিনিষ্টব ওইনিংই, পৱার পায়নিংই। শ্রী নোংশাবদি লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টর অমা ওইজববসু প্রোর্টফোলিও অমত্তা পায়খিদবা-নো প্রোর্টফিলো চীফ মিনিষ্টর ওইনা চহী ১৫ ওইবকপা - লমদসিবু কল- কারখানা লীঙখৎপদা, লাইবিক হৈবশিংগী থবক পীননবা হোৎনবদা, ইম্ফাল সহরবু প্লান্ট সিটি অমা ওইনবা শেম্বদা, ইজুকেসনগী লমদা-ডিগ্রী ফাওবা ফ্রি ইজুকেসন ওইহল্লকপদা অমদি অতৈ চাউখৎ থৌবাংদা কখোক্লবা মীওই অমা ওইনা মীয়াম্মা নুংশিবীবা মীশক্লি। মহাক্কী লৈবাক পুবগী থৌওং ভারতকী ষ্টেট পূম্মমক্কা কল্লক্লবিবনি। অসিগুম্বা মীওই অমবু কেন্দ্র অসিগী মীহুৎ ওইনা হন্দক্কী লাক্লিবা মীখল অসিদা থাদোকচবি। শ্রী নোংশাবদা ভোং পীবা হাযবসি গনতন্ত্রবু মযেক শেঙনা রাহল্লোক খঙনা প্রজানা রায় পীবনি হায়না লৌজগনি। (তঞ্জাসিদা নোংশাবা চঙলকই, মংলেমগী মতৌ যেংলগা)

নোংশাবা - (ঈংনা) মংলেম!

মংলেম - (খঙপ্রেক কঙই, চপ লেপ্পী) ওঝা!

নেংশাবা - করিনো নহাক্লা তৌবিবা মওংদো?

মংলেম - ইলেক্সন নকশিল্লকপসিদা ইলেক্সন ঔবাইজবিবনি ওঝা।

নোংশাবা - ঐহাক ইলেক্সনগীদমক কা হেন্না লাঙবা পামদে।

মংলেম - (ঙক্লা) ইলেক্সন লেপ্পীববোই হায়রিব্রা ওঝা?

নোংশাবা - ইলেক্সনগী মিংদা চৎনরিবা অরাম্বা চৎনবীসি ঐহাক চৎলোই। প্রজাদা নমথাক তৌদনা তশেং- তশেংবা মীযামগী মীহুৎ অমা ওইননবা ঐনা হোৎনগনি। মংলেম! কদাইদনো অমদা ঐখোয অমসুং প্রজাশিংনা মীয়ামগী মীহুৎ খনবদা লানথ্রে। অবানবসি চুমথোক্তনা ঐ তোক্লোই। ঐগী কেন্দ্র অসিদা অমদি ঐ ইশাদগী থবকশিং অসি হৌগনি।

মংলেম - মদুদি ঐখোয় লমদমসিদা ভোৎ কাবা লুনি ওঝা। ওঝাগীদমক ঐহাক শিবা কিজদে- ওঝাগী লাম্বা ওইরিবা চাউথোই অমদি বিশ্বনাথনা লাওলিবা, হোৎনরিবা ময়ামসি উবদা ননাওখোয়দি লৈতানা লৈথোকপা ঙমজদে ওঝা।

নোংশাবা - (ঈংনা নোক্লগা) ঐবু ঐগী প্রজাশিংনা য়াদুনা লৈবিববা নত্রগা য়াদ্রববা হায়বা প্রজাগী ব্রাবেপ লৌনবগীদমক য়ূম য়ূমদা চঙদুনা নোংশাবনা ভোটব খুদিংমক্তগী ভোৎকী ভিক্ষা নিগদবা নত্তে মংলেম। প্রজাবু জ্ঞান তাহনবদা মীকাহনবা, শেল চাইদুনা, পীজ পীথক্লুনা, মফি মবোল থোম্বীদুনা (মঙক হাইদুনা) মীখলগী অর্থগা তাইওন্নবা থবক নোংশাবনা তৌবোই।

মংলেম - অস; অদুদি ঐখোয ফিভম লুদৌরিনে।

নোংশাবা - ঐবু ঐগী কেন্দ্রগী প্রজাশিংতা নত্তনা লমদমসিগী মীযাম প্রজানা যাবি, অদুগা কবিগী নুংনাংগদৌবিবনো মংলেম ' (তাঞ্জাসিদা নিলধন নোংশাবগী বোডি গার্ড চঙলকই)

নিলধন - (নোংশাবদা নোলুক্লা ব্যেবহাব উৎলগা) সাব! পাউ অমা লৈবে সার!

নোংশাবা - কবি পাউনো নিলধন?

নিলধন - সাব পাউ অসি! (হায়দোকপা ঙমদে)

নোংশাবা - (ফল্লব য়েংলগা) হায়য়ু হায়যু।

নিলধন - ঐ ঙাইহাক চথোকচরুবদা ঐখোয়গী মখা থঙবগী হোটেলসিদগী তাজবকপনি।

নোংশাবা - কবিনো কোক হায়য়ুনে।

নিলধন - পাউ অসিনা সাবগীদমক খঞ্জবা হোটেল ফম্বী ইতৈমা সোবোজীনি অমদি অতৈ লৈবম্বশিং অঙকপা ফঙনা শাউনহৌবে। চীন্দা পাউদানদুনা বিশ্বনাথকী কাঙবুগা খুৎ থোক্লদুনা খৎনবক্কদবদগী হৌজিক্তা ঐনা খামদোকচবম্মী।

নোংশাবা - বিশ্বনাথকী কাগুবুনা ঐবু করি হায়বিবা?

নিলধন - ব্রাফমসি যাম্না ফজদবা ব্রাফমনি সার!

মংলেম - নিলধন নঙনা পুবকপা পাউসিদি সোরো সোরো হেক চিংলদনা।

নোংশাবা - (নোকমিনা) হায়যুনে হায়যুনে।

নিলধন - মখোয়না সারবু মীহাৎপা মন্ত্রীনি হায। মী অদুসু অতৈ নত্তে সারগা ইপা তিন্নদবা সাবগী ইযাম্বা বোহিত সিংহ সহেগলবু-

নোংশাবা - (মবক থত্তুনা কল্লব) নিলধন! মখা তাগনু। (ঈংনা শীংনদুনা) হুম: মদু যেক্লবগী ষ্ট্রেটেজি হাযবদি লালোংনি।

মংলেম - অদুবু ওঝা অবাম্বা ব্রাফমসিদি ঐখোযগী মাযকৈদগী শেঙদোক্কদবনি।

নিলধন - বিশ্বনাথকী কাগুবুনা মীহাৎপা মীবু হন্দক্কী ইলেক্সনসিদা প্রজাদা নমথাক তৌবা যাদে হাযবদু উৎসি হাযদুনা মখৌ পোঙনা সোরোজিনী হোটেলদা হেক্তা লাওখ্রে সাব!

নোংশাবা - (হৈনদনা) যারে য়াবে! মখা তাগনু। ঐনা চপ চাবা পাউখুম পীগনি। নথৌ নথৌ তৌজবো। পুং ১০ তাবকপদা ঐখোয বঙ্গলোদা চৎকদবনী।

নিলধন - ফনি সাব। (ব্যেবহাব তৌবল্লগা চংখি)

মংলেম - নিলধন্না পুবক্লিবা পাউ অসিনা অফবা পাউ নত্তবনিনা মৈবিগুম্ন া মীকুপ্তা ঐখোযগী কেন্দ্র পূম্নমক্তা শন্দোকখ্রগনি। ব্রাফমসিগী পাউখুম ঐখোয়সু পীবা চুম্মী ওঝা।

নোংশাবা - মংলেম, ঐগী চৎননবা শেম শাউ। ব্রাফম অসিগীদমক নখোয কনাসু নুংনাংগনু। (টেলিফোন লাকই, মংলেমনা টেলিফোন ওকই)

মংলেম - হেলো- ইট ইস চীফ মিনিষ্টব নোংশাবজ বেসিডেন্স। প্লিজ টেলমি হু আব ইউ। (খঙপ্রেক খঙই) ও: মেডাম! ওনবেবল সি এম ইজ হিয়াব।

নোংশাবা - (হাদনা) কনানো?

মংলেম - ওঝা! অদোমগী ইতৈমা মেডাম এলিছ মেডী।

নোংশাবা - (চঙশিন্দুনা হারাওনা কদায় টেলিফোন পায়) ইতৈমা! ননাও নোংশাবনা ইতৈমবু খুকমজবি।

এলিছ - (টেলিফোন্দা) ঐহাক হৌজিক ইন্দিয়া যৌরক্লে। হৌজিক অমৃটসবদা ঐ লৈবি। চয়োল অসিগী মনুংদা ঐহাক ইম্ফালদা নচানুপাগা লোযননা থুংলবগনি।

নোংশাবা - ইতৈমা! ননাওনা ইতৈমগী খোঙয়া উফুল পুন্সিগী অরোইবা ওইনা অমুক্তং লৌজননবা খৌবাংনা ঙাইজবি। (মংলেম টেলিফোনগী ৱাবীদু হাইফেৎ যেংলম্লগা তপ্না থোকখি)

এলিছ - (নুংশিনা) নোংশাবা! মাই ব্রডব ইন লো। কবিগী নহাক কপ্লিবনো?

নোংশাবা - (নুংশিনা) ইতৈমা! তাইবংপানবসিদা মীওইবা হাযবদু ওইনা ওইনা নহাক নত্তনা ঐগীদমক ঐবু ঙাওবীবা চৈবীবা ঙম্বা ঐগী মী কনা লৈরিবগে? কুইবে ইমাগী মীচৈ তাখিদবা- ইমানা চৈবা মীচৈদা শীঙনদুনা ঙাঙলগা নুংঙাইবম্বা লাইবক থিববা নোংশাবনা মমাগী ৱাহৈশিংদু আমৃতগী মশক ওইনা ঙসিদি নীংশিংলি।

এলিছ - ঐ শোয়দনা লাক্কনি। নচানুপা নুংশিবা সহেংগলবু নহাক্কী যাথং ঙাকহনগনি। দ- দে অফটব টুমোবো ঐনা ইম্ফালদা লাক্কদবা নুমিৎকী পাউ পীবক্লে।

নোংশাবা - (কপ্পা খাঙনা) থেঙ্ক য়ু ইতৈমা। থেঙ্ক য়ু। (টেলিফোন থম্মী, তপ্না মপী তৈথোকই) হৌজিক্তি তাইবংপানবসিদা ঐনা কল্লকপসু লৈত্রে। ঐ কনাদসু অমুক লোৎলবোই। ঐগী অশেঙবা শক্তম ঐনা মীযামদা তাক্লগে।' (ৱানা) চহী কযা চঙনা থমজবকপা ইজ্জৎ সম্মান পূম্নমক লৈবোন চনগদবা লৈববা অসিগীদমক ঐনা নুংনাংলুফম থোক্তে। ঐ ঐগী ইনাও

শ্যামসুন্দর অমদি ইনাওনুপী অঞ্জলীবুসু কৌগে। মখোয় পুম্নমকপু ইমাওদা থম্লগা লৈবাক মীয়ামদা - (খল্লি) মদুনা চুম্লা? অরোনবা অসিগী লওলা খনোৎলানা ঐগী ইমুংদা কামশিল্লস্বা হদু হৌজিকসু লৈবাক মীয়ামদা শন্দোক্লবা হোৎনরি। ঐ মায়োক্লগদ্রা? ঐ চওজগদরা? ঐ শেওদোকদরা? (বাখলনা লুমথৈ তপ্লা তপ্লা মখোও থাওদুনা চৎখি)

মঙাওবা উৎপা লোইবা

# তরুকশুবা উৎপা

(লম্বী, নুংথিল, বিশ্বনাথ অমসুং থৌবা ভোৎ খোম্বা চৎলুবা হল্লকই, অনীদু মোন্দা নুংঙাইনা ৱারী শাদুনা লাকই, বিশ্বনাথ রাজনীতি তৌবা মীগী ফিজোল শেৎলি)

বিশ্বনাথ - (নোক্লগা) ভোত্তি ঐখোয়না কারপোৎনিদা! নোংমা নোংমগী ঐখোয়গী মী হেনগৎলক্লি।

থৌবা - হৌজিক ঐখোযনা চঙলুবা অকোনবগী যুমদুদা তামোনা হায়বীরম্বদু য়াম্না ফজে।

বিশ্বনাথ - ঐখোয়দগী ৱাফমসি থোবকই হায়হনবদি কদায়দগী যাগনি। কেন্দ্র অসিগী অমদি লমদমসিগী অফবা লুচিংবা মপানথোঙদা শাবগা চৎলম্মী হায়বিবা মীওইবা অমনা চৎহৈদবা শাগী শাজৎ অসিদা ঐখোয়দি তাবা ঙমদে হায়বা তাবনি। যেক্লবগী মী মানবা অমা মোয়গী মবক্তা য়াওইনে।

থৌবা - অদুবুদি ঐনা ফজনা জ্ঞান তাহল্লম্লবনি। হৌবেন নুমিদাংদৈ তামোগীদা লাক্লগনি।

বিশ্বনাথ - অচুম্বা পাম্মী চীফ মিনিষ্টর ওইববসু প্রোর্টফিলো অমত্তা পায়শিন্দে, মণিপুবগী বাজনীতিদা লেমজনিংঙাই ওইবা ফিদমনিংঙাই ওইবা মীশকনি হায়দুনা মীয়াম্না থাগৎনরিবা মহাক্লা অসুক চাউবা মশাগী মীংচৎ থিবা অমা লৈবাক মীযাম্ন া ঙাঙনবক্লবা অসি ফাওবদা ফম কোন্দুনা লৈরিবা অসিদি (মঙক হাইরগা) ঐদি ঙম্লোই।

থৌবা - ৱাফমসি মাগী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবগীসু ইলেক্সন মযা ওইবনিনা কোক চিকপী ওইবে তামো। ননাওনা তাজবদা নোংশাবসি হন্দক্তি তুরনি খঙনববনিনা - মাবু চীফ মিনিষ্টবগী ফমদগী লৌথোক্লবা মোযগী দলদুসু খন্নবদা মাথা শান্নবমাল্লে।

বিশ্বনাথ - ঐখোয়তনবু কেন্দ্রসিদা ব্রাফমদু য়াম্না ঙাঙলুরগা কেন্দ্রসিগী প্রজাশিংদগী নেগেটিভ রেসপোন্স লাক্কদরা হায়দুনা ঙাঙদবনি। অতৈ ওপোজিসনশিংদি পব্লিক মীটিংশিংদা লোয়নবে হায়না তায়।

থৌবা - ব্রাফমসিগী মতাংদা মহাক মশানা অমদি মহাক্কী দলগী মাইকৈদগী কবিগুম্বা অমত্তা শেঙদোবক্তিবসিগী ঐখোয় চ্যেকশিনবা চুম্মী তামো।

বিশ্বনাথ - ঐখোয়গীদমক্তদি কৈদৌনি! হৈ-শিংলবা ইনাও থৌবা লৈবি। অমুকসু ঐখোয়গী অকোয়বদা কনাসু খঙহন্দনা পনগুম্না ঙাক্কুনা ইনাওশিং অমদি মরুপ- মপাঙ খুৎলাই পায়বা ময়াম অমনা ঐখোয়গীদমক লেপ্লীরি।

থৌবা - কাদবা যাদে হায়দুনা হোৎনবিবনিনা ঐখোয ঙন্না সেক্যুবিটিসু লৌথোকনিংলে তামো।

বিশ্বনাথ - মদুগীসু মতম লাক্কনি। ঙাইখো কনানো কাংবু অমা লাক্ষ তবা পীদবা য়াদে হায়দুনা লাকই হাযবিবসে।

থৌবা - মোয়দু চবান খবদং লীশিং ১০ দা ওইববসু থাদোকপীখ্রগা থাদোকপীখ্রসি তামো। মোযনদি অশেঙবনি হায হাযববু ঐ থাজদে তামো।

বিশ্বনাথ - কেন্দ্রগী লৌবিবা মখৈ পেন্দবা ভোটবর্শিংসিবু পেন্ননবা হোৎনগদবা নত্রগা খুৎলাই পায়বনি হাযদুনা লাক্ষ-লাক্ষকী চে মচেৎ অমমম পুবগা তাঞ্জা লৌরিবশিংবু মাযোক্লগদ্রা জ্ঞানবু তাশিল্লক্লেহে থৌবা।

থৌবা - যাম্মনখিবসিদা গ্রুপ মযামসি তশেংনমক মখোযবু খঙলুবা ঐখোয়ফাও ঙাওশিল্লক্লে তামো। লাক্লিবা খুদিংমক ইমান- ইমান মাল্লদনা। মালহনববু যাম হৈব- হৈববসু লৈবিনে। নহানসু ঐনা অমা ফাজবিবদুনি তামো।

বিশ্বনাথ - হোয়নে ইয়াম্বখোয়দি ইঙাও ঙাওবেনে। কেন্দ্রসিগী মৈবা

পায়বী, ক্লব, এসোসিয়েসন পুম্নমক্কী মতেং ফঙলগনি হায়রগী চপ চাবা থাজবা ফঙগৎলকপা- অহল- লমন, লৈশাবী- মৌনহা, পাখঙ ময়াম্না ঐবু নৌনা পাম্নখৎলকপসিদা যাৎ- যাৎ থাজিল্লক্লবরা চিংনদবা ঙমদে।

থৌবা - মদুদি করিসু খনবীরুনু তামো। মোয়গা তামোগা ব্রাবী শুপশা শাদনবা ননাওনা শীঞ্জবগে।

বিশ্বনাথ হোয়নে অদুগুম্বা অমা শীল্লুনে। মোয় কাঙবুসি ইয়াম্বা শুকহৈ হৈনদে। চখোক খোত্তোকপকা ইচিং চিংনৈ।

থৌবা - অদুমা ঐ শীঞ্জখ্রগে। খনবীরুরনু তামো! ঐখোযনা হায়জবা শেলফমতা তামোনা থৌবাং তৌবীরগা লোইবে।

বিশ্বনাথ - ফবে, ব্রাফমসিমা লোইশিল্লসি- অতৈ অতৈ কমদৌবা?

থৌবা - ব্রাবেম ঙাঙবা হৈবা মীওইশিংদা নোংমগী লুপা ৫০০/৫০০ পীবগা হোটেলদা, পান ডুকান্দা, যূ থকফমদা ঐখোযনা থাদোক্লিবা মীশিংসি মশিং খবগা হেনগৎহনসি তামো।

বিশ্বনাথ - হোয়নে অদুগীবুদি যাবেনে। অদুদা থোঙাম লুখোই হাযবদুনা ভেন্দবদা যূ তপতানা থকচিল্লগা খৎনৈগা, মমায় কায়বেগা হাযদুনা তৌবদু নুংঙাইতে।

থৌবা - মীশি- মীনা খবা যাওবগা, খৎন- চৈনবা খবা যাওবগা ইলেক্সন হায়বসিগী খুদোং চাবা লৌননবা হোৎনগদবনি। মদু খনবীকনু তামো। ঙসি নুমিদাংদি থিযাম লৈকাইগী অহলশিং, মনিং লৈকাইগী অহলশিং অমুক্তা উন্নকসি।

বিশ্বনাথ - অহলশিংদু কৈদৌবে হায়বে?

থৌবা - ব্রাবী লীবা বিজযদু থিয়াম লৈকাইগী অহলশিংনা মহাভারত আদিদগী লোইবা ফাওবা থা অমা লীহনবীববদি অহলশিং পুম্নমক ভোৎ পীনি হাযবে।

বিশ্বনাথ - বিজয কৌ! হযেংদৈ ব্রাবী হৌহল্লু। মনিং লৈকাই কৈদৌবা?

থৌবা - অহলশিংদু বৃন্দাবন্দা চৎনিংমাল্লে।

| | | |
|---|---|---|
| বিশ্বনাথ | - | ভোৎ মমাঙদদি কদায়দৈ চৎথোকপা য়ানি। ভোৎ লোইরগা চৎলু হায়য়ু। নাইট সুপব বস অমা পীনি হায়য়ু। |
| থৌবা | - | অদু তামো- মৈবা পায়বীগী সেক্রেটবী ওইরম্বী ইনে থম্বালনা তামোবু অমুক্তং উন্নসি হায়রি। |
| বিশ্বনাথ | - | ইনে থম্বালদুবু মীয়ামদগী শেল খোন্নম্মী হায়দুনা তাম্থোকপনি হায়বদায়? |
| থৌবা | - | অদুবু ইনে থম্বালসিদি ভোৎ যাম্না চেনবা নুপীনি। |
| বিশ্বনাথ | - | অদু নুমিদাং উন্নবা নত্রবদি ব্রা লুইহে। ফোঙনা মাগা মবী হেক লৈনকুবদা ইমা থরোগী কাঙবুসিনা ঐঙোন্দা ভোৎ অমত্তা পীবগী ব্রা লৈত্রে। (শ্বর হন্দোক্লগা) অদু অহীংদা খোঙনা হেক্তা চৎলসি। অতৈ কবি- |
| থৌবা | - | মখা লৈকাই লৈশাবীশিংনা লীলা তৌবীয়ু, লীলা নুংঙাইবা অমা তৌবো হায়বি। |
| বিশ্বনাথ | - | (মঙক হাইদুনা) হুম! লীলা তৌবা যাদে। |
| থৌবা | - | ঈশৈ ওইববসু য়াই হায়বি তামো। |
| বিশ্বনাথ | - | হুম! ঈশৈসু তৌবা য়াদে। |
| থৌবা | - | কবিগীনো তামো? |
| বিশ্বনাথ | - | ঈশৈ অমসুং লীলা হায়বসি হবাওবা নুংঙাইবগী কুম্মৈনি। ভোৎ হেক কাবদা শুমাঙ লীলা দল পূম্নমক কৌবগা লীলা তকথগে, ঈশৈ শকপা- শকপী মযাম কৌবগা ঈশৈ শকহনগে হাযযু। ভোত্তা কাহল্লু হায়য়ু। |
| থৌবা | - | ঐ হাযজবগে তামো। |
| বিশ্বনাথ | - | ক্লব শাউ- শাবি, থোঙ শাউ- শাবি, লম্বী শেম্মু - শেম্মী, মৈবা শঙ শাউ - শাবি, মৈফু লৈবি, মৈতান লৈবি, খরছ পীবি, যূমদা চাক নুমিৎ খুদিংগী খাঙলি, য়ূ পীথক্লি, মীটিং খুদিংগী শেল থাদরি। সি মঙাইনা ভোৎ হায়বো- হযেং |

| | | |
|---|---|---|
| | | ইলেক্সন নকশিল্লক্লগা অমুক ঐগী ভোটর খুদিংমক্তা লুপা ৫০০/৫০০ দি য়েন্নি। |
| থৌবা | - | চুম্মী তামো। তামোনা তাকপীবা। |
| বিশ্বনাথ | - | যাম লুবদি- কাহৌদ্রবদি ঐখোয় পাবুংগা ইমাগা অনীগী মবক্তা অমদি তুরেল মপালদা পুথোক্কদৌবিবনি। |
| থৌবা | - | হেবা! অদুগুম্বা ৰাবু হায়হৈদেদা তামো। |
| বিশ্বনাথ | - | মী শিনি থৌবা। নোংমদা চৎলিবা খরছ অসি নঙ অমুক্তং হোত্নুনা য়েংউ। |
| থৌবা | - | পূম্নমকসি কাবনি হাযদুনা থাদবনি তামো। হেক কাবগা নোংমদা হৃঞ্জিনগদববু। |
| বিশ্বনাথ | | (শ্বব হন্থবগা) হৌজিক বজাবগী ডুকান প্লোট যোল্লবনি। বস অনী যোনখ্রবনি। অগবন্নালদগী লাক্ষ যাঙ্খে লৌশিল্লগা নকশিল্লকপগী ফিক্সতা থল্লবনি। |
| থৌবা | | অংগবন্নালনা থাদবক্লিবদু তামো কাবনি খন্দুননি। |
| বিশ্বনাথ | - | কদাযদৈনোদা শীংবসি মোইনা যাম হেল্লি। ২% দা পাবুংগী ফার্মদু মোবগেস তৌবিবনি। বন্দান থল্লিবনি। |
| থৌবা | | ভোট হেক কাবগা নোঙাল্লগা হন্দোক্লবা হাযবদুনি তামো। |
| বিশ্বনাথ | - | হৌজিক ঐগী ওইবিবা ফিভমসি নঙ খঙবা তাবনি। |
| থৌবা | - | ঐ খঙজবে তামো। (বিশ্বনাথ চপ লেপ্তুনা কবিনো অমদা যেংই) কৈদৌরগে তামো? |
| বিশ্বনাথ | - | ভোৎকা লাইরিনে। আদা- আদা লাক্লিবসিবু কনানোনে? ওস্থোক্লা নাপ্লেদা। |
| থৌবা | - | (নোক্লগা) সৈত্য। পাখঙনা নেতা ওইবসিদি! |
| বিশ্বনাথ | - | যেংউনে নঙসু পাখঙনি। |
| থৌবা | - | (যেংলগা) তামো অসিদি - (খঙলত্তুনা) ও:থাদোইসনানিনে। ডি আই জি যুগীন্দ্রগী মচানুপীনি। |

বিশ্বনাথ - ইঃ অদুদি ঐখোয় কেন্দ্রগী ভোটরনিনে। থৌবা নতৈমসিবু অসিনা ওইনা ওইবনা ফত্তবরা?

থৌবা - (হৈনিংদনা) তামো! মহাকসি য়েক্লবগী মীচংদা মমায় লৈরপ লৈ।

বিশ্বনাথ - (ঙঙ্কা) করিনোনে হায়রিবসিবু? অঙ্কল যুগীন্দ্রদি চেনাইদা পুলিস কনফরেন্স চত্রিঙৈদা ঐগা উনহৌরবনি। মতেং পাঙনি হায়রম্লবনি।

থৌবা - থাদোয়সি নোংশাবনা ইংলেণ্ডদা লৈবা ময়াম্বগী মচানুপাদুগী ওইননবা ইনগেজ তৌই তাখি তামো, অদুবু ইংলেণ্ডগী খোইমুদুদি পাইবকখিদবা চহী অনী হেনখ্রে।

বিশ্বনাথ - করিনোনে নঙনা হায়রিসিবু। হৌজিক বেঙ্কোক্তা লৈরিবা ইমা খনোংলাগী মচানুপী এলিজাবেথকা ইংলেণ্ড মচাদুগা নুংশিনৈ হায়বদায় ?

থৌবা - মরীদু নোংশাবনা থদংখ্রে তামো। তশেংবদি থাদোইসনাসি ইংলেণ্ড মচাদুগী গাইড ওইনা থম্লমবনি। অদুবু-

বিশ্বনাথ - ঐ খঙলে। মানদি মরাল লৈবনিনা পুলিসকী কাঙবুগা ঙাই-শেল ওইনিংবনি। কাববাররালা কাঙবু পুলিস অচৌবা কাঙবুগা শঙ্ক তৌনিংবা হায়বসি বাজনীতি তৌবা কাঙবুগী অপাম্বনি। ইংলেণ্ড-নুংলেণ্ডগী ৰা কান্নদে নতৈমা ওইনবা তৌসি।

থৌবা - তামো জগোইশাবী অমদুদি?

বিশ্বনাথ - অতৈ ৱাবী ঙাইখো। অসিমা নাখৈ শেঙখিসি। ভোৎ কাবগা অনীমক থমজিল্লবসু থম্বা হায়বদুনি। (নোকফেৎ তৌই)

থৌবা - সৈত্য ঐখোয় তামোসিদি- । (তাঞ্জাসিদা মশা নান্না ফজবা ফিজোল শেত্তুনা থাদোইসনা থবক অমা চংলুবগী হল্লকই, লম্বীদা চংলি) হেল্লো থাদোইসনা! কদোম চংপীকবনো?

থাদোই - (ঙক্লা) ঐদি সোমবু খঙজদে।

বিশ্বনাথ - (ঈংনা নোক্লগা) হ: হ: অ: ইবেম্মবা থাদোইসনা হায়বিবসে? (থাদোইনা ঙক্লা য়েংলকই) ঐ বিশ্বনাথনি। ইবেম্মগী পাবুং অঙ্কল যুগীন্দ্রনদি ঐবুসু য়াম্না লুনা তৌবীবনি। ইনাওসি থৌবা কৌই।

থাদোই - ও: ঐদি অমতা খঙজদবা।

বিশ্বনাথ - মীওইবা হায়বসিদি উন্নরগা থেঙনবগা খঙনগদবনি। কদায়দা চৎপিকবনো?

থাদোই - ইমান্নবী অমা উন্নজকবনি।

বিশ্বনাথ - ঐ ইবেম্মা থাদোইগা অমুক্তং উন্ননিংবা কুইববনি। লম্বীদা কৌবকপগীদমক মাইন্দ তৌবীনুকো।

থাদোই - ঐ ব্রাবৌজদে। তাকপিযু।

বিশ্বনাথ - (নোকফেৎ তৌবগা) অদুদি-ইবেম্মবু য়ূম ফাওবা থীঞ্জবমগে। মাইন্দ তৌবীনু৷ চৎনা চৎনা ব্রাবী শাসি।

থাদোই - ঐ গাড়ি লাক্লনি। ঐনা খবা ঙন্না থোরক্লে। ড্রাইভবদু ঐনা থবক অমা থাখিবনি। থেঙ্ক যু তামো।

থৌবা - ঐখোয় তামোনা হাযবিবা ব্রাফমসি ইচম চম্না হাযবদি থাদোইসনাগুম্বী মতিক চাবীসিদি মতিক চাবা ঐখোয তামোগুম্বগী পুক্সিদদি (নোক্লগা) কবি হাযনি, ঐখোয তামোগীদমক থাদোইসনানা ভোৎকা খোম্বীববদি -(থাদোইসনা হৈনদে) ঐখোয় তামোনা মায পাক্তবা হৌনদে।

থাদোই - এক্সকিউজ মি! ঐখোয়দি ইলেক্সন যাওনিংবগী ব্রাখল লৈজদে।

থৌবা - অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু তাবীবিনি ঐখোয তামোসি পাখঙনি। থম্মোয় শেঙনা লৈবাক্কীদমক চোঙথোবক্লবনি। হন্দক্তিন তামোবু থাগৎলসি হাযদুনা, কেন্দ্র পূম্নমকসু লেপনববনি। ঐখোয তামোনা থাদোইসনাবু হেক উবা

মীকুপ্তা ভোং খোম্বসি থাদোইসনামক্কা চংমিন্নরবদি খঞ্জম্নবনি। চুমদ্রা তামো?

বিশ্বনাথ - ইনাও থৌবনা হায়বিবসি অচুম্বনি। (ইকাইশিন্না) ঐখোয় পাবুংদা অঙ্কল যুগীন্দ্রদসু হায়হঞ্জগে। ঐগী ৱাখলসি ইলেক্সন ঙাক্কীসু নত্তনা পুন্সিগীসুনি।

থাদোই - (খঙশাউ শাউনিংই, অদুবু শাউনিংবা ফায়) মীযামগী লুচিংবা ওইবীগে খনবীবিবা তামো! নুপী ওইবীবু ব্যেবহাব তৌবসু তম্বীযু। মসি লম্বীনি। পাব্লিক প্রেসনি। ঐখোযনা কনাদা ভোং থাদগদগে হায়বদু ইশানা লেপচগনি।

থৌবা - হেরা অদুফাওদি হেনমল্লিদা। ঐখোয তামোনা হাযবিবা ৱাসি কবিমতা.কাইদে। তামোসু পাখঙনি অদোমসু লৈশাবীনি। কৈকান্দগে হামেং হনুবগী লৌনমলাংদা চহী অনী হেল্লবা ইংলেণ্ডদগী পাইবকলবোইদবা খোইমু ঙাযদনা। (থাদোই শাউই)

থাদোই - মী অমগী পাবসনেল এফিযাবসতা কান্নদনা খুং থীঙজিনবা হায়বসি পাপ অমনি। মীয়ামগী সেবা তৌগে খনবীববদি অহানবদা পাপকী ৱাখল হান্না থাদোকপীযু। (তাঞ্জাসিদা গাডি অমা লাকই, খামখি, সুন্দবমণি মশা নান্না কুমথবকই)

সুন্দবমণি - হাই থাদোইসনা৷ কৈদৌবে?

থাদোই - হাই মণি! নহাক লাকপা যাম্না ফরে, ঐবু যুম ফাওবদা থিল্লম্মু। ঐগী দ্রাইভবদু থবক অমা থাখ্রগা কৈদৌববনো হল্লক্লে!

সুন্দবমণি - অদুদি চংলসি। (অনীমক চংমিন্নখি, বিশ্বনাথ অমদি থৌবা তুমিন্না লৈহৌই ইঙক- ঙক্লা য়েংনহৌই)

বিশ্বনাথ - কনানো অফাওবা শাবিবসে?

থৌবা - নোংশাবগী মনাওনুপাগী মচা সুন্দবর্মাণ হাযবা ডুবদ্রর্শন্দা প্রোগ্রাম এক্সিক্যুটিভ ওই হাযবদুনি।

বিশ্বনাথ - ডুবদ্রর্শন্দা মচা মানা গুন্দা শারিবসি কবিগীনো? (শাউনা) থৌবা!

থৌবা - তামো।

বিশ্বনাথ - ইলেক্সন লাইবি। নঙগী মীশিংদো পাউ থাউ থাদোইসনাবু ইখুত্তা শীন্নৌ।

থৌবা - তামো! ইলেক্সন থা ফাবক্রুবা মতমসিদা। মতম খরতদি পুক্লিং ফাথবীয়ু।

বিশ্বনাথ - ঐ পুক্লিং ফাথবা ঙম্লোই। ঐ মীনা উশিত্তবা য়াদে।

থৌবা - প্লিজ তামো। মতম খবতদি পুক্লিং ফাথবীয়ু। পুম্নমক ননাও ফননবা শীঞ্জগে। যেক্লবনা খুদোংচাবা লৌখিননবা ঐখোযগী অহোবা অমতা থম্লোইদবনি।

বিশ্বনাথ - সেরা! (শাউনা) পাপকী ব্রাখল হান্না থাদোকপীয়ু ককাযদনা। অদুগা করিগীনো অফাওবা শাবদুদা নঙনা ধমকাকা অমতা তৌহৌদ্রিবদুনা।

থৌবা - তামো! হৌজিক ঐখোযসি ফিঙগংপা যাদবা পাঙ্গল খঙফু ফুদোকপা যাদবা মতমনি।

বিশ্বনাথ - ভোং লেপ্পা খুদিংমকসিবু ঐদৌনা পাঙ্গল শোম্বংবা? মীনা মীনা চৈবম্বসু চপ- চাবা পাউখুম পীবা ঙমদ্রবদি- অসে থৌবা ইয়াম্বদি ডিগ্রী অমা যৌবে।

থৌবা - কন্ট্রোল তৌবীয়ু তামো। তামোনা পাম্বীবিবা পম্নমক মতম চপ চপ চানা ননাও পাঙথোক্লনবা হোৎনজগে। ভোং কাদবা যাদবনি। চৎসি তামো। প্রোগ্রাম যাম্না লৈবি।

বিশ্বনাথ - কদাযদনো অমা চৎলগা যুবা কৈনোমতা খিত্তা থকউখিসি। ঐ শাউনিংবা খাঙবা ঙমদ্রে।

থৌবা - ফনি তামো ননাও শীঞ্জগে। (অনীমক চৎমিন্নখি)

## তরুকশুবা উৎপা লোইবা

# তরেৎশুবা উৎপা

(নোংশাবগী য়ুম, নুংথিল, গাড়ি লাকপা খাম্বা মখোল তায, মংলেম বৃপ কেস মকোক্তা থোংগত্তুনা বেক অমা য়াম্দুনা লূম্না চঙলকই থম্মী)

মংলেম - ইংলেণ্ডগী কাংবুসিদি ওঙ্কোক্লসু লুম্না লাকখ্রে। ঙকশম মরীকাসি কেদ্রেক কেদ্রেক হেক লাওই। পান্থোম যেৎথঙবসিসু মতেক অমত্তং থাঙলকপদা (ৱানা) হ:হ:হ: লোয়বে। কদায়দৈনো ঐখোয় ওঝা হায়বসিনা মী ওকপা শীন্নশিল্লমদনা, ইংলেণ্ডদগী লাকপনি হায়দে মোয় পার্টিসিদি মৈতৈলোন পঙ্কাদা ঙাঙই। মৈতৈলোন চাউখত্তে হায়বা যাববোই ইংলেণ্ডদগী লাকপা মীনফাও ঙাঙলে। (এলিছ মেডী চঙলকপা উদুনা) প্লিজ কম ইন মেডাম।

এলিছ মেডী - নোংশাবা পূং কযাদা লাক্কনি?

মংলেম - মেডামখোয ওকপা নঙহৌদ্রবসু য়ুমদা লাক্কনি হাযবনি মেডাম। ঙসিসি কেবিনেট মীটিংসু লৈ অদুগা পার্টিগী মীটিংসু লৈ। ঐখোয ওঝাদি চীফ মিনিষ্টবগী ফমদগী বিজাইন তৌজবগে হাযদুনা গভর্নবদা চে ইথ্রবনি। গভর্নবনা অনৌবা সবকাব অমা লাক্লিবা ফাওবদং সবকাব পাযবীবম্নবা হায়জবকপদগী তঙাযফদনা মমিংখক্কী ওইনা সবকাব পায়ববনি। ওঝানা তশেং তশেংবা মীনম্বা যাওদবা ইলেক্সন পাম্মী। সরকাব পায়না পাযনা ইলেক্সন থেংনবা পামদে মেডাম। (তাঞ্জা অসিদা সুন্দবমণি অমদি নুংশিবা সহেগল নোক্লা- নোক্লা নুংশিননা চঙলকই)

এলিছ - (নুংশিনা) মখোয়গী মচিল মনাও অনীসি নুংঙাইবেদা।

সুন্দরমণি - মমাচৌবী। ইনাও নুংশিবদি ঐঙোন্দগী হেন্না ইম্ফালগী মবমদা খঙলম্লে।

নুংশিবা - মমাচৌবী কবিনো?

সুন্দরমণি - মমাচৌবী হায়বদি ঐবু পোকপী ইমাগী মথক্তা লৈবা মমা হায়বনি।

নুংশিবা - (নোক্লগা) ও: আই নো! ইলডেষ্ট মাডর। (অমুক্কা মচিল মনাও অনী নোকমিন্নে)

সুন্দরমণি - তা মংলেম। বহাদুব কৌবগা পোৎশিংসি থাংজিলহল্লু মমাচৌবী অমসুং ইনাওবু মখোয মখোযগী কাদা পুশিন্দুনা পোত্থাহল্লু।

নুংশিবা - নো ব্রডব। ঐ রেষ্ট তৌখিবোই। ঐ নহাক্কা লোযননা ঐগী মী অমা উন্নবা চৎকনি।

সুন্দবমণি - জবনি শাঙনা লাকপা হায়বসি ৱাবনি। বাথ রুমদা চঙদুনা হকচাং শেঙদোকখো- অনৌবা ফি হোংখো ডেন নশাদু ফ্রেস ওইবক্কনি, মতমদুদা মী উন্নবা চৎলবদি নুংঙাইগনি।

এলিছ - (নোক্লগা) সুন্দবমণিনা হাযবিবসি চুম্মী।

নুংশিবা - ঐ যাম নুংঙাইবে। ঐ হৌজিকমক চৎপা পাম্মী।

এলিছ - কদাযদা চৎকে হাযবিবনো?

সুন্দবমণি - ঐহাক্কা লোযননা চৎপদা খুদোংথিবা অমত্তসু থোক্লোই মমাচৌবী। নুংশা থীবীগনু। (নুংশিবদা) অদুবু যুম যৌবকপগী চা অমত্তং থক্লগা চৎসি!

নুংশিবা - নো ব্রডব লেটস গো ফাষ্ট।

সুন্দবমণি - (নোক্ল গা) যাম্মা হেক্তা থুখ্রে। মাগী মীসি কবমমায তৌবজাৎনো য়েংলুবা তাবে। মমাচৌবী ঐখোয পাবুংহলসু যৌবক্লনি। ঐখোয় ঙাযহাক্তা চৎলুগে।

এলিছ - ও:কে: গো!

সুন্দবমণি - তা মংলম!

মংলেম - য়াবে ইবুংঙো। কোইথরুবো হৌজিক্তি লাম্বা লৈববনিনা।

| | | |
|---|---|---|
| সুন্দরমণি | - | (নোঙ্কগা) কুইরক্লোই সৎ হল্লক্কে। পাবুংহল হল্লক্কগা নঙনা শাউদনবা হায়নরম্মু। ঙায়হাক্তা চৎলুখিগে। চৎলসি লাকও ইনাও! (নুংশিবগা সুন্দরমণিগা চৎমিন্নখি) |
| মংলেম | - | (চৎখিবা অনীদু য়েংলগা) ষণদকা ওইববদি অনীসি যুবা চপ চারে হাযদুনা পোৎপা শাবনি। লাম্বা চাগ্রে হায়ব্রানি। |
| এলিছ | - | এনি হেপন্দ টু য়ু মংলেম? |
| মংলেম | - | করিসু হাযজদে মেডাম। |
| এলিছ | - | ঐগী মথক্কী কা নহাক খঙববা? |
| মংলেম | - | খঙজে মেডাম। |
| এলিছ | - | পোৎশিংসি মথক্তা থাঙ্গৎলু। |
| মংলেম | - | (কৌদুনা) বহাডুব! |
| বহাদুব | - | (মনুংদগী) তা মংলেম! |
| মংলেম | - | লাওনহে! পি আব ও মংলেম কুলি ওল্লেনে। (মকোক্তা বৃপ কেস থাঙ্গত্তুনা খাউ যান্দুনা চঙখি) লুমদি লুম্মীহৈ! (চঙখি) |
| এলিছ | - | (মতোমতা ঙায়ববদা অকোইবদা যেংই, মপুক্লিং নুংওল্লি) মহৌশাদগী যুম অসিদা অহোংবা থোযনা লৈতে। চহী ২৫গী মমাঙদা ঐনা উখিবা অহোংবা হাযববু-ফোঙ্গিং ব্রাংখৎপা, সন্ত্রীগী পোষ্ট অসি মঙায়। (নুংশিনা) ঐগী ইনেমবোক! অহানবা ব্রাহৈসি হাযবদা ঐনা কযাদা কোইশ্লবা। ঐগী ইনেমবোক বাজলক্ষ্মী, ইনাওনুপা অনী নোংশাবা অমসুং শ্যামসুন্দব, ইনাওনুপী অঞ্জলী, মহাক্কী পীক্লিবা মচা নুপা সুন্দবমণি অমসুং অহেনবা (মপী শীম্বুবকই) মখোয পূম্নমক্কা শকখঙনরগা হবাওনা মোমোন নোঙ্কগনি চৎখিবা বোহিত! (কোয়না য়েংই, চৎথোকই) মফম অসিদনি! (খুদোম্বীনা মফমদু থীল্লি) মানি, মফম অসিদনি- থব্রায যাউদ্রবা বোতিকী হকচাংবু পোষ্ট মোবটেম লোইবদুনা পুরকখিবা! (অশিবা পুথোকপগী মাংগং, কোবতাল ঈশৈ তাবকই) বোহিত! (মপী শীম্বুদুনা কপ্লুবগা) নহাক্কীদমক ঐনা পুবকপা ইন্দিযান |

করেল্সি টেন ক্রোর- ! টেন ক্রোর অদুগী শীজিন্নফম লৈখিদে। য়ুম অসিদা ঐগী ইনেমবোক্লা নহাক লাক্লগা নহাক্কী ননাওশিংগা লৈমিন্ননবা শেল্লম্বা কাদা ঐনা লৈখি। ইচানুপা পোক্লুনা মতম খরদি য়ুমগী মৌ হায়বদু ওইদুনা ঐহাক লৈবম্মী। (ৱানা) ঙবাংতা য়ুম অসিদা থুংলবগুম নীংশিঙলি। মঙগুম্লবা পুন্সিগী কাওঙমদ্রবা অৱাবদু ঙবাংতা থোকখিবগুমলি। (নোম্থদুনা কপ্পুনা লৈ) কবম্না কাওথোকপদি ঙমগনি? (তাঞ্জাসিদা নোংশাবা লাকপগী গাড়ি মখোল ময়াম তায, পাইলোটনা সাইবেন খোঙদুনা থৌরকপা গাড়ি খামখিবা মখোল তায, এলিছ তপ্না মপী তৈথোকই, নোংশাবা লাকপগী মীয়াম চঙলকপগী মখোলনা ইবাং লাংই এলিছ মেডীদা খুইকম্মী)

নোংশাবা - (হবাওনা মপী ইবা চেন্না) ইতৈমা! ননাও নোংশাবনা খুইকজরি। (এলিছ মেড়ীগী খোঙযা শোক্লা খুইরুম্লগা মকোক্তা মখুৎ হাপ্লগা) কবিগী অসুক কুইনা ননাওবু ইতোমতা থাদোকপীবনো?

এলিছ - (নুংশিনা নোংশাববু নানবীদুনা) গোড ব্লেস যু মাই ব্রডব ইন লো! ঈশ্ববনা চানবীসনু। নহাক অৱাবা মাযোক্লবে হাযবা পাউ তাদুনা ইতৈমা লাকপনি। নশাদা লৈবম্বা চিংনবা পূম্নমক থাদোক্লো।

নোংশাবা - (নুংশিনা) ইতৈমা! ইতৈমবু অমুক হন্না উবা ফংজবসি ননাও নোংশাবগী মপোক অসিগী মহৈ যাল্লনগুম খল্লি। কদায ঐগী ইচানুপা নুংশিবদি?

এলিছ - মযাম্বা সুন্দবমণিগা মী অমা উন্নকগনি চৎখ্রি। ঐনা মহাকপু নহাক্কী ৱা ঙাকহল্লগে হায়দুনা পুবক্লবনি।

নোংশাবা - যাম্না নুংঙাইজবে ইতৈমা! ইমূং অসিদা, যূম অসিদা ঐগী মমানা মচাশিং অমদি মশুশিং পুন্না লৈননবা চাউনা শাবম্লবা যূম অসিদা মমাগী মশুনুপাগী লুহোংবগী থৌরম পাঙথোক্কনি।

ঐনা ইমৌ ওইগনি হায়রুরবা ব্রাফম ঐগী ইচানা ঙাক্লগনি তাবদা ননাও য়াম্মা নুংঙাইজরে ইতৈমা!

এলিছ - লুহোংবগী থৌবম নহাক্কী ইলেক্সন লোইববা মতুংদা পাঙথোক্কনি। (মংলেম চঙলকই ইলেক্সন পম্লকপদা)

মংলেম - লন্দন্দগী লাকপা মেডাম ফাওবনা ইন্দিয়াগী ইলেক্সন, মণিপুবগী ইলেক্সনগী মরমদা খঙই। ঐখোয় ওঝাদি শুকথৌ থৌওইদে। মহাক ভোৎ লেপকনি হায়বা প্রজাশিংদা খঙহনখ্রে। প্রজাশিংনা ভোটবশিংনা মশা মশানা ব্রাবেপ লৌজরক্কনি হাযদুনা ঙাঙনবা য়াদ্রে। ওঝাবু ঙাঙবীবা ঙমগদবসি মেডাম মতোমতনি। অমুক্তা ঙাঙবীবম্মু। ঐখোয ব্রার্কব যাম ব্রাবে।

নোংশাবা - (হাদনা) মংলেম।

মংলেম - ওঝাগী লম্বাদা লৈবিবশিংসিনা কেন্দ্রসিদা লাংলিবা মযামসি উবদা ঐখোযদি লৈ যাদ্রে।পি আব ওনি হাযদুনা চীফ মিনিষ্টব সেক্রেটবিযেত্তগা লৈশিল্লুবে। ওঝাগী লম্বাশিংসিনা মী শিবা যাবা ব্রাফম অমা পূথোক্লুনা ওঝাবু হৎননবসু হোৎনবিবসিসু মাযোক্লবীদে।

নোংশাবা - (কল্লব) মংলেম। মখা তাবক্লনু হাযবগা নহাক্লা পঙাঙদা ঙাঙবসিবু কবিনো?

এলিছ - ঐহাক পাউ পূম্নমক অমৃটসাবদা লৈবিঙৈদগী তাবে। পূম্নমক অসিগী অচুম্মা ব্রাখৈ অমা ঐনা পুবক্কনি।

নোংশাবা - (মংলেমদা যেংলগা) মংলেম! নহাক ঐগী অফিস কাদা লৈক।

মংলেম - ফনি ওঝা! (তপ্না থোকখি)

নোংশাবা - (চৎখিবা মংলেমদা চিংনা অমুক্তং যেংলগা) ইতৈমা! পাউ পূম্নমক ইতৈমনা তাদুনা লাকপীবা যাম্মা ফবে। অদুবু ঐহাক ইশাদি হৌজিক অচুম্ববু খক লোৎশিন্দুনা থম্লরোই লেপ্লে। ঐহাক্লা কৈদৌঙৈদসু ইশাগী আত্মাবু মীনমদুনা মীংচৎ অমদি

ইভজংকীদমক হিংলরোই হায়দুনা লেপ্লে।

এলিছ - (নুংশিনা) অমৃটসারদা ঐনা লৈরিঙৈদা অচৌবা ইন্দিয়াগী পণ্ডিত অমনা হায়খি- মশাদা দোষকী শরুক য়াওদবা মীওইবা অমত্তসু তাইবংপানবদা লৈতে। প্রায়শ্চিত তৌরবদি পাপনা মীওইবগী মশাদা লৈবা ঙমদে। শক্তি লৈবা মীওইবশিংনা মীওইবগী চৈনিংঙাই- ঙাঙনিংঙাই ওইবা থবক্তুগী হেন্দ দাক্কুনা অফবতা তৌবা ঙম্মী।

নোংশাবা - পাপ অমসুং পুন্যগী মরমদা ঐহাক্না মরিক চুম্না খঙখ্রে। লৈবাক প্রজা হায়বসে ঈশ্বরগী মশকনি। (মপুক্লিং নুংশিনা) ঐহাক্না লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না ঐগী মবমদা হঙনবক্লিবা ৱাহংগী মচুম্বা পাউখুম পীননবা ৱারেপ লৌরে। তাঞ্জা অসিদা ইতৈমনা লাকপীদুনা খোঙয়া উফুল পীনবীৰা ননাও নোংশাবনা পোকপগী মহৈ য়াম্লে খঞ্জরে। ঐ য়াম নুংঙাইবে ইতৈমা।

এলিছ - (নুংশিনা) নোংশাবা! নহাক ঐগী নুপাগী মনাও নুপানি। ঐগীসু ইনাওমকনি হায়না ঐনা খনশ্লবনি। চহী কয়া নহাক্না লাংতক্লবকপদু ঈশ্বরনা করম্না শীম্বগে য়েংসি। নহাক্না অচুম্বা পাউখুম পীদ্রিঙ্গেদা ঐহাক্না অচুম্বা ৱাখৈ অমনা পুন্সিগী ওইনা থমগনি। মীয়ামবুসু ঐনা জ্ঞান তাহনগনি।

নোংশাবা - (ঙক্না) ইতৈমা!

এলিছ - (শ্বাব হন্দোক্লগা) ঐ ঙাইহাক্তং পোথাগে।

নোংশাবা - ইতৈমগী কা সোমদা - সোমদা চৎপীয়ু।

এলিছ - ঐ কাউদ্রি! লম্বী পুম্নমক ঐনা নীংশিংলি। (এলিছ মেডী তপ্না তপ্না চৎখি)

নোংশাবা - (চৎখিবা এলিছ য়েংলগা) তুংদা লাক্কদবা অৱাবা নত্রগা নুংঙাইববু মীওইবনা খক মাঙজৌননা খঙবা ঙমদ্রে। (তপ্না তপ্না চঙখি)

**তরেৎশুবা উৎপা লোইবা**

# নীপালশুবা উৎপা

(ডি আই জি যুগীন্দ্রগী য়ূম, নুংথিল, গাডি থৌজিল্লকই খামখি মনুংদা গার্ডনা লাউবকই)

গার্ড - (মনুংদগী) ডি আই জি সাহেবতি মপালদা চৎখি।

নুংশিবা - (মনুংদগী) ঐখোয় চীফ মিনিষ্টরগী মচানুপাশিংনি। মখোযগী ইমূংগী মী উন্নগে। (গেট হাংই, নুংশিবা সহেগল অমদি সুন্দবমণি চঙলকই)

সুন্দবমণি - অঙ্কল ডি আই জি লৈতে হায়ববদি কনা উন্নগে হার্যাবিবনো?

নুংশিবা - (নোকমি) মী অমা লৈ।

সুন্দবমণি - কনানোনে নঙনা উন্নগদৌবিবো? মোয অন্তীগবা?

নুংশিবা - ঐহাক কৌথোক্কে যেংউ।

সুন্দবমণি - (ঙক্লা) কবিনোনে মসিনা হায়বিবসিবো?

নুংশিবা - (কৌদুনা) থা- দোই! থাদোই! (সুন্দবর্মণিদা নোকফেৎনা যেংলকই, সুন্দবমণি ইঙক ঙকই) থা- দোই! (থাদোইসনা ইমূংদা লৈবম্বগী তক- তকবা ফিজোলদি ওইবগা। লৈতেং থোযনা য়াওদবা শকফমদা চেম্পোবকই, নুংশিবা সহেগল উবদা চপ লেপ্পী, নুংশিনা যেংই, মোমোন নোকই, মপী ইবা চেল্লী, নুংশিনা থাদোইদা নোকমিনা যেংলগা) থাদোই। চহী অনী মখায় খল্লবা মতুংদা ঐহাক নহাক্কী নফমদা কনফেষ্ট তৌবা লাক্লিবনি। ঐনা ইমা পুদুনা ইম্ফালদা অমুক হল্লক্লিবসে অঙ্কল নোংশাবা অমসুং অঙ্কল যুগীন্দ্রো অনীগী ব্লাফম ইল্লগে লাক্লবনি! ঐহাক নহাক্কা লুহোংননবা ইম্ফালদা লাক্লিবনি। (নুংশিবা সহেগলনা নুংশিনা থাদোইসনাগী মনাক্তা চঙশিল্লি, সুন্দবমণিনা অনীগী মওংদু মমিৎ কুপ্তুনা যেংলগা তপ্না তপ্না

তুং হল্লী) ঐহাক অমুক হল্লক্কবনি থাদোই। (থাদোই মমাঙদা লেপলিবা নুংশিবা সহেংগলবু উনা উনা মমিত্তগী মপী পোপ লাওনা তাবকই) করিগী কপ্পরা?

থাদোই - (থমোয় শোক্লা) অন্তী খনোৎলানা এলিজাবেথপু বেঙ্কোক্তা পুখ্রে সহেংগল!

নুংশিবা - এলিজাবেটপু ঐনা ইকায় খুম্নে। অদুবু নহাক্লা ঐবু নুংশিবীখিবা অমদি ইকায় খুম্নববা অঙ্কল অনীগী ইনগেজমেন্টবু মপুং ফাহনবা হায়বসি ঐহাক্কী পুন্সিগী ব্রাবেপ ওইবে। থাদোই' ঐহাক নহাক্কা লুহোংগে হাযনা খল্লে। (সুন্দবমণি তাবা ঙমদে, তপ্না তপ্না মমায় লৈথোকই, নুংশিবনা তপ্না শীন্থরক্লিবা থাদোইগী মপী তৈথোকই, থাদোইনা মহাক্কী মখুৎনা সহেংগলগী মখুত্তা পাযশিল্লি অনীমক অমগা অমগা নুংশিনা যেংনৈ। সুন্দবমণিনা যেংলুবদা ফিভমদু যেংবা ঙমদনা মমায লৈদুনা চৎখি)

থাদোই - (খাঙবা ঙমদনা) নুংশিবা' (ঙাঙথোক পা ঙমদে)

নুংশিবা - ঐনা ইম্ফালদা অমুক হল্লক্লিবসি নহাক্কীদমক্তন থাদোই। (থাদোই খাঙবা ঙমদনা হীক হীক কপ্তুনা চেৎনা কোল্লি ব্র ঙাঙদনা কপ্পী) থা-দোই! প্লিজ! ঙাইখো' ঐগী ব্রডব সুন্দবমণিগা ঐগা লাকপনি। হোযাব ইজ হি? (কৌই) ব্রডব সুন্দব। (থাদোইসনাদগী লৈথোকই) ব্রডব সুন্দবমণি। ও: হো: মহাক চৎখ্রে। নহাকপু উবদা ঐহাক ঙৈহাক্তি তাইবংপান পুম্নমক কাওথোক্লুবে।

থাদোই - সহেংগল! নহাক্লা হৌজিক ইমাগা লোযননা লাকপা যাম্না ফববনি। লৌনম চাউবা মীওই খবনা মশাগী হাযবা যাওদনা কথোকপা অমসুং থাদোকপনা ফিদম ওইদুনা - মশাতগী নুঙাইনবতা খন্নবগা নুংঙাইনবিববা লমদম অসিদা নো প্রোর্টফোলিও চীফ মিনিষ্টব ওইনা প্রোর্টফোলিও অমত্তা পাযদনা চীফ মিনিষ্টব ওইদুনা চহী ১৫ চীফ মিনিষ্টব ওইবক্লবা

মীয়ামগী অমদি লৈবাক্কী খনবনা মথৌ ওইদুনা ইন্দিয়াদা ফিগার অমা ওইনা লৌনবিবা অঙ্কল নোংশাববু মীহাৎপনি হায়না বদনাম তৌরি।

নুংশিবা - ঐখোযনা অমৃটসবদা লৈবিঙেদা পাউ পূম্নমক তারে।

থাদোই - মখোয়না হায়বিবসে নহাক্কী অপোকপা বোহিত সিংবু অঙ্কল নোংশাবনা হাৎপনি অসিনি। ঐখোয়গী পাবুংনদি ব্রাফমদু য়ারমদে।

নুংশিবা - (মোমোন নোক্লগা) থাদাই! পূম্নমক ঐখোয়না খল্লুবা ঐহাক পামদে। অঙ্কল শ্যামসুন্দবনা ঐগী ইপাবু হাৎলম্বা মীওই পূম্নমক লৈনুংদা ফুম্লম্লে। লৈবম্বা থোক্লবদি হিংনা থম্লোই হাযদুনা ঐগী ইমানা ব্রাশক্কা লোযননা গোলডন গন পাযদুনা লমদম অসিদা লাক্লি।

থাদোই - (ঙক্লা) সহেগল!

নুংশিবা - অচুম্বা ব্রাফমনি হাদুনসু ঙাঙথোকপা অমদি শীজিন্নবদা যাদবা অচুম্বা ব্রাফমদি মতম চুপ্পগী কান্নদবনি। মসিবু অঙ্কলনা চন্নফম খঙদবা হায। ঐহাক চন্নফম খঙদবা ব্রাদি তাবোই।

থাদোই - সহেগল, নহাক্লা ঐগা লোযনবিঙেদা ঐনা হাযবতা ইনখি।

নুংশিবা - (মরক থত্তুনা) ঐগী ফিউচবদসু নহাক্লা হাযবা ব্রা পূম্নমক ইল্লগে হায়দুনা ঐহাক লাক্লবনি।

থাদোই - ও: সহেগল! (নুংশিনা ওইননা কৌই)

নুংশিবা - ব্রডর সুন্দবমণি কবিগী চেনববা?

থাদোই - মনাওনুপানা মহাক্কী নুপীগা লৈমিন্নবা ঐখোযগী মৈতৈ সোসাইতিদা ময়াম্বশিংনা উশিন্নদে অমসুং (নোকমি) যেংদে।

নুংশিবা - ও: অদুবা! মহাক অমুক লাক্কনি।

থাদোই - লাক্রুবসু ঐহাক থিনগে। ঐহাক নহাক্কী ইমাগসু শক খঙনগে।

নুংশিবা - থাদোই, এবোপ্লেন্দগী যূম হেক যৌবকপগা অসিদা লাকপনি।

থাদোই - ঐগা কাদা চঙসি। ঐখোয় ইমাসু লৈ।ঐখোয় ইমানা নহাক্তবু হঙদুনা লৈরবনি। নুপী ওইবী অমগী পুন্সিগী অহান্বা হায়ন- শীঙনবা ৱাফম অমা শোয়বা হায়বসে তশেংনমক য়াম্না থম্মোয় শোকপা অমনি।

নুংশিবা - অদুবা? অদু অচুম্বরা?

থাদোই - (ওইননা) অদুদি এলিজাবেত্তা ওইনা হঙউ।

নুংশিবা - ও: থাদোই। ঐহাক এলিজাবেথপু থাদোকখ্রে। পূম্নমক নহাক খঙলিবা নত্রা? প্লিজ থাদোই ঐগী অবান্বা ৱাফমগী ঐনা কনফেক্ট তৌবি। ঐ খঙই-

থাদোই - (মবক থৎলগা) করি খঙবরা?

নুংশিবা - থাদোই-! ঐ নীংশিংলি। নহাক্না অহান্বা ঐবু উবদা নহাক্কী পুক্রিংনা ঐবু খনখি। এলিজাবেথনা নহাক্কী নুংশিববু মাঙহনবা ঙমদে। ঈশ্বরনা মতম পূম্বদা অচুম্ববু উই। অদুনা- ঐবু নহাক্কী ননাক্তা চিংশিল্লি।

থাদোই - (নোক্লগা) য়াম হৈমনখ্রে। লাকও ইমূংদা চঙলসি। (নুংশিবা সহেগল মখুৎ পায়দুনা চীংশিনখি)

**নীপালগুবা উৎপা লোইবা**

# মাপলশুবা উৎপা

(অম্বালিকাগী য়ূম, নুংথিল অম্বালিকা মশা মউ তক্ক তনান্না থোরকই, নুংশিবা সুবদা মতোমতা ঈশৈ মতেক অমা ঙঙই, গাড়ি থৌবক্লগা খামখিবা তায়, মঙক থাঙ্গত্তুনা য়েঙই ইঙক ঙকই, ঙঙলম্বা ঈশৈ চপ লেপ্পী, মশাগী মওং হোংই, সুন্দবমণি নীপালশুবগী ফিজোলদা চঙলকই)

অম্বালিকা - লেঙশিনবীবকউ সার! ওস্থোক্লা থাজদনা।

সুন্দরমণি - ঐ সুম ব্লাখলসে পলেপফম খঙদদুনা লাকপনি। নোয় পাবুংখোয় লৈব্রা?

অম্বালিকা - ঙসিদি কনাসু লৈতে ইতোমতনি।

সুন্দরমণি - অদু ওইববদি তান য়াম চাবে। ঙসিদি ঐ নঙোন্দা ব্লা অমতং হায়বগে হায়না লেপ্লে নঙনা য়া য়াদবদি খঙদে।

অম্বালিকা - তাকপীয়ু সার।

সুন্দরমণি - (মুন্না য়েংলগা) নঙগী সার হাযবদো ঙসিদগী তোক্লো। ঐঙোন্দা সাব কায়না কৌবক্লনু। (অম্বালিকা ইঙক ঙক্লা সুন্দরমণিদা য়েংই) অম্বালিকা।

অম্বালিকা - তাকপীয়ু।

সুন্দবমণি - অশেং অশেংবা হায়নসি নঙগী হান্না হায়দি- নুংশিবগী লমদা খঙন-চান্নজবকা লৈব্রা? (মমায পুবা ঙমদে খিত্তং লৈথোক ই)

অম্বালিকা - (ঙক্লা সুন্দবমণিদা য়েংই)

সুন্দবমণি - (মতোমতা) খুম্মক্তে। মসিমসু লৈরবা জাংলা? কবিনোনে লাইবকসিবো! (অম্বালিকাদা) ফরে। ঐ অদোমদা য়েংচরোই। ঐ য়ৌরগে। ঐ কনাদসু কবিম হাযজবরোই। থেঙ্কয়ু অম্বালিকা ঐবু ব্লারৌনু। (চৎকে তৌই)

অম্বালিকা - (নোকমি) ঐগী ৱা অসিমত্তুদি তাবীবগা চৎপীয়ু। (সুন্দবমণি চপ লেপ্পী) ঐহাক অপীকপা অঙাং নত্তে। অদুগীসু মথক্তা ঐ মীওইবনি। অদোম্না কবি ৱাখলদা খঙহৌদনা ঐগী ইনাক্তা লাকপীবগে হায়বা ঐহাক খঙজে।

সুন্দরমণি - (ইতিং তিংনা) ঐনা নঙবু ঐখোয়নি নুংশিনবসি কোয়নবসি হায়বগে হাযবসি হায়দনা নঙননা হেক্তা খঙ য়াব্রনে?

অম্বালিকা - (খিত্তুং নোকই) অদোমদি লাইবিক ফনা হৌবকপা অচৌবা অফিসাবনি। অদুবু মীওইবগী মওং মতৌ নুং- পান অনীবুদি খঙবীদে। ঐহাক্কী থম্মোযনা অদোমবু ইবাৎপা হৌখিবসি অদোমগা ইহান হান্না থেঙনবা নুমিৎ অদুদনি।

সুন্দবমণি - (হবাওনা) হাযদি ঐবু নুংশিবীবগী ৱাফমলা?

অম্বালিকা - ঐহাক ইবাই লাইনা তবাই তবাইদি হাযজবোই।

সুন্দরমণি - অদু ওইববদি ঐখোয় মমাদা ঐবু নুংশিবীবা অমা লৈ হাযদুনা পাউ হায়খিবদি য়াববোই। ঐ খঙই। (মখা তাগে তৌবদা অম্বালিকানা নুংশিনা মোমোন নোক্লা য়েংলম্বা উবদা হাযবা ঙমদে অম্বালিকাদা য়েংই)

অম্বালিকা - (নোকমিনা) মখা তাবীয়ু!

সন্দবমনি - (তৌফম খঙদনা) ঐনা লম্বীদা গাডি থৌনা থৌনা হেক- হেক ঐগী ইমিৎসিদা উরিবসে নঙগী অসুম্না নোকমি নোকমিবা মায়থোঙ অসিনী। ঐ নঙবু তশেংনা য়াম শেঙনা আই লব যু হাযবা ৱাহৈ অসিমত্তুং হাযগে লাকপনি। নহাক্সু ঐবু নুংশিবীরবনিনা- ইমাদা পাউ পীখ্রগে। ইলেক্সন লোইবগা ঐ লুহোংদবা য়াববোই। ঐ লুহোংলবা মতুংদা ইনাওশিং মযাম মবি মরি লুহোংবা মমৈ শমথনবক্কদবনি। নহাক্কী অপাম্বসু হায়যু।

অম্বালিকা - ঐদি হায়বা ঙমজরোই।

সুন্দবমণি - ঐবু নুংশিদবগী ৱাবা?

অম্বালিকা - অদুসু নত্তে।

সুন্দবমণি - অদুদি করিনো?

অম্বালিকা - ঐহাক লমদমসিগী ইকায়থিজবনা লেমজবী ওইবী মৈতৈ লৈশাবীনি।

সুন্দরমণি - অস! অদুদি ঐখোয় মমাগী চক্রিদুদা বা নাখৈ শেঙদে হাযদুনা ঐ অমুক লৈফম খঙলরোই।

অম্বালিকা - নহাক্কা বাখল মান্নবী অম্বালিকা কৌবী শকথিবী অমা লৈবে হায়না হায়বীখো!

সুন্দরমণি - নচিল থীনুকো। নঙদি নশক ফজে। য়ূমদা ঐখোয় তা মংলেমনা হায়ববনি মশক ফজৈ হায়দুনা। থেঙ্ক য়ু অম্বালিকা! ঐ চৎলগে। ঐ ইনাও অমুক্তা লৌকখিগে।

অম্বালিকা - (ঙক্লা) অদোমগী ইনাওদি? আ মপান্দা লৈ হায়দুবা?

সুন্দবমণি - নত্তে, হন্দক্কীসিদি ইংলেঙুদগীনি। মাগী নুংশিনবী নুপীদুগা ইমাংদা সৎ মখুৎকা হেক্তা প্ায়নবকপগী বানি। ঐ শ্বাযদা লৈহৈদ্রে অম্বালিকাখোযদা চৎপা নত্তনদি ঐ ফল তাববোই হায়দুনা চেল্লকপনি। (নোকফেৎনা) ফল তাবে। অঙাংশিংনা ঐঙোন্দগী হানবা য়াববোই।(অম্বালিকাগী মখজাইদা মখুৎনা শীক্লল্লগা থুনা চৎখি)

অম্বালিকা - (ইঙক ঙক্লা য়েংহৌবগা) অঙকপা হায়বদুনি। লাইবিক হৈবা লাইশু খঙদে হায়দ হেক তৌহ! অহলশিংগী বা ওম্থোক্লা চুমখ্রে। (মঙক থাঙ্গত্তুনা চৎখি য়েংনা য়েংনা কোম্থোং ফাওবা মপুক্লিং ইবাং লাঙনা থোকখি)

**মাপলশুবা উৎপা লোইবা**

# তরাশুবা উৎপা

(নোংশাবগী য়ূম, এলিছ মেড়ীগী কা, এলিছ মেডী অচম্বা য়ূমদা লৈবগী ফিজোল শেত্তুনা তপ্পা মোং হাদনা মাগী কাদা লৈ, ইমূং মনুংগী থবক লোইশিল্লি, তাঞ্জা অসিদা ইলেক্সনগী পাব্লিসিটি লাকই, এলিছ মেডীনা লৈরিবা য়ূমগী কাদা মাইক ওনশিন্দুনা লাউশিল্লকই, এলিছনা লাউবিবদু তায়, থৌবনা পাব্লিসিটি লাকই)

পাব্লিসিটি - লাক্লিবা মণিপুব বিধান সভাগী মীরেপ মীখল অসিগা মরি লৈননা লাকচবিবা নহাবোল ঐখোযনা নোল্লুকপগী পাউজেল অসি থমজরি। কেন্দ্র অসিদা লাম্বা তৌবিবা মীবেপ অহুম অমদি কনাদা মীয়াম্না অধিকাব শীন্নবিবা হাযবা লুববা তানফম হৌজিক মীযাম্না খনবীবা মতম ওইবে। কেন্দ্র অসিদা চহী কযাদগী ইলেক্সনবু হেক লাক্লবদি ভোৎ লেপ্তবা যাদে হাযদুনা চোঙথোবক্লিবা সনসম কুবেব নেসনেল পার্টি অমদগী থাদবকপা শেনফম খবা ফঙনি অদুনা মতম খবা খবচ তৌহৌনি হায়বা কান্নদবা ব্রাখলদা চোংথোবকপা মীবেপনি। মাঙোন্দা ভোৎ পীবা হাযবসি খুদোং থিনীংঙাইনি। অদুগা অনীশুবা মীবেপ শ্রী নোংশাবা মৈতৈ (এলিছনা লাউবিবা তাবতা নত্তনা য়েংই) চহী ১৫ লমদমসিদা চীফ মিনিষ্টব ওইবক্লবা লমদমসিগী অতাংবা বাজনিতিগী ফিগব ওইবিবা মীশক্তি হায়দুনা মীয়াম্না ঙাওনৈ। ঙাওনবা ব্রাফমতনা অচুম্বা ওইহম্বা হায়বসি পাপ অমনি। অদুনা মীযামবু অপঙবা জ্ঞান য়াউদবা তাবক্লবগী মচাক ওইহল্লক্কনি। নোংশাবা কনানো? লালহৌবগী মিংদা লৈবাক ইবাং হৌবল্লগা বাজনিতিগী সংস্থান লীংখৎখিবা মখুৎমক্কা মী হাৎখ্রবা অদুসু অতৈ নত্তে, লোন্নবা মপানা পোক্লম্বা মমা অমতগী মচা ইংলেন্দগী লাকপা বোহিতসিং সহেগল (এলিছ লাউরিবা অদোমদা নকশিল্লি) বু লুপা ক্রোব তরাগী মিংদা হাৎখিবা তমথীবা মীহাৎপা

অমনি, লালহৌবগী মিংদা খুদোং চাবা লৌবা মীহাৎপনি। লৈপাকসিগী প্রজাশিংবু তাৎ তৌবা, প্রোর্টফিলো অমতা পায়দবা চীফ মিনিষ্টবনিদি হায়রগা মহাক্কী মন্ত্রীশিংদগী, চাউখৎ থৌরাংগী থাদরকপা শেনফমদগী প্রজাগী লন লুট তৌদুনা লনাই গেঙ খুৎপু লীংখৎপা মীযাম্মা কি হঙ্গোয়নববা লীচৎ কয়া চৎপা মীশক্লি। (এলিছনা তাবদা শাউনা মশাদা য়াওবা সনা মচুগী নোংমৈ শৎলি, মখযাৎ চিকই) পোকমিন্নদবা ময়াম্বা হাৎপা ওম্বা মীহাৎপা অমবু কেন্দ্রসিগী মীয়াম্মা অবোম্বা শাজৎ মীয়ামদা খঙহন্দনা লোৎশিম্বা হৈবা মীশক্লি হায়দুনা অমুক্কসু কেন্দ্র অসিগী মীহুৎ অমা ওইনা থাবা তাব্রা? মহাকপু মঙক্তা লৈ পরেং হুক্কুনা এসেমব্লিগী থোঙজিন ফাওবা মীয়ামগী মীহুৎনি হায়দুনা থীঞ্জিনফম থোকপ্রা নত্রগা মখুত্তা যোৎহিলং থাগুদুনা আইনগী ওইবা অচুম্বা মীৎযেংদা জেলগী থোঙজিন দা মপুন্সি চুপ্পা ফাদোক পীননবা থীঞ্জিনফম থোকপবা? (এলিছনা ব্রাখল খল্লি, নোংমৈদা যেংই, তঞ্জাসিদা নুংশিবা সহেগলা চঙলকই)

নুংশিবা - পাব্লিসিটি লাউবিবসি তাব্রা ইমা?

এলিছ - (ব্রা ঙাঙদে, ঙাঙদনবা ইঙ্গিৎ পী)

পব্লিসিটি - (মখা লাউথৈ) মীযামগী অচুম্বা ব্রাখলদগী কেন্দ্রসিগী নহা অহল পুম্নমক্কী অচুম্বা ব্রাখলদগী মীযামগী সেবাদা কখোক্লবা নহা ওইবিবা সোসিয়েল রার্কব শ্রী লৈতাম্হেম বিশ্বনাথপু মীয়ামগী ব্রাখলদা পুশিন্বীয়ু। মীহাৎপা অমদি মশাগী খুদোংচাবা লৌবা মীওই কেন্দ্র অসিদা থম্লবোইসি- মীয়ামগী মীহুৎ ওইহল্লবোইসি। লৈতাম্হেম বিশ্বনাথকী ইলেক্সনগী সিম্বোল সনারৈ য়েকপা সিম্বোলদা ভোৎকী খুদম নম্বীয়ু। কেন্দ্র অসিগী মীয়ামগী মীহুৎ ওইহনবীয়ু হায়না হন্না হন্না পাউজেঞ্জবি। (পব্লিসিটি লাউদুনা লাপথোকখি) মাইকৈ অসোমদা লৈবীবিবা অহল- লমন, ইমা- ইবেন, ইচিন- ইনাও,

ইচে-ইচন, ইনেম- ইন্দোল পূম্নমক্তা হন্না হন্না খুইবমজবগা লোয়ননা লাক্লিবা ইলেক্সন অসিগী মবি লৈনবা ৱাফম খবদং খণ্ডহনজবা লাকচরি। (লাউদুনা চৎখি)

এলিছ - (তুমিন্না উংদুনা লৈরুবগা) ইলেক্সনগী লাংবা লাউবসিদা নহাক তুম্বা য়াদ্রববা?

নুংশিবা - হন্না হন্না ঐগী ইপাবু হাৎপা মীশক্তু লমদম অসিদা লাকপা খুদিংগী ঐগী ইনা অনী অসিদা তাহনবনা ঐনা তুমিন্না লৈবসিনা ঐহাকপু রোহিতকী মচা নত্তবগুম-বোহিতসিং সহেগলগী মচা ওইহন্দবসি ঐহাক খাঙবা ঙমদে।

এলিছ - (নোংমৈ মতোন তপ্পা হাইরগা) ৱাফম অসিদা নহাক কবি তৌগদগে হাযবা ইংলেণ্ডদা ঐনা হায়খ্রে। মফম অসিদা নহাক্ত া হীবম অসিদা ৱা মখা তানা ঙাঙননবগী হক ঐহাক্তা পীদে। (পীষ্টোলদা উত্তুনা) মসি ইংলেণ্ডদগী ঐহাক্তা মফমসিদা পুবকপসে য়াম্না চোকশিন্না পুবকপনি। ঐহাক্তা নো মৈ কাপ্লদা ঙসি ফাওবা কৈদৌঙৈদসু ঐহাক্কী মফ অমতা ঐনা পামলিবা টবগেত্তগী মিস ওইবক্তে। নহাক্তী মচা অমগী মথৌ তৌগদবনি।

নুংশিবা - যূম অসিদা ইলেক্সনগীদমক লাক্লিবা মীশিংগী মমাঙদা ঐখোয় ইমা-ইচামক লৈনা লৈনা লমদমসিগী নিউজ পেপরশিংদা, মীটিংদা, পব্লিসিটিদা ঐগী ইপাবু হাৎপগী ৱা অসুক মযেক শেংনা হায়বগা কবিগী মনা পঙবা অমসুং মবোল থোক্তবগুম তুমিন্না লৈবিবনো?

এলিছ - (কল্লব) সহেগল, কবিগী ৱা হন্না হন্না ঙাঙববা? থোক্লক্কদবা থবক নহাক্তা ঙায়বা ঙমদবা কবিগীনো? ঐহাক পৃথিবী পুম্বা জয তৌখ্রবা ইংলেণ্ডদা পোকপনি। নহাক ঐগী ইচানি। ঐখোয়গী মহৌশানা পুক্লিংদা খনবা ৱাফম খুদিংমক ঐখোয়না ঙাঙথোক্তে। মদুতনা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ইংলিসমেন

অমতংনা চৎলবসু মফমদুবু ইরায় লায়না জয় তৌবা গুম্লকপনি। ঐগী ইফমদা অপঙবা মতৌ উৎলক্কনু। চৎলু লাঙতক্লববু নশানা নতোমতা কন্ট্রোল তৌ। নুংঙাইনা নহা ওইবগী ব্রাখল থল্লু।

নুংশিবা - থেঙ্কয়ু ! গুড নাইট মমা। (নুংশিবা চৎখি)

এলিছ - (চৎখিবা মচাদা নুংশিনা য়েংলগা) ঐনা মফম অসিদা লাকপগী মরুওইবা পাঙথোক্কদবা থবক্লা মিৎকুপ খুদিংগী ইনাক্তা নকশিল্লকই। (মংলেম লাকই, থোঙজিন্দা লেপ্পী, নোক তৌরক্কই) য়েস! কম ইন! চঙলকউ। (মংলেম মথৱায ইনুং নুংঙাইতনা চঙলকই) করি হায়বা পাম্বনো?

মংলেম - (নুংঙাইতনা) মেডাম হৌজিক ইলেক্সন অসি ব্রিক অমতা মঙাযবে। হৌজিক ফাওবদা ঐখোযগী ওঝাগী ইলেক্সন কেম্পেন হৌদ্রি। পাব্লিক মীটিং অমতা শীন্দে, পোষ্টর অমতা নপতে, পব্লিসিটি চত্তে, মী অমদা মহাকপু ভোৎ থাদদুনা ইলেক্টেট পাবসন ওইহনবীযুসু হাযদে। ঐখোয মহাক্কীদমক লৈবিবা ব্রার্কব মযাম্না ইলেক্সন কেম্পেন হৌবগে হাযবসু য়াদে। লমদমসিগী চৎনবীবু পঙশিং শীঙনবা চুমদে মেডাম।

এলিছ - (মংলেমগী ব্রা মুন্না তারগা) ঐ খঙলে।

মংলেম - লুবিবদি মেডাম, মেডামগী সাব লৈখিদ্রবা বোহিতসিংহ সাহেগলবু মীয়ামদা মহাক্না হাৎপনি হায়দুনা অতৈ কেন্দিডেটশিংনা লাউবিবা ব্রাফম অসিমদি শেঙদোকপীবা ফৈ।

এলিছ - মংলেম! যেক্লবা মীনা নঙগীদমক অফবা ব্রা হাযগদবা? নোংশাবগী যেক্লবনা নোংশাববু মীহাৎপনি হাযবতা নত্তনা অতৈ ব্রাহে অফবা ব্রা হাযরক্লোই। অদুগীদমক নখোয়না নুংনাঙবা চুমদে। নোংশাবা হৌজিকসু চীফ মিনিষ্টর ওইবি। লমদমসিগী আইন্না মীহাৎপবুদি লেজিসলেচবগী লীডব ওইহল্লোই। মীয়াম্না অচুম্বা অবানবা খঙলমগনি।

মংলেম - মদু য়ারোই মেডাম। হৌজিক কেন্দ্রসিগী প্রজা সেক্সন খরদি খোল্লাউ অসিদা ৱাখল হোঙলক্লে। ঐখোয় মায়থিগদ্রা নত্রগা মায়পাক্কদ্রা হায়বসি লাংতক্লবে।

এলিছ - ঐহাক খঙলে। নখোয়গী খ্বাইদগী চাউবা মফম চাবা মফমদা দ ডে অফটব টুমোরো পব্লিক মীটিং কৌননবা শেম শাননবা ঐ নোংশাবদা হায়বগে।

মংলেম - ওঝা মখাদা লৈ মেডাম।

এলিছ - মহাক বঙ্গলোদগী কবম লাক্লিবনো?

মংলেম - ঐখোয়গী কেন্দ্রগী ইলেক্সন কমীটিনা কৌবনি। মহাক মীটিং তৌবোই হায়হৌই।

এলিছ - ঐ মহাক্কা উন্নগে। (থুনমক চৎখি)

মংলেম - প্রজানা মহাক্না ইলেক্সন লাম্বা তৌবি খঙলে, প্রজানা মহাক্কী থবক খঙখ্রে, প্রজাগী মীহুৎ ওইখ্রবা অমনা অমুক হন্না মীযামদা ভোৎ থাদনবা হায়জফম থোক্তে হাযদুনা অমুক মহাক্না ঙাওখ্রবা ৱানা অবেপ্পনি হায়বিবা কৈখোম থকপগী মীহুন্দা ৱা ঙাওবসিবু হাযনবদবু যাদৌবিববা? কোক্কা ইঙাও ঙাওবেদা । ঐখোয় ওঝানা খল্লিবা ৱাখলসিবু ঐখোয কেন্দ্রগী প্রজাশিংনবু যাবদ্রা? (মংলেম এলিছকী মতুং ইনখি)

**তরাশুবা উৎপা লোইবা**

# তরামাথোইশুবা উৎপা

(মীয়াম তিনফম লমপাক, নুংথিল, বিশ্বনাথকী ইলেক্সন মীটিং তৌবি, মীয়াম্না খুবাক খুদুনা হুইশেল খোঙদুনা লাওনরকই, প্রোগ্রাম কন্দক তৌবিবনা লাউথোরকই, মনুংদগী)

প্রোগ্রাম কন্দক তৌবা - ঙসিগী মীয়ামগী মীটিং অসিদা ৱাহৈ খবদং ফোঙদোকপীননবা শ্রী লৈতাম্থেম বিশ্বনাথপু কৌথোকচবি। শ্রী বিশ্বনাথ! (মীযাম্না খুবাক খুনবকই, বিশ্বনাথ মখুৎ যুর তৌদুনা থোবকই, ৱা ঙাঙবা হৌরকই)

বিশ্বনাথ - তিনবীরিবা মীয়াম পূম্নমক অমদি ঙসিগী মীটিং অসিগী সভাপতি ওইবীবিবা খুবা সিনাম চাউবা পূম্নমকপু অহানবদা খুরুমজবি, ইকাইখুম্নবা উৎচবি। ইলেক্সনগী নুমিৎ খুৎশা মঙাগী মতমতা ঙায়শিল্লরুবা মতমসিদা মীয়াম পূম্নমক্না যুমথোঙ খুদিং চঙজদুনা উন্নজবগী তাঞ্জাসু ফঙজদ্রে। মযাম পূম্নমক্তা ৱাহৈ খবদং হাযজবসিদা মযাম্না তাবীদুনা মীয়ামগীদমক চঙশিঞ্জবিবা পাঙজদ্রবা ঐগী খোঙজঙসিবু মীয়াম্না সহযোগ পীনবীয়ু। ঐদি মীয়ামগী সেবা তৌরগা পুন্সি লেনবনা ইলেক্সন লেপ্পদগীদি হেন্না পামজে। ঐ তশেংনা এম এল এ ওইবকাইদু অদুক হাক্না পামজরুবা নত্তে। অদুবু ঐবু নুংশিবীবা ঐগী তাইপ ওফ ৱার্কপু থাজবীবা কেন্দ্র অসিগী মীয়াম্না ভোৎ লেপ্পু- কেন্দ্রসিদা মতিক চাবা থম্মোয শেঙনা মীয়ামগীদমক লৈবিবা মীশক অমা ওইনা পাঙজদ্রবা ঐবু খনবীদুনা লাক্লিবা মণিপুর বিধান সভাগী মীখলদা মীবেপ ওইহনবীবগীদমক মীয়ামবু থাগৎচরি। ঐখোয কেন্দ্রগী প্রজাশিংগী খ্বাইদৈ লাইবক থীবসি মীহাৎপা অমবু জেলদা থম্বগী মহুত্তা মীয়ামগী মীহুৎ ওইহন্দুনা চহী ১৫ থম্লক্লে হাযবা ৱাফমসিনি। তামো নোংশাবদু

ঐনা ওইরম্লবা নহানমখৈ লোৎপদু মীওইবা হায়বসিদি অরানবা মীনা খণ্ডনবগী চেনবা হৌনৈ, খণ্ডনবক্লবনিনা খুদক্তা মীয়াম প্রজাগী য়েংদুনা এম এল এ ওইবদগী বিজাইন তৌগদবনি - পার্টিনসু মাবু এম এল এ ওইনা থমফম থোক্তে, মীবেপসু ওইহনফম থোক্তে, (মীয়াম্মা খুবাক খুনবকই) মশানা ভোৎ লেপচববসু তামো নোংশাবগী চলাকসি অণ্ডকপনি। মমাঙগী অহানবা তার্মদা যূমথোঙ খুদিং চণ্ডদুনা ভোৎ খোম্মী, শেল যেল্লী, চীফ মিনিষ্টব ওইখিবদগী তার্ম অনীরকসি মহাক্কী মবাল খণ্ডনরক্লবসু প্রজানা যাদুনা থাগৎপনি হায়ননবা ভোৎ খোমদনা ভোৎ কাবা হায়বসি মহাক ওইরি। হন্দক্কী চহীদি হান্নগীশিংদগী অমুক্কা হেন্না ইলেক্সনবু অমদি প্রজা মীয়ামবু থৌওইদে, মা ভোৎ খোম্বা চত্তে, পোষ্টর থেত্তে, ইলেক্সনগী মীটিং তৌদে, ভোৎ লেপ্লি হায়নদি তায়- নুঙাইনেসে, ঐখোযবু কবেম্মরিবনা, মবালদু কুপশিনবা যাননবা থৌবাং তৌবিববা হাযবদু প্রজা মীযাম্মা অমুক্তা খনবীযু। কেন্দ্র অসিগী মীয়াম্মা মীহাৎপা, অদুসু ময়াম্বা হাৎপা, অদুসু মমা অমতনা পোকপা মপা তিন্নদবা মযাম্ববু হাৎপা ঙম্বা অমবু হন্না হন্না কেন্দ্র অসিগী মীহুৎ ওইহনগনি হাযবসি য়নিংদে, হন্দক মহাক্না ভোৎ কাখ্রবদি কেন্দ্র হোঙ লনি, যূম হোঙলনি হায়বা মীওই লিশিং কযানা পাঙজদ্রবা ঐঙোন্দা শাফু পীবিবসি ঐ খাঙবা ঙমদ্রে। হৌজিক থংনবা মখা লৈকাই লম্পাক্তা নোংশাবগী মীটিং তৌগনি তায়। মীটিংদু মহাক্না মপুবোইবা হাত্তোকপীখ্রবী লম্দন্দগী লাকপীনি হাযবী মতৈমা লুখ্রাবীদুনা শীনবনি হায। শক্তি হৌজিকসু থাদোক্ত্রিবনিনা মতৈমা লুখ্রাবীদু কীহনবীদুনা কবি হাযহনগদৌবি- কনাসু খণ্ড্রি। হৌজিক কেন্দ্রসিগী প্রজা মীয়াম যাম্না চোকশিনবা মতমনি। অসিগুম্বা খুদোংথিবসি থোক্তননবা মীয়াম্মা ঐঙোন্দা ভোৎ পীনবীযু। ভোত্তি ঐনা কাবগা নুঙাইগদবনি। ঐগী মিং ঐগী শিম্বোল

মীয়াম্না কাওবীদনা নুংশিবীয়ু হায়বা ব্রাহেসি হায়জবগা সভাদগী বীদায় লৌজরি। (মীয়াম্না খুবাক খুই, থৌবা থোবকই)

থৌবা - তামো বিশ্বনাথনা থম্বীবম্বা ব্রাফমদুদা নোংশাবা মীহাৎপনি হায়বসি ঐনা খরদংগা শেঙহঞ্জগে। আইনগী থোঙদা হৈ- শিংলবা নোংশাবগী মনাওনুপা শ্যামসুন্দরনা বোহিতসিং সহেগল হাৎপদা চেন্নবা মীওই পুম্নমক পুলিসকা খুৎ থোক্ল বদা শিখ্রে হায়দুনা ইরম্বা বিপোর্ট অদু মীনম্বনি। চহী ২৫গী মনুংদা মীহাৎ অসিগী লঙলা লঙজিন অশেঙবদু পুথোকচরি। ঐ ইশামক্কী ইয়াম্বা মতম অমা অপূম্বা নীংতম লাম্মীদা য়াওজবম্বা লাম্মী অমনি। মবাল লৈতনা য়ূমদা লৈবা মাবু শ্যামসুন্দবনা ফাদুনা পুম্রগা চীংদা কাপ্লবদা শিবনি হায়না ময়াম্বা নোংশাববু কন্ননবা হোৎনখিবা থৌবাং ঐগী ইফমদগী খঙবীববা য়াগনি।

মংলেম - (পাব্লিসিটি লাকই) কেন্দ্র অসিগী মীয়াম পুম্নমক মখা লৈকাইগী লম্পাক্তা কেন্দ্রগী মীযামগী ওইবা শ্রী নোংশাবা মৈতৈগী ইলেক্সনগী মীটিং পাঙথোকচননবা শেম শাবা লোইশিল্লক্লে। মচা লৈবগা পাখঙ শাবা বিশ্বনাথনা ঙাঙবা, লালহৌবা যাওসু যাওদনা লালহৌবা শাবা, শেলগীদমক নোংমৈ পায়বশিংনা ভোৎকী মরুমদা অফাওবা শাবা তাদুনা কৈদৌনদৌবিবনো- মযাম লাকপীরো।

থৌবা - (লাউদুনা) মফম অসিদা মীযামগী চথবিবা মীটিংবু থৌওইদনা অফাওবা শাবদি নুংনা থোমজিল্লু। চপ- চাবা পাড়া তম্বীয়ু।

মংলেম - মী শিবা য়াবা ব্রানা ওইদবা প্রচাব শন্দোক্তুনা ভোৎ খোম্বদা মীয়াম্না ভোৎ পীগদবা নত্তে, কৈকান্দবা, গঞ্জা ললোনবনা নেতা শাবগা কৈকান্দগে, মচা নুপা অমা ইচাও চাওনা ইতানগরদা লৈবগা লমদমসিদা পাখঙ শাবগা লমদমসিগী মীয়াম্বু মীনম্লগা অচুম্বা শাবগা কৈকান্দগে, ব্লেক মনি খরা চাইথোক্লগা প্রজাবু মীনম্লগা, অয়েম্বা শেল লৌশিম্বীয়ু, পীজবা

চাবীয়ু, থকপীয়ু, ভোত্তি মীয়াম্মা অচুম্বা ৱাখল খনবীরগা ভোৎ পীনবীয়ু। ঐখোয়দি ঐখোয়দা ভোৎ পীয়ু হায়জরোই।

বিশ্বনাথ - (শাউনা শাউনা) থৌবা! লাউরিবসি তানৌ।

থৌবা - (শাউনা) হেরা! (শাউনা তান্নখি)

বিশ্বনাথ - ময়াম পূম্নমক ইলেক্সন হায়বসিদি ঙমনা ঙমনবা ঙাঙনবা, পঙাঙ ঙাঙনবনি। লাউবিবসি মীয়াম্মা থাজবীগনু। (শাউনা) শুমাই তৌরদি মী শিনবনি। (শাউনা চৎখি)

**তরামাথোইশুবা উৎপা লোইবা**

# তরানিথোইশুবা উৎপা

(নোংশাবগী য়ূম, নুংথিল, নোংশাবা ইলেক্সনগী ব্না ঙাঙবা চৎত্রিবৈদা য়ূমদা লৈবা মন্দিব তম্না চঙশিল্লকই, য়েৎকী মখুৎনা লামদুনা মন্দিরগী শবিক গোঙ লাউনা খিঙই, মখুৎ যুব তৌদুনা তপ্না চঙশিল্লকই, তপ্না য়েৎকী খুৎনা মন্দিবগী থোঙ হাঙদোকই, মশা ইহিক হিকথৈ, তুমিন্না মন্দিবগী লাইশিংদা ব্নানা য়েংই)

নোংশাবা - নহাক্কী থোঙজিন্দা ঙসিসু ঐহাক লেপ্লবি। হৌজিকসু ঐহাক নহাক্কী নমিং অশেংবা কবি কৌবগে খঙদে। (মন্দিবদা লৈবিবা বাজলক্ষ্মীগী ফোটোদা য়েংই) মমা' নহাক্কী নচা নোংশাবগী পুক্নিগী অহোংবনা, অচুম্বগী মাইকৈদা ইখোঙ অসি থাঙলুদুনসু, ইশাগী হাযবদু থীদনা লৈবাক মীয়ামগীদমক কখোকপা লীচৎ চত্তুনসু পুক্নিংগী চীংনবা অসিবুদি কোকহনবা ঙমদবে, লাংতক্নবা অসিবুদি নাথৈহনবা ঙমদবি। (কল্লব) হায়য়ু, মন্দিব অসিদা লৈবিবা নখোয কনাননো ঐগী পল্লেপফম খঙদবা অসিবু লৈতাহনবা ঙমগদৌরিবা'? মমা' ঐহাক্না তাইবংপান খঙলকপদগী ঐগীদমক ব্নাজবনা নথৌ ওইখিবা মমা- নহাক্না লাৎচবম্না মন্দিব অসিগী লাইয়ামশিংগা লোযননা পাপ চেল্লবা নোংশাবগী মীৎমাঙদা মীৎকুপ অমত্তা লেপ্লীযু। নচাগী থম্মোয়নুংগী অব্নাবা পোৎলুমসে থাঙথবীযু। নচাবুসু ননাক্তা লৌশিনবীযু। তাইবংপানসিদা ঐগী কল্লকপা অমা লৈত্রে। (থম্মোয় শোক্না খুরুখুদক কুপ্লি, খাঙবা ঙমদনা হিক-হিক কপ্লী) মমা! তশেং- তশেংলবা ঐগী আত্মানা পুদুনা চৎলিবা হকচাং পোলাং অসি নচা নোংশাবনা মীহৌরক্কে। (এলিছ মেডী অঙৌবা ফিজোলদা থোবকই, নোংশাবগী মতৌ য়েংই, তুমিন লৈ, তপ্না চঙশিল্লক্কুনা মন্দিবগী কাংশি ওইথঙবা মখুৎনা লামদুনা গাঙ খিঙই, নোংশাবা য়েংলক্কে নোংশাবগী নাক্তা চঙলকই)

এলিছ - (নোংশাবদা চিংনা য়েংলগা হাদনা) নোংশাবা! (নোংশাবা খুন্নক্তে হাদনা) হৌগৎলু। নহাকপু মীয়াম্না ঙায়দুনা লৈরে।

নোংশাবা - (হৌগৎলকই, তপ্না এলিছ মেড়ীদা খুইরম্মী) ইতৈমা!

এলিছ - পাউ লাক্লে কেন্দ্র অসিগী মীওই কয়ানা নহাকপু লম্পাক্তা ঙাযদুনা লৈবে। লাক্লো চৎননবা থৌবাং তৌররো।

নোংশাবা - (নুংশিনা) তাইবংপানবগী অমম্বা লাক্লবদা মাইকৈ মবিমক কবিগুম্বা অমত্তা উবক্তবসি তাইবং লীচৎ হাযবদু ওইবমাল্লে ইতৈমা

এলিছ - নোংশাবা! নহাক্তি জ্ঞান লৈবনি, লৌশিং শীঙবনি, নপাঙ্গল নথৌনা লৈবনি। পুক্নিগী চিববা চোকশিল্লবা তাঞ্জাদা পুক্লিং শোম্থরকপা পাঙদবগী মতৌ উৎকনু। নহাক রাজলক্ষ্মীগী মচানুপানি, রোহিত্রকী মনাওনুপানি শ্যামসুন্দবগী মযাম্বনি।

নোংশাবা - (ৱানা)মমা- ঐবু ম্নমানা ঐবু যাখিদে। বোহিতনা ঐবু লান্না খনখি, ইনাওনুপা শ্যামসুন্দবনা ৱাবৌখি। ৱাবৌবা অদু লোইদদুনা হৌজিকসু ইমাংদা মশক উৎলদ্রি। ঐহাক্না অচুম্বগী মিংদা কর্ম্ম কয়া তৌদুনসু ইশাদগী পাপনা নাথৈবা ঙমদরি।

এলিছ - (নুংশিনা) বোহিতনদি নহাকপু নুংশিখি। নহাক্কী নখা থাবা ননাওবু নুংশিবা অমদি নরমদম নজাতিবু নুংশিবগী ৱাৰী মশাদা লীৎপা ফুরিৎ হায়গত্তুনা নহাক্না থীনখিবা থাঙফম উত্তুনা ইতৈমদা ৱারী তৌবম্মী।

নোংশাবা - (কপ্তুনা) ইতৈমা! রোহিতপু ঐগী ইয়াম্বনি খঙলকপা মীকুপ্তগী চাক্লকপা থম্মোয়নুংগী অৱাবা মৈচাকসে ঙসিসু লোইদরি, মপোক্ক অসিমগী মুৎলরোইদবা হাযবদু ওইরমাল্লে। তাইবংপানগী মরোল অহুম্মক্তা চত্তুনসু অৱাবসে কোকপা ঙমগদবা মফম লৈতে।

এলিছ - হৌখিবনা নহাকপু অনৌবা নোংশাবা অমা ওইহল্লে,

ইনেম্বোক রাজলক্ষ্মী, রোহিত অমদি শ্যামসুন্দর পূম্নমক্কী অপাম্বা ঙাক্লা থৌনা ফবা শক্তি লৈবা লমদমসিগী মীয়াম্না নমিংতা তাবদা নহাক্কী ফিদম অদুবু নীংশিংহল্লে।

নোংশাবা - ঐহাক কনাদগীসু ইজ্জৎ অমদি ইকায়খুম্নবা মীহৌদ্রে। মীয়ামদা হৌজিক্তি ইশাগী অশেংবা শক্তম খঙহন্ননবা ৱাবেপ লেপ্লে ইতৈমা।

এলিছ - নহাক্লা মীয়ামদা খঙহনগে হায়বিবা অশেংবা হায়বিবদু কবিনো?

নোংশাবা - হৌজিক ঐহাক লোৎলবোই।

এলিছ - করিবুনো নহাক্লা লোৎপা হায়রিবসে?

নোংশাবা - অচুম্বসি হায়দোক্লগা ফঙগদবা পুক্লিংগী নুংঙাইবদু ঐহাক্লা য়েংগনি। ঈশ্বরগী মশক ওইববা মীয়াম্সু ঐহাক্লা হৌজিক্তি মীনম্লরোই।

এলিছ - (কল্লব) নোংশাবা! নহাক্লা হায়বিবসি নয়াম্বা বোহিতপু নখুৎমক্লা হাৎপনি, নহাক মীহাৎপনি হায়গে হায়বিববা? (নোংশাবা খাঙবা ঙমদে) নহাক্কী মায়োক্তা নহাকপু মায়থীবা পীননবা হৌরক্লিবা ঈহৌ অসিগী ৱাখৈগীদমক নশাবু অমদি নহাক্কী ইমা অমসুং নয়াম্ববু নবক্তা চিংথগে হায়রিববা? (নোংশাবা এলিছতা ঙক্লা য়েংলকই) নোংশাবা! নহাক্তি চহী ২৫ গী মমাঙদা নয়াম্বনা লমদম অসিদা লাক্কুনা ৱারকচরম্লবা মনাওনি। (হাযবগা এলিছকী মপী তারকই)

নোংশাবা - (খাঙবা ঙমদে) ইতৈমা!

এলিছ - নয়াম্বা রোহিত লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্লা পাম্লম্বা মতুং ইন্না মৈতৈলোন ঙাঙখি, ইচাবুসু লোন অসি মরিক চুম্না হৈহনখি- ধর্মগী লাইরিক কয়া পারগা ঐগী পোখ্বাফম ফঙনবা হোৎনখি। ঐগী ইনেমবোক অমদি ইনাওনুপা শ্যামসুন্দরনা ঐগী চিংনবা কোক্লনবা হোৎনবনা ঐহাক্কী চিংনবা কোকপা

ঙমখিদে- (ফিবৈদগী চিঠি, চে অমনবদা ইবা পুথোবকই) রোহিতকী মখুৎমক্তা ব্লাফমসি ইরম্বনি। চে অসে মহাক্কী অশিবা হকচাংগী ফুবিৎখাওদা য়াওবম্বনি। (নোংশাবদা পী, নোংশাবনা ব্রানা য়েঙই) ব্রাহে পরেং অমখক ইবম্বদু বোহিতনা হিংলিঙৈদা ইবম্বনি।

"If I die - it is true that I commit suicide" - Rohit

ঐহাক্তা রোহিতকী খুৎই খঙই।

নোংশাবা - (মপী শীন্থদুনা ব্রাহৈদু পাবগা) "কবিগুম্বা ঐহাক্তা শিখিবা থোক্লবদি ইতোমতা শিজবনি" - বোহিত। (খাঙবা ঙমদনা হীক-হীক কপ্পী)

এলিছ - কৈ অমোমগুম থৌনা ফনা ইখুত্তা (নোংমৈ শৎলকই) কনাসু খঙহন্দনা ইংলেণ্ডগী নোংমৈ শাবা হৈববা খুৎহৈবা অমদা শেল চঙনা শাহল্লকপা নোংমৈ অসি চহী ১৫ গী মমাঙদগী ঐনা শাগোন্নবক্লি। ঐ খঙই, ঐগী ইপুবোইবনা লমদমসিদা মশানা যানা শিজবিবা মীশি অসে তবাইবা মীশি অমদি নত্তে।

নোংশাবা - (মপাম্বোম তিংথোক্লুনা) ইতৈমা! ইতৈমগী থৌনা হৌজিকসু হনবীগনু। পাপ চেল্লবা ঐবু তাইবংপানবসিদা হিংহন্বীবগনু।

এলিছ - (নুংশিনা) নোংশাবা! ঙসিসু ইতৈমগী ফিবৈদা খুৎলাই অসি শাগোন্নবক্লিবসিদি ইমুং অসিগী মাযোক্তা লাকপা যেক্লবশিংবু ঙাকথোক্লনবনি। নখোযগী ধর্ম্মনা হাযবি- বালমীকি ওল্লবা বত্লাকববু কনানা কৈসুমশঙদা দন্দি পীগদৌবিবনো? বোহিতনা পামজবম্বা পুন্সিদা নযাম্বগী ব্রা ঙাক্তুনা নহাক্তা মীনম্বা যাওদনা হিংলিবসিনা নহাক্কী নশাদা লৈবপ্পা পাপ পূম্নমক মোঙফমদা লৈখ্রে।

নোংশাবা - ইতৈমা! (চঙশিন্দুনা এলিছতা খুইবম্মী)

এলিছ - হৌগৎলু। (নুংশিনা মমিত্তা মপী শীন্থদুনা) নহাকপু প্রোটেক্সন পীবা, ঙাক-শেনবা হাযবসি ঐগী ইথৌনি। পূক্লিংদা চিংনবা

থমদনা নমাঙদা লৈরিবা য়েক্লবশিংবু মাঙহল্লু। মতম অদুতদা রোহিতকী আত্মাগী অপেম্বা ওইগনি। (নোংমৈ য়েপশিনখি) লাকলো, মাঙ থাররো। অরানবশিংনা কিহল্লকপদা নপুক্লিং শোম্ব্রগনু। নহাক্লা হিংলবদি রোহিতসু হিংলবনি। লাক্লো মীয়াম্না নহাকপু ঙাইদুনা লৈরে।

নোংশাবা - (অঙাং মচাগুম) ঐহাক হিংলবদা রোহিত হিংলবনি। (মমিত্তুগী মপী তৈথোক্লুনা) ঐ হিংখিনি। বোহিতকীদমক ঐহাক হিংখিনি। ফবে ইতৈমা! ঐ মায়োক্লবগে। মমা অমসুং ঐগী ইয়াম্বা রোহিতনা পামজবম্বা পুন্সিদা লেমহৌরিবা পুন্সিগী শরুক খবা অসিসু ঐ হিংখিগে। (ব্রা অমত্তা ঙাঙলমদনা মতৈমগী মখোঙ শোক্লমল্লগা চৎখি, এলিছ চৎখিবদু য়েংনা য়েংনা)

এলিছ - রোহিত! নঙ মসিনা পেল্লুকো! মসিনা নহাক্কী লমন খুম্বা হায়বদু ওইগেকো। (শোল্লমল্লগা চঙ্গি

**তরানিথোইশুবা উৎপা লোইবা**

# অরোইবা উৎপা

(নোংশাবগী য়ূম, নোংশাবনা ভোৎ কারে হায়দুনা ময়াম্মা লাওদুনা লাক্লবা, মীয়ামগী হবাও-তয়াম্বা উৎলি, তাঞ্জাসিদা সুন্দবমণিসু চেম্থোরকই, অমদি শ্যামসুন্দবগী টেলিফোন লাকই, ওকই)

| | | |
|---|---|---|
| সুন্দবমণি | | পাবুং পাবুংহল ভোৎ কাবে। |
| শ্যামসুন্দব | - | (টেলিফোন্দা) ঐসু থোবক্লনি। তামোদা তম্মু। (তাঞ্জাসিদা ময়াম্মা ভোৎ কাবে হাযদুনা চেনশিল্লকই) |
| নুপা অমা | - | নোংশাবনা ভোৎ |
| ময়াম | - | কাবে। (হৌনা লাউই) |

**লোইরবা**

# মীহাংপুঙ

লীলা অসিবু শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নবদা শক্তম লাংখিবা পিছ মেকর আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী কলাকারশিং অমসুং মখোয়গী শক্তমশিং

(২০০৮-০৯)

**নুপা**

১। নোংশাবা - ইবোয়াইমা খুমন

২। শ্যামসুন্দর - গীতচন্দ্র চোংখাম

৩। মংলেম - শান্তোস

৪। মঙাল - অরুন য়ূম্লামচা

৫। খেলেম্বা - বোনি

৬। বীবচন্দ্র - শীবাজি

৭। লাম্মী/সিফাই - প্রেম এলাংবম

**নুপী :-**

১। অঞ্জলী - মিলন

২। তম্পাক - রোবীন্দ্র লংথবাল

৩। তম্ফামণি - হিবা মোতি

৪। লৈমবেম্বী - ডেপসন

৫। কৈন্যাহনবী - কান্ত লৈশাংথেম

**ঈশৈ নোংমাই**

১। তব্লা - বিনোই

২। কিবোর্ড - বোমেন

৩। বেস ড্রম - তম্ফাসনা

৪। গীটব - বোবার্ত

৫। বাঁসি - বোমাজিৎ

৬। নুপা খোঞ্জেল - জিতেনকুমাব

৭। নুপী খোঞ্জেল - কান্ত

**লীলা তম্বীবা** - বীবজিৎ ঙাঙোম্বা

# মীহাংপুণ্ড

## লীলাদা চঙবা মী

### নুপা

১। নোংশাবা - চীফ মিনিষ্টব

২। শ্যামসুন্দব - নোংশাবগী মনাও আই জি পী

৩। মংলেম - চীফ মিনিষ্টবগী পী আব ও

৪। মণ্ডাল - নীংতম্বগী মিংদা লালহৌবা

৫। খেলেম্বা - নীংতম্বগী মিংদা অবানবা তৌবা

৬। বীবচন্দ্র - পুলিস ইন্সপেক্টব মণ্ডালগী কাংবু অমসুং খেলেম্বগী কাংবু নহাবোলশিং লোয়ননা বীবচন্দ্রগী কাংবু নহারোলশিং লোযননা বীবচন্দ্রগী মতুং ইনবা কমান্দো সিফাইশিং

### নুপী

১। অঞ্জলী - শ্যামসুন্দবগী লোইনবী

২। তম্পাক - মণ্ডালগী মমা

৩। তম্ফামণি - মণ্ডালগা নুংশিনবা লৈশাবী

৪। লৈমবেম্বী - জোইন্ট সেক্রেটবী লৈশাবী

৫। কৈন্যাহনবী - ঈশৈ শকপী, মীয়ামগী থবক যাওবী

# অহানবা উৎপা

(ইম্ফাল ইযবপোর্ট, নুংথিল, মংলেম মশা নান্না থোক্লকই, অকোইবদা কোইনা যেংই)

মংলেম - (মতোমতা) যেংবা হৈরবদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি হাযবদু চুমখ্রবা ৱাফমনি। লীলা হাযববু মসিদা অদুম লৈবেনে। (নোক্লগা) ইম্ফাল ইযবপোর্ট ঐখোয ওঝা হাযদি ঐখোয সি এম নোংশাবগী মনাওনুপা শ্যামসুন্দব মীবৈবাক্তা মতম কুইনা লৈবুবদু ঙসিদি আই জিপি হাযবদি ইন্সপেক্টর জেনবেল ওফ পুলিস ওইনা লমদমসিগী পুলিসকী মকোক থোংবা ওইনা লমদমসিদা থুংলবগনি। ঐখোয ওঝা চীফ মিনিষ্টবনা মনাওনুপা শ্যামসুন্দব অমসুং মনাও ইবেম্মা শ্রীমতি অঞ্জলী দেবীবু মহাক্কী সবকাবনা তবাম্না ওক্কদৌবি। লমদর্মসিগী মন্ত্রী এম এল এ পুন্নমক্না ঙসিদি ইম্ফাল ইয়বপোর্ট থল্লে, লমদর্মসিগী অফিস কযাগী অচৌবা ওফিসার কযানা পুমথল থল্লে। মফমশিংগী মকোক থোঙবা, পুলিসকী মকোক থোঙবা, লমদর্মসিগী সবকাবগী মকোক থোঙবা হায়বা জাত্তু মখৈ ঙসিদি মফমসিদা লোইনমক তিল্লবে (নোক্লগা) মন্ত্রী ময়াম মবকসিদা সিভিল সপ্লাই মিনিষ্টবসিদি উইবদা খা ৱাং খঙদ্রে। অহীংদা সবকাবগী গুডাউনগী চেং, চিনী, হৱাই- চেংৱাই, কেবোসিন শঙবদা অহীং তুমদ্রবজাংলা কবিনো? নত্রগা নুপী মবীগী মবৈদা অহীং তুমদ্রবচাংলা! ই! মীনা অসুক কন্না উইনিঙৈসিদা ইডুকেসন মিনিষ্টবসিনা মশা নোম্লুবে, ইহে হে সিভিল সপ্লাই মিনিষ্টরসিদি ভাব অমনিনে ইডুকসন মিনিষ্টবগী মখুৎসি থদোক্তনা পাযশিনন্দুনা লৈখ্রেনে। ইহে হে! জ্ঞান তারমাল্লে নোকখ্রে - নোকখ্রে। (মতোমতা নোক্লগা) মকুপ মপাংনি হায়দুনা তান চাদ্রিঙৈদা হৈদোক্লবা যাদেকো। (তাঞ্জাসিদা

নোংশাবা চঙলকই মতুংদা ইন্সপেক্টব বীরচন্দ্র তুংইল্লকই কমান্দো সিফাই অমা য়াওই)

নোংশাবা - মংলেম।

মংলেম - ওঝা!

নোংশাবা - কবিনো ইহি হিগৎতু না লৈথোক্লিবদি? এরোপ্লেন্দ লেন্দিং তৌরক্কদৌরবনি। ইনাওবু নুংশিবীদুনা অমদি ঐবু থাজবীদুনা লাক্লিবা ময়ামসিবু হবাও হবাও তৌগেদি হায়দদনা।

মংলেম - ঙাকপিগনি ওঝা!

নোংশাবা - ময়ামসিনা যুমদা হেক য়ৌবদা টি পারতি অমা শীনগদবনি নুমিদাংনা বঙ্গলোদা ডিনব শীনগদবনি।

মংলেম - থৌরাং পুম্নমক শীনবা লোইজরে ওঝা!

নোংশাবা - ঙসি লমদমসিগী লৈমায়দা থুংলগদৌবিবা মহাক ষ্টেট অসিগী আই জি পি ওইবতা নত্তনা ঐগী ইনাওনী নোংশাবগী মনাওনি। শাংলবা চহী ২০ মশাগী মথৌনা লমদমসিগী লৈমাযদগী লাপথোক্লুববা মথৌদা পূক্নিং চঙবা ঐগী ইনাওনি।

মংলেম - (ফলপ যেংলগা)যুমগী থৌবাং পুম্নমক মচানুপা সুন্দবমণিনা শীলহৌববনি নুংশা থীনিংঙাই লৈতে ওঝা।

নোংশাবা - ওকে ওকে! বীবচন্দ্র!

বীবচন্দ্র - তাকপীয়ু সাব।

নোংশাবা - এস পি অমদি দি আই জি ষ্টেট অসিগী মকোক থোঙবা ব্রিংশিংদসু হাযখ্রবনি। ঐখোয য়াম্না চেকশিনগদবনি।

বীবচন্দ্র - থৌবাং পুম্নমক লোইজবে সাব। ইযবপোর্টতগীনা যুম ফাওবদা আব ও পি মশিং য়াম্না থমদুনা চেকশিন থৌবাং লৌজরি সার। (তাঞ্জাসিদা শ্যামসুন্দর অমদি অঞ্জলীবু পুদুনা পাইরকপা এবোপ্লেনগী মখোলনা পুমনিল নীল্লি)

মংলেম - (হবাওনা) এবোপ্লেন তাখ্রে ওঝা! এবোপ্লেন তাখ্রে। (পুলিসকী বেন্দ কাংবুনা বেন্দ খোংলকই, সিফাই অচৌবা অমা লাকপদা

উৎফম থোকপা ব্যাবহার উৎলকই বেন্দনা পুমনিল নীল্লি, তাঞ্জাসিদা শ্যামসুন্দর আই জি পিগী ফিজোলনা ফুল য়ুনির্ফোম শেৎতুনা অঞ্জলীনা তুং ইন্দুনা লাকই, নোংশাবা মনাওবু উবদা অঙাওবগুম্না, মপান্বোম অনী তিংথোকই, শ্যামসুন্দবনা চেনশিল্লক্তুনা নোংশাবদা খুইরম্মী, নোংশাবনা মনাওগী লেংজুম পায়দুনা চিংখৎতুনা চেৎনা কোল্লি, অনীমক হীক্লা হীক্লা কপনৈ, অঞ্জলীনা মকোক্তা ফি চিংখৎতুনা নোংশাববু খুইরম্মী, নুংবঙননা লেপ্লী, ইন্সপেক্টর অমদি কমান্দোনা শ্যামসুন্দরদা সেলুট পী)

নোংশাবা - (মমিৎতা মপী লেপ্তুনা শীঙ্খনা) চহী কয়া শুরে? নখোয়না ঐবু থাদোক্তুনা চৎলিবা ? চহী ২০ বু নোংমতসু যুমদা লাক্তনা! অসুক শাংনা ঐবু হ্রাহনবা।

শ্যামসুন্দব - (নুংশিনা অঙাংগুম) তামোবু থাদোক্তনবা তামোগী সেবাগীদমক লাকচরবনি।

নোংশাবা - ঙসি নহাকপু ওকপা লাক্লিবা লমদমসিগী মকোক থোঙবশিংসি য়েংউ ঐগী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবশিং, সবকাবগী মকোক থোঙবা ওফিসিয়েলশিং, পুলিসকী অমদি পের: মিলিটরী ফোর্সকী মকোক থোঙবশিংনা নঙবু ওকপা লাক্লি। মযামগা উন্নৌ!

শ্যামসুন্দব - থেঙ্কয়ু তামো!

নোংশাবা - হৌজিক যুম য়ৌবগা যুমদা টি পাটি শীল্লে, নুমিদাংনা বঙ্গলোদা চাক্লেন শীল্লে।

শ্যামসুন্দব - ফনি তামো, (মখুৎ লোন্নদুনা চৎলি মযামগা খুৎ শোক্লে, মযামগা কৌনৈ, পুলিসকী বেন্দ ধন অমুক থীল্লকই, বীবচন্দ্র অমদি কমান্দা সিফাইনা তুং ইন্দুনা শ্যামসুন্দব অমদি অঞ্জলী থোকখি, নোংশাবনা নুংশিনা মনাওবু যেংজহৌই, মমিৎতা মপী ইবা চেন্দুনা মংলেমনা নোংশাবদা ওনশিল্লকই)

মংলেম - ওঝাগা সাব শ্যামসুন্দরগগী মতৌদা মন্ত্রী এম এল এ পুম্নমক - কপ্তবা যাওদ্রে। চীফ মিনিষ্টবনা কপ্লবনিনা মন্ত্রী পুম্নমক কপ্পী, অম এল এ পুমনমক কপ্পী, লমদম অমগী চীফ মিনিষ্টব হায়বসি অঙকপনিকো! মবাল লৈতবা মী হাৎপদা পাশ্মোয নুং ওনখ্রবা

কমান্দোশিং ফাওবা মপীনা ওবো-ওরো- রো অমুক্তোইবা পীনা লৈত্রামগী ঈশিং চাইবীদু মণ্ডায়খ্রে।

নোংশাবা - (ফলপ য়েংলগা) মসিগী থোকসিমত্তদি!

মংলেম - ওঝানা উবীহৌদদনা তৌবনি। ফাইনান্স মিনিষ্টবদি মখোল থোক্ল া কপখ্রে। গুমভিরনা কপ্পা হায়বদু ঙাইহাক্তংদুদা নীংশিংলকপনা!

নোংশাবা - যাবে- য়ারে য়ূমদা ময়ামসিগা হননবা তৌসি। (থওইদনা নোংশাবা চৎখি, মংলেমনা য়েংজহৌই)

মংলেম - চাউইকো মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টব কাইসি চাউইকো! নো প্রোটফিলো চীফ মিনিষ্টর হায়দুনা প্রোর্টফিলো অমত্তা পায়দনা চহী ১৫ চীফ মিনিষ্টব ওইবগীদমক ইন্দিয়া পূম্নমক্না ঙক্লবিবনি লমলমসিদা চহী ২০ চীফ মিনিষ্টব ওইবা ইতিহাসতা অতাংবা ওইগদবা নুপা অমা হাযবদু ওইহৌগদৌরিবনি । ওঝাগী মিং ইতিহাসতা যাওবদা পি আব ও মংলেম, পাখণ্ড মংলেম, চহী ৪০গী পাখণ্ড মংলেম হাযদুনা পেরাগ্রাফ মচা অমত্তা ওইববসু মিং যাওনিদনা! অসিবুনি মীনা মী শেম্মী, মীনা মীবুসু লাই ওইনা শেম্মী হাযনবিবসে। (নোংশাবা চীফ মিনিষ্টব চৎখিবগী সাইলেন খোংদুনা গাড়ি মযাম চৎখিবা মখোল তায়) চৎনখ্রিবা, এযবপোর্ডগী থোক্লখ্রিবা গাড়ি মযামসিদি অচৌবা লুহোংবা অমগী গাড়িদগী হেনখ্রে। অস অস (খুনিং কংখৎতুনা য়েংদুনা) পাবেং শানকা মিনিষ্টব ময়াম, ওফিসাব ময়াম, সিফাই মযাম, অচৌবা মযাম, ব্রা-ব্রা-ব্রা ঐগী গাড়িনা লাম্ভতা চৎলগা লোইবে। (কৌদুনা) হে থোইবা!

থোইবা - (মনুংদগী) তা মংলেম।

মংলেম - হায মংলেমগী গাড়িদুনা মনিং ইথণ্ড থঙসি। গাড়ি থৌদোবক্লো! (খঙহৌদনা বোম অহৌবা অমা পোকখাইবকই, মংলেম খঙপ্রেক খঙই, পাকথৈ, মফম মরাং খঙদনা নোংমৈ রাউন্দ মশিং খঙদনা কাপ্পবকই, মংলেম পাখৎনা পাকথ-পাকথনা চেনখি)

**অহানবা উৎপা লোইবা**

# অনীশুবা উৎপা

(চীফ মিনিষ্টরগী বঙ্গলো মমাং, পুঙৌ ফনেক ইনফি অঙৌবা শেত্তুনা তম্পাক, তম্ফামণি অমদি কৈন্যাহনবীনা মাংজিল থাদুনা মীয়াম্না লাউদুনা লাকই প্রোসেসন অসিগী মাংজিল থারদুনা লাউরিবদু মীয়াম্না খুম্মী।)

তম্ফামণি - মীচম হাৎপা কমান্দো

মীযাম - দন্দি পীয়ু

তম্ফামণি - মীচম হাৎপা কমান্দো

মীয়াম - দন্দি পীয়ু

তম্ফামণি - মীচম হাৎপা পুলিস

মীয়াম - দন্দি পীয়ু

তম্ফামণি - মীচম হাৎপা পুলিস

মীয়াম - দন্দি পীয়ু

কৈন্যাহনবী - মীবক্তা নোংমৈ কাপশিনবা

মীয়াম - যানিংদে

কৈন্যাহনবী - মীবক্তা নোংমৈ কাপশিনবা

মীযাম - য়ানিংদে

কৈন্যাহনবী - প্রজা ঐখোয়

মীয়াম - শা নত্তে ঙা নত্তে

তম্ফামণি মীচম হাৎপা পুলিস

মীয়াম - দন্দি পীয়ু

তম্ফামণি - মীচম হাৎপা কমান্দো

মীয়াম - দন্দি পীয়ু

তম্পাক - (লাউরিবদু নমহক্তুনা অঙাওবীগুম কপ লাউদুনা)

মরাল লৈজদবা য়ূমদা লাইরিক প্যাদুনা লৈজবা ইচাবু - করিসু খঙজদবা ইচাবু ইমুঙদগী চিংথোক্তুনা নোংমৈ অমা থমজিল্লগা ইচাবু লালহৌবনি হায়শিন্দুনা হাত্তোকপীবা, লাঞ্জদবা মীচম হাৎপা পুলিসতু মমা ঐগী ইখুত্তা পীন্নৌ! আইন লৈত্রবা প্রজাগী খন্দ্রবা লৈবাক অসিদা লৈনিংদ্রে। লমদমসিদা ইচা পোক্তুনা মমা ওইনা হীংবগী নুংঙাইবা হায়বদু অসিবা? (কৈন্যাহনবীনা তম্পাকপু কোল্লী)

তম্ফামণি - মীচম হাৎপা পুলিস দন্দি পীদ্রিবা মখৈ

মীয়াম - অশিবা মশা লৌবোই

তম্ফামণি - মীচম হাৎপা পুলিস দন্দি পীদ্রিবা মখৈ

মীয়াম - অশিবা মশা লৌবোই

তম্ফামণি - মীওইববু হাৎনিংবা মতমদা হাৎপা যাবা আইন

মীযাম - লৌথোকউ

তম্ফামণি - মীচম হাৎপা পুলিস

মীযাম - দন্দি পীয়ু

তম্ফামণি - মীচম হাৎপা কমান্দো

মীয়াম - দন্দি পীযু! (তাঞ্জাসিদা ইন্সপেক্টব বীবচন্দ্র অমসুং কমান্দো সিফাই অমগা চেন্থোবকই)

বীরচন্দ্র - (মখুৎ খন্দুনা লাউবগা) ইমা ইবেল ইচল ইচে পূম্নমক মফম অসি সাইলেন্ট জোননি। ময়াম পূম্নমক মফম অদুদগী হেন্না চঙশিনবীবক্কনু।

কৈন্যাহনবী - ঐখোয়না লাক্লিবসে লেম্না লাকপা নত্তে। লৈবাক্কী মপী মপা ওইরগা লৈবাক্কী খন্দ্রবা মীহাৎপগী মকোক চীফ মিনিষ্টব নোংশাবা উন্নবা লাকপনি।

বীবচন্দ্র - (লাউদুনা) ইমা ইবেল ইচল ইচেশিংনা চঙশিনবীবক্লিবদু

মফমদুদগী হেনবা য়াদ্রে, মফমসিদগী হেন্না ময়াম্না চঙশিনবীরক্লবদি, ময়াম খুদোং থিবা নঙগনি।

তম্পাক - (অঙাওবীগুম্না পুলিসকী মাংদা চোংশিন্দুনা) মমা ঐবুসু হাৎলো লাউ! নখোয়না ইচাবু মরাল পীশিনবগুম মমা ঐবুসু ইরাল পীয়ু। ইচাগী মৈনা চাক্তুনা শিবসু শিবা নখোযনা হাত্তুনা শিবসু শিবা - লাউ মমা ঐবুসু কাপ্তুনা হাৎলো লাউ। (থানাদা চোংশিল্লি, তম্ফামণিনা তম্পাকপু ফাই)

বীরচন্দ্র - ঙাওনবা য়াদ্রবদি ইম্না ইবেল ইচল ইচে পূম্নমক অৱাফমদা তাগনি। ঐহাক ময়ামগী অৱাবা নুংঙাইতবা পূম্নমক খঙজে। ময়াম মফমসিদা লেঙদনা লৈবীয়ু ঐহাক ওনবেবল সি এমগা উন্ননবা শীঞ্জগে। (কৌদুনা) য়াইমা!

কমান্দো - সাব!

বীবচন্দ্র - ঐ মনুংদা চঙলুগে। ময়ামসি মফমসিদগী হেন্দোকহনগনু।

কমান্দো - ফনি সার! (বীবচন্দ্র চেনশিনখি)

তম্ফামণি - (লাউদুনা) মফমসিগী চীফ মিনিষ্টব ওইদুনা লমদম অসিগী মপী মপা ওইবগা মশাগী পোকমিন্নবা মনাওতবু মনাওনি প্রজা ঐখোযবুনা য়েক্লবা ওইনা লৌবা চীফ মিনিষ্টব নোংশাবা!

মীযাম - (খুন্নকই) বিজাইন্দ তৌ।

তম্ফামণি - মীহাৎপা নোংশাবা

মীযাম - বিজাইন্দ তৌ।

কৈন্যাহনবী - (মখৌ পোঙনা লাউশিন্দুনা) লমদম অসি মী লৈবা মীওইবা জাতিদা খুন্দাবা লম ওইদ্রে, পুম্নকসিগী মরুদি মতিক চাদ্রবা চীফ মিনিষ্টবনা লৈবাক অসি পানবননিা মতিক চাদবা চীফ মিনিষ্টব!

মীথাম - বিজাইন্দ তৌ

কৈন্যাহনবী - চীফ মিনিষ্টব নোংশাবা

মীযাম - বিজাইন্দ তৌ

কৈন্যাহনবী - মীচম হাৎপা নোংশাবা

মীয়াম - রিজাইন্দ তৌ

কৈন্যাহনবী - মীচম হাৎপা কমান্দো

মীযাম - দন্দি পীয়ু

কৈন্যাহনবী - মীচম হাৎপা পুলিস

মীযাম - দন্দি পীয়ু (বীবচন্দ্র চেনশিল্লকই, মখুৎ খন্দুনা লাউই)

বীবচন্দ্র - (লাউদুনা) ইমা ইবেল ইচল,ইচে পূম্নমক! মীয়ামসিগী মীবক্তগী মীওই অনীদং ওনবেবল চীফ মিনিষ্টব উন্ননবা চঙবীবা য়াগনি। ময়াম্না পুবীরকপা কমিতিগী মেমোবেন্দম অদু ওনবেবল সি অমদা পীশিনবীবা অমসুং অদোম্না হায়বীনিংবা ব্রাফম খবা থম্বীবম্বসু যাবগনি। ইমা ইবেল ইচল ইচেশিংগী মকুওইবা মীওই অনীদং থোকপীবক্লো! ঐহাক্না মাং থাজদুনা ওনবেবল সি এমবু উন্ননবা পুশিঞ্জগে।

তম্পাক - (মমিত্তগী মপী তৈথোক্লগা মযামদা)ঐ অমা চঙবা য়াওজগে। ঐহাক চপ চানা নোংশাবগা ব্রা ঙাঙননিংই।

বীবচন্দ্র - থোকপিবক্লো অমগা থোকপীবক্লো।

তম্ফামণি - ঐহাক ইমাগী তুংইনজগে। ইমা তম্পাকপু শেন্নজগে।

তম্পাক - ময়াম পূম্নমক লেপ্তনা খোল্লাও লাউবীয়ু। লমদমসিগী লৈথক-লৈখাদা লৈবিবা অবানবা পূম্নমকপু মাংহনগদবদি ঐখোয মীয়ামগী অপূনবা শক্তিননি।

কৈন্যাহনবী - ইনে তম্পাক, ইবেম্মা তম্ফাগা চঙবীবো! (লাউদুনা) ময়াম পূম্নমক থৌনা হনবীগনু। মনুংদা মী খবনা ব্রাবী শানববসু মপালদা লৈবিবা ঐখোয হল্লোইসি (লাউদুনা) মীচম হাৎপা কমান্দো।

মীযাম - দন্দী পীয়ু। (বীরচন্দ্র অমদি কমান্দো সিফাই তিঙক্লা যেংই)

বীবচন্দ্র - চঙগদবা অনীদু লাকপীবো ঐগী তুং ইনবীবক্লো।(তম্পাক অমদি তম্ফামনিনা বীচবন্দগী তুং ইল্লকই বীবচন্দ্রনা কমান্দোদুদা

লাউই) ইমা ইবেলশিংসি খরা তকথোকউ খরা লাপথোকহল্লু। (তম্পাক অমসুং তম্ফামণিবু বীরচন্দ্রনা পুদুনা চৎখি)

কমান্দো - (মখুৎ খত্তুনা) খরা লাপথোকসি। খরা লাপথোকসি। (কৈন্যামনিদা পাযদুনা ইল্লি)

কৈন্যামনি - কবি থানানোনে মী মশাদকা তাপ -তাপ পায়নে।

কমান্দো - (লাউদুনা) খরা লাপথোকউ। খবা লাপথোকউ। (কমান্দোনা কৈন্যামনিবু তান্থোকখি)

**অনীশুবা উৎপা লোইবা**

# অহুমশুবা উৎপা

(চীফ মিনিষ্টব সেক্রেটবিয়েট, মংলেম চঙলকই, মপান্দা লাংবা লাউরিবা তায়)

মংলেম - (লাংনবিবা লাউনরিবা মাইকৈদা ওনশিল্লগা) লাউহৌবো হায়বসি মঙায়বে। মীশি মীনা থোকপা অন্দলোন লাকপদা লাউহৌবা নত্রবদি মতোমতা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা লাউদুনা লাকপদা কবিনোনৈ হায়দুনা কুম্মৈ য়েংনদৌরিবনি। অদুবু লমদমসি অঙত্তি অঙকপনিকো নুমিত্তুদা শিবিবসি সিফাই মঙানি মীচম অমনি অশোক মপনদি মশিং থারবোই। সিফাই মঙা শিবদু ঙসি হুমনি শুবে প্রোসেসন চত্তে সংস্কাবদা লৈ খবা কৎখিবা সেল্লুটনি হাযদুনা নোংমৈ লাউন্দ খরা দোং- দোং কাপ্পগা পোৎলোইখিবদুনা লোইবে। মীচম অমা শিবগীদমক ঙবাং বন্দ তৌবে, ঙসি প্রোসেসন লাক্লে, লম- লম খুদিংদা ধাবনা ফমগ্রে। (জোইন্ট সেক্রেটবী লৈমবেশ্বী চঙলকই চীং লেম্মী)।

লৈমবেশ্বী - মংলেম সি এম লৈব্রা?

মংলেম - (ফলব য়েংলগা মোমোন নোকই) লৈমরেশ্বী ইবেম্মা! ইবেম্মসি জোইন্ট সেক্রেটবীনি এম সি এস ডাইবেক্টনি এস ডি ও ওইনা থৌবালদা বিষ্ণুপুরদা চহী ৭/৮ লৈকববনি সিক্রেটবিয়েত্তা জোইন্ট সেক্রেটবী ওইনা লাকপা কুইদ্রি ইবেম্মা লৈশাবীনি হাযবসু ঐহাক খঙজে। (লৈমবেশ্বী মংলেমদা ফলব য়েংলকই)

লৈমবেশ্বী - ঐগী হিষ্টবী লীবগী কৰি কান্নবনো?

মংলেম - লৈমবেশ্বী ব্রাবৌনু। ইবেম্মদি লাইবিক লাইশু যাম্না ফনা হৌরকপা ছাত্রিনি। ইবেম্মদি লৈবাক্লা খুৎথেক্লা অফবা পাবদা যাওবিবনি। চীফ মিনিষ্টব সেক্রেটবিযেত্তা পি আব ও হায়বসিদি কবিসু নত্তে। চীফ মিনিষ্টবনা যাবা মাগী কেন্দ্রগী ইলেক্সন ব্রার্কর অমা থোক হাপচিনবনি।

লৈরমরেশ্বী - (হৈনদনা) করিনো মংলেম নঙনা ঐঙোন্দা ব্রা অসুকয়াম ঙাঙলিবসে? ঐ সি এম উন্নবা লাকপনি নঙ উন্নবা লাকপা নত্তে ঐবু সি এমনা কৌরিবনি।

মংলেম - ওঝা লেংথোরক্ত্রি বঙ্গলোদা লৈবি। সোমদা ঙাইহাক্তা লেঙশিনবীয়ু। তত্তনা উন্নগদবনিনা তত্তনা কৌনা ঙাঙনগদবনিনা ব্রাফম খবদি নাখৈ শেংনহৌবা ফৈ। লৈমবেশ্বীসু লৈশাবীনি ঐসু পাখঙনি।

লৈমবেশ্বী - (থওই উশিত্তনা) কবিনো মংলেম নঙনা হাযবিদুবো? নঙ পাখঙনি ঐ লৈশাবীনি হায়দুনা কবি হায়রিবনো?

মংলেম - মংলেমবু লান্নদি খনবীগনু। চহী ১৫ চীফ মিনিষ্টর সেক্রেটবীয়েত্তা লৈরকপদা বদনাম চাবক্ত্রবা ইশাগী ইজ্জৎ অমদি ওঝাগী ইজ্জৎ মাংহল্লক্ত্রিবা মংলেমনি। শম্না চহীসি য়ামদ্রবদা ঐনা মবী- মঙা অমদি হল্লমগনি ময়াম কৌনরিবা সিগুম্না তা মংলেম কৌহন্নিংই।

লৈমবেশ্বী - (নোকথোবক্লগা) ও হো- হো তাদা কৌহন্নিংবগী ব্রাফম ওইবে। ওকে- ওকে ঐ তাদা কৌগে। সি এমনা ঐবু লাকউ কৌবনি। পুং অনীদা লাকউ হায়বনি।

মংলেম - পুঙৌ ফনেক ইনফি পার্টি উননবা কৌথ্রি, মপান্দা পোষ্ট ওফিস নাকন্দা নুপী লান কম্পেল্পক্স মমাংদা পৈবিবসি উবীবমগনি। ওঝা হেক থোবকপগা মখোয়গা মীটিং লৈ অদুবু ঐ ফননবা পূম্নমক শীঞ্জগে। ঙাইহাক্তসু লেঙশিনবীয়ু কৈদৌগে।

লৈমবেশ্বী - অসোমদসু কমিস্নাবগা মীটিং পুং ৩ দগী লৈবনি।

মংলেম - (নোক্লগা) হেরা ইবেম্মা চীফ মিনিষ্টবনা কৌদুনা লাক্লগা কমিস্নাবগী মীটিং প্রোগ্রামবু ব্রা ওইনা ঙাঙবা হৌনদে। ইবেম্মনা খঙদবননি ঐদি ইবেম্মবু কলেজ তম্লিঁৈদগী খঙই। ইবেম্মখোযগী মখা থঙবদা লৈবা মুনালদু ইমান্নবনি।

লৈমবেশ্বী (থওইদনা) ও! তা মুনালগা তিন্নবোইবে। ওকে- ওকে ঐ তাদা কৌগে। অদুবু যেংবদদি তা মংলেমদি পাখঙ মচাবু মাল্লিনে।

মংলেম - শক্লা নরক তাঃয় হায়দুনি। নিয়র ফোরটিনী হ্নু য়াররোইদবা মায় অমগা হেক পানশিল্লুরে।

লৈমরেম্বী - য়াম ফৈনে অদুদি। ঐখোয়দি অহল ওইশিল্লক্কদৌবে হায়দুনা পাখৎপসিনা অমুক্তোইবা লোইবজাৎনি। করি শীজিন্নবীবগে?

মংলেম - কদায়দৈনোদা ইবেম্মা নগু তা- মংলেমখোয়না শীজিন্নজরিবসিদি ইরুজবদা মায় তাবদা শীজিন্নবা সাপোন খক্লা লোইবে। অদুবু কবিনো স্কুল ছাত্রিনফাওবা মমান্নবা পাখগু ওইরবোই খন্দুনা হৌজিল্লকইপোৎনি।

লৈমবেম্বী - (খজিত্তং মংলেমগী মওংদুদা মংলেমদা গুক ইল্লগা নোকমি তৌবগা) তা মংলেমসিদি য়াম্না নুংঙাইবিবজাৎনি।

মংলেম - চীফ মিনিষ্টর সেক্রেটবিয়েত্তা ঐগা থেঙনখ্রবা মী অমত্তা ঙশিফাওবা থব্রাই ব্রানা হনখিবা লৈতে ইবেম্মা। ঐনা ইবেম্মা কৌবসি ইবেম্মদা নুংঙাইত্রগা মেডাম কৌজগে। ঐদি ব্রাখল অমা তৌজববসু য়াম্না চমজবা মীনি।

লৈমবেম্বী - ঐ নুংঙাইতবা লৈজদে।

মংলেম - (নোকফেৎ)অদুনেবা মেডাম কৌবগদি মবিসি লাপখোক্রবা মবি মাল্লি। ঐহাক্লা নুপী থীজদ্রিবা পাখগু ওইজববসু ঐহাক লমদমসিগী চনু নিঙোনশিংবু ব্যেবহাব য়াম্না তৌজৈ, ইকাই খুম্নজৈ, ব্রাংনা থমজনিংই, ঐগী হাযবা ব্রাখলদি ঐ থাদোকচদে। (লৈমবেম্বীনা ফলপ যেংলকপদা) হায়বদি ব্যবহাবগী ব্রাফমনি। (তাঞ্জাসিদা নোংশাবা চঙলকই) ওঝা লেঙকলে। ঐখোয় ওঝা লেঙথোবক্লে।

লৈমবেম্বী - (ইকায খুম্নমা) সাব ঐ যৌজবক্লে। ঐহাক লৈমরেম্বী সাব!

নোংশাবা - ঐ খঙলে। ঐঙোন্দা নহাক্কী রেকোর্ড লৈবে। হৌখিবা থবক। পাংথোকপগী বেকোর্ডসু ঐ থেঙনবে। (মংলেমনা লৈমবেম্বীদা মঙক হায়দুনা ইঙ্গিৎ তৌই, লৈমরেম্বীনা উই, নোংশাবনা উদে, মংলেমদা) নুপী অনী লাকই হাযবদু চঙহল্লকখিনু ঙাইহাক থমখো।

মংলেম - ফনি ওঝা (থোকখি)

নোংশাবা - হৌজিক লমদমসিগী লো এন্দ ওর্ডবনা মরম ওইদুনা মপান্দগী লাকপা নন মণিপুরী ওফিসারশিংসি মথৌ অমা ওইনা চীংগী লমদা পোষ্টিং হেক থাকবদা ডিপুটেসন চৎননবা হেক্তা রানোম্ম বকপসিনা মপানদা মখোয়গী মিনিষ্ট্রি অমদি বোসশিংনা অথুবা ডিসিজন লৌবকপসিনা লমদমসিগী এডমিনিসত্রেসন্দা অকাইবা ওইরি। ইবেম্মা সেক্রেটবিয়েত্তা লাকপা কুইদ্রি। ইশাগী অয়াবা লৌদনদি ট্রান্সফাব থানিংদে।

লৈমবেম্বী - সাব তশেংবদি ঐহাক চহী খবদি সেক্রেটবিযেটকী থবক মওংসি চপ চানা হৈনিংলি। অদুবু সাবনা চৎলু হায়বা মফমদা চৎচবদা ঐ কবিসু হায়জদে।

নোংশাবা - ঐ খঙলে। ঐহাক্না সবকাব অসিগী পোর্টফিলো অমত্তা পাযদ্রবসু হীবম খুদিংমক্তা এপ্রুবেলদি ঐহাক্না পীবনিনা নহাক্কী ট্রান্সফাবগী ফাইল অমা লাকপদগী নঙবু কৌবনি। নহাক্কী ট্রান্সফাবসি মবম চাদে। নশানা চৎকে হাযকবা লৈববা?

লৈমবেম্বী - লৈজদে সাব।

নোংশাবা - নহাক নশানা হাযকদ্রবসু নহাক্কী ইমূং- মনুং অমদি ইমা পাবুংখোযনকা হায়খিবা লৈব্রা?

লৈমবেম্বী - ঐগীদমক্তদি যূমদা লৈবা হায়বসিনা মতম পুম্বদা অফবা ওইজে সাব। মবমদি ঐগীদি পাবুংসু লৈখিদ্রে ইমাসু শোল্লে। ইনাওনুপা অনী অমসুং ইনাওনুপী অমবুসু ঐহাক্না শেন্নজবিবনি, মহৈ মশিং তমহনজবিবনি।

নোংশাবা - (ফলব য়েংলগা) ওকে- ওকে। ঐহাক পুম্নমক খঙলে। ফাইল মখাদা অমুক হন্না থাদখ্রগে।

লৈমবেম্বী - (হবাওনা) থেঙ্কয়ু সাব থেঙ্কয়ু!

খেলেম্না - অঙ্কল অমুত্তা চঙজববক্কে!

লৈমবেম্বী - অদুদি সাব ?

নোংশাবা - য়ৌবো য়ৌরো। (নোংশাবদা মঙক খরদং নোন্দুনা ইকায়খুম্নবা উৎলম্লগা লৈমবেশ্বী থোকখি, নোংশাবগী নাক্তা খেলেম্বা তপনা চঙশিল্লকই)

খেলেম্বা - অঙ্কল ঐ লাকচরি!

নোংশাবা - করি লৈববা খেলেম্বা?

খেলেম্বা - অঙ্কল ঐগীসি তশেংনা হায়রবদা ৱানোম্বা লাকচবিবনি। অমনা ঠিকাগীনি অমনা ত্রান্সফাবগীনি।

নোংশাবা - খেলেম্বা নঙগী কাংবুদু অমুক হন্না ঠিকা পীবা য়াদ্রে। কালিটি কন্ট্রোল তৌদে হায়দুনা ছাত্র মচা ময়াম্না ৱা থোক্লে। হৌখিবা চহীদা নঙ কাংবুদুনা শাবম্বা স্কুল বিলডিং মখৈ- ছাত্র নল্লি হায়, ক্রেক চৎলে হায, নোং যুবে হায, লিন চঙলে হায, ঠিকাদারদি থিবা খঙদ্রে, মবি লৈনবা অফিসাব ময়াম সসপেন্দ তৌখ্রিবদুনি। নঙ ঠিকাদাবশিংদু পুথোবকউ।

খেলেম্বা - অঙ্কল মোয়শিংদু মনুংদা লোইনা অমুক চঙথোকখ্রে। (নোংশাবনা হৈনদনা যেংলকই)

নোংশাবা - খেলেম্বা। অচুম্বা মশক খঙদবা হায়নবা ৱা ঙাক্তবা নুপা মা দবশিংবু ঐহাক্না তাথি হায়বসি নহাক খঙবা নত্রা?

খেলেম্বা - মখোযবু সবকাবগী অফিসশিংদা চানবা থবক পীনি অঙ্কলনা তাকপীখিবশিংদু ৱা ওইনদি ঙাকপীখিদ্রেদো।

নোংশাবা - থম্মোয় শেংনা শেম্বা যাগদবা খবদি ঐনা সরকাবগী কর্ম্মচাবী ওইহনখি। চাংযেং ওইনা মখোযনা অমদি নহাক্না হায়বগী মত্তুং ইন্না ঠিকা তৌহল্লুববা হাযববু লৈবাক মমাংদা ইকাই ফিকক খুল্লেদনা। অদুগী মথক্তা মফম মবাং খঙদনা শেল খাইবী হেক্তা হৌবকই। নহাক্না ঙসি মফমসিদা লাক্লিবসিস্ ঐ ঙক্লিবনি। নহাকপু থিবা খঙলক্ত্রিবসি থাশিং য়াম্লক্লে। নহাক ওর্গনাইজেসন অমত্তদসু যাওই হায়বগী পাউ ফঙদ্রবসু চিংনবদি ঔলে। সবকাবগী সবে দবগী পোলিসি কান্নদবনি ঐ খঙলক্লে। থোক- থোক হাত্তোকপা

নত্রগা  বন্দি ওইনা কৈশুমশঙদা থম্বা অনীসিদগী হেন্না ফবা নখোয়বু  ব্রাবকনিঙাই হীরম লৈতে।

খেলেম্বা - (নোকশিন্দুনা) ঐখোয় অঙ্কলসি য়েংউকো মীনা হায়নরিবসিগা!

নোংশাবা - (কল্লব) নখোয়দা শেল পীরিবা মখৈ নখোয়দা কোন্নরোই। নখোয়দি ব্রাদনা নুংঙাইনিংবা, হোৎনদনা মহৈ ফঙনিংবা কাংবুনি। ঐঙোন্দগী মতেং অমত্তা ফঙলোই। নহাক্লা ট্রান্সফাব তৌবা পামলিবদুসু মবম চাদে। নোংশাবগী সরকাব চিবোন চঙবা য়াবা সরকাব নত্তে হায়বসি কাওদবা ফৈ।

খেলেম্বা - ঐখোযবু থওইবীদবা হায়বসি অফবা নত্তে অঙ্কল।

নোংশবা - (শাউবকই) অফবা নত্তবা হায়বদি কবিনো? নীংতম্বা কবিনো মশক খঙদনা নীংতম্বগী লান হৌবম্বা নখোয়বু মীওইবীগী চৎনবীদা পুবক্লুনা মীওইবগী, লৈবাক্কী, সোসাইটিগী চৎনবী খঙননবা হোৎনহনবদা কান্নদ্রবা, হিংবদা কান্নদ্রবা মী হায়বদু নখোয অসিনী। অদুননি ঐগী সিফাইশিংনা থোক- থোক হাত্তোকলিবা!

খেলেম্বা - (শাউনা) অঙ্কস! ঐ মতম খরা মপাল লৈবাত্তা ৈজরুবনি। ঐবু পঙলান লান্না উবীদবসু ফগনি। অঙ্কল লৈপাক অসিগী লুচিংবনি হাযদুনা খেলেম্ববু অদুকসু পঙহায হাযবীগনু।

নোংশবা - ঐহাক নখোযগুম্বগী ব্রাখলদা হন্না- হন্না কোক চিকপা পামদে। লমদমসিগী মীযামগী নুংঙাইনা হিংবা পুন্সিবু মীৎকুপ কাংদনা নখোযনা চত্থবা থবক্লা মাংহল্লি। নখোযদি নীশা চাবা নীশানা লাইচুববা অবোইবা পুন্সি লোইননবা হিদাক থাবা নত্তনা উপাই লৈত্রবা কাংবুনি। ঐ নখোযবু মাংহনবা নত্তনা অনৌবা আশা তৌদ্রে। টেবোবিজম মুত্থৎপা হাযবসি ঐখক্কী অপাম্বগী ব্রাফম নত্তে, পৃথিবী পূম্নমক্কী অপাম্বনি।

খেলেম্বা - অঙ্কল! মীওইবগী ব্রাখলনা অহোংবা লাকপা হাযবসিদি নেচবেল ট্রুথনি, য়ুনিভরসিয়েল জষ্টিসনি। চঙজবকপনু ঙাকপীবোই হায়বদি পৃথিবীগী লৈবাক মচা তাবগী ইথিক্স নত্তে।

নোংশাবা - (মমিং লাউথোক্তুনা) ইথিক্স হায়বদি করিনো? (খেলেম্বা তুং হল্লি) মোরেল ভেলু খঙদবা নখোয়না ঐঙোন্দা ইথিক্স খঙদবা ওইনা লৌবা য়াব্রা?(লাউদুনা) য়ু গেট আউট ফ্রোম হিয়াব! গেট আউট!

খেলেম্বা - (ঙক্লা শাউনা) অঙ্কল।

নোংশাবা - চঙজরক্লবা হাযবসিদি থাদোকপা য়াওগদবনি। নখোযদা থাদোকপা য়াওদে।(তাঞ্জাসিদা মংলেমনা মাঙ থাদুনা তম্পাক অমদি তম্ফামণি চঙলকই)

মংলেম - য়ানি য়ানি ইমা চঙবীরকউ।(খেলেম্বা তম্পাক অমসুং তম্ফামণি উবদা খৌতক তৌই)

খেলেম্বা - (ফিংলপ) থেঙ্ক য়ু অঙ্কল। নহাক্কী অহোংবা অসিনা ঐবু থৌনা পোকহল্লি। ঐ অমুক হল্লক্লোই। (থওইদনা তম্ফামণি অমসুং তম্পাক উহন্দনা থুনমক মমায লৈদুনা নোম্বদুনা চেনখি, পূম্নমক্লা ঙক্লা যেংনহৌই)

মংলেম - যানি-যানি ইমা লেঙশিনবীয়ু। (নোংশাবদা) ওঝাবু কনা-কনা য়াওগদগে। ইম্ফাল ব্রেষ্টকী ও সি অমসুং আই জি পীদি লৈবে।

নোংশাবা - কোন্না চঙহল্লকউ ঐ কৌবক্কে।

মংলেম - ফনি ওঝা! (মংলেম থোকখি)

নোংশাবা - কবি-কবি তাকপীনিংবা হায়বীয়ু! (তম্পাক নোংশাবা উবদা মশা থক থক নিকই শাউই ময়া চিকই, তম্ফামণিনা নোল্লুক্লা ঙাঙবা হৌরকই)

তম্ফামণি - ঐহাক জি এ সি এগেন্স ডি ব্রুটেল কিলিং ওফ নোংযাইগী সেক্রেটরী তম্ফামণিনি ইমা অসিনা নোংযাইগী ইমানি।

নোংশাবা - (নোংশাবা থওইদনা য়েংই) ও ! তাকপীয়ু! তাকপীয়ু!

তম্ফামণি - হৌখিবা নবেম্বরগী ৬ তা ময়ুমদা লাইরিক পাদুনা লৈজবা নোংযাইবু ইমূঙদগী চিংথোক্তুনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখিবসি ঐখোয য়ানিংদে, নোংয়াই মীচমনি। বেনাবসতা

হৌজিক- হৌজিক এম এ তন্নিবা তুংগী আশা লৈবা ছাত্রনি। মহাকপু হাৎপদা চেন্নরিবা পুলিসশিংবু দন্দি পীবীয়ু। লমদমসিগী পুলিসনা কমান্দোনা মীচম হাৎপগী চৎনবী অসি খুদত্তা লেপ্পু।

নোংশাবা - নুমিৎ অদুদা শিবিবসি পুলিসকী কমান্দো সিফাই মঙানি। মখোয় মঙা শিখিবগী ব্রাফম অমত্তসু নখোয় জি এ সিনা অমত্তা পন্দবনা করিনো?

তম্ফামণি - মদুদি খুৎলাই পায়বা মখোয় মশেল কাপ্লবদা শিবনি। লানফমদা খুৎলাই পায়বা মশেল কাপ্লদুনা শিবদা ঐখোযগী মোৎ ফোঙদোকনিঙাই লৈতে। অদুবু, মীচম শোক্লকপদদি ঐখোয মীযাম্মা তুমিন লৈথোক্লোই।

নোংশাবা - (হৈনদনা) ওকে- ওকে! ঐ নখোয়গী ব্রাখল খঙলে। লৈখিদ্রিবা নুপামচা অদুনা মীচম ওইবমদুনা পুলিস অমসুং মীহাৎপা হুবানবা কাংবুগা নোংমৈ কাপ্লবদা লৈখিদবা অশেংবা ওইবল্লবদি এক্স গ্রেসিয়া লুপা লাক্ষ অমা সবাধ নঙননবা সবকাবনা পীগনি।

তম্পাক - (খাঙবা ঙমদনা) নহাক্কী এক্স গ্রেসিযাগী কবিসু লৈতবা শেনফম অদুনা ঐগী ইচাবু অমুক হিংগৎহনবা ঙমগদৌবিবরা? (শাউনা) নোংশাবা! ঐনা নঙবু নশক যাম্মা মুন্না খঙবনি।ঐহাক মতম অমা নহাক্কা লোইনরম্বা নহাক্কী পুম্সিবু কন্ননবা হোৎনবদা মপুন্সি লোমখিবা নোংথাঙগী লোইনবীনি। (নোংশাবনা কযা থওইদে)

নোংশাবা - ও! ঐহাক্লসু উখ্রে খঞ্জে। নোংথাঙ ইযাম্বনি। ঐখোযনা অপূনবা লমদমসিগী শত্তম অমা শাগৎমিন্নখি। খঙনখিবা তিন্নখিবা মরুপ মপাংগী ইচানুপা ওইবম্বসিদা অমুক্কা হেন্না ঐহাক থম্মোয শোকই। ইতৈমা! হৌজিক ঐহাক্কা নোংশাবনা লমদমসিদা পামজবিবসি অচুম্বা অমসুং শান্তী লৈবা প্রজাগী চাউখৎপা অমসুং নুংঙাইবা লৈবাক অমা ওইবনি। ঐগী আশা অসি থুগাইবিবসি হুবানবা অমসুং মীহাৎপা কাংবুদা যাওবিবা ইতৈমগী ইচানুপা অহল মঙালগুম্বা লমদমসিদা চেংগুম শৌনগুম শৌবিবা কাংবুসিনি।

তম্পাক - (ঙাঙদুনা) নোংশাবা! ইমা লৈবাকসি নীংতমদবা লৈবাক অমরা নীংতম্বা লৈবাক অমবা। হায়বসি নহাক্না! খঙজদবসিদি ইকায়নিঙাইনি। ইমা লৈবাক্কীদমক মথৱাই কথোক্লিবা ইচাবু নহাক্না হুবানবা অমসুং মীহাৎপা হায়দুনা পাউথোকপদি ঐহাক্না য়ানিংদে।

নোংশাবা - মখোযগী মথৌ প্রজাদগী নমদুনা কিহন্দুনা শেল হুবানবা অমসুং মী হাৎপা নত্তনা অতোপ্পা থবক লৈতে। হুরানবা অমসুং মীহাৎপা হায়বসি মখোয়গী চপচাবা শক্তম তাকপা ৱাহৈনি। ইতৈমা অশিবা ইচাগী ৱা ঙাঙবা থম্মোয় শোক্লা লাকপীবনি কবিগীদমক অহিংবা ইচাবু কনখৎপীবিবনো? পুলিস বির্পোর্ত্তা শিবিবা ইচানুপাসি খুৎলাই পাথদুনা পুলিসতা এতেক তৌবা যাওদ্রবসু নুমিৎসিগী থৌবাং শীনবা যাওবা মীনি হাযবসি চপ চানা কনর্ফাম তৌবে।

তম্পাক - মরাল লৈতবা ইচাবু মবাল পীবদি মমা ঐনা যাবা ঙমদে।

নোংশাবা - (থওইদনা নোক্লগা) হ: হ: হ: হ: হ: ওকে ইতৈমা। ইতৈমসু খ্বাংদা হৈজ্রাং যেপ্তুনা ঐগা ৱাবী শাবা লাকপনি। ঐগী সেক্যুবিটিনা লৌহৌবে! ঐবু হাৎলগা ইচাগী লমন খুমনি হাযবা কান্নদবা অবানবা ৱাখলদু থাদোকউ। শিবিবা ঐগী সিফাই মঙাদুগী নুপী কযানো? মচা কযানো'' মখোযগী তলবনা হিংবা ইমৃংগী মবাইবক থীহৌনা মী কযানো?

তম্পাক - (কল্লব) ঐখোযনা মদু খঙলুবগী কান্নবা লৈতে। নখোযনা মযাম্বা হাৎকে তান্নরক্লগা মবাল লৈতবা মনাওবু হাৎপদি যানিংদে।

তম্ফামণি - নোংযাই মবাল লৈ-লৈতে হাযবসি হায কোর্টকী জর্জজ অমবু জুডিসিযেল ইনক্বাবী তৌহনগদবনি। মবাল লৈবমদ্রবদি হৌনবী মতুং ইন্না মীহাৎপা দন্দি পীবীযু। ৱাফমসিনা জি এ সিগী অপাম্বা ৱাফমনি।

নোংশাবা - (থল্লগা) ওকে জুডিদিসিযেল ইনক্বাবী চযোল অমগী মনুংদা শোযদনা তৌহল্লগে। কদায নখোযগী মেমোবেন্দম! (তম্ফামণিনা মেমোবেন্দম চে নোংশাবদা পী, নোংশাবনা লৌই)

| | | |
|---|---|---|
| তম্পাক | - | অচুম্বা লোৎশিনবা ইনকারীদি ঐহাক য়ারোই। |
| নোংশাবা | - | (থওইদনা নোক্লগা) হ: হ: হ:! ইতৈমা। ইতৈমগী পেন্দবা খোইবাং-খোইশাউনবা পূম্নমক থাদোকসি। ঐহাক জি এ সিগী অপাম্বা য়েংশিনগে। |
| তম্পাক | - | (শাউবা হন্দে) ঐহাক নহাকপু মশক মুন্না খঙবা মীনি নোংশাবা। ঐ হনখিবোই। |
| নোংশাবা | - | মদুনা লনাইগী ওইবা ৱানি। ৱা ঙাঙনবা হায়বসিদি মতাং- মতাংগী মত্তুং ইন্না ঙাঙনগদবনি। (কৌদুনা) মংলেম। (মংলেম চেনশিল্লকই) আই জি পি অমসুং ওসি চঙহল্লকউ। |
| মংলেম | - | ফনি ওঝা (চেনথোকখি) |
| নোংশাবা | - | ইবেম্মা নঙনা খবা জ্ঞান তায ইতৈমসি পূথোকখো। অশিবা হকচাং লৌদুনা সংস্কাব তৌ পোলোইথোকউ। সবকাবনা মবী লৈনবা খোংথাঙশিং লৌখৎলগনি। যাবে- যৌবো। (আই জি পী শ্যামসুন্দব অমসুং ও সি বীবচন্দ্র চঙলকই ঘুনিফোম শেৎলি, নোংশাবদা হৌনবী ইকাযখুম্নবা উৎলি) |
| তম্পাক | - | (লাউদুনা) ইচা মবাল লৈতববু মবাল পীশিনবদি ঐহাক্লা যাদে। লেম্না তোক্লোই। |
| নোংশাবা | - | (কল্লব) হায ইন্সপেক্টব মোযসি পূথোকখ্রো। মোযগী ৱাবী লোইবে। (তম্পাক অমসুং তম্ফার্মণিবু বীবচন্দ্রনা হোইদোকই ) |
| বীবচন্দ্র | - | মেমোবেন্দম পীবে হাযগদবা হায়বে যৌরীদো' লেঙথোক্লসি। |
| তম্পাক | - | (শাউদুনা কপ্পুনা) ইচা হাৎপা, ইপুবোইবা হাৎপগী লমন ঐনা কনাদা খুমগদগে হাযমদুদি ঈশ্ববতনা খঙগনি। (নোংশাবনা শাউনা যেংলকই) |
| শ্যামসুন্দব | - | (ইন্সপেক্টবদা ইস্থোখ্রো হাযবগী ইঙ্গিৎ তৌই, বীবচন্দ্রনা অনীবু ইন্দুনা হোইদোকখি তম্পাক্লা লাউ- লাউদুনা চৎখি) |
| তম্পাক | | ঐনা হিংলিঙৈদা লেম্না তোক্লোই। (বীবচন্দ্রনা তম্পাকপু ইস্থোত্তুনা পুথোকখি) |

শ্যামসুন্দব - (নুংশাশ্বব অমুক্তুং হন্দোক্লগা) তামো! তামোগী শাউগনবসি খরদং হস্থবীববদি পূম্নমকসি জয় তৌবা ঙশ্বীগদবনি।

নোংশাবা - ফজনা হাযবা ঈংথনা ব্রাবী শাবা যাবা অমত্তা ইযাম্বগা উন্নবা লাক্লে, তামো ফনা য়াম্না কন্ট্রোল তৌবনি, ব্রা কন্দ্রবদি (মঙক হাইদুনা) লমদমসিগী শাসন পুবা ব্রাশিল্লক্লে। নীংতম্বগী মিংদা হুবানবা মীহাৎপশিংবু শৌগৎলিবা প্রজা মীযামসি অহানবদা মীহাৎপা হুবানবগী ইমুং মনুং অমসুং মখোয়বু কিবদগী ওনলি অসিখক্কী কাংবুনি। হৌজিক লমদমসিগী পিপলশিংনা মখোয়বু কনানসু যাবক্তবদগী অঙাং ফাওবা ফাবা হৌরক্লে।

শ্যামসুন্দব - অঙাং ফাগৎলত্তুনা অঙাংবু মখোযগী লাম্মী ওইননবা শেম্লকপা হায়বসি যাম্না ইকাযনিঙাইনি।

নোংশাবা - ব্রাফমসি মখোযদদি ইকাযনিঙাই ওইদে। মবমদি মখোযগী অবানবা নিয়ম যাওদবা নীংতম্বগী মিংদা হুবানবা অমসুং মীহাৎপগী মতৌসি মখোযগী কাংবু মবক্তগী খঙনবক্তুনা মশিং নাযদনা মশা লোংনবক্তুনা মবোমদোম পাটি শেম্ববকপগী ব্রাফম জ্ঞান যাওদ্রিবা চৎলু- চৎকদবা, থম্মু থমগদবা, অঙাংদদি থোক্তে। নম্বব টু, জ্ঞান যাওবশিংনা হেক চঙদুনা ট্রেনিং হেক লোইবগা মবনাইগী অপাম্বদা চৎকদবদু অঙাং লাম্মীদদি থোক্তে। গ্রাউন্দ কটত্তগী অঙাংবু লান্না লমজিংবীদুনা কুইনা শীজিন্নবা যায। মসিদনি মোযনা অঙাং ফাবিবসে।

শ্যামসুন্দব - অদুদি অঙাংশিংদুনা হযেং চাউবত্তুনা জ্ঞান তাবকপা মতমদা মখোযবু লান্না লমজিংলক্লিবশিংগী মথক্তা অনৌবা পার্টি অমুক থোক্লকখিনি। মখোযগী মথক্তা লান অমা লাকখিনি।

নোংশাবা - মদুসু শোযদ্রবনি। এনিরে, নহাক যাম্না চোকশিনগদবনি। দেবিড তাঙ্খুলগী ভুংইনবশিংগী অবানবা মীৎয়েঙ হৌজিকসু হোংদ্রি। মসিগী মকদি ঐহাক্কী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবদা মমাংগী মিনিষ্টব ওইবম্নী খনোৎলা তাঙ্খুলনা ঐগী মীংচৎ থিননবা মক হুল্লম্মী অমসুং ঐগী মায়যোত্তা ভোট লেপখিবা লৈতাম্ছেম বীশ্বনাঠনা

মীয়ামদা মশাগী কান্নবা ফঙননবা মাইক্রফোন পায়দুনা লাউখি। ইতৈমনা লাক্কুনা ঐবু থৌনা হাপ্পখি। মীয়ামদা শেঙদোক্লমখি। (থম্মোয় শোক্লা) মদুগী মপালনা য়ূমথোং অমদা চত্তুনা ভোট থাদবীযু হায়কন্দনা তামোনা অমুক হন্না ভোৎ কাখি।

শ্যামসুন্দব - (নুংশিনা) তামো! তামোদি বালমীকি ওল্লবনি হৌখিবা ব্রাফম পূম্নমক কাউথোকপীযু। তত্তনা নীংশিংবীবদি পামজদে।

নোংশাবা - শ্যাম! (নুংশিনা) নহাক্তি পন্দিটনি, জ্ঞানিনী, অচুম্বা করিনো অবানবনা কবিনো, পাপনা কবিনো, পুইন্য কবিনো, নৈনবনা নঙগী নথৌনি। তামোগী ইবনাই সংসাব হাযববু নহাক অমসুং নহাক্কী নচাশিংগী কুম্মেনি। ইতৈমা অমদি নুংশিবদি ঐখোযগী ইনাক্তা অমুক হল্লক্কনি থাজদ্রে।

শ্যামসুন্দব - মতম মতমগী মত্তুং ইন্না ঐখোয হীবম থৌদোকশিংদা মাযোক্ল বা হাযবদুনি। ফিভমনা ঐহাক গব্রাদগী থোবকপা হেক যাদদুনা ইতৈমগা ইচানুপা নুংশিবগবু মফমসিদা উন্নহৌদ্রবসু কলকতাদাদা উন্নহৌই। ডি আই জি জুগীন্দগী মচানুপী থাদোইসনাবু ইমৌ ওইনা ইতৈমনা পুখিবনিনা ইতৈমগা নুংশিবগা শোযদনা হল্লকখিনি। (তাঞ্জাসিদা অঞ্জলী চঙলকই)

অঞ্জলী - (মকোক খুমদুনা নোংশাববু নোল্লুক্লগা) চাক্কা অমত্ত! চান্নবীববোইদববা?

নোংশাবা - নুংথিল চাক চাদর্বাসিদি ঐগীদি হৈনবী ওইববনি।

অঞ্জলী - লৈবাক্কীদা খন্দুনা লৈবদা ইশাগী খন্দবদি তৌবীনু। চাক লোইজবিবসি কুইবে।

নোংশাবা - শ্যাম! লাকও লাকও। বঙ্গলোগী ডাইনিং টেবলদা চৎলসি। (চৎখি)

অঞ্জলী - (চৎখিবা মতৈবুংঙোদা যেংলগা মকোক খুর্মলিবা মকোক্কী ফি থাদবগা) হৌজিক পুং কয়া তারবগে যেংউ।

শ্যামসুন্দর - য়াদদুনা তৌবিবনিনে।

অঞ্জলী - মী উন্নববু অদুক কুইনা- কুইনা উন্নরবদি কমদৌনি ?

শ্যামসুন্দর - ঐনা উন্নবা নত্তে তামোনা উন্নবনি।

অঞ্জলী - অদুবু মতম হায়বা অমসু লৈদনা।

শ্যামসুন্দব - ফরে- ফবেসে চৎলসি তামোনা ঙায়রন্নি।

অঞ্জলী - কেন্দ্রগীনি হায়দুনা নুপী - নুপা খরসু বঙ্গলোদা লৈহৌবি। ইতৈবুঙোং পাক লাক্লোই।

শ্যামসুন্দব - তামোসি মথঙ- মনাও হায়বা অমা লৈত্রে। অসুমায তৌববদি যাববোই।

অঞ্জলী - হযেংদগী ঐ হৌবগে। ব্রেক ফাষ্টকী মতম, চাবগী মতম, চাং নাইদবা য়াবোই। তুম্বা, চাবা, চাং নায়জখ্রবা ইতৈবুংঙোনা হোংলম্লিবা মওংসি ঐদি পূমঙক ঙকই।

শ্যামসুন্দব - (নুংশিনা য়েংলগা) অঞ্জলী! ঐহাক তামোগী খনবদা অৱাবা অমা ওই। তামোদি মহৌশানা শাউগল্লি, থৌবাং হে, জ্ঞান লৈ, পুকচেল শেংই, ঙাঙথোবকপদা ব্রেক লৈতে। ঐনা কিসু কিজবা অদুগা নুংসু নুংশিজবদি ঐখোয় তামোনি। (নুংশিনা) নঙসু ঙসিদি নকোক্কা খুমদুনা মৌ নহাবু মাল্লিনে।

অঞ্জলী - (নোকখি) খৎলনু খিৎ হনুথঙদা!

শ্যামসুন্দব - (নোক্লগা) নঙবু ঐগী ইম্মিৎ অনীসিদা মমাংঙৈগা শুকখেনবু খেন্নদেনে।

অঞ্জলী - (নোকখি) ঐনা মাযোক ৱা শান্নবা হনুদনবা।

শ্যামসুন্দব - সিঅা! (নোক্লগা য়েংলকই)

অঞ্জলী - ঐনা হনুহন্দবসিনা মোয পাবুংসু নহাগুম লৈবিবনি মীসিদি ৱাখলদসু অহস ওইবনি।

শ্যামসুন্দব নচানুপা সুন্দরমণিগী মমান্নবশিংনা নঙবু মমা মান্দে মচে মাল্লে হায়নবিবদুনি।(মখাজায়দা মখুৎনা শিকই)

অঞ্জলী - অযো! হিংচাবসিদি। ওস্থোক্লা নানা শিকখ্রে! খামদনা- ইতৈবুংঙোনা উবগা জাৎ- জাৎ খন্দুনা তোক্লবনি।

শ্যামসুন্দর - তনৌ তনৌরদনা নকোক্কা খুম্লদনা মৌনহা হেক মাল্লদনা নতৌদুদদি অমুক নুংশিরকইনহে।

অঞ্জলী - নুংশিবীরনু ইবুংঙো মতম হেল্লে।

শ্যামসুন্দর - নুংশিববু মতম হেনবা হায়বা লৈব্রা? (চঙশিল্লকই)

অঞ্জলী - (ইপ্লোক্লগা) ইঙাও ঙাওশিন্ননু মফমসি ইতৈবুংঙোগী অফিসনি। নমৌ ফঙলবনি।

শ্যামসুন্দর - (নোক্লগা) শম্বল খাবসি নোয় নুপীনা মহেল্লিনে হৈশিংবা। বঙ্গলো অসিদা তমোনা য়াদদুনা ঙবাংদগী হোংলত্তুনা লৈববে। হৌজিক বঙ্গলোসিগী মবেন্মসি নহাক্লি। ঐদি নঙনা হায়বিবা মখৈ ইনবা তাবনি।

অঞ্জলী - লাকওসে হৌজিক্তা পাখঙ মচা শাবদুনা ওইনবীবনু চহীদু আ যৌববনি। ইতৈবুংঙোনা ডাইবেক্ট ডাইনিং টেবললোমদা চঙলম্লর্বদি কৈদৌববজৎনো খল্লম্লনি। (থওইদনা চৎখি)

শ্যামসুন্দব - (কৌদুনা) অঞ্জলী' হে অঞ্জলী! ৱা অমা হাযখিগে।

অঞ্জলী - চাক চাদ্রিঙৈদা ৱাবী শাবোইসি।(থওইদনা চৎখি)

শ্যামসুন্দব - (চৎখিবা অঞ্জলী য়েংলগা মোমোন নোকই) মচানুপাগী মমৌ লাকঅবনিসে অদুবু মিস মণিপুব কন্টেষ্ট থোক্লবসু মিস তাখিনি। (নোক্লা নোক্লা চৎখি)

**অহুমশুবা উৎপা লোইবা**

# মরিশুবা উৎপা

(ঈশৈ শকফম, নুমিদাং ঈশৈ শকপী কৈন্যাহনবী থোরকই, ময়াম হুইশেল খোঙনবকই, খুবাক খুনরকই, কৈন্যাহনবী কেনা মযামদা খুইবস্মী, মাইক ওপরেটবগী মাইক্রফোন লৌখৎলি)

কৈন্যাহনবী - ঙসি ঈশৈ শৈফমসিদা তিনবীবিবা ময়াম পূম্নমকপু কৈন্যাহনবী না নোল্লুক্কবী। লমদমসিগী ইবাং মতাসিদা ঐদি ঈশৈ শকপকাসে তোকচরগে খনজববনি। অদুবু মীযাম্মা ঐবু নুংশিবীদুনা ঈশৈ শকপীননবা কৌবীবকপদগী ঐহাক লাক্কববনি। ঐনা মীয়ামবু ঐগী ঈশৈ তাবীবশিংবু অসুক্কী মতিক ইকায়খুম্নজে। অহানবা বাউন্দসিদা ঐ ঈশৈ অমত্তং শকচগে। অনীশুবা বাউন্দা মীয়াম্মা শকউ হায়বমখৈ শকচগে। ঐগী বিক্যুষ্ট হায়বু সবকাবগীদমক লৈবা খুৎলাই পায়দুনা নীংতম্বা ঙাকপা কাঙবুসু নীংতম্বা তাল্লিবা কাংবুসু, মীয়ামগী ঙাইহাক ব্রাখল পূক্লিং পোত্থাদুনা ঈশৈ-নোংমাই চত্থজবিঙৈসিদা নোংমৈতদি কাপ্পবীবক্কনু। (মীয়াম্মা খুবাক খুনবকই, কৈন্যাহনবীনা ঈশৈ শক্লকই, টুপী উপ্তুনা ঈশৈদা শেল থাবা মঙাল চঙলকই শেল থাই, তাঞ্জাসিদা তম্ফামণিসু চঙলকই মঙালগা তম্ফাগা যেংনৈ. নকশিন্নে কবিগুম্বা খবা লোন্না হাযনৈ ইঙ্গিৎ তৌনৈ. কৈন্যাহনবীগী ঈশৈ লোইবকপদা মীয়াম্মা খুবাক খুনরকই, অনীমক মতায় ওইবপ্না লৈথোত্তুনা ব্রাবী শায়, কৈন্যাহনবীনা মযাম্সু খুইকমদুনা ষ্টেজদগী ঈশৈ লোইবকপদা মখুৎ লোন্নদুনা কুমথখি, তম্ফামণিনা মঙালবু মখুৎ পাযদুনা চিংদুনা ঈশৈ শকফমদগী লাপতক্লা ব্রাবী শাবি, লাপতক্লা শকপা অনৌবা ঈশৈ অমগী ঈশৈ শৈহেক তাবি)

মঙাল - ঐহাক নহাকপু অমুত্তং উন্নবমগে লাকপনি।

তম্ফামণি - হৌজিক সবকাবনা শেম্বা বিপোটতা নোংয়াইবু নখোয়গা মবী লৈনৈ হায়না প্রমান কয়াগা লোয়ননা পুথোবক্লে।

মঙাল - মদুদি অরানবনি। ইনাওগা ঐহাক্কা অনীংবা অপাম্বা তোঙান-তোঙাল্লি। (নুংঙাইতনা) তম্ফা ঐহাক্লা ঐবু পোকপা ইপানা পামজরম্বা মঙলান মপুং ফাহনগনি। লোয়ননা ঐগী ইপাবু মীনুংশি লৈতনা হাৎখিবা মীহাৎপা পুলিস অফিসাব অমবুদি ইখুৎ অসিনা হাত্তুনা ইপাগী মঙশক তাল্লমগনি। মহাকপু ইমা লৈবাক্কী নীংতম্বগী বলি কৎকনি।

তম্ফামণি - মঙাল! (নুংশিনা) নহাক্কী অমসুং লৈখিদ্রবা নোংযাইগী ব্রাখলদা ইমা তম্পাক্কী হকচাং নোংম-নোংমগী শোঞ্জিল্লক্লে। মহাকপু লৈকাইগী ইমা-ইবেলশিং, ইচল-ইচেশিংনা কযাম কুইনা শেন্নদুনা লৈগনি। নাকল অমদা ঐগা নঙগা লৈনবা মবিসু মীওইবা কৌবনিনা নীনফুং- নীনফুং খঙনবকই। কযাম কুইনা লোৎপা য়াগনি।

মঙাল - তম্ফা! ঐখোয অনীগী নুংশিনবগী মবীগী ব্রাফম মতম পূম্নমত্তা কাউথোকউ।

তম্ফামণি - মদুবু ওইথোকপা যাববা? মঙাল! নোংমা নোংমগী ঐগী ব্রাখল অমসুং তাইবংপানবনা নহাক্কী ননাত্তা নকশিল্লগা পোত্থাফম খঙবগুম খল্লি। ঐহাক্কী থব্রাই হকচাং অনীমক নহাক্কী নফমদা চিংনবা লৈতনা কথোক্লবনি। ঐহাক্লা নহাকপু থম্মোয শেংনা নুংশি।

মঙাল - (মখযাৎ চিক্লপ) মীওইবগী মহৌশা পূম্নমক নাথৈবা নত্রবদি ঐগী লম্বী অসিদগী ঐহাক মায়থিদুনা হল্লক্কনি। ঐখোয অনীগী নুংশিবনা পূক্নিংনা শাগৎলুবা আশাগী মহুত্তা মোংফমদা ইশাবু থুনমক লৈবোল চনজননবা শেম্বদি ঐহাক পামদে। তম্ফামণি! নহাক্লা ঐবু নুংশিববদি লমদমসিদা লৈবিবা মরুওইবা সিভিল ওর্গনাইজেসন অমগী মেমবব ওইদুনা নশাগী খোঙফম অমা শেম্ন নবা হোৎনৌ।

তম্ফামণি - নহাকপু উদনা ঐহাক লৈবা ঙমদে মঙাল! ঐঙোন্দা কান্নদবা ব্রা মাংগদবা পাউত্তাক পীগদবগী মহুৎ ঙসি নহাক্লা লাক্লিঙৈসিদগী ঐহাক নহাক্কী নত্তুং ইনগনি।

মঙাল - ব্রাফমদু ঐঙোন্দা অনীরক শুনা হায়গনু। ঐনা লেল্লিবা পুন্সি অসিদা নুংঙাইবা হায়বদু য়াওদে। নুংঙাইবা য়াওদবা মফমদা নুংশিবগী মশক কৈদৌঙৈদসু থোবক্লোই।

তম্ফামণি - অব্রাবা মফম অদুদা মক্তুবা অমসুং অশেংবা ঐখোয় অনীগী নুংশিবগী ময়েক হেন্না শেঙলক্কনি।

মঙাল - অহলগী পাউতাক মতুং ইন্না যূম্বানবা অমসুং নুংশিবগী থম্মোয়বু ঐখোযনা লাপ্পা নাথৈদুনা থম্লে।

তম্ফামণি - নহাক্কা উন্নবা ফঙদনা থম্মোয়গী অব্রাবা খাঙগদবগী মহুৎ নহাকপু উবা মফমদা উনা- উনা নক্লদবগী অব্রাবা খাঙবদি ঐহাক ঙমগনি মঙাল।

মঙাল - (মঙক হাইদুনা) নত্তে- নত্তে তম্ফা! ঐবু ব্রাহনগনু।

তম্ফামণি - ঐহাক নহাক্কী অপাম্বা লম্বীদা সুপ্লতগী তুংইনবী ওইগে। চীফ মিনিষ্টব নোংশাবগী অফিতা নহাক্কা হাযবা খেলেম্বা হাযবদু লৈহৌই। ব্রাফমসিমত্তা ঙসাইদগী তমগে খনবনি। ঐহাক হেক্তা কাউই।

মঙাল - মহাককুম্বা মশাগীতা খনবা ওইজবা থিবা নীংতম লালহৌবু ললোনবশিংদি ঐখোযনা হিংনা থন্লোইদবনি। মখোযনা মীৎকুপ খুদিংগী ঐখোযগী মীংচৎ থীহনগনি অমসুং মীচম প্রজাশিংনা ঐখোয়বু লান্না পাউথোকহনগনি। (মঙালগী মত্তুং ইল্লকপা নহা চেনল্লিকই মঙালগী মাঙদা লেপ্লে)।

মঙালগী তুংইনবা- যাম্বা যেক্লবা লাকপগী পাউ ফঙলে। থুনমক মফমসি থাদোক্লসি।

মঙাল - তম্ফা! নহাক লৈহৌবো!

তম্ফামণি - ঐসু নত্তুং ইল্লক্কে। ঐবু কবিগুম্বা য়েক্লবনা নহাক্কী মবি লৈনবগীদমক ফাখ্রবদি ঐহাক্লা ফঙগদবা অব্রাবসি শিখিবনা শকক চাম্মা হেনগনি। (মপান্দগী ও সি বীবচন্দ্রনা লাউদুনা নকশিল্লকপগী মখোল তায়)

বীবচন্দ্র - (মপান্দা নোংমৈ কাপ্তুনা) মফমসিদগী মীযাম লেঙবা যাবোই।

মঙালগী তুংইনবা - য়াম্বা মাইকৈ অসোমদা খোঙলৈ থুসি!

মঙাল - (চৎকে তৌই) লৈহৌরো তম্ফা!

তম্ফামণি - (চপ লেপ্লগা, চিংনা য়েংদুনা মপী ইরা চেন্দুনা) মঙাল! ঐবু থম্লমগে খনগনু।

মঙাল - (চপ লেপ্লী, মখুৎ তিংথোবকই, তম্ফাসু মখুৎ তিংথোরকই তিংথোবক্লিবা মখুৎ অনী পায়নৈ মঙাল অমসুং তম্ফমাণি চেনখি তুংইনবা চেনখি ডাং ডাং নোংমৈ মখোল খবা তায়, তুমিন অমুক লৈখি)

## মরিশুবা উৎপা লোইবা

# মঙাশুবা উৎপা

(লৈমবেম্বীগী য়ুম অয়ুক খেলেম্বা অমসুং মহাক্কী লোয়নবা অমা চঙলকই, খেলেম্বা করিসু থওইদে, খলেম্বগী ওইথঙবা খুৎ তিংথোক্তুনা য়ুমগী কোলিং বেল তে লাউনা খোঙই, খেলেম্বা চঙলকই, লৈমরেম্বী য়ুমদা লৈবগী অচম্বা ফিজোলদা থোক্লকই, তিঙক্না খেলেম্বদা লৈমবেম্বীনা য়েংলকই)

লৈমবেম্বী - কবি মতাংগী ওইববনো? লেঙশিনসি। কনা উন্নবীগদবনো?

খেলেম্বা - য়ুম অসিদা ফম্বা লাকপা নত্তে। খঙহনবা লাকপনি। ঐহাক খেলেম্বা এলাইস খাবা এলাইস নোংথাঙনি। কবিনো ঐনা অঙাংশিং মফমসিদা থাজবদা মেডাম্না য়াম্না তাখৎপীবকই হাযদুনা ঐ লাকচবনি। ঐহাক অপূনবা লুপ কে আইছকী মীওইনি। ঐহাক ইশামক তম্পাক পুবনি।

লৈমবেম্বী - খববদা অপুনবা লুপ অনীশুদে অপূনবা লুপকী মশা অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বদুদা হাযজবনি। ঐহাক কনাদসু অকায়বা হায়জদে। অপূনবা লূপকী প্রেস ষ্টেটমেন্ট তাজবগা ঐঙোন্দা লুপা লাক্ষ মঙা পীদবা য়াবোই হায়দুনা লাক্লিবা চেরোলদু মফম মবাং খঙদে হায়দুনা ডষ্টবীন্দা থাদখ্রে হায়জবনি।

খেলেম্বা - লুপ অমা লৈদুনা চে থারক্লিববু থওইদবা, অপূনবা লুপ কে আইছ গ্রুপপু মশক খঙদে হায়বদি - ঐখোয়গী লুপকী চেবোলবু ডষ্টবী' দা থাদখ্রে হাযবদি ঐখোয়গী লুপ্পু থওইদে হাযবনি। ঐখোয়গী লুপকী চৎনথাপকী মত্তুং ইন্না ঐখোয়বু থওইদবশিংদি হিংনা অমত্তা থমদে। (লৈমবেম্বীদা মীৎচিনা থক খৎচিল্লগা) থুক লাউববা?

লৈমবেম্বী - নুপীনি হায়দুনা নখোয়না ধমকা তৌবগা ঐহাক্না কিগদবদি নত্তে। লুপা লাক্ষ মঙা হায়বসি মী অমনা ইকোম কোম্না তানবা ঙম্বা শেনফমলা? নখোয় অসি ঐঙোন্দা নত্রগা ঐগী পুক্সিদা কয়া য়াম্না

দরকার লৈদুনা নখোয়গীদমক লুপা লাক্ষ মঙাগীদমক ঐহাক্না থৌবাং তৌগদৌবিবনো?

খেলেম্বা - (শাউরকই)মেডাম! মণিপুর সবকারগী মকোক থোংবা অফিসাবশিং অমদি অচৌবা ফম পায়বীবশিংনা ঐখোযনা হায়বা ইন্দবগী ময়ূমদা বম পোকখাইখিবা, নোংমৈ মখোল তাহন্দুনা অখাক অবাও নঙহনবদা থওইবক্তবদগী অশি অনা থোকহনবা মীৎকপ- মীরাও নঙহনবগী পাউকাসিবু অমত্তা তাবীদ্রিবরা?

লৈমবেম্বী - নখোয়গী টেবোরিষ্টকী ওইবা থৌওংনা কিহন খঙহনবদুনা ঐগী ব্রাখল হোংগদবা নত্তে। ঐবু ইমা পাবুংনা সবকাবগী থবক তৌহল্লকপা হিংননবা শেল খবা তানজরিবসিদা নখোযগী শরুক য়াওদে। শেল তানবা কয়াম ব্রাবগে হায়বসি খঙননবা থবক শু। অব্রাবা খাঙ্ঙু। কান্নদবদা ঐখোয়দা মাথা শাহনগনু ঐ থবক য়াম্ন া লৈ (চঙগে তৌই)

খেলেম্বা - (লাউবকই) ঙাইখো! (খেলেম্বনা মখুৎনা ইঙ্গিৎ তৌদুনা খাম্মী) নহাক লৈশাবীনি। নুপীমচানি। নঙবু পেৎ মেৎখাযদুনা হাৎপদি মীৎসু কুপ্লোই। অদুবু অপূনবা লুপ কে আইছনা নুপী অঙাংদা খুৎ হেক থাদবা হায়বা ব্রাফমদুগী য়েংদুনা নহাক্না ঐখোয়দা লঙজবকপা নবাল ১০৮ ফাওবদি ঙাকপীখিগনি।

লৈমবেম্বী - ঐহাক্কী পুন্সিদা কনাদসু লাল্লত্তে। নীংতম্বগী মীংদা লমদমসিদা লৈবিবা টেবোষ্টিশিংবু ঐহাক্না পূক্লিং খক থৌগৎলোই। ঐহাক্না বিষ্ণুপুবগী এস ডি ও ওইবিঙৈ মতমদসু নহাক ঐগা থেঙনখ্রবা মীওইনি। নহাক্না লালহৌবগী মিংদা ঠিকাসু লৌই, নখোযগী ঠিকাদা ছাত্রগী স্কুল বিল্ডিং নীংখায়দুনা ছাত্র হাৎপা ঙম্বা মখৈ শাবিবা যূমশাদুনা নখোযগী ব্রাখল্লোন খঙই।

খেলেম্বা - (হৌনা) ১০৫! নঙনা ঐবু ইবাল শিরিবসি ১০৫ শুবে হাযখো।

লৈমবেম্বী - ঐবু চীংদা ট্রান্সফার থাননবা নহাক্না কনর্সন মিনিষ্টবদা ধমকা তৌবম্মী, চীংদা তাবা অমবু তমদা সেক্রেটবিয়েত্তা ঐগী ইহুত্তা পুরক্লবা হোৎনবম্মী। ঐবু অশোনবনি খল্লম্মী। অদুবু ঐহাক্তি শোন্দে।

খেলেম্বা - পুম্নমক্কু অরানবা পাউ মক্তনি। ঐখোয়না ইমা লৈবাক্কী নত্তনা অরানবা ৱাখল খন্দে। মেডাম। নহাক লাইরিক হৈবী নতিক নগুণ লৈরবী অতাংবা নুপীনি। হন্না- হন্না ঐখোয়গী ৱাগী মায়য়োক্তা লেপ্তুনা থওই উশিত্তবগী ফল মতম নকশিল্লকপা নত্তনা করিসু ওইরোই। নহাক্লা ঙাঙলিবদু শমান লেঙমান্নবা নুপা অমনা ঙাঙবা ওইরন্নবদি ঐখোয়গী ইতিক ইগুণ ঙসাইনা খঙলনি, নশাদু মচেৎ-মচেৎ চিন্নার কাইবগুম্না ঙসাইনা তোইরনি। (মঙক হাইরগা) নুমিৎ ৬নি। তাইবং থৱাই মঙা, মিগা থানা তরুক কঞ্জননবা পীরি। ৬নিশুবা নুমিত্তা ঐখোয় মফমসিদা লাক্কনি। মতমদুদা ঐখোয়না পীয়ু হায়বা শেনফম পীবা ঙমদ্রবদি চাকঙন চাথোক পিবল্লো। নুমিত্তুদা চাবিবা চাক্কুনা পুক্নিগী অবোইবনি খনবীয়ু। ঐ চৎলে। (হায়বল্লগা থওইদনা চৎখি, লৈমবেম্বী শাউনিংনা মহাক্কী থাবিবা য়ূমগী চৌক্রিদা ঙেক ফমথৈ চৎখিবদু তবংদা যেংই, তাঞ্জাসিদা গাডি অমা খামখিবা মখোল তায, লৈমবেম্বী থওইদনা গাড়ি মখোলদুদা য়েংদে, মশা নান্না মংলেম চঙলকই শুকথদুনা লৈবিবা লৈমবেম্বীদা ওনশিন্দুনা মচেক্তা কৌবকই)

মংলেম - ৱা অমত্তা হঙজগে? ঐখোয় মেডাম লৈমবেম্বীবু? (লৈমবেম্বী তপ্পা মংলেমদা যেংলকই, মংলেম খঙপ্রেক খঙই) ঐদি অতৈ- অতৈ ওইববোই খল্লুবে ইবেম্মা! কৈদৌবীবগে?

লৈমবেম্বী - মীশিংসি য়াম্না উশিৎ থওইখিদ্রে খোইদৌসি যাম্না শাউনিংখ্রে তা- মংলেম।

মংলেম - কনানা কৈদৌবা যাওববগে ঐখোযসু লৈজবি। মণিপুবগী চীফ মিনিষ্টব অমসুং আই জি পী অনীমক্তা পুন্না লৈমিন্নজবিবনি কমান্দো শঙ্গু অমা থাজিল্লগা নৈখায়হনজগে।

লৈমবেম্বী - অপূনবা লুপ কে আইনি হায়।

মংলেম - হেবা অদুবু ৱা ওইনা হেক ঙাঙলদনা খেলেম্বগী কাংবুনি। মোই মী ১৪/১৫ না শেম্বনি মী যাওবীনিঙাই লৈতদুনা লম

লাপ্না- লাপ্না হাইথরগা অঙাং ফাবগা য়াওহল্লিবনি। মখোয়না হায়বা ইল্লি, জ্ঞান তায়, অঙাংনা ফৈ, খঞ্জবিবু হয়েং অঙাংশিংদুনা হেক চাউবকপা জ্ঞান হেক য়াওবকপদা মোয় মথক্তা লান হৌদুনা কুম্মৈ ওইনা পুমতুম তুমদৌবিবনি। মখোয়না করি হায়বিনো?

| | | |
|---|---|---|
| লৈমবেম্বী | - | লাক্ষ মঙা পীযু নত্রবদি হাৎকনি হায়বি। |
| মংলেম | - | লাক্ষ মঙা! লীশিং কুনমঙা পীববদি মেক লাউনববোই। |
| লৈমরেম্বী | - | (ঙক্লা) য়ানগদ্রনে? |
| মংলেম | - | যানবদি লীশিং মঙানা য়াবসু য়ায। মচিৎ মচিৎ হাপ্লক্লে হাযবগা হাপতবসু যায়। ঐখোয লৈবিঙৈদা ইবেম্মমক্তবু হাৎপা কায়বা ব্রাহৈদুদি ফববসু ফত্রবসু পি আব ও মংলেমসি লমদমসিদা থম্মোয শেঙনা পাখঙ ওইবকপনি। হেবা ঙাঙনগে ঐ' হেবা মোইগুম্বা ঙাঙনববু! |
| লৈমবেম্বী | - | (নুংঙাইতনা) হৌজিকমক লাক্লগা ধমকা তৌবম্মী। |
| মংলেম | - | কদোম চৎখি। ঐ তান্নরুগে। (ধমকা তৌই) |
| লৈমবেম্বী | - | যারনি তা মংলেম। নুমিৎ ৬নিগী মত্তুংদা অমুক লাকখিনি। |
| মংলেম | - | ঐ লৈগে। ঐ ঙাঙনগে। চপ চানা হাযনগে। ঐখোযদসু ঐখোযনা তাযনবা ঙম্বা ব্রাথোক থৌদোক মচা- মচা তাকপীবকউ কৈদৌবগে ঐখোয় লোইশিঞ্জগে। |
| লৈমবেম্বী | - | (মশাবু অমুক্তুং কন্ট্রোল তৌবগা) এনিরে তা মংলেমনা লাকপীবিসি কবি লৈবীগে? |
| মংলেম | - | ঐসি ইবেম্মখোয় মখা থঙবগীদা লৈবা মকুপ মুনালখোযদা চঙলুবদগী লম্বী মাপা থোকই হাযদুনা ইচম চন্না চঙজবকপনি মবেং- মরেং হায়বদুনি। |
| লৈমবেম্বী | - | (খিত্তং নোক্লগা) অদুদি চা থকখিসি। |
| মংলেম | - | তৌবীকববনু। ঐ মুনালগীদা থকচরক্লে। ব্রাবী ঙাইহাক শাবা ফঙজবসি ওহ্বোক্লা নুংঙাইজখ্রে। |

লৈমরেন্বী - ঐহাক্তি মহৌশানা ঐহাক ইশাদা লাকপা ৱাফম অমত্তা কনাগুম্বা অমত্তদা শীন্নথোক্তে।

মংলেম - ইতোমতা ওইদুনা তৌরিবনি। পুক্নি হায়বসিদি ইতোমতগী ওইবা খক য়াদবনি। ঐসু ইতোমতগী ওইবসি য়াদে খণ্ডলকপদগী অনী শুনিংলকই। অনীদু শুরবদি খন্নবা, তাখোক তাশিন হায়বা অমা যায়দনা। মীওইবতা নত্তনা লাইদা ফাওবা যুবা-যুরা শেন্নিবনি। রাধা-কৃষ্ণ, শিব দুর্গা, নোংপোক-পান্থোইবী, লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী। অনী পূনবগী শক্তি হাযবা অমা লৈবনি।

লৈমবেম্বী - (ফল্লপ যেংলগা চীং লেম্না) তা মংলেমনা পাম্বীবসি কবিনো? করি হায়বীনিংবনো?

মংলেম - অহল-লমনগী ৱাহৈদা অযুক্তা মেলৈ লাংবা, নুংশিৎ মাইবম লশিং কাপ্পা, শগোল মমাং পুন পুবা হাযনবা ফবক তাবৈ থবক্কুদি নচ্চদে।

লৈমবেম্বী - এক্সকুাজ মি তা মংলেম। ঐ অথুবা থবক খবা লৈ। থোইদোকপা মবম লৈত্রবদি তা মংলেমসু য়ৌবীবো ঐসু অমুত্তা লোইশিজরুখিগে। (থওইদনা চঙখি, মংলেম ইঙক-ঙক্লা লৈহৌই)

মংলেম - কবিনোনে মসি লৈশাবীসিবো! লৈশাবীনা অচৌবা ওফিসাব ওইবসিদি নাকল অমদা কৈনোম তৌই হাযনবসি চুম্মীদনা। ঐনা লাক্লিবসি মাবু নুংশিবদগী পাম্বদগী লাক্লিবনি! ঐনা হায়দোক্তবসু ঐগী মওং-মতৌদা খবদা ওইববসু খণ্ডবা য়াইদনা। অফিসতা ঙাঙনবনা ফল তাববোই ময়ূমদা ঙাঙনবা লাকপনি। ঐবু গোপাল অঙাওবা থুংলবদৌনা ইতোমতা হুঞ্জেক্লম্নগকা চৎখিনে। হে-হে (খল্লগা) নত্তে মায়সিবু ঐঙোন্দা যাদ্রিবজাৎলা? অথুবা থবক লৈ হায়বম্মীকো! (হম্থবগা নোকফেৎ) মশানা যাবে কনর্ফাম তৌদ্রিবা ফাওবদি মানা হায-হাযবা তৌতাবেদনা। নুপীসিদি থাক মান্নদবা কোইগে খনবা হৌনদেকো! হৌবদা ঙায়বি ৱাখ্রেবা! (ফন্দুনা মুক্তুনা চৎখি)

**মঙাশুবা উৎপা লোইবা**

# তরুকশুবা উৎপা

(তম্পাক্কী য়ুম নুমিদাং, তম্পাক ইহৈ হৈনিংদনা ব্রাখল ইনুং নুংঙাইতনা থোক্লকই কৈন্যাহনবীনা মৌনহাগী নুমিদাং ফিজোল ইচম- চম্না তরু- তনানবা শেত্তুনা তুংইল্লকই)

কৈন্যাহনবী - (চঙশিল্লক্তুনা) ইনে তম্পাক! ইনে পোত্থাবীহৌবো! ঐখোয় অমুক য়ৌজরগে।

তম্পাক - কৈন্যাহনবী! য়ৌবো- যৌবো! চিঞ্জবিবা নখোযগী নাথৌ মযাম মবক অদুদা ঐবুসু য়েংশিনবীবা হেক- হেক লাকপীবিবসি ঐহাক পুক্সিগী কাওথোক্লোই।

কৈন্যাহনবী - চিনবা হায়ববু চিনখ্রবা জাৎনি। মবকসিদা পামজৈ হাযদুনা মীনা পাম্ল- পাম্লবীদবা ঈশৈসু হেক খবা- খরা শকচিল্লুবেদো!

তম্পাক - কবি পামনদনি। ঐখোয়না ইচা ইমৌ ওইবগী কবিসু থওইদবনি মণিপুব পুম্বসিদা কৈন্যাহনবী হায়রবদি নহা-অহল পূম্নমক্না পূমঙাও ঙাওনরিবনি । নচে খোমদোবীনদি লতা মঙ্গেসকবনা শকপা তাগদববুদি কৈন্যাহনবীনা শকপা তাগে হায়জবিবনি।

কৈন্যাহনবী - খঙদেদা ইনে! মযাম্না নুংশিবীবগী তাকপীবনি। অদু ইনে নহাল নোংমা অব্রাং লৈকাইগী লম্পাক্ত ঈশৈ শকফমদা মঙাল মানখ্রবা পাখঙ অমা শেন থাবা চঙলক্লম্মী, পুলিসনা নহাবোল তান্নবকপদা ঈশৈসু ঙাইহাক কায!

তম্পাক - নচে খোমদোনবীনসু অদুম হায়।অদুবু ইনে থাজদে। মঙালনা অমুক হন্না ইমাংদা লেপলগনি হাযবসি ঐগী থাজবগী ব্রাংমনি। (নুংঙাইতনা মপী তৈথোক্লগা) ইনে কবিসু হাযববোই। মনাও নুপা লৈতবগী থৌরমদা লৈ মনা অমত্তসু কৎলখিদ্রেদনা! থা কয়া শুখ্রে। মরাল লৈতবা ইচাবু লান্দে হাযবা পূথোক্তুনা তুমিন লৈখ্রেদনা। ইচাগী মিংদা শেম্বা ইনক্কাবি কবি কান্নবি? পূম্নমক মীনম্বা ঙাক্তনি।

কৈন্যাহনবী - (নুংঙাইতনা) পুম্নমকসি ঈশ্বরগী লীলা হায়রদুনি। করিসু হেঞ্জিন্না খল্লুরনু ইনে।

তম্পাক - (মঙুক হাইদুনা) পূম্নমকসি ঈশ্বরগী লীলা নত্তে। মপূক ফত্রবা মশাগীতা খনবা মীওইবা অমগী লীলানি। ঈশ্বরনা ঐবু মীওইবা ওইনা হিংদুনা লৈহননবীবিবা মখৈগী ঐহাক কৈদৌগদগে খনগনি। য়াবে- য়ারে! (ৱা ঙাঙগে খনবা ঙাঙথোক্তুনা) কৈন্যাহনবী যৌবো! ইনেসু পোত্থাবগে।

কৈন্যাহনবী - ইনেনা লেক্কনু হাযবগী লেক্তবনি। ইনেনবু চিংনরবদি ঐখোয মযাম্না শীন্ন- শীন্নদুনা অহিং লেকপা যায়।

তম্পাক - হুম নখোয কনাসু অহিং লেক্কনু। ইনেগী হকচাং কবিসু তৌবসু নত্তে। যৌবো- য়ৌবো পোত্থাজবব্বো!

কৈন্যাহনবী - লৈহৌবোকো অদুদি ইনে। মথঙ লাকপদদি ইনে। তাবা নুংঙাইগদবা হৌজিক মতমগী ঈশৈ অমা শক্লগে।

তম্পাক - (ঈংনা) যাবে যাবে যৌবো! (কৈন্যাহনবী চৎখি, তম্পাক্লা থোং লোনশিল্লি, চঙশিল্লক্তুনা হিপ্পনবা হোৎনৈ, অমুক খোযবাংনা হঙ্গৎ হন্দা ইমূংদা চৎলি) ঐহাক হনুদুনা চৎপা ঙবদ্রবী নত্তে। কৈদৌঙৈদসু ঐহাক্লা তুমিন লৈথোকফম থোক্তে। ঐগী ইপুরোইবা, অমদি ঐগী ইচানুপাবু মীনুংশি লৈতনা হাৎখিবা মীহাৎপদি হৌজিকসু হিংলি। মমা অমা ওইনা, নুপী অমা ওইনা, ইচা- ইৱা হাৎপা মীহাৎপা মীশক খঙনা খঙনা নীংঙাইদনা কযাম কুইনা ঐনা লৈথোকপা ঙমগনি? (তাঞ্জাসিদা মঙাল অমসুং মহাক্কী তুংইনবা অমা চঙলকই, মঙালগী তুংইনবনা কোইনা যেংই, মশাদা যাওবা খুৎলাই শৎলী নাক যেৎ যেংই, মঙালনা যেৎ থঙলা খুৎ থাঙ্গৎলি, তুং ইনবা চেনথোকখি, মঙাল য়ূমগী থোংজিন্দা লেপ্পী তপ্পা থোঙদা কাক কাক মখুৎনা যৈ) কনানো? (মমাগী মখোল তাবদা থুক লাউই)

মঙাল - (মপী ইবা চেন্দুনা) ইমা! (ইমা হাযবা খোঞ্জেল তাবদা তম্পাক অঙাওবীগুম্মী চেনশিল্লক্তুনা থোঙ হাংই মঙালনা

থোঙজিন্দা লেপ্তুনা লৈবম্বদা ঙাঙথোকফম খঙদনা তবংদা মচানুপাবু য়েংলকই, মঙালসু মমাবু উবদা লেপ্তুনা মপী শীঙ্খবকই) ইমা! (অমুক্তা কৌবকপদা তম্পাক অঙাওবীগুম্না হিক-হিক কপ্পকই, মঙালনা চঙশিল্লক্তুনা মমাবু খুইরম্মী, তম্পাক্না নুংশিনা মচাবু কোনখৎলি) পুক্নিং ৱাখল শোঙ্খবা লৈতননবা ইমাগী খোঙয়া উফুল লৌবা লাকচবনি ইমা!

তম্পাক - নহাক লাক্কনি হায়বা ইমা খঙই। মতম পুম্না নমায় পাকউ।

মঙাল - (ৱানা) য়েক্লবগী অকনবা চেকশিন থৌবাংনা নহাকপু উননিংবা চাম্মা লৈরবসু ননাক্তা লাকপদি ঙমদে। ৱাখলনা চাম্মবক হন্না ইমাগী খোংয়া থম্বাল শোকচৈ। নহাক্কী থৌজাল ফঙলবতদা মাযথিবা হাযবদু পুক্সিগী ফঙলোইদবগুম খল্লি।

তম্পাক - মঙাল! ইমাগী অচৌবা! নপা হাৎপা য়েক্লববু ঈগী লমন খুম্মু। (কপ্তুনা) ইমা শিববসু পেনগে নহাকপু পোকপগী মহৈ ফঙলে খনগে।

মঙাল - ইমা! ঐবু লমজিংবীবিবা ইযাম্বশিং অমদি অহলশিংনা লমন খুম্বা হাযবা ৱাখল্লোনদি য়েমৌনহল্লে। অদবু য়েক্লববু মাংহনবা হাযবা ৱাফমদি অযাবা পীবনিনা ঐখোযগী লানফম অসিদা মখোয মচিল মনাওদি ঐহাক্না হিংলিঙৈ পুক্সিদা হিংনা থল্লম্লরোই হাযবা ৱাবেপ ঙসিসু হোংদ্রি। নোংশাবা অমসুং শ্যামসুন্দবনা পামজবা লমদমসিগী শাসন মোংফম মনুংদা তৌহনগনি। (মখযাৎ ক্রক-ক্রক চিকই)

তম্পাক - ঙসিদি ইচাগী ৱাবেপ্তা ইমানা থৌনা হাপকে। নঙবু পোকপা নপানা ইমাদা ৱাবী লিবম্মী হৌজিক লমদমসিদা পাল্লীবা চীফ মিনিষ্টব নোংশাবা মমায অনী পান্দুনা খুৎলাই পাযদুনা নীংতম লালহৌবদসু লুচিংবা অদুগা ওভব গ্রাউন্দগী লুচিংবা ওইবা নত্তনা সিভিল ওর্গনাইজেসন অমগীসু লুচিংবা মীহাৎপনি। মযাম্বগী মীংচৎ কননবা মথৌ মশক খঙবা শাবা এস পি শ্যামসুন্দব!

মঙাল - হৌজিক্তি চাউবে, আই জি পী ওইবে ইমা!

তম্পাক - (অঙাওবীগুম) মাননি! মাননি নঙবু পোকপা নপাবু মীনুংশি লৈতনা হাংখিবা! মদুসু সুপ্নতগী তোঙান-তোঙানবা মমায় পানবা নোংশাববু কন্ননবা। চহী কয়া লোৎলুরবা মহাক হল্লক্লে।

মঙাল - (নুংশিনা) তোক্লসি ইমা, ৱাবী পূম্নমক নচা কাওজদে। ইপাগী খোঙ্গুল লীবদনি ঙসি নচানা ইমাগী নাক্তগী লাপথোকলিবা। লমদমসিগী পুলিসকী মকোক থোঙবা অমবু খুদুম করম্না চানগদগে ঐখোয চ্যেকশিন্না থৌবাং তৌবি ইমা।

(তাঞ্জাসিদা মঙালগী মোবাইল ফোন্দা কোল অমা লাকই, মঙালনা মোবাইল লৌথোক্লুনা পাযখৎলি)

মোবাইলদা - হেলো সি টু।

মঙাল - হেলো সি টু পাযজরি।

মোবাইলদা - ও সি বীরচন্দ্র অমসুং মহাক্কী কাংবু লাক্লে।

মঙাল - থেঙ্ক যু।ঐ খঙজবে! (ওফ তৌই) ঐহাক চৎলুখিগে ইমা! য়েক্লবশিং লাক্লে।

তম্পাক - (নুংশিনা) মঙাল! ইমাদা য়েক্লবা মাঙহনবগী পাউ তাহল্লু। নপাবু মীনুংশি লৈতনা হাৎখিবা নোংশাবগী মনাওবু হাৎলু। মচাদা মমানা মীহাৎপা ওইয়ু হাযবসি জগৎকী মমা ওইবীশিংনা হায়দ্রবসু ইমানদি নঙোন্দা হায়রি। য়েক্লববু হাৎপা ঙম্মু। (থম্মোয শোক্ল া মচানুপাদা অশিবর্বাদ পী, মঙাল মমাগী মতৌদা নুংশিনা যেংই)

মঙাল - ঐহাক পূম্নমক কাওজবোই ইমা! নচা চঙ্চকখিগে। (থুনা যাংনা চৎখিবগা কান্নদনা নোংমৈ কাপ্নবগী মখোল তায তম্পাক্লা খা-ৱ াং চেন্দুনা যেংই তপ্না তপ্না নোংমৈ মখোল লেপখি ও সি বীরচন্দ্র অমদি মহাক্কী সিফাই চেনশিল্লকই নোংমৈ থাঙ্গত্তুনা, তম্পাক তুমিন ফল্লি)

বীবচন্দ্র - ইমা তম্পাক! কাপত্রিবা নোংমৈ মংাম অদু ইমাগী সন্ত্রীশিংননি। অমম্বা অহিংসিদা কদায় কদায়দনো হৌজিক্তি লোইনমক চেনখ্রে। নচানুপা হুবানবা মীহাৎপদুনা কবি হায়রম্বনো?

তম্পাক - ইন্সপেক্টর! ঐঙোন্দা ৱাকায় ঙাঙগনু। নখোয়না মরাল লৈতবা ইচানুপা নোংয়াই হাৎপগুম মমা ঐবুসু কাপ্পুনা হাৎলু। অদুগা ঐবুসু লালহৌবা য়াওই হায়য়ু।

বীরচন্দ্র - ইমা তম্পাক পুলিস মীহাৎপা নত্তে। ঐখোয়না লমদমসিগী মীওই কনানা কৈদৌবি হায়বা খঙই। নচানুপা হুবানবা মীহাৎপদুনা হৌজিক্তা মফমসিদা নহাকপু উন্নবা লাক্লম্মী হায়বা ঐখোযনা চপ চানা খঙই।

তম্পাক - ঐগী ইচানুপাবু মীহাৎপা হুবানবা হাযনা হন্না হন্না কবেম্নগনু।

বীরচন্দ্র - লমদমসিদা নীংতম্বগী মিংদা লালহৌবা অমত্তা লৈতে। লমদমসিদা লৈবিবশিং অসিদি হুরানবা মীহাৎপশিংনি। লালহৌবশিংগী মথৌ হাযববু নম্বব ৱান হুবানবনি। প্রজাগী মবল নমদুনা লূট তৌবনি। অদুগা অমুক মী হাৎপনি। হনুবী নঙসু পঙকুই কুইদ্রবনি।

তম্পাক - নখোযনা শীনিংবা ইবাল শীবদা ঐহাক ৱা ঙাঙলোই। হাৎনিংবনা ঐবু লাক্লগা হাৎচবোলাও হায়দুনা নিঙাইদনা অহিং অসিদসু থোঙ লাউনা হাংদোক্লুনা লৈবিবনি। ঐহাক শিবা কি৺া মমা নত্তে।

বীবচন্দ্র - (উশিত্তনা) নঙদি হাৎলোই হনুবী। নহাক উন্নবা লাকপা মীহাৎপা হুবানবা নচানুপাদু মশাদু মচেৎ- মচেৎ- মচেৎ মশা পূম্বা পূমচাই চাইহনগে। যাইমা!

কমান্দো - সাব!

বীবচন্দ্র - (চৎসি ইঙ্গিৎ তৌবগা থওইদনা চৎখি, সিফাইনা তুং ইন্নখি তম্পাক্লা শাউনা য়েংদুনা লৈহৌই)

তম্পাক - ঐগী ইচানুপানা কনাগীদমক শেল খায়, কনাগীদমক নমদুনা শেল খাযদুনা, হুবানবগী শক্তম লৌই, কবম্বা কনাবু হাৎলি - মীহাৎপা ওই হায়বদুদি মমা ওইবী ঐহাক্লা খঙই। লমদমসিদা মীহাৎপা হুবানবা অশেংবা কনানো হাযবদু মীয়ামদা মযেক শেঙনা মমা ওইবী ঐহাক্লা উৎকনি। (শাউনা তম্পাক চৎখি)

# তরেৎশুবা উৎপা

(লৈমরেম্বগী য়ুম, নুংথিল টেলিফোন লাকই, লৈমরেম্বী চীং লেম্মা থোক্লকই মহাক্কী রেটিং রুমনি, টেলিফোন পায়খৎত্রিদ্রৈ ঙাঙ-ঙাঙদুনা টেলিফোন মনাক্তা চঙশিল্লে)

লৈমরেম্বী - কনানোনে চখোক্লমদাইদা লাক্লিবসিবো! (টেলিফোন পায়খৎলগা) হেলো?

মংলেম - (টেলিফোন) হেলো! ঐনি মংলেমনি। অমুক্তা লাকচগে।

লৈমবেম্বী - হৌজিক ঐহাক চখোকচগদৌবে।

মংলেম - (টেলিফোন) করিনো ছুটি নুমিৎকাসিবু কোইদুনতা লৈবীবব্রা তৌবীবিবসিবো?

লৈমবেম্বী - ছুটি নুমিৎনা হেন্না থবক য়াম্মী হায়বদুনি তা মংলেম। করি লৈবীবগে!

মংলেম - চা অমত্তা থকপা লাকচগে খঞ্জবম্বনি।

লৈমবেম্বী - (খিত্তং নোক্লগা) ঐগীসিদি হোটেল নচ্চদে।

মংলেম - খুদোং চাবীদ্রবসু ঐ পুজবক্কে। থকমিন্ননিংবগী ব্রানী। ব্রাফম অমত্তংসু অরোইবা অমা খঙননিংই।

লৈমবেম্বী - (নোকনিংবোই) করি ব্রাফমনো ঐ জ্ঞান তাজদ্রে।

মংলেম - ঐ লাকচগে। মিনিট অমত্তা ঙায়বীরম্মু!

লৈমবেম্বী - ঐহাক থবক লৈজে। (টেলিফোন থম্মী) কবি নুপানো খঙদে চীফ মিনিষ্টরগীদা লৈবা মী ওইবম্বসিদা ঐনা খরদং হনবনি। (তাঞ্জাসিদা খেলেম্বা চঙলকই)

খেলেম্বা - ঐনা খঙহৌদনা চঙশিল্লকপসিদা থুক লাউবা ফাওববা?

লৈমবেম্বী - ও! ঐহাক সোমগী কাংবুবু লাক্কদ্রা ঙাইজরম্মী। হায়নখিবা নুমিত্তদি লাকপীখিদ্রে।

খেলেম্বা - নুমিৎ অদুদা চীফ মিনিষ্টরগীদা পি আব ওইবা মংলেমনা ইম্ফাল ব্রেষ্টকী এস পিদা অমদি ও সি বীরচন্দ্রদা পাউ পীদুনা অদোম্না চথখিবা থৌরাংদু ঐখোযনা খঙখি। অদুননি, নুমিৎ অদুগী মথঙ নুমিত্তা ঐখোয়না অদোমগী গেত্তা চাইনিজ হেন্দ গ্রেনেড অমা খুদোল ওইনা থমজবম্বদু।

লৈমবেম্বী - ও: বোম থমজিনবী নোংমৈ কাপশিনবীসি নত্রবদি নখোয শেল খাযবা খুৎলাই পায়বগী থবকসি লৈত্রববা?

খেলেম্বা - হৌজিক্তি বোম লঙশিন্দুনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা ঐখোযবু শক খঙহন্দ্রিবা মখৈ শেল ফঙদে। নীংতম্বগী লানফম হায়বসি শেল য়াওদ্রবদি ওইথোক্তবনি।

লৈমবেম্বী - লমদমসিদা নীংতম্বগী লানফম অমত্তা লৈতে। শেল তানবা, কিহন্দুনা শেল থাইবা, শেল তানবদি লৈ নীংতম্বা তানবদি লৈতে হায়বসিদা অদোম্না কবি পাউখুম পীবীনিংবগে?

খেলেম্বা - ঐখোয অৱাই অখুমগীদমক লাকপা নত্তে। শেল লৈবগা নীংতম্বা ফঙগদবনি। শেল পীয়ু যাদ্রবদি হীংনা ফাওবা থল্লেই। শেল পীয়ু য়াদবগীদমক মদোমগুম্বী লমদমসিনা আশা তৌনবী নৌবিবী অফিসাব অমগী পৃক্সি মাংখিবদি তশেংনা ঐখোযসু পাম্মুজে। ঐখোয় ইবৈবাক চাশিংবু নুংশি। ঐখোযবু নুংশিবা উৎপা ওইনা ঐখোয়না হাযবা শেনফম শৎ- শৎ পীথোকউ। অদু ওইববদি কনাগসু হাযনবোই।

লৈমবেম্বী - য়াম্না ৱানা হোৎনজদুনা ঐহাক লুপা লীশিং ২৫ দি শেম শাজবে। লৈবীবম্মু লীশিং ২৫ পাযবীথ্রো!

খেলেম্বা - (শাউবকই) ঐখোযনা হাযজবম্বদি লাক্ষ মঙানি। লাক্ষ মঙা হাযবসি অদোমগুম্বী অমনা পীবা ঙম্বা শেনফম অমনি খঙলগনি।

লৈমবেম্বী - ঐহাক্কী ইমৃংসি ঐঙোন্দা ডিপেন্দ তৌবনি। ইনাও নুপী অনী ইপ্পা অমা মহৈ তম্বা মপান্দা থাজবিবনি। ওইবোইদবা পীবা ঙমলোইদবা শেনফম পীনবা হাযজিনবীবক্লগা ধমকাসু পঙতৌ তৌবীনু। লৈবীবম্মু। (থওইদনা চঙখি)

খেলেম্বা - ধমকা খবা তৌরগা খরা হেন্না থোকখিগনি। (কাতু কারল চৎলি) বাং লাউনা পোকখায়হল্লবদি- করিসু কান্নদবদা। (তাঞ্জাসিদা লৈমরেম্বী শেল ময়োম পায়দুনা থোরকই)

লৈমবেম্বী - লীশিং ২৫সি লৌশিনবীয়ু। মতুংদা অমুক হন্না ঐগীদা লাকপীনু। বোম লঙশিনবা নোংমৈ কাপশিনবা তৌবীগনু। (খেলেম্বনা শেল লৌই)

খেলেম্বা - অব্রাৎপা শেনফম কৈদৌঙে পীগে হায়বিবনো?

লৈমবেম্বী - অব্রাৎপা শেনফম হায়বা অমা লৈতে। ঐগী অরৈবা শক্তিনা মশানা বোম লঙশিল্লক্কনি নোংমৈ কাপশিল্লক্কনি পীবা য়াবা খরদং পীখো হন্না হন্না হায়মনবদগী ঐ মীঙোন্দগী পুবগা পীজবনি। মখা- নুংখা হাযবীরক্লগনু। মদুনা লোইবে।

খেলেম্বা - নহাক্না নচলশিং নৌপ্বা শেম্বগী অব্রাবা লৈ হায়ববনিনা। ঐনা ঙম্বা তাবা য়াবা তাবগে। লুপা লীশিং ২৫ অমা মথঙগী থাদা ঐগী মী থাবক্কনি। মদুদা পীদ্রবদি অপূনবা লুপ কে আইছ কযাম শাথিবগে হাযবদু খঙগনি।

লৈমবেম্বী - ঐগীদি অবোইবনি হায়খ্রে। মখা পীবদি ওইথোক্লোই।

খেলেম্বা - অদুদি নহাক্কী য়ূম অসি উফুল তানা থুগাইয়ু হাযবিব্রা? (খঙহৌদনা নোংমৈ কাপ্লকপা মখোল তাই, লৈমবেম্বী পাখৎনা লৈশিন্দ্রু লৈ, নোংমৈ কাপ- কপ্তুনা খেলেম্বা চেনখি, তাঞ্জাসিদা মংলেম চেনশিল্লকই)

মংলেম - (পাখৎনা) অমা তাদুনা লৈহৌবে।

লৈমবেম্বী - তা মংলেম নঙ লাকপা ফবে। ঐ পাখত্তুনা লৈববনি। নঙ ঙাইহাক্তা লৈখো!

মংলেম - ঙাইহাক্তা লৈবগী ব্রা নত্তে পুন্সি চু প্লগী লৈবগে লাক্লবনি।

লৈমবেম্বী - মাথা শাবিঙৈসিদা ইরাং লাংনু। মোয় কাংবুদু হল্লক্তনা তোক্লোই।

মংলেম - হঞ্জবকসনু কৈদৌবগে! ঐগা থেঙনগে।

লৈমরেম্বী - পুলিস কাংবুনা লাকপদা মপা চান্নরম্বগী থোকপা মাল্লি।

মংলেম - অমা তাদুনা লৈহৌরে।

লৈমরেম্বী - এনিরে ঙায়হাক লৈখো।

মংলেম - ঙাইহাক্কী ব্না নত্তে, পুন্সি চুপ্পা ঐ শঙজগে। অসিগুম্বা ব্নার্থোক-লাম্থোক ময়ামসি ঐ তায়নজগে। ইবেম্মনা এম সি এস ওইবীরবসু ঐহাকসু চীফ মিনিষ্টর ওঝা নোংশাবগী য়েংথঙবা পাম্বোম ওইনা লৈজবনি। পঙমীসু মীবাইবীগনু।

লৈমবেম্বী - নঙগী ব্নারেমদু কোন্না ঙাঙনসি।

মংলেম - নুপা নুপীগী ব্না হায়বসিদি ব্নারেম নত্তে। তংইবং পানবা হায়বসি অনী শুদ্রবদি শেৎ অমা শুকচা চাদবনি। ইবেম্মনা অফিসিয়েল ইমান্নবশিংগী মমাংদা ঐ পি আর ওনি নহাক্কা য়েংনবদা হৈ্হে খনবীববসু থবকসি তোকথোকচগে। চহি১৫ হেন্না চীফ মিনিষ্টবগা লৈমিন্নবক্লবা নুপানি পঙলাই লাইনসু খনবীগনু থাউগী ডুকান্দ অনী ঐগী মিংদা অমা, ইনাওনুপাগী মিংদা অমা লৈবে। বজাবদা ডুকান্দ প্লোৎ অনী অমগা লৈজবে হিংবদা পঙচোপ চোপ্লবোই খঞ্জে।

লৈমবেম্বী - (ফলপ য়েংলগা) ব্নাফমদু কোন্না খন্নসি। ইমূংদা ইমাদু মশা কয়া নুংঙাইহৌদে নোংমৈ মখোল ময়ামদুদা ইথক থক্কৎখ্রে। ইমূংদা চঙলকউ।

মংলেম - শোবাৎ শোল্লবসু ঐ শোঞ্জগে। ইমাগী সেবাদা বিনিতগণদা মিংদদি য়াওহনবীয়ু লৈমবেম্বীগী মপূবোইবনি হাযদুনা।

লৈমবেম্বী - তা মংলেম নঙসি য়াম হেঞ্জিল্লক্কদৌবি। ঐ খাঙবা ঙম্লোইদৌবি।

মংলেম - ঐনা হায়জবিবসি খাঙবা ঙমদবদগী হাযজবনি।

লৈমবেম্বী - লাকও-লাকও ইমূংদা ইমায় মনাক্তা ঙাঙনকসি। (লৈমবেম্বী নোকফেৎনা চঙখি)

মংলেম - (লৈমরেম্বীনা চঙখিবদু য়েংলগা) ব্না হায়ববু অসিদা লোইবেনে।

নুপী নুপা চেনবা হায়বসি খঙহৌবা নত্তে। কৈথেলদা ষণ ৱাইনবদগী চেনবদসু নুপী চেল্লি হায়নরিবনি। ওসি মোয় ময়ূমদা নোংমৈ কাপ্পবগী থৌদোকসিদা (তুমিন চপ লেপ্পুরগা) মীগীদি নুপীনা চেন্নে হায় করিনো ঐগীদি ঐনা ওইনা চেনশিনবা তারব্রো? হৌজিক ঐনা ডুকান্দ প্লোট অনী, থাউগী টেক্কী অনীকা হায়থ্রিবদু ঐগীদি অমফাও লৈজবা নত্তে। হেবা লৈ-লৈতবা হায়জিনলগা লোইবে। অসিবু ফঙলবদি ঐদি মণি ফঙবগা চপ মান্নদৌরীনি। জয় মংলেমগী পাখঙ লাইবক। (নোকফেৎনা ইমূংদা চঙখি)

**তক্লেৎশুবা উৎপা লোইবা**

# নীপালগুবা উংপা

(শ্যামসুন্দরগী য়ূম নুংথিল অঞ্জলী মশা নান্না চীং লেম্না থৌবাং হৈবী য়ূম্নুবেম্মী অমগুম্না ইরাং- লাংদুনা থোবকই, মতোমতা ইবাং লাংজৈ)

অঞ্জলী - থবকশিংসি ইহিং- ইহিং- হিংই। নোয লমদমসিগী সিফাইশিং ওবডালিশিংদগীদি গন্নাগীনা য়াম্না হেল্লিকো! লুখোই! (কৌদুনা) লুখোই।

লুখোই - (মনুংদগী) মেডাম!

অঞ্জলী - লৈকোল ঈশিং চাইথোকউ। নোয সাহেব লাক্লগা ঙাইহাক চখোকপদা থবক ফবা শাদুনা হোবে- হোবেকা তৌবা যাবোই।

লুখোই - (মনুংদগী) ফনি মেডাম!

অঞ্জলী - ঐখোয়না হেক য়েংশিন্দবদা য়ূম।সি পুমওন হেক ওল্লম্মীসে। (কৌদুনা) বহাডুব!

বহাডুব - (মনুংদগী) মেডাম

অঞ্জলী - মী তোয়না চঙলক্লবদি নশানা খঙনা তোইনা শিংতোক নানথোক্কদবনি। কা অসি অমুক্কা শেঙদোকউ।

বহাডুব - শেঙজগে মেডাম। (তাঞ্জাসিদা সিফাই অমা চঙলকই অঞ্জলীদা নোল্লুকই)

সিফাই - মেডাম নুপী অমা অমুক্তা চঙজবক্কে মেডামগা অমুক্তা উন্নজগে হায়বি।

অঞ্জলী - কবিনো য়ূমসিগী মীবাকর্সিদি। কদাযদৈ নুপীনো?

সিফাই - কেন্দ্রগীনি মেডাম। লৈশাবীনি।

অঞ্জলী - মত্তুংদি হযেং লাকউ হাযয়ু। মখা মী চঙহল্লক্লনু। নুংথিল মী য়াম্না উন্নবা হৌনদে।

সিফাই - যেস মেডাম।

অঞ্জলী - (ইচম চম্না) চঙহল্লকউ- চঙহল্লকউ! নোয় সার লাকপা মতম য়ৌরবনি। চ্যেকশিন-চ্যেকশিন্না লৈয়ু। নোয় মনিং মমাংগী ডুকানশিংদা কোই হায়বা পাউ তায়। চৎপা য়ারোই।

সিফাই - ফনি মেডাম।(তপ্না হাদনা থোকখি)

অঞ্জলী - কেন্দ্রগীনি হায়বা নুপা নুপীশিংনা ঐবু উন্ননিংবসিদি ! (তাঞ্জাসিদা তম্ফামণি অচম ফিজোলদা খাউ মযোম অমা পায়দুনা চঙলকই)

তম্ফামণি - ইনেবেম্মা!

অঞ্জলী - (ইচম চম্না) চঙকউ! চঙকউ!

তম্ফামণি - (ঈংনা চঙশিল্লকই) ইনেবেম্মা!

অঞ্জলী - কনানো ইবেম্মদি? ঐবু কেন্দ্রগী মীসি ভোৎসু যাওদবনিনা শুননবা খঙদেনে।

তম্ফামণি - ঐহাক তখেল্লম্বম লৈকাইদগীনি ইনেবেম্মা! লৈখিদ্রবা হিবামোৎকী মচানুপী অহলনি!

অঞ্জলী - ইহে- হে। তা হিবামোৎতি খঙই। ঐখোযগী ইনেমবোক ইমাইবেম্মা বাজলক্ষ্মী লৈরিঙৈদা ইমূং -মনুংগী থবক শুবা ঙাইহাক লৈতনা লাকচবম্মী। ও:তা হিরামোৎতু লৈখিদ্রবোইবে নুংশিদা। ইনম্মদুদি কমদৌবি? নোইদি লৈশাবী দবল ফাববনিনা লম্বীদা থেঙনবদসু অমত্তা মশক খঙলবোই।

তম্ফামণি - ইমাসু মশা ঙমদদুনা চথোকপা ঙমদদুনা লৈ। ইনেবেম্মা! (ঈংনা) সিফাই ময়াম খনবসিদা ইপ্পানিপা অহলদুমতা য়াওহনবীয়ু হাযজগে লাকচবনি। থবক অমত্তং তৌহৌদ্রবদি ঐখোয় লৈকাইনগা মী ফত্তবনে হৌজিক্কালগী মোয অমদু যাওখিদবা হাযদুনা ইমানা যাম্না পাখৎপদগী ইনেবেম্মসু থোবক্লবনিনা ঐহাক ইনেবেম্মদা হেক্তা হাযজরগে লাকচববনি। চানবীদুনা মত্তেং পাংবীয়ু।

অঞ্জলী - কেন্দ্রগী মী পূম্নমক্না ব্রাফমদু য়াম্না হায। অদুবু নোয মাম্মোদি সিফাই খনবসি য়াওদে। ডি জি পীগা এডিসিনেল ডি জি পীগনা

তৌবনি। হোম মিনিষ্টবনসু ইন্টরেষ্ট লৈ হায়। ইতৈবুংঙোসু ব্র ানোম্বা করপসন মশানা য়াদবনিনা য়াওদে। মশা ফহল্লু মবাইনা খঞ্জনি।

তম্ফামণি - হৌখিবা এস সাই, এ এস আইসু রিতন টেষ্টকা লোইনা পাস তৌবগা লাক্ষ ১৫ পীবা ঙমদবদগী খলহৌদবে। ইপ্পাদু মথব্রাই য়াম্মা নুংঙাইতে। মাইঙোগা অঙ্কল নোংশাবগসি ইনেবেম্মনা তাইনবীদ্রবদি যাবরোই। হোম মিনিষ্টবদি মাগী কেন্দ্রগী মীদি লুপা অমা লৌদ্রবসু সিফাই হাপ্পী হায়। মী অতৈগী কেন্দ্রদগীদি ফকথবগে হাযবসিদা লৈরে হায। হৌজিক মতমসিদদি পুলিস ডিপার্টমেন্টদগী হেন্না থবক্কী ইন্টবভিয়ু হায়দোকপা ঙমদ্রবনিনা-ঐখোয়বু যেংবীগদবসি ইনেবেম্মা নত্তনা লৈতে।

অঞ্জলী - খঙদ্রেনে ইবেম্মা তৌদৌসে।

তম্ফামণি - ইনেবেম্মা লাকপদগী ঐখোয কেন্দ্রগী মীপুম খুদিংমক য়াম্মা হবাওনববনি। ইনেবেম্মদি মযাম্মুসু নুংশিবী অদুগা মবুকসু ফৈ হায়দুনা মযাম্মা ঐখোয় কেন্দ্রগী ইমানি হায়না' ইনেবেম্মবু হাযনববনি।

অঞ্জলী - (হবাওনা) অদুমক হেক হায়নবব্রনে?

তম্ফামণি - ইনেবেম্মগী ইনাক্তা চত্তুনা ইনেবেম্মবু উন্নরুবা মীপুম খুদিংনা হাযনৈ।

অঞ্জলী - (ঈংনা) ঐখোয ইতৈবুংঙোগা নোয মাম্মোগসি ঙাঙনবা ব্রাখ্রবা ঙাক্তনি। ফবে ঐ হৌদোক্লগে। ঐখোযনা ক্লাটবদগী যুমদা হল্লক্লবনিনা ইতৈবুংঙোসু নুমিদাং ঐখোযগী নাক্তা লাক্কনি। হৌবেল মচিল মনাও পুল্লব লৈবিঙৈদা ঐ হৌদোক্লগে।

তম্ফামনি - ইনে বেম্মা ঐগী ইপ্পাদু সেরিযেল নম্বব ২১২৫ নি মমিং হীবাচ দ্র কৌবনি।

অঞ্জলী - য়াবে - য়াবে। হয়েংলা হংচিংলা অযুক লাকউ। নুংথিলসি ঐহাক থবক যাম্মা চিল্লি।

তম্ফামণি - ফনি ইনেবেম্মা অদুদি। ঐনা য়ূমদা পানবা হৈ- রা খরদং ইনেবেম্মা হাবা য়াগদ্রা হায়দুনা হেকচরকপনি।

অঞ্জলী - নো- নো- নো কবিগী পুবক্লিবনো। ঐখোয়না নখোয়দা ঐখোয়না পীবা ঙম্বা অঙম্বা পীগদবনি।

তম্ফামণি - অদুম তাকপীনু ইনেবেম্মা। মামোগী চাক্কা চাবদসু চাবীবা য়াগনি। ঐখোয চমপ্রাসি যাম হাওবনি। অৱাথবীসিসু ঐখোয় ইংখোলদা পানবনি। অযুক্কী মামোগী ব্রেকফাষ্ট ওইবীয়ু য়াম থুমগনি। (পোলিথিন অমসুং চেকখাওদু টেবল মথক্তা থম্মী)

অঞ্জলী - যাবে য়ারে। মত্তুংদি তৌবকনুকো। মত্তুং লাকপদদি নশা ঙাক্তা লাকউ। (থওইনা য়েংদে)

তম্ফামণি - অহোই ইনেবেম্মা।

অঞ্জলী - য়ৌবো-যৌবো! ঐ হৌবেল নহাক্কী ৱাফমসি হৌদোকপীবগেকো। য়ৌবো যৌবো

তম্ফামণি - যাম নুংঙাইজবে ইনেবেম্মা! অমুক য়ৌজবে। (তম্ফামণি তপ্পা ঈংনা মোং হাদনা চৎখি)

অঞ্জলী - (চৎখিবদু ফল্লব যেংহৌবগা) মশকপু ফনা ফজবিনে। ৱাবগী তৌবনি। কেথোক্লবদি মশকসি দমাদম ফজনি। (কৌদুনা) বহাডুব! বহাডুব কৈদৌবে?

বহাদুব - (মনুংদগী) ঐ কা শেংদোকচবি মেডাম।

অঞ্জলী - ও ফবে- ফবে! (তাঞ্জাসিদা শ্যামসুন্দব লাকপগী গাড়ি মখোল মযাম তায়, অঞ্জলী মপুবোইবা লাকপগী মখোল তাবদা মপৃক্লিং ইরাং লাংজৈ, তাঞ্জাসিদা শ্যামসুন্দব অচম্বা ফিজোল শেত্তুনা থবক হল্লকই, অঞ্জলী উবদা নুংশিনা যেংজৈ)

শ্যামসুন্দব - কদায চত্তৌরিগে?

অঞ্জলী - (নুংশিনা) করিনো হায়বীবিবসিবো! মোয় ববা থবক হনবীরক্কদৌবিবসিদি!

শ্যামসুন্দর - (নুংশিনা) ঐহাক্না থবক হেক হল্লকপদা নহাক্না যুমদা তঙ্গৈং- তঙ্গৈংনা লৈরম্বসি উবদা অফিসতা ব্লাকবা, খোইদৌ শাউনিংলুবা, লাংতক্করবা লোইনমক পুমকোক কোকই। (অঞ্জলী শ্যামসুন্দরগী মতৌদা নুংশিনা মোমোন নোকচৈ) তশেংনমক ঐগী পুন্সিগী লাইরেম্বী হায়বদো ঙসিসু তশেং- তশেংলি।

অঞ্জলী - নচানুপাগী নমৌ ফঙবীরবনি কাওবীনু। নচানুপা অতোম্বসু মোক্মোদগী ডাক্তব তম্বা লোইরক্কদৌরবনি।

শ্যামসুন্দর - ঐনা যুমদা হল্লকপসিদা ইচাগা ইমৌগা যুমদা লৈরমদবদি ঐহাক কবিসু খল্লুদে, ইচানুপা অতোম্বা অমত্তা নীংশিংদে, নহাক লৈরমদ্রবদি ঐনা নুমিৎতুমা খোইদৌ শাউগৎকদবসিদি। (অঞ্জলীনা শ্যামসুন্দরগা ব্লাহৈদা নুংশিনা নোকচৈ) নচানুপাগা নমৌনুপীগা লৈতে হায়দুনা মখোয়না কোইথোকখ্রিঙৈ হল্লক্লিফাওবা যুমদা মতম খরা লৈরুগে লাকপদগী খিত্তং হেক ঙৈংই। চীফ মিনিষ্টর বঙ্গলোদু ঐহাক পোথাবা শুকফঙ ফঙদে। ঐখোয় তামোনা মতোমতা লৈবা নুংঙাইতদুনা ঐখোয়গী ইনাক্তা চেল্লকপসিনা যুম অমুক মাল্লক্লে।

অঞ্জলী - (ঙৈংনা) ঐখোয়গী যুম মসিগী মরাইবকসি অঙকপনি। ইমাইবেম্মনা মচাশিং অমসুং মশুশিংগীদমক অচৌবা থৌরাং অমগা লোয়ননা মরাং কায়না মথোল অহুমগী অচৌবা বিল্ডিং অমা ওইনা শারম্বনি। অদুবু যুম অসিদা অমুকথক ঐখোয় পুনবা নত্তনা অনীশুবা ঙমখিদে।

শ্যামসুন্দর - ঐখোয়বু পোকপীরম্বী ইমা রাজলক্ষ্মী মাংগী অমসুং তুংগী খনবা হৈবী থৌরাং হৈবীনি। তোক্লসি নুংঙাইবা ব্লারী শাসি। ঐখোয় তামোসু যুমদা হল্লক্কনি হায়বকপনি।

অঞ্জলী - ইতৈবুংঙোগী ডিনর অসিদা শেল্লে ইতৈবুংঙোনা পোথাননবা মহাক্কী কা অমুক তরু- তনাম্না শেঙদোকচবে।

শ্যামসুন্দর - (ঙৈংনা) পুম্নমক্তগী যুম হায়বসিনা মতম পুম্নমক্তা নাখৈ শেঙই। হায়দি- পোষ্টিং মফমগী বঙ্গলোদা লৈরে পোথাফম খণ্ডদে। যুম

হায়বসিদনা নে হেক তাজে। অসি ওইরমাল্লে পন্দিতশিংনা হোম সুইট হোম হায়নরিবদো।

অঞ্জলী - অদুবু য়ুমসিদা হেক নাথৈ শেঙনা লৈবসিদগী পূক্লিংসে করিগুম্বদা হেক- হেকসু খোইরাংই।

শ্যামসুন্দব - (মমিং লাউথোকই) হুম! করিনো নঙনা হায়রিবদো।

অঞ্জলী - অয়ুক্তা অমসুং নুথিন্দা ঐবু উন্নবা লাকপা কেন্দ্রগী মীশিং অমসুং মরুপ মপাংশিংগী ঋাকৎ ময়ামসিনা ঐহাক মীগী মত্তেং খরদি পাংগে খল্লে।

শ্যামসুন্দর - নঙনা হায়রিবসিদি থবক খনবগী ঋানিনে। অ: ঐগী ঋা হায়ববু ঐ অমা ডি পি সি মেম্বব ওইদে, ঐ থবক হাপপা ঙমদে। ডি জি পীদা ঐনা হায়জরুবা ঙম্লোই। ঐখোয় তামোসু চীফ মিনিষ্টর ওইজববসু পোর্টফোলিও অমত্তা পায়দে। থবক খনবগী থবকসি হোম মিনিষ্টবনা তৌবনি।

অঞ্জলী - ইতৈবুংঙোনা চীফ মিনিষ্টর অমা ওইনা পোর্টফোলিও অমত্তা পায়দ্রবসু মহাক্কী এপ্রুবেল য়াওদনদি সবকাবগী ওর্ডর অমত্তা থোক্তে। হোম মিনিষ্টরসু অতৈ মিনিষ্টবশিংসু ইতৈবুংঙোদা হায়জবগদবা ঙাক্তনি। ইমুংসি লমদম অমগী মকোক্কী ইমুংনি।

শ্যাম - ঋানোম্বা হায়বসিদি মতিক চাদবা মীতনা তৌগদবনি। ঐহাক্লা অসুক শাংবা মতমসি ইচা অমত্তগী অমদি ঐ ইশাগীদমক কনাগী মফমদসু ঋানোমলক্তে।

অঞ্জলী - অদুবু লুরিবদি- নহানমখৈদি য়ুম অসে য়ুম্বুরেম্বী লৈরমদে। হৌজিক ঐহাক্লা লাকপসিদা য়ুমসিদা য়ুম্বুরেম্বী লৈরে খন্দুনা ইচা- ইনাইশিংনা খোগুল লীরকলিবনি। ঐখোয় খবদি তৌবা তায়। মীয়াম্মা ঐখোয়গী ইনাক্তা লাকপদা থম্মোয়শেংনা ঐখোয়গীসু মফম অমদি উৎপা তায়।

শ্যাম - ঋাফমদু ঐহাক করিমতা হৈনিংদে অঞ্জলী। তশেংনমক মন্ত্রীগী য়ুম হায়বসিগা পুলিস অফিসারগী য়ুম হায়বসিগা অনীসি

য়াম্না চানদবনি। মফম মরাং খওদবা মী কয়া কেন্দ্রগী ইমা ইন্দোল, ইচে-ইচল হায়দুনা পওচও চওবদু ঐহাক পামদে। মদুনা ঐঙোন্দা করিসু হৈনিংহনদে।

অঞ্জলী - (ঈংনা নোক্লগা) নহাক্লা হৈনিংনবা ঐহাক ঈশৈ অমা তাহনগে। ঐখোয় সুন্দরমণিগী কাদগী ফঙবনি। ঈশৈসি ফনা ফজবা ঈশৈনি খল্লি।

শ্যাম - ঐহাক মীনা শকপা ঈশৈ তানিংদে। নহাক্লা ঈশৈ তানিংলগা ঐহাক শকপীগে!

অঞ্জলী - (নোক্লগা) মোই বাবু ঈশৈ হৈবরা?

শ্যাম - ঈশৈসি ঐহাক্লা লোন্না- লোন্না ইতোমতা হেক হেক ঙঙবনি। ঈশৈসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা মমানা ঐবু শুন্বদা হেক- হেক শকই!

অঞ্জলী - (হবাওনা) ঐঙোন্দা করিগী অদুক কুইনা লোৎলিবা ঐযাম্না তানিংলে মোইববা!

শ্যাম - সিওর! ঙসি নহাক্লা য়ুমসিগী ৱারী অমদি ঐখোয় মমাবু নীংশিংহনবদা ঐহাক ঈশৈসি নীংশিংলকই অঞ্জলী। (অঞ্জলীগী মনাক্তা নুংশিনা চঙশিন্দুনা নুংশিনা ঈশৈ শক্লকই)

নঙগী নুংশি ৱাখলদা
অহিং নুংথিল অনীদা
ঙাওজবম্বা খোইমুনি ঈখৌ লাংজবা।।

ঙসি অহিং নৈকোলসে
বসন্তগী অয়ূক ওইসনু
পোমশাংনবী নঙগী লৈবাং লৈনাদা
ওইজগে খোইমু লমহেনবা।।

হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোকশিং
নোংমদি শোয়দনা লাকখিনি

নীংশিংবগী তোববান্দা
উদুনতা লৈবী নহাকসে
ওইজগে ঐগী নুংশি লাইরেম্বী।।

(ঈশৈ তানা তানা অঞ্জলী মপী ইরা চেল্লি, মমিত্তা রোহিতপু ঈশৈ লোইরকপদা অঞ্জলীনা খুবাক খুই, মপীদি লেপ্তুনা, শীট্টে)

শ্যামসুন্দব - (নুংশিনা) করিগীনো কপ্লিবদি?

অঞ্জলী - নহাক্কী ঈশৈ অসিনা ঐবু রোহিত অমদি ইমাইবেম্মা রাজলক্ষ্মী নীংশিংহল্লি। ঐহাক খাওবা ওমদে মোই ববা!

শ্যামসুন্দর - (মপী তৈথোক-তৈথোক্লা ঈংনা নোক্লগা) অদুদি নহাক্কী ঈশৈ কেসেটপুদি ঐগী ঈশৈনা হেল্লেদনা। (অনীমক্লা নোকই, নুংশিনা য়েংনৈ, তাঞ্জাসিদা নোংশাবা লাকপগী গাড়ি মখোল তায়)

অঞ্জলী - (ইথক থকৎচনা) ইতৈবুংঙো হল্লক্লমলে।

শ্যামসুন্দব - (নোক্লগা)ঐখোয় অনী লৈতবদুদা মহাক বঙ্গলোদু হৈনিংলম্লরোই। (তাঞ্জাসিদা নোংশাবা চঙলকই) লেঙশিনবীরকউ তামো! (অঞ্জলীনা মকোক খুমদুনা ইকায়খুম্ন জে)

নোংশাবা - সুন্দরমণিগা মৌগনা দিল্লীগী দুবদ্রর্শনগী প্রোগ্রামগী মথৌ চৎখ্রবসু নখোয় অনীনা ইনাক্তা লৈতবসি ইহাং হাংই। ঐ বঙ্গলোদা লৈফম খঙদে।

শ্যামসুন্দব - (নুংশিনা) অঙাংশিং লাক্লগা ঐখোয় অমুক বঙ্গলোদা লৈবা হায়বদুনি তামো।

নোংশাবা - ঐসু য়ূমদা নুংঙাইনা পোত্থাবগে শ্যাম।

অঞ্জলী - মাংজৌননা ইতৈবুংঙোগী কা তরু তনাননা ইতৈবুংঙো পোত্থাবা নুংঙাইনবা শেম শাদুনা থমজরবনি।

নোংশাবা - (নুংশিনা) মী অমত্তনা ঐগী অপাম্বা খঙবীদে। অঞ্জলী! নহাক্তি ঐহাক্কী অপাম্বা ঐগী শ্যামগী অপাম্বা,(কপনিং) মমাগী অপাম্বা খঙনা ইমুংসিদা চহী কয়া লৈরক্লবনি।

অঞ্জলী - (ঈংনা) ঐহাক ইতৈবুংঙোগী করিনো অমা শেমজবক্কে।

নোংশাবা - ঐহাক হৌজিক করিসু চানিং থকনিংদে। শ্যাম! তামোগা নওগা ব্বারী অমা শাগদবা লৈ।

শ্যামসুন্দব - ফনি তামো!

অঞ্জলী - ইতৈবুংঙো অমদি মোই ববাদা ঐসু ব্বাফম অমত্তংসি হাযজনিংই। ঐহাক মরাইবক্ক থিরবা কেন্দ্রসিগী অফবা মীওই খরা অমসুং মরুপ মপাংশিং খরগী মত্তেং পাঙজনিংই।

নোংশাবা - অঞ্জলী! মতম পূম্নমক্তা নহাক্তি ইমূংসিগী ইজ্জৎ অমদি অচুম্বা মাইকৈতা খন্দুনা লাকপীনি। মতম পূম্নমক্তা ঐহাক্না নওগী ব্বা তাগনি।

অঞ্জলী - (হবাওনা) থেঙ্কয়ু ইতৈবুংঙো! ঐহাক হাযফম খঙদনা নুংঙাইজে।

শ্যামসুন্দব - তামো কবি ব্বাফমগীনো ব্বারী লৈ হায়ববো?

নোংশাবা - ঐহাক্কী কাদা চঙলকউ, ঐ মথক্তা লৈবমগে।

শ্যামসুন্দব - ফনি তামো! (নোংশাবা চীং লেম্না চৎখি)

অঞ্জলী - অদুদি ঐহাক মথক্তা ইতৈবুংঙোগী কাদা চাননবা থকননবা পুজবক্লগে।

শ্যামসুন্দব - ওকে ডাবলিং। ঐ তামোগী নাক্তা লৈবমগে। (শ্যামসুন্দব চৎখি, অঞ্জলী মতোমতা ঙায়হৌই)

অঞ্জলী - (চৎখিবা শ্যামসুন্দববু য়েংলগা) হৌজিকসু মোয় মচিল মনাওসি শুকথা থানদে। অকবা ব্বাকা খন্নগদবা মাল্লগা অসিনা ইচানুপা সুন্দরমণিগী ব্বাবী, মৌগী ব্বাবী, নুংশিবা সহেগলগী ব্বাবীদা নোকমিন্নবমগদৌবিবনি। এনিব্বে, কবি শেমসিগে। জুইস মপান্দগী লাকপসি শেম্নগে। (চঙগে তৌই, কবিনোমা নীংশিংলকই) ঐদি ঙসাইদগী ইকাওবু কাউই, (বেক্তা, হৈবা য়াওবদুদা চঙশিল্লকই) ঙসিদী ডাইরেক ফ্রেস ফ্রুইট ওইনা শেম্বীরগে। নুপীমচাদুনা থমজরম্বসি হেক পীথক্লগে। কবি

কবিনোনে মাযসিবো। (বেক্কু হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা খণ্ডহৌদনা অহৌবা মখোল অমদা বোম পোকখাইরকই, চমপ্রা, সেম, কোমলা ইচাই চায়, অঞ্জলী তাদুনা লৈ, মপান্দা ময়াম লাওনরকই, বোমনি-বোমনি হায়নরকই শ্যামসুন্দর চেনশিল্লকই, তাদুনা লৈরিবী অঞ্জলীগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লুনা লেপ্পী)

শ্যামসুন্দব - (কৌদুনা) অঞ্জলী! অঞ্জলী! (অঞ্জলীবু কোনখৎলি), অঞ্জলী! (নোংশাবা চেলশিল্লকই) তামো! অঞ্জলী, বোমনা শোক্লে।

নোংশাবা - কদোমদগী বোমনো? কদায়দগী বোমনো? (বীবচন্দ্র অমসুং কন্সটেবল চেনশিল্লকই) থুনমক! থুনমক হোসপিতালদা পুসি!

শ্যামসুন্দব - (অঙাওবগুম্না) অঞ্জলী! নমিৎ পাওউ! নমিৎ পাওউ (কপথোরকই) অঞ্জলী! ঐ ননাক্তা লৈবে! তামো ননাক্তা লৈবে! নমিৎ অমুক্তদি পাওউ। ( ঈ তৈববা অঞ্জলীগী মমায়দা মখুৎনা শোকই)

বীবচন্দ্র - (চঙশিন্দুনা) প্লিজ সাব!

শ্যামসুন্দব - (থম্মোয় শোক্লা) নো! নো! অবোইবা য়াতাখ্রবা মহাকপু ঐখোযনা কবম্বা মফমদা পুবগা কনবা ঙমগদৌবিবনো? (থম্মোয শোক্লা কপ্পকই) অঃ হঃ হঃ হঃ হঃ হঃ

নোংশাবা - (লাউদুনা) কনাননো লাঞ্জদবী ঐগী ইনাওনুপীবু বোমগী লাং থাক্লুনা মীনুংশি লৈতনা হাৎলিবা। (লাউদুনা) মথৌনা ফবা কনানো ঐগী ইমাংদা লেপ্পু! (কপ্পুনা থম্মোয় শোক্লা) কবিগীনো লাঞ্জদবী ঐগী ইনাও নুপীদা খুৎ থাবিবা!

বীবচন্দ্র - (চাইবিবা হৈ-বাশিং খোমজিন্দুনা য়েংলগা) সাব! বোম অসি উহৈ- ব্রাহৈশিংসিগী মবক্তা উহৈ অমগী মনুংদা চোকশিন্না প্লান তৌদুনা হাপ্লকপা শক্তি লৈবা বোম ওইগনি। (শ্যামসুন্দবনা অঞ্জলীবু কোন্দুনা কপলি)

কন্সটেবেল - চেখাও অসিগা উহৈশিং অসিগদি কনাগুম্বনা পীবম্বা গীফ আইতেম শোইদনা ওইগনি হায়না লৌজে সাব।

নোংশাবা - (শাউনা) ঙসিগী মফমসিদা ডিউতিদা লৈরম্বা পাবসনেল খুদিংমক সসপেন্দ তৌগদবনি। ঐগী ইনাওনুপীদা মখুৎ থাবিবা মীহাৎপশিং অমত্তসু ঐহাক্না লেম্না থাবোই। হৌজিকমক ডি জি পী কৌ, এস পি কৌ!

বীবচন্দ্র - পূম্নমক পাউ পীজখ্রে সার। (শ্যামসুন্দবদা) সার ডেট বোডিসি অথুবা মতমদা পোষ্ট মোর্টেম তৌরবদি অকুপ্পা খঙবদা মত্তেং ওইগনি খঞ্জে।(শ্যামসুন্দর তপ্না থম্মোয় শোক্না হৌগৎলকই) প্লিজ সার! (নোংশাবনা থম্মোয় শোক্না মনাওগী মতৌ যেংই, শ্যামসুন্দর অঙাওবগুম নোংশাবদা চঙশিল্লকই, নোংশাবনা মনাওবু চেৎনা কোন্দুনা অনীমক ও-খোঙনা কপমিন্নে, শ্যামনা অঙাওবগুম্না খুদোম্বী থীন্দুনা)

শ্যামসুন্দব - তামো! অঞ্জলী! অঞ্জলী শিবে তামো!

নোংশাবা - (অঙাওবগুম্না পেন্নবা কপথোবকই) অঃ হঃ হঃ হঃ হঃ হঃ শ্যাম! তামো খাঙবা ঙমদ্রে শ্যাম (বীবচন্দ্র অমসুং পুলিস কন্সটেবলনা অঞ্জলীগী অশিবা মশা থাংদোকখি, কন্সটেবলনা চাইবিবা পূম্নমক পুখি শ্যামসুন্দব অমসুং নোংশাবনা পূম্নমক্তু থম্মোয় শোক্না যেংই)

শ্যামসুন্দব - (মপী তৈথোক্লগা শীংনদুনা) তামো! ঐ ইশামক্না থীজিনগনি। মীনুংশি লৈতবা মীহাৎপা অমত্তা লেম্না থাবোই। ঐহাক লমন খুমগনি। ননাওনা ব্রাশক্রুনা হাযজবি। ঐহাক লমন খুমগনি।

নোংশাবা - (থম্মোয শোক্না) অবানবা হাযবদু খনবা হৈজদবী ব্রাবৌবা ওইনজবনা মথৌ ওইজবী ইচম চমজবী ঐগী ইনাওনুপীগী মীহাৎপশিংবু লেম্না থাবোই। লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টবগী ইমুংদা বোমগী লাং থাক্লম্লগা লাঞ্জদবী ইমুংগী মী হাৎলগা কৈদৌঙৈদসু তুমিন লৈবোই। অব্রাংবা থাক্তা ইনকাবী তৌগনি। মীহাৎপশিং ফাগনি। হৌজিকমক মীহাৎপশিংদু কনানো থিদোক্তুনা ঐঙোন্দা বিপোর্ট পীগদবনি।

শ্যামসুন্দর - (শাউনা) লমনখুম্বগী থবক্তি ঐগী ইথৌনি তামো! (শাউনা থোকখি)

নোংশাবা - শ্যাম! (কৌদুনা) শ্যাম ঙাইখো! ইয়াম্বনা নঙগী অপাম্বা পূম্বা ননিং থুংহনগনি। ঐহাকসু লেম্না তোক্লোই। মীহাৎপশিং মীৎকুপ অমত্তা থল্লোই। ঙাইখো শ্যাম! (মনাওবু তানখি)

## নীপালগুবা উৎপা লোইবা

# মাপলগুবা উৎপা

(চীং লম্বী, নূংথিল, মণ্ডাল তম্ফামণি অমসুং লাম্মী অমা কোম্বেৎ ড্রেস শেত্তুনা তফিং তফিংনা লাকই)

তম্ফামণি - হৌজিক ঐখোয় কৈদৌবা তাবগে মণ্ডাল?

মণ্ডাল - ঐখোয়না পাঙথোকপা থবক্তা নুপী অঙাং মবাল লৈতবা নত্রগা মীচম খরগী থৱাই মাংখিবগীদমক মীপাইবোইদবনি। ঐখোয়গী ইবৈপাক অসি হৌজিক্তি লান লৈবাক ওইববনি। ঐখোযগী থৌবাংগী মত্তুং ইন্না বোম ফিট তৌরবা উহৈ- ৱাহৈশিং পুশিন দুনা লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টরগী, আই জি পীগী যুমদা মদুসু সেক্যুরিটিনা চোর্কশিন্‌না ঙাকলিবা ইমূং অমদা বোমগী এটেক চথবা ঙম্বা হায়বসি ঐখোযগী মায়পাকপগী খোঙজং নকশিল্লক্লে তাকপনি।

তম্ফামণি - অদুবু থবক অসি ঐখোযগী কাংবু অমসুং ঐহাক ইশামক্লা পাঙথোকখিবনি হায়দুনা ঐহাক্কী ফোটোগা কোন্ননা ময়েক শেঙনা খববদা পুলিসনা হাপ্পক্লিবসি কবন্নো? অদুক লাইনা অৱাং লমদা লৈরিবা ঐখোযগী কেম্প থুগাইহল্লবা কবন্নো?

মণ্ডাল - য়েক্লবনা হে শিংলবা থৌরাং হৈববা মীওই কযা অলব চাউনা পীদুনা ইন্টেলিজেন্সতা থল্লি। মখোয়না ৱাফম অদু ফোঙদোবকপনা ঐখোয়গী পাঙ্গল অর্মদি হৈশিংবা ময়েক শেঙহল্লে। ঐখোযগী ৱাফোঙ লূপনা ঐখোয়গী মাইকৈদগী প্রেসনোট থোক্তুনা লৈবাক মীয়ামদা অশেংবা পাউ খঙহনখ্রে। ঐখোয মীপাযনিঙাই লৈতে। অৱাংলোমদা য়েক্লবনা থুগায হার্যরিবা কেম্প অদুদি মা লৈত্রবা কেম্পনি।

তম্ফামণি - ঐখোয়না ৱা ঙাঙবদনা ইথৌ পোঙর্না-পোঙনা ঙাঙলগা মখা তারকপা মৌওংনা য়েক্লবনা ঐখোয়বু খোঙফম খুদিংগী খুদুম

চনশিল্লকপসিনা ঐহাকপু মতম পূম্নমক্তা মীপায়হল্লি। চীফ মিনিষ্টর অমসুং আই জি শীগী ইমুংগী মরাল লৈতবা মী হাৎলি হায়দুনা সরকারগী মীচণ্ডদা লৈবা মীয়াম্না ঐখোয়গী মায়োক্তা ধারনা ফমদুনা, ব্রাকৎ মীফম ফমদুনা ঐখোয়বু পাণ্ডদবা, হুরান লান্নাদা থবক তৌবা অফোঙবা লানফমদদি কিদুনা চেনবা ওইনা উগ্রে।

মণ্ডাল - য়েক্লবা অমসুং য়েক্লবগী কাংবু হায়বসিদি মতম পূম্নমক্তা ঐখোয়গী মায়য়োক্তদা লৈগদবনি। য়েক্লবনা ঐখোয়গী অফবা ব্রা হায়বা হৌনদে। বোমগী লাং অদুদা নোংশাবা নত্রগা শ্যামসুন্দর য়েক্ল বা অনীগী মরক্তা অমা শিরন্লবদি - মখোয় অনীমকপু মাংহনবা হায়বসি ঐখোয়গী পান্দমনি।

তম্ফামণি - নোংশাবা লৈবাক মীয়াম্না য়াবা মীনি।

মণ্ডাল - (কন্না) নহাক্না ব্রাফমদু মফমসিদা হাযবোইদবনি। চহী ২০! চহী ২০ লৈবাক অমগী শাসন পুবা হাযবদুগী লমদমসিদা অহোংবা কবি উই? ওভব ব্রিজ খবা শাবা কৈথেল শঙ খরা শাবা ধাম অকাইবা, স্কুল কলেজ অকাইবা খবা শাবসি থবক্তা? লমদমসিগী লৈমায়দা নীংতম্বা লৈবাক অমগী কবম্বা চাউখৎপগী খুদম উই! ঐখোয়গী খোঙজঙসিনা মায় পাক্লবা মতমদতা লমদমসিদা অনৌবা নুমিৎ থোক্কনি।

লাম্মী - (কোয়না য়েংলগা) য়াম্বা! ঐখোয়গী কাংলুপকী মাঙদা কাংলুপ অমগী মীওইশিং লৈবে।

মণ্ডাল - (ফিভম শেমদুনা য়েংই) মখোয়শিংদি লমদনবা কাংবু ওইগনি।

তম্ফামণি - হৌজিক ঐখোযগী কেম্প য়ৌগদবসু ব্রাৎলি।

মণ্ডাল - নুংশা থিনিঙাই লৈতে। (লাম্মীদা) নোংমৈ বাউন্দ খবা কাপ্পুনা লম্বীসিদা ঐখোয় লাক্লি খঙহল্লু।

লাম্মী - ফনি যাম্বা। (নোংমৈ রাউন্দ খবা কাপ্পী)

খেলেম্বা - (মনুংদগী লাউবকই) নখোয়না চৎখিবদা ঐখোয়না অপনবা শীদে। খুদোংথিবা থোক্তনা মফমসি লাম্থোকখিবা য়াগনি।

মঙাল - (লাউদুনা) ঐখোয়না চৎলিঙৈদা মশক লোত্তুনা লুমদুনা লৈগনু। ঐখোয় অপূনবা নীংতম লাম্মীশিংগী কেডর অমনি।

খেলেম্বা - (পাখংলপ মপান্দগী লাউরকই) ঐখোয় অপূনবা লূপ কে আইছনি। অবাংগী কেম্প কাইদুনা য়েক্লবগী লানফমদগী নাথৈরকপনি।

মঙাল - (লাউদুনা) ঐহাক মঙালনি। ঐঙোন্দগী মত্তেং পান্নবদি ঐগী মাংদা লেপ্পু।

খেলেম্বা - ঐহাক ইশা খেলেম্বনি। মতেং পাংবা সিফাইশিং য়াওদনা উন্নবা পান্নবদি অয়াবা পীরি।

মঙাল - (তম্ফামণিদা) নখোয় লাপ্তুক লৈয়ু। ঐনা তান্নরকপা খেলেম্বা থেঙনবে। চপ চানা ৱারী শাগে।

তম্ফামণি - মহাকপু অমুক হন্না ঐখোয়গী ইবক্তা পুশিনগদৌবিববা?

মঙাল - মদুদি অহলশিংগী ৱারেপকী মখা পোনগনি। খেলেম্বা ঐখোযগী লাম্মী ওইবম্বনি। য়েক্লবদা চঙজকরবা মত্তুংদা মশাগী পাটি লীংখত্তুনা লমদমসিদা মীয়ামবু কিহন খঙহন্দুনা শেল খাইবা কাংবুনি। নখোয় লাপ্তুক লৈয়ু।

লাম্মী - ফনি য়াম্বা থোকখি।

তম্ফামণি - ফত্তবশিংদগী মতম পূন্নমক্তা চ্যেকশিল্লু।

মঙাল - ঐহাক নহাক্কী ৱা কাওবোই তম্ফা।

তম্ফামনি - গুড লক মঙাল।

মঙাল - থেঙ্ক য়ু! (অনীমক খুৎ শোক্লে তম্ফামণি থোকখি তাঞ্জাসিদা মোঙ হাদনা খেলেম্বা চঙলকই, কোম্বেৎ ড্রেস শেৎলি নোংমৈ যাল্লি অনীমক মুন্না য়েংনৈ, খুৎ শোক্লে) ঐহাক্না মতম কযাদগী নহাকপু উন্ননবা ঙায়রক্লি।

খেলেম্বা - ঐখোয় অপূনবা লূপ কে আইছ মচোই তাববা ইমা লৈবাক নুংশিবশিংনা অপূনবা নীংতম লাম্মীশিংনা ইম্থোকপীরক্লবা ইমা লৈবাক কননিংবশিংনা শেম্বনি।

মণ্ডাল - অরানবা তৌবা কাংবু অমসুং অচুম্বা তৌবা কাংবু ইমা লৈবাক্কী নীংতম লাম্মীশিং ওাক্তনি। নখোয়গী নশাদা লৈরিবা অরানবশিংদু লৌথোক্তুনা ঐখোয়বু মীয়াম্মা উরিবা অরানবশিংসি ময়েক শেঙহনবনা নীংতম লানগী মায় পাক্কনবগী লম্বী ওইগনি। নহাক্কী লাম্মীশিংগা লোয়ননা নহাক নাশা অপূনবা নীংতম লাম্মীশিংদা চণ্ডজৌ। ঐখোয়না মতম পূম্বদা নখোয়গীদমক থোঙ লাউনা হাংলি।

খেলেম্বা - অপূনবা নীংতম লাম্মীদা ঐহাক ইশা চহী কয়া য়াওরক্লবনি। ঐখোয়না হেঞ্জিন্না অরানবা তৌবা নত্তে।

মণ্ডাল - হৌজিক হুন্নবগী মতম নত্তে। য়েক্লবনা লাঙ্গোই চনশিল্লক্লবা মতম অসিদদি শক্তি পূম্বগী পুনশিনবগী মতমনি। নৌহৌননা য়াৎথোক্লবা লম্বী অমদা খুৎ শম্নগদবনি।

খেলেম্বা - বাফম অদুগী ওইরবদি ঐগী খুৎশাশিং মরুপ ওইননবা তিংথোক্লি। (অনীমক মখুৎ শোক্লে, তাঞ্জাসিদা নোংমৈ কাপ্লা মখোল তারকই অনীমক অমগা- অমা য়েংনৈ খুৎলাই পায়খৎনৈ)

লাম্মী - (মপান্দগী) য়েক্লবগী কাংবুনা ঐখোয়গী মাইকৈ তম্লক্লে।

মণ্ডাল - নোংমৈ কাপ্লু! ঐখোয়গী হেড ক্বাটর তম্না থুনমক চৎখৎলু (খেলেম্বদা) থুনমক মফমসি থাদোকসি।(নোংমৈ কাপ- কাপ্তুনা চেনখি)

খেলেম্বা - (শীংননা নোকফেৎ তৌরগা) মতম পূম্বদা খেলেম্বগী থৌরাং মায় পাক্কনি। লানফম অসিদা ঐহাক্কী মিং- ঐগী শক্তমগী ইকায়খুম্ন বা অমদি ইজ্জৎ সনমান কৈদৌনুংদসু মাংলোই। (নোংমৈ মখোল নকশিল্লকই, খেলেম্বসু নোংমৈ কাপ্পা-কাপ্পা চেনখি)

## মাপলগুবা উৎপা লোইবা

# তরাশুবা উৎপা

(শ্যামসুন্দরগী য়ুম, নুমিদাং, শ্যামসুন্দর ফুল য়ুনিফোর্মদা শেত্তুনা মথন্নাই নুংঙাইতনা হঙ্গৎ- হন্দা চৎলি, অঞ্জলীবু নীংশিংই, তুমিন মপী শীন্থদুনা হিক- হিকসু কপলি অমুক মপী তৈথোক্লগা ওঙলপ্লা ও সি বীরচন্দববু কৌবকই)

শ্যামসুন্দর - ও সি! ও সি ইস্ফল ব্রেষ্ট কৌবকউ।

সিফাই - (মপান্দগী) ফনি সার!

শ্যামসুন্দর - হৌজিক ফাওবা ঐহাক্লা ঙায়রিবসি কনাবুনো? অঞ্জলীগী মথৌ মঙম পূম্নমক লোইখ্রে। ঐগী থম্মোয়না চাম্মবক হন্না লেপখ্রবা লমন খুমগদবা থৌরাংদি (মঙক হাইদুনা) হৌজিকসু চন্নফম খঙদ্রি। লমদমসিগী লৈমাইদা চৎলিবা হুবানবা মীহাৎপশিংবু মতিক চাবা চৈবাক পীদুনা লমন খুম্বা ঙমদ্রি। ঐহাক্লা তামোগী ব্রাবেপ ঙায়দুনা লৈবোই। ঐহাক্কী হিংবা শিবগী ব্রাখল খল্লোই য়েক্লবশিং পূম্নমক তুম্মা মাংহনগনি। হৌজিকসু লমদমসিগী লৈমাইদা ঐহাক্কী য়েক্লবশিংনা চৎলি। (তাঞ্জাসিদা নোংশাবা লাকই মনাওনুপা শ্যামসুন্দরনাময়াম্বদা ওনশল্লকই) তামো!

নোংশাবা - শ্যাম। থম্মোয় শোকপা অব্রাবসি পুঙ্গিগী লেমহৌবিবা শককমখৈশিং অসিগী ওইরগনি। খাঙমদবা অব্রাবা মপৈ- মপৈনা ইয়াম্বগী থম্মোযনুং অসিদা মবোল- মরোল ননশিল্লকই। ইযাম্বনা হিংদুনা লৈবিঙৈ পুঙ্গি অসিমগী ঐগী মীৎকী লৈতেং ওইগনি খঞ্জরম্বা নখোয় অনীগী মনুংদগী অমা মীৎমাংদগী শেৎনহন্দুনা ঐবু মীৎ নাম্মা তাংলবগা পাঙখকনহল্লি। (শ্যাম মযাম্বগী ব্রা তাবদা কপথোরকই)

শ্যামসুন্দর - (কপ্লা- কপ্লা) তামো! (নোংশাবনা শ্যামবু নুংশিনা কোন্দুনা কপথোরকই)

নোংশাবা - শ্যাম। অফিসকী থবক মতম লোইদুনা য়ূমদা হল্লক্লবদি নফি নরোল হোংদোক্লো। পূক্লিং ব্রাখল মিৎকুপ অমত্তং পোথাবো।

শ্যামসুন্দর - তামো! ঐহাক থবক লৈজরি।

নোংশাবা - নহাক অচম্বা পুলিস অফিসার নত্তে। নহাক্না ফিলদা চত্তুনা লাম্থেংনরুগদবা নত্তে। নহাক্কী অপাম্বশিং নখা থাবা অফিসারশিংনা ননিং থুংননবা থবক পাওথোকহল্লু। চোকশিল চোকশিল্লরুগা জ্ঞান লৌশিং শীজিন্নদুনা পুন্সিগী মহাও লৌগদবনি। অৱাবা নুংঙাইবা অনীগী অপূনবসি খওদনা তাইবংপানবা অমসুং পুন্সি কৌদবনি।

শ্যামসুন্দব - তামো! (নোল্লুক্লা) হৌজিক ঐহাক ৱাদে তামো।ঐহাক থম্মোয়সু শোম্থদে। অদুবু ঐহাক ঐগী পুন্সিনা লৈরিঙৈদা ঐগী য়েক্লবা অমত্তনা মালেম তাইবংপানবদা হীংনদি চৎহল্লোই।

নোংশাবা - শ্যাম। মায়রোং য়াবা কিদুনা লোৎতুনা লৈবা অরোনবা হৃরানবগী লানফমদা চোংথোরকপা পাওদবা য়েক্লবগীদমক লৈখা তাবকপা মওংদি তামো পামদে।

শ্যামসুন্দর - তামো! তামো ননাও মতম চুপ্পগী তামোগী শ্যামসুন্দরনি। পুম্রি মনুংদগী নৈদুনা মহাভাবতকী লানগী অবোইবদা ধুর্ষধন চিংথোক্তুনা উরুভঙ্গ ওইহনবগুম ঐহাক লেম্না তোক্লোই তামো। য়েক্লবা ইমাংদা থোরক্কনি।

নোংশাবা - নোংথাঙগী মচানুপা মঙালগুম্বগীদমক ঐখোয়না ইশানা ৱাকুগদবা নত্তে। মহাকপু শিনা নত্রগা হিংনা ফাবদা মহাক্কী লৈফম তাকপদা লুপা লাক্ষ ১০গী মনা লাউথোকখ্রে।

শ্যামসুন্দব - তামো ঐগী পুন্সিগী হৌখিবা অমসুং হৌজিক ফাওবগী থবক্তা ঐহাক ইশানা পাওথোক্কে খনবা শরুক্তা শরুক য়াদনা মীঙোন্দা শীন্নদুনা তুমিন লৈথোকপা ঙমদে।

নোংশাবা - নহাক্তি লাম্মী নত্তে। য়াথঙখক শীগদবা লাম্মীগী লুচিংবনি। শ্যাম মফম মতমগী মত্তুং ইন্না ইশাগী শক্তি শীজিন্নগদবনি।

শ্যামসুন্দর - ঐহাক কাওজদে তামো! অদুগীসু মথক্তা ঐহাক শীনফম অসিদা লীশাংশিংনা চহী কয়া এডমিনিষ্ট্রেসন তৌজরক্লবনি।(তাঞ্জাসিদা

ও সি বীরচন্দ্র চঙলকই নোংশাবা অমসুং শ্যামসুন্দরদা ইকায় খুম্ন বা উৎলি)

বীরচন্দ্র - (শ্যামসুন্দরদা) থৌরাং পূন্নমক লোইজরে সার এস পিসু স্পোর্টত্তা ইন তাইম য়ৌরক্লনি।

শ্যামসুন্দর - ওকে মপান্দা লৈরুরো!

ও সি - থেঙ্ক য়ু সার। (ইকায় খুম্নরক্লগা থোকখি, নোংশাবা ৱা ঙাওদনা শ্যামসুন্দরদা য়েংই)

শ্যামসুন্দর - (নোংশাবগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা শ্যামসুন্দরনা নোংশাবদা খুইরম্মী) ঐহাক চৎচরুখিগে তামো!

নোংশাবা - (শ্যামসুন্দববু কোনখৎলগা) শ্যাম। (নুংশিনা) নহাক্না পাঙথোক্লে খনখিবা থবক্তুগী নহাক হল্লোই হায়বা তামোনা খঙই। এক্সন খুদিংমক্কী রি- এক্সন লৈবনি। নহাক্না পূক্লিং চঙশিল্লিবা হীরমসিগী রি- এক্সন করিনো কদায় ফাওবগীনো নহাক খম্বুবা লোইরম্লগনি খল্লি।

শ্যামসুন্দব - ঐহাক পূন্নমক থৌরাং তৌজরে তামো!

নোংশাবা - মঙ্গল ওইয়ু। নহাক্না পাঙথোকপা হীরম খুদিং মায়পাকপা ওইয়ু।

শ্যামসুন্দব - তামো! (নোল্লুক্না) ঐহাক চৎচরুখিগে।

নোংশাবা - ফবে। তামো ইনাওগীদমক ইমাগী মন্দিরদা লাই নীংলমগে।

শ্যামসুন্দব - (মপী ইরা চেন্না মঙক নোম্লগা) তামো! (শ্যামসুন্দর থোকখি, নোংশাবনা নুংশিনা মনাওবু য়েংহৌই)

নোংশাবা - (কৌদুনা) মংলেম!

শ্যামসুন্দর - (চেম্থোরক্লুনা) ওঝা!

নোংশাবা - ইমাগী মন্দিব থোঙ হাংহল্লু।

মংলেম - লেঙশিনবীয়ু ওঝা! ঐহাক্না নুমিদাংৱাইগী থৌরাং পূন্নমক তৌজরে!

নোংশাবা - চৎলু! (মংলেমনা চেন্দুনা মন্দিরগী থোঙ হাংই, নোংশাবা চঙশিল্লকই কাংসি খিংই) মংলেম!

মংলেম - তাকপীয়ু ওঝা!

নোংশাবা - মন্দির অসিগী অকোইবদগী লাপথোক্লা সন্ত্রীশিং লৈহল্লু। মী অমত্তা চঙহল্লককনু।

মংলেম - ফনি ওঝা! (মংলেম চেনখি)

নোংশাবা - (মন্দিরগী কাংশি অমুক্তা খিংলগা) মমা! নহাক্কী থোঙজিন্দা লেপ্তুনা ঙসিসু নচা নোংশাবনা নহাক্কী খোঙয়া খাদা চঙজরি। মন্দিব অসিদা লৈরিবা লাইয়ামশিংগী মবক্তা নহাক্তি নীংঙাইদনা মোমোন নোক্লা লৈরি। নহাক্লা চুবম্বা মৈবিগী মৈচাক্তি ঙসিসু লোইদ্রি। (নুংশিনা) মমা! নমৌনুপী অঞ্জলীসু নহাক্কী ননাক্তা লৈরম্লগনি। মহাক কাইনবগী ইনাও শ্যামদা চাক্লিবা মৈচাকসি নচানা মুখৎচবা ঙমদ্রে। (নোংমৈ কাপ্পবগী নোংমৈ মখোল তাবকই) মমা! মিৎকুপ কাংদনা তাবিবা মখোল অসিনা লমসিদা মীহাৎপশিংনা মনীং তল্লি। মীৎকুপ কাংদনা মীওইবনা মীওইববু হাৎতুনা মীহাৎপুঙ ওল্লে। (তপ্না তপ্না মন্দিবগী লাইশিংদা চঙশিল্লি) মমা মীহাৎপা নচা নোংশাবগী চামথোকখ্রবা খুৎশাশিং অসিদা করিগীনো হন্ন- হন্ন ঈ পক্লিববা যেঙহল্লিবা! ঐহাক ৱাবে মমা! ঐগী হায়বা ইনবা ইনাওনুপা নহাক্কীনা নচানুপা শ্যামসুন্দবসু মীহাৎপুঙ অসিদা মীহাৎপা ঙম্বা খুৎলাই পাযদুনা কুমথখিগনু খাম্বা য়াবক্তে। হায়বীয়ু মমা নচা নোংশাবনা তৌগদবসি কবিনো? মীহাৎপুঙগী নিংথৌ ওইবা নচা পাল্লক্রে, নচাবুসু লৌশিনবীবো মমা। নঙগী ননাক্তা থম্বীবো। (কাংসি অমুক্তং খিংই) মমা! মিৎকুপ খবতদি নহাক্কী ইংলবা নতম্বাক্তা পোখাজগে। নচাবু মিৎকুপ অমত্তা পোখাহনবীয়ু মমা! (নোংশাবা তপ্না তপ্না মন্দিব মনুংদা চঙখি)

## তরাশুবা উৎপা লোইবা

# অরোইবা উৎপা

(তম্পাক্কী য়ুম নুমিদাং মৈরা পায়বী কৈন্যাহনবী চঙলকই)

কৈন্যাহনবী - হো ইনে তম্পাক! ঐখোয় ময়াম লাক্লিয়ে। (তম্পাক থোরকই, লেগ্লুনা লৈরম্বা লৈমরেম্বীবু উবদা ইঙক-ঙক্লা)

তম্পাক - কৈন্যাহনবী নোয় লাকই ?

কৈন্যাহনবী - ইনে।

তম্পাক - (শ্বব হম্থবগা) খঙদ্রে কৈন্যাহনবী। হৌজিক্কী মতমসি ব্রা ঙাঙবসু যাম্না লুরে। লুরিবশিংসিগী মবক্তা ইমূং-মনুংগী ইচা- ইশুনা লম্বী অমদা চৎখিবা ঐখোয়না ঙাঙবনা অমুক্কা হেন্না লূই। ঐহাক হৌজিক্তি ব্রা অমত্তা ঙাঙনিংদ্রে কৈন্যাহনবী। হঃ (শ্বর হন্‌ দাক্লগা) কবি লৈববা?

কৈন্যাহনবী - ঙসি অসি ঐখোয়গী লৈকাই অমসুং থঙনবা লৈকাইসি ইরাং অমা ইতৌ তৌই, ইনে চোকশিন্না লৈবীয়ু।

তম্পাক - (খিত্তং নোক্লগা) ঐঙোন্দবু কনানা কৈদৌনি? য়ুম অসিদা লৈবিবসু ইতোমতনি। ঐহাক কনাবুসু কিদে।

কৈন্যাহনবী - (ঈংনা) লৈকাইসিদা ঐখোয়না মতম পুম্বদা ইরাং থৌদোক অমত্তা থোকহঞ্জনিংদে ইনে। ইনেনা লাননা খনবসু তৌবীনু। লৈকাইসিদা লৈরিবা ঐখোয় মীচম ময়ামসি কবি থোক্কদগে হায়বগী মীহুল চেঙ্কম চেঙ্গানবসিনা খুল অসিদা লৈকাইসিদা নুমিৎ হেক তাখিবগা মীতোপ চঙহল্লরোইসিরা ঐখোয় খন্নবে ইনে।

তম্পাক - খুন্না ফৈ হায়বা লৈকাইনা ফৈ হায়বা থবক তৌবদা ঐহাক কবিগুম্বা অমত্তা হয়োবোই।

কৈন্যাহনবী - ইনে পোখবীয়ু ঐখোয় ময়ামসু লৈজরি ব্রাখল পঙশোনসু শোম্বীগনু।

তম্পাক - (ঈংনা) নখোয় ময়াম লৈরিবনিনা ইনে ৱাদে ইনেগী ৱাখল নখোয়দগী তোখায়দে।

কৈন্যাহনবী - ফবে ইনে, লৈবাক্কী ইরাংসিনা চোকশিন চোকশিন্না লৈবীয়ু। ঐখোয়সু মথঙ- মথঙ খুন্দগী অকোইবসি চৎচগে।। (চৎখি, তম্পাক তুমিন্না লৈ, চৎখিবশিংদুদা য়েংই, মপী ইরা চেল্লি)

তম্পাক - (নুংঙাইতনা মতোমতা শোল্লি) নহা ওইরিবী অমনা মপুরোইবা কায়নবা, মমা ওইবী অমনা মচা কায়নবা অদুসু মীহাৎপশিং অদুসু হিংদুনা লৈরি খঙনা- খঙনা নুপী অমা ওইনা মমা অমা ওইনা ঐনা ফঙলিবা অৱাবা মৈচাক অসিদি মখোয় কনানা খঙই? ঐহাক কনাদসু ৱাকৎলোই। (নুংঙাইতনা থোঙ তপ্না থিংজিল্লি) লমদমসিদা শিবা হায়বসি কবিসু লৈতনা খনবা মমা ওইবী কযানা নুপী ওইবী কযানা ফঙলিবা কায়নবগী মৈচাক্লা মৈশা লাংলবী ঐ মমা অমনি। মীহাৎপুঙ অসিদা লৈবিবা মমা ঐনা অহিংদা লাকপা মীহাৎপা কনাবু কিগদৌবিবনো? (তাঞ্জাসিদা খেলেম্বা খুৎলৈ থুনা চঙশিল্লকই থোঙদা কাক- কাক থাবকই তম্পাক্লা ঙক্লা য়েংই) কনানো?

খেলেম্বা - থোঙ অমুক্তা হাংদোকপীয়ু ইমা! (তম্পাক চঙশিল্লক্তুনা থোঙ হাংদোকই খেলেম্বা উবদা ইঙক ঙকই) ইমা ঐহাক ইমাগী য়ুমসিদা নোংমা লাকচবমথ্রবা নচানি।

তম্পাক - ঐনা নহাকপু খঙই। নহাক খেলেম্বনি। মীচেলনি। নশাগী খুদোংচাবা লৌবনি। শেল খাযনবা হোৎনবদা নোংমৈ অমসুং বোমনা শক্তি শীজিন্নদুনা মীযামবু কিহনবা অমসুং লান্না খলহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবা মীনি।

খেলেম্বা - অবানবা পূম্নমক থাদোক্লে ইমা। হৌজিক্তি মরুপ মঙালনা ঐবু ঙাকপীবে। ঐগী খোংবুশিং পূম্নমক অপূনবা নীংতম লাম্মীদা পুল্লে।

তম্পাক - ঐহাক্লা নখোয়গী ৱাবী তাকুবগী কান্নবা লৈতে। ঐহাক্তি সুপ্ন তগী মমা অমনি, নুপী অমনি।

খেলেম্বা - ঐখোয়না ঙাক শেন্দুনা মঙালনা ইমাগী খোংয়া উফুল লৌবা লাক্লি। ঙসিগী অহিং অসিদগী মঙাল লমদমসিদগী লাপ্না মীরৈবাক্তা চৎখিগনি। (তম্পাক তুমিন লৈ তাঞ্জাসিদা মঙাল অমদি তম্ফামণি চেনশিল্লকই কোম্বেৎ ড্রেস শেৎলি, খেলেম্বা থুনমক মফমদুদা পোজিসন লৌদুনা চেম্ছোকখি)

মঙাল - ইমা! (মমাবু খুইরম্মী,তম্ফামণিসু খুইরম্মী,তম্পাক অনীমকসু কোন্দুনা মখোল থোক্লা হিক হিক কপ্পী)

মঙাল - ইমা! ইমাগী খোংয়া উফুল লৌবা লাকচরি। ঐহাক মতম খরদি মপাল লৈবাকশিংদা লৈজক্ববা তারে। লমদম অসিদা ঐখোযতনা হৌরিবা লানফম অসি পৃথিবীগী শক্তি লৈববা লৈবাক খবগী শক্তি য়াওদ্রবদি মায় পাকপদগী নাথৈগদবগী মমি উবক্লে। ঐহাক মতম খবগী ফোবেন সেক্রেটরীগী ফম পায়কবে ইমাঃ (তম্পাক ব্রা ঙাঙদে তুমিন্না মচাগী ব্রা তায়)

তম্ফামণি - ইমা ঐহাকসু মঙালগী মতেং পাংবা ওইনা মঙালগী মত্তুং ইনব্রগনি।

তম্পাক - (কপথোবক্তুনা) তাইবংপানবগী চৎনবী ঙাক্তুনা ইমূং অসিগী লৈতেং ওইগদবী নহাক্লা লেপ্লুগদৌবিবা পুন্সি অদুনা কবি পুন্সিনো?

তম্ফামণি - ঐখোয় হৌজিক্তি মরুপ ওইরে। লনাইগী অখুবা মীৎযেং অমদি ব্রাখল থাদোক্লে। (তম্পাক ব্রাহৈদুদা খাঙবা ঙমদে)

মঙাল - ইমা ঐহাক ঙসিদি খঙলে ইমাগী অব্রাবা নুং- পানগী শক্তম অসিনা ইমা লৈবাক্কী শক্তম ওইরম্লে। নহাক্লা পামজবা পূন্সিদু নচানা শোয়দনা উৎকনি।

তম্পাক - অদুবু হৌজিকসু নহাক্কী য়েক্লবা হিংলি।

মঙাল - লনাইগী ওইবা ব্রাখলনা লমদমসিদা নোংমা নোংমগী অশিবা মীগী মশিং হেনগৎহন্দুনা মীহাৎপুঙগী পুঙ অসি থনগৎলকই। লনাইগী ওইবা ব্রাখলদগী নাথৈননবা ঐহাকপু মকওইনা

অহলশিংনা ঐবু ফোরেন সেক্রেটরী, হাপখিবরা খল্লি। ফরে ইমা নচা মায় পাকচরক্কে। (খুইরম্মী তম্ফামণিসু অমুক্কা চঙশিল্লকই)

তম্ফামণি - শোয়দনা মায় পাকচরক্কে ইমা।

তম্পাক - (অনীবু নুংশিনা কোনখৎপীরগা) য়েক্লবশিংনা ঙসিদি অয়ূক্তগী মথি ফোঙবগী পাউ ফঙই।

মঙাল - অৱাংগী চীং তাবা ফাওবদা ঐখোয়গী লাম্মীশিংনা চোকশিলনা শেন্নদুনা খুদোংথিবা থোক্তনবা লাকপনি। লম্বীদা অপনবা লৈতে ইমা। (তাঙ্গসিদা নোংমৈ দাং দাং দাং কাপ্লকই, নীংতম লাম্মী অমা চেনশিল্লকই)

লাম্মী - মশিং য়াম্লবা য়েক্লবশিংনা থোমজিল্লক্লে।

মঙাল - অদুদি অৱাংলোমদা চীংথক্তা চেনখৎলু। (থুনা) য়ৌজবে ইমা! (নোংমৈ কাপ্লকই নোংমৈ কাপ্না কাপ্না চেনখি, সবকাবগী লাম্মীশিং ও সি বীবচন্দ্র অমসুং কমান্দো সিফাই নোংমৈ কাপ কাপ্তুনা চেম্বোবকই, তম্পাক ইমূংগী থঙনবা কাদা চেনশিনখি, মঙাল অমসুং তম্ফামণি নোংমৈ কাপ- কাপ্তুনা চেনখি, খেলেম্বা অমসুং নীংতম লাম্মী অমা নোংমৈ কাপ- কাপ্তুনা চেম্বোরকই)

খেলেম্বা - (লাউদুনা) চেনশিল্লু! কাপ্লু! (নীংতম লাম্মী নোংমৈ কাপ্লবদা নোংমৈনা পান্দুনা চে নখি, খেলেম্বনা লৈশিন্দুনা লৈ, নোংমৈ কাপ কাপ্তুনা আই জি পী শ্যামসুন্দব চেম্বোরকই খেলেম্বনা লৈথোরকপগা মপা চানৈ, খেলেম্বা মোমোন নোকই) সার ঐহাক খেলেম্বনি। পাউ পূম্নমক পীজরিবদু ঐহাক্লনি।

শ্যামসুন্দর - খুৎলাই থাদোকউ (নোংমৈনা শীংই)

খেলেম্বা - (খুৎলাই থাদোক্তুনা) ঐহাক সরেন্দর তৌজবি সার। অদোম্না লাক্ষ তরা পীনি তাকপীবদগী ঙসিগী থৌরাং পূম্নমক মাংজৌননা সারদা তমজবনি। অৱাংলোমদা চৎশ্রে। চিং কাশ্রে সাব!

শ্যামসুন্দব - লাক্ষ তবা! লুপা লাক্ষ তরা! ঐনা নহাক্কী নখুত্তা লাক্ষ তরা শোয়দনা শীন্নগনি। (খেলেম্বা হরাওনা নোকফেং তৌই তাঙ্গাসিদা

শ্যামসুন্দরনা বাং- বাং লাউনা নোংমৈ রাউন্দ খরা খেলেম্বদা কাপশিল্লি খেলেম্বা জ্ঞান মাংনা লোঙনা তায় ও সি বীরচন্দ্র অমসুং কমান্দো সিফাই চেনশিল্লকই ) অশিবসি মফম চানা থম্মু অব্র াংলোমদা তান্নৌ।

ও সি বীবচন্দ্র - ফনি সাব (কমান্দোনা অশিবা পুখোকখি, তাঞ্জাসিদা তম্পাক তপ্না তপ্না থোবকই, শ্যামসুন্দরনা ও সিদা লাউই)

শ্যামসুন্দর - অব্রাংলোমদা চেনশ্রে। অব্রাংলোমদা তানৌ।

ও সি - (লাউদুনা) অব্রাংদা তান্নৌ। অব্রাংদা তান্নৌ! নোংমৈ কাপ্পু! (নোংমৈ কাপ্পা মখোলনা পৃমনিল নীল্লি)

শ্যামসুন্দর - (তম্পাক্তা মুন্না য়েংলগা) তম্পাক। মিৎকুপ খবগী মনুংদা নহাক্ল া মঙ্গল আশিবর্বাত পীখিবা নচা অদুগী অশিবা হকচাং মীৎকুপ খরগী মনুংদা লাক্লগনি। (শাউনা) নহাক্লা লিন অমোম শাদুনা লমনখুম্নবা মৈবী চুবা ওইথোক্লোই। মৈবি অদুনা নশাদা ওইনা চুগনি।

তম্পাক - (শাউবকই) নহাক মীহাৎপা শ্যামসুন্দবনি। মবাল লৈবা নযাম্বা কন্নবা শক্তি লান্না শীজিন্নখিবা পুলিস অফিসাবনি হায়বা ঐতনা খঙবতা নত্তনা ঐগী ইচানসু খঙই লৈবাক পূম্নমক্লা খঙই। নহাক্ল া চুবা হৌখিবা মোংফমগী মৈরিদা নহাক নশা চাকথেকত্রিবা মখৈ লান মসি লোইরোই।

শ্যামসুন্দর - (শাউনিংবা ফানা উশিত্তনা নোক্লগা) অদুবু, নহাক্লা খঙগদবদি শ্যামসুন্দরনা মরাল লৈতবা অমত্তদসু খুৎ থাখিদে। চহি কযাগী মমাংদা শিখিবা নহাক্কী নপুরোইবা নোংথাঙ ঐগী ইয়াম্বা বোহিতপু ফাবদা শরুক য়াখিবা বোহিতকী মীহাত্তা চেন্নবা মীনি।

তম্পাক - মীহাৎ অদু কনানা পাঙথোকখিবনো হায়বদুদি নহাক্লা ঈশ্বরগুম্না লাৎচরিবা নয়াম্বা নোংশাবনা খঙগদবনি।

শ্যামসুন্দর - (লাউদুনা) মখা তাগনু। নহাক কবম্বা নুপীনো?

তম্পাক - ঐহাক পূম্নমক খঙই। ঐগী যুম মসিমক্তদা হৌজিক্তা চঙজবক্লবা

মশাগী ওইজবা থীবা খেলেম্ববু খুৎলাই থাদোকহল্লগা মীনুংশি লৈতনা হাৎপা ঙমখিবদু নহাক্কী হৈনবকপা মীহাৎনি। নহাক মীহাৎপুঙসিগী মীহাৎপা মকোকনি।

শ্যামসুন্দর - (শাউরকই) মখা তাগনু হায়রবদি ঙাঙলরোইদবনি। (নোংমৈ শৎলগা) হঃ (খ্বর হন্দোক্লগা) নহাকপু হিংহনবসি পাপ অমনি।

তম্পাক - (শীঙনদুনা) ঐহাক্না অশিববু করিসু লৈতনা খল্লি। লমদমসিদা হিংলিবা মমা ঐখোয়বু হিংলিবরা? ঐহাক্না নহাকপু মুন্না খঙই।

শ্যামসুন্দর - (খিত্তং নোক্লগা) ঐবু মুন্না খঙলবদি নহাকসু অশি লৈবাক্তা চৎলু। (খঙহৌদনা নোংমৈ দাং- দাং কাপ্লকই, তম্পাক তুথবকই) নোংমৈ কাপ্পু। (নোংমৈ মখোলনা পূমনিল নীল্লি নোংমৈ মখোল লোইবকপদা ৱানা তুথরকই)

তম্পাক - (ৱানা লাউবকই) মঙাল। নীংতম্বগী য়েক্লবা মীহাৎপশিং অসি মাঙহন্দুনা নহাক্না অমুক্তংদি লমদমসিদা ঙাল্লকউকো। (তুথখি শ্যামসুন্দবনা শাউনা য়েংই তাঞ্জসিদা ও সি অমদি কমান্দো চেনশিল্লকই নোংমৈ মখোল তাবি)

ও সি - (তারিবা তম্পাকপু উবদা) সাব।

শ্যামসুন্দব - ঐঙোন্দা কাপ্লকপা মরুশিংনা হনুবী অসিদা পানখ্রে। মঙালগী মমা ওইরমাল্লে। (তাঞ্জাসিদা চীফ মিনিষ্টব নোংশাবা লাকপগী গাড়ি মখোল তায় নোংমৈ মখোল পানা মবক- মরক্তা কাপ্পা তায় নোংশাবা চেনশিল্লকই, শ্যামসুন্দরনা ঙক্লা) তামো!

নোংশাবা - নহাক্কী ওপরেসন কমদৌরে? লোকেল এম এল এনা কৌবকপদগী ঐহাক লাকপনি।

শ্যামসুন্দব - পাউ পীবকপা খেলেম্বদু মখোয়গী মীনা নোংমৈনা কাপ্লক্লুনা শিখ্রে। মঙালগী মমা ইতৈমসিসু কাপ্পবদা হাইদোক্লরকপা নোংমৈ মকনা পান্দুনা শিরে। য়েক্লবা খরা অশোক অপন নঙখ্রে। এস পি য়াওনা কমান্দো ময়াম্না অৱাংগী চীংথক্তা মঙাল তান্নপ্লি তামো। হৢরানবা মীহাৎপা খরসু শিরে।

নোংশাবা - (তাদুনা লৈবিবা তম্পাক্তা য়েংই) শ্যাম! তামো পূম্নমক খঙই। নহাক্কী ওপবেসন অসিদা লোইশিল্লো।

শ্যামসুন্দব - তামো! (ও সিদা) অশিবসি অশিবা ময়াম মবক্তা থন্মু। (ও সি অমসুং কমান্দো সিফাইনা তম্পাক্কী অশিবা মশা পুথোকখি)

নোংশাবা - শ্যাম! নুপী হাৎপসিদি ইযাম্বা য়ানিংদে।

শ্যামসুন্দব - তামো! ননাওনুপী অঞ্জলীসু নুপীনি। লানফমদদি নুপা নুপী খক খায়দে। (হায়দুনা মখোঙ থীন্দুনা সলাম তৌবকই)

নোংশাবা - (তরঙদা)অসিগুম্বা লানফমদি মহৌশানা তামোনা খক পামদে।

শ্যামসুন্দব - য়েক্লবা লৈবিবমখৈ লান লোইখিবোই তামো। হৌজিকসু য়েক্ল বা হিংলি।

নোংশাবা - চেনখ্রবা য়েক্লবা অমুক তান্নকবগনু। নীংতম্বগী লান হায়বসিদি লোইবা খক নাযবোই। হল্লসি লাক্লো। ব্রাবোইশিন ঙাযসি।

শ্যামসুন্দর - তামো। (শ্যামসুন্দবনা নোংশাবদা নোল্লুক্লা মকোক নোন্দুনা খুইবম্মী নোংশাবনা মনাওবু নুংশিনা চেৎনা কোল্ল)

**লোইরবা**

# লীলাদা চঙবা মী

## নুপা

| | | |
|---|---|---|
| ১। | নোংশাবা | - চীফ মিনিষ্টব |
| ২। | শ্যামসুন্দব | - নোংশাবগী মনাও এ ডি জি পী |
| ৩। | মঙাল | - নীংতম্বগী মিংদা লালহৌবা |
| ৪। | সুন্দবমণি | - শ্যামশুন্দবগী মচানুপা |
| ৫। | মংলেম | - চীফ মিনিষ্টরগী পী আর ও |
| ৬। | এল ডি জোন | - নাগা কাংলুপকী লুচিংবা অমা |
| ৭। | বীবচন্দ্র | - পুলিস ইন্সপেক্টব |
| ৮। | লোরহো মাও | - নাগা কাংলুপকী লুচিংবা |
| ৯। | শীম্বা | - নীংতম্বগী মিংদা লালহৌবা |

নোংশাবগী গার্ড সিফাইশিং, বীবচন্দ্রগী তুংইনবা পুলিস কমান্দোশিং, লালহৌবা সিফাইশিং

## নুপী

| | | |
|---|---|---|
| ১। | প্রোফেসাব বেনু | - দিল্লী য়ুনিভর্সিটিগী ওঝা |
| ২। | তম্ফামণি | - মঙালগা নুংশিনবা লৈশাবী |
| ৩। | অম্বালিকা | - সুন্দবমণিগী নুপী |
| ৪। | থোইনু | - নীংতম্বগী মিংদা লালহৌবা |

# খারোইশিং

লীলা অসিবু শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নবদা শক্তম লাংখিবা তোমথিন আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী কলাকারশিং অমসুং মখোয়গী শক্তমশিং

(২০১০)

**নুপা**

| | | |
|---|---|---|
| ১। | নোংশাবা | - ইবোয়াইমা খুমন |
| ২। | শ্যামসুন্দর | - গীটচন্দ্র চোংথাম |
| ৩। | মঙাল | - তোঞ্জম হেমলেট |
| ৪। | সুন্দরমণি | - দেব |
| ৫। | মংলেম | - গুন শর্ম্মা |
| ৬। | এল ডি জোন | - রতন খেকমন |
| ৭। | বীবচন্দ্র | |
| ৮। | লোরহো মাও | - বোনি এম |
| ৯। | শীন্থা | - বাজু |

**নুপী**

| | | |
|---|---|---|
| ১। | প্রোফেসাব বেনু | রোবীন্দ্র লংথবাল |
| ২। | তন্ফামণি | হিরামোটি |
| ৩। | অম্বালিকা | নাউচা |
| ৪। | থোইনু | মিলন |

| | |
|---|---|
| **মুজিক ডাইরেক্টর** | শগোলশেম টিজেন্দ্র |
| **লীলা পুথোকপা** | থিঙুজম জয়েন্ত |
| **লীলা তম্বীবা** | বীবজিৎ ঙাঙোম্বা |

# অহানবা উৎপা

(বাজলক্ষ্মীনা শারম্বা নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দবগী য়ুমগী মন্দিব, অয়ূক, য়ুমসিদগী পঙলাপ লাপ্তুনা বোম পোখায়বগী অহৌবা মখোল অমা পুমনিল- নিলনা তারকই অদুদগী লেপ্পা লৈতনা নোংমৈ কাপ্পবা মখোল তায, নোংমৈ মখোল নেমথখিবগা অম্বালিকা মখুত্তা পুজাগী পোৎলম পায়দুনা তরু-তনান্না ফজবা লাই খুইরুম্বগী ফিজোল শেত্তুনা থোবকই, মন্দিব তম্না চঙশিল্লকুনা পুবক্লিবা পোৎলমশিং মফম চানা-চানা থম্মী, তাঞ্জাসিদা তরু তনানবা লাই খুইরুম্নবা অশেংবা ফিজোল শেত্তুনা সুন্দরমণি ইমূংদগী থোবকই)

অম্বালিকা - কদোমদনি হায়বগে হৌজিক্কী মখোলদুবো?

সুন্দবমণি - শেল পায়বা অফিসারগী কোশ্খোংদনিদনা ।

অম্বালিকা - কনাগীদনি হাযবগে?

সুন্দবমণি - পি ডবলিউ ডিগী এস ই অমুথোইগীদনি হায। মাসু কমান্দো খবা হান্না থৌবাং তৌহৌমাল্লে। খবা কাপথৎনখ্রমাল্লে।

অম্বালিকা - অদুদি পাবুংগা পাবুংহলগা লাক্কদবা লম্বীদদি নত্তেদনা?

সুন্দবমণি - ঐখোযগীসু হিবো ঙাক্তুনি। মখোয়দি নোংমৈ বোম মখোলসিদি কবিমত্তা খনবজাৎ নত্রে। (অম্বালিকাদা অমুক্তং য়েংলগা মোমোন নোক্লা) লাই খুইকম্বগী নঙগী ড্রেসসিদি ওস্থোক্লা সুট ওইখ্রে। য়াম পকচরে।

অম্বালিকা - (নোকমিনা) অদুবুদি খবা লৈবগা ঐবুদি লাই নিংখ্রগদবনি।

সুন্দবমণি - (নোকমিনা) অশেংবগীবা হাযবিসিবো?

অম্বালিকা - লাই নীংখ্রগে হায়বসি ঐ তত্তনা খল্লি। ঐহাক অচাউরম তান্নবা, অহেনবা তান্নবা, ফজবা তান্নবা, অহেনবা তান্নবগী লমজেল হৈনিংলক্কে।

সুন্দরমণি - নহা ওইরিঙৈ ৱাখল অমদি পাঙ্গল ফরিঙৈ নুংশিবা অমদি ফজবগী নুংঙাইবগী ইনোৎ ইশাদা ফাওরিঙৈদা লাই নিংবগী ৱাখল খনবা হৌনদে। হৌজিক্তি (নোকশিল্লগা) নহা ওইরিঙৈ মতমনি। অহল লমন্না চারিমখৈ হাওবা শেৎলিমখৈ ফজবা মতম হায়বদু হৌজিক্কি।

অম্বালিকা - ঐখোয়দি ফজজদেকো।

সুন্দরমণি - নহাকপু ফজদে হায়বদি ঐদি য়ারোই। ঐদি অঙাং ওইরিঙৈগী ফজবদা ঙাওজরকপনি।

অম্বালিকা - অদুননি হৌজিকসু ডুরদর্শনগী প্রোগ্রাম য়াওহনবীয়ু, জগোই শাহনবীয়ু, ঈশৈ শকহনবীয়ু লাকপী লৈশাবী মৌনহাশিংদা নমিত্তু কোবোক কোরোক ওৎলিবা

সুন্দবমণি - অদুদি ফজবরা থিবরা য়েংবনি। ইমিৎনা অতোপ্পা কনাগুম্বীদা য়েংলুববসু ঐগী থম্মোয়সিদি নহাক্কী নুংশি ৱাখলদগী খক হোংদবনি।

অম্বালিকা - মীগী মীৎয়েং হায়বসিদি য়াম্না লুবনি। পুক্নিংদা কবিগুম্বা অমা খন্দনদি নোকশিন্দনা য়েংবা যাবা নত্তে। পাঞ্জিনগা কুঠি য়েংলুবা খুদিংগী নুপী অনী শুনিতা হায়বদুগা ঐদি য়াম্না চিংনৈ। অদুনা লাই নিংদুনা লৈত্রবদি নঙোন্দা য়েত্ত্রেদনা।

সুন্দরমণি - (নোক্লগা) নঙনা লাই নিংলবদি ঐসু নতুং ইনবা তারেদনা। ঙসিসু হৌজিকসু নহাক্কী নতুং ইল্লকইবসিনি। ঐদি ঐগী ওইথ্রবা ইপোত্তি শিববা ফাওবদা থারোই। মসি ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী শাজৎনি। (হায়রগা মখুৎ শৎ তিংথোরক্লুনা অম্বালিকাগী মখজাইদা থক শিকই)

অম্বালিকা - অয়ো! অস ! লাই মমাঙসিদা। ঐসে অশেংবনিকো।

সুন্দরমণি - (নোক্লগা) ঐসু অশেংবনিকো।

অম্বালিকা - মওংদি মানবা ঙাক্তা - ইমূংসিগী নহাসু অহলসু লাই নীংলিবরা করি নীংলিবনো খঙদে।

সুন্দরমণি - হুম-হুম অদুদি নত্তে - মন্দির অসে ঐখোয়গী অবোক ইবেম্মা রাজলক্ষ্মীনা মতম কুইনগী য়ুমসিদা লৈবা ঐখোয় পুম্নমক্না পুক্লিং শেঙদোকফম ওইহৌননবা শেম্লম্বা মন্দিরনি। অবোক লৈরিবৈঙেদদি নুমিৎ খুদিংগী মন্দিরগী থোঙ হাংই ভজন শকই। পাবুংহলনা অবোক্না পামজবম্বদু নুমিৎ খুদিংগী ঙমদবনিনা চয়োলগী থোঙ হাংলম্মী হৌজিক্না অমুক থৌ চিনশিল্লকপদগী থা অমগী মনুংদা অমুক্তি শোইদনা থোঙ হাংই। করিগুম্বা মরক্কী ওইবা পাবুংহলনা অরুবা লৈরবদি মন্দিরগী থোঙ হাংদুনা পুজা কৎলি লাই খুইরম্মী।

অম্বালিকা - ঙসি অসি পূর্ণিমানি, মন্দিরগী থোঙ হাংবা নুমিৎনি। য়ুম অসিদা হেক লাকপদগী ঐহাক ঙকলিবনি বামন ইমুংসু নত্তনা অসুক মমল চঙনা ফজরবা মন্দির অমা ইমুংসিদা করিগী থম্লিবনো?

সুন্দরমণি - ঐখোয় মীওইবনা পুক্লিং ব্রাথলগী তাইনফম শকউদবা অমা লৈ হায়না অবোক ইবেম্মনা থাজরম্মী। ঐখোয়না শকউদবা তাইনফম ওইবা ব্রাকৎফম ওইবা মহাকপু অসিনি অসিনি হায়দুনা মূর্ত্তি কয়া পুথোকনৈ মমিং কয়া থোন্নে। মন্দিব অসিদা লৈরিবা লাইশিংসে ঐখোয়গী ধর্ম্মনা থোনবা মমিং কয়াগী দেবতাশিংনি। হৌজিক্তি লাইশিং অসিগী মরক্তা অবোক ইবেম্মগী ফোটোসু থম্লে। মন্দির অসে ঐখোয়গী ইমুংগী মীপুম খুদিংগী পুক্লিংগী ঙাইহাক পোত্থাফমনি।

অম্বালিকা - ইমুংসিগী মীসু ইয়াম য়ামদবনিনা মন্দির শেম্লবসি ঐহাক নাথে শেংনা ওইরগে নহাক শেম্লনবনা মশক মতৌ ফজবী অমা পুশিঞ্জরক্নো।

সুন্দরমণি - মন্দির মমাংদা ব্রারেম ঙাঙনু তৌহৈদে হায়রগা সুম হেক্তিল্লক্লগদি ঐনা পোপ লাউনা থাজিল্লক্লদি - (হায়রগা মথুৎ থাঙৎলকপদা অম্বালিকা হন্দোকই অনীদু য়েংনরগা নুংশিনা নোকমিন্নে। তাঞ্জাসিদা নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দর লাকপগী সাইলেন্ট খোঙদুনা গাড়ি ময়াম থৌরকপা মখোল

তায় সুন্দরমণি অমদি অম্বালিকা নকশিন্নরম্বা নোকমিন্নরম্বা হন্দোকনৈ, গাড়ি নক্লা খামখিবা মখোল তায়, নোংশাববু ঙাক শেনবা সিফাইশিং ইন্সপেক্টর বীরচন্দ্রনা মাঙ থাদুনা চেনশিল্লকই নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দর লাই খুরুম্বগী তক তকবা ফিজোল শেত্তুনা চঙশিল্লকই, অম্বালিকানা মকোক্তা মফি চিংখৎলি, ব্যবহাব তৌনা লেপ্পী)

| | | |
|---|---|---|
| নোংশাবা | - | (গার্ডশিংদা ফল্লব য়েংলগা) নখোয় খুদিংমক লাপতক্লা লৈয়ু। |
| বীবচন্দ্র | - | ফনি সাব। (হায়দুনা মখোঙ থিল্লগা অতৈ সিফাইশিংগা থোকখি) |
| অম্বালিকা | - | (নোল্লুক্লা) থৌবাং পূম্নমক লোইজরে পাবুংহল। |
| নোংশাবা | - | অদুদি পুজা হৌরসি শ্যাম। |
| শ্যামসুন্দর | - | ফনি তামো। |
| নোংশাবা | - | (মখুৎনা লামদুনা মন্দিবগী শবিক কাং হায়দুনা হৌনা খিঙদুনা চঙশিল্লগা মন্দিবগী থোঙ হাংই অদুগা অম্বালিকানা থল্লম্বা পোৎলমশিং লাইশিংদা কৎলি, মমিৎনা মন্দিরগী লাইশিংদা অমদি রাজলক্ষ্মীগী ফোটোদা নুংশিনা য়েংলগা কৌরকই) মমা! ঙসিসু নহাক্কী নখোঙ খুয়াখাদা ইকোক নোনবা লাকচরি। (হায়বগা মকোক নোন্দুনা খুইবম্মী) |
| শ্যামসুন্দব | - | ঙসিদি বন্দ, ব্লোকেড ধাবনা ফম্বী ময়ামগা লাউনবদা তামোগা ঐগসি চোকথরে। সুন্দব । লাইশোল ঈশৈসি নখোয় অনীনা শক্লক্লো। |
| সুন্দবমণি | - | (নোল্লুক্লা) ফনি পাবুং। (অম্বালিকানা ধুপ থাউমৈ থাগৎখ্রে অদুগা মন্দিবগী শরুক অমুক্তং খিংলকই, সুন্দরমণিনা ঈশৈ শক্লকই, অম্বালিকাসু য়াওরকই, ঈশৈ অদুনা নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দরবু পুক্লিং শুমহৎলি, মপী ইবা চেন্নদুনা নুংশিনা পুক্লিং লুপ্পী ) |

সুন্দরমণি - নঙগী নুংশি বাখলদা
অহিং নুংথিল অনীদা
ঙাওজরম্বা খোইমুনি
ঈখৌ লাংজবা।।

ঙসি অহিং লৈকোলসে
বসন্তগী অয়ুক ওইসনু
পোমশাংনবী নঙগী
লৈরাং লৈনাদা
ওইজগে খোইমু
খোইমু লমহেনবা।।

অম্বালিকা - চিংনদে অবাবা ঐদি নঙগীদমক
কিকদে নোংলৈসু নঙগী নুংশিবদা
লেপ্লীয়ু নঙতনা পুক্নিগী ওইনা।।

সুন্দবমণি - হৌথিবা পুক্নিগী থৌদোকশিং
নোংমদি শোইদনা লাকখিনি
নীংশিংবগী তোবর্বান্দা
উদুনতা লৈবী নহাকসে
ওইজগে ঐগী নীংশিং লাইরেম্বী।।

(ঈশৈ অসিনা মপুক্লিং নৌদুনা শীম্বুবকপা মপী তৈথোক্লগা মন্দিরদা ওনশিন্দুনা থম্মোয় শোক্লা নোংশাবনা হায়রকই)

নোংশাবা - মমা ! নহাক্কী নাউশুম ঈশৈবু ঙসিদি নহাক্কী নশুশিংনা নহাক্কী মন্দির অসিগী লাইশোল ঈশৈ ওইনা শকলি। (মপী তৈথোক-তৈথোক্লা) মমা ! মপোক তারেংলক্লা শীংবা ঙল্লরোইদবা নহাক্কী খোল্লাং লমননি। ঙসিসু অচুম্বতনা মায় পাক্কনি হায়বা নয়াথঙ ইকোক অসিদগী থাংথদ্রি। মমা ! নঙগী খোঙয়া থম্বালদা ইকোক অসি থমজবগা পাপ চেল্লবা মপোক অসিগী পোখাবা হায়বদু ওইজগে। (মন্দিবগী লৈমায়দা মকোক্লা শোক্কুনা অমুক খুইরম্মী, শ্যামসুন্দরসু খুইরম্মী

সুন্দরমণি অম্বালিকা মকোক নোন্দুনা খুইরম্মী অদুগা খুইরুম্বা লোইরদুনা তপ্না তপ্না মন্দিরগী মতায়দা হন্দোরকই)

শ্যামসুন্দব - (মচাগা মমৌগদা) ঙসি নুমিদাংদি তামোগা ঐগা বঙ্গলোদা লৈগনি। লমদমসিগী ইরাং মতা অসিনা ঐখোয় লৈত্রবদি বিজিটরশিং ইমুংদা চঙহনগনু। কেন্দ্রগী নুমিৎ থোকপা নুমিৎ অনী অদু নত্তনা অতৈ নুমিত্তা তামোনা বিজিটবশিং উন্নদনবা লেপ্লে। নখোয় অনীসু তাক্লমদনা শোৎ হেক্তা চৎথোকপদু তৌগনু। স্কোর্ট য়াওদনা লৈকাই মনুংদা ফাওবা নখোয় চখোকপা য়ারোই। য়াম্না চোকশিনগদবনি।

সুন্দবমণি - ঐখোয়দদি কনানসু করিসু তৌরক্লোই পাবুং।

নোংশাবা - (চীংলেম্না) নহাক ইচম চম্বা মী নত্তে। লমদম অসিগী চীফ মিনিষ্টরগী মচানুপানি। পুলিসকী মকোক থোংবা অফিসাব ওইবিবা এ ডি জি পীগী মচানুপানি।

সুন্দবমণি - অদুবু পাবুংহল -

নোংশাবা - (মখা তাগে তৌরকপদা মখুৎনা থত্তুনা খাম্লগা) হুম! ঐগী ইচাশিংনা মথক থোঙবগী ব্রাগী মায়োক্তা কবিগুম্বা অমত্তা হায়বা ইমুং অসিদদি য়াদে হায়বসি নঙ খঙলিবা নত্রা? স্কোর্ট য়াওদনা সেক্যুরিটি যাওদনা নখোয় অমত্তা চখোকপা যাবোই। (অম্বালিকানা ঈশ্ববগী প্রসাদি যেল্লি)

সুন্দবমণি - (নোল্লুক্লা) ফনি পাবুংহল।

নোংশাবা - (অম্বালিকাদা) ইবেম্মা।

অম্বালিকা - তাকপীয়ু পাবুংহল।

নোংশাবা - মন্দিবগী থোঙসি থিংজিল্লু পোৎলমশিং অসি লোইশিল্লু।

অম্বালিকা - ফনি পাবুংহল। (সুন্দরমণিগা লোয়ননা অম্বালিকা মন্দিরগী লাইদা কৎপা পোৎলমশিং পুশিল্লগা চঙখ্রে, শ্যামসুন্দরনা মচাগা মমৌগদা ফল্লপ য়েংলগা হায়রকই)

শ্যামসুন্দর - থানাসিদি ঐখোয় তামোনা ওইবমগদৌজাৎনি। ঐনবু হেক ঙাঙলুরবা ইচাসু ইমৌসু মচিলসি খুমগদৌবগী অমুক্তোইবা লোই। তামোনবু ঙাঙলবদি তুমিন- তুমিন লৈ।

নোংশাবা - পূম্নমকসিসু অব্যাস অমনি। অদুবু ধমকা ঙাক্তসু তৌবা য়াদে। (শ্বব অমুক্তং হোন্দোক্লগা) ঐগা মমাগা মিৎকুপ খুদিংগী মবৈ য়েংনবদু নঙ কাওবব্রা শ্যাম? ঐগী লমহেনবা ঙাঙনবা ব্রাবা মতৌদা মমানা ব্রাবৌদুনা কপ্পী, ঐনা মমা কপ্পকপদুদা নুংঙাইতদুনা মমাবু থেম্মী। মমানা ঐনা মহাক্কী মতৌদা নুংঙাইত্রিবৈদুদা ঐবু খুদুম চনখি (নুংশিনা) অদুবু শ্যাম, মপী শীন্থদুনা কপ্লিবী মমাদো মাগী থম্মোযদি কপখিদে। (মপী শিন্থরকই) মন্দিবসিগী মমাংদা মিৎকুপ খবদং হৌখিবা অমদি পুক্সিবু নীংশিংবা মসিসু ইশাবু কাওথোক্তুনা পোত্থাবা শকক অমনি। লমদমসিগী ফিভম নোংমা- নোংমগী লুশিল্লকই।

শ্যামসুন্দব - হৌজিক ওইবিবা লমদমসিগী হীরম খুদিংগী প্রোব্লেমশিং লোইশিন্ননবা হোৎনবা হাযবসিদি মীনদি ঙম্লবোই তামো। লাই নত্তনদি যারবোই।

নোংশাবা - নহাক্লা হাযবিবদুনদি তামোবুসু লাই ওইবো হাযবনিনে। লালহৌবগী ইবাং লৈবা, তোঙান তোঙানবা জাতি মযাম খুন্দামিন্নবা ঐখোয়গী শেন্থোক পীকপা ষ্টেট ওইবনিনা হীবম খুদিংদা তামো ব্রায। অব্রাংলোমদা নাগানা ব্লোকেড তৌনি, মখাবোমদনা কুকীনা বন্দ তৌনি, তম্পাক্তনা ধাবনাগা প্রোসেসন মযামগা লাক্কনি, লালহৌবা শাবশিংনা তম্পাক্তা বোম লঙশিনগনি নোংমৈ কাপশিনগনি, চীংদা শেল পীযু হাযদুনা গাড়ি মৈ থাগনি, কর্ম্মচাবীশিংনা মথৌদি শুনিংলোই, অচৌবা তলবতা পামগনি। ময়ামসি নমথনবা পাঙ্গল খজিক্তং ফুদোক্লুবদা চীফ মিনিষ্টব রিজাইন্দ তৌ হায়রক্কনি।

শ্যামসুন্দর - পূম্নমকসি কন্ট্রোল তৌবা ঙম্নবা গভর্নমেন্ট হায়বিবনি।

নেসনেল হাইৱেগী ব্লোকেডকীদমক্তদি ভারত সরকারনা হাইৱে প্রোটেক্সন ফোর্স মতিক চানা পীরকপদা ষ্টেট ফোর্সনা ইকোম কোমনা ব্লোকেডকী অর্থ থোকহন্দবা ঙমগনি। বন্দ ধারনা হায়বদুদি প্রজানা হৌদবা হীবম ওইরবদি হৌজিক্কী মীরোন্না থওইনদ্রে তামো। লুরিবদি নাগাশিংগী ওইবা তোঙানবা অপূনবা অমগী খোংথাং অসিনি।

নোংশাবা - মদু কান্নদবা ৱানি। কুকিশিংদু মখোয়গী হোমলেন্দ হায়রম্বদু জ্ঞান তাখ্রে। লমদমসিগী অপূনবগী মনুংদা ঐখোয় হীংমিন্নগদবনি খঙখ্রে। লমদমসিগী অপূনবগী শক্তমদা শীংনবকপা পূম্নমক তামোনা থেঙনগনি।

শ্যামসুন্দব - অদুবু তামো, সেনাপতিদা লৈবিবা পাউমৈ এল ডি জোনগী শাফু কনবা ৱাহৈশিংসি য়াম্না সেবিঅস ওই। নাকল অমদা দিল্লি যুনিভবসিটিদা প্রোফেসার ওইবী ডাক্তর বেনুগী ৱ াহৈশিংনা লমদমসিগী মীওই লীশিং কয়াবু খুদুম চন্দুনা গোড ফাডবগী শক্তম লৌবিবা অসিমসু চোকশিনবা চুমগনি খঞ্জে।

নোংশাবা - (মঙক নোম্লগা) বেনু অমসুং জোনগী পাউ ঐহাক তাবে। মখোয অনীনা ঙাঙলিবা ৱাঙাঙশিং আইন্না য়াবা ৱা ঙাঙলিবা মখৈদি এক্সন লৌরুবা য়াবোই। বেনুবু লমদমসিগী অচৌ-অচৌবা ফঙ্কসনশিংদা কৌথোক্লিবসি লমদমসিগী প্রজাশিংননি। মহাক শীনফম অমা ওইনা ওঝা ওইদুনা লৈজবনি। জোনবু নাগাশিংনা মখোয়গী লুচিংবা ওইনা ইনৌ নৌনা হাপলিবসি মবম অমদি লৈগনি। মবমদি জোনদি য়াম্না সেরিঅস ওইবা থবক্কী মীনি। মাগী নহা ওইবগী মতম অয়াম্বসু মাদি মপান লৈবাকশিংদতা লৈবনি।

শ্যামসুন্দব - অতোপ্পা হীবম অমনা তামো -

নোংশাবা - হায়য়ু।

শ্যামসুন্দব - মতম পূম্বদা ঐখোযবু য়েক্লবনি খনবা মঙালনা ঐখোয়গী ইফমদা মখল মখা কয়াগী লালোং চত্থননবা শেম শাদুনা লৈবি।

| | | |
|---|---|---|
| নোংশাবা | - | (খিত্তং খল্লগা) অপূনবা নীংতম্বগী মীংদা লালহৌরিবশিং সরকারনা ব্বারী শাননবা বার্তন তৌবদা মখোয়না লৌদ্রি। লনাইগী ওইবা ঐখোয়দা শীংনবক্লবদি মহাকপু খুদুম চনবা লায়গনি। তামো পূম্নমক খঙই। তামোনা ঐখোয় চোকশিনসি হায়বদুদা পূম্নমক য়াওববনি। (তাঞ্জাসিদা মংলেম চঙলকই, মশা নাল্লি) |
| মংলেম | - | ওঝা! ওঝা লাকই তাবদা অব্বাং লৈকাইগী মৌনহা ময়াম ওঝা উন্ননি হায়দুনা মমাং শঙ্গোয়দা পৈহৌরে। |
| নোংশাবা | - | করিগীনো? ঙসিদি ঐগী বিজিটব ডে নত্তে। |
| মংলেম | - | ইচে সখিগা ইতৈমা চাউবীয়াইমগনা লিডব ওইদুনা লাকপনি। ওঝা উন্নদবা য়ারোই হাযহৌই। ঐখোযগী ব্বার্কব অকনবী ঙাক্তনি। ব্লোকেড অমুক তৌদ্রিঙৈদা থাউ চেং চিনী পৈশিলহৌগে ঐখোয় কেন্দ্রগী কোটাদু ঙন্না পীবীয়ু হাযহৌই। |
| নোংশাবা | - | নেসনেল হাইব্বেদা ব্লোকেড হাযবদু মমিংখক ওইবনি। ভাবত সবকাবদা অকনবা চে ইথ্রে। হাইব্বে প্রোটেক্সন ফোর্সনা অযুক নুংথিল নাইদনা উচুক যুংবগুম যুংলগা ষ্টেট ফে র্সনা মীকুপ খুদিংগী পেট্রোলিং চৎকনি। পোৎ তাংহল্লবোই ব্রেক্কী কাববাব ব্বালা থোকহল্লবোই। চাননবগীদমক প্রজানা ব্বানিংঙাই লৈত্রে। |
| মংলেম | - | ঙাইহাক উন্নকদবা যারোইনে অদু ওইবসু। |
| নোংশাবা | - | (শ্যামদা ফলব যেংলগা) শ্যাম |
| শ্যামসুন্দব | - | তামো। |
| নোংশাবা | - | তামো নুপী মযাম লাকইবসি অমুক্তা উন্নকখিগে। |
| শ্যামসুন্দর | - | ফনি তামো। (নোংশাবা মখা তারমদনা চৎখি, মংলেমগা শ্যামসুন্দবগা চিংনা যেংনহৌই) |
| মংলেম | - | অতৈ অতৈ ঙাঙনবদি ঐ কবিমতা খনদে মৌনহা ময়ামগা ঙাঙনবসিদি ঐ কোক ঙাওই সার, বি পি কাসে জর জব ব্বাংখৎলকই। |

শ্যামসুন্দর - (নোক্লগা) করমায়না তৌরিবনোনে হায়রিসিবো?

মংলেম - ইচে সখিনা ময়াদি ইচৌ চৌরদনা মচিন্নালদি ঙাঙশঙ ঙাঙনা হেক শঙলদনা (মতৌ তমদুনা) মংলেম হে-হে-হে হায়দুনা হেক কৌরকপদু তাবদা বি পি সি বঙ- বঙ ব্রাংখৎলকই, সং লৈথোকপদা ইতৈমা বীনানা (কোথদুনা মতৌ তম্মী) মংলেম হেক হায়রকপদা বি পি ব্রাংখৎপদা হুমাং অমুক য়াওখৎলকই।

শ্যামসুন্দর - (নোক্লগা) করিগীনোনে অদুবো?

মংলেম - সার মোয়না খল্লিবসি মংলেমসি পাখঙনি মোয়না শীনবীদৌরিবনি অসিনি। ইচে সখিনা নুপী অমা হায়- (ইতন তন্না) য়েঙলুরে সার মায় মনাওনুপীনি। রামায়নগী সিতা শঙবী থাঙপাক পায়বীদু মাল্লি। (শ্যামসুন্দর নোকই)

শ্যামসুন্দর - ই: অদুদি মগুন লৈবজাৎনিদনা।

মংলেম - (ইতন তন্না) উম লৈনি।

শ্যামসুন্দব - (নোক্লগা) মখা তম্মুনে নুংঙাইরিনে।

মংলেম - খরা ফগদ্রা ইতৈমা বীনাগীসিনা হায়দুনা ইতৈমা বীনাগীদা অমুক চৎলুবে।

শ্যামসুন্দব - অদুনা কমদৌরবা?

মংলেম - মপান লমদা লাইরিক তম্লকপীনি হায় ব্রজানখোয়গী কাংবুনি সাব।

শ্যামসুন্দর - (ঙক্লা) করিনোনে হায়বিসিবো?

মংলেম - মফিসি শেৎলিব্রা শেৎব্রিবরা খঙদে। মদুবু ঐ নুপীনি হায়দুনা য়ূমদা হেক পুশিল্লুবদা ঐখোয় ইমাদি শিং মোন তরক্কা মঙদা ওইনা থাঙদোকপীরো হায়রক্লনি।

শ্যামসুন্দর - (নোক্লগা) লুরিনে অদুদি। ইনাও মংলেমনা পামলিবসিনা করম্বা নুপীনো?

মংলেম - ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরগী মচানুপীগুম্বী, ইংলেণ্ডগী মহারাণিগী মচানুপীগুম্বীনি সার।

শ্যামসুন্দর - (নোক্না- নোক্না) উম! মংলেমনা ঐখোয় তামোগী তুং ইল্লক্লিবসি কুইরক্লে। লৈবাকসিগী মীপুম খুদিংনা মংলেমবু খঙদ্রবা লৈত্রবনি। পঙচোপ চোপ্পদি য়াব্রদো। ফবে- ফরে (থওইদনা) ৱারী ঙাইহাক শাবা হায়বদুনি কোন্না অমুক ঙাঙনরসি। (হায়রম্লগা থওইদনা চংখি, মংলেমনা চংখ্রিবদু মুন্না য়েংলগা)

মংলেম - থানা হায়বসিদি অপিকপা হায়বা লৈতে অচৌবা হায়বা লৈতে চপ মান্নবজাৎনি। আই জি পীদগী হৌজিক্তি এ ডি জি পীদা প্রমোসনসু কাথোকখ্রে। ঐঙোন্দা অমুক কেঙশিল্লম্লগা চংখ্রিনে। মণিপুরপূম্বনা পি আব ও মংলেম হায়বদা ঐবু খঙদবা কনা লৈ। ভাবত পূম্বদসু খঙই।

নোংশাবা - (মপান্দগী কৌরকই) মংলেম।

মংলেম - লাকচবে ওঝা! (মতোমতা) মসিমসু মৌনহা ময়ামদু উন্নবদা বি পি ৱাংখৎলমাল্লে।

নোংশাবা - (অমুক্কা কৌবকই) মংলেম নঙবু লাউনহে।

মংলেম - (খুদোম্বী থিল্লগা) হেঞ্জিল্লকইসি য়েংউ। ঐনা নুপী ওইনা পোক্লমদদনা নুপা ওইনা পোক্লম্বসি ফববনি। নত্রবদি নহান্না নোংশাবা পাখঙ হায়দোক্কনি। (হাযদুনা নোকফেৎ তৌরম্লগা চংখি)

**অহানবা উৎপা লোইবা**

# অনীশুবা উৎপা

(অচিকপা চীংয়াগা তাইনবদা লৈবা য়ূম অমা, নুমিদাং অপূনবা নীংতম লাম্মীগী মরুওইবা থৌপুবা ওইরিবা মঙাল কোম্বেৎ ড্রেস শেত্তনা মতিক চাবা খুৎলাই পায়রগা শীল্থানা তুং ইন্দুনা য়ূমসিদগী থোরকই)

শীল্থা - ঐখোয় মফমসিদা কয়াম কুইনা লৈখিগনি পীবারেন?

মঙাল - অহিং অসি লোইদ্রিঙৈদা ঐখোয়না য়ূম অসি থাদোক্কনি। ঐখোযগী কেম্পতগী তম্পাক্লম নক্লা ঐখোয়না চঙশিল্লকপগী পান্দম মবম অনীনি। অহানবা মবমদি ইমাগা অমুক্তুং শকউনহৌনবনি। অনীশুবা মবমনা ঐখোয়না পাঙথোক্কদবা থবকশিং মথঙ মনাও নায়না য়েংশিল্লম্নবনি।

শীল্থা - পূন্নমক খঙজবে পীবাবেন।

মঙাল - শীল্থা। (খজিক্তুং মমায় লৈবগা) লমদম অসিগী লৈমায়দা ঙসিসু ঐহাক্কী যেক্লবশিংনা মনীং তম্না হিংদুনা লৈবসি ঐহাক খাঙবা ঙমদে। ঐবু মিৎকুপ অমত্তসু পোত্থাফম খঙহন্দে। (মখযাৎ ক্রক ক্রক চিক্তুনা) ঐহাক নোংশাবগী অককপা মকোক নত্রগা শ্যামসুন্দবগী মশাদা থুম্না থীল্লুবা থাঙগী ঈ তৈববা থাংদোন উনিংই। লমন খুমনিংবগী চাকখৎলক্লিবা মৈচাকসিগী মৈশানা ঐগী ইশা অসিবু খাঙফম খঙহন্দে।

শীল্থা - পূন্নমক মতম্না শোয়দনা পূবক্কনি। তপথবীয়ু।

মঙাল - (শাউবকই) ঐহাক তপথরোই নত্রগা তুমিন লৈথোক্লোই। ইপা হাৎখ্রে, লাঞ্জদবা ইনাওবু মবাল পীশিন্দুনা হাৎখ্রে, অচুম্বনা থৌনা ওইদুনা হিংজবী লাঞ্জদবী ইমাবুসু নোংমৈ কাপ্ন বদা হাইদোবকপা মরুনা পানবনি হায়শিন্নদুনা মীনুংশি লৈতনা হাত্তোকপীখ্রে। কয়াম কুইনা ঐনা নুপা অমা ওইনা ইপা হাৎখিবা, ইমা হাৎখিবা, ইনাও হাৎখিবগী খাঙমদবা

অৱাবসি মায়োক্লখিনি? ঐহাক্লা হিংলিঙৈদা নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দরবু লমদমসিগী লৈমায়দা হিংহল্লম্লোই। মখোযগী ইমূংবু তুম্না হাৎপা হায়বসি ঐগী ৱাশকনি।

শীল্থা - নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দরবু হিংনা নত্রগা শিনা ফাবা হায়বসি ঐখোযগী লাম্মী খুদিংমক্কী থৌদাং ওইরবনি।

মঙাল - তম্ফাদগী কবি পাউ লৈবগে লৌ।

শীল্থা - ফনি। (মোবাইল পূথোক্কুনা কোল তৌই) হলো। ঐহাক শীল্থানি। পীবাবেল মঙালনা নঙবু ৱা ঙাঙননিংলি। (মঙালনা মোবাইল পীবগা) তম্ফা লৈজবে পীবাবেন।

মঙাল - (মোবাইল লৌবগা) হলো তম্ফা। (কৌথোক্লুবগা পুক্লিং নৌই অদুগা মীৎকুপ অমত্তং চিক্লুবগা মখা তারকই) থৌবাং কমদৌরি?

তম্ফা - (মোবাইলদা) শেম শাবা থৌবাং পূম্নমক্তি লোইবে। মায়পাকপা নত্রগা মায়থিবা হায়বদুদি তাইবং শেম্বা মপুদা শীন্নবে।

মঙাল - নহাক্লা মাযপাক্লা ইমাংদা লেপ্লবা মিৎকুপ্তু খৌরাংনা ঙায়বি তম্ফা। খুদোংথিবা থোক্তননবা তাইবং শেম্বা মপুবু ঐহাক্লা খুইরুমলি। মফম অদুদা নহাক্কী নতেং পাঙলনবা শীল্থা অমদি থৌনা ফবা লাম্মী খবা থারক্লে। গুড নাইট তম্ফা। (হায়বগা মোবাইল ওফ তৌই, তপ্না শ্বব শাংনা হোন্দোক্লগা হায়বকই) শীল্থা।

শীল্থা - তাকপীযু।

মঙাল - নহাক্কা হেঞ্জু অমদি শীন্দম্বগা তম্পাক্লমদা লৈহৌরো। খেবগাওদা সহিড অহম্মদকী যূমদা তম্ফাবু মতেং পাংননবা থুংলুবো।

শীল্থা - ঐহাক খঙজরে পীবারেন। (তাঞ্জাসিদা গাডি অমা খামখিবা মখোল তায়, শীল্থা চেম্থোক্লুবগা চেনশিল্লকই)। ইমা যৌবক্লে পীবাবেল।

মঙাল - তরাম্না ওক্তুনা মফমসিদা পুশিল্লকউ। (শীন্থা থুনমক চেনথোকখি, মঙালনা লাংতক্লনা মথকথোঙবা অচৌবা মী অমা লাকপদা মপুক্লিংদা ফাওজবা চরাংনবদুদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি শীন্থানা তুং ইন্নদুনা ইকাই খুম্ননা কা অসিদা প্রোফেসার রেনু চঙলকই, অহিংদা গাড়ি থৌরকপদা কনাগুম্বনা হেক উবদা খঙখিদনবা চীংলেম্না ফজবা অকন্বা ফি অমনা মকোক খুন্নকই মঙালগী মাংদা বেনুবু থন্নগা শীন্থা তুং হন্দুনা খোঙলৈ থুনা কা অদুদগী মপাল থোকখি, মঙালনা রেনুবু তরাম্না কৌশিল্লি ) লেঙশিনবীবকউ ইমা। পীবাবেন মঙালনা ইকোক নোঞ্জদুনা ইমাবু তবাম্না ওকচবি। ইমাগী য়াথঙ অকুবা ফিগাউ শানা য়াজবি।

প্রোফেসাব রেনু - ব্রাফম অমখক হায়ননবা ঐহাক মফম অসিদা লাকপনি। হৌজিক লমদম অসিদা নীংতম্বা লানফমগী ব্রাফম অমত্তসু মীচম প্রজাশিংনা হৈনিংদ্রে, তানিংদ্রে। মসিগী খ্বাইদগী চাউবা মবম অমখক্তি নীংতম্বগী মিংদা মীয়ামদগী নীদুনা মতেং লৌগদবদগী মহুত্তা নম-হাদুনা মতেং লৌকবদগী থোবকপনি। নীংতম্বগী মিংদা খুৎলাই উত্তুনা শেল তানবগী কলচব অমা পাক শন্না শন্দোবকপননি।

মঙাল - শেল পীবা ঙম্লোইদবা মীওই অমত্তদগী ঐখোযনা শেল খায়জদে ইমা।

বেনু - চেংগুমগুম শৌগৎলকপা ফজববা নীংতম্বা হায়বা ব্রাহৈসি শীজিন্নদুনা নীংতম লালহৌবু শেল তানবা নুংঙাইবা শীনফম অমা ওইনা উনরিবা চৎনবী অসি মুথুৎকদবনি। শেল খায়বা লেপ্পগনি হায়দুনা লাউথোকউ। শেল খায়বা লাকপা নীংতম্বগী মীং শীজিন্নবা মীওই খুদিংমকপু মীয়াম হৃপ্তুনা চৈরাক পীবীবকউ লাউথোকউ, শেল খায়ববু লাক্লবদি নীংতম লাম্মী নত্রে মীয়াম্না হৃপ্তুনা হাত্তোকপীবকউ হায়দুনা পল্লিক্তা শীন্নথোকউ।

মঙাল - (নোল্লুক্না) ইমাগী য়াথঙ পাঙথোকচননবা থৌরাং তৌজগে।

রেনু - মীয়ামগী নুংশিবা, থাজবা অমদি হৈনিংবা উদনা লমদম অমগী নীংতম লালহৌ শাগৎলুবদা মহৈ ফঙলোই। অককনবা হীরম খরদা নত্তনা পাকশন্না শেল খায়বা খুদক্কগী লেপ্লবগী পাউ ঐহাক্না ইম্ফালদা লৈরিঙৈদা তাহল্লু।

মঙাল - ইমাগী য়াথঙ ইকোক্তা থমজবে। অতৈ মখা তাবীয়ু।

রেনু - ঐহাক অতৈ রাফম হায়খিরোই। পম্বুংফম যৌদনা লম্বী মাংখিগদবা খোঙচৎ ঐহাক পামদে। লানফমগী শেম শাগৎলকপদা লম্বীদা চৎনা চৎনা লম্মাংনখিবা ঐহাক্না পামদে। (খোঙফম হোংলগা) অহিংগী অমম্বসি লোইদ্রিঙৈদা ঐহাক চৎখ্রগে।

মঙাল - পম্বুংফম ফাওবা খুদোংথিবা থোক্তনবা নচা ননাইশিংনা ঙাক শেলহঞ্জগে।

বেনু - ঐহাক ইশা ইতোমতনা খোঙচৎ খুদিংদা ইশাবু ঙাক শেঞ্জগনি। হীরম খুদিংমক্তা মাযপাকপা ওইয়ু মঙাল।

মঙাল - (মঙক নোম্দুনা) ইমা। (বেনু কনাবুসু যেংলমদনা থুনমক মমায় লৈদুনা চৎখি শীম্থা রেনুনা চৎখিবগা চেনশিল্লকই)

শীম্থা - লমহাং অশাংবসি লান্না ইমাবু ঙাক শেল্লুবনা চুমলোইদ্রা পীবারেন?

মঙাল - (তপ্না মঙক হাইরগা) মদুগী কান্নবা লৈতে। ঐখোয মফম অসিদা ঙাইহাক পোত্থারগা অমম্বা অসি লোইদ্রিঙৈদা কায়নসি। (হায়বল্লগা মঙাল খুৎলৈ থুনা চৎখি মঙালগী মতুংদা শীম্থানা ইন্নখি)

## অনীশুবা উৎপা লোইবা

# অহুমশুবা উৎপা

(সেনাপতিগী লম্বী, নাগাশিংগী অচৌবা লুপ অমা ওইরিবা য়ুনাইটেড নাগা ওর্গনাইজেসনগী লুচিংবা এল ডি জোন অমদি সেক্রেটরি লোবহো মাও য়াবী শান্নদুনা অরুবা থবক অমা চৎমিন্নরি)

লোরহো মাও - ঐখোয়না নেসনেল হাইৱে ব্লোকেড তৌরিবনি হায়দুনা ব্লোকেড কৌরগা হাইৱে প্রোটেক্সন ফোর্সকী মশিং য়াম্নবা সিফাইশিংনা উচুক য়ুংবগুম লম্বীগী নাক য়েত্তনা য়ুংদুনা লৈরগা ষ্টেট ফোর্সনা অমুক পেট্রোলিং কোইচৎ চৎপনা লম্বীদা গাড়ি মিংশেল থুগাইবা, গাড়ি লোকখাদা ইম্থবা নুপী-নুপা অমত্তনা ঙমদ্রে। ঐখোয়না লম্বী ব্লোকেড তৌরে হায়দুনা লাউরগা গাড়িময়াম্না গোরোং গোরোং চেনবসি ঐহাক য়েংবা ঙমদ্রেনে সার জোন।

এল ডি জোন - নোংশাবা অপঙবা চীফ মিনিষ্টর নত্তে মান্নবা খোঙথাং অনীরক হনগনু। ঐনা হায়বদা নখোয় ময়াম্না ঐগী য়া ইন্দবগী ইকোনোমিক ব্লোকেড হৌজিক ফেল ওইদুনা ফাগী তাবনি। লোবহো। নখোয়না নোংশাবগা শীংনগে হায়ববদি ঐখোয়গী অশোইবা অশোনবা উৎলোইদবনি। ব্লোকেড অমুক হন্না তৌররোই থুনমক লাউথোক্কদবনি।

লোবহো মাও - নোংশাববু কিদুনা নাগাগী ঈহৌ মায় লৈবদি ঐহাক য়ানিংদে। ষ্টেট ফোর্স অমত্তা নাগাগী লমদা ঐখোয়না চঙহল্লোই হায়বা য়াবেপ অসি থবক্তা ওন্থোকপনা নাগাগী মায় পাক্লনবা লম্বী ওইগনি।

এল ডি জোন - অ: অদুবু কবি য়ানোনে লোরহো। ষ্টেট ফোর্সতা ঐখোয় নাগা কয়া অমসু থবক তৌদুনা তলব চাদুনা হিংলি। হৌজিক ফাওবদি নাগাগী লমশিং অসি অপূনবা ষ্টেটকী এডমিনিষ্ট্রেসন

মনুংদা লৈরি। নাগাশিংবু চৎনবী খঙদবা, এক্ট অমসুং লো খঙদবা, বিফোর খ্রাইষ্টকী মী মানবা ব্রা ঙাঙগনু। ঐ তানিংদে।

লোরহো - (ব্রারৌনা) সার জোনদি য়ুনাইটেড নাগা ওর্গনাইজেসনগী প্রসিডেন্টনি। সারনা মৈতৈনা ঙাঙবা ব্রাগুম হেক হেক ঙাঙবসিবু করিগীরা? সার জোনদি লাইবিক হৈবনি ফোবেন কণ্ট্রীশিংদতা লৈবনি হায়দুনা নাগা মীয়াম্না ইকায় খুম্নবিবা মীশক্নি।

জোন - লোবহো। ঐহাক্তি এক্সনগী মীনি। নাগাখক্কী হায়বা ব্রাখলদা লৈববদি নাগাশিংনা নেভর চাউখৎলোই, মৈতৈখক্কী হায়বা ব্রাখলদা লৈববদি মৈতৈনা নেভর চাউখৎলোই, কুকিখক্কী হায়বা ব্রাখলদা লৈববদি কুকিনা নেভব চাউখৎলোই। আইডেন্টিটিগী ব্রাফমনা অন্নদর সবজেক্ট মেটব অমনি। নাগাবু অফবা জাতি অমা ওইবগী মঙ মঙগে হায়ববদি মীওইবা জাতিগী মঙ মঙগদবনি।

লোবহো - সার জোনগী ব্রা অদুদি চছতা ঙাঙগদবা ব্রানিনে। নাগাশিংনা শাউরনি।

জোন - লোরহো। নখোয়গা ঐগা ব্রাখল মান্নদে হায়দুনা ঐবু প্রসিডেন্ট ওইবা লৌথোক্লবসু ঐহাক হবাওগনি। ঐদি নাগাগী মিংদা শেলফিস ওইগে, শেল তানগে, মমল অযাম্বা গাডি লৈগে, যূম ফজবা শাগে, থিকা তৌগে,এন জি ও তৌগে, কাববাব তৌগে হায়বগী ব্রাখল লৈতে। ঐনা চাউখৎপা নাগা নেসন অমা পাম্মী। নাগা কাংলূপশিংগী নুংশিনবগী অপূনবা মান্নবা ব্রাখল পাম্মী। ঐনা গ্লোবেলাইজেসনগী মঙাল ফঙবা য়ুনিভবসেল ওইবা ব্রাখল খনবা ঙম্বা নাগাগী লীচৎ পাম্মী।

লোবহো - সাব জোন্না খুৎলাই পায়বা নাগা লালহৌবশিংগী ব্রাখল্লোনসু নীংশিংবীবা ফৈ। ঐখোযগী ব্রাখলগা মখোযগী অপাম্বগা মান্নহনবা হায়বসি অফবনি।

জোন - মদু ঐ পামদে। মখোয়দি ইন্দিযা গোভর্নমেন্টকা পিছ টোক্ষ

চথুরিবা লালহৌবা ওর্গনাইজেসননি। ঐখোয়দি লালহৌবা ওর্গনাইজেসন নত্তে। ঐখোয়না আইনগী বাংমদা বা ঙাঙবা ওর্গনাইজেসন ওইরবদি ঐখোয়গী ওর্গনাইজেসন অসি সরকারনা থিংগে শোযদনা হায়বক্কনি। এ: লাইরিক হৈতবগী বা ঙাঙগনু।

লোরহো - অদু হায়রক্লবদি ঐখোয় নাগা পুম্বনা নোংশাবগী সরকারগী মায়োক্তা লৈগনি।

জোন - ই: লোরহো। নহাক্লা নোংশাববু খঙদ্রি।

লোরহো - সার জোন্না নোংশাববু করিগী কিবনো?

জোন - (লোরহোদা য়েংলগা ইংনা নোক্লগা) লোরহো। নোংশাবদা নহাক চীফ মিনিষ্টর ওইবা তোক্লো হায়দুনা মমাংদা লেপ্লগা লাউবদা খুদক্তা মহাকপু চীফ মিনিষ্টর লৌথোকপা ঙম্বসি ষ্টেট অসিদা ওনলি ঐহাক্তি। অদুগুম্বা অকিবগী বা ঙাঙগনু।

লোরহো - (ঙক্লা) অদু বাবু কবম অচুম্বনোনে?

জোন (খুদোম্বী শীংলগা) ঐহাক অরানবা যাদবা নাগা ওইনা ঙসিসু হিংবনি। বা ঙাঙগনু। ঐনা নাগা মীচম পুম্বগা বাবী শাদুনা মখোয়গী অপাম্বা বা তাখিনি। ফোলো মী, অসি মাংদা লৈবা খুনসি চঙসি। (থওইদনা জোন চৎখি লোবহোনা ঙক্লা য়েংলগা)

লোরহো - অসি নুপা অসিবু খুন খুনগী নাগা মীয়াম্না করিগী প্রসিডেন্ট প্রপোজ তৌবগা পুকিনী মাওবু প্রসিডেন্ট লৌথোকপনো? ঙাঙনবা ওম্থোক্লা বারেনে। (হায়রগা মতুং ইন্নখি)

**অহুমশুবা উংপা লোইবা**

# মরিশুবা উৎপা

(লৈবাক্কী অচৌবা মীয়াম তিনবা মীটিং অমা অচৌবা হোল অমদা মীয়াম চোন্না তিন্দুনা পাওথোকলি। মীয়াম্মা খুবাক খুনরকই হুইশেল খোঙনরকই এনাউন্সরনা মনুংদগী লাউথোরকই)

এনাউন্সর - মীয়ামবু থাগৎচরি। ঙসিগী কনভেন্সন অসিবু মপুং ফাহনবীননবা লেঙবীবকপা মীয়াম্মা হোল অসি চন্দদুনা শীঞ্জরিবা ঐখোয়দসু অবাবা অমা ওইজবে। ঙসিগী থৌবমসি লমদমসিগী য়ুমথোঙ খুদিংদা য়েংননবা ডুরদর্শন কেন্দ্র ইম্ফালনা লাইভ টেলিকাষ্টসু শন্দোকপীরি। কনভেন্সন অসিগী অথোইবা অতিথি প্রোফেসাব রেনুবু মীয়ামদা ব্রাহে খরদং কনভেন্সন অসিবু হৌদোকপগী থৌদোক্কা মরি লৈননা থম্বীরম্ম নবা কৌথোকচবি। (কল্লপনা) প্রোফেসার রেনু। (খঙহৌদনা মীয়ামনা লাউনবকই)

নুপা অমা (মনুংদগী) - লোং লিভ।

ময়াম্মা খুম্নরকই - প্রোফেসাব রেনু।

নুপা অমা - লোং লিভ।

ময়াম - প্রোফেসাব বেনু।

নুপা অমা - লোং লিভ।

ময়াম - প্রোফেসার রেনু

এনাউন্সব - প্রোফেসার রেনু - দিল্লী য়ুনিভর্সিটিদা পৃথিবী পুম্নমক্কী মহৈরোই কয়াদা অব্রাংবা থাক্কী জ্ঞান অমদি লৌশিং পীরিবীনি। পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা অচৌবা য়ুনিভর্সিটি কয়াদা অব্রাংবা ব্রাখল্লোন কয়াদা ব্রা ঙাঙলুরবীনি। লেমজনিংঙাই ওইরবী লমদমসিগী নুপী লাইবিক হৈবী জ্ঞান লৈবীশিংগী মরক্তা তোমথিন ঙাল্লিবী অমনি।

| | | |
|---|---|---|
| মনুংদগী নুপা | - | প্রোফেসার রেনু |
| ময়াম | - | হিবিবিব হুরে। |
| নুপা | - | প্রোফেসার রেনু |
| ময়াম | - | হিবিবিব হুরে |
| নুপা | - | হিবিবিব |
| ময়াম | - | হুরে |
| নুপা | - | |
| ময়াম | - | হুরে |
| | | (মযাম্মা খুবাক প্রোক প্রোক খুনবকই হুইশেল খোঙনবকই প্রোফেসাব রেনু চীংলেম্বা ফিজোল শেত্তুনা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা মীয়ামবু খুইরুমদুনা থোরকই) |
| এনাউন্সব | - | (মনুংদগী) প্রোফেসার বেনুগী মমল যান্নবা ব্রাবোলশিং ঙসিগী সভা অসিদা থম্বীগনি। |
| বেনু | - | (মাইক্রফোন্দ মমাংদা লেপ্লগা মীয়ামবু নোল্লুক্লা মকোক নোনলগা) নুংশিজববা নীংতম্বগী নুংঙাইবা হায়বদু কবিনো খঙদনা হিংলিবা ইবৈবাকচা পুম্নমকপু বেনুনা ইকোক নোঞ্জবি। (ইংনা নুংশিনা) আইন লৈবা লৈবাক অমগী শাসন লৈবা সরকাব অমগী প্রজাশিং ওইরগা, নাগরিক ওইবগা, লৈবাক অমগী প্রজাশিংগী হক হায়বদু করিনো খঙজদনা হিংবা ঙম্ম-ঙম্মনবনি হাযদুনা অব্রাবগী পনখে য়ৌরবা ফাওবা অখাংকনবা অখাংকনবী ওইদুনা হিংলিবা লমদমসিগী অহল-লমন, ইপা-ইতোন ইবুং-ইপ্পাশিং, ইমা-ইবেন, ইচে-ইন্দোন, ইনাওশিং ঐনা ব্রাহে অমত্তসু হায়জদ্রিঙৈদা ময়ামগীদমক খোং-শিৎ তিংথোক্লগা ঐদি ও খোংনা অমুক্তং কপনিংই। পৃথিবীগী করম্বা মফমদা নখোয়মুক হিংবদা অর্থ থোক্তবা মেন মান তাদবা কাংলূপসিবু ২১ শুবা চহিচা অসিদা লৈবিবগে? মীওইবা হায়বসিবু শ্বর হোল্লিবা মখে অহিংবনি |

হায়বা, চাবা ঙমলিবমখৈ, চৎপা লেঙবা-ওৎপা ঙমলিবমখৈ পঙহিং হিংবা জিবনি হায়রবদি লৈবাক শেমুবগী করি অর্থ লৈগনি, খুন্নাই শেমলুবগী করি তোংজগনি? লমদমসিগী লৈমায়দা লেপ্লগা ৱা ঙাঙগদবসি অৱাবা অমনি-কদায়দগী হৌরগা কদায়দা লোইগদগে ফাওবা অরুবা অমনি। মপু পান্দবা আইন লৈতবা লমদম অমদা ঐখোয় হৌজিক হিংলি। ঐখোয়গী ইতিহাসতা ঐখোয় মনীংতম্বা লৈবাক্কী প্রজাশিং ওইরম্মী। নিংথৌ পোংবা ১০ অমদি ফমদৌ ৬৪ না নিংথৌগী মতেং পাংদুনা নিংথৌবু লাইগী থাক্তা থমদুনা লৈবাক প্রজাদা নিংথৌনা অমুক্তগী হেন্না ৱা ঙাঙদবা, প্রজাশিংনা নিংথৌগী ৱাবু লাইগী ৱাগুম ফিগাউ শানা য়াজবা লৈবাক নিংথৌগা প্রজাগগী ডিসিপ্লিন লৈবা অৱাংবা পুন্সিদা হিংলকপা লমদমসিগী মীয়ামনি। নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা থেৎলি হায়বিবা কবিগীনো? লৈবাক্কী অৱা- নুংঙাই, অফ-ফত্তবা উবীবা তাবীবগী ৱাফম অদুবুনি। অদুবু হৌজিক্কী লমদমসিগী সরকারদি কবি তৌবি? প্রজাগী অৱাবা মীশি-মীনা কয়ারক লাউরুবদসু তারিবরা? হৌজিক পাল্লিবা সবকার অসিদি না পঙবগী সবকাবনি। উরবসু উশিন্নদবা মিৎতাংবগী সরকারনি। হৌজিক্কী মতমবু অনৌবা মীওইবগী পুন্সি মরেলনি হায়দুনা সাইন্স অমদি কম্প্যুটরনা মীপুম খুদিংবু লাইগী থাক্তা লৈবা ক্লিক অমা নম্বদা পৃথিবী পুম্ববু উবা ফঙলবা পাউ ফাউনবা ঙম্লবা মতমসিদা পৃথিবীগী অচৌবা ডিমোক্রেসি চৎপা লৈবাক অমগা পুল্লবনি, ইন্দিয়াগী মখাদা লৈরবা ষ্টেট অমা ওইরবনি হায়রগা লমদম অসিগী মওংসিবু করিনো? নুপী মচা ইবেম্মা অমনা চহি কয়া লমদমসিগী আইনগী মায়োক্তা ৱাকত্তুনা শিদ্রিবা ফাওবা চরা হেনবা পৃথিবী পুম্বনা খঙদ-উদবা লৈত্রে। লমদমসিগী লৈরিবা আইন, শেল থুম শীজিন্নবগী মওং, চাউখৎ থৌরাংগী থবক, মহৈ মশিংগী খোঙচৎ পুম্নমকসি য়েঙলুরগা লমদমসিগী নহা ওইরিবা

লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওই কয়ানা লমদমসি নীংতম্বা মাঙখ্রবা লৈবাক অমনি হায়দুনা নীংতম্বগী লান হৌরি। মখোয়না লমদমসি নীংতম্বা লৈবাক নত্তে হায়বসি চুমলিবরা নত্রগা লানবরা হায়বসি খন্ননিংঙাই ওইরি। লমদমসিদা খুশ দারিবা মপুং ওইবা কাংলূপশিং মৈতৈ, নাগা, কুকি পাঙল খুদিংমক্না হৌরিবা নীংতম্বগী লান হায়বসি লমদমসিদা অকনবা শাফু অমা ওইররি। লমদমসি মনীং তম্বা নত্তে হায়বা নীংতম্বগী লান হৌবিবা কাঙবুগী ব্রাফমসি অচুম্বনি হায়না তাসিবা নত্রগা লমদমসি নীংতম্বা এক্ট অমসুং আইন্দা লৈবাক ঙাকচবা লমদম অমনি হায়বা লমদমসিগী সরকারগী ব্রাসি অচুম্বনি হায়না লৌশিরা বীচাব তৌবদা তিনবীরিবা প্রজা পূম্নমক লমুক্লগনি। নীংতম্বা লৈবাক অমগী শাসনসি মবাল লৈবা লৈতবা মীবু হাৎনিং হাৎনিংবা হাৎপসিবা? লাইরিক হৈবশিংনা হিংননবা থবক তৌজগে হায়বদা লুপা লাক্ষ পীদ্রবদি থবক তৌহল্লোই হায়বসি নীংতম্বা লৈবাক্কী সিটিজেন অমগী ফঙফম থোকপা হকলা? মমাংগী সবকাবদা ঙরাং নহানতনি পুলিস এ এস আই অমা লৌবদা এস আই অমা লৌবদা লুপা লাক্ষ ১০ দগী ১৫ ফাওবা লৌই হাযবদুবু কবম্বা নীংতম্বা লৈবাক্কী থবক খুখলনো? ২১ শুবা চহীচা অসিদা লমদমসিগী লম্বী থোঙগী ফিভমসি কবিনো? নেসনেল হাইব্বে বু তুরেললা লম্বীবা খঙবদসিরা- আইনগী মাযোক্তা লৈবা খুৎলাই পাযবনা ইফোং ফোংনা মীয়ামগী মবল লূট তৌবদা কবিমতা হাযবা ঙমদবসিবু করম্বা নীংতম্বগী লৈঙাক্লোননো? দিল্লীদা চেং কিলোদা লুপা ৮ পীরগা মফমসিদা লুপা ৩০ পীবিবসিবা ভাবত সরকাবগী সাসন মখাদা লৈবা হায়রিবসে? সবকার অসিনা নুংঙাইহল্লিবসি ব্যুবেক্রেট অফিসার খরগা ঠিকাদাব অমদি চোব কাববাবব্রালা নত্তবা কনাবুনো? সবকারগী মহৈ তম্ফমশঙগা শঙ্গোলগা মান্নবসিরা অনৌবা জ্ঞান ফঙফম ওইরিবসে? কবপসন কলচরনা মন্ত্রী অফিসাব

অমদি ব্যুরেক্রেট অফিসারশিংনা মনীং তম্না মখোয়খক্কী নুংঙাইননবা শাসন তৌবসিরা নীংতম্বা লৈবাক অমা হায়রিবসে? লমদমসিগী মীওইবশিংনা মনীং তম্বা সবকার অমা লৈবগী হীংবদা, লৈবদা, ফঙফম থোকপা হক ফঙলবরা? ওইবিবা লমদমসিগী লৈঙাকলোন শেনমিৎলোন, শেমগৎ শাগৎপগী মওং, প্রজা মীচমদা চথবিবা আইনগী শকওং কুপথনা য়েংলুরগা লমদমসি নীংতম্বা লৈবাক অমনি হায়বা ঙমগদবা জ্ঞান লৌশিং লৈবা মীওই তাংগনি। লমদম অমগী লৈবাক্কী শাসনগী অচুম্বা খঙগে হাযরবদি লৈবাক পুবিবা, লৈবাক ঙাক্লিবশিংগী, আইন ঙাক্লিবশিংগী ময়ূম-মকৈ য়েংউ হাযনৈ৷ লমদমসিগী মপী মপা ওইবিবশিংগী ময়ূম মকৈ উবদা খঙলে - লমদমসিগী লৈঙাকলোনদি মীনাই নাইথাঙগী লৈঙাক্লোননি। মপু ওইদবা যূমদাংবনা কৈনাবনি। (মীযাম্না খুবাক খুনবকই লাউনবকই)

নুপা অমা - প্রোফেসাব বেনু

ময়াম - হিবিবিব হুবে।

নুপা অমা - প্রোফেসাব বেনু

ময়াম - হিবিবিব হুবে

নুপা - লোং লিভ

ময়াম - প্রোফেসার বেনু

নুপা - লোং লিভ

ময়াম - প্রোফেসাব বেনু।

বেনু - (মপী ইরা চেন্না ময়ামদা মখুৎ হাইবগা) লমদমসিগী মীয়ামগী পুন্সিগী নুংঙাইবা তঙদু লৈতাবা হায়বদুদি - অবানবা নীয়মনা মবনাই পুন্সিখক নুংঙাইবনা লমদমসিগী নুংঙাইবনি খনবা কবপসন কলচরবু থাজবা মীবোল অমা তুম্না মাংহনবা নত্তনদি লমদমসিদা নীংতম্বগী নুংঙাইবা ফঙলোই। ইন্দিযাগবু পুল্লবসু

চিনাগবু পুল্লবসু, মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমগবু পুল্লবসু লমদমসিগী মীয়ামনা করপসন কলচরবু মুখৎত্রিবা মখৈদি লমদমসিগী নীংতম্বগী লান লোইখিরোই। অদুনদি লমদমসিগী নীংতম্বগী লান হায়বসি করপসন কলচরনা পীবা খুদোলনি, ভারত সরকারনা লোইলম ওইবা মীৎয়েংনা লমদমসিদা য়েংবদগী থোকপা খুদোলনি। অমরোমদা নাগা ইচিল ইনাওশিংগী নাগাখল্লী ওইবা লম অমগী ৱাফম লাক্লিবা, কুকিগী হোমলেন্দগী ৱাফম লাক্লিবসি অচৌবা লৈবাক অমা ওইবিবা ভারত লৈঙাক্লোনগা পুল্লুবদগী হেন্না কনখৎলক্লিবা করিগীনো? মবৈবাক্কী খনবা নোংশাবনা লৈবাক পুববদসু কাংলূপকী ইহৌ অমদি মনীংতম্বা পাম্বা কাংলূপশিংগী লান থোরক্লিবসি করিগীনো? লমদমসিদা ভাবতকা পুন্না শাসন তৌমিন্নবদা ভারতকী মনীংতম্বগী থৌরমদি পাঙথোক্লে অদুগা মনীংতম্বা লৈবাক্কী প্রজানা ফঙগদবা হকশিং অদুদি ফঙলব্রা? (মীয়াম্না খুবাক প্রোক প্রোক খুনরকই) লমদমসিগী মনীংতম্বগী মিংদা খুৎলাই পাযদুনা নীংতম্বগী লান হৌখিবা লাম্মীশিং কনাবু চাকথুং ফিথুংখিবা, মীনাই নাইথাঙগী লৈঙাক্লোন্না চৈথেঙ পীখিদবা য়াওবগে? হিংবা ঙম্লনবা, নুংঙাইনা হিংবা ঙম্লনবা নীংতম্বা হায়বা মিংসি শীজিন্নদুনা শেন্দান লম্বীদা নীংতম্বগী লাম্মী কয়া থোরকপা ঐখোযনা উবিবসি লমদমসিগী কবপসনগী সরকার অসিগী প্রডক্সননি, পূম্নমকসি মায়োক্লনবা ঐখোয়দা অচুম্বা, থৌনা অমদি অপূনবগী হোৎনবা অমা চঙই। ২১ শুবা চহিচাদা নীংতম্বগী লানহৌবা লৈবাক হাযবসিদি মীওইবা সভ্যতাদা খ্বাইদগী শোথরবা কাঙলূপ হাযবনি। অমম্বগী য়ূখলসি হাইদোক্লনবা হোৎনসি। নুংথিলগী সেসনদা অমুক মখা তাজগে। হৌজিক্কী ওইনা ৱাফম খরসিদং থমজগে। থেঙ্ক যু! থেঙ্ক যু ওল! (মীয়াম্না খুবাক খুনরকই, রেনু মখুৎ হাইদুনা থোকখি, এনাউন্সরনা লাউথোবকই)

এনাউন্সর - মীয়ামদা ইন্টরটেনমেন্টকী থৌবম অমা খুদোল তৌজগে। জগোই ঈশৈগী শাথেক্তা মিস হসিনা। (মীয়াম্না খুবাক

খুনরকই) মিস হসিনা খেরগাউদগী এম ডি সহিড অহম্মদকী মযোমলোয়নি। মশানা পামজবদগী লক্ষনৌদা মহাক্কী মাম্মা যাকির হুসেন্দা মতম কুইনা জগোই ঈশৈ তমজকবীনি। মণিপুবগী মৈতৈ মুসলিমশিংগী নুপীশিংদা অকনবা চ্যেকশিনবা লৈবনা হসিনানা অপাবা মায়খুম ফি শীজিন্নদুনা মীয়ামদা জগোইগী খুৎথেক উৎপীগনি। লেঙথোকপীরকসি ইহান হানবা মণিপুরী মুসলিম জগোই শাবী হসিনা। (মীয়াম্না অমুক্তা খুবাক খুনরকই অপাবা ফিনা মাযখুম ফি উপ্তুনা হসিনানা ঈশৈ শক্লুনা জগোই শাদুনা তিল্লিবা মীয়াম অদুবু নুংঙাইহল্লি মমিৎ থকহল্লি মবক মবক্তা মীযাম্না হুইসেল খোঙনবকই খুবাক খুনরকই, জগোই লোইবগা হসিনানা ষ্টেজগী ন্বিংদা লৈশিন্দুনা চঙলকপদা সুন্দরমণি হবাও তযাম্না খুবাক খুদুনা হসিনাগী মনাক্তা চঙশিল্লকই)

সুন্দরমণি - (ইংনা নোকমিনা) মিস হসিনাবু ঐহাক্না থাগৎচবি। ঐহাক ডুবদর্শন কেন্দ্র ইম্ফালগী প্রোগ্রাম এক্সিক্যুটি· ওইজবা সুন্দবমণিনী। ঙসিগী থৌবমসিগী লাইভ টেলিকাষ্ট শীঞ্জবিবা অসিগী প্রড্যুসবনি।

হসিনা - (নুংশিনা শুমহৎনা নোকশিন্দুনা) সলাম তৌজবি সাব তাকপীয়ু।

সুন্দবমণি - নহাক্কী জগোইগী শাথেক্তা তিল্লিবা মীযাম পূন্নমকসি পেন্নবতা নত্তনা থৌবমসি শন্দোক্লিঙৈদা ভিউঅবশিংনা নুংঙাইবগী পাউ কয়া থাবক্লে। মিস হসিনাবু থাগৎচরি। অতেনবা ইন্টবভিউ অমত্তা লৌজবা য়াগদ্রা? ঐহাক কেমেবা সোমদা লাকহঞ্জবগে।

হসিনা - মেক অপ কম রোমদা মিনিট অমত্তা (নোকমিনা) ঐসু সাবদা ন্বা অমত্তা হান্না হায়জহৌগে। (হসিনাগী মিনোক অমদি শুমহৎপা মতৌনা সুন্দবমণিবু শুমহৎলি) প্লিজ সাব। ঐগী মেক অপ কমদা লেঙশিনবীবকউ। (সুন্দবমণিবু মখুদাং তাপ

পায়দুনা চিংশিনখ্রে, হসিনাগী মেক অপ কমদা পুশিল্লি) ঐগী মেক অপ রুমসি ঐনা কনাসু চঙহন্দে। সার নহাকসে টেলিভিজনদা থোবকপদা ঐদি য়াম্না হরাওজে। মিংকুপ অমত্তং ঐগা লৈমিন্নজবা ফঙহনবীয়ু হায়দুনা অল্লাহদা দুআঃ তৌজরিবনি। (ইখৌ লাংনা) সার ঐবু হেক খেঙনবদা থুমল্লি নত্রগা ইকায় খঙদে হায়বীগনু। নহাকপু মিংকুপসিদা মীৎচানরুবদগী নহাকপু ঐগী দামন ওইগে হায়না খনপ্রে। ঐহাক্না নহাকপু নুংশিরুরে সার।

সুন্দরমণি - (খঙপ্রেক খঙই) ছোড়ি! ঐহাক পাখঙ নচ্চদে। লুহোংলবা নুপী লৈরবা নুপানি।

হসিনা - (নোকমিনা সুন্দরমণিগী মশাদা ইখৌ লাংনা নাল্লগা) নুপা অমগী নুপী অমখক লৈবা হিন্দুগী আইন্দা লৈববসু মুসলিমদদি লৈতবনি সার। (মশাদা তপ্না ঙাথবগা) আই লভ যু সাব। পুক্নি অসিদা নুপা অমত্তগী মমাংদা মায়খুম ফি হাংদোকচবক্তবী ঐহাক্তি। ঙসিদি নহাক্তী মাংদা মাযখুম ফি হাংদোকচগে নহাক্তী নমাংদা ইকাযবা থমজবোই। নহাকসে ঐগী মংলান্দা, নীংশিংবদা, তত্তনা উবা মুর্ত্তিনি। নমাংদা লেপ্লগা থম্মোয়সে পেঞ্জগে।

সুন্দবমণি - (হসিনাগী মশা খরদং ইনথোল্লগা) ঐহাক্তি ইচম চম্না নহাক্তী পারফোরমেন্সতা থাগৎচগে চঙলকপনি। কনাগুম্বনা উরবদি ঐবু লান্না খনখ্রগনি। ঐহাক থোকখ্রগে।

হসিনা - (কেশিন্দুনা) নো সার। মফমসিষ্টেজ নত্তে। হসিনাগী মেক অপ রুমনি। ঐগী মেক অপ রুমদা কনানসু চঙলক্লোই। নুপী ওইবীনা কখোল্লগা নুপানা চেনবা হৌনব্রা? খেবগাওদা য়ূম লৈববসু ঐহাক লক্ষনৌদা চাউরকপীনি। (সুন্দরমণিগী মপাম্বোম মকদা কোনশিল্লগা) নহাক্না খঙবীদ্রবসু মতম কয়াদগী ঐগী থম্মোয়না ইরাৎচরকপনি। (বাহৈদুগা ইখৌ লাংনা হসিনানা সুন্দবমণিবু কোনশিন্দুনা চিংশিল্লগা খুৎলৈ

থুনা মশাদগী সুন্দরমণিবু পঙথহন্ননবা হিদাক হাপ্লবা রুমাল অমা থরক্তুগী লৌথোক্তুনা সুন্দরমণিগী মচিন্দা নম্মী সুন্দবমণি জ্ঞান মাঙদুনা লেকথবকই, হসিনানা কোন্দুনা চৌক্রি মথক্তা সুন্দরমণিবু ফমহল্লি, সুন্দবমণিনা জ্ঞান মাঙনা মাঙনা হৌগৎলকপদা হসিনানা মখোঙনা কাওবদগী জ্ঞান পুম্মাং মাঙখি অদুগা খুবাক প্রোক- প্রোক অহুন্নক খুবদা শীস্থা চেনশিল্লকই) খুৎলৈ থুবো। (শীস্থানা চেনশিল্লকপদা খাউ অমা য়াল্লকই, বেক্তুদগী মুসলিম নুপীগী ফিজোল লৌথোক্তুনা হসিনা অমদি শীস্থানা জ্ঞান মাঙলিবা সুন্দরমণিদা শেৎচিনবী, থুনা মফি শেৎপা লোইবগা হসিনা অমদি শীস্থানা সুন্দবমণিবু কোন্দুনা পুথোরকই, ষ্টেজগী মনিংলোমদা পুখিননবা হোৎনৈ,তাঞ্জাসিদা ইন্সপেক্টব বীবচন্দ্র চঙশিল্লকই, সুন্দবমণিবু শীস্থা অমদি হসিনানা থাঙবোই পম্বোই পুথোবকপদা বীবচন্দ্রনা ঙক্লা যেংদুনা হাযবকই)

বীবচন্দ্র - কনানো কৈদৌবে?

হসিনা - ঐগী ইচেনি। খঙহৌদনা ব্রাস্থরক্লিবনি।

বীবচন্দ্র - নহাক্লা ফজনা জগোই শাবদু উবদা ওইবিনি। ঐফাও ব্রাস্থগে তৌই। হসপিতালদা থুনা পু! (হসিনানা নোকফেৎ তৌশিল্লি)

হসিনা - (ইপা পাখৎনা) খবা থুসে চচা। ঐখোয ইচেসে বী পি লৈবনে। (শীস্থানা থোক মতুং ওন্থোক্তুনা পোবগা পুথোকখি) সাব চৎচকখিগে। (হায়রগা খিক্তং শুগৎলম্মী)

বীবচন্দ্র - ইযা- য়া। অনাবসি হুন্দোক্লগা ঐঙোন্দা হাইনোঞ্চাসু তৌবম্মীয়ে। (হসিনাগা শীস্থাগদি তাবমদনা থুনা চৎখ্রে) সত্য মশকসিগা। হয়েংদৈদি খেবগাউদা নুংথিল দিউতি শীল্লুবা তাবে। (নোকমিনা তপ্না থোকখি)

## মরিশুবা উৎপা লোইবা

# মঙাশুবা উৎপা

(চীফ মিনিষ্টরগী সেক্রেটবিয়েট, টেলিফোন লাকই, মংলেম চঙশিল্লকই অদুগা টেলিফোন মনাক্তা তুমিন ফম্মী, টেলিফোন্দা মুন্না য়েংই)

মংলেম - তাপ হেক্তা মহৌশাগুম পায়রুবা য়াদেনে। (তুমিন ফমদুনা লৈথোকই টেলিফোন খিংবা লোইখি) হেক পায়রুবদা কবিনোম হেক্তা ওইবম্মী। নাতৈ চাদবা ব্রা তাববদি টেলিফোনসিসু পোকই। নহালসু দিল লেনখৈ লেনশিল্লুরগা ইডুকেশন মীনিষ্টরগী ইতৈমা ওইবমদনা কয়া থিনা চোপ্লে। (অমুক্তা টেলিফোন লাকই, তাপ পায়খৎলি) হেলো চীফ মিনিষ্টব সেক্রেটবিয়েট তাকপীয়ু। চীফ মিনিষ্টব মনুংদা চঙখ্রি। মনুং। খঙদে পাখঙ ওইবনরা খবা কুইগল্লি। পুং অমগী মতুংদা তৌবীরকউ। (টেলিফোন থম্মী) কান্নবজাৎ নত্তে ঠিকাডাব কাঙবুনি। (টেলিফোন অমুক লাকই তাপ পায়খৎলি) হেলো। চীফ মিনিষ্টব সেক্রেটরিয়েটনি তাকপীয়ু। সি এমবুবা? সাব মেডিকেল মিনিষ্টর ওইবীবরা? ব্রাবৌবী যাদে সার সি এম সি মখারোমদা কমান্দোনা অঙাং অমা কাপখায়বদগী হাযব্রা করিনো মদুগী মযামদু ঙাঙনরুবদগী হৈনিংদে হায়দনা ঙাইহাক্তনং পোথারি। ফনি সার ঙাইহাক লৈরগা তৌবীবকউ। (থোক থম্মী) কৈকান্দবা মাগী হোসপিতাল শাবগী ঠিকা মমাকনুপাদা পীননবা তৌরকইবা চক্রিনি। (টেলিফোন লাকই মংলেম পায়দে তাঞ্জাসিদা লোরহো মাও চঙলকই, টেলিফোন্দ খিংবদু তাবগা)

লোবহো - টেলিফোন লাকপসি পায়য়ুনে।

মংলেম - (হৈনদনা) সি এম অরুবা মীটিং অমা তৌরি। টেলিফোনসি সি এমনা হৌজিক হৌজিক দবকার লৈবা মীনি নত্তে হায়বসি

রিং মখোলদা খঙবা মংলেমনি। অমুকসু লাকইবা মীসি করি হায়বা লাকপনো হায়বসে মনমদা খঙবা মংলেমনি। চহি ১৫ গী এক্সপরিয়েন্সনি।

লোরহো - ই: মংলেমসিদি মীবু অদুম্মা খঙলবদি লাই তারেনে। (নোক্লগা) করম্মা করি মনমদা করি হায়বা লাকপনো খঙবরনে?

মংলেম - মীওইবগী মনমশিংসে লোইনা তোঙাল্লি। নুংশিবা, নমথিবা, খয়াক্লবা, খোইথুম্লবা, ওইনম্বা, য়াক্ত্রিক য়াকপা, থুক লাউবা, হেক নম্বদা কৈনোম তৌনিংবা, হন্দোকনিংবা।

লোরহো - অস: মংলেম নঙগী ৱাসিদি?

মংলেম - লোরহো সাহেবতা প্রমান পিজগে। ঠিকাগী বিল থাদোকপীরো হায়বা লাকপনি। বিল থাদোক্রবদি নেসনেল হাইৱেদা ব্লোকেড অমুক কৌবক্কদৌরিবনি। মনমদা খঙই।

লোবহো - (নোক্লগা) ঐখোয় নাগাসি ঙাঙনবা ৱাবনিনে। সি এমদা ঐহাক লাকই পাউ পীয়ুনে।

মংলেম - ঙসিসি লোবহো সাহেব উন্নবগী প্রোগ্রামদি সি এমনা তাকপীরমদে। এল ডি জোন লাক্কনি জোনগা উন্নগনি হায়বদি হায়বীরম্মী।

লোবহো - ই! ঐগা উন্নদবা য়াবোইনে মংলেম!

মংলেম - ইমরজেন্সি নত্রবদি সি এম উন্নবা লাকপা কেবিনেট মিনিষ্টব ফাওবা সিএমগা উন্নদবনি। সি এমগী ইন্টবভিয়ুদি ৱান ৱিক এহিত্তা প্লান তৌবনি। অথুবা পারসনেলদি অফিস আৱর মত্তুংদা তাগনি।

লোবহো - ব্লোকেড বন্দ হায়বসি ইমবজেন্সিনিনে। নঙনা পঙাঙ ঙাঙদুনা কবি কান্নগনি।

মংলেম - (টেলিফোন লাইন্দ লৌবগা) ওঝা যুনাইটেড নাগা ওর্গনাইজেসনগী সেক্রেটরীনি হাযবা ব্লোকেড লোবহো মাও লাকলি। ফনি। (থম্মী)

লোবহো - করি অদুম হায়ব্রনে। (ফল্লব য়েংলগা মংলেমদু থওইদনা

তুমিন লৈখি, তাঙ্গাসিদা চীং লেম্না নোংশাবা থোরকই, অদুগা মংলেমদা কৌরকই)

| | | |
|---|---|---|
| নোংশাবা | - | মংলেম। |
| মংলেম | - | ওঝা। |
| নোংশাবা | - | জোন নত্তনা মী অমত্তা চঙহল্লক্কনু। |
| মংলেম | - | ফনি ওঝা। (হায়রম্লগা ইকায়খুম্লনা মপাল থোকখি) |
| নোংশাবা | - | (লোরহোদা ওনশিল্লক্লগা) নেসনেল হাইৱেদা চখরিবা ইকোনোমিক ব্লোকেড কমদৌরি লোরহো? |
| লোরহো | - | (নোক্লগা) লাম্বীগী মিটর খুদিংগী হাইৱে ঙাকপা সিফাই ময়াম্না উচুক য়ুংবগুম য়ৃংবা, কমান্দো ময়াম্নগা পেট্রোলিং চৎপদা ভলন্টিয়াবশিংনা গাডি থৎকদবা কিনরেনে। সারনা ঙমখ্রেনে। |
| নোংশাবা | - | (চীং লেম্না) লোরহো। ঐহাক্না নীংবা থুংহনগদৌরিবসি লাঞ্জদবা নাগা মীচম প্রজাবুবা নত্রগা মরনাইগী নুংঙাইবগা লোইরে খনবা নাগাগী মিংগী মকমদা ওইজবা থীবশিংবুবা খনবদা অরাবা অমনি। ঐহাক্তি হুরানববুদি শৌগৎনিংদে। |
| লোরহো | - | ওনরেবল সি এম না ৱাহে অকন-অকনবা হায়বদগী নাগা লুচিংবশিং শাউনরে। পুকনি মাও ফাওবা য়ুনাইটেড নাগা ওর্গনাইজেসনগী প্রসিডেন্ট ফমদগী রিজাইন্দ তৌখ্রে। পাউমৈ এল ডি জোন্না মহুৎ শীন্ননবা নাগা মীযাম্না মাবু খল্লে। মাদি ৱা ঙাঙনবসু য়াম্না ৱাবনি। |
| নোংশাবা | - | নহাক্না ঐঙোন্দা হায়নিংবা কবিনো লোবহো? |
| লোরহো | - | ঐগী বিল অমত্তসু নত্তনা লোইনমক ওনরেবল সি এম না ফাজিনবসি করিগীনো? অসি নুংঙাইতে। ঐহাক সারগী হেডেক্ট ওইগদবা ৱাফম লাকপদা মতেং পাঙগে। ঐগী শেল থাদোকপীয়ু। |
| নোংশাবা | - | (চীংলেম্না কল্লব) ঐহাক থবক শুদনা শেল লৌগে হায়বা ফার্মশিংদা থবক পীরোই। লমদমসিগী চীংগী লমশিংবু ঐহাক |

ইশানা হকথেঙননা য়েংশিনবা হৌরগনি। নখোয়গুম্বা নাগা লুচিংবশিং অসিনা ঠিকা তৌবা, লম্বী শেম্বা, স্কুল শাবা, চাউখৎ থৌরাংগী মিংদা থাদবা শেনফম লৌথোকই, থবক্তা অমত্তা শুরমদে, মরালনা সরকারদা তায়, চীংগী লম সবকাবনা য়েংশিনবীদে হায়গনি।

লোরহো - ওনরেবল সি এম ! হৌখিবা পূম্নমক কাউথোকপিদুনা অনৌবা ইকনোমিক পেকেজ অমা লাউথোকপিদুনা লুপা ক্রোব খরা থাদবীরগা নাগাশিংগী ব্রাখল নুংঙাইননবা শীন্বীদ্রবদি নাগাশিং থেম্বা ব্রাগনি। নাগাশিংনা ষ্টেট অসিগা পুল্লরোই তোখায তারগনি হায়বা ষ্টেপ অমা থাংজিনলক্লিবসি হন্দোক্লনবা ঐগী সজেসন অসি লৌবীয়ু।

নোংশাবা - (শাউরকই) নাগাশিংগী চাউখৎ থৌবাংদি নাগা লুচিংবা শাবশিংনা মরনাইগী অখুবা মীৎয়েংদগী মাংহনবনি। নাগা মীচমশিংবু মতম পুম্বদা নাগা লুচিংবা শাবশিংনা কিহন্দুনা লান্না লমজিংই হায়বা ঐহাক খঙই। লমদমসিগী অপূনবগী মায়োক্তা লৈবিবা মবনাইগীতা খনবা নাগা লুচিংব শাবশিংবু আইনগী ওইবা চৈরাক পীদ্রিবা মখৈদি নাগাগী ইবাং লোইশিনবা য়ারোই হায়বা ঐহাক খঙই।

লোবহো - অদুম তৌরবদি নহাক্লা সি এম ওইবিঙৈ মনুংদা মণিপুব কায়গনি। ঐহাক শাংনা হায়নবা পামদে। ঐ নাগাগী অচৌবা ওর্কনাইজেসনগী সেক্রেটরীনি। ঐগী ব্রা যাম্না চৎপনি। ঐগী বিল নমশিনগনু। ঐগী এন জি ওবু ব্লেক লিষ্টতা থম্লনবা হোৎনগনু।

নোংশাবা - ঐহাক অচুম্বগী মায়োক্তা চৎলোই লোবহো। ঐহাক কনাগুম্বনা কিহনবদসু শোম্থবোই। লমদমসিগী অপূনবা শক্তম কনগে হায়রবদি লমদমসি অচুম্বা চৎপা নীংতম্বগী আইন অমদি শাসন লৈবা লৈবাক অমনি উত্তনদি কৈদৌনুংদা য়ারোই হায়বা ঐহাক খঙই। নঙনা তোংলিবা মমল য়াম্লবা

কার, শারিবা অৱাংবা য়ুম পৈশিল্লিবা প্রোপরটি নাগা মীচমশিংগী ঈ মরিক মরিক্লনি খণ্ডহনবা মতম ওইরে। নাগা মীচমশিংনা ইরমদমগী অপূনবা শক্তম কনগনি খণ্ডই।

লোরহো - অদুদি নাগাতগী ৱা নত্তে, মৈতৈসুনি কুকিসুনি। লমদমসিদা নিয়ম লান্দনা নুংঙাইখিবা কনা লৈ? নহাক্না অহানবা ভোট কাখিবসু করম্ননো ঐহাক খণ্ডই। চীং ওইরবসু তম ওইরবসু লমদমসিগী মী অমনা করমনা নুংঙাইখিবনো হায়বসি মীপুম খুদিংমক্না অদুমক খণ্ডবনি।

নোংশাবা - ফার্ম খরা ব্রেক লিষ্টতা চংননবা এপ্রবেল পীবদা নহাক্কী ফার্মসু য়াওখ্রবনি। মতম খরদি নহাক অৱাবা খাঙবা তারে। য়ৌরো কোন্না উন্নরসি।

লোরহো - ঐ করিগী ব্রেক লিষ্ট চংকনি। (শাউরকই) থিকা তৌবসি ঐ ইতোমদরা? এন জি ও তৌবসি ঐহাক ইতোমতরা? হৌজিক্কী মতমদবু কনানা অচুম্বা তৌনৈ? ৱাফম অসিদি মণিপুরতদা নত্তে, ইন্দিয়া পূম্নমক্কী ওইবা ৱানি।

নোংশাবা - লৈবাক্কী থৌ পুবা হায়বসিনা অচুম্বা উত্রবদি প্রজা মীয়াম্না থাজদে। নাগা প্রজাবু মণিপুর সরকারনা থওইহ্বীদে হায়বসিগী অচুম্বা উৎননবা নাগাগী চাউখৎ থৌরাংগী থাদবা শেনফম মীয়ামদা ফঙদদুনা কদায়দা লৈরম্বগে প্রজাদা উত্তবা য়াদে। নহাক্না হুরাল্লম্বা লোৎশিন্নীয়ু য়াদ্রগা লান্না পাউথোকপদি য়ারোই। মরাল লৈবশিংবু কনখত্তুনা থম্বদগী লমদমসিনা লৈখা তাখিবনি। ঐহাক অরানবনা হায়জবা তাদে। মরাল লৈরম্লবদি ঐহাক্কী মিনিষ্টর খরসু লৌথোক্কনি। ঐ ইরাল লৈরম্লবসু ঐহাক রিজাইন্দ তৌগনি। (তাঙ্গাসিদা এল ডি জোন চঙলকই, লোরহো তৌফম খঙদনা শাউনা নোংশাবদা য়েঙলকই, নোংশাবনদি চঙলক্লিবা জোনদা হরাওনা খুৎ শোক্লখ্রে) ব্রেলকম জোন। নহাক্না উন্নবা য়াম্না নুংঙাইরে। ফমসি।

লোরহো - (শাউনা কন্না লাউরকই) ঐগী ৱাকৎ ফঙদ্রিবা ফাওবা ইকোনোমিক ব্লোকেড হন্দোক্লোই। নাগাগী লমদা ষ্টেট ফোর্স থম্বা য়ারোই। নাগাশিংগী মনীংতম্বা লমদা নাগাশিংনা ৱায়েঞ্জগনি। মণিপুরগী মেপ্তা নাগাগী লম য়াওবা য়াবোই।

নোংশাবা - ওকে লোরহো। নহাক্কা উন্নবগী মতম লোইরে। জোনগা অমুক ৱারী শাগে।

লোরহো - নাগাগী লুচিংবশিং মচিৎ মচিৎ উন্নদুনা নহাক্না চত্থবক্কদবা স্ট্রেতেজি ঐনা খঙই ওনবেবল সি এম!

নোংশাবা - (শাউবকই) ঐনা ৱা ঙাঙখিদ্রবা মফমদা ঐহাক ৱা ঙাঙদে। লোরহো! য়ৌরো। ঐগীদা লাকপা ভিজিটব অমত্তসু ঐনা মঙক পায়দুনা ইম্প্লোকহন্দবনি। য়ৌবো য়াবে।

লোবহো - (শাউনা) ঐ চপ চানা থবক তৌগনি। মী মশক খঙদবগী লমন খুমগনি। খুৎলাই পায়বা মখোয় নহাশিংসু ঐগী মীনি। (শাউনা মফি কন্দুনা মখোঙ থিন্দুনা চৎখি)

জোন - (লোবহোনা চৎখিবা য়েংলগা) কবিগী লোবহোনা অসুক শাউনা চৎখিববা?

নোংশাবা - মবনাইগী ৱানি। ঐখোয়গী ৱাবী শাসি। ইচাশিংগা মেডাম হেলেনগা কমদৌবি?

জোন - ইচানুপা অহল আমেরিকাদা লৈ, অতোম্বনা থাইলেন্দা লৈ, ইচানুপী অহলনা দিল্লীদা লৈ অদুগা মমাগা ইচানুপী অতোম্বীগনা ইন্দোনেসিয়াদা লৈখ্রে।

নোংশাবা - অঙাংশিং অমদি মেডামবু অসিদা থমদ্রিবা কবিগীনো জোন?

জোন - কবিগী ঐগী ইচা অমদি নুপীবু মফম অসিদা থমগনি? নঙনা পানবা লৈবাক অসিদি মী লৈবা য়াবা লমসু নত্তনা।

নোংশাবা - (জোনগী ৱাদা নোংশাবা ইকাই নুংশিনা নোক্কুনা মঙক হাইবগা) নহাক থেঙনবা য়াম্না নুংঙাইবে জোন। ঐহাক্না মতম অমদা নহাকপু কোইথি-থিরম্বনি অদুবু ফঙখিদে।

হন্দক্তা নঙনা নাগা ওর্গনাইজেসন অমগী মরুওইবা ফম পুরে খবরদা ইনরকপদা ঐনা নঙবু উননবা কৌবনি।

জোন - হৌজিক লৈবিবা নাগা নহাশিংসিসু ঙাঙনবদা ৱাবা য়াম্না য়াওবে। ঐদি ইন্দোনেসিয়াদগী থোরকপদা সেনাপতিদা নাগাগী কনভেন্সন অমদা পঙাঙ ঙাঙনবদু ঐনা তানিংদবদগী ঐসু খরা ঙাঙ শক্লুরে। ঐনা ঙাঙবদা হান্নগী প্রসিডেন্ট পুকনিগা খরসু লাউনরে। ঐহাক্লা নাগা লুচিংবা শারগা নশাগী কান্নবা থীবদা নাগা মীয়ামবু মিংচৎ থীহনগনু হায়রুরে। নুমিত্তুগী ৱাহৌদগী পুকনি মশা রিজাইন্দ তৌখ্রে। ঐবু প্রসিডেন্ট ওইহনবসি ঐহাক ইশানা পাম্নবা নত্রগা পামদনরা অরুবা অমনি। অদুবু ঐহাক নাগা কাংলূপকীদমক করিগুম্বা খবদি তৌরগে খল্লে। ইহান হানবদা নহাক্না ফুনবা তারে।

নোংশাবা - (নোক্লগা নুংশিনা) ঐখোয় অনী ফুনদ্রিঙৈদা ঐহাক নঙোন্দসু ৱা অমত্তা হায়হৌগে- নখোয়না নাগা ফুরুপনি হায়রিবা - তাঙ্খুল, জেমি, লিআংমৈ, রোংমৈ, পাউমৈ, মাও, মবাম, মরিং, অনাল, মোয়োন, লমশাং, চোথে, থাঙ্গাল, কোইবেং, চিরু, কবুইনচিংবা টিবেটো বরমনগী লোন ঙাঙবশিং অসিদা চিঙ্গাক, চৎনবী লোন অমত্তা ওইবা মৈতৈবুসু নাগানি খবা হায়বীয়ুনে।

জোন - মৈতৈদি হৈশিংবা য়াম্বা, মকোক ওইবা পাম্বা, খঙ হৈবা শাবা য়াম্বা কাংলূপনি। মদুগী মরক্তা নহাক নশা য়াওরিবনি। অপূনবগী নুংশিনবগী শক্তম হঞ্জিন্ননবা হোৎনবদা মতম চঙলগনি লাইওন। (হায়রকপদা নোংশাবা খঙপ্রেক খঙই) নহাক্না ঐবু অমদি দেবিডবু থাদোক্তুনা চৎখিবা নুমিৎ অদুগী তুংদা খঙহৌদনা নুংশিৎকুম পাইবকপা য়েক্লবগী লাম্মীগী খুত্তা অপূনবা নীংতম্বগী লাম্মী কয়া শিখি। ঐহাক মীরোৎ ওইনা মীরৈবাক কয়াদা কোয়না চৎতুনা লৈখি।

নোংশাবা - (নুংশিনা) জোন।

জোন - (মপী ইরা চেন্না) ওইজবা থিদুনা নহাক্লা ইন্দিয়াগী ডিমোক্রেসিদা চঙশিন্দুনা ভোৎ লেপ্তুনা লৈবাক্কী শাসন পুদুনা মীয়াম মমাংদা লাইগুম্বা মী শাদুনা লৈরম্মী। নহাক্লা চীফ মীনিষ্টর ওইরবা মতুংদা নোংমতা ওইরবসু নঙগা ঐগনা খুৎশমনা চৎমিন্নখিবা চীংগী লম্বীশিংদুদা চৎলুবরা? চীংগী খুলশিংদুদা চৎলুবরা? চমজরবা পামলৌ উবগা হিংজবা লোক্কী ঈশিং থক্লগা অরাম খৌরাং পোত্থাজবা চীংগী খুঞ্জাশিংগী অবাৎ- অপা হঙলুবরা?

নোংশাবা - (মপুক্লিং নৌনা) নহাক্লা ঐবু চৈবা মীচৈ অদু তাগে হায়দুনা নহাকপু কৌবিবনি জোন।

জোন - (নুংশিনা) ঐহাক খঙই নাগাশিংনা তোঙানবা নাগাগী অপূনবা লম অমগী মনুংদা তোখায় তানা হিংগ্নগে হায়বদা নখোয় মৈতৈতা নত্তনা লমদমসিদা লৈবিবা অতোপ্পা জাতি খুদিংমক্কী থম্মোয় শোক্কনি। কুকিশিংনা মখোয়গী হোমলেন্দ তাল্লকপদা কুকি নত্তবা লমদমসিগী জাতি অমত্তনঃ য়ারোই। ঐখোয় অমনা অমগীদমক নুংনাংনরিবা অসি নুংশিনবগী কুইনা লঙলা ওইনা লেঙলকপনা থদৎনবা ঙমলোইদবা হিংমিন্নবা কাংলুপ মশেল ওইবননি হায়বসি খরদং খন্থনবদা খঙগনি। অদুবু, নাগাশিংগী ব্রাফম অসিনা নাগাশিংগী ব্রারোইশিন ওইননবা থাঙলক্লিবা স্তেপ অসি কদায়দগীনো হায়বদু খন্থদনা নাগাশিংবু ব্রারৌবসু চুম্লোই।

নোংশাবা - ব্রাফম অদুদা ঐগী ক্লিআরিফিকেসনদি চহি কয়া অমা লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টর নাগাগী লুচিংবশিংনা ওইখ্রে, নাগা মিনিষ্টর কয়া হৌখ্রে, নাগা এম পি কয়া হৌখ্রে, য়াম্নবা শেনফম কয়া নাগা তাবা লমশিংগী চাউখৎ থৌরাংগী মিংদা থাদরগা থবক্তদি অমত্তা ওম্থোক্তনা নাগা মীওই খবগা লৌতুনদুনা নাগাশিংবু ষ্টেট অসিনা য়েংশিনবীদবা-মালহল্লম্বা অসিমক য়াম্না লাইবক থিবনি জোন।

| | | |
|---|---|---|
| জোন | - | হৌখিবদু হৌগ্রে খল্লসি- নহাক্লা তার্ম অহন্নক চীফ মীনিষ্টর ওইবদা চীংগী লমদমশিংগী চাউখৎ থৌরাং করি তৌরবগে? ইম্ফাল সহর খরা শেমগৎপা, কৈথেল শঙ শাবা, ওভর ব্রিজ শাবা, সিফাই খরা ওঝা খরা থবক হাপ্লসিনা ষ্টেট অমগী শাসনগী থবকনি হায়গদৌরিবরা? |
| নোংশাবা | - | (নুংশিনা) লমদমসিগী মীচম মীয়াম্মা ফঙলিবা অৱাবসে অমত্তনি। নাগা খক্তনা অৱাবা মায়োক্লবা নত্তে। মৈতৈ, কুকি, নাগা, পাঙল লৈমিন্নরিবা ঐখোয় পূম্নমক ৱায়। লমদমসিদা নুংঙাইরিবা মীওইদি খুজোক খরতনি। সরকার অসিনা হীবম কয়াদা অৱাবা কন্ননবা হোৎনরি। |
| জোন | - | লাইওন। পুন্সিগী হীবম খুদিং অচুম্বতদা য়েংবসু য়াদবনি। নহাক্লা মিত্তাংবা নিংথৌনা লৈবাক ঙাকপগুম নাপঙবনা শাসন পুবগুম চীফ মিনিষ্টরগী মিংদা প্রজানা যাবগী থাজবদা হেলিকোপ্তর তোংলগা হেলিপেড লৈবা চীংগী ডিষ্ট্রিক্ট হেড ক্বাটর খরদা চৎলগা হোৎনরি য়েংশিল্লি হায়বদুদি ঐহাক তানিংদে। নহাক অসি মতিক চাবা চীফ মিনিষ্টর অমবা নত্রগা মতিক চাদবা অমরা হায়বসি ঐঙোন্দা ৱাহং লাকই। |
| নোংশাবা | - | ঐহাক্লা ইশাগী ইথৌ মশক খঙনা পাংথোক্লি জোন। |
| জোন | - | নোংমগী অয়ুক্কী চাক চাবা, নুমিদাং চাক চাবগা তুম্মগা নোঙাল্লকপদা তুম্নুবদগী হৌগৎপবু থবক্লি হায়বদি ঐহাক য়ানিংদে লাইওন। নহাক্লা তৌবিবদুদি ডেলি রুতিন ৱার্কনি। |
| নোংশাবা | - | লূ তোংনা শাবা মীওইবনিনা ঐগী অরানবা অশোইবা লৈবম্বা য়াই। ঐহাক মেনখৎননবা হোৎনগে। তুংগী মীবোনগীদমক অপূনবগী শক্তম কায়হন্দনা থমসি। |
| জোন | - | মৈতৈ, নাগা মচিল মনাওনি, চীংদা লানমৈ থাবা, তমদা মেবা থাউমৈ থানবা, লূহোংবদা লৈরুম ফি হাপ্পা, লাই হরাওবগী তাম্বুল শাবগী ৱারী মৈতৈশিংতনা খঙবা নত্তে নাগাশিংনসু |

বারীনরি। নাগাদা নত্তনা লমদমসিগী চীং- তমগী অপূনবা মহৌশাগী লীপুন অমা শেম্বা তারবদি অনৌবা থৌরাং অমা চঙ্ই।

নোংশাবা - নহাক্কী থৌরাংদু ঐনা তরাম্না ওক্লি জোন। (তাঞ্জাসিদা মংলেম ফিংনা চেনশিল্লকই)

মংলেম - ওঝা! ওঝা ! ওঝা !

নোংশাবা - করিনো মংলেম ইফিং ফিংলিবদি?

মংলেম - ঐখোয় সুন্দরমণিদু কলচরেল ছো অমা লাইভ টেলিকাষ্ট রেকোর্ডিং তৌরিবা হোল অমগী মনুংদা থিবা খঙদ্রে।

নোংশাবা - (ঙক্লা খঙপ্রেক খঙনা য়েংলক্লগা) করিনো নঙনা হায়রিবদো? মিনিষ্টর অমদা পীবা স্কোর্ট মঙোন্দসু পীবিবনি।

মংলেম - ফঙ্কসন লোইরকপদা খঙনরকপা ওইরমাল্লে ওঝা। সার শ্যামসুন্দরসু মফমদুদা লৈরে।

নোংশাবা - (ফিংনা) ডি জি পি কৌ, এস পি কৌ, হোম মিনিষ্টর কৌ, ইম্ফাল সিটি সিল তৌগদবনি। পাকতক্লনা কোম্বিং ওপরেসন তৌগদবনি।

জোন - হৌজিক ঙম্লি, নুমিৎ তাবা মতম নত্রি। মমান্নবা অমগা নত্রগা খঙনবা অমগা লৈমিন্নরম্বসু য়াই।

নোংশাবা - (মখুৎ থত্তুনা বা ঙাঙদনবা) প্লিজ জোন। (মংলেমদা) মংলেম গাড়ি থৌরাং তৌ। ঐহাক মফম অদুদা হান্না চৎকে। (ইরাং লাংই)

মংলেম - ফনি ওঝা (চেনখি)

নোংশাবা - জোন। ঐগী চিংনবা লৈ। নোংথাঙগী মচানুপা অদুনা ঐবু য়েক্লবগুম খল্লি। মহাক থৌরাং লেপ্পুবা মচিং ফত্তবা মীনি।

জোন - নোংথাঙসু মচিং ফত্তবা লেপখিবা হোংদবা মীনি। ঐখোয় অহুমনি অরোইবা ওইনা .......।

| | | |
|---|---|---|
| নোংশাবা | - | (মরক থংলগা) প্লিজ জোন। মখা কোন্না শারসি। ঐ লৈফম খণ্ডদ্রে। মাংথ্রিবসি ঐগী ইচানি। (কপনিং) তাইবংগী মায়া লাংদা ইচাগী নুংশিবা করিনো হায়বদু মখোয় উরগা ঐবু খওহনব্রনি। ঐ চংলুখিগে। (থুনা চংখি) |
| জোন | - | ঐসু য়াওরক্কে লাইওন। (মতুং ইন্নখি) |

**মঙাণ্ডবা উৎপা লোইবা**

# তরুকশুবা উৎপা

(প্রোফেসার রেনুগী য়ূম নুমিদাংবাইবম ইন্সপেক্টব বীরচন্দ্র কমান্দো সিফাই অমগা চঙশিল্লকই, কোইনা য়েংই, কোলিং বেল খিংই চীং লেম্না বেনু লাইরিক অমা পারম্বদগী থোরকই, মাংদা পুলিসশিংনা লৈবম্বদা ইঙক ঙকই অদুগা হঙলকই)

রেনু - কবি?

বীরচন্দ্র - ঐহাক কমান্দো ইন্সপেক্টব বীরচন্দ্রনি।

বেনু - তাকপীয়ু।

বীরচন্দ্র - ঐহাক প্রোফেসার বেনুবু উন্নবা লাকচবনি।

বেনু - লেঙশিনবীবকসি। (বীবচন্দ্র চঙলকই) কবি হায়বীগদবনো?

বীবচন্দ্র - প্রোফেসারনা ইম্ফালদা থোকপীরম্লিবা অসি কবি মবমগীনো?

বেনু - ঐহাকপু লমদমসিগী তোঙান তোঙানবা ওর্গনাইজেসনশিংনা মখোয়গী থৌবমদা ব্রা ঙাঙবীননবা কৌবদগী ঐহাক নুমিৎ ২০ নিগী ছুটিদা ইম্ফাল থোবকপনি।

বীরচন্দ্র - প্রোফেসারগী ব্রা ঙাঙবগী থৌবম পরেং অসি লম লম খুদিংগী হোং হোংদুনা লৈবা অসিনা কনাগুম্বা কাংলূপ অমনা অখন্নবা হীবম অমা পীদুনা ব্রা ঙাঙহনববা নত্রগা কাঙলূপ অদুগা প্রোফেসারগা মরী লৈনববা হায়বসি ঐখোয়দা ব্রাহং ওইরে।

বেনু - ঐহাক্কী ব্রা ঙাঙবগী প্রোগ্রামদি ভারত পূম্নমক্তনি। ভারত পূম্নমক্তা নত্তনা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদসুনি।

বীবচন্দ্র - মফম অদুদসু - ইম্ফালদা প্রোফেসাবনা ঙাঙবীবিবা অসিগুম্বা সরকাব হুল্লগা নীংতম লালহৌবু থাগত্তুনা ঙাঙবীববা?

রেনু - (চাং লেম্না) ঐহাক পারলিয়ামেন্টরী ওইদবা নত্রগা ইন্দিয়ান কন্সটিট্যুসনগী ফন্দামেন্টেল রাইত্তা য়াওরিবা ফ্রিদম ওফ স্পিচ্‌কী ৱাংমদা লমদমসিগী মীওই নত্রগা কাঙলূপ অমত্তগী ইজ্জৎ শোকপা ঙাঙখিবা লৈতে। ঐহাক্না ঙাঙখিবগী রেকোর্ডিং পুরক্লগসু খন্নবা নৈনবা য়াগনি।

বীরচন্দ্র - প্রোফেসার রেনুগী থৌরম শীল্লিবা সংস্থানশিং নত্রগা মীওইশিং অসি অপূনবা নীংতম লাম্মীশিংগা নক্লবগী চিংনবা মীওইশিং ঙাক্তা উই। লূপ অসিনা নীংতম্বগী মিংদা থবক তৌবা মখোয়বু কনখত্তুনা ঙাওবীননবা হায়জবা নত্রগা ধমকা তৌদুনা কিহনবা লৈবীব্রা? অশেংবদুদি চিংনদনা হায়বীয়ু।

বেনু - ঐবু লান্না খনবীগনু। ঐগা কনাগুম্বা অমত্তগা নক্লবা লৈতে। ঐহাক লমদমসিগী আইন্না য়ারোইদবা হীবম অমত্তগা মবি থমজদে।

বীরচন্দ্র - ঙসি ইম্ফাল ঠিয়েটরদা পাঙথোকপা কনভেন্সন অদুবু লাইভ টেলিকাষ্ট তৌরিবা ডি ডি কে ইম্ফালগী প্রড্যুসর মাংখিবসিদা প্রোফেসারনা কবি খনবীবগে?

বেনু - ঐহাক ৱাফমদু কবিগুম্বা অমত্তা খঙজদে। হীবমদুদা ঐনা করি খঙদুনা ঐগী মত পীরুগদৌবিবনো? (বীবচন্দ্রনা বেনুদা ফল্লব য়েংলগা)

বীরচন্দ্র - প্রোফেসারগী গাড়িসি অহিংদসু কোইচৎ চৎলি হায়রিবসি কদায়দা চৎপিবনো?

বেনু - ঐহাক্কী নহা ওইরিঙৈগী পুক্সি লমদম অসিদনি। অয়ুক নুংথিলদা কোইবা শঙদবদগী নুমিদাং ইতোমতা গাড়ি থৌরগা কোইচৎ চৎলগা লমদমসিগী অহোংবা য়েংজবনি।

বীরচন্দ্র - হায়বদি প্রোফেসারনা নহা ওইরিঙৈ নুংশিনবা পাখঙগা কেথ- নৌথনখিবগী ৱারী নীংশিংবনিনে। (নোকশিন্দুনা করেম্নৈ)

রেনু - (শাউনা মখুৎ শীঙদুনা) অফিসার। উশিং থওইদবা করেম কথাইনবদি তৌগনু।

বীরচন্দ্র - প্রোফেসারগা নুংশিনবম্বা মহাক্কুবু নীংশিংদুনা লমদমসিগী ইবাংকাসি কবিমত্তা খঙদনা নুমিদাং কোইথবিবনিনে।

বেনু - (শাউরকই) উশিং থওইদবা ব্রা ঙাঙবগীদমক নহাক্কী নথক্তা ঐহাক্কা কেস অমা ফাইল তৌবা য়াই। ডি জি পিদসু ব্রাকৎপা ঙমগনি।

বীবচন্দ্র - (শাউনা) নহাক কনানো কবি অবোনবা থবক তৌবা মীওইনো হায়বসি থিজিনবা ঐগী ইথৌনি। হৌজিক মতমগী মৌনহা- লুখ্রাবী - ইমা শাবী খুদোংথিনিংঙাই ঙাক্তনি। ঐহাক্ক া চিংনখিবা ব্রাফম চুমদনা তোক্লোই।

বেনু - (শাউবকই) ঐগী ইজ্জৎ শোকপা, ঐগী শীনফমগা মরি লৈনদবা ব্রাফমনা ঐবু ইবাল লৈবা মীগুম উহনবা যাবোই।

বীবচন্দ্র - (বেনুনা শাউদুনা খোন কনখৎলকপদুদা) নহাক লাইবিক হৈবী জ্ঞ্যান লৈবী পৃথিবী পুম্বনা ইকায় খুম্নবী স্কোলার অমা ওইববসু ঐগী ইফমদদি ঐগী শিকাবগী শজি ওইববনি। ধমকাদি তৌবক্কনু।

বেনু - (শীঙনদুনা) শজি ওইবমদদুনা নোংশা অমোম ওইবন্নবদি?

বীবচন্দ্র - (মুন্না য়েংলগা উশিত্তনা নোকশিল্লকই) হ: হ: হ: অমোমগী জাৎসিদি অহল হায়বা লৈতে নহা হায়বা লৈতে ইজ্জৎ মাংগে হায়বতনি।

বেনু - (শাউনা লাউনদুনা) হৈ: নঙগী ব্রাঙাঙদু কবিনো? নঙ নচে লৈত্রা? নচল লৈত্রা? নমা লৈত্রা? নমাদসু অদুগুম্বা ব্রা ঙাঙব্রা?

বীরচন্দ্র - (শাউনা লাউদুনা) মখা তাগনু। মী মীগী শাজৎনা হায়বনি। নহাক্কী ব্রাঙাঙদা উশিত্তবা অমা যাওবিবদু কবিনা থৌনা

পোকহল্লিবনো খঙবা মীশকনি। ঐ হল্লকখিনি। (হায়রম্নগা থুনমক চৎখি সিফাইনা ইন্নখি)

রেনু - (শাউনা চৎখিবা বীরচন্দ্র) অমুক হল্লক্লবদি ঐহাক কনানো চপ চানা খঙহনগনি। উশিং- থওইদবা (শাউই, তাঙ্গাসিদা মোবাইলদা ফোন লাকই ওক্লগা) ঐহাক পাউ পুম্নমক খঙলে। হৌজিক ঐবু কৌরক্লনু। তপ্না পাউ ফাওনসি। (মোবাইল ওফ তৌই) উম- শাউনিংম্ব্রেদা। মচে- মচল মমাগী ইকায়খুম্নবা ব্যবহার লৈতবা। (হায়রম্নগা ঙাঙ- ঙাঙদুনা মাগী য়ূমদা

**তরুকশুবা উৎপা লোইবা**

# তরেংশুবা উংপা

(অপূনবা নীংতম লাম্মীগী কেম্প অমা, শীঙ্থানা মমিং পুন্দুনা খুৎ তুংবুন্নদুনা সুন্দরমণিবু পুথোরকই, সুন্দরমণিবু কা অমদা পুশিল্লি, অদুগা ফমহল্লি)

সুন্দরমণি - (ফম্নম্বদগী ফুক হৌগৎলগা) ঐগী মিৎ পুল্লিবা অসি লৌথোকউ। নখোয়না ঐগী ইফমদগী পামলিবা অসি করিনো?

শীঙ্থা - মথক্কী য়াথং অমা ফঙদনা ঐখোয়না কবিগুম্বা অমত্তসু তৌবা ঙমদে। নহাকপু করিগীদমক ফাবিবনো হায়বদু মথক্কী মী লাক্লগা নপুক্লিং চমজনবা খঙবা য়াগনি।

সুন্দবমণি - ঐগুম্বা মীচম অমবু ওৎলগা নখোয়না ফঙগদৌবিবা অসি করিনো?

শীঙ্থা - নহাক মীচম নত্তে। নহাক লানফানি বা য়াম্না ঙাওলবদি চৈ লাক্কনি। (তাঞ্জাসিদা হসিনাগী শক্লোন লৌরম্বী তম্ফামণি তক- তনানবা ফিজোল শেত্তুনা চঙলকই, আনক উপ্পী, শীঙ্থাগী নাক্তা চঙশিন্দুনা হঙলকই)

তম্ফামণি - ঙসিগী করি পিজ্জ শীথক্লে?

শীঙ্থা - করিগুম্বা অমত্তা চাউ থকউ য়াদে।

তম্ফামণি - মায়া ফাক্তোক্লগা করি করিনো মহি মনাই খরদি হৈজিল্লু।

শীঙ্থা - ঐ শীঞ্জগে।

তম্ফামণি - ঐখোয় মফমসিদা কুইনা লৈরবোই।

শীঙ্থা - পীবারেন মঙাল য়ৌরক্লগনি হায়বগী পাউদি ফঙজরে। মফমসিদা মহাক য়ৌরক্লিবা মখৈ করি পাঙথোক্কদগে খঙদবনা মকপশিংনা মাবু ঙায়রি।

তম্ফামণি - তপথবা য়াবা খোংথাঙ অমত্তা নত্তে। য়েক্লবগী লাম্নীনা হেন্সিকোপ্তুর ফাওবা শীজিন্নদুনা ঐখোয়গী খোঙ্গুল লীবা হৌখ্রবনি।

সুন্দরমণি - (কৌরকই) হসিনা। নহাক্কা ঐহাক্কা ব্রা ঙাঙনখিসি।

তম্ফামণি - (ইংনা নোক্লগা) মিষ্টর সুন্দরমণি। ঐখোয়গী ইরক্তা হসিনা য়াওদে।

সুন্দরমণি - নহাক্কী নখোঞ্জেলতা তাবদা ঐনা নহাকপু হসিনানি হায়বা খঙই। মরাল লৈতবা মীবু ফাবা হায়বসে অল্লাহনা কৈদৌঙৈদসু য়াবোই। ঐহাক পুন্সি অসিদা মী অমগী মফমদা ইরাল লৈরক্ত্রিবা মীশক্লি।

তম্ফামণি - (মোমোন নোক্লগা) শীম্বা, মীংকুপ অমত্তং পুল্লিবা মমিৎ অসি থাদোকউ। অদুগা নহাক মপান্দা লৈয়ু।

শীম্বা - ফনি তম্ফা। (সুন্দরমণিগী মমিৎ পুল্লিবদু লৌথোকই অদুগা মপান্দা থোকখি, সুন্দবমণিনা তম্ফাদা ঙক্না য়েংই)

সুন্দরমণি - নহাক হসিনানি।

তম্ফামণি - (মোমোন নোক্লগা) মিষ্টব সুন্দরমণি। ঐহাক্কী মিং তম্ফামণি কৌই। নহাকপু পোকপী অঞ্জলীবু বোম প্লান তৌদুনা হাংখিবীদু ঐহাক্লি। মাযথোঙদা অপাবা মায়খুমফি উপ্তুনা হসিনা হায়বা মুসলিম লৈশাবী অমা শাশিন্নদুনা ঙসিনা নহাকপু লানফা ওইনা ফাবগা পুরক্লি। ঐহাক অপূনবা নীংতম লাম্নীগী নুপী লাম্নীগী লুচিংবী অমনি। (মমা হাংখিবীনি হায়বা ব্রাহে অদু তাবদা শাউনা লাওদুনা মখুৎ তুংবুননরবসু তম্ফামণি তম্না চেনশিনলকই, তম্ফামণিনা ফাদুনা সুন্দবমণিবু তমথিনা ফুই, ফুবগী চৈনা খাঙলগা সুন্দবমণিনা তম্ফামণিদা য়েংলগা হায়)

সুন্দরমণি - ও! চিরোন অমসুং লৌনমগী শক্লোন লৌননবা হোৎনবদা নমিৎ অনীদা অমদি তথকপী নচিমবাল শুপচিন্দুনা হৈশিংলবী কলাকার অমগী শক্লোন লৌখিবা মিংকুপ অদুদা নুংশিবগী

পুজারী ওইবী মীনম্বী য়াওদবী মহৌশাগী ওইবা শক্লোন ঐহাক্ল
। নহাক্কী নফমদগী উখি।

তম্ফামণি - গুলাপতা পানবা তিম্খ্ণবু ফজবদা ঙাওজবা তথকপশিংনা মহৌশানা কাওথোকই। (নোংমৈ মশাদগী শৎলগা) নহাকপু লানফা ওইনা পুরক্লিবগী মরম শেল লৌননবা নত্তে। লমদমসিগী মচা কাইনবা মমা মপাশিংগী অব্রাবদু নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দরনা খণ্ডজনবনি। নহাক শিববদি মখোয়না এক্স গ্রেসিয়া ফণ্ডগনি। (নোংমৈনা মখজাইদা নাল্লগা) শিনি তাবদা নশাদা করি ফাওই শকহেনবা ?

সুন্দরমণি - (মোমোন নোক্লগা) ঐহাক্লা শিববু করিসু মীপাইদে। লৈখিদ্রবী অবোক ইবেম্মা রাজলক্ষ্মীনা হায়বীরম্মী- মীওইনা পোক্লিবা শিবগী লমন তোল্লবা ঐখোয়না হিংবদা নুংঙাইখিবগুম শিনি খণ্ডবদসু নুংঙাইগদবনি। তশেংনমক ঐহাকসে নহাক্কী মায়থোঙনা মিরাং ওইবগা থুরবা তিল অমনি। ঐহাক্লা নহাক্কী হৈশিংনা চথখিবা থৌরাংবু থাগৎলি।

তম্ফামণি - নহাকপু পোকপী ইমাবু হাৎখিবদা নত্তনা নঙবুসু অশিবগী লমদমদা পুগদৌরে খনবদরা?

সুন্দরমণি - নহাক্লা ঐগী ইমাবু হাত্তে। নহাক্তি নহাক্কী নথৌ পাঙথোকচবনি। নহাক্লা ঐবু ফাদে নহাক্তি নথৌ পাঙথোকচবতনি। নহাক্কী নফমদা থবকশিংসি পাঙথোক্লনবা থৌদারিবা মহাক্কুনা ইমাবু হাৎপনি, ঐবু ফাবনি। নহাক্লা নথৌ পাঙথোকপদা ঐগা য়েংনবা মিৎয়েংদা নহাক্কী থম্মোয়দা ঐগীদমক মফম অমা লোত্তুনা থমলিবা অদুমদি ঐহাক্লা তশেং তশেংনা উহৌবে।

তম্ফামণি - (মোমোন নোক্লগা) জ্ঞ্যান লৈবশিংগী ঋাঙাঙনা মীওইবগী থম্মোয়শিংবু শুমহৎলি। শিরমদাই ওইববা নহাক্কী মিৎকুপসিদা মীহাৎপগী পাপ লৈরুরবীনি খল্লুববী ঐবু নে তাহল্লি, অমুক্তং শ্বর শাংনা হোন্দোকহল্লি।

সুন্দরমণি - ঐহাক্না নহাকপু উরুবা মীৎকুপ্তা তাইবংপান কাউথোকখি। নহাক্না ঐবু মতম কয়াগী মমাংদগী নুংশিজরকই হায়বা ৱাহৈনা ঐগী য়ুমগী নুপীনা ঐগী পুন্সিদা নুপী অনী লৈগনি পাঞ্জিনা হায় হায়বদুগী অনীশুবা নুপীদু নহাক্না ওইরগদৌবোই মীৎকুপ্পুদা খল্লুই। নহাক্কী মিনোক অমদি নহাক্কী মীৎয়েংনা থুরবা লাং অসিগী মনুংদগী নহাক্না ঐবু থাদোকপীরবদি নহাকপু পাপকী মফম অসিদগী পুথোক্লগা ঐগী নুপী ওইনা থম্না ঙমগনি।

তম্ফামণি - (মোমোন নোক্লগা) চিরোল হৈবা মীদা অতোপ্পা চিরোল অমনা তরাইনা চঙবা ঙম্লোই। ঐহাক নুপাগা য়ুম্বানমিন্নবগী আশা লৈত্রবা নুপীনি। ৱাবী লেপ্পসি নহাক্কী শিবগী মতম ঙায়য়ু। (খুবাক খুই শীম্থা চঙলকই) মমিৎ পুনশিল্লু। লানফা অসি চ্যেকশিল্লু, খুদোংথিবদা জ্ব্যান মাঙদবা নুপানি। (শীম্থানা মমিৎ পুন্দুনা মফম চানা ফমহনগ্রে।)

শীম্থা - মফমসিদা নুংঙাইনা পোত্থাবীয়ু। (তাঞ্জাসিদা মঙাল লাকই কোম্বেৎ ড্রেস শেৎলকই, তম্ফামণিবু উবদা মঙালনা হরাওনা কৌরকই)

মঙাল - তম্ফা ! (তম্ফাগা মঙালগা অমুক্তং নুংশিনা য়েংনদুনা মোমোন নোক্লে মঙালনা নুংশিনা হায়রকই) অমুক্তসু হন্না চাউরবা থৌদাং অমা পাঙদুনা নহাক্না অনৌবা থৌনা অমা হাপ্পুনা ঐখোয়গী মায়পাকপগী লম্বী নকশিলনা উহনবা অসিদা নীংতম লাম্মী পূম্নমক হবাওনরে।

তম্ফামণি - (ব্যবহাব তৌনা) ইথৌ পাঙথোকচদুনা লানফা অসি নখুত্তা শীন্নজবি মঙাল।

মঙাল - শীম্থা ! লানফাগী খুৎ তুংবুন্নবিবসি মাঙদা পুল্লু। মমিৎ হাংদোকউ। (শীম্থানা সুন্দরমণিবু মমিৎ হাংদোকই, মখুৎ তুংবুন্নবা মাঙদা পুল্লি।, তাঞ্জাসিদা হেলিকোপ্তর অতিয়াদা পায়বগী মখোল তাবকই) শীম্থা লাম্মী পূম্নমক চ্যেকশিন্না

ফিভম শেমদুনা লৈননবা পাউ পীয়ু। (শীন্থা নোংমৈ শক্তুনা ফিভম শেমখি) মিষ্টর সুন্দরমণি। নোংথক্তা পাইবিবসি নহাকপু থিরিবনি। নহাক বলিগী শা হায়বদু ওইরবনি।

| | | |
|---|---|---|
| সুন্দরমণি | - | নহাক কনানো? |
| মণ্ডাল | - | ঐহাক মণ্ডালনি। অপূনবা নীংতম লালহৌগী লান্মী শীঙলূপকী অনৌবা শীবারেন্নি, হায়বদি জেনবেলনি। |
| সুন্দরমণি | - | করিগীদমক ঐবু নখোয়না ফাবিবনো? |
| মণ্ডাল | - | নঙবু হাত্তোক্লবনি। |
| সুন্দবমণি | - | ঐগী ইবাল কবিনো? |
| মণ্ডাল | - | নোংশাবা অমদি শ্যামসুন্দবগী মচা ওইবন্বগীনি। শীন্থা। |
| শীন্থা | - | (ফিভম শেমদুনা) তাকশীয়ু। |
| মণ্ডাল | - | নোংশাবা নত্রগা শ্যামসুন্দরদা পাউ পীযু। (শীন্থানা মোবাইল লৌথোক্লুনা কিৎ কিৎ নম্মী অদুগা নম্ববদু ফঙলবদা) |
| শীন্থা | - | হেলো। এ ডি জি পী শ্যামসুন্দব ওইবীবব্রা? অপূনবা নীংতম লান্মী শীঙলুপকী পীবাবেন মণ্ডালনা নহাক্কা ব্রাবী শাননবা লাইন্দা লৈবি। |
| মণ্ডাল | - | (মোবাইল লৌরগা) অদোমগী ইচানুপা ঐখোযগী ইনাক্তা লৈরে। মহাকপু হিংনা ফঙনিংলবদি নহাক নত্রগা নহাক্কী নযাম্বা নোংশাবা ঐখোয়না লাকউ হাযবা মফমদা লাক্কদবনি। |
| শ্যামসুন্দব | - | (মোবাইলদা) নখোয়না পামলিবসি কবিনো? |
| মণ্ডাল | - | নচানুপাসি মঙক কক্লগা হাৎপা অদুগা নচা শিবগী মপা নঙোন্দা এক্স গ্রেসিয়া পীবা নত্রগা নোংশাবা নত্রগা নহাক্লা মহুৎ শীনবা লমদমসিগী নীংতম লানগী পনখৈ অমা নাযবনি। (মোবাইল সুন্দরমণিগী মখুত্তা শীন্নবগা) নঙবু পোকপা নপাগা ব্রারী শাবা য়াগনি। |
| সুন্দরমণি | - | (মোবাইল পুল্লিবা মখুৎনা পাযখৎলগা) পাবুং নচা কবিসু |

তৌদে। নুংশা থীবীগনু। (সুন্দরমণিদগী মোবাইল তাপ লৌশিল্লগা, ওপ থক তৌই অদুগা শীঙ্খাদা পী)

মঙাল - লানফম অসি মথঙগী কাদা থম্মু।

শীঙ্খালেম্বী - ফনি পীবারেন। (সুন্দরমণিবু মমিৎ অমুক হন্না পুল্লগা থংনবা কাদা পুথোকখি, মঙাল অমসুং তম্ফামণিতা ঙায়হৌই। মঙাল অমুক্তং লুকথরগা খ্বর শাংনা হোন্দোক্লরগা তপ্না তপ্না মমায় হাইগত্তুনা তম্ফামণিদা য়েংলকই, তম্ফামণিসু তপ্না লুকথরুরগা য়েংলকপদা মঙালগী মাইকৈ তম্লকই অনীমক নুংশিননা অমগা অমগা য়েংনরকই)

মঙাল - (নুংশিনা) তম্ফা। (কৌবকপদা তম্ফা থুক লাউই) কেজ-নৌজবনা নথৌ ওইবী, ইংজ-তপচবনা নহাক্কী শাজৎ ওইজবী নহাক্না নুঙগী থম্মোয় পান্দুনা লানফম ময়ায় অসিদা তৌবা ঙম্বী হিংচাবীগী শক্তম লৌরক্কনি, হেলোইগী শক্তম লৌবক্কনি হায়বসে ঐহাক্কী থাজবগী ম্রাংমদা লৈবম্মী।

তম্ফামণি - ঐহাক্কী পুক্নিংদা ঙসিসু হৌজিকসু লানফম অসিগী থৌবাংশিংনা পোত্থাহনবা ঙমদে, নহাক্না ইনাক্তা লেপ্লবথক্না ঐগী পোত্থাফম ফঙই। ঐদি নহাক্কী নত্তুং ইল্লকপীনি। নহাক য়াওদনা নহাক উদনা নায়তোম হিংহৌবগী অন্নাবা কিজবনা লানফম অসিবু অমোনবা লৈগী ফমুংগুম খঞ্জরিবীনি। (মপী ইবা চেল্লি) থৌনা ফবা শাববসু পুক্নিংদা অকিবা পোকই, লৌনম হৈবী ওইরবসু ঐহাক লাংতক্লে মঙাল।

মঙাল - (নুংশিনা) তম্ফা। ঐগী ইতুং ইল্লকপদা নহাক্না পাঙথোক্লিবা চাউরবা থৌদাংশিং অসিনা নঙগী নতিক নগুণবু নীংতম লাম্নীশিংনা থাগৎনবি।

তম্ফামণি - অদুবু ঐদি ব্রাই মঙাল। থৌনা ফবা শাদুনা পাঙথোক্লুবিবা থবকসিনা ঐখোয়গী ইরাইবক মোংফমগা নক্না শম্নরবোই খল্লি।

মঙাল - (ঙক্লা) তম্ফা।

তম্ফামণি - নোংথক- নোংখা তুনা য়েক্লবা লাম্মীশিংনা ঐখোয়গী খোঙ্গুল লীরি। পীকপ্লবা লমদমসিগী লৈমায়দা ঐখোয়না কয়াম কুইনা কেকু লোৎকনি। অফোংবা লানফমদা ঐখোয়গী লাম্মী লীশিং খরা অসিনা য়েক্লবগী মশিং থিবা ঙমদবা পৃথিবীগী অনৌবা মীহাৎপা য়াবা খুৎলাই পায়রবা ইন্দিয়া অমদি ষ্টেট ফোর্সকী অপূনবগা মায়োক্লবা ঙমগদৌরিববা?

মঙাল - (নুংশিনা তম্ফাগী নাক্তা চঙশিল্লক্লগা তম্ফাগী মবেংজুমদা খুৎ অনীনা থমদুনা) লানফম অদুগীদমক নহাক্লা মীপায়গনু। পৃথিবীগী শক্তি লৈরবা লৈবাকশিংনা লানফম অসি তুমিন্না য়েঙদুনা লৈথোক্লোই। অচুম্বা বিচার লাক্কনি। নীংতম লানগী ৱাবোইশিন মতমদুতদা থোক্কনি।

তম্ফামণি - ঐহাক্লা মদু থাজবা ঙমদে মঙাল। ২১ শুবা চহিচা অসিদা নীংতম্বা লৈবাক অমগী মথক্তা লালহৌবা খুদিংমকপু টেরোরিষ্ট ওইনা পৃথিবীগী মীয়াম্মা উদুনা টে[illegible]াবিজমবু মুথৎপা হায়বা মান্নবা ৱাখল্লোন লৈখ্রে।

মঙাল - (নুংশিনা) মদুগীদমক নহাক্লা মীপাইবিবা কবিগীনো। ঐহাক্লা মপাল্লমগী থৌবম পুরিঙৈদা পৃথিবীগী লৈবাকশিংদা লমদমসিগী নীংতম লানগী অচুম্বা ৱাবী পাউদমখ্রে। পৃথিবীগী লৈবাকশিংদা খঙহল্লম্লে।

তম্ফামণি - (মপী শীন্থুরগা) ঐহাক অকিবা পোকই মঙাল। সুন্দবমণিবু ঐখোয়না কিডনেপ তৌরুবা অসি থাদোবকউ হাযদুনা লমদমসিগী মচি মচিদা মমা ওইবী, মচল ওইবী, মচে ওইবী, কয়ানা ধারানা ফমদুনা ঐখোযগী মায়োক্তা লেপ্পা হৌখ্রে।

মঙাল - হযেংদগী ঐখোয়না ফাবনি হায়দুনা মীযামবু ধাবানা ফমদুনা ঐখোয়গী মায়োক্তা লৈতননবা খঙহনগনি। মদুদা হাযবা ইন্দ্রবদি বোম লঙশিনগনি।

তম্ফামণি - (তপ্পা মঙক হাইবগা) মঙাল। ঐহাক্লা আশা তৌবমদবা

হাইহে কয়া নহাক্না ঙাওথোরকপদা ঐহাক লমদমসিগী লৈমায়দা মুর্তি চুম্না লেপ্পা ঙমদে। সুন্দরমণিবু লানফা ওইনা ফারুবদা শীজিন্নখিবা ঐগী থৌনাদি নহাক্কী নুংশিবগীদমকনি।

মঙাল - (নুংঙাইতনা তম্ফামণিদা য়েংলগা) নারক মোংশোং য়ানথংত্রবদি করম্না অনৌবা লম্বী শেমগনি। শোম্বুরকপা হায়বসে মায়পাকপগী য়েক্লবনি। ঐহাক্না অমুক্তদা থবক অনীমক পাঙথোক্কনি, ইমা-ইপা, ইনাও হংখিবগী লমনসু খুমগনি ইমা লৈবাক্কী নীংতম লানগী পনখে অমসু থমগনি। ঐখোয় থুনমক মফমসি থাদোক্তুনা অনীশুবা কেম্প য়ৌগনি, মথঙদা হেড কাটর য়ৌগনি। হারম পূম্নমক হায় কমান্দা সবমিট তৌগে। (থেমদুনা) নহাক শিবগীদমক কিববা তম্ফা?

তম্ফা - (তপ্না মঙক হাইরকই)

মঙাল - আশা অমত্তংদি তৌসি। শোইদনা অমম্বা ঙালহনবা মঙাল অমা লাকখিগনি। (তম্ফাগী মখুদাং নুংশিনা পায়বগা) চৎসি। হিংলিবা মখৈ ঐখোয় মায়োক্লবমগনি। (তম্ফাবু নুংশিনা চিংদুনা পুখি)

**তরেৎশুবা উৎপা লোইবা**

# নীপালগুবা উৎপা

(নোংশাবগী য়ূম, অম্বালিকানা অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা কপ্পুনা চেনশিল্লকই, মমায়দা মখুৎনা উপশিন্দুনা মখোল হৌনা পেন্না কল্পী পুলিসকী য়ুনিফোর্ম শেত্তুনা কেপ উপ্তুনা শ্যামসুন্দর ৱানা হল্লকই, মমৌগী ফিভম য়েংবদা মথৱায় নুংঙাইতে মমৌদা ফল্লব য়েংলগা হায়রকই)

শ্যামসুন্দব - হৌজিক চপ চাবা পাউ ফঙলে। তেক্তা কাইদনা ঐখোয়না মহাকপু য়ূমদা পুরক্লবা অৱাংবা থাক্তা থৌবাং পূন্নমক শীন্নরি। ইন্দিয়ান আর্মিগী হৈ শিংলবা রেজিমেন্ট কয়াগা লোইননা ষ্টেটকী কমান্দো অমদি আই আর বি সিফাইশিংগী অপূনবা তিমনা সুন্দবমণিবু রেসক্যু তৌননবা থৌরাং লোইশিল্লক্লে।

অম্বালিকা - (কপঙাও) পাবুং! মাদি চাবসু য়াম্না পেৎপনি। মী ফত্তবশিং অদুনা মাবু করম্না পীজ-পীথক্ল মগদৌবিবনো' ঐহাক অৱাবসে খাঙবা ঙমদে পাবুং! (হায়রগা কপথোবকই) মখোয়না ইমূংসিগী মী ফাবা পাল্লগা ঐহাকপু ওইনা ফারসনু। মহাক্তি অৱাবসু খাঙবা ঙমদবনি। (হায়রগা অমুক্কসু কপথোরকই)

শ্যামসুন্দব - (থেমদুনা) সুন্দরমণি শোয়দনা মফমসি য়ৌবক্কনি। ঐখোয়না মীপায়নিংঙাই লৈতে। (তাঞ্জাসিদা নোংশাবা খোংলৈ থুনা ইমূংসিদা চঙলকই)

নোংশাবা - (হেক চঙলকপগা কৌরকই) শ্যাম ! মোবাইলদা পাউ পীরকই হায়বদু মবিক চুম্না তাহল্লু।

শ্যামসুন্দব - ময়েক অহূমগী কাঙবূনি তামো।

নোংশাবা - এ এন এল।

শ্যামসুন্দর - মঙালনা লমন খুম্বগী খোংথাঙ অমা ওইনা চখবনি।

| | | |
|---|---|---|
| নোংশাবা | - | (শ্বর অমুক্তুং হোন্দোক্লগা) ঐহাক্লা চিংনরম্বা অদুমক থোক্লে। |
| অম্বালিকা | - | পাবুংসু- পাবুংহলসু তাবীয়ু। করিগুম্বা মহাক্লা ফত্ত- নুংদা থোক্লবদি ঐহাক কৈদৌঙৈদসু তাইবংপানসিদা হিংনা লৈজরোই। |
| নোংশাবা | - | (ফল্লব য়েংলগা মমৌদা) পাবুংহল লৈবি। ইচা সুন্দর করিসু তৌরোই। |
| অম্বালিকা | - | (কপ্পুনা) পাবুংহলদি লমদমসিগী মীয়ামগী মপী মপা ওইবীরিবনি। মীয়াম প্রজাগী অব্বাবা কোকপীরিবনি। মহাকপু ঐগী খুত্তা শীন্নবীয়ু। (হায়রগা কপ্পুনা খুইকল্মী) |
| নোংশাবা | - | (মমৌদা নুংশিনা য়েংলগা কোনখৎপীরগা) ইবেম্মা। নহাকসু সুন্দরসু ঐগী মিৎ নাম্ম-নাম্মগী লৈতেং ওইবিবনি। পাবুংহলনা হিংলিঙৈদা ঐগী ইচা সুন্দরবু মতু তুবুম নাম্মসু তেকহল্লোই। নহাক ব্রাগনু। নখোয়না ব্রাবগা পাবুংহল তৌফম খঙদে। চঙউ ইমূংদা চঙউ। নঙ পাবুংগা ব্রা খন্নগে। (অম্বালিকাবু নুংশিনা ইমূংদা চঙহনখি, অম্বালিকা কপ্পা-কপ্পা চঙখি) শ্যাম ! (হায়না কৌবকপদা ব্রাখলনা ফুম্বংনববা শ্যামসুন্দর ময়াম্বদা য়েংলকই) |
| শ্যামসুন্দব | - | তামো। |
| নোংশাবা | - | মঙালনা পামলিবসি কবিনো? |
| শ্যামসুন্দর | - | তামো নত্রগা ঐহাক্কা সুন্দরগা শীন্নবনি। |
| নোংশাবা | - | (শীংনদুনা নোক্লগা) হুম ! ঐহাক ইশামক্তা মখোয়না হায়বকপা মফমদা চৎকনি। |
| শ্যামসুন্দর | - | মদু ওইথোক্লোই তামো। ঐহাক্কী ইচানুপানা বলিগী শা ওইপ্রবসু ঐহাক্লা হিংলিঙৈদা আইনগী মায়োক্তা লৈরিবা টেবোরিষ্টশিংদদি চঙজরোই। মখোয়না ঐগী ইচাবু ফাখিবগী চপ চাবা লমন খুম্বগী ষ্ট্রেটেজি ঐহাক শেম শাবা লোইজরে তামো। লানফম অসিদা ঐহাক ইশামক্লা মাংজিল থাগনি। |

নোংশাবা - (তপ্না মগুক হাইরগা) নো শ্যাম। ঐহাক্না আইন, শক্তি অমদি মীওইবগী হৈশিংবা শীজিন্নদুনা লানফমগী ঈ মরিক অমত্তসু শীন্থহন্দনা ঐগী ইচাবু রেসক্যু তৌননবা হোৎনগনি।

শ্যামসুন্দর - নীংতম্বগী মিংদা লমদমসিগী শান্তি লৈহন্দ্রিবা হিংবদা তগুদু লৈতোবা গুমহন্দ্রিবা অংবাবসি কোক্লনবা অবানবা তৌবশিংবু তুম্নবা হাৎলম্লগা সহিড ওইখিবা পাম্নক্লে তামো। (মপী ইরা চেপ্লি)

নোংশাবা - (নুংশিনা) শ্যাম। তামোনা হিংলিঙৈদা লমদম অসিবু লুপ্তাবীগী লৈবাক ওইহল্লোই। ঐগী ইচা ইমৌনা লুপ্তাবী ওইনা লমদম অসিগী লৈমায়দা তেংথাহল্লোই। শোইদনা ইচানুপা সুন্দরবু তেক্তা কায়দনা য়ূম অসিদা পুরক্কনি।

শ্যামসুন্দব - তামো!

নোংশাবা - হোম মিনিষ্টর য়াওনা তোঙান তোঙানবা হোমগী অবাংবা থাক্কী মীফম অমা সেন্ত্রেল ফোর্সকী মকোক থোংবশিং য়াওনা ঐগী সেক্রেটরিয়েটকী হোলদা ফম্নবা শীল্লম্বনি।

শ্যামসুন্দর - ঐহাক পাউ পূম্নমক ফগুজরে তামো ডি জি পিগসু উন্নজরে।

নোংশাবা - নহাক হান্ননা চৎলম্লো। ইচাবু করম্না বেসক্যু তৌগনি হায়বসিদা থৌরাং পুথোক্লবা তামো মিনিট খরদং খনখিগে।

শ্যামসুন্দর - ফনি তামো।

নোংশাবা - অদুগা শ্যাম। (হায়রগা নুংশিনা হায়বকই) গুসিগী অহিং অসে নখোয় কনানসু ঐবু থিগনু। তামো বঙ্গলো অমদি য়ূমদা লৈরোই। বাফমসি কনাদসু খগুহনগনু।

শ্যামসুন্দব - তামো লৈবাক অসিগী চীফ মিনিষ্টরনি। তামোবু ঙাক শেনবা হায়বসি ঐগীসু ইথৌনি। অদু য়ৌনা পুক্লিং শোন্থবীগনু তামো। ঐখোয়গী হৈশিংবা থৌরাংনা ইচাবু শোযদনা য়ূমদা পুরক্কনি তামো।

নোংশাবা - (ঈংনা অমদি নুংশিনা মনাওগী মবেংজুমদা পায়রগা) চৎলম্লো।

শ্যামসুন্দর - ফনি তামো। (শ্যামসুন্দর নুংঙাইতনা চৎখি নোংশাবা নুংঙাইতনা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈহৌই অদুগা ইংনা কৌরকই)

নোংশাবা - মংলেম। (মংলেম চেনশিল্লকই)

মংলেম - তাকপীয়ু ওঝা।

নোংশাবা - (ঈংনা) নোংথাঙগী মচানুপা অহল অদুননি।

মংলেম - ঐহাক চৎচগে ওঝা। মখোয়বু উন্নজরুগে।

নোংশাবা - (তপ্পা মওক হাইরগা) হীরমসিদা নখোয় কনাবুসু শরুক য়াহন্দুনা ৱাহল্লোই।

মংলেম - অদুম তাকপীগনু ওঝা। পিশক পিক্লিঙৈদগী ওঝাগী ৱাখল অমদি পান্দম পামজবদগী ঐহাক ওঝাগী তুং ইঞ্জবকপনি। ওঝাগী পুক্নিদা শীংনরকপশিংবু মায়োক্লবদা ঐবু য়াওহনবীয়ু।

নোংশাবা - (নুংশিনা) মংলেম। ঐগী ইফমদা নহাক্তি ইচানি। ইনাওনি। অদুতনা অসুক শাংবা মতমসে নহাকপু ঐহাক্লা থাদোক্তবনি। ঙসি অহিং নহাক বঙ্গলোদা ঐগী কাদা লৈগদবনি।

মংলেম - (ঙক্লা) ওঝা।

নোংশাবা - ঐবু কনাসু যাওদনা ইতোমতা মিৎকুপ খরদং থাদোকউ।

মংলেম - ঐহাক্লা ওঝাগী তুংইঞ্জগে ওঝা।

নোংশাবা - ঐনা হায়বা ৱাফমদা মখা তাগনু।

মংলেম - ফনি ওঝা।

নোংশাবা - বঙ্গলোদা অমুক চৎলসি। (হায়রল্লগা থুনমক নোংশাবা চৎখি মংলেম ইঙক ঙক্লা লেপহৌই)

মংলেম - ঙসি অহিংসি কৈদৌদৌরিবজাৎনো? মাগী নুমিদাং মাঙবী থাইনগীদু অমুক হৌদৌরবজাৎলা? (ঙক্লা নোংশাবগী মতুং ইন্নখি)

**নীপালশুবা উৎপা লোইবা**

# মাপলশুবা উৎপা

(প্রোফেসাব রেনুগী য়ুম নুমিদাং, প্রোফেসাব রেনু ইমুংদা লৈবগী চীং লেম্বা তক- তনানবা ফিজোল শেত্তুনা মখুত্তা বেক অমগা লাইবিক অমগা পাযদুনা লাকই, পায়বক্লিবা বেক অদু টেবলদা থম্লগা লাইবিক অদু ফাক্তোক্তুনা য়েংই, মোবাইল ফোন অমা লাকই, বেনুনা মোবাইলদু বেক্তগী লৌথোক্লগা অমুক্তং য়েংই অদুগা টেবল মথক্তা থমখি, রিং চৎনা-চৎনা মতোমতা মুৎখি। পাবিবা লাইবিক্তু ঙাইহাক্তং য়েংলম্লগা মখুৎনা মোবাইল ফোন্দু লামদুনা মেৎতুনা ঙাইহাক শান্নে, অঙনবা মতমগী মণিপুরী অধুনিক অমা মোবাইলদা খোংলকই, লাইবিক্কী চেনা খুমজিন্দুনা ঈশৈদু ঙাইহাক্তং তায, অদুগা অমুক কিৎ নমদুনা মুখৎলি, মোবাইল ফোন্দা কোল অমা লাকই, নম্বব হাইফেৎ য়েংলগা মোবাইলদু টেবলদা বেক মথক্তা থমখি, মোবাইলদু মতোমতা মুৎচখি, তাঞ্জাসিদা য়ুমগী কোলিং বেল খিঙলকপগী মখোল তায। বেনু ফুক হৌগৎলি মখুদাংদা শীবিবা ঘড়িদা অমুক্তং য়েংই। টেবল মথক্তা লৈ'িবা বেক অদু হাংদোক্তুনা বেক্তুদগী মহাক্কী লাইসেন্স বিবোলবর লৌথোকই, মুন্ন' যেংই। অদুগা মশাদা খুৎলৈ থুনা সৎ যেপশিল্লি অদুগা ফিভম শেন্মী কোলিং বেল অমুক খিংলকই, নোংশাবা অমুবা ফিজোল শেত্তুনা টুপী উপ্তুনা হেক যেংবদা মাযথোঙগী শরুক উদনা মফলবনা য়েৎশিন্দুনা অউবনা শক খঙদনা বেনুগী থোঙজিন্দা নোংশাবা লেপ্লৈ, বেনুনা চঙশিন্দুনা তপ্না থোঙ হাংই, অদুগা মাঙদা লেপ্লিবা নোংশাবা উবদা ঙক্লা খোঙফম অমা হল্লি অদুগা হঙলকই)

বেনু - কনানো? নহাক কনানো? (ব্রাহং অদুগী পাউখুম ওইনা নোংশাবনা বেনুগী মাঙদা তপ্না তপ্না চঙশিল্লকই, বেনুনা খোঙফম হল্লি, নোংশাবনা মচিল খুমলিবা ফিদু হাইদোবকপদা রেনু পূমঙক ঙকই, তুপী লৌথোক্লগা টেবল মথক্তা থম্লকপদা অমুক্কা হেন্না ঙকই) ও মায় গোড! (হাযরগা মপী ইবা চেন্না নোংশাবদা যেংলকই, নোংশাবসু মপী ইবা চেন্না বেনুদা য়েংলকই বেনুনা ঙক্লা মখা তাবকই) মনা-মনিল অমত্তা নায়দনা লমদমসিগী চীফ মিনিষ্টব মফম অসিদা (হায়বগা

কোয়না য়েংলগা) স্কোর্ট অমদি সেক্যুরিটি? (নোংশাবনা মগুক তপ্পা হাইরকই) থেঙলবা অহিংসিদা ইতোমতা?

নোংশাবা - ঐহাক নহাকপু উন্নবা লাকপনি। নহাক্কী থোঙজিন্দা ঐহাক্কা লেপ্পববু কনা পুরক্কদগে? মতম কুইনগী তুংদা ঐহাক্কা নহাকপু উনবা লাক্কি। কনাসু খঙহন্দনা লাকপনি।

রেনু - পুন্সি অসিমগী অমুক হন্না উন্নবরোই হায়দুনা নহাক্কা চৎখিবা নুমিৎ অদুদগী ঐনা খনখি নোংমদি নহাক শুকশোয় শোয়দনা ঐগী থোঙজিন্দা অমুক্তি লেপ্পখিগনি। মরমদি, ঐহাক্কী পুন্সিদা মীনম্বা য়াওখিদে, চিরোন যাওখিদে, পুন্সিগী অরোনবা থৌবাং হায়বা অমা ঐনা থমখিদে। নহাকপু নুংশিবশিংনা নহাক্কী মিং লাইওন কৌবীয়ু হায়না নহাক্কা মকপ- মপাং ময়ামদা হায়খি। ঐসু কৌখি। ঙসিসু কৌজগে- লাইওন ! (নোংশাবা খাঙবা ঙমদনা মপী ইবা চেল্লকই, বেনুবু নুংশিনা য়েংলকই) লেঙশিনবীয়ু। নহাক্তি লমদম অসিগী মীয়াম্না ইকায় খুম্নরিবা লৈবাক্কী মপী- মপা ওইবিবা লমদমসিগী লৈঙাকপগী মকোক ওইদুনা নিংথৌগী শক্তম লৌরিবনি।

নোংশাবা - (ঈংনা) নুংঙাইরিকো?

বেনু - ব্লাববসু নুংঙাইবি হায়না খুমদ্রবদি মীওইবগী শাজৎ কৌদে হায়- ঐহাক নুংঙাইবি। থাজদবা থৌদোক ওইনা লাকপীববু কবি থবক্কী লেঙবীবকপনো?

নোংশাবা - পোত্থাফম খঙদদুনা লঙলা- লঙজিন থিবকপনি। মীওইবনা চোকশিল্লবা মতমদা মহাক্কী খ্বাইদগী নক্লবা মী থিরকপা হায়বসিদি তাইবং লোনচৎনি। ঐখোয় অনীগী ওইবা ব্লারী হান্না শাখিসি। ইনখৎলকপগী ঐগী ইঙাও ঙাওজবা পুন্সিগী শরুক্তা ঐনা নঙবু থেঙনখিবনি। তাইবং মায়াগী মগুলান লাক্লবদি নহাকপু ঐগী পুন্সিগী ওইগে হায়না ঐগী থম্মোয়গী নুংশিজবীনি হাযদুনা ঐনা নহাকপু কৌখিবনি। (রেনু লুকথৈ) অয়ুক নুংথিল নুমিদাং ঐহাক্কী নহা ওইবগী মতম নহাক্কী মগুলা দা হৌখি। ঐখোয় অনীগী -

| | | |
|---|---|---|
| বেনু | - | (মপী শীঙ্গুবক্লগা মখুৎনা মখা তাবীরক্লনু হায়বগী ইঙ্গিৎ পীবগা) প্লিজ লাইওন। হৌখিবা পূম্নমক ঐহাক কাউথোক্ল নবা হোৎনখ্রে। |
| নোংশাবা | - | (নুংশিনা) কাউথোকপা ঙমখ্রববা? |
| বেনু | - | হিংলিবা মীওইবনা হৌখিবধু কাউথোকপা ঙল্লবদি ব্রাখল চোইবক্কে শোইনাইবে হায়নৈ। ঐহাক্কী ব্রাখল বুদ্ধি তশেং তশেংলি। অদুবু, পুঙ্গিগী মতম হাযবা অমা লৈ। মতম হেনখ্রবদি পোমশাৎনবগী লৈবাংসু মতোমতা লৈমন চল্লকই। |
| নোংশাবা | - | তাইবং থম্মোয লৈবাংদি লৈমন চনবসু লৈতবনি, লৈনম মাঙবসু লৈতবনি নীংশিংলুবা খুদিংগী তনৌ তনৌতা লৈবনি। |
| বেনু | - | (ব্রানা নুংশিনা) ও: লাইওন। নহাক্কী ব্রাহৈনা ঐবু হায়ফম খঙদবা অমুক ওইহনবীবগনু। |
| নোংশাবা | - | (নুংশিনা কৌবকই) বেনু ! ঙসিদি ঐ নঙগী নফমদা ঐগী পুন্সি ব্রারীসে লীবমগে। মসিমত্তং ঐহাক্লা শেঙদোক্লমদ্রবদি তাইবং পানবসিদা ঐবু মী নত্তবা জিবা অমনি খলহৌগদবসি নহাক অমদি ওইহৌবনি। |
| বেনু | - | (নুংশিনা) ফবে, ঐ তাবগে লাইওন। |
| নোংশাবা | - | ঐগী অঙাং ওইবিঙৈগী পুন্সিদি কবিনো হাযফম খঙদবা অব াবা অমনি। ঐবু পোকপা ইপাসু-ইমাসু অচৌবা অফিসাব ঙাক্তনি। অদুবু মখোয অনী পুন্না লৈমিন্নখিদে। ঐনা ববাগা, শ্যামনা মমাগা, লৈমিন্নৈ। ঐগী মিং অসে ইপা পোকপা ইপুবোক্লা থোনবনি। "নোংশাবা" (ব্রাহৈসি মতোমতনা হায়জরগা মপী ইরা হৌরকই) ঐগী ইমিং অসিদা মরুপ মপাংশিংনা হায়নৈ মখোয়গী অহল লমন্না হাযনবা ব্রাহৈনা ওইরমাল্লে। |
| অঙাং অমা | - | নঙদি লাইগী মমিং কৌই। নোংশাবদি লাইনি। |
| অঙাং অনী | - | নঙ নমিংদু ওঙ্খোকচৌ। তৌহৈদে হায়বনি। |

নোংশাবা - মখোয়গী ব্রাহৈশিংদু তারগা ঐনা পুপুদা হঙই। ঐগী ইমিং অসিবু করি হায়রিবনো? পুপুনা ঐবু কোনবীরগা হায়।

চীংথঙখোম্বা - ইশুদি নিংথৌনি। পূম্নমক্কী মকোক ইশুনা ওইগদৌরিবনি। লাইনিংথৌ নোংশাবনা লমহেনবা ফত্তবা মাঙহনবগুম ইশুনা লমদমসিগী মকোক ওইদুনা মতমসিগী ফত্তবা পূম্নমক মাঙহল্লগদবনি। অফবা মী ওইগদবা ইশুদি নমান্নবদগী মীকোক থোংবা ঙম্নবা লাইবিকসু ফগদবনি নশাসু ফগদবনি। ইশুদি নিংথৌনি।

নোংশাবা - (নোংশাবা মপুবোক্কী ব্রাহৈ নীংশিংলুবদা মপী অমুক্কা শীম্বুরকই) অপীকপা অঙাং ওইবিঙৈদগী ঐনা খনখি ঐদি পূম্ন মক্কী মকোকনি। নীশাদা লুপ্লবা অমা ওইনা ঐবু পোকপা ববাদো এক্সিডেন্ট অমদা লৈখিদে। ববা লৈখিদবদগী ঐবু মমানা লৌবখি। ডেহবাডুন্দা ঐগা শ্যামগবু ডুন্দ স্কুলদা থাখি। ঐবু উবা ফঙদবদগী শোঞ্জিল্লক্লবা পুপুদো অনাবা ওইখি। পুপুগী অরোইবা মিৎকুপ্তো ঐনা ছুটি থোবকপদা ওইখি।

চীংথঙখোম্বা - (ব্রানা) ইশুদি নিংথৌ ওইবকউকো। ঐ ইশুনা নিথৌ ওইরকউকো। ইশুদি পূম্নমক্কী মকোকনি। (নোংশাবা মপী লেপ্তুনা শীম্বুরকই) স্কুলদা, কলেজদা, ইমান্নবশিংগী মবক্তো ঐনা মকোক্তা ওইখি। ঐগীদমক মমানা ব্রাজখি। লমহেনবা কয়া ঐনা ফুখি, ঐদি ফত্তবা মাঙহন্ননবা অবানববু কোকহন্ননবা পোক্লকপনি ইতোমতা খঞ্জখি।

বেনু - নহাক্কা ঐহাক্কা থেঙনখিবদি দিল্লীদনি। ঐবু উশিৎ থওইদবা দিল্লী মচা ছাত্র মঙা ইমাংদনি নহাক্কা তমথিনা ফুদুনা ঐবু ঙাক শেনবীখিবা। লাইরিক পাবতনা ইথৌনি খঞ্জরম্বদগী নহাকপু নুংশিবগী ব্রাখল খন্বনা ইপুন্সিগী ঐগী ধর্ম্মনি খঞ্জখিবা।

নোংশাবা - নুংশিবা করিনো মসিগী মৈচাক্লা কয়াম ব্রাবনো, মসিগী মংলানগী আশানা কবম্না পূক্লিংদা ইথক হৌবনো নহা ওইবগী মতমবু জয় তৌবা ঙম্বনো ঐহাকসু নহাক্কী নফমদগী খঙখি।

ঐনা নহাকপু নুংশিখি, নুংশিবন্মী। ঙসিসু হৌজিকসু ঐগী থম্মোয়নুংদা তনৌ তনৌবি।

বেনু - (ঙক্লা) লাইওন।

নোংশাবা - ঐহাক্লা এম এ তম্বা হৌগৎলকপদনি। দিল্লীদা অমদি ডুন্দা তম্মিন্নরকপা দেবিড, জোন, নোংথাঙ, ঐহাক অমদি লমদমসিগী ছাত্র লুচিংবা খরগা ঐখোয়না ৱাফম অমা খন্নখি। ঐখোয়গী লমদমসিনা তোখায়বা মচাগুম লৈবিবা, সবকাবগী থৌ পুবশিংনা শেঞ্জা থুমজা তৌবিবা লমদমসিগী সবকাব মীযামগী মীহুৎনা শাসন পুরবসু মীযামগী ওইবা ঙমদ্রিবসিগী মবমদি লমদমসি নীংতম্বা লৈবাক ওইদবননি। ঐখোয় নীংতম্বগী লান হৌবসি। থবক ফংদ্রিবা লাইবিক হৈবা কযাসু ৱাখল্লোন অদুদা পুল্লকখি। লানফম অমগী শেম শাবদা অপূনবগী পাঙ্গলনা নত্তনা কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্লোই খন্নখি। লালহৌ অসি অপূনবা নাগা, কুকি, মৈতৈ, পাঙল পুম্নমক্কী ওইগদবনি হায়দুনা অপূনবা নীংতম লালহৌ হায়না কৌখি। ঐহাক্লা লালহৌবা অসিগী মকোক ওইগনি হাযদুনা ইশানা হায়বদগী যেৎনবা লৈতনা মীযাম্না ঐবু খনখি।

রেনু - নীংতম লানফমদা পুন্সি কখোক্লবা অমা ওইববনি যূম্বান পুন্সিদগী নাথৈদুনা চৎলগনি হায়দুনা নহাক্লা ঐবু উন্নববোই হাযদুনা ইনাক্তগী চৎখিবা নুমিৎ অদুদা হিংনা হিংনা শিববগুম ঐহাক মুর্ত্তিগুম লেপ্তুনা লৈহৌবনি।

নোংশাবা - অদুবু, মমা, ঐবু পোকপী মমানা ঐনা চৎকে থাঙ্গৎলুবা ইখোঙ অদু মহাক্কী মমা ওইবীগী মচাগী থম্মোযবু জয তৌবা ৱাহৈনা থাঙ্গদবা খোঙফমবু থৈহনখি।

রাজলক্ষ্মী - নহাক ঐনা পোকপনি। রাজলক্ষ্মীগী মচানুপানি। ঐহাক্লা নহাকপু লৌশিং জ্ঞান মপুং ফাননবা নহে তমহল্লিঙৈ মবক্তা করিগুম্বা লক্ষ্ফে অমত্তদসু নহাক চৎপা য়াবোই। নহাক্লা লৈবাক্কী মকোক ওইগে হাযববসু লমদমসিগী অবানবা

লৈঙাক্লোন শেমদোক্কে হায়রবসু আইন্না য়াবা মওংদা তৌগদবনি। ঐনা ঙসি ৱাশক্তুনা হাযরিবসিনি। ঐগী ইচানুপা অমত্তনা ঐহাক্লা হায়বা ইন্দ্রবদি (ৱানা) অ:

নোংশাবা - ৱাহৈদু হায়না হাযনা পেন্দ্রবা নীংঙমদবনা খাঙমদ্রবী মমাগী মচিল মুশিল্লকখি, মমিত্তা ঈ কাবকখি, জ্ঞ্যান মাঙদুনা লেকথরকপী মমাবু ঐনা ইতম্বাক্তা কোনখি। মমাবু হোসপিতালদা পুখি। ইমা লৈবাক নুংশিবগীদমক অপোকপী ইমাবু ঐহাক্কী ৱাখলগীদমক শিহল্লগদবা খল্লুবদা ঐহাক ৱাখলনা লম্মুক্লখি। ফমুংদা য়াতাদুনা লৈরিবী মমাগী মাযথোঙদগী শীন্থবকপা পীবাং মরিকশিং তৈথোক্লগা ঐহাক্লা হার্যখি "মমা! নঙগী নচা নোংশাবনা নহাক্লা পামদবা কবিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবোই" (হায়না হাযনা মখোল থোক্লা অঙাং মচাগুম কপ্লকই) ঐহাক লাইবিক মখা তমথবা চৎখি। মকুপ মপাং পূম্নমক্তা বিদাই পীরমখি। অপূনবা নীংতম লালহৌগী খুং লাই পায়বা লাম্মীগী লুচিংবা দেবিডপু ওইহল্লমখি। ঈমীদা ঐ অমুক লাকখি।

বেনু - ঐ পাউ তা শ্যামসুন্দবগী লোইনবী ওইখিবী অঞ্জলীগী হাকন্দা নহাক্লা পঞ্জাবী মচা রোহিত সিং সহেগলবু থাঙনা থিনখি। দিল্লী পুলিসনা ফাখি। অচৌবা ৱাথোক অমা ওইখি। (নোংশাবা ৱাবীসিদা থম্মোয পুবা যাদে) অদুবু, হৈ শিংলবী ইমা ইবেম্মা বাজলক্ষ্মীনা পূম্নমক্কু পুমইং ইংহনখি।

নোংশাবা - (অমুক্তং মপী তৈথোক্লগা, শ্বর শাংনা হোল্লগা) থৌদোক অদুগী মতুংদগী ঐ অমুক লাইবিক মখা তমথখি। এম এ লোইখি। এল এল বি সু লোইখি। ঐখোয় শ্যামনা আই পি এস ওইদুনা অঞ্জলীনা ইনাওনুপী ওইখি। মমানা লক্লখি। ননাও নুপানা হানখ্রে। মতমদুদা নহাকসু রিছার্স তৌবগী মপাল্লমদা লৈখি। ঐনা খনখি ঐহাক মমানা পামজবা আইন্না যাবা লৈবাক্কী লূচিংবা ওইরগে। মতম অদুদা নহাকপু লৌব

চৎকে। নঙবু ঙকহনগে। ঐহাক্না আইন্না য়াবা ওর্গনাইজেসন অমা শেমখি। লমদমসিগী চীং-তম অনীমক্তা কোইনা চত্তুনা মীয়ামগী য়াইফননবা থবক কয়া তৌখি। অপূনবা নীংতম লালহৌগী মকওইবশিং ঐহাক্কী মরুপ মপাং ঙাক্তা ওইবনা হীরম কয়াদা পাউ ফাওনখি। অদুমক্না য়াওলবু এ এন এল গী ওভর গ্রাউন্দা লৈবা ওর্গনাইজেসন ওইনা উখি।

রেনু - উখিবা নত্তে ওইখিবনি।

নোংশাবা - মতম অদুদা বোহিতনা ইংলেন্দগী থোবকপদা ইম্ফাল ইয়রপোর্টতগী লুপা ক্রোব তবাগী বেক্সমগীদমক এ এন এলনা ফাখি।

বেনু - ঐহাক নীংশিংলি। মতমদু ঐহাক দিল্লী য়ুনিভর্সিতিগী এসিষ্টেন্ট প্রোফেসারগীদমক তান্নবি। ঐহাক্না দিল্লীদা বোহিতপু থেংনখি।

নোংশাবা - (নীংঙমদনা) মীনুংশি লৈতনা মশাতগী খনবা নুপা অমনা রোহিতনা নাম্ব্রোক্তুনা চৎখ্রবদি মহাক্কী মবম্না মীযাম্না খঙখ্রগনি হায়দুনা বোহিতপু হাত্তোকখি।

বেনু - (নুংশিনা) বোহিত নহাক্কী নযাম্বনি হায়বসে বোহিতনা শিববা মতুংদা বোহিতকী নুপী এলিছ মেবীনা থুংলবদা অঙকপা ৱাবী ওইনা লমদমসিনা খঙনখি। নহাক্কী ননাও নুপা শ্যামসুন্দরনা থৌনা ফনা ময়াম্বা বোহিত হাৎখিবগী পাউখুম ওইনা বোহিত হাৎপদা চেন্নবনি হায়দুনা অপূনবা নীংতম লালহৌগী লাম্মী কয়া, লূচিংবা কয়া হাৎখি। দেবিড ফাওবা হাত্তুনা বোহিতকী মীহাত্তা চেন্নবা মীহাৎপশিং লোইশিল্লে হায়দুনা লাউথোকখি।

নোংশাবা - (কপনিংনা) অদুবু অশেংবা মীহাৎপা অদুদি মহাক্কী ঈ তৈববা খুৎশাগা লোয়ননা ঙসিসু হিংলি।

বেনু - (নোংশাবদা নুংশিনা য়েংলগা) ৱাবী অসে লেপ্লসি। অতোপ্পা ৱাবী অমা শাবসি।

নোংশাবা - ঐহাক নঙোন্দা লোৎলম্লরোই। ঐবু নুংশিবা খঙদবা, তাইবং মায়াগী আশা লৈতবা নুপানি হায়দুনা নহাক্না খল্লিবদু ঐগী ঙসিগী ৱারীসিনা শেঙদোক্লম্লগে। অদুদগীদি মমাসু লৈখিদ্রে। ঐহাক্না মীখলদা মায় পাক্তুনা চীফ মিনিষ্টর ওইরবা মতমদা লমদমসিগী মীয়াম্না মকপ-মপাংশিংনা ঐবু লুহোংননবা হায়খি। অমুকসু সনা কোনুংগী অমাইবা-অমাইবীশিংনা লমদমসিগী লৈবাক্কী মপী মপা ওইবনা য়ূম্বান্দবা হায়বসি তৌহৈদবা অমনি নাম্মা হাংহৈদে লুহোংউ হায়খি। ইমিত্তা নঙবু উরকই। অদুবু চঙশিনবদি ঙমখিদে। কবিগুম্বা ফঙফম থোকপা ইরালগী দন্দি ফঙলবদি পুন্সি চুপ্পা কৈশুমশঙদা লেনবা নত্তবা লম্বী অমা লৈতে। (খাঙমদনা) ৱাখল অদুতনা থাঙদোক্লুরবা ইখোঙ অমুক নাম্মা ফুকপা ঙমদনা খোঙফম হনখি।

বেনু - (নুংঙাইতনা) পূম্নমক অসে নাকোং অনী শুনা নহাক্কী মবমদা খঙনিংবশিংনা তাখিদনবা অবোনবা ৱাবী ওইনা থমখ্রসি। হৌজিক্তি থাজদনা লাকপগী মবম অদু হায়বীবো।

নোংশাবা - ঐহাক নঙবু লৌবা লাকপা নত্তে। পুঙমদ্রবা নহাক্কী ৱাবী অসে অমুক হন্না তম্লগা তাইবংগী মায়া লাংদা চঙলসি হায়গে লাকপসু নত্তে। (বেনু নোংশাবদা যেংলকই, নোংশাবা ঙসাইমখৈগী ওইরম্বা ফিভমদগী হেন্না থম্মোয শোক্না হায়রকই) ঐহাক ঐগী ইচা সুন্দবমণিগী থৱায় য়াওবিবা তেক্ত কায়দবা মশা পাম্মী। য়ূম্বান পুন্সিদা চঙদ্রবসু ইয়াম্বা অমদি ইনাওগী মচাশিং উরগা ঐহাক ইচাগী নুংশিবা খঙলুরে। বেনু' নহাক্না ঐগী ৱা তারবদি- মপা ঐগী ইমিত্তা ঐগী ইচা উহল্লু। ঐগী ইমৌ নুপীবু লুখ্রাবী ওইহনগনু। (বেনু তুমিন লৈ)

বেনু - নহাক শোয়দনা ঐগী ইনাক্তা লাক্কনি হায়বসে মখোয লাম্মীশিংনা অসিগুম্বা থবক অমা তৌরে তাবদা ঐহাক্না খঙখ্রে। ঐহাক্কী কা অসিদা চঙলক্লিবা মীশকসি নহাক্লি খঙলকপা মীৎকুপ্তসু ঐহাক্না খঙখ্রে।

নোংশাবা - ষ্টেট অমগী লালহৌবশিংনা ষ্টেটকী চীফ মিনিষ্টরগী মচানুপা ফাদুনা উন্ননবা হোৎনবা হায়বসে ৱারী শাসি হায়বনি। ঐহাক্না মখোয়গা ৱাবী শাননবা থোঙ লাউনা হাংলি হায়না চাম্মবক হায়খ্রে। সেন্ত্রেল গোভর্নমেন্টকী অয়াবা লৌদুনা গ্রাউন্দ রুলশিং শেমনদুনা অন্দরষ্টেন্দিং অমগী মখাদা য়ানবা ৱাফম কয়াগী এগ্রিমেন্ট সাইন তৌনবা য়াই। মঙালগী লাম্মীশিংনা চখবিবা থৌওং অসিগী পাউখুম পীবা তারবদি সুপ্নতগী অতেনবা মতম খরগী মনুংদা এ এন এলগী লাম্মীশিং তুমগনি। (তপ্না মঙক হাইদুনা) থম্মোয় শেঙনা ঈ মশেলগী লান পামদবদগী অমদি শান্তীগী ৱাবীনা ৱাবোইশিন পুবকনিংবদগী ঐহাক্না নঙোন্দা অমুক্কসু হাযজবি। ঐগী ইচানুপাবু ইখুত্তা শীন্নবীয়ু।

বেনু - হীবমসিদা ঐহাক্না মতেং পাংবা ঙমগদৌবিবসি কবম্ননো? ঐহাক্তি পাংজখিদ্রবা ওঝা মচানি।

নোংশাবা - ঐহাক এ এন এল গী কনফিডেন্স পূম্নমক খঙবা নোংশাবনি। চীফ এডভাইজরগী মতম কুইনা হাংদুনা লাক্লবা ফম নহাক্না মেনশিল্লে হায়বা অবোনবসি ঐহাক খঙই।

বেনু - (ঙক্না) ৱাফম অদুদি খ্বাইদগী চাউবা অবোনবনি।

নোংশাবা - ঐখোয় অনীগী তাইবংগী অবোনবা থম্বা ঙম্বা পনখৈদা ঐহাক্না হায়জবি। ঐগী ইচা সুন্দবমণি ঐহাক্কগী ইচা নত্তে। মবাল লৈতববু উশিন ওইনা চৈবাক পীবা তৌগনু। উশিন হায়বসিদি শা-ঙাদা তৌনবনি। তাইবঙ মীওইববু উশিন ওইনা শীজিন্নগনু।

বেনু - অদুবু য়ূম্বাল্লবা নুপা-নুপী ওইরবা ফাওবদা কনা খঙহন্দনা থমগদবা অবোনবা অসি ঙাকপা ঙমদ্রবদি মকোক থোংবা ওইবগী অর্থ কবিনো? হৌজিক লানফম অসি লোইববা মতমসু নত্তে।

নোংশাবা - পূম্নমক অদু ঐখোয় কাউথোকখিসি। অবোনবসে ঐনা কনাদসু হাযদোক্লোই।

রেনু - মদু করম্না ওইথোক্কদৌরিবনো?

নোংশাবা - (রেনুদা মুন্না য়েংলগা মপী ইরা চেল্লগা মোমোন নোক্লা হায়রকই) ঐহাক চৎলগে। নহাক্না ঐগী বা ঙাক্লকপা হয়েংগী নুমিৎ তাদ্রিবা মতম ফাওবা ঐহাক ঙাইগে। নহাক্না ঐবু নুংশিবগীদমক উৎলকপা ব্যবহাব ঐহাক্না মীওইবা ওইনা য়েংগনি। অসিদগী হেন্না ঐহাক হায়ররোই। ঐ চৎলগে রেনু। (হায়রকপদা রেনু তু চুংই, নোংশাবনা চঙশিল্লক্কুনা রেনুগী মশাদা নুংশিনা অমুক্তং কোল্লম্মী, রেনু উয়ুংগুম লেপ্পুনা লৈহৌই, নোংশাবা মমায় লৈদুনা চৎখ্রে, মপী ইরা চেলহৌই তপ্না অমুক্তং তৈথোকচরগা অতিয়াদা য়েংখৎলি)

রেনু - (ৱানা) হৌজিক তৌগদবসি করিনো? মহাক্কী চৎলমদাইগী ৱাহৈশিং অসিনা ঐগী ইশা পূন্বা তু চুংহল্লি। মহাক্তি পুক্নিদা নমথাক অমদি ওইদবা ঙাঙখিদবা মীওইনি। (হঙ্গৎ হন্দা চৎলি, খাঙবা ঙমদনা হিক-হিক কপথোকই, অদুগা খাঙফম খঙদনা চেনশিনখি)

**মাপলশুবা উৎপা লোইবা**

# তরাশুবা উৎপা

(অপূনবা নীংতম লালহৌগী লান্মীশিংগী মকওইবা কেম্প থোইনু কোম্বেৎ ড্রেস শেত্তুনা কেম্প অসিদা লৈরিবা নুপী লান্মীগী লুচিংবী তম্ফামণিগী কা ঙাক শেল্লি, তাঞ্জাসিদা শীন্থানা জোনবু পুদুনা লাকই, জোন মশা নাল্লি,শীন্থানা খুৎলাই মতিক চানা পায় কোম্বেৎ ড্রেস শেৎলি)

শীন্থা - য়ূনাইটেত নাগা ওর্গনাইজেসনগী প্রসিডেন্ট এল ডি জোন্না মঙাল পীবাবেনগা উন্নবা পাম্মী। তম্ফাদগী অয়াবা লৌবীয়ু।

থোইনু - লেঙশিনবীয়ু। ঐ পাউ পীজগে। (হাযবল্লগা লান্মীদু চৎখি, জোন্না মোমোন নোক্লগা)

জোন - মশক ফজবী লৈশাসু লান্মী ওইহল্লেনে। নুপী লান্মী যাওবসি ফৈ। মসিনা নুপা লান্মীশিংবু মথৌনা ফবা হেনগৎহনগনি।

শীন্থা - লেঙশিনসি অঙ্কল ! অঙ্কলনা পঙাঙদা ঙাঙবসিদা ঐহাক কোক ঙাওবে।

জোন - এ: নীংতম্বগী লান্মীদসু লৈশা য়াম্না যাওবে হাযদি চুন্মীদনা। অদুবু নীংতম্বগী লানহৌবগী মহুত্তা নুপী মশক ফজবী মুন্নবগী লান হৌনরক্লবদি কুম্মৈ ওইগনিকো। (হাযবিঙৈসিদা চিং লেম্না তক- তনানবা অনৌবা ফিজোলদা লান্মীগী লুচিংবী অমগী শত্তুম মান্না তম্ফামণি থোবকই) অস: অসিদি লাইবেম্বী মাল্লেনে। নখোয় মশক ফজবী ঙাক্তা অসুম্না উমংগী লাইবেম্বীগুম অসিদা লৈববদি অ: তম্পাক্তেদি ফজবী অমত্তসু লৈহৌরম্লরোই। (হায়রগা নোকই) হ: হ: হ:

তম্ফা - (মোমোন নোক্লগা ইংনা) অঙ্কলনা হাযবীনিংবা কবিনো হায়বীয়ু।

জোন - (নোকপা ফাবগা) অ: ফাগী ঙাইহাক শান্নসি তৌবনি। অ: ঐহাক এল ডি জোন্নি।

তম্ফা - তাকপীয়ু। ঐহাক খঙজরে। ঐহাক তম্ফামণিনি।

জোন - (মখুৎ তিংখোরকই তম্ফাগা মখুৎ শোক্লে) ঐহাক য়াম্না মুন্না খল্লগা নখোয়দা ব্রা হায়বা লাকপনি। নখোয়না ঐগী ব্রাসি তাবীগনি খল্লি।

তম্ফামণি - তাকপীয়ু অঙ্কল। (শীন্থাদা য়েংবদা শীন্থা চৎথোকখি)

জোন - নখোয়না এ ডি জি পীগী অমদি চীফ মিনিষ্টরগী মচানুপা ফাবসি চুমদে। মীওইবগী শাজৎ নত্তে। বেক্সম মখল অমনি। ঐহাক ইশানা ডাইরেক্ট ব্রা হায়গে লাকপনি। লৈবাক মীয়াম্না সুন্দরমণিবু থাদোকউ হায়রিবসি থাদোকপনা অচুম্বা লম্বী ওইগনি।

তম্ফামণি - ঐখোয়না থবক অসি য়াম্না মুন্না খল্লগা পাঙথোকখিবনি। মীয়াম্না লাউনরক্লিবা খোল্লাউ ঐখোয়না তাবি। অদুবু লাম্নী শিংলূপ্ন থবক অসি পাঙথোক্লুববনিনা মখা কবি তৌগদগে হায়বা অহলশিংগী ব্রারেপ ঙাইবি।

জোন - ঐহাক্লা নাগা লুচিংবা অমা ওইনা হায়জবি। ফাবিবা নুপামচাসি থাদোক্লুবদি লাক্কদবা ফল অসি মায়কৈ অনীমক্কী ফববোই কনসিক্যুন্ট ফববোইদবা থৌবাং খুদিংমক্তি হন্দোক্কদবনি নাগাগী লুচিংবা অমা ওইনা ঐহাক্লা ফল ফবোইদবা নাগাগী ঈহৌ পূম্নমকপুসু হন্দোক্লনবা হায়বনি। নখোয়সু নাগাশিংগী খুল নক্লা কেম্প তৌদুনা লৈবিবনিনা ঐগী বিক্যুষ্ট অসি য়াবীদুনা সুন্দবমণিবু তেক্ত কায়দনা মপাশিংদা শীন্নবীয়ু।

তম্ফা - (মোমোন নোক্লা) অঙ্কলবু ঐখোয়না মশক খঙই। অঙ্কল নাগা লুচিংবা ওইববসু নোংশাবগী মরুপনি। নাগা লুচিংবা অমা ওইনা ঐখোয়গী ইনাত্তা চঙবীবক্তুনা পাউতাক পীবীরম্বখক ওইরবদি ঐখোয়না তবাম্না ওকচবমগদবনি অদুবু, নোংশাবগী অব্রাবদা থম্মোয় শোক্তুনা য়েক্লবগী মীচঙদা চিরোন তৌবা লাক্লিবা খোঙথাং অসিবুদি ঐখোয়না খন্নরোই।

জোন - নশক অদুক ফজরগা নথম্মোয় অদুক কল্লবদি করম তৌগনি ? ইচানা শাফু কল্লবা ব্রাহে ঙাক্তা থারকপসিদা হৌগত্তুনা চৎপা ঙম্লোইদৌরি। অমরোমদা (চীংলেম্না) নোংশাববু য়েক্লবা ওইনা খম্বদি চুমদে। নোংশাবদি প্রজাদা নীংতম্বগী নুংঙাইবা পীননবা হোৎনবা, লমদম অসিবু নুংশিজবা, অচুম্বগী খোঙফমদা লেপচবা- থৌনা ফবা কখোল্লবা লুচিংবা অমনি। মহাক্কুম্বা প্রোর্টফোলিও অমত্তা পায়দনা চীফ মিনিষ্টব ওইবা শেঞ্জা-থুমজাবু শীঙনবা চীফ মিনিষ্টব ভারতকী করম্বা ষ্টেটতা লৈবগে ?

তম্ফামণি - (শাউরকই) মফম অসি য়েক্লবগী মগুণ শৈথাফম নত্তে। অমুবা আইনগী মরুমদা নীংতম লান হৌবিবশিং মাংহন্নবগী থৌবাংনি হায়দুনা মীচম কয়াগী পুক্সিবু হাৎনিংবা মতমদা হাত্তুনা মীহাৎপুঙ অসিগী লুচিংবা ওইজবা নোংশাবনি। লমদমসিবু মপুবোইবা কায়নববী, মচা কায়নরবী, মবুং কায়নববী, মৌপ্পা কায়নববী নুপী ওইবী কয়ানা তেংথাবা মীকপ মীবাও তারগা মথৌ ফজনা পাঙথোকচবে হায়দুনা নোংশাবনি। মহাকপু হিংনা নত্রগা শিনা ফাবা নত্রগা হাৎপা হায়বসি লাম্মী শীঙলূপ অসিগী ব্রারেপনি।

জোন - লমন খুম্বা হায়বসিদি নীংতম লানগী শাজৎ নত্তে। নীংতম লানগী লানফমদা মীওই অমত্তবু অতম্মনা শীঙনবা য়াদে। খোঙথাং খুদিং অপূনবগী ওইগদবনি।

তম্ফামণি - ঐখোয়না কনাদসু লমন খুমদে। চানবা পাউখুম পীবনি। ঐখোয়না খঙই- লমদম অসিগী নীংতম লান অসি লোইদ্রিবৈদা জেনবেসন অমা তুম্না মাংহন্দ্রবদি নীংতম্বগী লানফমনা মায় পাক্লক্লবসু কান্নফম খঙলোই। মাঙহনগদৌরিবা জেনেরেসন অসিদা ফত্তবা মান্নবা মীয়াম অসি য়াওহনগদবনি।

জোন - ঐহাক প্রমান অমত্তং তৌগে। পাম্বী অমবু হিংহনবদা ঈশিং দরকাব লৈ। পাম্বীদা ঈশিং কাহেন্না হৈজিল্লবদি ঈশিংনা

থুমহৎত্তুনা পাম্বীদু শি। ঈশিং চাইবীদ্রবসু কংদুনা পাম্বীদু শি। মফম মতম চানা ঈশিং চাইবীরবদি পাম্বীদু হিংই চাউবা শরেপ ফাই। (তাঞ্জাসিদা মঙাল চঙলকই, জোনগী ব্রাফমদু তাবদা শাউনা পাউখুম পীরকই)

মঙাল - নোংশাবগীদমক চিরোন তৌবা লাকপশিংবুদি ঐখোয়না ফিদা থাদে, ফম্ফম পীদে, মায়োক্লদুনা ব্রারী শাদে।

জোন - ঐবু মফমসিদা নোংশাবনা থারকপা নত্তে। ঐহাক্লা মীওইবা অমা ওইনা মীওইবগীদমক লাকপনি। কাংলূপ অমগী অনীংবা ব্রাফম পুদুনা পাউদম্বা লাকপনি। নাগা মীচম অমত্তুনা বেঙ্গমগী মওংদা সুন্দবমণিবু ফাবিবা অসিবু য়ানিংদে। নখোয়না ফাবা গুম্বা মীচম অমা ফারগা অচৌবা মী অমগা ওন্নসি হায়বদুদি টেবোবিষ্টকী থৌওংনি।

মঙাল - (শাউবকই) ঐখোযনা থবক অসি খম্ভদনা তৌখিবা নত্তে। থৌবাং অমগা লোযননা পাঙথোকখিবনি। ঐখোয়দা শীনিংবা ইবাল শীরবসু ঐখোযনা লেপখিবা ফিবেপ কৈদৌঙৈদসু হোংলবোই।

জোন - ঐখোয় প্রজাগী ব্রা নখোয়না তাদবদি চুমলোই।

তম্ফা - ঐখোয়না অঙ্কলগী ব্রা তারে। ব্রাফম অদু লৌবা নত্রগা লৌদবা হয়বদুদি অঙ্কলনা খনফম থোক্তে।

মঙাল - (কল্লব) শীম্থা! অঙ্কল জোনবু থীনখ্রো। (হায়রকপদা শীম্থানা চেনশিল্লক্কুনা জোনবু তাপ পায়দুনা পুথোক্লবা হোৎনবদা জোন্না তপ্না ইম্ফোক্লগা হায়রকই)

জোন - (বারৌনা) ঐবু শোক্কনু। ঐহাক ইশানা খঙনা চৎকনি। ঐহাক এল ডি জোন্নি। ঐনা হায়রম্বা ব্রাফম অসে নাগাখক্কী ব্রা নত্তনা লমদমসিগী মীয়ামগী অপাম্বনি। নীংতম্বগী লানফম শেমলিবা নখোয়না মীয়ামগী মায়োক্তা কৈদৌনুংদা লৈবা য়াদে হায়বসি কাওগনু। ( হায়রম্লগা থুনমক মমায় লৈদুনা চৎখি, শীম্থানা

জোনবু থিন্দোকখি, তম্ফামণি অমদি মণ্ডালনা লেপ্পুনা শাউরংননা য়েংদুনা লৈহৌই)

তম্ফামণি - হৌজিক ঐখোয় কৈদৌগনি?

মণ্ডাল - মীয়ামগী খোঞ্জেল ময়াম অমা মখা তানা লাক্লিঙৈদা লানফা অসি হাত্তোক্লসি।

তম্ফামণি - (ঙক্লা) নোংশাববু ঐখোয়না সুন্দরমণিগা শিন্নরোই হায়রিবরা?

মণ্ডাল - হৌজিক য়েক্লবগী লাম্নীনা ঐখোয়গী ইথক্তা লান্দাবক্লবা মায়কৈ খুদিংদা শেম শাখ্রে।

তম্ফামণি - ঐখোয়না য়েক্লবগা মায়োক্লদনা হন্দুনা চেনগদ্রা?

মণ্ডাল - হৌজিক ঐখোয়গী ইহুম কাংদোং ফাদ্রি। ঐখোয় খবদং থৈদোক্কনি। গুরিলা ব্রার হায়বসিদি মায়োক্লবদা ওইরবসু নাথৈবদা ওইরবসু লানফম খুদিংগী মায় পাকপা অদুবুনি। চপ চাবা য়েক্লবগী মফমদা ঐখোয় পাউখুমদি খুম্লমগদবনি। (কৌদুনা) কনা লৈ। লানফা অদুবু পুরকউ।

তম্ফামণি - (খঙ্গুরগা) লুব্রাং অহলগী ব্রা ঙায়ররোইদ্রা?

মণ্ডাল - মিলিটরী কাউন্সিলগী ব্রারেপনা লৌবা ফিরেপ ওইরগনি। থম্মোয়দা চাক্লিবা লমন খুম্নিংবগী মৈবী অসে অদু নত্তনদি নেম্লবোই। (তাঞ্জাসিদা থোইনুনা মখুৎ তুংবুন্নদুনা সুন্দবমণিবু পুবকই, মণ্ডালনা সুন্দরমণিবু উবদা শাউনা পৈনা য়েংলকই, সুন্দরমণি মশা ইচোক চোকথনা অব্রাবা শক্লোন্দা চঙলকই, মণ্ডালগী মাংদা থম্মী) নহাক হাত্তোক্লগনি। অতেনবা মতম খরা নহাক্লা খঞ্জগদবা ব্রাখল খনবা, নীংগদবা লাই নীংবা য়াগনি মিষ্টর সুন্দরমণি। (থোইনু তপ্না খোঙফম হল্লগা চৎখি)

সুন্দরমণি - (মণ্ডালগা লেপমিন্নরিবা তম্ফামণিদা অমুক্তুং য়েংলকই, তম্ফামণিনা সুন্দরমণিবু য়েংদুনা লৈবম্বদা মীৎচানৈ,

সুন্দরমণিনা খজিত্তুং মোমোন নোকই) ঐহাক ব্রাফম অমত্তংদি হায়জগে। করিগুম্বা ঐহাক্লা শিবা তারবদি নহাক্কী ননাক্তা লেপলিবী শকহেনবী তম্ফাগী খুত্তা ঐবু শিহনরীয়ু। নখোয়না থাকলিবা লাং অসিদা থুখিবসি মহাক্কী শবান ফজবীগী শাথেক অমদি মায়থোঙগী ফজবদা ঐহাক্লা কল্লকউবননি।

মঙাল - (নোংমৈ শৎলগা) কবম্বা কনাগী নোংমৈ মরুনা নহাক্কী অবোইবা পুম্বিগী শরুক ওইগদগে হায়বদুদি নহাক্কী নবাইবক্লি।

তম্ফামণি - (নোংমৈ শৎলগা শীঙদুনা) শদানবনা ফাবা শাশিংদি য়োক্ল নবা লোইননবা নত্তে। হাত্তোক্লগা মচিঞ্জাক ওইননবনি।

সুন্দবমণি - (মোমোন নোক্লগা) লাংদা ফারকপা শাগা মিৎচান্নকরবা শাদানবা অমত্তনা শা অদুবু হাৎপা ঙমদে।

মঙাল - (লাউদুনা) কলপনা তৌগনু। (শাউনা নোংমৈ য়েপশিল্লগা) নহাক নোংমৈনা কাপ্তুনা খুদক্তা হাৎকদবা মীশক নত্তে, নহাক্তি থাঙনা মকক-মকক কক্তুনা মচেৎ-মচেৎ লেন্দুনা মীহাৎ থিনা হাৎকদবনি। (ব্রাহৈদুগা লোইননা নাকন্দা যানবা থাঙ শৎলকই, অদুগা মঙালগী মনাক তম্না তপ্না-তপ্না চঙশিল্লকই, তাঞ্জাসিদা থোইনু খোংলৈ থুনা চেনশিল্লকই)

থোইনু - পীবারেন। ইমা মফম অসিদা লাক্লি।

মঙাল - (শাউনা চাকথেক্লবা পেন্দবগী মীৎযেংদুনা তপ্না থোইনুগী মাইকৈদা ওনশিল্লকই অদুগা থাঙদোন্না সুন্দরমণিগী মায়গী মপাদা থম্লগা হায়বকই) মিৎকুপ খবদং তাইবং ব্রাখল খঞ্জখো। ঐহাক্লা নহাকপু হিংনা হিংনা নকু খোক্কনি। (তাপ পায়বগা লাক্কুনা ইল্লগা) লানফা অসি মাবু থমলিবা কা অদুদা মযা ফিবুল নমদুনা পাং তিংদুনা থম্মু। (থোইনুনা খুৎলৈ থুনা সুন্দরমণিবু ইন-ইন্দুনা পুথোকখি, মঙাল অমসুং তম্ফা য়েংনৈ, তম্ফামণিসু মফম চানা মহাক্কী নোংমৈদু য়েপশিনখ্রে)

তম্ফামণি - ইমানা করিগীদমক নুংথিল পোবোবতা মফমসিদা লাক্লিবনো?

মঙাল - (তপ্না মঙক হাইরগা) উন্নবগা খঙগনি। (তাঙ্গাসিদা প্রোফেসার রেনু চঙলকই। চীং লেম্মী, চীংগী চীংশাংশিংদা গাড়ি তোংদুনা লাকপগী অৱাবা মায়থোঙদা তাবা উই) লেঙশিনবীরকউ ইমা। তরাম্না ওকচরি। মাংজৌননা পাউ অমত্তা পীবীরক্তনা ইমানা লেঙবীরকপসিদা পূম্নমক ঙক্লে। (রেনু মোমোন নোকই)

তম্ফামণি - (নোল্লুক্না) ঐখোয়না ইমাগী য়াথং পাঙথোকচপ্রে। লমদম অসিদা নীংতম্বগী মিংদা লৈবাক মীয়ামদগী শেল খায়বরোই- খুৎলাই পায়দুনা কিহন খঙহন্দুনা শেল খায়বা লাকপা পূম্নমক নীংতম লালহৌগী মীওই অমত্তা নত্তে লৈবাক মীযাম্না শেল পীবীগনু চৈরাক পীবীরকউ হায়দুনা পাউজেঞ্জপ্লে। ঐখোয মীযামদগী শেল খায়বা পুংলেপ লেপ্লে।

রেনু - লৈবাক মীয়ামগীদমক শেম-শাবিবা লানফম অসিগী মীয়াম্না ঐখোয়বু কি- তুক্কচ্চহনবা লেপলে তাবদা নুংঙাইবে।

মঙাল - ইমাগী অনৌবা করম্বা য়াথঙ লৈবগে?

রেনু - ঐহাক লানফা ওইবিবা সুন্দরমণিবু অহিংবা মশা ওইনা লৌবা লাকপনি। (তম্ফামণি অমদি মঙাল অমগা অমগা ঙক্না য়েংনৈ)

মঙাল - লানফা অসিবু মিলিটরী কাউন্সিলনা কোর্ট মার্সিয়েল তৌদুনা শিবগী চৈরাক পীননবা ৱাবেপলে।

রেনু - (পাখৎনা) মহাকপু হাৎপ্লবরা?

তম্ফামনি - ঐখোয়না টেম্পরবি শেমলিবা কেম্প অসি থাদোক্তুনা চৎননবা শেম শাবকপদা মহাক্কী অশিবা হকচাংনা মফমসি শঙহৌননবা থম্লমগে লেপচবে।

রেনু - (খর হোন্দোক্লগা) মহাকপু নখোয়না ফারকপা মিৎকুপ অদুদগী মহাকপু হিংহনবা নত্রগা শিহনবা ঐখোয়গী খুত্তা লৈপ্লবনি।

তম্ফা - নোংশাবগী মফমদা চপ চাবা পাউখুম পীদনা ঐখোয় খোঙফম হন্নিংদে ইমা।

রেনু - সুন্দরমণিবু হিংনা- হিংনা থাদোকখিবা অসিনা চপ চাবা অচুম্বা পাউখুম ওইগদবনি। য়েক্লবগী লাম্মীনা মীচম নত্রগা ঐখোয়গী লাম্মীবু ফারবা মতুংদা ওৎ নৈরগা মরাল অমা পীশিন্দুনা হাৎপা মীহাৎ অদুগী পাড়া সুন্দরমণিবু থাদোক্তুনা ঐখোয়না তম্বীগদবনি। লমদম অসিনা মপূরোইবা হাত্তোকপিগ্লবী লুপ্লবীগী লৈবাক নত্রগা মপা-মমা হাত্তোকপিগ্লবা লমজা-শবাগী লৈবাক শেম্মনবা য়েক্লবনা শীল্লিবা থৌরাং অসিগী লমন খুমগদবনি। সুন্দরমণিবু তেক্তা কাইদনা থাদোকখিবা অসিনা পীবাবেন মঙালগী ইমা- ইনাও অমদি লমদমসিগী মীচম কযা নোংশাবগী সরকাবনা হাৎখিবগী লমন খুম্বা হায়বদু ওইরবনি। লুবাং অহলগী অয়াবসু লৌরক্লে। উশিন মীহাৎ ঐহাক্লা পামদে। মীওইববু উশিন ওইনা শীজিন্নবা ঐহাক্লা য়ানিংদে।

মঙাল - (মপী ইরা চেন্না) ঐহাক পুম্নমক খঙজবে ইমা।

তম্ফা - (তুমিন লুকথরুবগা) ঈগী লমন ঈনা খুম্বা, টিট ফোব টেট হায়বসিনা লানফমগী অচুম্বা খোঙথাং নত্তবরা ইমা?

বেনু - নীংতম লানগী মায় পাক্লনবগী লম্বীদি মীয়ামগী অপাম্বগী মায়োক্তা চৎপা খক যাদে। ঐখোয়গী ফিভম অমদি পান্দম নুমিৎকী মঙালগুম লঙহন্দবা য়াদে। ঐখোয়গী কখোকপগী ফজবা, থৌনা ফবগী ব্রাবী, নীংতম্বগী লালাউ লাউমিন্নগদৌরিবা মীয়াম্না ব্রাবীনফম ওইহন্দবা য়াদে। কদায? লানফা অদু ঐগী ইখুত্তা শীন্নৌ।

মঙাল - লেঙশিনসি ইমা। (মঙালনা রেনুবু পুশিনখি তম্ফামণিনা নোল্লুক্লা মত্তুং ইন্নখি)

**তরাশুবা উৎপা লোইবা**

# অরোইবা উৎপা

(নোংশাবগী য়ূম, নুংথিল নুমিদাংৱাই, নোংশাবা লাংতক্লনা ইচোক চোকথনা লাকই, মথৱায় নুংঙাইতনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি তাঞ্জাসিদা অঙৌবা ফিজোলদা অম্বালিকানা নোংশাবগী তুংদা লেপ্লে, নোংশাবনা মমায় তপ্না লৈথোক্লগা হায়রকই)

নোংশাবা - ওইবিবা ফিভম অসিদা নহাক্না য়ূমদগী কোইচৎ চৎপা পাবুংহন্না পামদে।

অম্বালিকা - (ৱারৌনা) ঐহাক্না ধাবানা ফমফমশিংদা, মহাকপু অমদি ঐখোয়বু নুংশিবীরিবশিংগী মনাক্তা কবিগী চৎলোইদৌরিবনো? (ৱাহৈদু তাবদা নোংশাবা মমায় শৎ থাঙ্গত্তুনা অম্বালিকাদা যেংলকই) হৌজিক মীফত্তশিং অদুনা মীয়ামগী ৱা তাবিব্রা? সবকাবগী ৱা তাবিববা" পাবুংহলনা মহাকপু পুথোকপীদুনা শীন্নবীবা ঙম্বীরব্রা? মখোযবু থেঙনরবদি ঐহাক্না চপ চাবা ৱা ঙাওনগনি।

নোংশাবা - (মমৌগী অকনবা খোঞ্জেলদু তারগা, ঈংথনা) সুন্দর য়ূম অসিদা শোইদনা হল্লক্কনি।

অম্বালিকা - (কপনিংনা থম্মোয শোক্লা) হল্লকপা হাযবিবসি কবয়নো? অবোক ইবেম্মগী মচানুপা অহল ইকু-ইবুংঙো বোহিতনা হল্লকপগুম অঙৌবা ফিনা কুপ্লগা হল্লকপা অদুবুবা? (হায়রকপদা নোংশাবা তু চুংই, খোঙফম অমা হল্লি) ঐ খঙই। (কপ্পুনা) মহাক্না য়ূম অসিদা অনীশুবা বোহিত ওইনা শোইদনা লাক্কনি।

নোংশাবা - অদুক থম্মোয় শোকপা ৱা হাযগনু। নঙ পাবুং শ্যামসুন্দব অমদি যাম্লবা পূলিস ফোর্স অমনা চিংনবা মফমশিংদা ইচাবু রেসক্যা তৌননবা থিগ্লি। ঐগী ইচাবু ফত্তবশিংগী মখুত্তগী

কন্দুনা তেক্তা কাইদনা ঐগী ইমৌগা লৈমিন্নহনবা হায়বসি ঐগী ধর্ম্মনি।

অম্বালিকা - (শাউনা) মীতোপ্তা ঙাঙবগুম পাবুংহলগী রাজনিতিগী ৱাঙাঙদু ঐঙোন্দদি ঙাঙবীগনু। মহাকপু অসুক কিনিংঙাই ওইবা মওংদা তমথিবা খুৎলাই পায়বা কাঙবু অমনা ফাগ্রগা মীচম অমা ফাখিবগুম পাবুংহন্না তুমিন্না লৈথোকপা ঙমলিবসি পাবুংহলদি নুপী থিদবা, ইচা পোক্তবা, ইচাগী নুংশিবা করিনো খঙদবা ওইবননি। ধর্ম্ম য়াওদনা মন্দিরদা লাই খুইরুন্নগা করি তৌগদৌরিবনো?

নোংশাবা - (খাঙবা ঙমদনা থম্মোয় শোক্লা কন্না লাউরকই) মখা তাগনু। মদুদগী হেনবা মখা তাগনু। ঐহাক ইমুং অসিগী অহলনি। ইচা ইনাও ইমৌ নখোয় পুন্নমক্কী নুংশিবনা পোত্থাফম ওইরিবা ঐহাক্লি। ঐহাক তুমিন লৈথোক্তে। খাঙমদবদগী ইমুং অসিগী চৎনবী ৱাংমা লানগনু। ঐগী ইচা সুন্দব শোইদনা হল্লক্কনি। ঐহাক ইচাবু নুংশিবা মপা অমনি। ঐবু পোকপী ইমানা ঐগীদমক্তা ৱাম্থখিবা অমদি রোহিতনা লৈখিদবগী পাউ তাবদগী শোম্থখিবনা অমুক হন্না কনখৎখিদবগী মবম ঐহাক ঙসিদি খঙলকই। ইচা সুন্দর শোইদনা লাক্কনি (অমুক্কা হায়রকই)

অম্বালিকা - কবম্না লাক্কদৌরিবনো? কনানা পুবক্কদৌবিবনো?

নোংশাবা - (মখুৎনা খামদুনা ৱানা) মখা তাগনু। চৎলু। নখোয়গী কাদা লৈক। (অম্বালিকা কপ্পুনা থম্মোয় শোক্লা চেনশিনখি, নোংশাবা থম্মোয় শোক্লা ৱানা হঙ্কৎ- হন্দা চৎলি অদুগা কৌরকই) মংলেম।

মংলেম - (চেনশিল্লক্কুনা) তাকপীয়ু ওঝা।

নোংশাবা - ঐহাক মন্দিবগী থোঙ হাংগে। পুজাগী পোৎলম থৌরাং তৌ।

মংলেম - পোৎলম পুন্নমক শুনা থৌবাং লৈ ওঝা। অদুবু সন্ধ্যা মতমদনা হেন্না তাঞ্জা চাবোইদবা? ঙরাং অহিং চুপ্পসু পোত্থাবীদ্রে।

নোংশাবা - ঐহাক পোত্থাফম খঙলক্লে মংলেম। ঐহাক পোত্থাগে। বীরচন্দ্র কৌরকউ।

মংলেম - ফনি ওঝা। (হায়বম্লগা থোকখি, কমান্দো ইন্সপেক্টর বীরচন্দ্র খুৎলৈ থুনা চেনশিল্লকই। নোংশাবদা সেলুট তৌরগা হায়রকই)

বীরচন্দ্র - তাকপীয়ু সাব।

নোংশাবা - অনৌবা পাউ করি ফঙই?

বীরচন্দ্র - মাইকৈ পুম্নমক্তা কম্বাইন্দ ফোর্সকী লান্মীশিংগা লোইননা ষ্টেট ফোর্স পুম্নমক্না এলার্ট ওইনা লৈখ্রে। ওইথোকপা য়াবা মখোয়গী লৈফম অহুম ডিটেক তৌবে। অহানবা লৈফম থুগাইরে মী অমত্তা লৈবমদ্রে। অনীশুবা লৈফমদা ঙসি অহিং চঙশিনগনি, হয়েং নোং ঙানদ্রিঙৈদা অহুমশুবা মফম খুদুম চনগনি। সাবনা তাকপীবা মতুং ইন্না নুমিৎ তাদ্রিবা অসি ফাওবদদি থৌরাং তৌরিবা মফমশিং অসিদা চঙশিনখিবোই।

নোংশাবা - ওকে। কনাগুম্বা অমত্তনা ঐবু ডিষ্টর্ব তৌহনগনু। ঐহাক মন্দির অসিদা লৈগে।

বীবচন্দ্র - ফনি সাব। (হায়বগা মখোঙ থীন্দুনা থোকখি, নোংশাবা তপ্পা তপ্পা মন্দিরদা চঙশিল্লি, অদুগা মখুৎ লামদুনা মন্দিরগী শবিক অমুক অনীরক হৌনা খিংই অদুগা তপ্পা চঙশিন্দুনা মন্দিরগী থোঙ মখুৎ অনীনা তপ্পা ইন্থোকই অদুগা থম্মোয শোক্লা রানা লাইশিংদা য়েংলগা হাযবকই)

নোংশাবা - মমা ! পুক্নিগী অবোইবা সন্ধ্যা হাযবদু লাক্লববা মাইকৈ খুদিংমকসে মমশিল্লক্লে। শাংলবা হৌখিবা চহি কয়া মীযামগী লুচিংবা ওইগনি, লৈবাক্কী ফননবা তৌগনি, ইবৈপাক্কীদমক কখোক্লবা পুক্নি ওইগনি হায়দুনা খন্দুনতা লাকপা লীশাং রাখলসিগী পম্মুংবু পলেপফম খঙদবা অমম্বা মপৈনা মরোল- মবোল কুপশিল্লকপসিরা? ঐগী থৌনা , ঐগী

লিংজেল, ঐগী নাপল পুন্নমক অসিগী মহৈবু থম্মোয় শোক্লা নহাক্কী মন্দির অসিগী থোঙজিন্দগী লৈমায়দা ইকোক থমহল্লগা পোথাফম ওইহনবা অসিবা? পাপ-পুইন্য, নুংশিবা, কল্লকপা, য়েংথিবা, পুন্নমক্কী পঙ্গুংফমবু ইমিৎ অসিদা মশেং মবাং উরিবা অমম্বা মপৈ অসিবা? অপিকপা অঙাং মচাগুম নহাক্কী নতম্বাক্তা কোনশিন্দুনা পোথানিংলে। (মমিৎ উইশিন্দুনা) নহাক্কী মোল্লবা খুৎশা অদুনা কোনশিন্দুনা নানবীয়ু মমা। তাইবংপানবসি কাউথোক্তুনা পোথাজবা হায়বদু ওইজগে। ঐহাক্লা মীহৌজবম্বা তাইবংপাল অসিনা ঐবু হু পিথকপগুম খল্লে মমা। মীয়াম্মা নুংঙাইবনি হায়নরিবা পুক্সিসে তিঙ্খং তুম্বৌনা য়ূংলবা লৈমায়দা চৎপগুম ৱাবক্লে। ঐবু মিৎকুপ অমত্তদি পোথাহনবীয়ু। (হায়দুনা মকোকনা মন্দিরগী লৈমায়দা থমদুনা তুমিন ৱা লান অমত্তা ঙাঙদনা পোথাদুনা লৈখি, তাঞ্জাসিদা শ্যামসুন্দব হবাওনা চেল্লকই)

শ্যামসুন্দর - তামো ! তামো ! তামো ! সুন্দবমণি থাদোবক্লে তামো। (চেনশিল্লকই, ময়াম্বদা ফিংনা পাউ তম্মী, নোংশাবনা পুক্লিং লুপ্না লাই খুরুম্বদু উবদা মন্দিবগী শবিক লামদুনা অমুক্তং খিংই অদুগা হায) তামো নচানুপা সুন্দবমণি যৌবক্লে। (তাঞ্জাসিদা সুন্দরমণিনা লাউদুনা বেনুনা তুং ইন্দুনা চেনশিল্লকই)

সুন্দবমণি - পাবুংহল ! পাবুংহল ! ঐহাক য়ৌজরক্লে। নচা য়ৌজরক্লে পাবুংহল। (ৱাহৈদুগা নোংশাবনা পুক্লিং চঙনা লাই খুইকল্লিবদু উবদা মন্দিরগী শরিক লামদুনা মমিত্তা মপী ইবা চেন্দুনা হায়বকই) নচা হঞ্জরক্লে পাবুংহল। (নোংশাবনা লেঙদনা তুমিন লৈবদু উবদা রেনুনা তু-চুংনা তপ্না তপ্না চঙশিল্লকই অদুগা হায়রকই)

রেনু - নহাক্কী নচানুপা পুরক্লে লাইওন। (তুমিন লৈরিবা নোংশাবগী মতৌদা পাখত্তুনা তপ্না মশা পায়রুবদা নোংশাবা তুথবকই

কপ্তুনা) নহাক্না তৌরম্লিবা মওং অসিবু কবিনো? (নোংশাবগী মশা কোনখৎলগা) হৌগৎলু। নহাক্কী ব্না ঙাক্তুনা ঐহাক নওগী মাঙদা লেপ্লরে। লাইওন! অ: হ: হ: হ: হ: (ও খোংনা কপ্পী)

শ্যামসুন্দর - (চঙশিল্লক্তুনা পাখৎনা নোংশাববু কোনখৎলি) তামো ! (কপ্তুনা) অসুম্না তামোনা চৎপদি য়াবোই।

সুন্দরমণি - (কপ্তুনা) পাবুংহল ! (চঙশিন্দুনা পূম্নমক্না নোংশাববু কৌই, কোল্লি, অদুবু নোংশাবদি খুন্নকখিদ্রে)

**লোইরবা**

কুন্তী লারোন তরেৎকী লীলাগী ফোটো খবা

অমসুং

অইবগী ফোটো খরা



বাজলক্ষ্মীনা লুহোংবগী অহিংদা মাগী কাদা লৈবা



- ঐদি চুরুট থকপা পামজদে
- অদুবু ঐদি চেন স্মোকবনি



- নিঙোল হায়বসিদি মমা-মপা ওইবশিংগী শিদ্রিবা ফাওবগী ব্রাখল লৈতাদফমনি। মসি লমদমসিগী চৎনবীনি। নহাক চৎনবীদা মীনমগে খনগনু



· বাবগী মওংদুদা নোক্লিংলুবে
· চা থক্লিঙৈদা নোক্লুববুদি হাদদি



- ঐ অর্জ্জুন সিংহ সহেগল

- ঐনা সনাজাওবা



নহাক্কী পেন্দবা নুংঙাইতবা মযাম লৈবগুম ঐগীসু থম্মোযনুংদা ৱাহৈ কযা তৈ

নদুবু মফমসি ঐগী অফিসনি, ঐহাক অফিস অসিগী কন্ট্রোলিং অফিসারনি।



নঙগী নুংশি ৱাখলদা
অহিং নুংথিল অনীদা
হিংজবিবী ঐহাক্নি নঙগীদমক্তা



- মযুম চণ্ডদ্রবসূ মোয কোম্হোংদা মা হল্লকপা ঙাইকুসি।
- মৈবা পাইবী থেংনববদি কন্যা কৎকে হা্যবক্কনি।



১শুবা শতাব্দীগী কুন্তী বোটতা বিলিজ তৌবা মীযাম্না যেংলি।



- যুমগী অহল ওইবিবা ঐগী ধর্ম্ম ঐগী ইচা-ইমৌ, ইশুনা ইনগদবনি।
- অদুগীবুদি চুম্মী তাইবুংঙো



- রোহিত ! নহাক্কী মমিজিবু উনবগী আশা মখা তানা অমুক তৌকবগনু।



মতোমতা পোকচবা মচানুপা বোহিতকী মাযকৈ যেংদুনা মমিজিনা ঐবু ঙাইবি।
বোহিত



এক্সক্যুজ মি ! মে আই হেল্প যু
নো থেঙ্কস ।



· তঙাইফদ্রবা নত্রবদি ঐখোয় অনীগী উঃবগী প্রোগ্রাম মতুংদা অমুক শেম্লকনু।

· যাই কৈদৌগে নঙগী লাইবিক পাবদা ঐ কবিশু যেংচনিংদে ।



ঐদি মশক ফজবা নুপাসি হেক্তা নুংশি ।

কাবন্সিদি তানিংদে হায়বগা ।



- মচিন মনাও অনীখব লৈবসিদা ওন্থোক্লা খেন্নখবে ।



- এমএসসি পাস তৌবগা ঐবু কৈদৌনগদগে ?



- প্রমান পুথোক্কে অদুদি নঙ লুপা লিশিং অনী পীগেবা ।

- লিশিং মঙাদুম পীগে ।



- মীযাম্না পুক্লিং চঙনা কুন্তী লীলা পবিং যেংবা ।



· অশুক কন্না নহাক্কা মমাগনা লাই নীংদুনা ঐবু অশোই- অঙাম য়াওদনবা হোৎনবসিদবু ঈশ্বরনা চাম্বীদবা হৌনববা ।



নুংশিবা মীনা থি হাযবা ফজদে হাযবা মসিদি থৱাই চাকখ্রবজাৎনি কনা নুংশিববা ?



ঐখোয মতম কুইনা লানগী থৌবাং তৌবোউ লমদমসিগী প্রজাশিং শাংনা [illegible]



লাংতক্লবিবী অঞ্জলী



নখোয পূম্নমক লাপ্পা লৈযু ! বন্দিগা ৱাবী শাগে



লমদমসিগী লৈঙাক্লোন্দি মীনাই নাইথাংগী লৈঙাক্লোননি
মপু ওইদবা যুমদাংবনা কৈনাবনি।



তাসিনাগী শক্লোন লৌদুনা ওংফার্মণিনা জগোই শাবা ।



হেনপীনা বোংইতপু মাগী কাদা পুবা



- নাহাক্লা ঐবু চৈবা মীচৈ অদু তাগে হাযদুনা নহাকপু কৌবিবনি জোন



- ঐগী ইফমদা নহাক শিকাবগী শজি ওইববনি।
- শজি ওইবমদদুনা নোংশা অমোম ওইবল্লবদি ?



নহাক যাওদনা, নহাক উদনা নাইতোম হিংহৌবগী অৱাবা কিজবনা লানফম অসিবু অমোনবা লৈগী ফমুংগুম খঞ্জবিবীনি ।



- যেক্লবগী লান্মীনা মীচম নত্রগা ঐখোযগী লান্মীবু ফাববা মতুংদা মবাল অমা পীশিন্দুনা হাংপা মীহাৎ অদুগী পাবা সুন্দবমণিবু থাদোক্কুনা ঐখোযনা তশ্নীগদবনি।



**কুন্তী লীলাবু অহানবা মশক তাকখিবা আর্টিষ্টশিং অমসুং অইবা**

অফম্বা ওইদগী - ওইনাম অকুন, বোবীন্দ্র লঙথবাল অমসুং সঙ্কব নাওবেম

অবেপ্পা ওইদগী - তোঞ্জম হেমলেট, দেনী লিকমাবম, ইবোযাইমা খুমন, মনাওবী এমএম(লীলা ইবা), চীংলেন থিযাম, খেকমন দেবান।



শ্রীকে.পি. সিংহ ডিও কেন্দ্রগী ইনফোবমেসন অমসুং ব্রোডকাষ্টিং মিনিষ্টবদগী মনাওবী এমএমনা মহাক্কী 'অহোবা হি' বেডিও লীলাগীদমক আকাশবাণী মনা লৌবা, জানুৱাবী ৩১ নিংথৌকাবা, ১৯৯৪ মাবলঙ্কব আউডিতবিযম, বাফি মাগ, নিউ দিল্লী।



শ্রীএন.পি. নাবানী, সেক্রেটবী মিনিষ্ট্রি ওফ ইনফোবমেসন এণ্ড ব্রোডকাষ্টিংদগী মনাওবী এমএমনা মহাক্কী 'মকু নাহে' লীলাগীদমক আকাশবাণী মনা লৌবা, ফেব্রুৱাবী ১৪ ইবাই, ১৯৯৭ মাবলঙ্কব আউডিতবিযম, বাকি মার্গ, নিউ দিল্লী।




মণিপুৰগী গভনৰ [redacted]না মনাওবী এমএমদা মহাক্কী 'লৈকংথম্বাল' লীলাগীদমক মণিপুৰ ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীনবা শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেলগী মনা পীবা, ২১ সেপ্তেম্বৰ ২০০৭, জে.এন. ডান্স একাদেমীগী হোল ইম্ফাল।



ডাঃ থোকচোম মৈন্যা সিংহ, এম.পি. না মনাওবী এমএমদা মহাক্কী 'অমনবা যুম' দ্রামা লাইবিক্কীদমক ৰাইটর্স ফোৰম, ইম্ফালগী অহানবা খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রো নীংশিংমনা ২০০৮ খুৎশিন্নবা, জানুৱাৰী ১৩, ২০০৮ জে.এন. ডান্স একাদেমীগী হোল ইম্ফাল।



সোসিয়েল ৱেলফ্যাব ক্লব, ঙান্নপী খোংগী প্রসিদেন্টনা কুন্তী ত্রিলোজি উৎপা নুমিত্তা মনাওবী এমএম দা খুদোল পোৎ পীবা। নবেম্বরগী তাং ২৬, ২০০৩ ইং বোট।



শ্রীএন. মঙ্গী সিংহ, মিনিষ্টৰ, আইএফসিদিনা কুন্তী ত্রিলোজি উৎপা নুমিত্তা মনাওবী এমএমদা খুদোল পোৎ পীদুনা ইকায খুম্নবা উৎপা। নবেম্বরগী তাং ২৬, ২০০৩ ইং বোট।



মনাওবী এম এম মপুংফাবা মিংদা মনাওবী মৈতৈ মোইরাংথেম্বা ইংশোক ১৯৫৯ শী জানুৱারী তাং ১ দা মোইরাংথেম সনাই সিংহ অমসুং মোইরাংথেম ওংবী সেউটি দেবী অনীগী ১৩শুবা অমসুং ইতোন তোনবা মচানুপা ওইনা উরিপোক বাচস্পতি লৈকাই ইম্ফালদা পোকই। গৌহাটি য়ুনিভরসিটিদগী বি.এ. ওর্নস অমসুং মণিপুর য়ুনিভরসিটিদগী এম.এ. অমদি এম. ফিলগী ডিগ্রী লৌই। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা লীলাবু পাম্নজনা নৈনরকপদা নত্তনা লীলা ইবা অমসু ওইরকই। রেডিও লীলা, ফম্পাক লীলা, ফিল্ম লীলা অমসুং শুমাঙ লীলা হৌজিক ফাওবদা ১০০ রোম শায়দুনা মীয়াম্না তাবীজ্রে অমদি উনজ্রে। রেডিও লীলা অহমদা আকাশবাণী এৱার্ড অহুম্রক, শুমাঙ লীলা ফেষ্টিবেলদা মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা পীবা এৱার্ডশিং অমসুং রাইটর্স ফোরম ইম্ফালনা পীবা অহানবা খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্র নীংশিং মনা ইং ২০০৮ ফঙজ্রে। মণিপুর সরকারগী ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টদা ফোরেষ্ট অফিসার ওইরি। মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি:-

১। অমম্বা নোংথাঙ (আকাশবাণী মনা ফঙলবা রেডিও লীলা) -অহোবা হি (আকাশবাণী মনা ফঙলবা রেডিও লীলা) - মকু নাহে (আকাশবাণী মনা ফঙলবা রেডিও লীলা) - লাঞ্জিংবা (রেডিও সেরিয়েল লীলা) ২। বসন্তগী নোঙাল্লমদাই (রেডিও সেরিয়েল লীলা) ৩। অমনবা য়ুম (ফম্পাক লীলা) ৪। লম্নানবী(শুমাঙ লীলা) ৫। অনৌবা মায়থোঙ (শুমাঙ লীলা) ৬। জাপান লাল (শুমাঙ লীলা) ৭। নাইতোম শাৎপী (শুমাঙ লীলা) ৮। নাতোনচাবীগী বসন্ত (শুমাঙ লীলা) ৯। নোঙৌবী (শুমাঙ লীলা) ১০। লাইহুগী মচা (শুমাঙ লীলা) ১১। লৈকঙ থম্বাল (শুমাঙ লীলা) ১২। ভসিদি থঙলে (শুমাঙ লীলা) ১৩। নীংতম্বগী মহাও (ফম্পাক লীলা) ১৪। ইচে অমসুং নোংঙাল্লকপা ঙাইবা (ফম্পাক লীলা) ১৫। অমম্না হিচেল (শুমাঙ লীলা)



সেইজাং পব্লিকেসন
উরিপোক বাচস্পতি লৈকাই, ইম্ফাল